# মণিপুর ইতিহাস।



১ম ভাগ।

( ১বা পান্দুপতগীনা ১৩শুনী পান্দুপ ফাউবা )



রাজপণ্ডিত শ্রীযুৎ অতোম্বাপু বিদ্যারত্ননা

লৈশিনবা অমসুং শাংদোবপা।



অহানবা সংস্করণ।

ফোংদম:— চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস ইম্ফাল, মণিপুর।

মূল্য ১৷৷০ তনি।

সউম্না মখুম পানবা—২৷৷০

# মণিপুর ইতিহাস।



## ১ম ভাগ।

( ১বা পন্দুপতগীনা ১৩শুবা পন্দুপ কাউবা )



রাজপণ্ডিত শ্রীযুৎ অতোম্বাপূ বিদ্যারত্ননা

লেংশিনবা অমসু ফোংদোকপা।



অহানবা সংস্করণ।

১৯৪২ ইং

ফোংকম :— চূড়াচান্দ প্রিন্টিং বার্কস ইম্ফাল, মণিপুর।

মূল্য ১৷৽ তনি।

সউরা মথুম পানবা—২৷৽

# উৎসর্গ পত্রং

মহামহিম র্ণব শ্রীলশ্রী ১০৮- শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ
স্যার চূড়াচান্দ সিংহজা বাহাদুর কে, সি, এস, আই; সি, বি, ই,
ভক্তরাজর্ষি শ্রীকুণ্ডসেবা বিনোদ গৌরভক্তি রসার্ণব
কর কমলেভ্যঃ।



মণিপুর ইতিহাসগী অহানবা পন্দুপতগীনা তরাহুমদোইসুবা পন্দুপ কাউবা অহানবা খণ্ড
অসিবু ইনিংথৌগী প্রজা ওইবা মণিপুরীয় জাতিসিংগী হৌকম এংবদা
সনাগী শকএ শুম্না সিজন্নবা উৎসর্গ তৌকৈ।

ভবদীয়াশীর্ব্বাদক -

শ্রীঅতোম্বাপূ বিদ্যারত্ন শর্ম্মা।

# ভূমিকা।

ঐ খৃষ্টাব্দ ১৮৮৯ দা পোকই। ঐবু হিন্দুগী প্রাচীন পদ্ধতিগী মতুংইন্না ইপানা আর্য্য সংস্কৃত বিদ্যাদা দীক্ষা তৌবি। ঐগী ওজা ইবুঙো পূজ্যপাদ শ্রীযুৎ নৌতুনেশ্বর শর্ম্মা ব্যবস্থাকারীনা ঐবু "বিদ্যারত্ন" হাঙ্গবা মিঙ্গৌ অসি থোনবিরমই। অহানবদা কর্ম্মক্ষেত্র চংবা হৌবদি মণিপুর ব্রহ্মপুরগী সংস্কৃত টোলদা ওজা ওই। মতুংদা ইংরাজিগী হাইস্কুলদা ঐগী কর্ম্মক্ষেত্র ওইদুনা মাষ্টর ওই। মাদুদা ঐঙোন্দা প্রাচ্যবিদ্যাদা পাশ্চাত্যবিদ্যাগী ইফুৎ চংবা হৌখি। মাদুদা শ্রীযুক্ত যুমজাওসিংহ, শ্রীযুক্ত মধুমঙ্গলসিংহ, মিঃ উইঙ্ড্স্ অসিনাচিংবনা ঐবু য়াম্না ইতেং পাংবিখি।

ঐনা ইপা ইমা কাইনবগী পিতৃ মাতৃগী দমক তীর্থ চৎপদা হাবড়া (কলিকাতা) সহরদা পৃথিবীগী ইতিহাস অফিসতা পূজনীয় শ্রীযুক্ত দূর্গাদাস লাহিড়ীগা উনৈ। মাদুদা ঐ ঋগ্, যজুঃ, সাম, অমসু অথর্ব্ববেদ সংহিতা মরিমক দীক্ষা তৌরকই, অমসু তম্লকই। মাদুদগী ঐ বেদগী আলোচনা তৌবা হৌই।

এনা বেদ মরিমক্তা লৈবা লোনগা মৈতৈরোন অরিবগা হৌফম তিন্নৈ হাঙ্গবসি ইহান হান্না "তুবি" "কুবি" হাঙ্গবা য়াহৈ অনি অসিদগী কংখি। মাতুগী মতুংইন্না মৈতৈলোনগী ইনথো-নিংথৌ হাঙ্গবা অমসু মাদুবু লাই ওইনা ঈডাংপা অমসু নংপাক্তী মপুনি হাঙ্গনা অতিয়াগী মপু নোং তাইহনবনি হাঙ্গনাসু মৈতৈনা থাজবা, অদুগা অতিয়া গুরুবু মৈতৈনা লাৎলম্বা পুন্নমকসি উবদগী মাদুনা থোং ওইদুনা মণিপুর পুরাবৃত্ত কৌবা লাইরিক অমা ১৯২০ ইংগী ন'বম্বর থাদা লেংবা লোইখি। লাইরিক অদুবু শ্রীযুৎ রাজা ভুবন্সিংহ ময়াম্বুং ইবুঙোনা লৌদুনা মনাউ ইবুঙো শ্রীযুৎ মহারাজা স্যার চূড়াচাঁদসিংহ কে, সি, এস্, আই; সি, বি, ই, দা পী। মাদুদা শ্রীযুৎনা য়াম্না পেনবিখি। অমসু মণিপুরগী শিক্ষিত সম্প্রদায়না অমসু মণিপুরগী মপানদা লৈবা মণিপুরী শিক্ষিত ভদ্রলোকসিংনসু য়াম্না পেনবিখি। লাইরিক অদুগী মত লৌদুনা অমসু মানা কাৎপা থোং অদুদা চংদুনা মৈতৈগী গবেষনা তৌবাসিংনা মৈতৈরোনগী হৌফম খিদুনা মতুংদা লাইরিক ইনবা হৌখি। অদুনা পুরাবৃত্ত লাইরিক অদু মাখোই অদুগী আদি আদর্শ ওইখি। মাদু ইবগী দমক ঐঙোন্দা শ্রীযুৎ রাজা ভুবন্সিংহনা বেদ মরি সংহিতা ভাগ অমসু ব্রাহ্মণ ভাগ দান তৌই।

ঐবু হিন্দুসিংগী হিন্দুয়ানি অসি কয়ামুক চেৎপগে এজু অমসু হিন্দুগী আকাশগী বিদ্যাগা মৈতৈগী থরানমচাক্তা সামঞ্জস্য তৌবা থংনবা হাঙ্গদুনা শ্রীযুৎ মহারাজ স্যার চূড়চন্দ্রসিংহনা ... আট্য অপুন্না কোইক, চতুবর্গ চিন্তামণি কৌবা ধর্ম্মশাস্ত্র খিন্নু হাঙ্গদুনা থাই। মাদুদা ... ইবুঙোহলসিংহ বি, এল দরবার মেম্বরগা চৎলি। মাদুগী মতমদা ঐনা "হারৈ মারৈ"

তৌজবা বিড়ম্বনানি। থরাই কৌবা স্বয়ম্ভূদেবনা ঐভোন্দা ইনসিনবা অসি ঐনা তৌবদা "ক্ষিপ্রংহি মানুষে লোকে সিদ্ধির্ভবতি কর্ম্মজা" হায়বা ভগবানগী য়াথং লৌহুনা কর্ত্তব্য অসি পালন তৌবে।

অহানবা খণ্ডদা হায়রিবা য়াকমসিং অহু পাঠকনা খিবদা মুত্তাইনবা নির্ঘন্ট অমা মথাদা উৎলি মাসি মমৈদা থারিবা অঙ্কনা পত্রাঙ্কনি।

মণিপুরদা তাবা অরিবা মীসিং, মৈতৈ নত্তবা কাংবু ২ কয়ামুক লৈ, মাখোই অহুদি হাও, ময়াং, কবো অসিনাচিংবনি। ঐখোইনা হন্দকী খণ্ড অসিদদি মৈতৈগী মখেতা উৎপনা মাখোই অহুগী য়ুম্নাককী মমিংগী মখৈ নির্ঘন্ট পত্র অমা লৌখৎলি। মাহুগী অঙ্ক অহুদি অহানবনা পত্রাঙ্ক, মথংনা পঙ্‌ক্তিগী মসিংনি।

কনাগুম্বা মৈতৈ অমনা মাখোইগী হৌরকপা পুকোক খংগে নিংলবদি মাখোইগী শাগৈ অহুগী পত্র অমসু পঙ্‌ক্তিদা এংলগা হেক্না উগনি।

মাসিদা উৎলিবা মৈহৌরোনগী পুকোকসিং অমসু শাগৈসিং অসি অমবু অমনা কৈ, ফত্তে হায়বনা তাৎপর্য্য নত্তে। মাখোইগী মরমদা য়াম্না লৈরম্বা অহুতা প্রমাণ তৌবা য়ানবা উৎপনি। মথংগী খণ্ডদা য়াম্না নিংশিনা প্রমাণ তৌখিগনি।

ঐনা নোম্নুক্না হাইজরিবদি য়েক সলাইগী ইরকপদা শাগে ২ গী পুকোকনা থাইদোকপা অহু ইরি, অমসু নোংপোক হারমগী ইরকপদা শাগৈ কয়ামুকী পরিচয় ইরি, মাহু পল্লুবগী ইরুবগী দমক সিন্দোকচবা ঐবু ঙাকপিয়ু। মাহুনা য়াম্না শেংবা অকবা অমনি অসুম্না ঐনা থাজরিবা অসি মথংগী খণ্ডদা য়াম্না থুনা উগনি। অমসু মাখোই অসিগী দমক খোঙাম শ্রীযুক্ত মাধবসিংহ পণ্ডিতনা য়াম্না য়ানা ঐগী ইতেং পাংখি মাহুগী ঐনা কৃতজ্ঞতা ফোংদোকই।

শ্রীঅতোম্বাপূ বিদ্যারত্ন শর্ম্মা

২৮।৩।৬২ ইং

# মণিপুর ইতিহাসগী অহানবা খণ্ডদা য়াউবা বিষয়সিংগী মক্ষম

অরিবা মীসিংগী শাগৈ খুদিংগী কোষ অমা মথাদা ইরি মাখোই অসি মাগী ২ শাগৈ মমিংদা থিরগা লাইরিক মসুংদা থিননবনি। মমৈগী অঙ্কনা পৃষ্ঠা মথংনা পঙ্‌ক্তিনি

# মণিপুর ইতিহাস।



## অহানবা পন্দুপ।

### ভারতবর্ষগী অহানবা মশক।

### বৈদিকযুগকী মমাং।

মতম অসিদা ভারতবর্ষ হাঙ্গৈরগা উরিবা লৈপাকী মওং (ম্যাপ) অসি ঙুংলোন অনিমকী মতমদা ওইরমদে। লেরোন থংবা পণ্ডিতসিংনা প্রমাণ তৌদুনা উহল্লি, থাইনা ইহান হানবা মতমদা ভারতবর্ষ অসি সমুদ্রগী ঈথুংবংদা লুপত্তুনা লৈরমই। মতম অহুমদি ভারত অসি সুপনগী ঈশিংমক্তা ভাইরমই। অসুম তৌদুনা চহি লিশিং ২ কয়ামুক হৌখি।

ঈশিং মথক অহুদা ইহান হানবদা ঙুংগী চিংশাং অনিনা মকোক থিংগংলকই। চিং অনি অহুবু পণ্ডিতসিংনা ভারত মাতাগী স্তন অনিনি অসুম্না হাঙ্গৈনরি। চিং অনি অহু অরাংলোমদা পরেশনাথগী চিংশাং অসিনি, অমনা মথারোমদা দক্ষিণভারতকী নীলগিরি পরেং অসিনি। মখোই অনি অসিনা ভারতবর্ষগী অহানবা কংফাননি। মতম অহুদা পৃথিবীগী মথুংদা মানা মরাংলগা হিমালয়, লৈবমদে. বিন্ধ্য চিংশাং অমসুং ঘাতশৈলমালা লৈরমদে। মাসি লৈরোন হৈবা পণ্ডিতসিংনা চংখোম্না নৈনদুনা থংনরে।

হাঙ্গৈখ্রবা অহানবা চিংশাং অনি অহুগী মথোং মশা অহু মতমগী মতুংইন্না খর খর তোংথংলকই। কংফানগী শরুক অহু পোকথোকলকই। ভাতাক্তা লেপত্রবা সমুদ্রগী জুরার অমসুং ভাঁটানা হঙ্গংহন্দা কাথং কুমথা তৌদুনা চিংশাং অনিগী মথোংদা শারখি। সমুদ্রগী ভাসিংনা জুরার কাবদা য়াউরকতুনা কংফান্দা লৈহৌবা অমুকসু জুরার কুমবদা য়াওখিবা মাসুমনা চহি লক্ষ লক্ষ চুপনা লৈরকই। মতম অসিদা অহানবদা ঈশিংতদা লৈবা জীব ভাক্তা ভাইরমবদগী ঈশিংদসু কংফানদসু লৈবা ওম্বা (উভয়চর জীব—হংগোইগুম্বা) জীব

* হিন্দুশাস্ত্রনা হাঙ্গে— দিব্যবর্ষদা চহি লিশিং অমা চুপনা ঈশিংমক্তা ভাইরমই। মীগী চহি দিব্যবর্ষ অমান।

ওইরকই। মতম অহূদা য়ামনা চাউর চাউরবা লীননা য়ামনা পোক্লকই। মতম অসিবু ঋগবেদগী শ্রুতিসিংনা তাইবংপানবগী জীবগী অহানবা ওইবা লীনসিং অহূবু য়াম্না নিংখিনা হাঙ্গৈরি—( শ্রুতয়ঃ—'প্রথমজামহীপাং, ১—১২—৩ ইত্যাদি ) ॥

সমুদ্রগী ঈশিংনা অকা অকুম তোবা মতম অহূদা ঈশিংগী ঈনাংনা লৈখোমগৎনা নংশিল্লকপা, মাহূদা হৌবা চয়াংনা কংকানগী শরুক অপুম্বা ইকুপ কুপশিনখি, মাহূদগী উঙ্গাং অমা হৌখি। মাতবু লৈরোন থংবা পণ্ডিতসিংনা পর্নী ( কার্প ) বৃক্ষ কৌই। কংকান অপুম্বা থন্না গোহূনা চহি মতম কয়ামূক লেনখি। মতম অহূদা উৎক্রান্ত কাবা মখাদগী কুমবা য়োংয়ানবা জীবনা অহানবদা থোরকই। মতম অসিবু মৈতৈগী পুরাণদা নিংখিজবা য়াবি অমা পুখোক্তুনা বর্ণনা তৌই। অতিঙ্কোক-অতিঁয়া-গুরু সিদবনা মচা নিপা অসীববু তাইবং শেম্মু হাঙ্গনা থোদারে। অসীবনা শেমবা তাইবংসিং অহূ ওহোক্লা মশক থিরে। গুরুনা শাউরে নংনা শেম্বা তাইবং অসিদি ওইবা য়ারোই হাঙ্গহূনা থন্না ঈশিংদা হুনথখি, মাখোইনা হঙোই ওনখি। থন্না উথক্তা হূনগংখি, মাখোই অহূনা য়োং ওনখি। গুরুনা মহাক্কী মমি এংহূনা মমিদগী নিপা অমা শেমখি মাহূবু গুরুগী মিদগী শেনই হাঙ্গ- হূনা গুরুমী কৌই। গুরু মীনা তাইবং মী শেমখি।

ব্যাসনা লেংবা মহা পুরাণসিংনা হাঙ্গৎনবু - গুরুনা মচা শিববু ( রুদ্রবু ) তাইবং শেম্মু হাঙ্গনা শেমহনলি। শিবনা শেম্বাদিং অহূদি য়ামনা আকবগী মশক ওইরবা তাইবং অসি লিংবা য়ারোইদবা মশক ঙাক্তা শেমলে। মাহূনাদি তাইবংপানবা ওইরোই হাঙ্গহূনা রুদ্রবু তপ তৌরু হাঙ্গনা থাদোকখি। গুরুগী মমিদগী পিতৃগণ শেমই। পিতৃগণনা মী কৌবা জীব অসি শেমই। মৈতৈগী পুরাণগা অমসুং ব্যাসগী মহা পুরাণগা অনি অসি ওহোক্তা মতাং অসিদা মানরে। মরম অহূনা হৌকম তিরথনা রূপক শেম্নবা মতমদা মাসুপ য়াম্না মায়রুবনি *। বেদগী শ্রুতিসিংনা তাকলিবা তাইবংগী অহানবা মওং পুম্নক অহূ তৌজিক্তি ভূতত্ত্ব থংবা পণ্ডিতসিংনা ময়েক ময়েক থুদিংগী অচুম্বনি হাঙ্গবা প্রমাণ তৌহূনা তৌহূনা পুখোকলে। মথক্তা হাঙ্গথরে। অহানবা পোকপা জীব ময়াম, মখোই অহূনা লৈরবা মতম অহূদা ভারতবর্ষ অসিগী লৈকংগী মওং লাকপা য়ারকলে। মতম অহূনা মথং মথং

* মৈতৈগী পুরাণগা বেদব্যাসগী মহা পুরাণগা ইমান মানদবা য়াবি তাক্ত য়ামনা লৈ। মখোই অতগী হৌকমাদ বেদদা ওম্না ইরৈ লৈ। মরম অসিনা মৈতৈগী পুরাণসিংগী প্রসঙ্গ অহূ মরক্তা মানত্রগী হৌরককম অমসু লোইককম অমত্তা ওইবনা গঙ্গাগা যমুনাগা অনিগী মতৌগসনা মথা অমত্তনি হাঙ্গনা খনেগনি। মাতগী অয়াম্বা বিচারদি মৈতৈ হাৈর মাবেদা সঙ্গোকনা উৎলি।

চাউখৎলকইবা হিমালয় চিংশাং অসি হৌজিক ওইরিবা মহাকী মফম অসি কানা য়াংলে। মতাক অসি অহানবদগি সমুদ্রগী ইস্কুংদা লুপ্ত্না লৈরম্বনি। মরম অসিনা হিমালয় চিংগী মথক্তা সামুদ্রিক জীবগী শরুনা চিংনা হৌজিক ফাউবা নিংখিংবা থোক্‌না মতমগী সাক্ষ্য পীরি।

হিমালয় চিংশাংগী মখোংবা "কুলসী" কাউবা য়ুরোপশাপয়না লৈরমই। প্রাচীন রাঢ়-দেশগী অয়াম্বা শরুক ঈশিং ওইরমই। মথক্তা সমুদ্রগী কুয়ার ভাঁটা চৎলমই। চয়াং অমসুং মথন মথা য়াম্নবা পর্বা বৃক্ষনা থম্না হৌরমই। ঈসিং অহুনা ভারতকী কংকান ইকুপ কুপশিনলমই। মাসুমনা তৌহুনা অহানবদা ঈশিংদা লৈবা জীব, ঈশিংদসু কংকান-দাসু লৈবা জীব কংকানতদা লৈবা জীব অহুগী মথংদা অতিয়াদসু পাইবা জীব মথং মথং পোকখি।

বেদনা হাইরি ভারতবর্ষনা ইহান হানবা লৈকং ওইরকপা মতম অসিদা লাইনা শেম্বা লৈপাক অমা থোকখি। মাহুদা ইহান হানবা ফুরেন ভয়েং থোকই। মাহুগী মপান্দা ভাইকং শেমগৎপগী অহানবা পোকপা য়ামনা চাউখ্রবা জীবশিং অহু লৈরমই। মাখোই অহু হাংদি মতম কুইনা নোংতাখি। (মফম অহুদা—লাইনা শেম্বা লৈপাক অহুদা). ইহান হানবদা ওইখিবা "অমৃতস্য পুত্র" কৌবা মী মথন অমা থোকখি মাখোই অহুগী মুয়মদগি মতাং অসিদা হাইরোই। মতাং অসিদা হাইরবদি মথক্তা হাইখ্রবা জীব মথং মথং লাকপা অহুদগী য়োংগুম্বা জীব অমা ওইরকই, হাইবা অসিদগী বৈজ্ঞানিকসিংগী ক্রম বিকাশনা মরম ওইহুনা মথং মথং চাউখৎলকপা জীবসিংগী মরমদা ইরি। মাখোই অহুবু বেদনা "অনার্য্য" কৌই। মাদুমক বেদনা সংসংনা মিচং মিখাই নাইবগুম্বা ভাহন্দুনা হাই।

"উভ আর্য্যৈঃ অনার্য্যৈঃ" অসিনা চিংবনি। খিংসংবা থোক্লবা মতমগী য়াংখরবা ভারত ইতিহাসগী বৈজ্ঞানিক রূপায়ণ পীবা হাইবা অসিদি ইওই ওইথোক্তবদি নত্তে। মাহুবু শুপনগী বৈদিক অমসুং পৌরাণিক য়ারি য়াক্তানা থোং ওইহুনা খিবভনদি থংবা য়াবা খাক্লেংবা পোংশক ঐতিহাসিক প্রসঙ্গ ময়াম চিখংহৌবা ভাই। প্রত্নতত্ত্ব ময়াম কোংদোক-লকপনা থংহল্লিবা অচুম্বসিং অহুগী য়রি খিক্তন্দুনা মাহুগী বিচার তৌরগা বেদ অমসুং পুরাণসিংগী সামঞ্জস্য নির্ণয় তৌরবদি থংদবা অভকপা করামুক কোকপা ওমপনি।

জাতি জাতিসিংগী চাউখৎলম্বা অমসু মাংখিবগী খুদম ময়াম অহুনা লৈমুংদদি লৈ-হৌই। মাখোই অহুগী মচেং থংবা থয়দং ফংউবা অহুনা অচুম্বা পুরাবৃত্ত অমা ইথোকপদি মুবা ওমজ্রবসু অচুম্বা থংবা অহুগী খাজৈমকশেংবা প্রত্যক্ষগুম্বা সম্বোকপদি য়াই। মরম অসিনা লৈয়োন খংবা পণ্ডিতসিংগী য়াথনদগী থোকপা অচুম্বসিং অহুসু ইতিহাস খিরিবাসিংনদি

লৌখিনকম খোকই।

অহানবা ভারতকী মীসিংগী লম্বেন খিগে হাঈরবদি অরিবা অনৌবা ভুংলোনগী থুবম ময়াম এবং নতুনদি উপায় অমা লৈতে। ভারতকী হাঈরিবা মতম অতুগী অরিবা মরোল (পুরাতত্ব) গী মরমদা য়ামনা সন্দোকনা খিরুদবসু ল্যামসুর, কার্লাইলার, ক্রসফুট ৫েকেট অমসুং রাশিংনাচিংবা মীরৈপাকী পণ্ডিতসিংনা খিখিবদগী থোকপা বিবরণসিংগী প্রাচীন ভারতকী অখিবাসীসিংগী অতুবা লৌনা য়াই। কাণ্ডসনগী "টি এণ্ডসার পেটরার সিপ, বরগেশগী রিপোর্ট আর্কিও লোজিকেল সারভে অফ ঈষ্টানইণ্ডিয়া অসিনাচিংবদগী মচাক য়ামনা ফংই। বঙ্গদেশগী কয়লাগী মখোংগী পরিচয় অসি হাঈবা য়াই—পর্নী কৌবা উগী মথন ময়ামদগী মতম কুইথরবদা লৈমুংগী মৈতালগী লৈরোন অমা থোকখি। মাতুগা উবা ফংই, করি করিগুম্বা কয়লাগী মথক্কা ফুট ৩০০দগীনা ৯০০ ফাউবা লুং মখন মখা ময়াম লৈরমই। মাতুবু মতম কয়ামুক্কা মাতুগুম্বা মুংলোন অতু পোকখিবগে, মাতুগী মরমদা লৈরোন হৈবা পণ্ডিতসিংনা লেপখরে। লৈমুংগা লৈবা লৈমুং মৈতালগী লৈরোনদি লৈথক্কা পর্নী উ হৌরম্বা অমসুং চাউর চাউরবা তাইবংগী অহানবা লৌনশিংনা লৈরম্বা মতম অতু-দগী হৌখিবনি। উগী মথক্কা লৈপাক (শিনখিবা) সীখিবা মাতুনা লৈরোন কয়ামুক্কা ননথুবা চহি লক কয়ামুক্কী মতুংদা লৈমুং মৈতাল ওনখি। মাখোই অতুগী মথক্কা মুংলোন অহানবা থোকখি। মতম অতুদা ওইরম্বা মীদি—উদা হোংবা য়োংগুম্বসিংনা মথং মথং চাউখৎলকখুনা। ইহান হানবা ওইরকপা মীসিংনা লৈরমই। মীসিং অতুবু ঐতিহাসিক পণ্ডিতসিংনা মারাং নত্রগা মারাংবুরু কৌই। ভারতবাসী অহানবা লৈরম্বদি মাখোই অসিনি।

মারাংবুরু কৌবা মী মখল অসিনা ভারতবর্ষদা মখল মখা অয়াম্বা শাখা প্রশাখা নাই-তুনা লৈরমই মাখোই অতুগী মরক্কা মারাংবুরুসিং অতুগী মশাসিংনা ভারতবর্ষ লানথোক-খিতুনা ভারতকী মপান্দা লৈখি। মাখোই অতুনা ভারতকী মপান্দা লৈরুবদি হায়গী লৈরম্বদগী মাখোইনা অনৌবা ওইতুনা অনৌবা মী মখল অমা ওইরুই। অতুগা ভারততা লৈহৌবসিং অতুদি অতি প্রাচীন মানব জাতিনি। ভারতকী মপান্দা খুন্দাখিবা মারাংবুরুগী শাখাসিং অতুদা কনা কনাগুম্বা মারাংবুরুসিংগী শাখাদি ভারততা অমোক চঙলকপসু য়াউখি। মাসিগী মরমদা ঐতিহাসিক পণ্ডিতসিংগী গবেষণাদগী থোকপাদি ইউরোপীয় অমসুং ভারতীয় অনিমকী ধর্মগ্রন্থদি মত অনি অসি য়াই তৌইগুম্বসুং বৈজ্ঞানিক মূলগদি থোইনা চেত্তে। ভারতকী আদিম মতুবা মারাংবুরুসিংনা মাখোইনা অচানবদা য়োংগুমনা মকী মরোন শেংলম-দবদগী মথং মথং চাউখৎলকখুনা মকী মরোন শেংলকপা অমসুং মাখোইনা শাগে সন্দোক-লকপা অতুগী খোজুন লিরবদি অহানবগী মীসিং অতুনা—হুক্কেরুম্বা অমন অমনবা খুদমসিং

অহুনা খুদম ওইহুনা হাঈবা ত্তাই।

মকম মকম অহুদা কংবা, খুদমসিং অহুনা পুখোকলিবা মতম অহুদা আন্তু মমুষাশিং অহুনা পাল্লমই, মাস্তুমনা হাঈবা য়াই। মাসিমস্নু হাঈবা য়াই; মাহুদি—মাখোইনা লৈরম্বা খুদম অহুনা চিংদগী য়ামনা চংথোক্লা কংলবদি মতম অহুদা মারাংবুরুসিং অহুনা মথং মথং চাউখৎলক্ক্লনা সউরা অমস্নুং নাপীনা মমুম কুপ্লুনা মুম শাহুনা লৈথিবা ওমখি হাঈনা খংনৈ।

মাহুমনা খংনরুবগী মরমদি মাখোই অসি অহানবদা চিংগী লোকস্নুংদা মাগী মাগী ইমুং মস্নুং ওইবা মপৈ মপৈগী মুম ওইহুনা লৈরমই।

মাখোইগী লৈকম অহুনা চল্লক্করগা মকম অমামমদা কাংবু কাংবু হোংদোকপা হৌরকই। মাখোইগী মশিং য়ামথৎলক্করিবা মখৈদি হোংদোক্কে। মাস্তম ত্তোহুনা মতম কুইনা ভারিত্তা সিনখুংনা লৈরমই। মাখোইনা মাস্তুম্না লৈরম্বগী খুদম ময়াম লৈমুংদগী কংবা অহুদা পণ্ডিতসিংনা মাখোইবু কয়া কুইখ্রবগে হাঈনা এংবদা চহি লক্ষ অমদগী হেনথরে হাঈনা পোৎশকসিং অহুদগী প্রত্যাক্ষশুমনা ফোংদোকলে। পণ্ডিতসিংনা মাখোইনা চহি অস্নুপতগী হৌরকপনা চহি অস্নুপ ফাউবা ভারততা লৈরমই হাঈনদি—হুজিক ফাউবা নির্দিষ্ট কাপদি পুখোকপা ওমদরি।

মাখোইগী খুদমদগী খংলে, মাহুদি মাখোই অসি অহানবদা চিংশাং পরেংগী মখোং মখোং ইন্দুনা খুন সন্দোকখি। চিংশিং অহুদগী থোকখিবা তুরেনগী মতুং ইম্নাস্নু মমুমমকৈ খুন সন্দোকই—মতম অহুদা সউরা ইনা কুপ্পা হৈরবা মতমদা চথোকখি।

ভারত অসিগী মস্নুংদা মাখোইনা অহানবা খুন সন্দোকপা হৌবা মকমদি—মখা খংবা ভারতলোমদা হাম্না চংলি, মাখোইনা বিন্ধ্য চিংশাং মতুং ইন্না চংখিবনা মমৈদা বিন্ধ্য খাদোক-লমংনা নর্ম্মদা প্রদেশ অমস্নুং মহানদী, মাহুগুম্না গোদাবরী তুরেনগী মতুংইন্না খুন সন্দোকখি। মাহুম্না নীলগিরি অমস্নুং মলয় অহুদগী মালবার ফাউবা সন্দোকখি, চুটিয়া নাগপুরদগীনা নাগপুর ফাউবা লৈরমই। মতম অহুদা বাখেল খণ্ড, রেক মির্জ্জাপুর অমস্নুং মান্দ্রাজ প্রেসিডেন্সিগী মকম অয়াম্বদা খুন্দাখি।

নোংচুপ খংবা ভারততনা শোন তুরেনগী মপান, গঙ্গাগী মখা খংবা, মথুরা, যমুনা তুরেনগী মপান, মাহুম্না পঞ্জাবকী হরপ্পানাচিংবা দেশতা চংখি। সিন্ধুতুরেনগী মপান পুষ্ক-লৈরগা মহেন জোদাড়ো অমস্নুং থাইনগী তুরেন (হুজিক মুংখরে রাজপুতনাগী মরু-ভুমিদা মাংখরে) মপান ইন্না সন্দোক্লনা পাতলদেশ ফাউবা য়ৌখি।

ভারতকী নোংপোক খংবা শরুক্তি অহানবদা আসাম খাসিয়া চিংশাং অসিদা চংবা [illegible]দে। রাজমহলদগীনা ফাউবদা শাংনা চাউনা লৈখ্রবা ঈশিংনা মাখোইনা খুন্দাবা ওমখিদে

অহুবু চহি লিশিং কয়ামুকী মতুংদদি ঈশিংগী খুদোংথিবা অহু কোকথরে। মাখোই অহু আসামনাচিংবা লমদমদসু খুন্দাখি মরম অসিনা হুজিক্তি মাখোইনা লৈরবগী খুদম থাইনগী মুংনাচিংবা অহু পুথোকলে।

ভূতত্ত্ব থংবা হেকেট ক্রসকুটনাচিংবা পণ্ডিতসিংনা গোদাবরী প্রদেশ অমসুং কিষ্কিন্ধ্যাগী মনাক অসিদা মুংলোন, অহানবা যুগকী খুদম য়াংমনা পুথোকলে। লমদম অহুদি থাইনগী দ্রবিড়গী লম্বিনি, অহুনা লমদম অহুনা ময়াই ওইহনা দ্রবিড়রাজ্য অসি য়ামনা শাংনা পাকনা সন্দোকলমই, মথা থংবা ভারতকী দ্রবিড় হাঈবসি মারাং-বুরুগী শাখা অমগী অচেংপা কেন্দ্র অমা ওইরমই। অরাংথংবা ভারততা নাগপুর, হাজারি-বাগ, রাঁচি, মির্জাপুর, অসিনাচিংবা অসি অহানবা মুংলোনগী লৈকম কেন্দ্রনি। অহুগুম্বা মথারোমদা দ্রবিড়না মাখোইগী কেন্দ্রনি শোনতুরেনগী মপানদগীনা গঙ্গাগী মথাথংবা সরুক— (মগধ অঙ্গ) রাজমহল কাউবা অহানবা মুংলোনগী লৈকমনি।

মথাথংবা ভারত মালবারদগীনা নীলগিরি, পূর্ব্বঘাটকী চিংশাং অমসুং উড়িষ্যা, লমদম অসিসু—থাইনগী মারাংবুরুসিংগী লৈকমনি। নাগপুরদগীনা নোংপোক রাঢ়দেশগী হবিগঞ্জ, ময়ূরভঞ্জ, তুঙ্গভূম, ধলভূম, মানভূম, মলভূম, শূরভূম, পঞ্চকোট, সেনভূম, গোপভূম, বীর-ভূম লমদম অসি মারাংবুরুগী লৈকম ওইরমই। মাসুম্না ভারতকী মফমসিং অসি নত্তবা অতৈ অতৈদাসু করম করম্বা মফমদা মাখোই অসি লৈরম্বগে হাঈবা হুজিক্কা ভূতত্ত্ব থংবা পণ্ডিতসিংনা থিগংলি। মখোইনা লৈরম্বা মফমসিংদা লৈগুংদগী চক্কু ফংই, মুং ফংই, মুংগী থুংলাই ফংই। মণিপুরদাসু মাহুগা চপমান্নবা খুদম ফংলে।

---

# ভারতকী অহানবা মীনা

## ভারতকী মপান্দা

### চংথিবা।

অহানবা মীসিংনা ভারতকী মপান্দা চংথিবা অসি, হুজিক্কী কালদা চংপা অমসুং লান চংপা অসিগুমনা চংথিবা নত্তে। মাখোইনা মীরপাকপু তাম্বোক্নুনা নত্রগা লোইচনগে হাঈনা চংপা নত্তে। মাখোইগী পানবদা গুডাইগদবা চাকম, থককম ফবা, শা, ডা লৈগ-দবা মফম থিহুনা ২ চংথিবনি। মী হাঈবসিগী য়ামথংপদি ওহোকনা থুই। মমা মপাগী সুপনগী মচা অমত্তা পোকপদি থোইনা য়ামদে। অমা অনিদগী হেন্না পোকপা ওাক্তনি অহুনা মীরোন ২।৩ তগা ওহোকনা থুনা য়ামথংলি। থাইনগী অহানবা মীসিং অহুনা

মাখোইগী য়াম্বথংলকপগী মতুংইন্না থুন থুন সন্দোকখিবা, চানা থক্লবা থিহুনা, লৈকম থুদোং চাবা এংহুনা মাখোইগী থুন্দাকম মথং মথং থিহুনা চংখি। মাতুদা অনৌবা থুন্দা-রক্পদা মাখোইনা লান শোক্লবদি সুপনগী শা কৈনচিংবা হিংস্রক জন্তুসিংগুদা শোকন-বতনি। মরম অসিনা তপনা তপনা চংখিবা অহুনা ওয়োকনা কুইরবা মতমদা ভারতকী য়াংমদা থুন্দাবা হৌখি।

ঙনা, নাপীনা য়ুমকুপ্পা হৈরকপা মতমদা য়ুমকৈ হৌংবা থাইনগী অরিবা মীনা নারক্লা লিনকা গা লান-তৌনবা। মাখোইনা থুন অনৌবা মথং মথং সন্দোকখিবা অহু অরি অরিবা লৈহৌবাসিং অতুগা হঙ্গংহন্দা চংনবা মীগী মচিন্নগী পাউ ফংনৈ। মতম মতম অতুগী কানবগী মতুংইন্না কাংবু কাংবু ওইনা অনৌ অনৌবা থুন্দাকমদা চংলুবা, অমসুং হল্লকুনা হাল্লগী মফম এংলগা অসিনচিংবা তৌনহনা অরাপ অর য়ুগী লম্বেল্লচিংবা ফেংলোকই।

থাগনা মফম অসিদা থুন্দারমগ হ ঈবসি অরি অরিবা লুম্বেনসিং অসিনা থংবা ঙমদে। চুংজোনগী মতমদা শারম্বা ইনা, উনা রানানা কুপ্পা য়ুমসিংসু মুৎথ্রবা তাক্তনি; চুং য়াম্না লৈবা মফমদা চুংনা শারম্বা ফক্লাংসিং থেংনবা অহুতনা থুদম ওই। অসিবগী শরু লৈ-চুংদা লৈরম্বা অমসুং অসিবগী উৎ চফুনাচংবা হাপ্তুনা ফুম্নম্বা অহুগা করি করিগুম্বা মফমদা এড়ুক লেরম্বা মাখোই অহুনা থোং ওইহুনা মাসিগী মনাক্তা থুন তারম্বোইরে— হাঙ্গবা অতুর্মিত জ্ঞান ওইনৈ। লৈপাক তৌবদা থাইনগী চকু, চুংগী থুংলাই, মৈতান, অমসুং মেনা চাকথাক শরু ফংবা অহুদা মীতাবম্বা মফমসিং অহু হুজিক ফাউবা নিংসং-হান্ন। চিংগী লোকসুং গুহাদা থাইনগী মালৈরম্বগী থুদম ফংবা মাখোইনা লৈরম্বা গুহা-সিংদা একলম্বা অরেকপা অসিনাচিংবনসু মী তারম্বনি হাঙ্গবা তাকই। অতুগা চুং লৈতবা মফমদা তারম্বাসিং অতুগী চফুনাচংবা হুজেক্লম্বা থুদম অয়াম্বদি হুজিক্তি লৈপাক্কী লৈরোন কথা কয়ামুকনা ননসিনখরে।

গঙ্গাগী নো চুপতগীনা কৈতোইগী লমদম ময়াম লাম্বোক্তুনা ব্রহ্মপুত্র তুরেন লানথোক্তুনা চিংগী উগ্রং রাম্বংদা চুংলোনগী মীসিংনা চংখিবা অহুগুম্বা মীসিং অতুগী থুদমদি হুজিক মুৎখরে। মাখোগনা চংলক্তুনা আসাম খাসিয়ানাচিংবদা লৈখিবগী এড়ুকসিংদি হুজিকসু [illegible]রি। রাজমহলদগী খাসিয়া চিং কাউবদা লৈবা চাউরবা লমদম অসি ঈশিং থুমলম্ব-[illegible] ফংথরক্তুনা চাউর চাউরবা পাৎ, পুখ্রি তুংখোং ময়াম লৈগৌই। মাখোই অতুগী মনাক [illegible]ক্তা করি করিগুম্বা মফমদা চুংলোনগী মতমদা সিজিন্নরম্বা থুংমু থুংলাই ফংই।

খুইগী মমাংগী চহি চাতরা মাপনগী মতমদা হুজিক হাঙ্গিরিবা মফমসিং অসি লৈতোই [illegible]। মতম অহুদা রাঢ অমসুং আসাম অসি চৎপা য়ারে অসিনা সমুদ্রদা তারমই। [illegible]অহুদগী পাকথ্রবা ঈশিংগী লম্বদম অহুগী থুদমদি হুজিক পদ্মাতুরেন অসিগী অরাং

থংবা য়ামনা লাপথ্রবা মফমদা তুরেন ওইনা লৈগৌরিবা অসিনি।

হৌজিক্কী কাল অসিদা মীপুম্মকনা অতাং মতাংদগীনা শিক্ষিত সম্প্রদায় কাউবা মী অপুম্বনা থংনরি অমসুং অতাং ওইরিবগীনা ঊরাইদনা তম্মরি; মাহুদি—ভারতবর্ষগী য়াংমদগী মশক মুবা অসভ্য জাতি অমা হিমালয় চিংজাউ লান্দুনা ভারততা হৌহান হান্না খুন্দাখি। মাখোই অদুনা ভারততা মী তাবা হৌবগী অহানবনি। মাখোই অদুবু হৌজিক্কি কোলারিয়ান জাতি হাইরগা থংনবা জাতি অসিনি হাইনৈ। মাদুগী মতুংদা অরেপ্পদি থংত্রবা মতম—কনা কুইথ্রগা ভারততা লাকপা, মথংগী কাংবু অসিদি হান্না খুন্দারবা জাতিদগী খজিক্কং হেন্না সভ্য ওইরবা জাতিনি। মাখোইনা হানগী কাংবু অদুবু তকখোক্লনা তাম্থোক্লনা ভারততা লৈরৈ, মাখোই অসিবু দ্রাবিডিয়ান জাতি হাইরগা থংনরিবা অসিনি হাইনৈ।

মথক্তা হাইখ্রবা জাতি অনি অসিবু হৌজিক্কী কালগী নৃতত্ব হৈবা পণ্ডিতসিংগী মতমদি চপমান্নবা সমান জাতিনি হাই। অদুগা জাতি অনি অসিনা ভারততা লাক্তরিবদা পৃথিবীগী করম্বা লমদমদা লৈরম্বগে হাইবা অরেপ্পা মফম অদু হৌজিক কাউবা থাজেশংনা লেপনবদি ঙমদরি। হাইখ্রবা য়াকমসিং অসি—মীরৈবাক মচাসিংনা লেপনবা ভারততা লৈবা অহানবা মীগী হৌকমগী য়ানি। মাসি ঐখোইনা ফুঙ্গানাক্তা অহল্লমন্না লিরগা তাবা অতাং ওইরিবগী পেরেংকী য়ারিগুম্বা ফুঙাইনা কানরি।

হাইখ্রবা জাতি অনিগী খুন্দাখিবা অসিগী মতুংদা কাইথংদা অরেপ্পদি থংত্রবা মতম অমদা মী কাংবু অমা লাকই। মাখোই অদুদি ভোট, অমসুং সভ্য থরা ওইরবা জাতিনি।

মাখোইনা হিমালয় চিংজাউ লান্দুনা ভারততা চংলকই, অহানবা পঞ্চনদ প্রদেশতা (পঞ্জাবতা) চংদুনা হাইখ্রবা দ্রাবিডিয়ানসিংবু মথং মথং ভমদুনা তাম্থোকলৈ। মথং মথং মাখোইনা ভারতকী মপু ওইরৈ. জাতি অসিবু হৌজিক্কী কালগী ইতিহাস হৈবা পণ্ডিতসিংনা এরিএন জাতি—অমুম্না কৌনে। মাখোই অসিবু ভারতকী বেদনাচিংবা শাস্ত্র পুথোকপা অমসুং বৈদিক আর্য্য সভ্যতাগী লৌদোকপা জাতিনি হাইনা থংনরি।

ভারতকী বৈদিক সভ্যতানা দীক্ষিত ওইবা পণ্ডিতসিংনদি—হাইরিবা অসিবু করিগুম্বা মতমদমু থম্লে। মাখোইনা বেদনাচিংবা অপৌরুষেয়বচন অমসুং ভ্রম, প্রমাদ, করণাপাটব, অমসুং বিপ্র লিপ্সা য়াউদবা ব্যাসনাচিংবা মতা মহর্ষিসিংগী পুরাণনচিংবা শাস্ত্র প্রম্বনা তাকপিবগী মতুংইন্না মাখোইগী তিং কাউবা চংথ্রবা সংস্কারনা চুখিদুনা থাজরিবদি—বৈদিক আর্য্য জাতিগী প্রথোকপদি ভারতবর্ষ অসিনি—সরস্বতী তুরেননে তুরেন অনিগী মরক্তা লৈবা লমদম-ব্রহ্মাবর্ত্ত কৌবা মফমনা মীওইবগী প্রথোক স্থাননি হাইনা থাই।

সিংগী ভারতকী প্রাচীন পণ্ডিতসিংগী য়াকম অসিবু মীংরবাক মচা অক্তোবা সাহেবসিংগী ঐতিহাসিক প্রসঙ্গদা য়াদবা সাহেব য়াম্না য়াওই, মরমদি ঐখোইনা নিংই—মাখোইগী ধর্ম শাস্ত্রিকা মত তিরুবনা ওইগনি।

পুরাতত্ত্ব হৈবা কর্জ্জন কৌবা নিপা অক্তোবা সাহেব পণ্ডিত অমনা, ভারতকী বেদনা-বা শাস্ত্রগী মতুংইন্না প্রচার তৌরম্বদি বৈদিক আর্য্যগী প্রাচীন নিবাস ভূমিদি ভারতবর্ষনি; অদুনা মাখোই অসি ভারত নত্তবা অতোপ্পা লৈপাক অমগী লাকপা নত্তে হাঈ। হাঈ-রিবা মত অসিবু প্রতিবাদ তৌদুনা প্লেগেন, ল্যাসেন অসিনাচিংবা ঐতিহাসিক পণ্ডিতসিংনা প্রচার তৌদুনা হাঈ—মধ্য এসিয়ানা এরিএনসিংগী অহানবা লৈফমনি অমসুং মী হাঈবা জীবগী অহানবা পোকনফমনি হাঈ।

মথক্তা হাঈবিবা মত অমি অসিবু ককথংতুনা সাহেব অমনা মাগী মত অমা কোংদোকই, সাহেব অদুগী মমিংদি রয়স্ (Rhys) কৌই; মানা হাঈ—আর্কটিক নক্রগা সুমেরু হাঈবদি লৈকিং কৌবা মফমদা তাইবংপানবগী মী হাঈবা জীবনা অহানবা পোকই, মফম অসিদা থান হায়া মী কৌবা জীবনা পোকফগা মতুংদা লম অতৈ অতৈদা কোয়া চংখিবনি । মত অসিগী মতুং ইন্দুনা লোকমান্য বাল গঙ্গাধর তিলোকনা মাগী অফাউবা রিক অদু শেমখিবনি। তিলক মহাত্মাগী মতদা সুমেরুদগী আর্য্যসিংনা লাক্লুনা লয় চিংজাউ লান্দুনা ভারততা থুন্দাখিবা অসি খৃষ্টগী পোকদবা চহি লিশিং মতাগী হাংঅনি অসুম্না প্রমাণ তৌই, জর্ম্মনগী পণ্ডিত—জ্যাকবিনা বৈদিক তত্ত্ব এংদুনা প্রমাণ তৌবসু বাল গঙ্গাধরগী মতকা তিন্নরে। হাঈরিবা অপুম্বসি হাঈবা তৌনবগী মহাঈজবা—পরিবর্তনি, কর্জ্জন নত্তবা সাহেবকী পণ্ডিত—অপুম্বনা হাঈরিবদি—ভারতবর্ষ হাঈবা অসিদি তাকী লৈপাক ঈশিং অসিদা অহানবদা তাইবং মী হাঈবা অসিগী পোকফম নত্তে, পৃথিবীগী মনুংদা মীগী অহানবা পোকপা মফম অমদা পোক্লগা কোয়া থুন্দাখিবনি অসুম্না হাঈ। মতম অসিদা পণ্ডিতসিংনা থর হেন্না থাজনখংলকইবা মততি মধ্য এসিয়া-দগী আর্য্যসিংনা লম অতৈদা থুন্দাখিবনি হাঈবা অসিবুদি—আর্য্যসিংগী পোক্লফমদি সুমেরু—সংনি, মাদুদগী লাক্লুনা কোয়া ভারততা থুন্দাখিবনি হাঈবা অসিনা হেন্না চংনারে। —আর্য্যসিংনা অহানবদা সুমেরুদা লৈরমই হাঈবগী থূদমদি বেদগী মন্ত্র কয়ামুকনা কাউবা লাউদুনা লৈরি, মাদুদি থম্মদুনা মৈতৈনা থাইনা সুমেরুদা লৈরি-তৌরম্বা "কে ক্রে কে" চোংবা, কাংশানবা, কাংচিংবা অমসুং য়াউশং মৈথাবা হাঈবা অসিনসু ঊরাই লাইনা মাদুবু প্রমাণ তৌবা য়াই। মরম অসিনা হুজিকী কালগী সিংনা অকোনবগী মত অসি লৌবদা য়ামনা থুংলোইবী থোক্লরি। ঐখোইনা মাদুগী মতাং অমদা য়ামনা সম্নোকনা ইগনি। মতাং অসিদা—হাঈগদৌরিবদি—তাইবংমী

হাঙবা অসিগী অহানবা পোককমদি ভারতবর্ষ অসিনি। হৃজিকী কালগী ফুদগী অঙাং মচা-
সিংগী লাইরিক্তা মীরৈবাক মচানা নত্ত নত্তবা হাঙজনবিহনা ওয়েহোক ওয়েহোকপা নত্ত নত্তবা
পোংশক থরদংনা ইতিহাসননি হাঙহৃনা অঙাং ওইরিঙৈগী নৌরবা খোল্লা চংখরে।

মাহুদি—আর্য্যসিংনা মাখোইবু দস্যু দাস অনার্য্য বর্ব্বর কৌবা, মাখোই অহৃনা আর্য্য-
সিংবু কিহনা মাখোইগা চাল্লগী লৈনকম থাদোক্‌নবা চিং-মান্দা উরক-য়ারক্তা লোংখিবা,
মাখোইগী মপা মপুসিংবু আর্য্যনা ভূমনা সোইখিবা, মিংথুবা, চাইক্নং চাউবা মখিক লেম্বা
মনাক্তোন নেম্বা অসভ্যসিং অসিবু পৃথিবীগী মকম অমদা পোকলুরগা কোল্লা ভারততা
লাকপনি হাঙবা অসি ঐখোইনা হাবনা য়ান্না হুওইখরে। হুওইরবা য়াকম অসি হুলদা
অঙাং মচাসিংনা য়াম্না কম্না মচিন্দা পুনবা হোংলৈ। ভোইওয়স্নং মাসিবু অচুম্বা ওইরি-
গবরা হাঙনা ভারততনা খনথরকপদি খোইনা য়ামদে। মতম অনা কুইরকলে পণ্ডিত-
সিংনা ভারতবর্ষদা অমস্নং অতোপ অতোপ্না লৈপাক্তস্ন নৃতত্ত্বগী শাস্ত্র ময়াম কোংদোক্ল-
রিবা অমস্নং ভারতকী বেদদগী হৌহনা লৈবা শাস্ত্র অপুম্বা বৌদ্ধ গ্রন্থসিং কাউওদা হাঙরিবা
পুম্নমক মহু পাক্নরগদি হৃজিকী কালগী ইতিহাসদা ভৌনারিবা ধারণা অসি খোইনা অচেৎপা
ওইদরি। অহৃগা ভারতকী—মীয়োনগী মরমদা ভারততা লৈবা অসভ্যসিংগী ধারনাদি করম
ভৌবিগদগে হাঙবস্ন ঐখোইনা খংনিংই। মরমদি ভারতকী সভ্য অমস্নং অসভ্য হাঙহৃনা
লৈরিবা তাইবংমী পুম্নমক অসিগী মীহোয়োনগী মরমদ মাখোয়না ভৌবিবা ধারণা অচুম্বা
অচুম্বা হাঙবা অহু কয়ামুক য়াউবগে হাঙবা অহু খংননবা তাইবংপানবদা উংপগী মতম
ওইরে।

মথল মথা য়ামথুবা ভারতকী উলঙ্গ, অর্দ্ধউলঙ্গ বন্য, পার্ব্বত্য অসভ্য জাতিসিংগী মী-
য়োয়োন অপুম্ববু খিক্নবসি মী অমগী পুনসি অমদা পংনা ওইখোকপা খোকলোই। ভারতকী
অকাউবা পণ্ডিতসিংগী রিপোর্ট অমস্নং লেখাসিংদগী ওয়ামথে খিগত্তুনা হৌবা ঙাই। ভারতকী
পাষাণদি কালগী জাতিসিংগী মরোন পুম্নমক প্রাকৃত ভাষাদা মূলদা অমত্তনি হাঙবা য়াই।
দেশকাল, পাত্রগী ভেদনা অমস্ন মতমকুহনা ভাংনরকপা লোল ওইবনা মওং হোংলোক-
খিবনি; মাহুদি দক্ষিণভারতকী মহীশূর প্রদেশগী উত্তরাংশদগীনা গঙ্গাতীরদা ভ'রিবা রাজ
মহলদা লৈবা অসভ্যজাতি ময়ামগী, মরোম্বা "সর্ব্বনাম" পদ অপুম্বা হৃজিক কাউবা অমত্ত
ওইরি। মতৌ অস্নুম্না জাতি ময়ামগী মগুংদা অমত্তা ওইবা অসি, খিরবদা ভারতকী
মকম পুম্নমক্তা সন্দোকখ্রবা অসভ্য বন্যজাতিসিংগী মগুংদা উবা ফংই। পূর্ব্বঘাট গিরি শ্রেণীদা
লৈবা জাতিসিংগী মরক্তা লৈহনা এংবদা ভাষা অমস্নং সামাজিক রীতি নীতিগী মরমা
খোইদোক্নমক মথা অমত্তা ওইনৈ হাঙবসি—অচৌ অচৌবা পণ্ডিতসিংনা কোংদোক্লরি।

ভারতবর্ষদা লৈবা অনার্য্যজাতি পুম্নমক অসি মাখোইগী মীয়োয়োন লৌবা মতম

মাইবু কুমিংকী ধারানি চাইনা পরিচয় ইপী পীনৈ। মাতুগী থুমমীদবক ভারতীয় ... জাতিসিংগী মৈহৌরোন সংগ্রহ তৌতুনা এংবদা পণ্ডিতসিংনা উনয়ে। মাতুগী থুমমী ...—বঙ্গদেশগী পণ্ডিত শ্রীযুক্ত হরিদাস পালিতনা কোংলোকপা (৩৫নং সংখ্যা মেশ ২১ ... ১৯২৪ ইং) হড় জাতিগী প্রকৃতিসিং অহু মথাদা ইরিবা অসিনি—

প্রথমা প্রকৃতি :—

সেদায় সানাম এখেন দাঃ পি তাঁহেকানা। সেরমা খন 'মারাংবুরু' তোড়ে সুতামতে ... উ আং,—আরগো সেনায়। আর দাঃ চেতান রে, সেনে গর মাচি, বেল কাডে এ ...প এনায়। উনি দা বারেয়া হড়-কো মাইনাখন – হাঁস হাঁকিন চাঁড়ে কিন জানাম এনা।

মারাংবুরু আ হুকুম তে, ওনা সেনেগর মাচি পয়রানি—বাহা দারে এনা। ওনা ...য়রানি—বানা স্তাকাম চেতান রে, উনকিন বারেয়া চাড়ে, কিনবেনে কেদা। উনবে ...রতী বেনাও দাপিংং 'মারাক', আড়ি আড়ি রাজকয়, মেতাং কো আ। তায়ান রাজা ...টকোম রাজা, ইচাঃ রাজা, গোংহা রাজা এমানদ বাং কো দাড়ে আদা। মেনখান ...রাজা আর লেনডেথ (কেঁচুয়া) রাজা, পয়রানি—বাহা ডার ভিংরি ভিংরিতে বলদ ...তে, হাসা এবুরুজ রাকাব কেদা; আর চর-রাজা দেয়া চেতান র ওনা হাসাব য় আতাং ...। নোংকাতে ধারতী বেনাও এনা।

... ওনা বারেয়া বেলে খন, "পিলচু-হারাম" আর 'পিলচু বুড়হী' কিন জানাম এনা। ...কিন পি নাসাম হড়দেন আপিন এংগা আপা।

হড় প্রকৃতিগী অর্থ।

... তাইবংপান লৈহৌতৈগী অহানবদা তাইবংপান অপুম্বনা ঈশিং তাক্তা চাইরমই। নিংথৌ ...পাক্তী গুরুনা (মারাংবুরুনা) মুগাগী লংসুং য়ানখরকই, মাতুদা সনাগী কাদ্ অমা ...রি। ঈশিং মথক্তা থাতুনা কমলে। মহাক্তী হৃবচাংগী হুরা অনিথোক্তা ঈশিংদা ছার্থি। ...না চাড়, কাত্তাক্যাবা, অমোম অনিথক পোকই।

...গুরুগী মাখংনা সনাগী কাদ অহু থম্বাল ওইনা শাংলে। সনা থম্বাল অচুগী থম্বাদা ...ক্তা অনি অচুনা মরুন অনি কোকই। মাখোই অচুগী লৈননবা লৈপাক শেম্ ... গুরুনা নিংথৌসিংদা য়াথং পিরে।

...তাকিয়োংগী নিংথৌ, য়াইখু নিংথৌ, খজিং নিংথৌ, থয়োই নিংথৌ মাখোই অসিনা ...না অমত্তনাসু শেম্বা ঙমদরে। মাতুগীতুংদা তিনথোক্তী নিংথৌ অমসুং নাওসেক নিংথৌ ... অনিনদি লৈপাক শেম্বা ঙমলে। তিনথোক নিংথৌনা থম্বাল মথোক মরুংদা ...লৈপাক পুখতুনা নাওসেক নিংথৌগী মনক্তা হাপ্লুনা ২ লৈপাক থোক্কলে।

মথক্তা হাঙ্গৌব্রবা এড্রুম অনি অহুনা মিপা অমগা মুপী অমগা পোকই। অনি অসিন তাইবংপানবগী অহানবা অঙাংনি মাহুনা চাওরক্লুনা তাইবং মী হুড়জাতি অসি ওই খিবনি।

মথক্তা হাঙ্গৌরিবা য়ারি অসি ভারতকী আদিম অসভ্যজাতি পুম্নমক্কী মৈচৌরোল্দা মী শেম্বগী য়ারিদা ভাবতা মাস্নুমনা চপমানৈ। মাসিদা ঐখোইনা এংগনি মণিপুরদা লৈব অসভ্যজাতিসিংগী য়ারিগা করামুক মানবগে, অমসুং খেন্নবগে হাঙ্গৌবা অহু এংগনি।

---

# মণিপুর ইতিহাস।

## মণিপুরগী সংস্কৃতি

## অনিসুবা পন্দুপ।

## ১। মী ওইবগী অহানবা হৌরকপা।

ঐখোইনা মণিপুরীয় জাতিগী সংস্কৃতি অমসু সভ্যতা অসিগী হৌকম খিগে হাঙ্গৌরবদি অহানবদা ভারতকী সংস্কৃতি অসি হান্নবা মশক থংনবা হোৎনবনা চুমই। মরমদি—মণিপুরীয় সংস্কৃতি অসিদি ভারতীয় সংস্কৃতি অমনি। মরম অসিনা ঐখোইনা অহানবদা ভারতীয় সভ্যতা অমগা সংস্কৃতিগী মতম অসি করামুক কুইরবগে অমসু মহাক্কী হৌরকফম কদাইদনো হাঙ্গৌনা হান্না খিবা হোৎনরি। খাইনগী প্রাচীন ইতিহাস বিদ্যাদা য়ামন চর্চ্চা তৌদরিবা অহুগা কাপকতি শিক্ষা কংবা অহুগুম্বা হিন্দু মচাশিংনা, য়াফম অসি ইয়াম্না লাইনা হেক্তা থংই, মাহুদি তাইবংপানবদা সভ্যতাগী অহানবা খোকফমদি ভারতবর্ষনি, সভ্যতা অসিনা মহাক্কী মপুং ফাজিহৈদা হৌপংপা অহানবা মফমসু ভারতবর্ষনি। তাইবংপানবগী সভ্যতা হাঙ্গৌবা পোৎ অসি ঐখোইগী ইপা ইপু আর্য্যসিংগী লৌসিংগী মহৈনি। অহুনা সভ্যতা অসি পুখোকপগী মহৈ ফংফম খোকপা লৈরবসু ঐখোইগী ইপা ইপুসিংনা ফংগনি হুজিক তাইবংপানবা অসিদা ঐখোইনা আর্য্যসিং অহুগী শাগৈ তাকপা মচা মম্থনি। মাসে, ঐখোইনা পোকপদা মীয়োম হেক থংলকহৈদগী হেক হৌহনা মীয়োন থংবগা লোইনা লোইননা থংলকলবা য়াকমনি, অহুনা অমুপকী মতিক কন্না ঐখোইগী পুকনিংদা চুখরে।

চাগে থাক হাইবা খোকপা হৌবদগীনা পুরাণসিংগী য়ারিদা কুন্তনাক য়ারি লিংবুন্দাসু সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি হাইনা তারকই, ঐখোইনা মাহুদা ফারকই, যুগসিং অসিগী য়ারি চহুব মসিং লাকপা য়াত্রবা কুইশ্রবা চহি লাক লাক কয়ামুকী য়ারিনি হাইনা থংলকই। তুমিৎ চয়োল তরেং, থা তরানিথোই, চহি হাইরগা মতমগী মমিংনি হাইনা কাবা অসিগা লোইন লোইননা যুগ মরিমকসু কুইনা চৎনরক্লগা মতমগী মিংনিশ্হাইনা ঐখোইনা থংলকই। সত্য যুগপু হানবা যুগ নৈতে, যুগসিং অহুদা পোকখিবা মী, অমসু মাখোইনা হৌদোকখিবা সভ্যতা অহুবু হানবা লৈরমগনি হাইনা খনবা হিন্দু মচাগী মকোক্তা শাগ্না চনদে।

ঐখোইগী ইরক্তা কনা কনাগুম্বসিং হুজিকী কালগী বিদ্যা তমূবসিংনদি য়াকম অসি মতা অমা ওইনা লোই। মাহুদি ভারতবর্ষগী য়াংমদা করিগুম্বা মকম অমদগী আর্য্য কৌবা জাতিগী কাংবুনা চহি লিশিং কয়ামুকী মমাংদা ভারততা লাক্লুনা লৈরবনি, অদুগা ভারতকী সভ্যতা অসি মাখোইনা হৌদোক্লবনি। মাসিদি সুপনগী সংস্কৃত বিদ্যাতা মতম্বা হিন্দুসিংনদি ওইখোক্তবা ওইনা লোই। ঐখোইনা শেংনা খংবা ঙমই, মাহুদি তাইবংপানবা অসিদা আর্য্য কৌবা জাতিগী সভ্যতা অমসু সংস্কৃতি অসিনা মীওইবগী লৈনকম পুম্নমক্তা মুশি মালাদা লংসুংনা মমুংদা চংবগুম্বা লৈ, অদুগুম্বা সভ্যতা অহু মকম অমত্তদগী হৌখিবা সংস্কৃতি অমত্তগী লোসিংগী মহৈনি হাইবা অসিদি পুম্নমকনা ইন্না য়ানরবা সোইত্রবা সিদ্ধান্তনি। সিদ্ধান্ত অসিগী হৌকম অদুদি হিন্দু শাস্ত্রনা ভারতনি হাইবা অদুগা অনৌবা বিদ্যানা ভারতকী য়াংমদগী হৌখিদুনা ভারততা কোন্না ওইরুবনি হাইবা অসিতা খেন্নবনি। খেন্নরিবা অসিগী মমক্তি ঐখোইনা মত পীদুনা মাহুগীদমক য়াম্না প্রমাণ পীবদি মকম অসিদা তৌদরে। তৌইগুম্বসু ভারতকী সভ্যতা অমসু সংস্কৃতি অসি ভারতকী য়াংমদা করিগুম্বা মকম অমদা ওইরকপা, মাহু পুদুনা ভারততা কোন্না চংলক্লগা ওইবনি হাইবা অসিদি ঐখোইনা থাদোকপা ঙমদে, মরমদি তুলনাত্মক বিদ্যানা পুখোকপা বিজ্ঞান সম্মত ওইবা সিদ্ধান্ত অসি বেদ সাহিত্যানা চুমই, হাইনা সাক্ষ্য পীরি। মাহুগুম্না ভারততগী হৌখিবনি, আর্য্য জাতিগী অহানবা খোককমদি ভারতকী আর্য্যাবর্ত্তনি হাইবা হিন্দু জাতিগী সংস্কৃতি অসিগীসু বেদনা সাক্ষ্য পীরি; মরম অসিনা ঐখোইনা বেদগী প্রমাণনা মরম ওইদুনা অসি সিদ্ধান্তগী মতুংইন্না ভারতীয় সভ্যতা অমসু সংস্কৃতিগী হৌকম, অমসু হৌদোকপা ইতিবৃত্ত অদু ইগনি।

ঐখোইনা মাগী মথক্তা পোক্লুনা তিংদুনা লৈরিবা লৈপাক লৈমা অসি মকমথুনিংগী সুংশিৎ অমসু অচিক অমা মানদে। মাহুগুম্না মতম পুম্নমক্তাসু মহাক্কী মওং লোইননা মশা অসিসু হোংলকই। অদুগৈ মহাকনা মাগী ময়োল—কেন্দ্রদগী ...। চহি লক্ষ লক্ষ কয়ামুক হৌথ্রবা মহাক্কী মনঙ্গল অসিদা থরাই পানবনা লৈবা

য়াবা মওং অসি ওইখিবনি। মাহুম্না ওইরকপা অহুম্সু মতম অমওুদা মফম পুম্নমক চপ-মান্না থরাই পানবা লৈবা য়াবা ওইদে। লৈপাক লৈমা অসিগী মচেৎ মচেৎ অমামম থরাইপানবনা লৈবা য়াবা মওং হৌরকই।

থরাইপানবাসিংসু—ভা, তিন, উচেক, শা, মী হাঙ্গৈবা পুম্নমক অসিমু মাসুম্না তোঙান তোঙানবা মাগী ২ জাতি য়্মসিনা হুজিক ওইরিবা মওং অসুম্না থোরকপা নত্তে। অহান-বদা ওইরম্বা মওংদগী হুজিক ওইরিবা মওং অসি কয়ামুক মথং মথং হোংলক্নুনা তারবা মওংনি। হুজিক্কী চহি লক্ষ কয়ামুক্কী মতুংদাগী হুজিক ওইরিবা মওং অসিদগী অতোপ্পা মওং অমা ওইরকখিগনি। মরুদগী পোকথাইবত্তা ভাইরিবা ময়োল পুম্নমক্কী অহানবা মওং অহু ইমান মাম্নমই, অহুগা চাউরক্লগা মাগী মাগী জাতিগী মওং ওন্নকপা অহুগুম্না ইহান হানবা মতমদুদি জীবসিং অসি মওং অমত্তা ওইরম্বনি।

মাপুমনা থরাইপানবনা তাইবংপান অসিদা লৈবা হৌরকপদা মী হৌঙ্গবা জীব অসিনা ইহান হান্না থোকখিবা মফম অহু ভারতবর্ষ অসিনি, অসুমনা বেদনা হাঙ্গই। বেদনা হাঙ্গহুনা ঐথোইনা থংলিবা অসি মতম অসিগী চাউথংলবা জ্ঞাননা তিনবা পণ্ডিতসিংনা লৈপাক অসিবু প্রমাণ তৌহুনা এংবদা বেদনা হাঙ্গরিবা য়াকম অসি অচুম্বামক্লি হাঙ্গনা চাউর চাউরবা পণ্ডিতসিংনা লেপনরে।

তাইবংপানগী অহানবা মী অনৌবাসিংনা মৈ হাঙ্গবা পোং অসি অহানবা পুথোকপা ওনলমদে, শকসু থংলমদে। মৈ হাঙ্গবসিনা তাইবংপানবগী সভ্যতাদা চংবা পোং পুম্নমক্কী অহানবনি অমসু মরূ ওইবা অথোইবনি। অহুনা পোংশক অসিবু ব্রহ্মাবর্ত্ত কৌবা মফম সরস্বতী তুরেনগী মপান্দা তাবা কাংবু অমনা ইহান হান্না থংখি। অহুগুম্বা মীসিং অহুনা বেদ থংখি, তাইবংপানগী সভ্যতা পুম্নমক অসি মাখোইগী বাথনদগী থোকখিবা হাক্তনি। অসুম্না বেদ সাহিত্য অমসু স্মৃতিনা হাঙ্গ, মাহুদি পণ্ডিতসিংগী বিচার তৌকমনি।

ঐথোইনা মাসিমসু নিংখিনা হাঙ্গবা ওমই, মাহুদি—মী হাঙ্গবা পুম্নমকসি, ব্রহ্মাবর্ত্তদা অহানবা পোকপা অসিতনি, মাখোতগী মচা মপুতনা তাইবংপানবদা সন্দোকখিবনি হাঙ্গবদি নত্তে। ঐথোইনা বেদগী মফম অয়াম্বদা উবা কচি, অসিগুম্বা জাতি অসিদগী তোঙানবা মী ওইবা জাতি কয়ামুক কুইথ্রবা মতম অত্তদগীনা লৈরমই। পৃথিবী অসিদা মী কৌবা জাতিনা লৈবা য়াবা ওইরক্লবদা অত্ত অহুগুম্বা মফমসিং অহুদা মী হাঙ্গবা অসিনা য়াম্না থুনা সন্দোকখি। হৌইগুম্বগু মী ওইবা হাঙ্গবা অসিগী শিনবা মফম মতমসু য়ামই। মুহারাবা, ঈশিং চাউবা, পুকচৎ ঈঙ্কাই, অরা অনানচিংবা এক্লবা কয়ামুক্কা মী ওইবগা চুপিং চুম্না ল্যাব শোক্লহুনা লৈ। মাহুগুম্না মপানগী এক্লবা শাকৈনাচিংবা মীহাংপা জীব অহুদগী হেন্দোক্লুনা মী মাখোই মশা মশামকনাসু মশেন হাৎনৈ। মরম অসিনা মী ওইবানা

লানসিং অসিগী মমক মাগী ২ কাংবু কাংবু পুলপ লৈতবা য়াদে। অদুনা মাখোই অসি মাগী ২ জাতিগী কাংলুপ ২ নাইদুনা য়ামল্লকই থুডাইমিল্লকই।

মতম অমদা ভারতবর্ষ অসিদা প্রলয়গী মশক ওইবা ঈচাউ অমা ওইখি। মতম অদুদা ভারতডা মী অমত্তা লৈবা ঙমখিদে। ব্রহ্মাবর্তগী কাংবু অদুনা চাউরবা হি তোংদুনা অরাংথংবা চিংদা কাখত্তুনা লৈখি। মাখোইনা মতম অদুদা হি থাংখিবা চিংগী মমদ অদুবু নৌবন্ধন হায়না কৌরমই। মাসুমনা মতম কুইনা লৈখিবা তারমই। অদুনা হিমালয় চিংশাং লানখিদুনা অরাংগী লাপথুবা লম অমদা মাখোইনা লৈরুই। মফম অদু হুজিক্তি উরা কুপ্পুনা লৈবা উত্তরমেরু মনাক্তী লমদম অসিনি হায়না খংলৈ। মফম অদুদা পুং ২৪ না অহিং থুংখিদ ওইদে। অরাংগী অক্ষাংশ অসি মাসুপকী মতিক য়াম্বরে, মাদুদি মফম অদুদা থা ৬ চুপনা নুমিৎ মশক উদে, থা ৬ অমা নুডিগী নুমিৎ উই। মরম অসিনা মফম অদু অহিংদা থা ৬ নুংখিদদা থা ৬ না ওই। মতম অদুদদি মফম অদুদা উদা কুপলমদে, মীনা লৈবা য়াবা ওইরমই।

মী কাংবু অদুনা মাখোইনা ভারতডা ব্রহ্মাবর্তদা লৈরিঙৈদদি অহিং অমা নুংখিদ অমনা নোংমা ওইবা, নুমিৎ ৩০নিনা থা অমা ওই, থা ১২না চহি অমা ওই, চহি অমদা ঋতু তরুক থাইরমই। অদুনা নুমিৎ ৭নিনা চয়োল অমা শাদুনা থা ১২গী ঋতু ৬ কী মুংডাইবা নিংখিবা অদু কংলমই। অমুক নুংখিদদা থবক শুরগা অহিংদা পোৎথাদুনা অহিং কৌবা মতম অসিদু মুড়াইখ্রবা মতমনি হায়না নিংদুনা "ত্বয়ামি বাত্তিং জগতো নিবেশিনীম্" হায়দুনা অহিংবু থাগৎলমই। অকোনবা লৈরুবা মফম অদুদদি তুমদুনা লেনবা ঙমত্রবী শাংখ্রবা মতম থা ৬ চুপনা অহিং ওইখ্রবা, অহিং অদুনা ঈংবামত্তনা থবক ইথাং তৌবা ঙমদবা অমসু নিংথৃমক্তনা মী য়ামনা শিবা অদু উবদা মাখোইনা অহিং হায়বা মতম অসিবু য়ামনা কিখি, মতম অদুদা মাখোইনা অহিং অদুবু শাংবা ঙম্মক্তদুনা "পারং ন দদৃশে রাত্রিম্" অমুম্বা বেদগী সুক্তি কয়ামুক অসি হায়দুনা অহিংদা লোইবিরো হায়না লৈসি লৈখোনখি।

মতম অদুদা শরদ্ ঋতু ওইরকপা মেরাথানা হৌরকপদা অহিং হৌই, অদুনা মেরা কৌবা থা য়োৎবদা শিরগনি হায়বগী কিবামক্তনা তাইবংপানবগী মপুদা "জীবেম শরদঃ শতঃ" হায়রা চামা পুনসিজগে হায়না বর নিনরমই। মতম অদুদা অহিং হৌবগী শাচুংতেনহৈবা অমা থরানমিচাক অসি উই। মাদুবু উবা হৌবগীনা য়ারবা অহিং লেনবা হৌরমই অমসু বাসন্তবিষুব হেক তৌদুনা নুমিৎ মশক উবগী থরানমিচাক অসি উদে। মরম অসিনা নুমিৎ মশক অদু উবা তৌবা অদুদা শাচুংতেনহৈবা মুংলে নুমিৎকী মডাগা মৈ মীনা মাবু চাকথরে নিংদুনা লৈপাক্তা মাখোইনা য়াওগী শং মৈথাবা হায়দুনা কুমৈ তৌরমই।

ঙুপী. নিপা, ফঙাং, নহাঁ, হন্নবা, হন্নবী হৌদুনা হরাউবনা ঙাউসিন্নাদুনা চোংলমই।

মাস্নুন্না উত্তরমেরু মর্মাক্তা মঙম কুইনা কাংবু অদুনা লেনখি। কাইনখংনা লৈপাক্তী ঈসিং, নুংসিং অমুং অশা হোংলকপগী মতুংইগা মফম অদু ঈংবামক্তনা মী লৈবা য়াদবা মফম ওইরকলে। ঙঙাইফদবা কাংবু অদুনা মফম অদু য়াদোক্তবা য়াদবা ওইরকলে। পন্তি লৈত্রদুনা কাংবু অদুনা মাখোইগী লৈফম অদু থাদোক্তুনা মখাপাংনা লাকখি। অকোনবা হন্নকপা অসিদা কাংবু অদু মশা মশা য়ামনা থোকনা থাইথরে। মাগী মাগী খুদোংচাগদবা মফমদা চৎনখি। কাংবু অমনা হিমালয় লানথোকলক্তুনা ভারততা হন্নকই। হাঙ্গিরিবা রাফম অসি ফাউবদা ইউরোপকী পণ্ডিত-শাস্ত্রী আর্য্যাবর্ত্তদা হন্নক্তুনা পানখি। মরম অসিনা অঙাংখংবা সিংনা আর্য্যাগী কাংখুল লিরকপদা অহানবা ফংবা ঙমখিদে। উত্তরমেরুরোমদা ভারতদগী কাইরক্তুনা হিমযুগকী মতুংদা ভারততদি তাপ্রিউদা লৈরম্বা মফম অদুদগী হৌদুনা ইউরোপকী পণ্ডিতসিংনা লৌরমই।

---

## ২। আর্য্যসিংনা অনিশুবা খুন্দাবা।

ইংলণ্ডদা লৈরম্বা জর্ম্মন লৈপাকমচা ফাদরিখ মেক্সমুলারনা ইরম্বা অমসু লেংবা লাইরিক্তা অমসু পণ্ডিত অসিগী মত লৌবা ইউরোপকী পণ্ডিতসিংনাদি অনুমান তৌদুনা পুথোকই। নোংপোকথংবা এসিয়াগী ময়াইদা আর্য্যজাতিসিংনা লৈরমই। মফম অদুদা ঈসিং থুংসিংনাচিংবা ওন্নকপা অমসু করিগুম্বা মরম অমদগী লৈবা য়ারক্তুদুনা মফম অদু থাদোকপা তাখি। মরম অসিনা আর্য্যসিংনা মফম অদুদগী নোংচুপ্তা কাংবু অমা মখারোমদা কাংবু অমা অসুম্না অনিথোক্না থাইদুনা চংনখি। নোংচুপারোমদা চৎপা কাংবু অদুদগী কয়ামুকনা ইউরোপলোমদা চৎখি, অমসু মাদুদা রুস, গ্রীস, ইটালী, জর্ম্মনী, ফ্রান্স অসিনাচিংবা লৈপাক্তা খুন্দাখি। হাঙ্গথ্রবা লৈপাকসিং অসিদা লৈবা স্লাব গ্রীক, ইটালীয়, টুতন, কেল্ত জাতিসিং অসি নোংচুপ্তা চংখিবা আর্য্যসিং অদুগী মচামশুগী থারানি।

অদুগা নোংপোকথংবা এসিয়াগী ময়াইদগী মখারোমদা চংখিবা আয়াকাংবু অদুনা ঈরান লৈপাক্তা খুন্দাখি। ঈরানদা মতম খরা লৈরবাতুংদা মাদুদগী কাংবুখরা অমোক থাইদোক্তুনা ভারতবর্ষরোমদা লাক্তুনা খুন্দাখি। অকোনবা ভারততা লাকপা আর্য্যসিং অসিগী মচামশুনা ভারতকী হিন্দু জাতি অসি ওইখিবনি। ঐখোইনা বেদবু লেংবা লৈতে মাদি মথক্তা থোকচরকপনি হাঙ্গবা অসি য়াই। মাদু য়াজ্ঞবদি বেদগী বেদঙ অদু লৈত্তবা

তাই। তৌইশুমস্তু বেদনা অমোক থুপসুবা অমোক থোরকপা যুগ যুগকী নাইবা অসিদি বেদ মশামকনা য়ারিবা রাকমনি। অদুনা বেদকী সুক্তসিং অদুনা মাপী ২ ঋষিসিং অদুগী জ্ঞানদা ডালথোকপা মতম অদুদা ঋষিসিং অদুগী মতম মতম অদুগী মওং অদু থেংনা থরদংদি চংহৌই। অদুনা সুক্তসিং অদু তিনাসল্লগা মাখোইনা থোরকপা মতম অদু পণ্ডিতসিংনা থংই, মতম অদু থংবগা লোইননা মক্কমস্তু থংবা ঙমই। মরম অসিনা আর্য্যসিংনা অৱাংথংবা উত্তরমেরুদা লেরিঙৈদা মতম অদুগী ঋষিসিংদা ডানথোক্লবা সুক্তসিং অদুদা মতম অদুগী মকম অদুগী মওং অদু থরদং চুহনা লৈ, মাদুগুমনা অহানবা ভারততা লৈরিঙৈ অমস্তু অকোনবা ভারততা লৈবা মতমদস্তু ঋষিসিংদা ডাল্লবা সুক্তসিং অদুদা মহাক মহাকনা থাউরবা মতম অমস্তু মক্কমগী মওং অদু কয়ামুক চুহনা লৈ। মাদুদগী রাকমসিং অসি পণ্ডিতসিংনা থংবা ঙমই।

তুলনা তৌডনা এংবা শব্দ বিজ্ঞান অমস্তু ইতিহাস কৌবা বিদ্যা, মখোই অনি অসিনা তিন্দুনা তৌবা বিচার অমস্তু মতবাদগা লোইনদুনা ইউরোপতা রাকম অসি ইহান হাননা হৌদোকখি। মাদুনা ভারতংস্তু থুংলব দা ইংরেজী তম্বা ভারতমচাসিংনা এংনবা লৈতনা মতম অদু লৌখি। ইউরোপতাদি ইংরেজ অমস্তু অহোপ অতোপ্পা ইউরোপিয়ান লাইরিক লাংস্তু তৌবাসিংদাদি রাকম অসি য়াম্না থুনা সন্দোকখি।

এসিয়া খণ্ড অসিদা লৈবা য়াম্না লৈপাকমচা তারবা জাতি অদুমগী লোন অদুম সংস্কৃত, প্রাচীন, ঈরাণী অমস্তু আর্মেণী অদুগা ইউরোপতা তাখিবা জাতি ময়ামগী গ্রীক্, লাতীন, প্রাচীনস্লাব, আলবাণী কেল্‌ত অমস্তু ত্যুতন অসিনাচিংবা লোনসিং অসি মতম অসিদদি মরু মুৎথ্রবা অহানবা আর্য্যভাষা অমদগী পোকপনি। হৌথ্রবা খুইগী চহি চা তরামাপনগী হৌগৎলকপা মতমদা তুলনা তৌদুনা এংবা শাব্দ বিজ্ঞাননা অসিগুম্বা অচুম্বা সত্য পদার্থ অসি পুখোকখি। অদুনদি ময়েকনা তারে, আর্য্যভাষা পুম্নমক অসিগী থোরককম লোন অমগুনি, অদু ওইরবদি লোন অদু লোন্নরম্বা জাতিস্তু অহানবা মতম অদুদা অমত্তা ওইরমই। জাতি অদুনা করিগুম্বা মকম অমদা পুলপনা অহানবা মতমদা লৈরমই। হুজিকী মতম অসিদা আর্য্যভাষা ময়াম অসিনা মাপী ২ মরোন ওইবনা আর্য্য-জাতিসিং অসিনা অহানবা আর্য্যজাতি অদুগী মচা মপু ধারানি হাঙবাসি থংবা ঙমই, অমস্তু মাখোই অসিনা তাইবংপানবদা লৈবা মী পুম্নমককী সভ্য জাতিনি।

এখোইনা হুজিক্কি উবা ফঙি মাদুদি—ইউরোপকী হুজিকী কালগী অনৌবা আর্য্যসিং অসিনা পৃথিবী পুম্নমক অসি সিনথুংনা সন্দোকখরে। মাদুদি—পর্তুগীজ, হিসপালি, ওলন্দাজ, ইংরেজ, ফ্রান্সীসী, জর্মন, স্কান্দিনাভীয় হাঙবা আর্য্যসিং অসিনা আফ্রিকা, এসিয়া, আমেরিকা, আস্ট্রেলিয়া হাঙবা মহাদেশসিং অসিদা ইউরোপকী সভ্যতা সন্দোকখরে।

মাখোইনা য়ায়া নি খিনা মকম মকম অদুদা লৈরম্বা চারগী মীসিং অতবু তম্বিদুনা মাখোইগী মপু ওইদুনা পান্নরে। অসিগুম্বা য়াহৈ অমি পুম্নমক চুমলে হায়বা তম্নবম্নু তংখাই অমদি চুম্বাওয়া খোকলে।

পণ্ডিতসিংনা অনুমান তৌই. হৌজিক্কী কালদা মশকায়দৌ য়ায়া কজবা ইউরোপিয়ানসিং আর্য্যভাষা লোনবা অসিগুম্বা কুচু কুমেন, শক্তাচুপা ওইবা সুসভ্য জাতি ওইবা থাইনগী আর্য্যসিংনা মাখোইনা অকোনবদা উত্তরমেরুদগী লাকপদা অসভ্যজাতি অমসু অর্দ্ধসভ্য-জাতিসিংনা তাদুনা লৈরম্বা লৈপাকসিংদা চংখিদুনা খুন্দাকই, হায়া লৈরম্বা জাতিসিং অতবু মী হায়বা মিংকম অমি কৌবা য়াহনখি। অদুগা তাইবংপানবগী মহৌশা অমসু ইতিহাসগী মরমনা গ্রীস. ইটালী, ভারতবর্ষনাচিংবা লৈপাকসিং অদুদা নৌনা খুন্দাবা-হৌরবা আর্য্যসিংনা অনৌ অনৌবা সভ্যতা হৌদোকখি। খোদোক অস ভারতবর্ষদনা কহেন হেননা খোকখি। ভারতবর্ষগী অমুবা, হাউনাই, জঙ্গলী অনার্য্যসিংনা ভারততা লৈরমলে। মাখোই অদুদা মী ওইনা হিংদুনা পানবগী অফ মুভাই হায়বা সভ্যতা অমি করি অমত্তা থংনবা লৈরমদে। আর্য্যসিংনা ভারততা থুংলরে। মাখোইদি অনার্য্যসিংদগী য়ামনা হেল্লি। অদুনা মরেকনা তাখি, অনার্য্যসিংনা আর্য্যসিংবু মপু ওইনা লৌখি। আর্য্যসিংনা মখোইদা চংজরবা অনার্য্যসিংবু লৌসিন্দুনা মীনাই ওইনখি, অদুগা মাখোই অদু শূদ্র কৌদুনা দাস হায়বা উপাধি অমি পীখি। তৌইগুম্বস্থ অনার্য্য ময়াম ময়াম ওইনা আর্য্যসিংগী মখুত্তা থরাই থাখি। অদুগা আর্য্যসিংগী মখাপোনবা য়াদবা অনার্য্য কয়ামুকনা চিংয়া তময়াদা উন্নুং য়ামুংদা চেন্দুনা লোংখি চেনখিবা মাখোই অদুগী মচামচুনা হৌজিক্কী কালগী কোল, ভীল, সাউতাল, কুর্ক, গোঁড়, কন্ধ, উবাও, মালের, গারো, বোড়ো, কুকী, নাগা মাখোই অসিনি। মাখোই অসি হৌজিক কাউবা চিংয়া তময়াদা জঙ্গলদা লৈরি।

হৌজিকগী চহি চামরোম থরা তেরে, ভারততা লাকপা আর্য্যসিং ঐখোইদি অশেংবা আর্য্য সন্তাননি হায়না চাউথোকপাসংনা, ইংরেজী তমদুনা থংলকপদা পাউ অমি ফংই। ভারতকী ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমসু বৈশ্য হায়দুনা ঐখোয়না মশেংলে অচৌবা জাতিনি হায়না খোইরম্বদগী ইউরোপকী ইংরেজনাচিংবা জাতিসিং অসিগী থাইনা মমাঙ্গেদা শাগে ওইরমই, ঐ অমত্তগী থারানি হায়বা ফংলুবদা মপুকনিংদা মাখোই মথক্তা চাউরে. হায়না হরাউখি। মরমদি মাহ হায়রগা উচ্চবর্ণ হিন্দুসিংনা ঐখোইবু ম্লেচ্ছগী শাগেনি হায়রে হায়না থৈদে তৌখিদে আপত্তি তৌখিদে। অদুনা থক্তি. থুকল পাঙ্গলবা, মশক মতৌ কজবা, হৌনবা থংবা অমসু পৃথিবীগী উচ্চসভ্যতা হৌদোকপা জাতিগা মাখোইগা ঐ তিররমলে হায়বদু উরগা মাখোইগী খুপথুবা থমোইগী লকাদা থমদুনা নুভাইনখি। তৌইগুমদ ইংরেজ জাতিসিংনদি মাখোইগা ভারতকী উচ্চহিন্দুসিংগা থাইনা শাগে অমত্তা ওইরবনি হায়বসি

খংলগা ভাবতা অমা ওইনা লৌখি, ভাবতা অদুগী মতুংইন্না ভারতকী ব্রাহ্মণ অমসু উচ্চহিন্দুসিংবু ইংরেজসিংনা হাঙ্গি "Our Aryan brother mild Hindu" অসুমনা কৌই। ইংরেজসিংগী অসিগুম্বা বাহৈ অৱোনববি হাইনা খললগা মতিননাদি উংপা পুকচেল চাউবগী বাহৈ অসি ঐখোইগী ভারতমচা উচ্চহিন্দুগী ব্রাহ্মণনা'চংবা অদুনা য়াম্না হয়াউখি।

হিন্দুজাতি হাইবা অসিদি জাতি ময়ামনা হিল্লগা ওইবনি। অাইনা চংনরগা অনুলোম বিলোম কৌবা বিবাহগী মইৎগী মাসুৎনা ইয়ান য়াম্বা হিন্দু কৌবা মিশ্রজাতি অসি থোকখিবনি। মাগুম্না হিন্দুজাতি অসি শুইরবা ভুংদা ভারততা ভুকীনা হিন্দুস্থানবু হিজম ভৌবগী মতুংগী মথৌদি, জাতি হিন্নবাগী তিনসিন্নবা য়াদনা অসি য়াম্না কনসিনখরে. মাতুংগীদি হিন্দুস্থানদা অনুলোম বিলোম বিবাহসু লৈখরে। মাতু থোকখিরেগী ভারততা হিন্দুসিনা মাগী ২ সমাজ অমসু সম্প্রদায় তোঙান তোঙান থাইদুনা চেকসিন্না লৈনখরে, সমাজ অমগা অমগা বিবাহ তৌনখিদরে। মাখোই মশেনমক্তা তোঙান তেঙানবা অমামম ওইনা লৈংনখি। তোঙান তোঙনবা সমাজ অমসু সম্প্রদায়সিং অদুনা ঐখোই মশেন অসি অমগুনি, হন্না অমগুনি হাইবগী হুংশিনবা অমত্তা ওইনবা ভাব অদু লৈনখিদরে। ভাব অদু লৈতৈদেগীনা মাখোই মশেনমক্তা ঐখোইনা হোৎ, ঐখোইগা। অহেংবগিদা হাইনা নিংনখি, অকোনবগী ভাব অসি হউরাপকী আযাশিংনা ভারত জয় তৌরবদা অমোক হেন্না চেৎসন্নবা উপায় ওইনা থোকখি।

---

# ৩ হিন্দুসিংগী সভ্যতা হোৎপা।

মচুমুবা, শকাথবা, অসভ্য হাউনাই, অপাংবা অনার্য্যসিনা হান্না আর্য্যসিংনা ভারততা চংলক্তরিঙৈদনা ভারততা লৈরমলে। হান্না লৈরম্বা অনার্য সিং অসিগী ধর্ম্মদি য়াম্না তোনথ্রবা লৈখাতাথ্রবা ধর্ম্ম চংলমই। মৎমচৎসু য়াম্না ফজদে, হুংসিহৈতে. তৌনবি ৰরি অমত্তা খংদে। মচুতৌবা মশক ফজবা আর্য্যসিংনা ভারততা চংলক্লগা মাখেইবু জয় তৌরে। অকোনবা চংলকপা আর্য্যসিং অসিগী মথুংনা ভারততা হিন্দুগী সভ্যতা অসি হৌদোক্লবনি। অহানবা যুগতা আর্য্যসিংনা লাংলগা নিংলগা অদুগী মওং লৌদুনা বেদ সংহিতা থোকখিবনি। বেদ সংহিতাগী মতুংদা বেদনা হাইরিবা দেবতাসিং অদু লৌদুনা মাখোইগী বারি সঙ্কোক্ত না পুরাণ. মহাভারত অমসু রামায়ননচিংবা হিন্দুশাস্ত্রসিং অসি ঋষিসিংনা শেমই। পুরাণনাচিংবা লাইরিকসিং অসিনা আর্য্যাগী নিংখোসিংগী বারিতাক্লা হাঙ্গ। অদুগুম্বা লাইরিকসিং অদুনা

অনার্য্যসিংগী ধর্ম অমসু ধর্ম্মগী ঈরাংপনাচিংবা অছুসু খজিক খজিকতং য়াউই। অতোনবা অনার্য্যজাতিসিংনা তৌরম্বা পূজা, অর্চা অমসু তিনলাইসিংগী মথিংমথাসিং অছুনা হিন্দুগী বেদনা মরু ওইনা লেংবা শাস্ত্রসিং অদুদা মশা লোৎলে লোৎলদুনা থরা ২ লৈহৌই, অদুগা মশা অপুম্বদি ভারততা লাকপা আর্য্যসিংগী সভ্যতাগী ঈচেনদা তাউথদুনা আর্য্যগা য়ানসিনখিবা অনার্য্যসিংগী ধর্ম অমসু সংস্কৃতিগা লোইননা মাখোইগী জাতিয়তা মুৎখি।

ভানজা অসিদা অনার্য্যসিংগী মরমদা ভারততা খোইদোকনমক অয়াংথংবা ভারততা আর্য্যসিংগী পুকনিংদা য়াম্না তুকচবা ভাব অমা পোকখি। মাদুদি "অনার্য্য' হাইবা শব্দসি "অন্ আর্য্য" আর্য্য নত্তবা হাইবা অর্থ অসিদা হাইরবদি অদুগী অহু মত্তাইগদবনি। তৌইগুম্বসু সংস্কৃত ভাষাগী যুগতা "অনার্য্য" শব্দনা "ঘৃণ্য—তুকচবা, নীচ—অতোনবা" অমুম্বা অর্থদা সংস্কৃত ভাষাদা চৎনৈ। অদুনদি অনার্য্য শব্দনা সুপনগী জাতিবাচক অমসু সংস্কৃতি বাচক পদ ওইখিদে। শব্দ অসিনা মানসিক অমসু নৈতিককী য়ামনা তোনবা অর্থ কোংদোকখি। মাসুম তৌদুনা আর্য্যাবর্ত্তদা হিন্দুসিংনা মাখোই পুম্নমকপু অশেংবা আর্য্যনি হাইনা খল্লুনা হিন্দুসিংগী জাতি পুম্নমকপু আর্য্যাঙ্ক জাতিনি হাইনা দাবি তৌই। হিন্দুসিংনা খল্লি—আর্য্য হাইবদি দ্বিজ হাইবনি, দ্বিজ হাইরগা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমসু বৈশ্যবু কৌই। শূদ্রদি আর্য্য নত্তে। ভারততা আর্য্যজাতি হাইবগা দ্বিজ জাতি হাইবগা মশা অমত্তনি পোৎ অমত্তগী মীনি। হিন্দু পুম্নমক চপ মাননা দ্বিজ, আর্য্য অভিজাত ওইয়ু নশাবু অচৌবনি খল্লুনা অচৌবগী নগুণ ভাকউ, অসুমনা ঐখোইনা পাম্বা অসিদি মতম অদুগীনা তৌরক্করে।

আর্য্যজাতি দ্বিজ জাতিবু শাগৈ জাত কত্তবনি—অনার্য্যগা য়াম্নবনিবু হাইরবসু জাতি অসিদা খজিক্তংবু হাইরুরবা, নত্রগা হাইগদবগী ভাবতা ঈজিততা তৌক্করবসু ঐখোইবু হিন্দুসিংনা পাষণ্ডী ভাবতগী পোকপা পুকচেলনি, পাপীনি জাতিদ্রোহ তৌবনি অসুমনা লৌনগনি। মাদুগুমনা হিন্দু আর্য্যজাতি দ্বিজবর্ণবু. প্রাচীন জাতি নত্তে, অনৌবনি খাইনদি সভ্য ওইরমদেতা হাইরবসু হিন্দুসিংনা মথকী ভাব অদু ঐখোইদা তৌগনি, খল্লি। তৌইগুম্বসু হিন্দুসিংগী মপুকনিংদা সত্যাগ্রসাদ্বিংসা (অচুম্বা থংনবা থিনিংবা) হাইবা পুকচেল অসিদি পুকনিংদা মুমিৎচুম্না থাদোক্তে। ঐখোই হিন্দু হাইবা জাতি অসিগী পুকনিংগী সংস্কৃততা পোৎশক অদুমনা মশা পুমনমকতা সিনথুংনা য়ৈসিল্লুনা লৈ, মাদুদি—সমন্বয়, সত্যাগ্র সদ্বি সাং অমসু অহিংসা (অমগা অমগা মরি থিদুনা পোৎথিবা যুক্তি, অচুম্বা থংবা পাম্বা, অমসু জীববু মাংনবা তৌদবা) মাখোই অদুম অসিনি। হিন্দু ঐখোইগী ইপা ইপুসিংগী চৌথ্রবা জীবনদা লৈরম্বা আধ্যাত্মিক অমসু আধিমানসিকী অখোইবদগী পোকখিবা. অসিগুম্বা সত্যাগ্র সদ্বিংসা কৌবা পোৎশক অসিনা কস্তুরী চন্দননা

চুরম্বা কীনা মাগা সমনবদস্তু লৈহৌবাগুমনা ঐখোইদস্তু হৃজিক কাওবা লৈহৌরি। মরম অসিনা অচুম্বা খিবদা ঐখোইগী সংস্কারগী করিগুম্বা অকাইবা রা শ্বাউরবস্তু লাইরিক অসিনা লোইদরিবা মখেদি হিন্দুসিংনা পাখিগনি হায়না ঐখোইগী পুকনিংদা চেংনা থমই।

আর্য্যভাষা সংস্কৃত হায়বসি ভারতবর্ষদা আর্য্যসিংনা পুমনমকী মপু ওইরমই, হায়বগী অথোইবা যুক্তি তৌকম অমনি। মাহুদি হিন্দু পুমনমকী শাস্ত্র পুমনমক সংস্কৃত ভাষানা ইবা ওাকনি। অহুগা অরাংথংবা ভারততা মাসি নত্তবা আর্য্যভাষা মখল অমা লোম্নরি (মাহুদি—পঞ্জাবী, হিন্দী, বিহারী, বাঙ্গালা, আসামী অসিনাচিংবনি) ভারততা আর্য্যসিংনা মপু ওইনা পানখি হায়বগী চংনরিবা লোন অসিনা অনিস্থবা যুক্তিগী মশকনি। অমস্তু মাসি নত্তবা অমনা বেদ নত্তরবস্তু পুরাণগী মততি অসিনি। হিন্দু ইতিহাস নত্রগা ইতিবৃত্তদি অনাদি কালদগীনা হৃজিক কাউবা অতংপা লৈহনা ধারাবাহিক ওইনা লৈ। অহুনদি ভাষাদা অমনা সাহিত্যদা অনি অসি তেঙ্গরগা তৌবা যুক্তিনা ভারতকী হিন্দুসিংনা ঐখোই আর্য্যনি হায়বা থাসগী অচুম্বা থংনবা শাক্কীনি।

মথক্তা হায়রিবা যুক্তিসিং অসিগী বিরুদ্ধদা যুক্তি কয়ামুক লৈ, মাখোই অহুগী মরক্তা থরগী মখেদি অসিনি দাক্ষিণাত্য হায়বদি দক্ষিণ ভারততা য়ামনা সত্তা ওইখ্রবা অনার্য্যভাষা মখল অমা লৈ; সংস্কৃতকা লোইনবা উত্তরাপথগী আর্য্যভাষাদা মশা পুমনমক্তা ল্ তোং কাউবা চুখ্রবা অনার্য্যভাষা অমা; খৃষ্টগী পোকদবা মম্মাংগী চহি চামরিগী মমাংদা ওইরম্বা হিন্দুসিংগী সংস্কৃতিগী খুদম কংদবা, ভারতকী মপালদা লৈবা আর্য্যসিংগী ইতিহাসগা চাংদমনহুনা এংবা, হায়খ্রবা পুমনমক অসিনা মথক্তা হায়খ্রবা ভারতকী হিন্দু আর্য্য দ্বিজবর্ণসিংগী ভাব ঐখোইনা মহেল্লে, হায়বা সংস্কার অসিগী বিরুদ্ধদা লৈ।

মুথাথংবা ভারততা তামিলভাষানা মাগী চাউরবা মশক অমস্তু কুইখ্রবা সাহিত্যগা লোইনহুনা ভানহুনা লৈ। মহাকনা লৈরিবা অসিনা দ্রাবিরীসিংগী মরম্মাইগী তোঙানবা সভ্যতাগী মাংহনবা য়াত্রবা খুদম অমনি। অসিগুম্বা দ্রাবিরীয় সভ্যতা অসিনা চাউখ্রবা আর্য্য সভ্যতাদা লুপহুনা মশা অহু লোইনা মাংহনবা তৌখিদে। ভারতকী আর্য্যভাষাগী আর্য্যভাষানি হায়না তাকপগী অখোইবা খুদমদি বৈদিক ভাষানি বৈদিকভাষা অসিনা প্রাচীন আর্য্যজাতিগী ইথাইথগী তোঙানবা সভ্যতানা লেংদনা লৈ। অহুগা মাঙোন্দা অনার্য্যসিংগী ভাষাগী মতিক মঙানস্থু থর চংহুনা লৈ। অহুগা ভারতকী আর্য্যভাষা (সংস্কৃত অমস্তু হিন্দীনাচিংবা) দদি অনার্য্যভাষানা মাস্থুপকী মতিক কয়া মাগী মতিক চংখি, মাহুদি কোল অমস্তুং দ্রাবিরী ভাষাগী কৌনকমদা আর্য্যভাষাবু হৈরগা খোকপা ভারতীয় সংস্কৃত অমস্তু প্রাকৃত হিন্দীনাচিংবা অসিনা তোঙান তোঙানবা ওইনা অনার্য্যভাষাসিংগী মস্থমদা চংহুনা মাখোইগী লৈবা অওইবা মশক অহু মাংহনহুনা লৈ, হায়বসি থরদংতা এংগনবক্তদা হেক্তা থংবা ওমই।

অমসুং রামায়ণ, মহাভারত, পুরাণনাসিংবদা চাউর চাউরবা নিংথৌসিংনা ভারততা পাম্লম্বগী রা রামনা হায়, অমসু নিংথৌসিং অহুনা পানবা মফমদা য়াম্না চাউখৎলবা সভ্যতা ওইখি, হায়রিবসু গ্রন্থসিং অদুদা ফঙি। তৌইগুমসু লাইরিকসিং অহুনা হায়বা নিংথৌসিং অদুনা পাম্লম্বগী খুদম ফুরা লোকাননচিংবা অমনবা অতেক, অকাইবা খুদম অমত্তসু হৌরক ফাউবা ঐখোইনা ভারততা ফংদরি। মাথ নতগা অহুপ চাউখৎহুবা সভ্যতা অহুগী লৈরম্বগী হৌনবী খুৎথা লৈরম্বগী মতেক মরাং অতেকপা খুৎসু খুংলাই, নত্রগা চেগাই-ফাউবা ভারততা ফংদার। অদুগা রামায়ণ, মহাভারত, পুরাণনচিংগা অহুনদি চহি লিশিং মঙাগী মমাংগীনা অতোনবা ওহনা মাহুগী মমাংগী চহি কোটি অমরোমগী মতমদা পানখিবা নিংথৌসিংগী রাস্ত্র হায়, মাহুপ য়ামনা ওইথ্রবা রা হায়রিবা লাইরিকসিং অদুগী মশামক অহুদি সুপনগী চহি লিশিং অনিরোমগী খজিক। হেনবনগীনা চহি চাভবেং লিপালদা ছাইরিবা লাইরিক ঙাঙনি। অদু অত্তগুম্বা লাইরিকসিং অহুনা ভারতকী কুইর কুইরবা য়ারি অমসু সভ্যতা হায়। অসি নত্তবা খুদমদি অমত্তা যংদরি। অহুনদি ভারততা পানখিবা হিন্দুগী সভ্যতাগী খুদম হায়বমত্তবু কুহদারবা লাইরিকসিংনা কুইথ্রবা য়াম্না য়াম্না হায়বা অসিমত্তা মতাই অহুনা ভারতকী হিন্দু সভ্যতাগী কুইরে হায়বা খনবা ফমাণদি সাহিত্তাদা হাপতুনা পুথোকপা নত্তনা খুৎপাইহুনা, মৎনা উতবা য়াবা খুদম ফংরে। মৌর্যযুগকী মমাংদা ওইখিবা হিন্দুসভ্যতাগী পুথোক্লবা খুদম অমত্তা লৈতে।

মিসর, বাবিলদেশ, আসিরিয়া, মধ্যএসিয়া, ক্রীতদ্বীপ অসি অসিগুম্বা লমদা চহি লিশিং অহুম, মরি, মঙাগী মমাংদা ওহরম্বা পোৎ য়াম্না ফঙি। ভারতবর্ষদা মোহেন-জোদড়ো অমসু হরপ্পাদা লৈফুংদা তৌরগা ফংবা কোয়ুং অতেকপা পোৎ অমনবা য়াম্না ফংলে মাহু চহি লিশিংমরি, মঙাগী মমাংগী পোংনি; তৌইগুনসু পোৎসিং অদু আর্য্যসিংনা সারম্বা শেম্লম্বা নত্তে, অতুমনা পণ্ডিতসিংনা বিচার তৌহনা পুথোকনখ্রে।

অদুগা ভারতবর্ষ নত্তবা অতোপ্পা-লমদমদা লেবা আর্য্যসিংগী ইতিহাসদা বিচার তৌহনা এংলবদি ফংবা ওমই, মাহুদি আর্য্যসিংনা মাখোইনা হায়না লৈরম্বা মফম থাদোক্লুনা থিনবদা পণ্ডিতসিংনা ফংনরে, মাহুদি আর্য্যসিংনা মাখোইগী হায়গী লৈফম থাদোকলুনা অনৌবা মফমদা খুন্দাবা তৌবা, হায়না লৈরম্বগা মাখোইগী থংনবা তৌরকপসি হৌজিক্কী ইতিহাসগী যুগতা চংলকপা অসি চহি কয়াবোম সুরদগে হায়না হৌজিক্কী কাল অসিদা চহি লিশিংমরিমথাই, মঙারোম সুরে, অতুমনা ইতিহাসসিং অহুদগী ফংবা ওমই। মতম অসিদা আর্য্যসিংনা গ্রীস অমসু উত্তরপূর্ব্ব, এসিয়া মাইনরদা লৈরম্বগী খুদম ফংই অসিগুম্বা মতম অসিদগী য়ামনা কুইথ্রবা কাইনথংদা আর্য্যসিংবু ভারততা লৈরি হায়বা ফঙি। ভারতবর্ষগী ইতিহাসবু অতোপ্পা লৈপাক্কী ইতিহাসদগী তোঙান্না থমহুনা বিচার

থোৱা চুমদে। পারস্য, বাবিলদেশ অমসুং এশিয়ামাইনার অসিনাচিংবা লৈপাক্কী ভারতকা য়ামনা অচেৎপা মরি লৈনৈ। অসিগুম্বা ভারতকা মরি লৈনবা লৈপাকসিং অসি ভারতকী প্রাচীন ইতিহাস খিবিগসিংগী পাইহনা এংকম অমনি। মাখোই অদু তশেল্লগা ঐখোইগী ওইজবা করিসু লৈতে। গ্রীসনাচিংবা অতোপ্পা লৈপাক্কা লৈবা সংস্কৃতি অমসু জাতি কয়া কয়াযুক ওইখি, মাখোই অদু হিন্দুগী সংস্কৃতি অমসু জাতিগী ইতিহাস খিবদা য়ামনা কান্নবা অমনি।

হিন্দু সভ্যতানা করম্বা মতমদা হৌরকই, অমসুং করম্বা মতমদা মচাক্কা মপুং ফাহনা মাগী মহিক মহান সম্বোকহনা ভাইবংপানবদা মরম্নাইগী অতোপ্পা মওং অসি ওইবগে? অম্মুম্বা য়াহং মনি অসিগী মরমদা য়ামনা কয়া লৈনরিবা পণ্ডিতসিংগী তোঙান তোঙানবা মতসিং অদু খোমজিল্লগা ময়ামগী সাধারণ ওইনা লৌনরিবা মওং অমত্তং ঐখোইনা লাইরিক অসিদা খজিক্কং উৎলম্বা হোৎনরি। মরম অসিনা অথংবা অহুম্বা অমগী মথক্তা হাপ্পুনা খংদারিবাবু পুথোকপা অনুমানগী প্রকার অহুদা ভাংবা নত্তনা মুপনগী ইতিহাসগী হৌনাবি মথং মনাউগী মখৈ হাঙ্গরগা অমুক হন্না লেংসিনবা মওংদা হিন্দু সভ্যতাগী য়াহং অনিহু পুথোকনবা হোৎনরি।

হুজিকগী চহি লিশিংমডাগী মমাংদা (খৃষ্টাব্দগী মমাংগী চহি লিশিং অহুমরাইদা) মধ্য নত্রগা পুর্ব্ব ইউরোপকী করিগুম্বা মকম অমদা আর্য্যসিং অসি হিল্লমই'। মকম অদুদা লৈরিঙৈ কাওবা আর্য্যজাতিসিংনা সভ্যতাদা চাউখৎপা ওইরমদরি। আর্য্যজাতিনা সভ্যতাদা চংলকপা চাউখৎলকপাসি পৃথিবীগী প্রাচীন জাতি অতৈ অহৈনা য়ামনা চাউখৎখ্রবা মতুং কাইনখংদা মাখোই অসি ফংলকপনি। অহুমনাদ ওইরবদা মাখোইগী মশাদা থবক তোৱা (কর্ম্মশীলতা) য়াথল তোৱা (চিন্তাশীল) কনবা নিংথিনবা শেম্বা (কল্পনাশীল) গুণ অসি ভমজ্রবা মখৈ তোক্তবা (দৃঢ়ব্রত) অহুগা কাংবু চেংপা (সঙ্ঘবদ্ধতা) হাঙবা 'গুণ অসি য়ামনা নিংথিনা লৈ। হুজিকী কাঙগী উচ্চসভ্যজাতিগী মীসিংনা হুপীযু' য়ামনা সম্মান তোৱা আস' মতম অহুদা মাখোইদসু ওইরমই হাঙনা অনুমান তোই। আর্য্যজাতি অসিগী 'Tribe গোত্র লৈ অহুগা গোত্র অহুগী লোনদি অহানবা লোন মূল ভাষাদগী খৈখি।

মাখোইনা অহানবা উত্তরমেরুদগী লৈনকম থাদোকললকপাসি নিংথমবদগী লৈবা ভমদহুনা লাকপনি, মাংগুম্বা অকোনবগী লৈকম অসিদগীসু নিংথম্বানা থাংবা য়াত্রহুনা পূর্ব্ব 'মধ্য ইউরোপতগী অমোক হন্না অনৌবা মকমদা চংতবা য়াখিদে। মকম অসিদগীদি লোংচুপ, লোংপোক, অয়াং অমসু মথারোমদা চৎনখি। মাখোইনা মাসুম্না চৎথোকখিবদা লোংপোক অমসু অয়াংদা উয়াল আল্টাইগী জাতিসিংগা ইহান হানবদা উনখি'।

হুজিকগী চহি লিশিং মডাগী মমাংদা আর্য্যসিংনা লৌ উরমই, যগ ইরোই লৌইরমই,

মাহুনা মাখোইগী হিংনবা পাব্নবা উপায়নি। মতম অহুদা পৃথিবীগী মকম অতৈদা লৈবা অনার্য্যসিংদি য়াম্নবা চাউখংখি। প্রাচীন সভ্যতাগী মথং মনাউ খিরকপদা ইহান হানবদা মিসরগী সভ্যতা ফংই, মাহুদি হুজিক্কী চহি লিশিং হুরুক্কী হেনখ্রবা সভ্যতানি। অনিস্সুবদা বাবিল অমসু আসিরিয়াগী সভ্যতা, মাসিদি মিসরগী সভ্যতাগা খোম নাউমা ওইনা লৈবা সভ্যতানি। চাঙ্খ্রবা সভ্যতা অনি (মিসর অমসু বাবিল আসিরিয়া অনি) অসিগী এসিয়া-মাইনর অমসু য়ুনালগী সভ্যতানা তোঙাললি। হাঙ্খ্রবা সভ্যতাসিং অসিদা মথল মখা য়াম্নবা জ্ঞান বিজ্ঞান চাউর চাউরবা ফুরা দোলান, ফজ ফজরবা লাইসং, লৈপাক অমগা অমগা ললোন ইতিক তৌনবা, লান তৌবা, লান ওন্বগী ঈশৈ তিনশোল লাইশোল, ঈড়াংপা, পুরাণগী য়ারি, পুরোহিত—মাইবা—মাইবী থুংসা হৈবা, লাইশাবা, একপা, মুংদা একখোৎপা, চফুদা একখোৎপা, কোলজিক হৈবা, চফু শাবা, অসিনাচিংবা সভ্যতা পূম্নমক্তা মশক খোকনা পানখিরমই, আর্য্য জাতিদি মাখোইগী তৌগংফকপা অবস্থা অহুদা অসিগুম্বা সভ্যতা অসি করি অমত্তা লৈরমদে, চফু ফাউবা শাবা হেরমদে। শিল্প বিদ্যাসু মাখোইগী লৈরমদে মরম অসিনা আর্য্যসিংনা ভারততা অহানবা লৈরম্বগী মতম বৈদিক সাহিত্য নত্তুনা ভারততা অমত্তা খিবা হুজিক ফংদে। আর্য্যসিংনা মাখোইগী অহানবা হৈবা হাঙ্গবমক্তবু লো উবা, শা যণ লোইবা অসিনা হিংনবা উপায় ওইহুনা সগোল তোংবা, সগোন থাকপদি মাখোইনা অহানবদা হৈখি। সগোননাচিংবা রথ তোংহুনা থুনা চৎপা অরাপ্পা লমচৎপা অসি আর্য্যসিংনা ওম্নমই। মাহুগী পাঙ্গলনা আর্য্যজাতিনা অহানবদা অহানবা ইতিহাসগী যুক্কী লানখোকপা ওমখি, মতম অহুদা আর্য্যজাতি অসি আধিভৌতিকতা তথ্যাই অমা পংহুনসু মশা চেকশিনবা মগুণ ফাকপা, থবক তৌবা কনবা অমসু য়াথল লৈবা মরম্মা আসিরিয়—বাবিল, এসিয়ামাইনর অমসু গ্রীসকী শুসভ্যজাতি-সিংনা মাখোইবু খিংগদবদা য়ারবা থবক অমা ওইখি। খৃষ্টগী মমাং চহি ২০০০ য়াইদা আর্য্যজাতিনা ইতিহাসগী ক্ষেত্রদা কুম্নকপা ঢই, মাখোইনা অতোপ্পা জাতিগা উনহুনা তক্নরকপা অসি মাহুয়াইতগী হৌই। আর্য্যসিংনা মতম অহুদা লাকপা য়াফম অসি প্রাচীন আসিরিয়া আর্বিল, প্রাচীন এসিয়া-মাইনর অমসু প্রাচীন য়ুনালগী ইতিহাসদা কৈ। মতম অহুদা ভারত অসি করম্বা অবস্থাদা লৈবগে হাঙ্গবা চংখোম্না থংবা ওমদে। অহুগা থাক্সেশেংনা থংবদি শুপনগী মতম অহুদা ভারততা দ্রাবিরা অমসু কোল (আম্রিক) সিং অনার্য্য জাতিনা উত্তর ভারততা গঙ্গা অমসু সিন্ধুনদী মপালদা অহুগা দক্ষিণ ভারততা লৈংনা পাম্নমই।

আর্য্যজাতিনা পুলপ লৈরম্বদগী থাইনরকপা অহুগী খোঙ্গুনলিবদা থংবা ওমই, থাইনখিবসিং অহু মাখোইগী মরোলগী মরুদা থরা ২ খেম্নখি। কাংবু অমনা এসিয়া-মাইনরোমদা

লাকখি লৈখি। মাখোই অদু হিত্তি Hittete হাইনা খংনখি,_ মাখোইগী লোল অদু হৈবা পণ্ডিতসিংনা বিচার তৌদুনা হাই, আর্য্যসিংনা খাইনবা ওইবদা হিত্তি ( Hittite ) সিংনা পুম্নমক্কী অহানবনি। মাখোইনা লাক্লগা এসিয়া মাইনরগী মপু ওইদুনা য়াম্না চেকসিন্না পাংখি। হিত্তিসিং অসিনা মাখোইগী লোন্নরকপা লোন আর্য্যভাষা অদু মাসুপকী মতিক চেকসিন্না হাক্তুনা ওন্নমই। মাখোইগী অহানবা লোল অদু অতৈ আর্য্যসিং অকোনবদা খুংলাখিবাসিংদা সুনা ফংবা ঙমদরে। হিত্তিনা এসিয়া-মাইনরদা লাক্তুনা পানবা অসি খৃষ্টগী মমাংগী চহি ১৫০০ রাইদনি অদুনা মাখোইনা মকম অদুদা লাকপাদি মাসিগী মমাংগী চহি চা কয়ামুক্কী মমাংদা ওইগনি। ঐখোইনা ইতিহাসিংদা থিবদা খৃষ্টগী মমাংগী চহি লিশিং অনিরাইদা খাইদোকাখবা আর্য্যসিং অসিদা কাংবু অহুমগী লম ফংই, মাদুদি— ( ১ ) গ্রীস বিজয়ী গ্রীসবু ওন্না আর্য্যকাংবু মাখোই অসিনা গ্রীসকী সভ্য অনার্য্যসিংগা লান থেংনখি। ( ২ ) মথক্তা হায়খ্রবা এসিয়া মাইনরগী হিত্তি ( ৩ ) মেসোপোতামিয়া চৎখিবা আর্য্যগী কাংবু। মাখোই অহুমসুবা অসিনা খৃষ্টগী মমাংগী চহি লিশিং অনিমথাইরাইদা অরাংথংবা ইরাক, আসিরিয়া. অমসু বাবিল দেশতা লাকখি। হায়খ্রবা আর্য্যগী কাংবু অহুম অসি মরোলদা খরা খেনখরে। অদুনা পুলপ লৈরিঙেদা আর্য্যসিংগী মরোল অমত্তা ওইনরমই, অহুম থোকখ্রবা মরোল খেনরকপা অসিনদি খংবা ঙমই, মাদুদি আর্য্যসিংনা মরোল তিন্নদবা হৌবা খৃষ্টগী চহি লিশিং অহুমগী তঙ্খাইদনগীনি।

ঐখোইনা মথক্কী রাক্ষসিং অসিনা মরম ওইদুনা ভারতকী সভ্যতাগী করি অমত্তা মরি লৈনদে। ভারতবর্ষদা লাকপা আর্য্যসিং অদুদি উত্তর মেসোপোতামিয়াগী লম্বেন্দা লাকপনি অমুন্না ফংই। কনা কনাগুম্বাসিংনা হায়নবা মধ্যএসিয়াদা আর্য্যসিংনা লৈরমই। মাদুনা আর্য্যসিংগী অহানবা মফমনি হায়রবাসিদি পংশা শাদুনা অইবনি করিসু প্রমাণ লৈতে। আর্য্যসিংনা মেসোপোতামিয়াগী লম্বেলদা লাকপা অসি চান্নবা খংনরকঙেদগীদি আর্য্যসিংনা অহানবা লৈরম্বা মফমদি মধ্যএসিয়ানি হায়নরম্বা অদু তোকনখরে, অরানবনি হায়বা ওসেং তসেংনা খংনখরে। আর্য্যজাতিসিংনা অরাংথংবা মেসোপোতামিয়াদা অহানবদা কোংদোক্লবা মতমদা মাদুগী মরমদা বাবিলদেশ অমসু আসিরিয়াগী মীসিংনা হায়বা অদুনা আর্য্যসিংগী মরমদা ইথুাইদগী অকুইবা লেংগাগী রানি। মাদুগী রাহৈদগী থংই, য়াম্না সভ্য ওইরবা অনার্য্য আসিরীয়, বাবিলনীয় অমসু এসিয়া-মাইনরগী জাতিসিংগী মরক্তা তঙ্খাই অমা পংলম্বা আর্য্যসিংনা লাকপসি কৃষ্ণসাগরগী অরাংথংবা মপালদা লাক্তুনা কোকাসস চিং লান্দুনা লাকই। অদুগা অমনা অরাংথংবা গ্রীসকী মকদুনীয়া অমসু থ্রেশিয়াগী লম্বেনদা লাক্তুনা কৃষ্ণসাগরগী মথাথংবা মপালদা তারকতুনা এসিয়া-মাইনর অমসু মেসোপোতামিয়াদা লাকখি। লাকলিবা আর্য্যসিং অসিনা য়াম্না পৈদুনা লৈরম্বা অনার্য্যসিংগী মপৈদা থুংলে।

লাকলিবা সাগৈ অতুনা য়াম্ন ২বা মপৈসিংনা ভারিবা মকম ময়াম অতুদা চংলকতুনা লৈখি। মাখোইগী মতিক মগুণ তাক্লুনা মকম মকমসিং অতুদা ভাখি। মাখোইগী মখোরাং মশৌসিংনা হান্না লৈরম্বা অনার্য্যজাতি ময়ামবু রাএন্দুনা পাখ্রে। মাস্তুম্না মাসোমদা লাকপাসিং অতুগী মরক্তা সাগৈ অমগী মসিংদি Kashshi নত্রগা Cassite কৌই, মাসি আর্য্য-ভাষাদদি কাশী নত্রগা কাশ্য হায়ি। মাখোই অসিনা বাবিলনগর লৌসিন্দুনা চহি চা কয়ামুক পানখি। মাতুদা লৈখিবা আর্য্যসাগৈসিং অতুনা মকম অতুদা লৈরগা তপনা তপনা মকমসিং অতুদা লৈরম্বা আর্য্যসিংগা ভিন্নখি। মরোলশু হান্না লৈরম্বাসিংগী মরোলগা খিন্নখিতুনা মাখোইগী তোঙানবা মশক অপুম্বা মুংখি, হান্নগীগা পুনপ ভিনখি। হৌই, অমসু মাখোইগী নিংথৌ অমশু লুচিংবাসিংগী মমিং, লাইগী মমিং, আর্য্যসিং অতুনা লোল্লবা মরোলগী শব্দ থবাদি লৈহৌই। মাসুম তৌতুনা খৃষ্টগী মমাংগী চহি ২০০০দগীনা ১২০০গী মনুং ফাউবা মেসোপেতেমিয়া অমশু মাতুগী মনাক্তা এংলোম মারোম তাখিবা আর্য্যসিংগী অবস্থাদা খোঙ্গুল লিরকপদা ফংবা ওমই।

মাসোমদা লাকপা আর্য্যসিং অতুনা মপোল হোংতুনা সাগোলনাচিংবা গাড়ী তোংতুনা লাকখি। মাখোইতুনা লোল্লকপা মতম অতুগী আর্য্যভাষা অতুগী মওংদি ঐখোইনা হৌজিক উরিবা বৈদিক ভাষা অসিনি, অমসু মতম অতুগী লোন অতুদগী প্রাচীন ইরাণীয় ভাষা অসি পোকখি। মতম অতুদা চংপা মাখোই অতুগী ধর্ম অমসুং দেবতা মাতবু ইড়াংপা মরাংসিং অতুগী খোঙ্গুল লিবদা পণ্ডিতসিংনা ফংবা ওমই, মাতুদি—ভারততা ঐখোইনা ফংলিবা বৈদিক ধর্ম অসিনি, অতুগা দেবতানা বৈদিক দেবতাসিং অসিনি। থাঙ্গৈশেংনা থংবা ওমই, ভারতীয় ধর্মগী মওংনা তাইবংপানবদা ংশক উৎপা হৌবদি মাসোমদা (মেসোপোতমিয়াদা) লাকপা আর্য্যসিং অসিগা অমসু পারস্যরোমদা চংখিবা আর্য্যসিংগাগী মরক্তা উই। অনি অতুনা তিল্লগা থোকপা 'ধর্ম অতুগা ভারততা চংপা প্রাচীন আর্য্য ধর্মগা মশা অমত্তনি। অতুনদি মাসি থাঙ্গৈশেংবনি, মাতুদি মেসোপোতমিয়া অমসু পারস্যদা লাকপা—লৈখিবা আর্য্যসিং অতুগী ধর্মগী দেবতা অমসু মাতুগী পূজা অর্চ্চা, ভজনগী মচেৎ থরদি হৌজিক ফাউবা বেদদা সংসংনা উবা ফংলি। মাতুগী মতুংদা আর্য্যসিংনা ভারততা লোনা লাকনা ভারততা সন্দোক্লবা আর্য্য ধর্মসিং অতুগী অহানবা মশকনি হায়বা পণ্ডিতসিংনা সংসংনা উনরি। অতুনা থংবা ওমই ভারতীয় হিন্দুধর্মনা ভারততা হৌরবা মতমদি খৃষ্টনা পোকদবা চহি ২০০০, ১৮০০, ১৫০০ অসিদনি। অতুগা ধর্ম অসিগী তিনসোম লাইপোননাচিংবা অসি ভারতবর্ষনা ঋষিসিংনা খৃষ্টনা পোকদবা চহি ১০০০, ৯০০গী মমাংদা ব্রাহ্মীলিপিদা ইবা হৌই। মতম অসিদা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা অমগা ওইতুনা পুনপ লৈরম্বা বেদগী সংহিতা ভাগপু ঋগ, যজু, সাম, অথর্ব হাঙনা মরি থোক্লা খাইদোকখি।

ঐখোইনা প্রাচীন ইতিবৃত্তসিং অসি এংলগা থংবা ঙমই, উত্তরমেরুগীনা মথং মথং লাক্লুনা খুম্মাখিবা আর্য্যসিং অহুনা য়াওখিবা বেদকী ভাগসিং অহ মাংখরে। অহুগা ভারততা থুংলবা আর্য্যাসিং অসিনাসু বেদ অহু সুনা মাখোইগী মচিন্না পুরকপা ঙমখিদে অহুনা মকম অতৈম্না চংখিবা আর্য্যসিং অহুনা মাগী মাগী আর্য্যভাষানা অনার্য্যভাষাদা দুপক্লবা মতমদা থর থরদং লেমহৌবা লাইগী মমিং, খম্মগী মঙং, ঈড়াংপগী মঙং অমসুং লৈহৌবা মিং থরা মাখোই অহু উচ্চারণদা থরা থৈত্রবসু লৈহৌই। মাহু উরগা বৈদিক শব্দ অমসু বৈদিকানুমোদিত ধর্ম্মগা লোইননা এংলগা থংবা ঙমই, মাংখিবা বেদসিং অহুগী মচেৎ থরা থরাদি চংখিবা আর্য্যসিং অহুগী মচিন্দা পুথি, অহুনা মাখোইনা নিংবা আর্য্য দেবতাসিং অহ হৃজিক কাউবা ঐখোইনা ব্যাসনা থাইদোক্লবা বেদনা উবা ফংদরে। চাংদমহনা এংবদা মুতাইনবা উদাহরণ থরদং মতাং অসিদা লৌখৎলি।

( ১ ) Shimntia অরংবা উনগুমা চৌবাচিংগী মপু লাইনি, মাসি বেদদা কংব্রবা লাইগী মমিংনি। Zhumala দেবতা মাসি বেদগী হিম + জাল ওইগনি।

( ২ ) Shogamuna—পুকচৎ ঈকাইগী লাই, মতানগী মশক ওইবা লাইনি দেবতা অসি বেদদা ফংদরে, বেদনদি Shukamanas শোক + মনঃ অসুম্না হাঙবা তাই।

( ৩ ) Shuriash—মাসুম্না নিংনরিবা দেবতা অহু বেদগী Surias সূর্য্যঃবুনি।

( ৪ ) Muruttash - বেদদনা মরুৎস্ Murutas.

( ৫ ) Dakash—থরানমিচাকী মপাগী মমিংনি, মাসি বেদনা হাঙবা দক্ষবুনি।

( ৬ ) Indra--বেদদা Indra ইন্দ্রনি।

( ৭ ) Mitra—বেদদা মিত্রঃ, দেবতা।

( ৮ ) Nashathiya—বেদদা নাসত্য দেবতা।

( ৯ ) Vruuna—বেদদা বরুণ দেবতা।

( ১০ ) Aruna—সংস্কৃততা অরুণ দেবতা নিংখো নত্রগা পুচিংবা মীগী মমিং।

( ১ ) Abirattash—বৈদিক অভিরথঃ।

( ২ ) Shuzigash—বৈদিক সুজিগর।

( ৩ ) Arlamanya-rtamanyas—বৈদিক ঋতমন্যুঃ।

( ৪ ) Arzavviya—বৈদিক আর্জ্জব্য।

( ৫ ) Birimaza—বৈদিক বীর্য্যাবাজঃ।

( ৬ ) Biridashwa—বৈদিক বৃদ্ধাশ্ব।

( ৭ ) Dashru—বৈদিক দস্রু নত্রগা দস্র ওইগনি।

( ৮ ) Aitagama—বৈদিক এতগাম।

(৯) Indaruta—বৈদিক ইন্দ্রোত।
(১০) Namyawazu—বৈদিক নাম্যবাজ।
(১১) Rushmanya—বৈদিক রুচিমন্ত. ওইগনি।
(১২) Shatiya—বৈদিক সত্যঃ।
(১৩) Shubandu—বৈদিক সুবন্ধু।
(১৪) Shumittarash—বৈদিক সুমিত্রঃ।
(১৫) Shuwardata—বৈদিক সুবর্দাত্তঃ, স্বর্দত্তঃ।
(১৬) Tenwatle—বৈদিক ত্ববাও ওইগনি।
(১৭) Turbaza—বৈদিক তুর্বসা, তুর্বসুঃ।
(১৮) Tushratta=Durzhratha—বৈদিক দুরথ।
(১৯) Artashumara—বৈদিক ঋতস্মর।
(২০) Artatama—বৈদিক ঋতধাম।
(২১) Dashartti—বৈদিক দাসর্ত্তিঃ ওইগনি।
(২২) Mattiwaza—বৈদিক মথিবাজ ওইগনি।
(২৩) Saush shatar—বৈদিক সৌক্ষত্র।

হিন্দু ইরানীয় যুগকী আর্য্যভাষাগী শব্দ খরা।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| (১) | Maria | বৈদিক | মর্য্য | ( মানমী ) |
| (২) | Aika | বৈদিক | এক | ( অমা ) |
| (৩) | Tera | বৈদিক | ত্রয়ঃ | ( অহুম ) |
| (৪) | Panza | বৈদিক | পঞ্চ | ( মঙা ) |
| (৫) | Sutta | বৈদিক | সপ্ত | ( তরেৎ ) |
| (৬) | Nava | বৈদিক | নব | ( মাপল ) |
| (৭) | Tapashshash | বৈদিক | তাপস্ | ( তপ তৌবা ) |
| (৮) | Warlanna | বৈদিক | বর্ত্তনম্ | ( উরু উরু লৈবা ) |
| (৯) | Vasanna | বৈদিক | বসনম্ | ( ফিংবা ) |

( মিংসিং অসি অমসু অকসিং অসি Acta orientalia XI, I, III, খণ্ড অহুমদা কোংবা রুসি লেখক N. D. Mirano V নাইবা Aryanvestiges in the Near East at the 2nd Millenary B. C. কৌবা লাইরিকগী ভারতীয় অনুশীলণীনা লৌখৎপা অখংবা খরদং হায়রিনি।

আর্য্যজাতিগী ওইরিবা লৈপাকসিং অহুবা লৈরিবৈদা মাখোইদগী য়ায়া হেন্না চাউখংখ্রবা

Ashur জাতিগী ( আসিরীয় অমসুং বাবিলোনীয় জাতিগী ) মতিক মগুণনা মাখোইসু মতিক মগুণ পাঙ্গল ফংখি। আসিরীয় অমসুং বাবিলোনীয় জাতিগী চাউরা চাউরবা কুরা বোলান অমসু পোইদোক হেন্দোকনা আসিরীয় জাতিগী অথৌবা, পুশচেল খাব্রাদগী আর্য্য জাতিসিং অসি হুমিৎচুন্না খাংবা ভমখিদে। তৌইগুমসু মাখোইগী রীতি-নীতি অমু ভবদগী আর্য্যসিংগী য়ায়া চাউখৎপাসু ওইখি। অদুনা আর্য্যসিংনা ভারততা লাক্লবা মতমদা মাখোইগী পুশনিংদা চুরকপা আসিরীয় জাতিসিংগী মরমদা, কাউদ্রুনা ভারততা সিজিন্নরবা খুৎসা তৈবগী থবক অমসু য়ুমকৈ কুরাদোলান শাবদা তৈসিংখ্রবা আসিরীয় জাতিসিং অদুবু দেবতাগী একনবা অসুর জাতিনা তৌবনি হায়না কল্পনা তৌনরৈ।

মেসোপোতমিয়ারোমদা লাকপা আর্য্যসিংনা মরম অদুদগী অমোক নোংপোকলোমদা লাকপা মাখোই অদুনা পারসিক অমসুং ভারতীয় আর্য্যসিংগী অতানবা মপা মপুনি। নোংপোক্তা লাকপা আর্য্যসিং অদুগী মরক্তগী পশু (পার্শ্ব) মদ, শক, পার্থব, কৌবা শাগৈ কয়ামুকনা পারস্যদা লৈখি। ভরত, কুরু, মত্র, শিবি, দ্রুহ্যু, ত্রিৎসু, পুরু, ভৃগু অসিনাচিংবা শাগৈ কয়ামুকনা ভারততা লাকই। মতম অদুদা পারস্য অমসু ভারতকী অরাং অমসুং নোংচুপলোমদা অনার্য্য কাংবু অমা লৈরমই, মাখোই অদুবু দাস নত্রগা দস্যু কৌরমই।

ভারতকী মপান্দা লৈবা অনার্য্য জাতিগী দস্যু কৌবা কাংবুগা আর্য্যসিংগা য়ায়া থৎনচৈনবা লান শোক্লবা তৌখি। মাসুম্না থৎনচৈনবা অসিগী মরম ঋগবেদদাসু উবা ফংই। মতুংদদি অনার্য্য দস্যুসিং অদুগা মবক মরকতা চান্নখি।

---

# ৪। ভারততা আর্য্যনা খুন সন্দোকপা।

ভারততা আর্য্যসিংনা চংলকপা মতমদা হান্নগা অনার্য্য ময়াম লৈরমই, মাখোই অদু মথল অদুমতা খোকনা খাইদোকপা য়াই।

(১) Negrito নেগ্রিটো ( নিগ্রোবটু ) কৌবা অনার্য্যসিং মনাতোন নম্বা, য়ায়া য়ুবা, আফ্রিকাগী নেগ্রো মানবা, য়াউগুন্না মকুচোম্বা কাংবু অমা লৈরমই। মাখোই অদুগী মশাদা সভ্যতা অমত্তা য়াউদে। ইসিংদা ঙা ফাদুনা চাবা, জঙ্গলদা লৈবা শা উচেক কাওনা চাবা কাংবুনি। জাতি অসি হৌজিক্কি পুম্নাং মাংখরে। সুপনগী মথাথংবা বেলুচিস্তানদা, মথাথংবা ভারততা অমসুং আসামগী চিঙ্গুং মান্নংদা লেমহৌবা থরাদি

করিগুম্বদা য়ায়া য়ানা ফিংহুনা লৈ, মাখোই অহু হুজিক কাউবা সভ্যতা ফংলবা মী উরগা শা য়োংগুমনা য়ামনা চেল্লি, ময়ুম শাবা হৈতে, চিংগী অহোবদা লৈরি। মাখোই অসি ভারতকী অহানবা জাতিনি অমুম্না ইতিহাস হৈবাসিংনা অনুমান তৌনৈ।

( ২ ) Austric আগ্নিক জাতি, মাখোই অসিনা ভারতকী অয়াং-নোংপোক কোনমদা লাক্কুনা আসাম, বর্ম্মা অমসুং হিন্দচিন লোমদা তারক্কুনা ভারততা লৈরম্বই। মাখোই অসি নাত্তোন্দি পিকলপ ত্তৌই, মাখোইগী মরোল্দগী মধ্যভারতকী কোলজাতিকী মরোল অমসু আসামগী খাসী জাতিগী মরোলসিং অসি থোকখিবনি। মাখোইগী সাগৈনা হিন্দ-চীন, মালয়দেশ, অমসুং ভারতীয় দ্বীপ পুঞ্জ, অহুগা প্রশান্ত মহাসাগরগী দ্বীপসিংদা লৈ। ভারতবর্ষন্দি গঙ্গাগী মপাল মপালদা অমসু মধ্য অমসুং দক্ষিণ ভারততা য়ামনা লৈ। হিমালয়গী মচিদাসু লৈ হায়বা ভূপর্য্যটকসিংগী প্রমাণদগী কংই। মাখোইনা তৌবা থবক্কি পো উবা, য়ুবীথাবা, অসিনাচিংবা তৌহুনা মহৈমরোং লোকই। থবক ইথাং তৌবা, কুমৈ কিয়োং, অমসুং ধর্ম্ম কর্ম্মদা পানাহৈনা এনবা হায়বসি আগ্নিক জাতিগী চংনবা ধর্ম্মদা থাজবা অমসুং তিনমোল লাইমোলসিং অহু হিন্দুনা সিরগা অমোক পোকপা কৌবা বিশ্বাস অসিগী মহুংদা ফুমহুনা য়ামনা চংখি। অহুগা হিন্দুগী পূজা পদ্ধতি অমসুং বিবাহ, শ্রাদ্ধ শোনবাদসু আগ্নিক জাতিগী ধর্ম্ম য়ামনা চংহুনা লৈখি। আগ্নিক ভাষা লোনবা জাতি অসিনা ভারতকী ত্তপাকতাদি হিন্দু মরক্তা তিনসিখিহুনা মাখোইবু তোত্তানবা জাতি অমনি হায়বা ফাউখি।

( ৩ ) হায়প্রবা জাতি অনি অসি নত্তবা অনার্য্যজাতি মখল অমনা দ্রাবিড়জাতিনি। মাখোই অসিদি ভারততা আর্য্যসিংনা লাক্করিঙৈদনা য়ামনা চাউখত্তুনা ভারতত্তা পালম্বা জাতিনি। পণ্ডিতসিংনা খংনৈ, মাহুদি দ্রাবিড়জাতিদি মরেপ তৌঙ্গানৈ, মনাহোন শাংই, অমসু চাইরুং কল্লি। মাখোই অসি ভারতকী নোংচুপথংবারোমদা য়ামনা মাখোইগী নক্কবা অচেৎপা মরি লৈনৈ। ভারততা আর্য্যসিংনা লাকদবা মমাংদা চহি লিশিংকয়ামুক্তী মমাংদা পশ্চিমঘাতলোমদা লৈরম্বই। অহুদগী দক্ষিণভারততা মাখোকনা য়ামনা চেকসিন্না লৈখি। অমসুং অয়াংথংবা ভারত অহুগা নোংপোকথংবা ভারততাসু মাখোই অসিনা সম্দোকলমহ, অসুমনা পণ্ডিতসিংনা অনুমান তৌই। মাখোই অসিনা আগ্নিকজাতিসিংগা য়ামনা তিন্নখি। আগ্নিক জাতিদগী দ্রাবিড়জাতিনা সভ্যতাদা য়ামনা হেল্লি। দ্রাবিড়সিংনা চাউরু চাউরবা ফুরা দোলান, অচৌ অচৌবা সহর শেমখাই। হিন্দু সভ্যতাগী মমাংদা ওইরম্বা মাখোইগী সভ্যতা অসিদগী হিন্দু সভ্যতানা য়ামনা লৌখি। শিব, উমা, বিষ্ণু, শ্রী অসিনাচিংবা দেবতাবু লিংখৎপা শেম্বা অসি দ্রাবিড়জাতিনা হৌদোকপনি। যোগ সাধনাগী মূলতত্বসু দ্রাবিড়-জাতিগী ধর্ম্ম চিন্তাদগী থোকখিবনি। মোহন-জো-দড়ো-হরপ্পাগী চাউরবা সভ্যতা

ওজিকনী চহি লিশিং মখাংগী হেন্না কুইথুবাসিং অসি দ্রাবিড়জাতিগী সভ্যতাগী মচেৎনি। দ্রাবিড় জাতি অসিদি আর্যাশুমনা মথ লোই, মাদু আস্ত্রিক জাতিগীদি লৈতে। শামু কোবা শাবু কাদুনা শিজন্নবা অসি দ্রাবিড় জাতিনা হৌরাকপনি।

মরম অসিনা আর্যাসিংনা ভারততা লাকপা মতমদা মামনা সভ্য ওইরবা অনার্য্য জাতি অনি অসি লৈরম্লে। ভারততা লৈরম্বা অনার্য্য অনি অদুগী মরক্তা দ্রাবিড়-জাতিগী সভ্যতানা নাগরিক সভ্যতানি অদুগা আস্ত্রিক জাতিগী সভ্যতানা গ্রামিন সভ্যতানি। ভকোনবা চংলকপা আর্যাসিংগী সভ্যতাদি কোইচং চংপা যাযাবর অমসুং লৌরাইথুক্তা তাবা গ্রামিন সভ্যতা ওইদুনা চংলকপনি। মরম অসিনা আর্য্যাসিংগী মরুচেংনা লৈরম্বা ভারতকী অনার্য্যাসিংবু মরু মুকতংপা মাংহনবা ঙমখিদে। অদুনা অহানবা লৈরম্বা অনার্য্যপা অকোনবা লাকপা আর্য্যপা নাকল নাকল ভারমই। আর্য্যাসিংনা ভারততা মামনা ওকসিল্লকপা ঙমখিদে, মতুংদদি মাইকৈ থুমিংদা জয় তৌরকপা বিজেতা জাতি আর্য্যাসিংনা মাখোইগী থুদোংচাবা মরাইপকখিবা লাকপা ওইবনা থুপী মসিংদা মামনা মামলকতে। অদুনা ভারততা জাত অহুম অসি ভাবতা লৌনবা অমসুং ঈদা তিন্নবা মামনা থুনা ওইখি, আর্য্যজাতি হাঙবসি অওবা জাতিনি, মাখোইনা অহানবা মক্তদা ভারতকী নোংচুপ্তা পঞ্জাব প্রদেশ হান্না পানখি।

আর্য্যাসিংগী মরোলদি মান্না পার্জিল লৈ, অমসুং আর্য্যাসিংদা মাখোইগী সংহতি শাক্ত ( একতা শক্তি ) মান্না কল্লি। মরম অসিনা ভারততা লাকপগা মাখোইগী মরোল অসি মান্না চেকসিন্না লিংখৎলে।

মরম অসিনা আর্য্যাগী সংহতিশক্তিগী পাঙ্গলনা অনার্য্যাসিংনা আর্য্যগী ভাষা অসি তমই। মাগুন্না ভারততা আর্য্য দ্রাবিড়, অমসুং ( কোল ) আস্ত্রিকজাতি অহুম অসি মরোল তিন্নদবা অদুদা জাতি অহমগী পুলুপ লৈমন্নবনা অমগা অমগা মা ওাংনবা ভাব ফৌনবা মতমদা পাঙ্গল চাউবা আর্য্যভাষানা ওইখি, অদুনা আর্য্যভাষানা মরু ওইখিদনা দ্রাবিড় অমসুং আস্ত্রিক ভাষানা উপভাষা ওইখি। অদুগীভুংদা জাতি অমগা অমগা মা ওাংনবা মতমদা লোন মাল্লদবগী বেড়াসাবা লাকপা অদুদা পাঙ্গলবা লোন মথাম তিনবা হৌনবনা আর্য্যভাষাবু মী পুমনমক লৌনবা লোন ওইখিবাসি ইরাই লাইনা থোকখি। মমৈদদি অরাংখ্বা ভারতলোমদদি হারগী মরোল থাদোকতুনা আর্য্য-ভাষা শুমনা লৌখি। ভারততা লৈবা জাতি অহুম অসিনা মরোল থংনরবা, ভাব থংনরবা মতম অদুদা আর্য্যাসিংগী ধর্ম্মগী অনুষ্ঠান অমসু দেবতাসিংবু অনার্য্যাসিং লৌথরে, মাদুগুমনা অনার্য্যাসিংগী তত্বজ্ঞান অনার্য্যাসিংগী ভক্তিবাদনা আর্য্যাসিংগীএমোইদা পানখি। মতম অদুদা অনার্য্যাসিংগী নিংথৌ হান্না অমসু পুরোহিত হান্না লিচং অসি আর্য্যাসিংনা তমখি। মাসুম তৌদুনা আর্য্যভাষানা মরোল ওইনরবা আর্য্যগা অনার্য্যগানা তিন্নরগা থোকখিবা জাতি অসিনা

ভারততা য়ামনা চাউখৎখি। অদুগুম্বা তিনসিনলগা থোকপা আর্যভাষা লোনবা জাতি অদুগী সাহিত্য পুথনমক সংস্কৃত কৌবা ভাষা অদুনা ইনৈ। সংস্কৃত ভাষানা মাখোইগী বাহন ওইখি। অদুগুম্বা জাতি অদু হৌজিক ভারততা হিন্দু জাতি হায়রগা খংনরিবা অসিনি। মাসুমনা ভারততা আর্য্যগা অনার্য্যগা তিন্নরগা থোকখিবা হিন্দু অমসুং হিন্দুগী সভ্যতা অসি চহি লিশিং অমা চংনা শেমগৎতুনা ওইখি। আর্যসিনা ভারততা লাকপা মতম অসি আর্যনা মেসোপোতমিয়াদা থুংবা মতমদগী খজিক্কদা থোকখিবনি। অদুনা পণ্ডিতসিংনা মাসুমনা অনুমান তৌনৈ, মাদুদি খৃষ্টগী মমাংগী চহি ১৫০০গী মমাংদা নত্রগা মাদুগী হৌগৎলমদাইদা ওইগনি। অদুগা বুদ্ধদেবগী মতম খৃষ্টগী মমাংগী চহি ৫০০ য়াইদা হিন্দুধর্ম হৌই। মতম অসিরাইদগীনা অনার্য্য তান্ত্রিক অমসু অনার্য্য দ্রাবিড়সিংগী দেবতাগী লীলা অমসু অনার্য্যসিং অদুগী প্রাচীন নিংথৌসিংগী য়াথি ময়াম সংস্কৃত ভাষাদা লেংসিনখি। অদুগা কোয়া লাকপা আর্য্যসিংগী নিংথৌসিংগী প্রাচীন ইতিহাসগা তিনসিনদুনা থদংপা য়াত্রবা তিনসিন্নবগী থৌরিনা পুনসিনখি। অদুগুম্বা আর্য্য অনার্য্য নিংথৌসিংগী য়ারিসিং অদুদা তোংদুনা রামায়ণ, মহাভারত অমসু অতোপ অতোপ্পা পুরাণসিং লেংখি। ভারতবর্ষদা তৌখরিবা অসিগুম্বা প্রাচীন হৌতাম্নু তৌখি। মরম অসিনা ঐতিহাসিক পণ্ডিতসিংনা মত অসি প্রকাশ তৌই, মাদুদি অসিনি—থাইনগী নিংথৌসিংগী শাগৈ ক্ষত্রিয় জাতিদি অনার্য্য সম্প্রদায়গী নিংথৌগী শাগৈনা ওইবনা য়াঁমই। ভারতবর্ষদা নিংসংবাথোক্তুনা কুইথ্রবা মতমদা আর্য্যসিংনা ভারততা লৈহরিঙৈদা অনার্য্য জাতিগী নিংথৌ ময়াম পানখিবা অদুনা অনৌবা আর্য্য অনার্য্যনা তিন্নদুনা থোকপা হিন্দুসমাজদা মাখোইগী মমাংগী মতিক মগুণ অদু মাংহন্দনা ক্ষত্রিয় জাতি ওইনা তিনখি। কনাগুম্বা পণ্ডিত খরনদি মত অমা হায়ই, মাদুদি ভারতবর্ষদা আর্যজাতি অমত্তাম্ন লাক্তে ভারততাদি সুপনগী আর্যগী ভাষাগা আর্যগী ধর্মগতা হৌজিক ওইরবা সংস্কৃতি (Culture drint) ইচেননা পুত্নদা ইরানদগী ভারততা লাকপনি। অহানবদা ইরানদগী ভারততা আর্যভাষাগা মথংদা লাক্লগা ধর্মনা কোয়া সন্দোকপনি ওন্নুম্না হায়ই। মাসিদি বেদগী ব্রাহ্মণভাগনাচিংবাগী প্রমাণ চুমদে হায়বা সংসংনা থংরে। আর্যসিংগী ইখাইদগী তোঙানবা অমগা ইমান মায়দবা উপাসনাগী রীতিদি "হোম" কৌই। বেদনা হায়বা আর্যসিংনা উপাসনা তৌবা লাইদি আকাশদা লৈ। লাইসিং অদুগী মচিনদি মৈনা ওই। বেদী সারগা মাদুদা থাগৎলবা মৈদা শিং থাই, মৈ অদুনা ইন্দ্র, বরুণ, মিত্র, সূর্য্য, পূষা, অগ্নি, অশ্বিনদ্বয়, ঊষা, মরুদ্গণ অসিনাচিংবা দেবতাসিংগী দমক যজ্ঞাম, ঘী, যব, তল (পুরোডাশ), শা (মাংস) সোমরোসনাচিংবা চিন্নাকগী আহুতি পী। লাইনসিংনাসু মৈনা চাকপা অদুনা মচিন ওইদুনা লৌই, অদুগা পেন্নি। হোম তৌবা মীগী দমক সগোল, ষণ, সনা, মচাথারা

ফৌ চেংনাচিংবা পী। পূজা তৌবদি আর্যসিংগীদি নৈতে। প্রতিমা নত্রগা করিগুম্বা লাইগী মশক শউবদা হৈ, লৈ, চন্দননাচিংবা কৎপা ঈড়াংপা আর্যসিংগী নৈতে। চেং থোইদিং কৎপা ফল, মুল, নৈবিদ্য, বলিদাননাচিংবা তৌবা চাক এনছাং তপ থা কৎপা উৎসব আর্য্যজাতিগী নত্তে, মাখোইনা তৌদে। মরম অসিনা পণ্ডিতসিংনা অনুমান তৌই। পূজা হায়বা শব্দ অসি মূল সংস্কৃত শব্দ নত্তে দ্রাবিড় ভাষাদগী সংস্কৃততা চংখিবনি। হায়রিবা পূজা অসিদি অনার্য্যসিংনা আর্য্য লাক্করিঙৈদা হান্না তৌরমনি। অনার্য্যসিংনা আর্য্যগা তিন্নহনা হিন্দুজাতি ওইরবা তুংদা অনার্য্যদগী লৌহনা হিন্দুনা বেদগা তিনসিন্নখি।

আর্য্যসিংনা ভারততা লাক্করিঙৈগী মমাংদা ভারততা দ্রাবিড়, কোলনাচিংবা অনর্য-সিংগী মরোন চৎনরমই। আর্য্যসিংনা ভারততা লাক্রবা মতুং কাইনথং কাউবা চহি চা কয়ামুক ভারততা ঙা র্যাভাষা অসি মুৎপা ওমখিদে। বুদ্ধদেবগী মতম অহূগী মথং চহি চা তরুক কাউবা অরাংথংবা ভারততা অনার্য্য ভাষা চৎলমই। অনার্য্যসিং অহুনা অরাং-থংবা ভারততাসু মাখোইগী অনার্য্য ভাষানা আর্য্য ভাষাদা ওনথুবা মতমদা মাখোইনা হান্না তৌরম্বা অর্চ্চা ঈড়াংপনাচিংবা অমসুং দেবতানাচিংবা ধর্ম্মগা তিনসন্নহনা আর্য্য ধর্ম্মগী দেবতা অমসুং আর্য্যগী পূজা অর্চ্চা ওইখি। মাহুবু ভারতকী মী পুম্নমকনা লৌখি। মাহুনা পুরাণগী ধর্ম্ম, পুরাণগী দেবতা ভক্তিবাদ অসিনাচিংবা অসি নৌনা ভারততা থোকখি। অমসুং বৈদিক ধর্ম্মদগী তেম্না চাউখৎপা অমসুং সুকপা তেনবা ধর্ম্ম অমা ভারতকী আর্য্য অনার্য্যনা তিনলগা থোকপা হিন্দু সমাজদা ওইখি। হান্না অনার্য্য-সিংনা নিংলম্বা দেবতাদি শিব, উমা, বিষ্ণু অসিনাচিংবা দেবতাসিং অসি বৈদিক দেবতাগা মতিক মণ্ডণ মান্নবা দেবতাসিংগা তিনসিন্নখি—শিবগা রুদ্রগা তিন্নখিবা অসিনাচিংবানি। মাস্তুম তৌহনা ওনথোকনা মপুং ফারবা পূজা তৌনগা ওৎবা দেববাদ ধর্ম্ম রীতি ওইখি।

অনার্য্যসিংনা উগী লাই, ভূত, প্রেত, যক্ষ, রক্ষ, নাগনাচিংবা অমসু দেবী শক্তি থাজবা, শা উংগী মূর্ত্তি শাহনা ঈড়াংপা পুম্নমক অসি য়ামনা কন্না হিন্দুসিংনা চৎনখি।

আর্য্য জাতিগী ওইবা বেদ সাহিত্যবু থুংগী মমাং চহি চামডা রাইদগী হৌহনা ভারততা থোকপা য়াম্নবা ( আর্য্য অনার্য্য তিন্নবা ) হিন্দু জাতিনা প্রাচীন ধর্ম্ম শাস্ত্রনি হায়না লৌখি। অহুগা হিন্দুসিংগী পুরোহিতকী প্রথাসু লিংখৎখি। হিন্দুনা বেদবু লৌবদি বেদ হায়বসি অহানবা যুগকী বিজেতা জাতি শক্তি চাউবা কাংবু আর্য্যগী প্রাচীন সাহিত্যনি, মাখোইনা ঈশ্বরগুম্বা নত্রগা ঈশ্বরনগী মথন্তা থোরকপনি হায়না য়াম্ন লুনা তৌবনি, অহুনা কোন্না ওইরকপা হিন্দুসিংনা মাহুপকী মতিক লুনা তৌখিবনি। মাস্তুম তৌহনা বেদবু মানিবা মরমনা অমসু ব্রাহ্মণবু মাখোইগী মকোকতা থাম্নংপনাপা হিন্দুসিংগী মরক্তা

অনার্য্যভাষা অহু অমোক হন্না রিঙ্গংপা ঙমখিদে। তৌইশুহন্মু অনার্য্য ভাষানা মাংখোইদুনা লৈরম্বা মখম অহু থুনা মুৎহনবদি তৌখিদে। অনার্য্য ভাষাসিং অহু সংস্কৃত অমসুং প্রাকৃত ভাষাদা চংহুনা মখা অহু লোতুনা লৈহৌই। অনার্য্যগী রাখল বিচারগী পরেংমু সংস্কৃত, প্রাকৃত ভাষাদাসু লাইরিকসিংদা য়াম্না নিংখিনা চুহনা লৈহৌই। রাকম অসি খুইনা পোক্লবা মমাংগী চহি চনি মখাইদা পালম্বা কলিঙ্গ লৈপাকী নিংথৌ জৈনধর্ম্ম চংপা খারবেলগী ব্রাহ্মী অক্ষর নাইবা র'এল লাইরিক অহু পারগা য়াম্না নিংখিনা খংবা ঙমই। নিংথৌ অসিগী মমিং কাউবা আর্য্যভাষা নত্তে, দ্রাবিড় ভাষানি। দ্রাবিড়দা কার হাইবদি অমুবা হাঈ, বেলগী অর্থনা অকবা হাই, কারবেল হাঈবগী খারবেল হাঈবা মিং অসি থোকখিবনি। দক্ষিণাত্যদা পানখিবা খুইনা পোকপগী মতম রাইগী নিংথৌসিংগী অচৌ অচৌবা র'এল লাইরিকসিং অহুদা ইবা নিংথৌসিংগী মমিংসু মাসুম্না ই। মাহুদি— ( বশিষ্টী পুত্র ) ( গোমতী পুত্র ) ( মঢরী পুত্র ) অসিনাচিংবনি। কালাপ ব্যাকরণগী শাতবাহন নিংথৌগী মমিং অসিসু সংস্কৃত নত্তে। কোলভাষাগী মিংনি অর্থদি সপোনগী মচা হাঈবনি। মহাভারতনা হাঈবা বভ্রুবাহন পোকহৈদগীনা মচানা মমাগী উত্তরাধিকার ওইবা চৎলৈ, মাহু দক্ষিণদা কোলজাতিদাসু উই অমুমনা নীলকণ্ঠনা চাঈবা অহু কেরলগী নায়রনা. চিংবা জাতিদা চুজিক কাউবা চৎনার, আসামগী খা নোংপোকতাসু মণিপুরগী মনাক্তা খাসিয়াদাসু চৎনরি। মাও উরগা ঐতিহ সিক পণ্ডিতসিংনা খংবা ঙমই, তুজিকগী চহি লিপিং অনিগী মমাংদা আর্য্যগী রীতি নীতিদা অনার্য্যগী রীতিনা মাসুপকী মতিক য়ামনা কন্না চংই হাঈবা খংই।

হিন্দু সভ্যতাগী মতম তাকনা ইতিহাস খিবাসিদি মাহুপ চান্না য়ামনা শংবা ঙম্বদে। আর্য্যনা লাকপিরৈদা দ্রাবিড়, কোলনাচিংবা হান্না পালম্বা অনার্য্যসিংগী ইতিহাসসিং অহু আর্য্যগা তিন্নবা মতমদা সংস্কৃত লোন্না ইথোকনা মখক খন্না তোংহুনা হিন্দুগী পুরাণ সংদা চংহুনা লৈখি। মাহুমনা অনার্য্যগী ইতিহাসসিংনা মাসুমনা চংবা মতমদা কোন্না লাকপা আর্য্যসিংগী য়ামনা সহায় কংখি। মাসুম তৌহুনা আর্য্য অমসুং অনার্য্যগী সমন্বয় মপুং কাখি। খুইগী মমাংগী চহি চামহা রাইদা ঐথোইনা ঐতিহাসিক যুগ অনি কংই। মাংদি মন্ত্র প্রাধান্য যুগ অমনা পৌরাণিক দেবতা প্রাধান্য যুগনি। খুইগী মমাংগী চহি লিশিং অমাদগী হিন্দু সভ্যতা হৌগংদি। অহুগা খুইনা পোক্লবা মতুং চহি চানিপাল কাউবা হিন্দু সভ্যতাগী পাখং ওইবা মপুং কাবা মতম ওইরমই।

হিন্দু সভ্যতা অসি পৃথিবী সভ্যতা অতৈগী বয়স খিনরবদি ঐতিহাসিক প্রমাণনা খংই, মাহুদি হিন্দু সভ্যতা অসিদি মিসরী, বাবলিনীয় অমসুং ঈজিয়ন সভ্যতাদগী মানা নহানি মাগীশিরুক থরাদি প্রাচীন গ্রীক, প্রাচীন পারসিক অমসুং প্রাচীন চিনী সভ্যতাগা হৌমিন্নবনি

গ্রীক সভ্যতানা খৃষ্টগী মমাংগী চহি লিশিং অনিগী মমাংদগী হৌরগা খৃষ্টগী মমাংগী চহি চামতাদা মূর্ত্তি মপুং ফাখি। হিন্দু সভ্যতাদি প্রাচীনরোমান, অমসুং গ্রীক রোমান যুগকী সভ্যতাগা লোইননা চীনগী হান অমসুং থাঙ শাংগী যুগকা চপ মাননা মতম চাং এনবা য়াই।

হিন্দু সভ্যতাবু য়ামনা কুইরে হায়না খাল্লবা কাংবুনা জ্যোতিষ শাস্ত্রগী প্রমাণনা তারিখ, মাকমৈ পুথোকখ্রনা য়ামনা শাংখ্রবা কুইখ্রবা মতম পুথোকপা হোংদৈ। মাহুসু হিন্দুসিংগী অরিবা মতাংগী ওইগনি, মাহুমক্তনা হিন্দুসভ্যতা পুমনমক পুখংপদি পণ্ডিত পুমনমকনা একমত ওইনা য়ানদে। ঐখোইনা হায়রিং মাগী হৌকম অমসুং তারকম লৈতনা সাংখ্রবা মতম কৌবা ঙম্রেদ্ অচোবাদা। পৃথিবীগী জাতি পুমনমকী হৌরকপা, তারবা মতমগী মশক ওই তুরেল মচাসিংনা তিল্লমই, অসিগুম্বা ইপাক অসিদা তাউরিবা কাউসিং ওইনা তাউরিবা সভ্যতা পুমনমক অহুবু চামথোক্না মশক তরং তরংনা তাকই। মরম অসিনা বেদ সংহিতাদগীনা মহাভারত, রামায়ণ অমসুং পুরাণনাসিংবগী মতম অহু ক্রোনলজিনা হায়বা অসেংবা মতম অহু প্রমাণ ওইনদবা লৌদবা ওমদে। সময় বিজ্ঞান লোইননা কুরুক্ষেত্র যুদ্ধবু খৃষ্টগী মমাংগী চহি লিশিং অমাগী মসুংদনি হায়না পুথোকপা অহু পণ্ডিতসিংনা খোইজংনা লৌনরে, য়ানরে।

ঐখোইনা য়াসিমাদি য়াম্না মুন্না খংবা ওমই, মাহুদি মহাভারত হাপ্লবা লাইরিক অসিনা হায়রিবা বারি মপুং অসি ঐতিহাসিকনি। ভারততা আর্য্যনা কোম্না চংলকপা মতম্ অসিদগী মমাংদা থোকখিবা প্রাচীন প্রসঙ্গ ময়াম মহাভারততা য়াউই। মহাভারততা য়াউবা নিপা মুপী ময়াম অহু আর্য্যসু অনার্য্যসু ইতিন তিল্লি।

মহাভারত হায়বসি মেসোপোতমিয়াদগী লাকপা আর্য্যসিং অহুনা থুংদরিঙৈ কুইখ্রবা মতমদা ওইখিবা প্রসঙ্গসিং অমসুং মতম অহুনা লৈবা সাহিত্যদা কোম্না ব্যাসনা শেংদোক্না মহাভারত ওইনা সংস্করণ তৌবনি। মাসুম্না শ্রীভাগবতসু ব্যাসগী সংস্করণ অসি হৌজ হৌজ তৌরবনি হায়জিক আর্য্যগী অনার্য্যগীসু প্রাগ্ ঐতিহাসিককী করিগুম্বা পোং অমতং থিগে হায়রবদা মহাভারতনা ভাণ্ডার অমা ওইহুনা তাইবংপানবদা ঙাম্মি।

ঐখোই হিন্দু অয়াম্বনা কলাব্দ কৌবা চহি অসি উরগা ইরাই লাইনা খংবা ওমই, কলি কৌবা যুগ অসি হৌবা চহি লিশিং মঙা হেল্লে। মরমদি শালিবাহনগী শকাব্দ চংলিবসি কলিগী চহি ৩১৭৯ সুবদা হৌবনি। অহুনা কলি কৌবা যুগকী হৌগংদদা লৈরম্বা কুরু পাণ্ডবকী লান ইবা নিপা মহাযক য়াউবা ব্যাসনা ইরম্বা মহাভারত কৌবা লাইরিক অসিদি চহি লিশিং মঙাগী মমাংদনি অসুম্না মতম অসিদা ইথ্রাইনা থাজনবা অসি থোইনা লানদে। অসিগুম্বা ভারত যুদ্ধনাচিংবগী মতম্ অশাংবা মতমদা পুথোকখিবা

অসি, কনাগুম্বা মতিক চাউবা নিপা অমত্তনা থোকহনখিবনি । নিপা অমত্তগী মকোক্কগী থোকপা লৌশিংদগী মী পুথনমকনা অহক্কপগী শষ্যাদা হিগুনা লৈখনি চুমদে । মাহগী মরমদা খাঙ্গেশংবা মহাভারতকারমকনাসু মহাকী মহাভারতপু মতম অহুগীনি অসুমনা নিংহন নিংখিবা ভাবগু ঐখোইনা ভারততা উদে। মরম অসিনা মহাভারতকী মতম অহুবু চান্নবা হাঙ্গদোকপদা ঐখোইগী থোইদোকপা লোয লৈখনি হাটবা নিংদে।

বাণভট্ট, কালিদাস, পঞ্চতন্ত্রকার, আপস্তম্ব, পতঞ্জলি, পাণিনি, মাখোই অসিনা মহাভারত কৌবা লাইরিক অসি উখি। মাহুনা খংবা ওহদি মহাভারত অসি খৃষ্টগী মযাংগী চহি চহুমদাদি সোইদনা লৈরে।

ঐখোইনা রারি ওইনা উবা অমাসু ফডি, মাহুদি খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৩২০ লোম রাংলিডৈদা লৈরম্বা চন্দ্রগুপ্তগী দরবারদা যাউবা মেগাস্থনীজ কৌবা উকিল অহুনা মহাভারতকী রারি অসি খংখি। মেগাস্থনীজগী লাইরিকসিং অহু খোমজিন্দুনা জর্মনদা মথংদা ইংরেজদা কোংদোকখরে। মাহুবগী ফংই, ম হুদা হাদবা 'হেরেক্লীজ" হাঙ্গবা অহু শ্রীকৃষ্ণনি। মাগী লাইরিক অহুদা হাঙ্গ, হেরেক্লীজ হাঙ্গবসি মহাকা মূলপুরুষদগী ১৫ সুবনি হাঙ্গ, শ্রীকৃষ্ণসু দক্ষ প্রজাপতিদগী ১৫ সুবনি, অসুমনা মহাভারততা ( অনুশাসন ১৪৭।২৫-৩৩ ) হাঙ্গ।

মাগী লাইরিক অহুদা কর্ণপ্রাবরণ, একপাদ, ললাটাক্ষনাচিংবা ওনথোক ওনথোকপা রারি অমসু সনাগী চিংদগী ককচেং ময়াম থোকপগী রারি অহু মহাভারতকী সভাপর্ব্ব ( অধ্যায় ৫১, ৫২ ) দগী লৌবনি। মরম অসিনা মহাভারত কৌবা লাইরিক অসে খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৪০০ গী মমাংদগীনা কাউবনি হাঙ্গবদা চিংনবা লৈতে।

লাইরিক অসি মতম কয়া কুইরে হাঙ্গনা এংবদা ইথুইদগী হেন্না চুম্বদি লাইরিক অহুদা হাঙ্গরিবা মতম অহুগী থরানমচাকী কিবম অহুনা উহেন হেল্লি। মতম অসিদা থরানমচাকী মমিং অমসুং মসি থিবদা অখিণীনা মকোকতা ওই। মাসি মহাভারতকী মতমদা হৌরম্লে। মহাভারতকী মতমদদি খোংচোংমুপী ( আগ্নেয় তারা ) দগী হৌনা মসিং থিরমই। শতপথ ব্রাহ্মণগী মতমদগীনা খোংচোংমুপী হাঙ্গবা থরানমচাক অসিনা ইথুইগী মকোকনি, মহাকী শয়োম য়াম্বা, এংবদা তাকপদা ইরাই লাইনা থংবা অমদুং বিষুবগী মপা চপচানা খোক্লম্বা মরম্বা মানা ইথুইগী মকোক ওইরমই। অহুনা মহাভারতকারনা মাগী মমাংদা চংনরম্বা লিচং অসি থাদোকখিরমদে।

হিন্দুসিংনা মেষ, বৃষ অসিনাচিংবা রাশি ১২গী মমিং চংনৈ। মাসি মহাভারততা লৈতে। মরমদি- ভারততা গ্রীকসিংনা লাকলবা মতমদা মাখোইনা পুরকপা মমিংনি। অহুনা গ্রীকনা ভারততা তারকতরিকৈদানা মহাভারত অসি লৈরে হাঙ্গবা থংনৈ। মাসি মহাভারততাদাসু নত্তে, বৈত্তেগী পুরাণসিংদাসু থরানমচাকসিংগী মরক্তা খোংচোংমুপী হাইবাসিনা

য়কোক ওইনৈ। অতুগা মেষ, বৃষনাচিংবাগী মমিংস্থু মৈতৈ পুরাণদা লৈতে। মরম অসিনা খংবা ঙমই, মহাভারত অমস্থু মৈতৈ পুরাণসিং অসি ভারততা সেকেন্দরনা লাক্লরিঙৈগী মমাংগীনি।

মৈতৈগী পুরাণসিংনা উত্তরায়ণ বিন্দুবু হারৈমাদা কৌবা থরানমচাক্তা ওই অমুম্না উখিত্নুনা মাখোইনা শ্রবিষ্ঠাবু হারৈমায়ে হাঙ্গনা কৌরমই। মাতুদি বেদাঙ্গ জ্যোতিষনাস্থু মৈতৈগী পুরাণগী থরানমচাক অসিবু উত্তরায়ণ বিন্দু ওইনা লৌই। মতম অসিদি খৃষ্টনা পোক্লদবা চহি ১৫০০গী মমাংদনি। মতম অসিয়াইদদি মহাভারত হাঙ্গবা লাইরিক অসি লৈতে। মরম অসিনা মহাভারতকী য়ারি অমসুস্থু মৈতৈগী পুরাণদা য়াউদে। মাতুগী নিংথিজবা কোংপা য়াংবা প্রমাণ কয়ামুক মহাভারততনা হাঙ্গ। পুম্নমক অতুগী মতুংদা মতমগী প্রমাণদা ইথাইদগী ইহেন হেনবদি অনুগীতাদা মহাভারতনা হাঙ্গ—

"শ্রবণাদীনি ঋক্ষানি ঋতবঃ শিশিরাদয়ঃ।
ভূমিরাদিস্তু গন্ধানাং রসানামাপ এব চ॥" অনুগীতা ৪৪।২

আদি পর্ব্বদাস্থু হাঙ্গ—

চকারাণ্যং লোকংবৈ ক্রুদ্ধো নক্ষত্র সংপদা।
প্রতি শ্রবণ পূর্ব্বাণি নক্ষত্রাণি চকার যঃ॥ (আদি ৭১।৩৪)

মহাভারতকী য়াহে অসিনা সংসংনা তাকলে বেদাঙ্গ জ্যোতিষগী মতম হাঙ্গবদি মৈতৈনা মণিপুরদা লাকপা মতমদগী মতুংদা য়াসনা মহাভারত লেংই। মাতু জ্যোতিষগী গণিত ভাগনা গতি তৌদুনা এংবদা শ্রাবিষ্টাদগী শ্রবণা নক্ষত্র কাউবা উত্তরায়ণ বিন্দুনা চহি লিশিং অমগী মান থংই। অতুনা মহাভারত অসি খৃষ্টনা পোক্লদবা চহি ৫০০গী মমাংয়াইদা লেংবনি হাঙ্গবা তরং তরংনা উই। মহাভারতপু লিহনগে হাঙ্গরবদা মাসিগী মথক্তা পুথংপা য়াদরে, মাসিনা মলোইরে।

মথক্তা হাঙ্গরিবা য়াকম অসিগী অচেৎপা তোংবা য়াদনা প্রমাণ কয়ামুকস্থু মহাভারতনা মশানা তাকই ভগবদ্গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হাঙ্গ—

"মাসানাং মার্গশীর্ষোঽহং"

থাসিংগী মরক্তা মার্গশীর্ষ—হিয়াঙ্গৈ থানা ঐনি। মাসিগী ভাবতি মতম অতুদা মার্গ কৌবা থানা চহিগী অহানবা থা ওইরমই, অতুনা থাগী লুচিংবনি হাঙ্গদুনা শ্রীকৃষ্ণনা থা অসিবু বিভূতিনি হাঙ্গর্বনি। মাতুগী দমক খিরবদি ভারতীয় অমস্থুং বৈদেশিক সময় বিজ্ঞানগী লৌনবি মতুংইন্না এংলবদা খৃষ্টনা পোক্লদবা ৬৯৯ চহিদগীনা চহি ৪৫২গী মতুংদা চহি অমক মার্গ মাসদগী হৌরমই, অতুনা হুক্তিক কাউবা থা অসিবু অগ্রহায়ণ—হিয়াঙ্গৈ কৌনরি।

অহুমদি ওইরগা খুইনা পোক্লবা চহি ৬৯৯ কাউবদি মহাভারতনা হাঈগংপা য়াদে মরমদি মহাভারত অসি বুহুনা পোক্লবা মতুংদা ইবনি, মাগদি—

"এডুকচিহ্না পৃথিবী ন দেব গৃহভূষিতা।"

( বনপর্ব্ব ২৯০।৬৮ )

অস্নুয়া মহাভারতনা হাঈবা অসিদগী খংই. মাহুদি পৃথিবী অসি এডুক তাক্লা তাই, লাইস অমত্তাস্নু লৈতে অস্নুয়া হাঈ, এডুকা হাঈবা অসিদি বুদ্ধনা শিরবা মতুংদা খুইনা পোকদব চহি ৪৮৩ য়োমগী মমাংদা শাবনি। অতুনা মহাভারত ইবা অসি ব্যাসদেবনা খুইগী পোক দবা চহি ৪৮৩ অমসুং ৪৫২ অনি অসিগী মতুংদা সোইদনা ইবনি। অতুগা মাসিগ্ন সোইদবনি, মাহুদি মহাভারতকুপ্না অচৌবা লাইরিক অসি ব্যাসনা লেংবা তোংনবদাগ্ন চহি অমা অনিতগী থৌরাংনা তেক লোইরমলোই। অতুনা মহাভারততি খুইগী পোকদবা চহি ৪৫২ গীদি মথক চহি ৪৮৩ দি হেন্দারিঙৈদা লেংবনি। মরম অসিনা মহাভারতকী য়াহ্নি মৈতৈগী পুরাণদা লৈতে, অতুগা মহাভারতনা পুরাণ ইতিহ স শেমখোকখিবা মচাকতি মৈতৈ পুরাণদা য়ায়া ফংবা ঙমই।

অনিস্সুবা পন্দুপ লোইরে।

---

# মণিপুর ইতিহাস।

## অহুমসুবা পম্বুপ।

---

## মৈতৈ-পুরাণ।

### ১। পুরাণগী অর্থ

খাইনা মমাৱৈদগী তৌদুনা নিংথৌ খুদিংগী থোকখিবা থৌদোক ইনশিনবা ইতিবৃত্তকার (State historian) থম্লমই। মাদুবু মৈতৈরোনদা মাইব (মাগধ) কৌই। মাইবসিংনা ইশিন্দুনা থম্বা থৌদোকসিং অদুবু শকপা কাংবু (সূত্রসিং) না কৌদুনা নিংথৌসিংদা শঙ্গনা তাংহল্লি। মাদুগুম্বা মথান অদুবু থোমজিনদপা মাইব-পণ্ডিতসিংনা (পুরাণকারসিংনা) ইশিংল্লু, মাদুবু পুরাণ কৌই। মরম অসিনা পুরাণদা হাইবা ৱাকম পুম্নমক থোকখিবা থৌদোক ভাঙনি অসুম্না খংনৈ।

"যস্মাৎ পুরাহ্যনিতীদং পুরাণং তেন স্মৃতম্।
নিরুক্তমস্য যোবেদ সর্ব্বপাপৈঃ প্রমুচ্যতে॥"
(বায়ু ১।২০১।)

মমাৱৈদা তিংলম্বা হাইবদি মমাৱৈদা মাসি থোকখিবনি অসুম হাইবা মরমদগী পুরাণ কৌই, অসিগুম্বা পুরাণগী নিরুক্তি (শকনবা অর্থ) অসি খংবা মী অদুবু পাপ পুম্নমকনা থাদোকই।

## ২। পুরাণদা হাইবা পোৎশক।

### (অভিধেয়)

পুরাণদা হাইরিবা ৱাকমসিং অদু কদাইদগী হৌরগা করি ইগনি, অমসু কদাইদা লোইগনি? অসুম্না খংনিংই, মাদুদি মায়কনা ভাই তাইবংপানবা অসিনা ওইদরিংঙগী মঙংদগীনা হৌদুনা তাইবংশেম্বা, শেম্নবা তাইবং অদুদা থোকপা থৌদোক ইগনি। অদুনা তাইবংমুৎপদা লোইগনি। মাদুম্না হাইবা ইবা অদুনা পুরাণগী মশকনি। মরম অসিনা শাস্ত্রনা পুরাণগী মশক থাবদা পোৎশক মঙানি হাই,

"সর্গশ্চ প্রতিসর্গশ্চ বংশো মন্বন্তরাণি চ।
বংশানু চরিতং চেতি পুরাণং পঞ্চলক্ষণম্॥"
(বায়ু ৪।১০।)

সর্গ, প্রতিসর্গ, বংশ, মন্বন্তর অমসু বংশানুচরিত মঙা অসি হুনা হাইববু পুরাণ কৌই,

পুরাণদা বিষয় মঙা অসি হাই, অহুনা পুরাণ হাঙ্গৈরগা পোৎশক মঙা অসি থংনগনি।

১। সর্গ হাঙ্গৈবদি তাইবংপানবা শেম্বগী রাকমবু কৌই।

২। প্রতিসর্গ হাঙ্গৈবনা প্রলয় তাইবংপানবা মুৎপগী রাকমবু কৌই।

৩। বংশ হাঙ্গৈবদি নিংথৌ, ঋষি, অফাউবা অথোইবা মী, লাই, চিংচাবাসিংগী শাগৈগী পোকপা, চিংবা, মুৎখিবা অমসু শাগৈসিং অতুগী মথং মথং লাকপা রাজ্সিং অহুবু বংশ কৌই মৈতৈলোন্দা মীহৌরোন হাঙ্গৈরগা থংনৈ, মাহুদি ইংরেজীদা Dynasty হাঙ্গৈরগা থংনরিবা অতুগী বংশ হাঙ্গৈবানা শন্দোকপনি।

৪। মন্বন্তর হাঙ্গৈবদি পুরাণদা ইরিবা রাকমসিং অমসুং নিংথৌনাচিংবা অতুগী করম্বা মতমদা থোকখিবনো হাঙ্গৈবা থংনবা মতমগী চাং, মথংমনাউ শেম্বা অহুবু কৌই, মনু অমদা যুগ অম্বপ ওই, নিংথৌ অহুনা পানবদি মনু অতুগী হাকতগী ঙাকনাচিংবা লেংনবনি।"

৫। বংশানুচরিত কৌবদি অফাউবা নিংথৌসিংগী পাল্লম্বা মাথোইনা তৌখিবা লান, জয়নাচিংবা অহুবু কৌই।

কনাগুম্বনা নিংবা য়াই, মাহুদি; পুরাণগী রাকম মঙা অসি মরি লৈনদে। করি মরম্মা করম্বা মরিনা রাকম মঙা অসিনা অমত্তা ওইনা তিনসিনবগে? রাকম অসি থংগে হাঙ্গৈরবদি হৌজিকী কালগী ইতিহাস বিদ্যাদা আলোচনা তৌবা তাই। হংলণ্ডগী ইতিহাস বুকনা কনাগুম্বনা নিওলিথিক অমসু পেলিওলিথিকতকী অধিবাসীদগী হৌনা লেংবা তাই। মাহুবু কনাগুম্বাসিংনদি মাতুগী মমাংদগী হৌনা হৈগদবগী খিবা হোৎনৈ। মাহুদগী অমোকশু মথক্তগী হৌগে হাঙ্গৈরবদি লৈপাক অসি করম তৌরম্বদগী হৌরকপগে হাঙ্গৈদুনা খিদুনা লৈপাকলৈমা অসিনা ওইরকপা মওং ভূতত্ত্বগী বারি অহুদগী হৌগনি। ওয়েল্‌স সাহেবকী ইতিহাসদদি মাহুদগী হৌই। মাহুদগীসু মথক্তগী হৌগে হাঙ্গৈরবদি তাইবংশেম্বা হৌবা মতমদগী হৌবা তাই। মীওইবা থোকতুনা পানবগী বারি হৌবগী মমাংদা তাইবং শেম্বনা হানলি। অদুগা বারি অহুনা লোইগদবনা তাইবং মুৎপগনি। মণিপুরগী নত্রবসু করিগুম্ব লৈপাক অমগী ইতিহাস ইগে হাঙ্গৈরবদি থাঙ্গৈশেংবদি তাইবংশেম্বদগী হৌরগা তাইবং মুৎপনা লোইগদবনি, অহৌবা অমসু অরোইবা রাকম অনি অসিবু পুরাণগী বিষয়নি হাঙ্গৈদুনা পুরাণকারসিংনা সংস্কৃত ভাষাদা সর্গ, প্রতিসর্গ কৌই। মরম অসিনা ইতিহাসদা তাইবংশেম্বা অমসু মুৎপা হাঙ্গৈবা অনি অসি ভূতত্ত্ববিদ্যাগী বিষয় ওইরবসু পুরাণদা (হৌজিকী কালগীদা হাঙ্গৈরগা ইতিহাসদা) য়াউকম থোকই।

নিংথৌ অমা পাল্লমই, য়ুহায়াবা অচৌবা অমা থোকখি, মৈগী নোং চুখি, তাইবংপান অসি ঈসিংনা থুমখি, অসুম হাঙ্গৈবা থোদোক অমা থোকখরে। মাহু করম্বা মতমদনো?

অসুম্না মী পুন্নমকনা থংলিংই। মরম অসিনা ইতিহাসদা মতম কৌবা পোৎশক অসিনা ইথুাইদগী ইহেন তেন্না কান্নবা অমা ওইনা চঙই। মতম কৌবা চাউখৎবা হৌকম তাক্কম লাব্বা কংনা চেল্লিবা অচৌবা তুরেন অদুদা লৈপাক লৈপাক্কী ইতিহাস ইবসিংনা মাগী মাগী ইতিহাস অদুগী পানসননা য়ানবা মতম অমমম শেমনৈ। ইউরোপকী ইতিহাস ইবাসিংনা মতম থংননবা চহি সিজন্নে, চহি অদু খৃষ্টনা পোকপা চহিবু লেংদবা ওইনা লৌগা বি. সি, অমশুং এ, ডি. অসুম্না শেমই। তোইখমসু ভারতকী পুরাণকারসিংনা মরোইনা লেবা পুরাণগী ৱারিসিং অদুগী মতমদা চহি সিজন্নবা হাইবদি করিগুম্বা শক নত্রগা ঈরা অমা শেমদুনা সিজন্নদে। পৃথম অসি ইঞ্চ কয়া পাকপগে হাইনা হংবদি অত্রে সমুদ্র অসি ইঞ্চ কয়া পাকপগে হাইনা হংবদি কয়া তৌনদে। তাইবংশেম্বদগী হৌবগা তাইবং মুৎপদা লোইবা পুরাণগী ৱারিসিং অদুগী মতমগী ওয়বা চাং অদুদি চহিদা হাইরবদি ফজবা ৱাংলি, অদুনা চহি অমনা লাইগী নোংমনি, লাইগী গুমিৎ ৩০ না থা, থা অদু তবানিথোইনা লাইগী চহি অমা, লাইগী চহি অদু লিশিং তরানিথোইনা যুগ কৌই, যুগ থমস্কুতরামাথোইনা মন্ত্র অমা কৌই, অসুম্না শেমদোকতুনা ভারতকী ইতিহাস ইবা পুরাণনা চহিগী মতংতা মন্ত্র হাইবা অসি সিজন্নৈ। মাদুদি ইউরোপকী ইতিহাসনা উইলিয়ম কৌবা নিংথৌ অমা খৃষ্টনা পোকপা চহি ১০৬৬ হৌখ্রবদা পাল্লমই হাইগনি। ভারতকী পুরাণকারনা হাইগনি ২৪ শুবা যুগতা অযোধ্যাদা দশরথকী মচা রামকৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই হাইগনি, অদুগুম্না মৈতৈগী পুরাণ ইবাসিংনা হয়িচকতা পাখংবগী থারা তাউথিংমাং কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই হাইগনি। মরম অসিনা মতম হাইবসি ইতিহাসদা সিজন্নদবা য়াদে। ভারতকী ইতিহাসদা সিজন্নরিবা মতমবু পুরাণকারসিংনা যুগ মন্বন্তর অসুম্না কৌই। নিংথৌসিংনা পানখিবগী ৱারিনা পুরাণগী ৱারিনা পুরাণগী মচাকনি। তাইবংশেম্বা, তাইবংমুৎপা হাইবা ওমথে অনি অসিদা মতম কৌবা পোৎশক অদুনা বংশমনা পুন্নগা লং অদুদা নিংথৌসিংগী চরিত অকাউবা মী, লাই, হিংচাবনাচিংবগী চরিত অমসু মতম মতম অদুদা থোকখিবা থোদোক, বংশ অমসুং বংশানুচরিত কৌবা অদু লেংশননা অওগুনবা লাইরিক অদুবু পুরাণ কৌই। হুজিক্কী কালদা History ( ইতিহাস ) হাইরগা থংনরিবা পোৎশক অদু পুরাণনি। পুরাণনগী হৌকম তাকম, মরেং অসি যুক্ত অমসু বিজ্ঞানগী সম্মতনি। ওয়েলসগুম্বা ঐতিহাসিক পণ্ডিতসিংনা ভারতীয় পুরাণকারগী ৱারেং অসি লৌনৈ।

## ৩। পুরাণ থোরকপা মতম।

পুরাণসিং অসিদা হাইরিবা ৱাসিং অসি কুইরবা অমসু থোকখিবা থোদোকগী ওইতনা হুজিক ওইরিবাসু ই, অদুগা হৌনবিগী মতুং ইন্না ওইরক্কদবা কাউবা ইরি। অদুগা

পুরাণ অসিমাক কয়াকুইরবা লাইরিকনো হাঙ্গনা খিনিংঙি। হৌখ্রবা চহি চা কয়ামুক তরেং মতমদা কনা কনাগুম্বা পণ্ডিতসিংনা পাংশেম শেমদুনা ইরম্লগা লৈশেম্বগী মমাংদা ওইরম্লনি, মাসিনা লৈশেম্বগী মশেমনি, মতম অদুদা নিংথৌ অদু পাল্লমই, ঙম্নুম্না পাংলং লেংসিনবনি। মাদুগী খুদমদি— ভারতীয় পুরাণ সংস্কৃতভাষাগী লাইরিকসিং অসি, মুখ্য ঙৌনবি মতুংইন্না খিরবদা অদুপহাকনা কুইবা য়াউদরি। অদুপ নৌরিবা অসিনা অদুপ কুইখ্রবা য়াকমসিং অদু মমিং উইশিন্দুনা খল্লগা পাংই ইবা নত্তনা করি অমত্তম্নু পুরাণসিংগী ইনবা য়ারি লৈরোই, অসুমনা মীখুৎশিংনা নিংনৈ। অসিগুম্বা অরানবা য়াখন অসি, মথক্তা হাঙ্গখিবা পুরাণগী মশক তাকখিবা অদুনা লোইনা কোকবনবা ওমলে।

পুরাণদা লৈবা অরিবা য়ারি, মীওইবনা খংলৌকম থোকখিবা য়ারিসিং অদুদি বেদ থোক্তরিঙৈগী মমাংদা লৈরবা য়ারি কয়ামুকসু য়াউই, হাঙ্গবদি বেদনা তাইবংপানবদা থোক্তরিঙৈদানা মানা হান্না থোকপা য়াকম কয়ামুকসু য়াউই।

"প্রথমং সর্ব্বশাস্ত্রাণাং পুরাণং ব্রহ্মণা স্মৃতম্।
অনন্তরঞ্চ বক্ত্রেভ্যো বেদাস্তস্য বিনিঃসৃতাঃ॥"
( বায়ু ১।৬১ )

শাস্ত্রসিংগী মরক্তগী পুরাণ হাঙ্গবা শাস্ত্র অসিদি ব্রহ্মানা অহানবদা নিংসিংখি, অদুগী তুংদা পুরাণবু ব্রহ্মানা পুখোক্লবা অদুগী তুংদা ব্রহ্মানা মাগী মচিন মরিংদগী বেদ মরি পুথোকই।

মাসুমনা হান্না লৈরম্বা পুরাণগী প্রসঙ্গসিং অরিবা অদুদা ঋষিসিংনা নিংথৌ নিংথৌসিং গী মাগধ ( মাইবা ) অমসু সূত্র ( পুরাণ শকপা ) সিংনা মতম মতমদা থোকখিবা ঘটনা কয়ামুক মচিনদা ফাবা, অমসু ইশন্দুনা থম্বা অদু খোমজিনলগা পুরাণদা লেংসনবনি। মাতুংতা নত্তনা বেদদা লৈবা য়ারিকয়ামুকসু ঋষিসিংনা সন্দোকতুনা লেংলগা পুরাণদা হাপচিনলি, অদুনা পুরাণবু বেদগী অরাংপা শরুকপু পুরণ তৌই, হাঙ্গদুনা পুরাণ কৌই, অসুমনা পণ্ডিতসিংনা পুরাণগী ( পুরাণাং পুরাণম্ ) নিরুক্তি তৌই। অদুনা ইতিহাস পুরাণবু মঙাশুবা বেদ অসুমনা কৌই। ( ইতিহাস পুরাণঞ্চ পঞ্চমং বেদ উচ্যতে )। অদুনা পুরাণ হাঙ্গবাসিগী অরিবা য়ারিসিং অসি থাংমথক্তা শেম্বা নত্তে, থোকখি ২বা মতমদা ফাজিনবা, ইসিনদুনা শমহৌবা অদু মথং মথং মাংদনা লৈহৌবনি। ঐংথোইনা হৌজিক উরিবা ফংলিবা পুরাণসিং অসিদি অদুপহাকনা কুইত্রিবা ঙাক্তনি চুমই, অদুগা পুরাণসিং অদুনা হাঙ্গরিবা য়াকমসিং অদুদি কুইখ্রবনি।

## ৪। অনৌবা পুরাণসিংনা থোরকপা মথোক।

ঐখোইনা উরিবা পুরাণসিং অসি কুইত্রিবা অনৌবনি, মাঙোন্দা হাঙ্গরিবা য়ারিদি

অরিবনি। মাসি বরম্না অনৌবা পুরাণক'র'সংনা থংলুবগে হাঈবদা চিংনকম থোকই। মাতুদি থুদম অসিমাতনাম্ম ইরাইলাইনা কোকনি, মাতদি, পুনাণ মরক্তগী বিষ্ণুপুরাণ হাঙ্গবসি অরিবা পুরাণ অমনি। অতুগা হুজিক ঐখোইনা উরিরা বিষ্ণুপুরাণ অসিদা এংলগা মাগী মরেন অমসু মরেন অতুদা চুত্না লৌগৌবা মতম মতম অতুগী কীবম অদু এলগদি ইরাই লাইন্, থংগ, পুরাণ অতুদা যাউরিবা য়ারি অতুগী মতমদা ইবা ল্যাইরিকতি ০গ্রে। মুপনগী হুজিকগী চহি ৮০০ চানিপানা্দামতা শার্দবনি। বিষ্ণুপুরাণবা হাঙ্গরিবা নিংথৌসংগী মরক্তা কলিগী চহি ৪০৫৬২। পানবা নিংথৌ যাউরি হতুনা মতম অসিদা ইবা পুরাণনি হাঙ্গবা থংনবনি। মাসিগী খাঙ্গলেংবনি—ঐখোইনা কংলিবা বিষ্ণুপুরাণ অসি ব্যাসগী ইকোন কোনবা সংস্করণগী বিষ্ণুপুরাণ চহি ৮০০ লোমতা ভাইরিবনি অমুমনা থংনগনি। মাসিগী মমাংদা সংস্করণ য়ামনা হৌখরে। সংস্করণসিং অতুদগী মথং মথং হোংথরকুনা হজিক উরিবা মওং অসি ওইহৌবনি, বিষ্ণুপুরাণবু লেংকম্বা মথং মথং সংস্কার তৌরকপা মরোম মরোম অদু ঐখোইনা হুজিকতি ময়িংতা ওইনা কংলে, মাতুদি :—

১ কমলোদ্ভব (নারায়ণ মহর্ষি), ২ ঋভু, ৩ প্রিয়ব্রত, ৪ ভাগুরি, ৫ স্তবমিত্র, ৬ দধীচ, ৭ সারস্বত, ৮ ভৃগু, ৯ পুরুকুৎস, ১০ নর্মদা, ১১ ধৃতরাষ্ট্র, ১২ পুরণ, ১৩ বাসুকী, ১৪ বৎস, ১৫ অশ্বতর, ১৬ কম্বল, ১৭ এলাপত্র, ১৮ বেদশিরা, ১৯ প্রমতি, ২০ জাতুকর্ণ, ২১ পরাশর, ২২ মৈত্রেয়, ২৩ শমীক মাখোই অসি বিষ্ণুপুরাণগী মথং মথং সংস্কার তৌরকপা সংস্কারক (Successive editor) ভাকুনি (বিষ্ণু ৬ । ৮ । ৪২) মাখোই অসিনা বিষ্ণুপুরাণবু মহাক মহাক্কী মতম (Up to date) গী ওইনা থমখনি। পারং অসিদা ব্যাস যাউদে। নর্মদা হায়বি অদু নুপীনি। নুপী অদুনে অমসু মাগী মপাগী মীকোক বয়ামুক্তি অনার্য্য জাতিনি হায়বা লৈ।

মাসি পুমনমক অসিদগী থংবা ওমই, পুরাণ হাঙ্গবসি মতম মতম অতগী অনৌবা সংস্করণ হৌদ, মহাক অসি তাইবংপেম্বদগীনা তৌরকপা য়াকমদগীনা মতম মতম অতগী থোকখিবা সিংথানা য়াবা ইবা অদুবু পুরাণ কৌই। ঐখোইনা হজিক সংস্কৃতা উবিবা পুরাণসিং অসি, মতম অসিগী হিন্দী, বাঙ্গলা, আসামী অমসুং মণিপুরীভাষানা ইথোকপা পুরাণ ভাঙ্গা উরে। মতম অমদা সংস্কৃতসিং অসি মাংখ্রবদা মাগী মাগী কোনদা লৈহৌগনি। মতম অদুদদি পুরাণ অদু লোস অদুনা লৈবনি, মাতুগী মমাংদা সংস্কৃততা লৈরমবদগী মাংখিবনি হাঙ্গবা থংহৌরোই। মাতুঙ্গা হজিক মৈতৈরোনদা লৈবা পুরাণসিং অসি অহানবগী লোনগী পুরাণ অদুনা মুংখিদুনা মৈতৈরোনগী ওইনা লৈহৌবনি। মাহেৎনা হাঙ্গরিবা য়ারিসিং অতুদি লোন অতুগা হৌমিন্নবা নত্তবা অরিবা পুরাণগী য়ারিনি। অতুগা পুরাণগী হৌনবি মতম মতম অতুগী থোকখিবা থোখোক অমসু মতম মতম অতুদা

পানখিবা নিংথৌ, মাতুগা লোইননা নিংথৌসিংগী শাগেনাচিংবা অতু হাপচিন্দুনা লেংলম্বনি। অহুনা মণিপুরগী হৌরক্রম থিগে হাইরবদি পুরাণসিং 'অসিদগী অয়াম্বা লৌদনদি পারেং নাইবা ইতিবৃত্ত অমত্তা ফংলোই। পুরাণদগী ফংলিবা য়ারিসিং অসিসু অচুম্বা সত্যঘটনা তাকনি হাইনা থংনগনি।

## ৫। মাইব—য়াচুমসুবা।

নিংথৌসিংগী তাকথকত্তা থোক্লোক অমসুং বংশ—শাগেগী চরিত্রনাচিংবা ইবা, ইশিনবা মাইব ( মাগধ ) অমসু পেনাশকপা ( সূত, বন্দিন্ ) সিং অসি, ওইদবা, নত্তবা, তৌদবা থোকথিদবা অমত্তা হাইবা, ইবা তৌনদে। মাইব গোইসংনা নত্তবা অমসুং হাইজিনবা ইনশিনবা থোক্লবদি পাম্লিবা নিংথৌ পুনসিদে, অমসুং অচাইবা অয়িবা মাইবসু সি অসুম্বা মমাঙৈগীনা চংনরকই। অতুনা কনাগুম্বা অমহনা নত্তবা তৌদবা য়াকম অমত্তা পুরাণদা হাপ্পা, ইবা, ওমদে। কনাগুম্বা মাইবনা মপুকথোকনা য়ারি শেমজিনবা অমসুং নত্তবা চুমদবা য়া শেমজিনবা থোক্লবদি নিংথৌনা মাবু শাগেগা লোইননা হাংকনি, মাহুগী কিবনা কনাগুম্বা অমত্তনাসু চুমদবা নত্তবা য়া অমত্তা পুরাণদা হাপচিনবা ওমদে। মশানসু তাপ্পা তৌনদে, তৌহৈদবা তৌনদবনি অসুম্বা মথং মথং থাক্তনরকপা হাইবসি মী-ওইবনা লোম্না কাউবা তৌবা ওমদে। শাওা চাববু ফত্তবনি অসুম্বা মপামপুদগী থাক্তরকপা মীনা লোম্নাসু শা ওা চাবা ওম্নদে, তুকচে। মাহুগুম্বা মশাদা তৌহৈদে হাইনা থংবা মাইবনা করিগুম্বদা নত্তবা য়া ইনশিনবা, হাইজিনবা ওমদে। মাসি স্বপনগী মৈতৈগী মাইবত্তনা তৌবা নত্তে। ভারতকী পুরাণগী মচাক তানবা সূতজাতিসিংগী হৌনবিনি·——

"স্বধর্ম্ম এষ সূতস্য সদ্ভির্দৃষ্টঃ পুরাতনৈঃ।
দেবতানামৃষিণাঞ্চ রাজ্ঞাং চামিততেজসাম্॥
বংশানাং ধারণং কার্য্যং শ্রুতানাঞ্চ মহাত্মনাম্।
ইতিহাসপুরাণেষু দিষ্টা যে ব্রহ্মবাদিভিঃ॥

( বায়ু ১। ৩১-৩২ )

নিংথৌসিংগী মাইবগী অচুম্বা অথংবা, অতাবদা হাইবা ধর্ম্ম অসি; মমাঙৈগী কুইথুবা সাধুসিংনা থংনকলবনি। মাথোইনা অহুম্বা হাইবা অতু লৌহুনা বেদবাদী ঋষিসিংনা লাইগী, ঋষিগী, নিংথৌগী অঙ্কাউবা মতিক মগুণ চাউবা মীগী অমসু থংগৌত্রবা তাবতা তারবা পুম্নমক্কী শাগে জাংকী বংশগী য়ারি পুম্নমক অহুনা মুত্তনা লৈরিবনি। মাইবসিং অহনা চুমদবা নত্তবাবু হাইজিনলবদি অসুপ চাউথুবা তাইবংপানবগী ইতিহাস হাইবা অসি মুংথ্রুপদবনি। মুত্তহুনা লৈরিবা অসি মাইবগী য়াচুম তাংবদগীনি। মাথোই অসিদি হেক পাম্লিবা নিংথৌ অহুনা তৌরিবা মরোনবা ফত্তবা অতুসু মাথোইনা থংলবদি ইথোকই। মরম অসিনা পুরাণদা য়াউবা য়াপুমনমক অচুম্বনি হাইনা লৌগদবনি।

# ৬। পুরাণগী ৱারেং।

পুরাণদা লেংবা ৱারেং অসি দার্শনিককী কল্পনাদা লেংই। মরম অসিনা পুরাণ থংগে নিংলবদি পুরাণগী হৌনবি কল্পনা অদু হাল্লনা থংগনি। খুদমগী দমক—নোংতাই, ওস্মুমনা ইথুাইনা হাঙ্গৈনগনি। মখু শাস্ত্রদদি বরুণনা নোংচুহনলি হাঙ্গৈগনি। ঐখোইনা নোং খো'ই হাঙ্গৈবদা শাস্ত্রনা হাঙ্গৈগনি, মিত্রাবরুণনা তাইবংমৈবু লৌসিং উবা মতম ওইরে, হাঙ্গৈহুনা কৌহুনা তাকই, হাঙ্গৈগনি। ঐখোইনা মুহারাবা অকনবা অচৌবা অমা খোকত্রে, মাহুদা বিহার লৈপাক অসি মথক মথা ওনবা মথৈ নিকখি, মণিপুরদাসু ফুরা লোলান কিনখৈ হাঙ্গৈগনি। মাতবু পুরাণদ ইবদনি সঙ্কর্ষণগী মশক ওইনা রুদ্রনা সাউহুনা বিহার লৈপাকমচাসিংবু মাংহনগে হাঙ্গৈহুনা লৈপাক মথক মথা ওনহনলি। বিষ্ণুনা সুদর্শনচক্র চলক্কুনা ডাকখি, অহুনা লৈপাক অপুম্বা পুমমুং, মুংনদি মাংখিদে ইগনি। মাসুমনা তাইবংপানবদা খোকলিবা পুমনমক অসি লাইদা পান্দুনা ডাক্তা হাঙ্গৈগনি। মরমদি হিন্দুনা পুবাণবু "বেদসম্মিতম্" বেদগা মান্নবা কৌই। পুরাণদি মক্কম পুমনমক্তা ধর্ম্মশাস্ত্রগী মতুংইননি।

হিন্দুগী বেদনাচিংবা শাস্ত্র পুমনমক্তা তৌই, মাহুদি তাইবংপানবগী পোৎ পুমনমক্তা লৈবা পোৎসিং অহুগী মগুণবু লাইনি হাঙ্গৈনা লৌই। তাইবংপানবদা থোরকপা ঘটনাসিং নোংতাবা, মুংসিৎসিংপা, মুহারাবা, ঈসিংনা চেনবা, নোংমংবা ফাউবা লাইনা তৌবনি অসুমনা বল্লনা তৌই। অহুনা থোকখিবা থোদোক পুমনমক লাইননি হাঙ্গৈনা লাইদা পানসিনবা অহুবু পুবাণদা চনসিনবা কৌই।

হিন্দুশাস্ত্রনা অখোইবা তাইবংমৈবুসু লাইনা পোকপনি হাঙ্গৈনা থাজৈ। মী অহুনা তৌবা থবক অমসু মাগী মগুণ অহুগী মান্নবা লাই অহুনি হাঙ্গৈনা থাজৈ। মাহুগুম্বা মী অহু মমাইহেলা লৈখিবা ওইরগা লাই অহুনা মী অহু ওইহুনা হন্না হুন্না কুমককুনা পোকপনি—অবতার তৌবনি হাঙ্গৈনা লৌই। লাইনা স্বর্গদা লৈ, স্বর্গ হাঙ্গৈবদি মীওইবগী মথক অসিনি অসুমনা থাজৈ। খুদমগী দমক ভারতবর্ষদা বাসুদেব কৌবা দেবতা অমা ইডাংনরকই। শ্রীকৃষ্ণগী পিতাগী নাম বসুদেব কৌই, অহুনা শ্রীকৃষ্ণবু সংসংবা বসুদেবগী অবতারনি হাঙ্গৈনা পুরাণনা লৌই। ইবুঙো মানা তাইবংপানববু ডাকপি, ধর্ম্মস্থাপন তৌই, অহুনা বিষ্ণুনি, বিষ্ণুগী অবতারনি হাঙ্গৈনা লৌই।

খুদমগী দমক—সুতপাগী মচা বলি হাঙ্গৈবা নিংথৌনা অঙ্গ, বঙ্গ, কলিঙ্গনাচিংবা নিংথৌ পোক্লমই, অঙ্গ, বঙ্গ, কলিঙ্গনাচিংবা নিংথৌসিং অহুদগী লৌহুনা হুজিক কাউবা লৈপাকী মমিং ওইহৌরি। বামণনা তানথোকলম্বা বিরোচনগী মচা বলিগী মমিং মান্নবা মরম্মা মৌবিগানি অসি অমত্তা ওইনা পুরাণদা লৌসিনগনি। জড়ভরত কৌবা ব্রাহ্মণ অহুবু নাভিগী শাপৈদা পোকখিবা ভরতনিংথৌগা মমিং মান্নবদগী মশা অমত্তনি ভরতনিংথৌনা

জড়ভরত ওইনা পোকই, অমুম্না লোই। মাশুম্না মীমু অকাউ অকাউবাহু মমাঙৈদা কাউখিবগা অবতারনি হাঙনা হিনসিনবা, খোকখিবা খোদোবমু মমাংদা খোকখিবগা হিনসিনবা অদুবু পুরাণ লেংসিনবা কৌই।

রেণুকাগী মচা রাম কৌবা অমনা নিংথৌ সিংগী মাংনবা তৌখি। মতুংদা রামকৌবা বামোনমচা অমনা ক্ষত্রিয়গী মাংনবা তৌরবদি মাবু রাম্নগী অবতারনি হাঙনা নিংগনি খুদমগী দমক পরশুরামনা ক্ষত্রিয় শাগৈ মাংহনবা ২১রক শুরে। মাশুমনা ইশিনব অসি পুরাণদা রারি চনসিনবা কৌই।

অকাউবা অচৌবা নিংথৌ, নিংথৌশুম্বা অচৌবা পোকপবদি মাথোই অহু মমাঙৈগা হিনসিন্নবা য়াদবা ওইরগা মখাংগী অচৌবা নিংথৌসিংগী লেংদা হাপলগা "ভবিষ্যতি" ওইরকনি অমুমনা মীওইবাসিংগী শুংহাইনবা অমমুং থাজনবগী দমক পুরাণদা লেংসিনলি।

## ৭। মৈতৈ পুরাণগা পুরাণ অতৈগা হিন্নবা।

মণিপুরদা লৈবা পুরাণসিং অসিদা ভারতকী পুরাণ অতৈগা অনৌবা মরি লৈনখিদরে। মণিপুর লৈপাকনা অতোপ্পা লৈপাকা হিন্নদবা কুইশুবা ওইবনা মণিপুরগী ঈ পাউ অমমতমু মীরৈপাকনা লৌখিদে, মণিপুরনামু অতৈ অতোপ্পগী পাউ লৌখিদে, মরম অসিনা মণিপুরগী পুরাণগী রারি অসিনা পুরাণ অতৈগী রারিগা মানখিদে। মানদে হাঙবসি মুপনগী পুরাণগী শেম্বা রারি পাতুতদা মানদবনি। পুরাণগী মচাক অতদি মশা অমতুংন। ঐতিহ সিক বিচার তৌরিবাসিংনা হিন্দুগী পুরাণসিংদগী থংবা পোংশক অহু মৈতৈগী পুরাণদগীমু ফংগনি। মাহুগী মরমদা করি অমত্তা চিংনকম গোক্কে। খেন্নগদবদি পুরাণনা মী ভারকপা অতুতদগী খেন্নগনি।

## ৮। পুরাণদা চৎনবা মতম।

মথাদা হাঙগদৌরিবা মতমগী মশিংসিং অসিগী চাংথংবা য়ানবা চৎনরিবা মতম অসি হান্নরা থংবা য়াই, মাহুদি; সেকেণ্ডগী ২১৩ অর্থাৎ ঃ সেকেণ্ডরোম্বু নিমেষ — মিকুপ কৌই।

নিমেষ ১৫ না কাষ্ঠা অমা
কাষ্ঠা ৩০ না কলা অমা
কলা ৩০ না মুহূর্ত্ত অমা
মুহূর্ত্ত ৩০ না অহোরাত্র অমা ( নোংমা )।
অহোরাত্র ৩০ না মাস অমা
মাস ৬ না অয়ণ অমা
অয়ণ ২ না — উত্তরায়ণ, দক্ষিনায়ণনা বর্ষ অমা ( চহি ) মাসিনা মী ওইবনা চৎনবা-থংনরিবা মতমনি।

মীওইবনা উরিবা চংনরিবা মতম অসি সুমিং খাদগী লোংনা চৎপনি। মীওইবনা লৈপাক্তা লৈ, হিন্দুশাস্ত্রনা শিগ্রগা লৈরবা মফমবু পিতৃলোক কৌই, মাহুদু থাগী মতুম উরিবা অসিনি, অসুম্না হায়ি। অতুনা লৈপাক্তা লৈবা এখোইনা সুমিংপু উরগা অমুক-সুংখিন কৌই, উত্রগা অহিং কৌই। সুমিং ৬০রক উবা মতমবু থা অমা কৌই, থা তরানিথোইবু চহি কৌই। মাসুম্না থাগী মথক্তা পিতৃলোক অশিবাসিংনা চৎনৈ। অতুনা মাখোইনা সুমিংপু উবদি মীগী সুমিং ১৫ নি চুপনা উই। সুমিং উদবনা ১৫ নি চুপনা উদে, মরম অসিনা মীগী মতমগী চাং অসি পিতৃলোকতা পুথোক্লবদি মাসুম্না হায়পনি

মীগী অহোরাত্র ৩০ = মাস অমনা পিতৃলোককী দিন অমা

মীগী মাস ৩০ না পিতৃলোককী মাস অমা

মীগী মাস ৩৬০ না = চহি ২০ না পিতৃলোককী বৰ্ষ চহি অমা

মাসুমনা পিতৃলোকতা চংনবা মতমবু মীওইবগী মতমগা চাং এংনরবদা থোকই।

হিন্দুশাস্ত্রনা লাইবু সনাজিংদা—মেরুদা লৈ, অসুমনা হায়ি। মেরুদি পৃথিবীগী অরাং থংবা ওমথৈনি। লৈপাক্কী অরাংলোমদা মথং মথং চৎখিবনা ল্যাপথ্রবদি মফম অতুদা লৈবা জাবনা থা তরুক চুপনা সুমিং উই, থা তরুক অমা সুমিং উদে। সুমিং উবা মতমবু উত্তরায়ণ, উদবা মতমবু দাক্ষনায়ণ কৌই। মেরু সনাজিংদা লৈবা লাইসিংনা মরম অসিনা থা ৬ সুমিং উই, থা ৬ অমা সুমিং উদে। মফম অতুদা চংনবা অহিং সুংখিল অতুবু এখোইগী মীওইবনা চংনবা মতম অসিগী চাংদা থংগে হায়রবদি মথাদা ইরিবা অসি ওইগনি অসুমনা পুরাণনা হায়ি

মীগী উত্তরায়ণ থা ৬ না লাইগী সুংখিল অমা

মীগী দক্ষিনায়ণ থা ৬ না, লাইগী অহিং অমা

মীগী বৰ্ষ ( চহি ) অমনা লাইগী দিন (নোংমা) অমা।

মথক্তা হায়রিবাসিং আসদগী থংবা ওমলে। মতমগী চাং অহুম, মীগী চাং অমা পিতৃগী চাং অমা অমসু লাইগী চাং অমা। চাং অহুম অসি হিন্দুগী শাস্ত্রদা চৎনৈ। চাং অহুম অসি সমনা হায়রবদি মীগী থা অমনা পিতৃলোককী নোংমা, মীগী চহি অমনা লাইগী নোংমনি।

## ৯। মীওইবনা মতম সিজিন্নবা।

সুমিং, থা অমসুং থরানমিচাক অহুম অসিগী লৈথম অমসুং মাখোইগী থোকপা ল্লাবা এংহুনা তাইবংমীনা মতম কৌবা পোৎ অসি সিজদ্নৈ। মাখোই অহুম অসিগী মতেং লৌদনাদি মতম হায়বা পোৎ অসি মীওইবনা সিজিন্নবগী উপায় লৈতে। মরম অসিনা

মীওইবনা মাখোই অহুমগী মঙ মতৌ অমম্তুং খোকপা, তাবা অমম্তুং মুংখিবগী মরম অসি য়াম্না মুন্না থিখি।

নুমিৎখোকপা মশক উরিবা মথৈ দিবা (নুংথিন) কৌই, নুমিৎ তাংখ্রগা অচিং কৌই। অচিং অমা নুংথিন অমাবু নোংমা (সাবন দিন) কৌই। নুমিৎনা খোরকপা মতমদা নুমিৎকী ময়োন্দা, চৈ অমনা ওসি খিন্দুনা থম্লবদি, হয়েং খোরকপদা চরাংগী মকমদগী খজিক্কুং হোংদোকই, অরাংলোমদা নত্রগা মখারোমদা ওইরবসু খজিক্কুং হোংই। মাস্তুম্না মকম হোংবা অত্ত মখারোমদা হোংথরিবৈদা অহিং খরা খরা শাংদোকই, নুংথিন খজিক খজিক তেনসিনলি। অরাংলোমদা হোংগৎলিবৈদা নুংথিন খর খর শাংদোকই, অহিংনা খজিক খজিক তেনসিনলি। মখারোমদা চৎথরম্বদগী লোইহুনা অরাংদা অমোক চৌবা নুমিৎ অহুনা অহিংশাংবা ইহেন হেনলি। অরাংলোমদা কাখৎলম্বদগী লোইহুনা মখারোমদা চৎপা হেক চৌবা নুমিৎ অহুনা নুংথিন শাংবা ইহেন হেনলি। মাস্তুম্না অরাংদা অমোক কাখৎপা মখারোমদা অমোক কুমথবা লম্বেন অহু লৈয় ওইনা ইহুনা থম্লগা লম্বেন অহুগী তংখাইদা অহিং নুংথিন শাংবা মাম্নে। তংখাই অহুগী মখারোমদা নুমিৎ লৈববু দক্ষিনায়ণ কৌই। তংখাই অহুগী অরাংলোমদা নুমিৎনা লৈরিবৈবু উত্তরায়ন কৌই। অয়োণ অনি অসিনা সৌরবৎসর চহি অমা কৌই। মাহু নুমিৎ মশক উবা ৩৬৫ রক উবদগী থক্তিকুং হেনবা মতম চংই।

## ১০। থবানমিচাক্কা নুমিৎকনা মতম সিজিন্নবা।

নুমিৎনা মাস্তুম্না হঙ্গৎহন্দা চংপা অসিগী খুদম ওইননবা অতিয়াদা খোকপা থৱান-মচাকসিংগী লৈকমদা এংসিন লকই। ওসি থৱানমচাক অমা নুমিৎ খোকপা মতমদা নুমিৎকী মনাক্তা উরবদা, হয়েংদি থৱানমচাক অদুনা হাম্না উই, মথং মথং থৱানমচাক অহুনা অস্তুম অস্তুম হান্নগৎলকই। নুমিৎনা থৱানমচাক মথং মথংগীগা অস্তুম অস্তুম নকসিন্নখি। মাস্তুম তৌহুনা নুমিৎনা থৱামিচাকসিংগী মরক্তা চৎপাসি অমোক কোইবা থুংবদা চহি অমা কাই।

মাস্তুম্না নুমিৎনা চহি অমদা কোইরিবা লম্বেন অকোইবা অহুবু ক্রান্তিবৃত্ত কৌই। ক্রান্তিবৃত্তগী মশক এংলোম মরোমদা খোকপা থৱানমচাকসিংবু নক্ষত্র কৌই। নুমিৎনা মখারোমদা কুমথবা অসি হারৈমায়ে কৌবা থৱানমচাক অহু হেক য়ৌবগা আমোক অরাং-লোমদা কাখৎপা হৌই। মাহুম্না কাখৎলকপা অহুনা খোংচোংম্নুপী কৌবা থৱানমচাক অহু হেক য়ৌবগা তংখাই চন্দুনা অহিং নুংথিন শাংবা চপ মানৈ, মাস্তুম্না মথং মথং অরাংদা কাখৎখিবনা নিংথৌনাপা য়ৌবদা অরাংগী ওমথৈ য়ৌরুহুনা অমোক মখারোমদা কুমথরকই,

মাচুয়া কুমখরকপনা লুরাং শক্কা কৌবা থরানমচাক রৌবদা তুম্মাই চন্দ্না অহিং লুংখিল লাংবা মাৱৈ। মাসুমা খাইনা মতম অমদা ওইরমই, মাসি মৈতৈনা উখি, মতম অচুবু ইতিহাস হৈবসীংনা বৈদিকমুক কৌই।

## ১১। থাগী খোংচৎ থিরকপা।

থাইনগী মীশিংনা অহিংদা কল্লবা থাগী নিংথিবা অসি উবদা মাখোইনা থা চাইবা অসি তাইবংপানবদু মুভাইবা পীবা মশক য়াম্না কল্লবা লাইনি হাইনা থাজবি। মহাকী মঙান পুবা কলানা অমোক চাউথৎপা অমসুং অ.মাক পিকথবা মাচুগুম্না মুৎপা, অমোক খোকপা অসিনা মতমগা সিজন্নবদা য়াম্না খুদোংচাবা অসি উখি। চুন্নগী মতমগী থুনম ওইনবত্তা নত্তনা থাগী মঙানগী পিকথবা চাউথৎপা অচুগী মতুং ইন্না কৌনচিংবা মরুমরাং, মইঙমরোং পুন্নমকী চাউখৎপা, হনথবা অচুম মাখোইনা উখি। অচুনা মাখোইনা থাবু অবুড পুবা অমসুং মরুমরাংগী মপু হাইনা লেসি লৈখোনখি।

থাগা ভসি থরান মচাক অমগা শোকমিৱৈ। হয়েংদি থরানমচাক অচুনা নোংচুপত্তা চৎখোকনা অমসু থানা নোংপোক্তা কাখৎনা উগনি, মাসুম্না থানা ভসুম অসুম থরান মচাক সিংবু থাদোক থাদোক্লুনা চৎখিবনা নুমিৎ ২৭ সুবদা হান্নগী থরান মচাক অচুগী মপাদা অমোক হন্নলকনি। মাসুম্না নুমিৎ ২৭নিদা নুমিৎকী লম্বেন (ক্রান্তিবৃত্ত) দা কোইবসি উখি। মাচুদা মীওইবনা নুমিৎকী লম্বেন অচুবু মমিং ২৭ খোন্দুনা লম্বেন আকোইবা অচু ২৭ খোকনা থাইদোকই। মাচুম্না থাইদোক্লগা থানা থরানমচাকসিং অচুগী মপাদা লৈরিভেদা থবক তৌবা কৈ, কত্তে, পোৎ থাবা কৈ কত্তে, নারগা নুমিৎ অচুপনাই হাইবনা চিংবা এংচুনা চৎনরকই।

## ১২। নুমিৎ থাগী খোংচৎনা মতম লেপ্পা।

মীওইবা হাইবা অসিনা পোকপদগীনা সিবা ফাউবা অসিদা মতম কৌবা পোৎ অসি ভাহাক্তাসু থানবা য়াদে। মাখোইগা থানদবা মতম অসি থংদরগা তাইবংদা হিংবা-পানবা য়াদে, অচুনা মতম অসি য়াম্নদ্ নিংথিনা সিজিন্নবা হোৎনখি। পোকই, সি, পোকপা কয়াকুইরে সিখিংনা কয়াকুইরে, অসিনাচিংবা অসি থংদবা য়াদে। ভসি থবক অমা তৌথরে মাচু নিংসংনবা মতম নত্রবদি উপায় লৈতে। অচুনা থবক পুন্নমক অসিগী অত্তেন, অর্থাৎ কয়াকুইরে থংনবা অমসুং কয়ারাংলি থংননবা থিরকই। থাইনগী মীসিং অচুগী সিজন্নবা পাঞ্জিকা নত্রগা কেলেণ্ডারগুম্বা লৈরমদে, অমসুং পুং মিকুপ এংনবা ঘড়ী কোংদোকতরি। মতম অচুদা নুমিৎ অমসু' থাত্তনা মাখোইগী ঘড়ীসু পাঞ্জিকাসু ওইনৈ। থুংমগী দমক

পাণ্ডবনা চহি ১২ বন চৎকনি, চহি অমা উহন্দনা লোংকনি, অসুমনা কুরুরাজসভাদা প্রতিজ্ঞা তৌনখি। হৃক্তিকী কালগী মথৌগুম্না শক; তারিখ ইনহনা রেজিষ্টার তৌনদে। বিরাটকী ষণ্ংখামধৈদা অর্জ্জুন থোরকলে। দুর্যোধন কর্ণনাচিংবনা পাণ্ডব মতম সুস্ননা থোরকলে, অমোক হন্না বন চৎলগনি অসুমনা হন্নাংখি। ভীষ্মনা হাঙ্গই পাণ্ডবত্তি ধর্ম্ম কাইবা তৌনদে, সুমিৎ সুরে, হাঙ্গনা সুমিৎথাগী খোংচৎ পুথোক্না প্রমাণ তৌই, মাহুনা তৌবা প্রমাণ অহুদি সুমিৎ, থা অমসুং থরানমচাক মাখোই অসিগী খোংচৎনা ওনবা, হোংবা অহুনা মতম লেপই।

অহিংগী মতমদা উরিবা থাগী থাবন অসি নোংমা নোংমগী হেক্সৎলম্বদগী মপুং হেক ফাবগা অমোক হনথরকই, অহুনা হনথবা মতমদা থানা সুমিৎকোমদা চংসিল্লকই। সুমিৎকী মথাদা থানা লৈহুনা সুৎমিকা থাগা লংসুং অমত্তুদা লেংবাগুমনা মথক মথা চপ মাননা লৈবদা থাদা মডান অমত্তা লৈতে। মতম অহুদগী থাসু সুমিৎসু নোংপোকলোমদা চৎনা ২ সুমিৎপু থানা য়াংবা হেনবনা থানা মাং অসুম থাখি। মতম অহুদা থাগী মডান পুবা কলা অহু মথং মথং চাউখৎলকই। মাখোই অনিনা চংলিবা লম্বেন অকোইবা অহুখা ওখাই, হখাইদা লৈনবা ( সুমিৎ হেক হাবগা থানা হেক থোকপা ) সুমিৎ অহুদা, থাগী উরিবা মকোই অহু মপুংফানা মডান লৈ। থানা সুমিৎপু থাদোক্নুনা লাকপাদা মতম অহুদা সুমিৎ ১৪ নি হেনলগা ১৫ নিদি মপুং ফাদরিবৈদা তাখিবগুম্বা মওং অসি ওই, হাঙ্গবা উই।

মাশুম্না থানা সুমিৎপু হেক্সংলকপনা হখাই হেন্দোকপগা থাগী মডান অহু খজিক ২ তারকই। থা অমসু সুমিৎনা চেংবা মথেন ওহুনা অকোইবা ওইবনা সুমিৎপু থানা হেক্সৎলকপসি হখাই হেলকপগা থানা নাকন অমারোমদা সুমিৎলোমদা চংশিনলকই। মাশুম্না চংশিনলকপনা সুমিৎ ১৪ নি হেনবা ১৫ নিদি হেনদরিবৈদা থানা সুমিৎকী মথাদা চপচানা চংই। নহান অমোক মাহুম্বা চংবদগীনা অমোক চংলকপা অসিদা, সুমিৎ ২৯ হেনবা ৩০ নিদ লানদরিবৈদা থোকই।

খোংচৎ অসি উবনা মীওইবগী মতমগী সিঙ্গম্বদা ইখ্রাইদগী হেন্না খুদোংচাবা এবং অমসু উবা মশাদাসু মানবা খুদম অচৌবা ওইনা থোকখি। থাগা সুমিৎকা তিন্নবা সুমিৎ অহুবু থাসি ( অমাবস্যা ) থাগা সুমিৎকা লাপ্পা চপমান্ননা লৈবা অহুবু থানিন ( পূর্ণিমা ) কৌই। থাগা সুমিৎকা মফম অমত্তুদগী চৎথোকমিন্নবদগীনা অমোক তিন্নবা অসি সুমিৎ ২৯ হেল্লগা ৩০ নি সুবদা থোকপা অহুনা করিগুম্বা থবক তৌবগী অরাংপা সুমিৎমসিং হেন্দোকখিবা অমসুং সুবা সুমিৎ মসিং থংনবগী উপাই ওই। মাহুদি থানা সুমিৎ থাদোক্নুনা লাকপদগী অহানবগী ওখাই য়োবা ফাওদা নোংমা ২ গী চাওখৎলিবা থা মকোইগী মডান

লৈকম অহুবু ১৫ থোকনা থাইদোক্লগা মাগুং অমামম্বু কলা অমা কৌরে। মাস্তুন্না কলা অমামম তেঙ্গংপদা নোংমাগী মতম চংই, অহুনা অমাবস্যাগী মতুংদা পূর্ণিমা কাওবা মতমবু শুক্লপক্ষ কৌই, অমস্তুং পূর্ণিমাগী মতুংদগীনা অমাবস্যা কাউবা নোংমা ২গী মঙান মরে তাবা অহুম্ম ১৫ থোক্লা থাইদোক্লগা মগুং অমাম্বু কলা অমামম কৌরে। কলা অমামম মঙান মরেংতাবদা নোংমাগী মতম চংই। অহুনা কলা ১৫স্নুনা মুংপা মতমদা তুমিং ১৫নিগী মতম চংই, অহু-গুম্বা মতম অহুবু অমম্বা কৃষ্ণপক্ষ কৌই। মাস্তুম তৌহুনা থাগী কলা অমামম তেঙ্গংপা অমস্তুং অমামম্ম রাংপা মতমদা চংলিবা নোংমগী চাং অহুবু মাকমৈ ( তিথি=লুনি সোলার টাইম ) কৌই।

নোংমা হাঙ্গবসি হৌরে, লোইরে, হাঙ্গবদি তুমিংকী মশক অসি উরগা মীওইবনা ইরাই লাইনা থডি, অহুনা নোংমা হাঙ্গবসিবু মৈতৈপুরাণনা তুমিং অমা কৌই। তুমিং অসি কয়াস্তুথরে অস্তুন্না তুমিং মসিং থিনবা থুদমদি থাগী মকোইদা এংলপা থংবা ডমই তুমিং ৩০নিদা থাগী থোংচং অসি অমোক হৌই ( তুমিংকী মথাদা থানা চংহুনা অমোক ২ তুমিংপু লানথোকই হাঙ্গহুনা তুমিং ৩০নিবু মৈতৈ পুরাণনা থা অমা কৌই )।

মথক্তা হাঙ্গব্রবা তুমিং থাগী থোংচং অসি তুঙাইনা উনবা থুদম অমা পিনিঙি। ঘড়ীগী মমাই অমদা কাঁটা অনি পাল্লি। কাঁটা আনমক মাইকৈ অমত্তদা চংমম্লে। হৌইগুম্বস্তুং মাথোই অনিগী থোংচংকী অথিন অথুদি মানদে। অমনা মমাই অহু অমোক কোইরিবৈদা অমনা ১২রক হন্না কোইবা থুংই। কাঁটা অনি অহুবু অথিনববুনা তুমিং, অমস্তুং অথুবা কাঁটাবুনা থানি হাঙ্গনা নিংসবদি, অতিয়াদা তুমিং থানা চংপা অহু য়াম্না থুনা ভাব ভাই। ঘড়ীগী মপান অকোইবদা মিনিটকী মাং ময়াম ইরিবা অহুবুনা থরান মচাকনি, হাঙ্গনা নিংলগা মমাইদা ১২ থোকনা থাইদোকপা লয়িসিং অহুনা রাশি অমামমান হাঙ্গনা ভাব ভৌরবদি মথকী ভাব পুন্নমক অহু থুনা লৌসিনবা ডমই।

ঙসি করিগুম্বা থরানমচাক অমাগী মপাদা ( ঘড়ীগী মিনিট নত্রগা ঘন্টাগী লয়ি অমাগী মপাদা ) তুমিং অমস্তুং থানা চপমান্নবা ( কাঁটা অনিনা ) লোন্নহুনা লৈ। থানা ( থুনা চংপা কাঁটানা ) তেনঙ্গংখিহুনা মকোইহু তেঙ্গংখিহুনা অমোক থুংহুনা তপনা চংপা তুমিং ( কাঁটা ) গী মথক্তা অমোক লাকপদা তুমিং ( তপনা চংপা কাঁটানা ) মানা চংপা লম্বেন মকোইগী তরানিথোই থোকপা ক। অমত্তা মচংলমই অহুনা তুমিংনা মাগী লম্বেন অমোক কোইরিবৈদা থানা ১২ রকগী থরা হেন্না কোইবা থুংই। অহুনা তুমিংনা মাগী লম্বেন অমোক থুংনা চংপাবু চহি অমা কৌরে। চহি অহুমদা তুমিংকা থাগা তিন্নবা—অমাবস্যা ১২ রক ওই। চহি খুদিং ১২ রক্তগী তেংদোকপা অহুনা চহি অনিমথাই স্তুবা চহিদদি চহি অমদা অমাবস্যা ১৩ রক ওই। থাগী মমিংদি চহি অমদা অমাবস্যা ১২গী মমিংতা

লৈবনা ১৩ শুবা অমাবস্যা অহুদি পোং থাবা থা ( মলমাস ) হাইনা থবক সিজিন্নদে।

## ১৩। পুরান্দা যুগ শেম্বা।

মাখোইনা নুমিৎ, থা অমসু থবানমচাকসিংগী তিন্নবা এংহুনা মতম সিজিন্নহুনা মী ওইনা পানবগী থবক পুন্নমক তৌবাসিদা নুমিৎ মাসিং, থা মাসিং থংনবা খুদমদি মথকী বিচার অহুনা কংলে। চহি ম'সিং থংনবা উপায়সু থিরকই। মাহুদি চহি কয়া সুরে চহি কয়া রাংলি, তাজিক ওইরিবা চহি অসিনা কারনো? অসুম্না সিজন্নবা উপাই থিরকই। থাগা নুমিৎকা চহি অমদা ১২ রক অমসুং অহুমসুবা চহিদনা ১৩ রক তিন্নৈ তৌইগুমসুং মাখোই অনিগী তিন্নাকম অহু তিন্নদে। মরম অহুনা মতমগী অরেপ্পা অমা ঠিবা চহি ১।২।৩।৪ দা কংদে। মতাসুব চহিদদি কংলে। মাহুদি নুমিৎনা মখারোমদা কুমথরথদগী লোইহুনা অরাংলোমদা হৌবা মকম অহুদা "হারৈমায়ে" কৌবা থবান মচাক অমা লৈরমই। অহুগুবা থবানমিচাক অহুদা নুমিৎকা থাগা চপমান্ননা তিন্নবা মতম অমা মাখোইনা উথি। নুমিৎ অহুদগী নুমিৎকী খোংচৎনা চহি হৌই, থাগী খোংচৎসু হৌই, হাইবদি উত্তরায়ন হৌই, নোংমাপানবাসু হৌই। মাসুম্না হারৈমায়েদা নুমিৎথানা তিন্নরবা অসি চহি মতা মতাদা অমোমোক তৌরৈ। অহুনা মাখোইনা মাহ য়ৌরবা নুমিৎ অহুবু চক্—হাইবদি "যুগ" (তিন্নবা—অমোকসুতিন্নবা) কৌথি।

যুগ অহু চক্রগুম্না চহি ৫।৫ দা অমোমোক হন্ননলি, অহুনা চহি ৫বু যুগ অমা কৌই।

"স্বরাক্রমেতে সোমার্কৌ যদা সাকং সবাসবৌ।
স্যাৎ তদাদি যুগং মাঘস্তপঃ শুক্লোয়নং হ্যদক্॥"

অসুম্না যুগ খোককম অহুবু শাস্ত্রনা হাই।

চহি মতা মতাদা লৌইহুনা হৌরিবা মতমগী চাং অসি নুমিৎকী খোংচৎতগী খোকপা সৌরমান, থাদগী খোকপা চান্দ্রমান, থবানমচাকগী খোকপা নাক্ষত্রমান, অমসুং তসি হয়েং হাইহুনা নুমিৎনা অমোক খোকপদগীনা অমোক খোকপনা সাবা সাবন মান অম্মুম্না হাইবা চাং মরি অসি লোইমন্নহুনা অমোক তৌবা মঙমনি। অহুনা শাস্ত্রনা মতমগী অমোক লোইহুনা অমোক হৌবা যুগ (চক্র—cycle) হাইবনা মাতবু থংনথি। মরম অসিনা শাস্ত্রনা হাই—

সংবৎসরাদয়ঃ পঞ্চ চতুর্মাণবিকল্পিতাঃ।
নিশ্চয়ঃ সর্ব্বকালস্য যুগমিত্যভিধীয়তে॥

মাখোইনা যুগ অমদা ওইরিবা চহি মতা অহুবু সিজিন্নবদা নুভাইনবা হাইহুনা মখিং মতা খোনথি।

সংবৎসরস্তু প্রথমোদ্বিতীয়ঃ পরিবৎসরঃ
ইদাবৎসরস্তৃতীয়স্তু চতুর্থশ্চানুবৎসরঃ ॥
বৎসরপঞ্চমাশ্চাত্র কালোঽয়ং যুগসংজ্ঞিতঃ ॥
( বিষ্ণু ২ । ৮ । ৬৬—৬৭ )

অহানবা চহিনা সংবৎসর, অনিসুবনা পরিবৎসর ; অহুমসুবনা ইদাবৎসর, মরিশুবাবুনা অনুবৎসর অমসুং মঙাসুবনা কান—রুদ্রবৎসর অমুয়া থোক্লি। অদুগা মতম অদুদা মাখোইনা মাসুমা থোখোক্তা চহি সিজন্নখি। মাতুদি কনাগুম্বা অঙাং অমা পোকলে, সিরে, অসিনা চিংবদা মমিং অহু কৌবা চহিদা ওইখি। অমসুং মহাক্তি যুগ অচপ পুনসিরে। অমুয়া হাঙনহুনা হুক্কিকী বালদা থবক থুদিংদা শকপু সিজন্নবা অহুগুম্বা সিজন্নখি।

(কনা২গুম্বাসিংনা চহি ৪। ১২ নত্রগা ২৮বু যুগ কৌই, হাঙ্গ, মাহু অরিবা পুবাণদা লেংদবা প্রমাণশৈতবা য়ানি, পুরাণদদি যুগ হাঙ্গরগা চহি ৫ অমসুং ১২০০০ থংনৈ)।

## ১৪। কল্প শেম্বা।

হিন্দুসিংনা ভাইবংপানবা হাঙ্গবসি পুম্নমক অমোক ২ হঙ্গনলকই, অমুয়া থংই। মতম কৌবা পোং অসিমু অমোক, অমোক হঙ্গনলি। ওসি মুমিং থোকই, হরুং অমোকসু মাহুগুম্বা হঙ্গনহুনা থোকই, অহুনা নোংমসু যুগ অমনি। মাসুমা পুনিথানাচিংবসু অমোক অমোক হঙ্গনবা ঙাক্তনি। মতমগী অচপয়াম্বা অসিনা হঙ্গরবা অসি অমামমগী হঙ্গরবনি, থাগী, মুমিংকী থরনমচাক্তা লোইননা মকম অমত্তদা পুলপ হঙ্গনবদি চহি ৫.৫ দা হঙ্গনলি। অহুনা চহি ৫বু যুগ অমা কৌই। চহি ৫তনা সাবা যুগ অসিদগী হেন্না শাংবা অমা থিরংই। মাহুমা থিবদা অহানবদা ইখাইদগী ইহেন হেন্না শাংবা অমা মাথোইনা শেমই। অহুগুম্বা অশেম্বা অহুবু "কল্প" ( অশেম্বা ) কৌই। কল্প অহুনা ইখাইনগী হেন্না শাংলবদি যুগ লিশিং অমা ওইকম থোকই।

মরমদি মসিং হাঙ্গবসি ইখাইদগী পিকপনা অমনি, অরোইবনা তরানি। অরোইবা তরা অসিবু চাউখৎহনগে য়ামহনগে হাঙ্গরবদা চামনি, য়াম্না য়ামহনগে হাঙ্গরগা লিশিংনি। অহুনা চামবু ময়াম অমসুং লিশিংবু মশিং লাকওমদনা য়াম্বগী অর্থদা পুরাণনা সিজন্নৈ। থুদমগী দমক্তা চহি ৬৬ অসি য়াম্না য়ামখ্রবা চহিনি হাঙ্গবা ভাব তৌরবদি চহি ৬৬ হাঙ্গগদবদা চহি লিশিং হুমক্ত, চাহুমক্ত হাঙ্গগনি। মাহু ৬০০০০+৬০০০=৬৬০০০ হাঙ্গবা নত্তে, চহি ৬৬ তনি অমুয়া পুরাণগা অর্থ তৌগনি——

"ষষ্টিং বর্ষসহস্রাণি ষষ্টিং বর্ষশতানি চ।
অলর্কাদপরো নান্যো বুভুজে মেদিনীং যুবা॥"
(বি ৪।৯।৮)

মাস্মুম্মা হাঙবা য়াহে অসিবু পৌরাণিক কল্পনা কৌই। মরম অসিনা মসিং লাকওমদনা শাংবা যুগ শেম্বদা যুগ লিশিং অমবু কল্প হাইনা মাখোইনা কল্পনা তৌহুনা শেমখি। অহুনা কল্প অমদা যুগ লিশিং অমা, চহিদা হাঙরগা চহি লিশিং মঙাবু কল্প অমা কৌই। খুদমগী ঙমক প্লক্ষদ্বীপতা লৈবা মীদি য়াম্না পুনসি হাঙগদবদা কল্প অমা পুনসি হাঙ (বিষ্ণু ২।৪।৯) অহুগা অমোকস্তু কল্পগী অর্থ তৌহুনা প্লক্ষদ্বীপতা লৈবা মীদি চহি লিশিং মঙা পুনসি (বিষ্ণু ২।৪।১৫) অসুম্না হাঙদোকই। অহুদগীস্তু অমোক চহি ওইনা হাঙনিংলগা প্লক্ষদীপতা লৈবা মীদি চহি লিশিং তরা পুনশি হাঙদোকই, (বিষ্ণু ২।৪।৭৯) পূম্নমক অহুগী তাৎপর্য্যদি লম্ব অহুগা লৈবা মীদি য়াম্না পুনসি হাঙবতনি। অহুগা কল্প হাঙবনা যুগ লিশিং অমা যুগ হাঙবনা চহি ৫ নি হাঙবা থংহনবনি।

## ১৫। মনু শেম্বা।

মতম হাঙবসি লৌউ, সিংউবতদা সিজন্নবা নত্তে, থবক পুম্নমক্তা থাদোকপা য়াদে। চুমনগী থবক পুমনমকতদি যুগপু সিজন্নবা চপ চাই। তৌইগুমস্তুং পুরাণ, ইতিহাসদদি যুগতা সিজন্নবনদি থবক পুবা ঙমদে। মরমদি নিপা অমা লৈরমই, মঙাক কয়াকুইথরে হাঙবদা য়ামনা কুইথ্রবদি চহিদা খিবা রাই, যুগতা খিনস্তু হাঙরকই। রাবণ হাঙবা অচৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই, মীগী মতু হুরানলুহনা রামনা হাংখি। চহি কয়া স্থুরে, থুম্না ঙমদে, যুগ কয়াস্থুরে, হাঙনা হংবা তাই। মরম অসিনা যুগ অসিনা মসিং অহুপ স্থুরগা মমিং অহু কৌই হাঙনা যুগনা শেম্বা মমিং খোনবা মসিং অমা লৈকম খোকই। মরম অসিনা অশাংবা মতমগী সিজন্নবা মতম অশাংবা থংনবা মনু হাঙবা মতম অমা শেমই।

মনুকৌবা মতম অহুস্তু মতমগী অওনবা নাইবা যুগনা শেম্বা তাই, মাহু নত্তনদি মতমগী হুঙ্গন, হুঙ্গন ওইবা অহু থংবা ঙমলোই। অহুগা যুগন সাগদবনি। হাঙবদি যুগ অম্বপনা মনু অমা ওইগে হাঙনা শাবা মহ্রবনা তাই। অহুনদি যুগকী গুণিতক ওইবা মসিং অমনা মনু শেম্বতাই। ৫ গী গুনিতকসিংগী মরক্তা কয়ম্বা লৌগনি। যুগ অমদা থা মথন, মরি পুলপ লোইখিন্নে অহুনা মরিমক চপ মান্ননা হৌমিন্নে। যুগ অমদা সৌরবৎসর ৫, সৌরমাস ৬০, সাবন মাস ৬১, চান্দ্রমাস ৬২ অমস্তুং নাক্ষত্রমাস ৬৭ নি। থা মথন মরিগী চাং মসিংদা সৌরমাসগী মান অহু যুগমানগী গুণিতকনি, মাহুনা মনুসারবদা যুগ ১২ তা মওই। যুগ হুরানিখোইদি মীগী পূনসি অমদা চল্লি। অহুনা ইতিহাস পুরান্দা সিজন্নবদা

পিকমরি। অদুগা কল্পগা সিজন্নবদাগী মান য়ামদে, মরম অসিনা মাসমান ( থাগী চাংদা ) কৌদরে। অদুনা গুণিতক অমা থিথিবাতারে। সাবনবৎসর অমদা চুমিং ৩৬০ নি, নাক্ষত্রবৎসর অমদা সাবনদিন ৩২৭ নি, সৌরবৎসর অমদা সাবনদিন ৩৬৬ নি, অমসুং চান্দ্রবৎসর অমদা সাবনদিন ৩৫৫ নি। মথন মরি অসিগী মনুংদা চান্দ্রবৎসরগী চুমিং মসিং অসি সুবা সুবা চহিদা যুগ অমামম ওই, মাদুদি চহি মঙা মঙাসুবদা চঙন চঙন ওইবা যুগ অদু ওইগনি, মরমদি, যুগ অমদা ওইবা সাবনদিন মসিং অদু ৫গী গুণিতকনি। মাদুবু মথু অমা অসুম্বা পুরিংনা লেপলে। মথু হাঙৈংদি মননা শেম্বানি, অদুনা পুরাণা মথুবু ব্রহ্মাগী পুকনিংদগী পোকপনি অসুম্বা পুরাণনা হাঙৈ। অদুনা যুগ ৭১ না মনু অমা ওইরে, মনু ১৪ না কল্প অমা ওইরে। মনু ১৪ না চহি ৪৯৭০ নি, কল্প অমা সুগপবা চহি ৩০ য়াংলে মাদুনা সন্ধি - মনু অমগা অমগা থংনবা মতমদা ওইবা মতম অসুম্বা শেমই। মনু অমগা অমগা থংনবা অসি, মনু ১২ দা থংনবা ১৩ ওইবা তৌনৈ, অদুবু চহি ৩০ দা য়েম্নবদি মচেৎ লেমই। অদুনা অ.র'ইবগা অহৌবগা চাপচিনদবদি কল্পগী অরেম্বা চহি ৩০ দা এন্নবা চপ চাই, অদুনা পুরাণনা মনু ১৪ দা সন্ধি ১৫ অসুম্বা চপ চাহন্দুনা শেমই।

( স সন্ধয়স্তে মনবঃ কল্পে জ্ঞেয়াশ্চতুর্দ্দশ।

কৃতপ্রমাণকল্পাদৌসন্ধিঃ পঞ্চদশস্মৃতঃ॥ )

( সূর্য্যসিদ্ধান্ত ১ | ১৯ )

মথক্তা হাঙৈথরে, মনু হাঙৈবসি চহিনাচিংবা মতমগী মসিংথিবা—অতেন অথাং থিবা, থীনা, এংবদা থুদোংচানবা খেন্দনি। মরম অসিনা মাখোইবু ব্রহ্মাগী পুকনিংদগী পোকপা মচানি অসুম্বা পুরাণনা হাঙৈ। তৌইগু-সুং মনুকাদবু কল্পদা হাপলবদা ১৪ সুরে। মাখোই তরা মরিগী তোঙান ২ থংনবা মমিং খোনবা তাই। যুগ—চহি মঙাগী মমিং মঙা লৈবগুম্বা মনু ১৪গী মমিং তরামরি খোনগনি, মমিংসিং অদু খোনবা মতমদদি কনা কনাগুম্বা অকাউবা মীদগী লৌদুনা খোনবা তারে। অদুনা পুরাণনা মমিং তরামরি অদু মথং মথং ১ স্বায়ম্ভুব, ২ স্বারোচিষ, ৩ ঔত্তম, ৪ তামস, ৫ রৈবত, ৬ চাক্ষুষ, ৭ বৈবস্বত, ৮ সাবর্ণি, ৯ দক্ষসাবর্ণি, ১০ ব্রহ্ম সাবর্ণি, ১১ ধর্ম্ম সাবর্ণি, ১২ রৌদ্র, ১৩ রৌচা অমসুং ১৪ ভৌত্যা মাখোই অসিনি। মাখোই অসি মসিং থিবগী থুদোংচানবা শেম্বা মসিং ওইবনা বীজগণিতনাচিংবগী মসিং [illegible]না বর্ণমালা সিজন্নবা অদু পুরাণকারসিংনা মথুবুসু তৌই। মাদুদি—স্বায়ম্ভুব অসিনচিংনা [illegible]সিংগী মমিংগী মহুত্তা "অ, আ, ই, ঈ, উ, ঊ, ঋ, ৠ, ঌ, ৡ, এ, ঐ, ও, ঔ" স্বর ১৪ অসিনসু [illegible]গী মসিং ওইনা সিজরৈ।

"ইত্যেতে মনবশ্চৈব স্বরবর্ণাশ্চকল্পতঃ।"

( বায়ুপুরাণ ২৬।৪৭ )

মথক্তা যুগশুগী হৌনা হাঙ্গৈরকলিবা পুরাণগী মতমগী চাং অসি সয়া অমোক হন্না হাঙ্গৈরবদি মাশুন্না থোকই, মাহুদি হারৈমায়ে ( বাসব নক্ষত্র ) দা থাগা ছুমিৎকা ভিন্নহনা চহি মশা মশাদা সৌর, চান্দ্র, সাবন নাক্ষত্র কৌবা কালগী মান অসি পুলপ লোইমন্নরগা পুলপ পুলপ হৌমিন্নে হাঙ্গৈহনা চহি এবু যুগ অমা কৌই। যুগ লিশিং অমবু কল্প অমা কৌই। কল্প অমগী মন্নুংদা মনু ১৪ চন্নি। মনু অমগা অমগা সন্নবদা সন্ধি চহি ২।২ ওই।

## ১৬। যুগকী মন্নুংদা থাঙ্গৈবা।

ঐখোইনা হুজিক থংনৈ.—যুগ হাঙ্গৈরগা সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমশুং কলি। মাখোই অসিবু ইথ্বাইনা ইরাইলাইনা যুগ হাঙ্গৈবদা নিংসিংই। মাশুপকী মতিক মরি অসিন হিন্দু সংসারদা চৎনথরে যুগ হাঙ্গৈরবদি মরি অসিগী মরক্তা অমা ওইগনি। থাঙ্গৈশেংবদি যুগ হাঙ্গৈরবদি মরিনক অহুবু থংনগনি। মাখোই মরিনা চৎনমনখিবনা যুগতা হাঙ্গৈরগা থংন-গদবদা মহাযুগ, নত্রগা যুগ মরি=চতুর্যুগ অশুন্না চৎনরে।

যুগ মরি অসি করম্না শেম্বগে হাঙ্গৈবা ঐখোইনা সময় বিজ্ঞানগী মতেং লৌহনা ব্যাখ্যা তৌবা তাই, অহুগা মাখোই অসি করম্না চৎনবগে হাঙ্গৈবহু নিংখিনা পুখোকনিভি।

সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমশুং কলি হাঙ্গৈবসি করম্না খোকখিবগে হাঙ্গৈনা নৈনবদা সময় বিজ্ঞানগী মরমদা এংবদা শ্রুতিগী প্রমাণ অসি ইহান হান্না উই—

"কলিঃ শয়ানো ভবতি সঞ্জিহানস্তুদ্বাপরঃ।
উত্তিষ্ঠন্ ত্রেতা ভবতি চরন্ সংপদ্যতে কৃতম্॥"

মাসিগী মরেক্তা অর্থদি হিপ্পনা কলি, হৌবনা দ্বাপর, লেপ্পনা ত্রেতা অমশুং চৎপনা কৃত হাঙ্গৈবদি সত্যনি। শ্রুতি অসিগী তাৎপর্যাদি মথাদা শন্দোকনা হাঙ্গৈরি।

## ১৭। গবাময়ন যজ্ঞ।

আর্য্যসিংনা মতমগী কান্নবসি থাঙ্গৈশেংনা খল্লবদা মাখোইনা মতম হাঙ্গৈবসি য়াম্না চুম্না সিজন্নবগী দমক য়ামনা নিংখিনা হোৎনখি। মতম হাঙ্গৈবসি চুমনগী হিংহনা পান্নবগী থবক্তুদা নত্তনা ধর্মগী মরমদশু মতমনা ইথ্বাইদগী হেন্না চংবা মরু ওইবা পোৎনি হাঙ্গৈবসি আর্য্যসিংনা থংখি। মরম অসিনা মতম সিজন্নবা জ্ঞান অসি পুরোহিতকী থংদবা য়াদবা বিদ্যা অমা ওইখি। মাহু থংবা পুরোহিত অহুবু গ্রাম পুরোহিত কৌরম্মই। মাখোইনা ছুমিৎথুদংগী, চহিথুদিংগী, চহি ৪।৪গী অমশুং যুরক মরকতা থোকপা থোদোকী যাগ, যজ্ঞ তৌরম্মই। মাহুদা মী পুন্নমকনা চুমগী অশুম অথৌতা নত্তনা নিংথৌঝাওবা য়াউরম্মই।

শুক্ল যজুর্ব্বেদগী শতপথগী মতম (খৃষ্টনা পোকদবা চহি ৩১০০ গী মথাং) দগী হৌদুনা গবামযন কৌবা যজ্ঞ অমা তৌরমই। যজ্ঞ অদুগী রারিদি শুক্লযজুর্ব্বেদগী সম্বৎসর যাগদা ছাই। মমাঙৈদা মগ হাঈবসি মচী হৌরমদে। মাখোইনা মচী হৌনিংদুনা চহি অমা চুপনা যজ্ঞ তৌদুনা তাইবংপানবগী মপুবু ঈড়াংখি। মগসিং অদু মচী হৌরে। মাখোইগী অনিংবা থুংলে হাঈদুনা হৌগত্তুনা চংখরে। খরদি মচী হৌদ্রে, কুন্দুনা অদুমক লৈহৌরে। তাইবংপানবগী মপুনা মাখোইগী পুকনিং অরেপ্পা অদু উরদুনা রাএনখি। মচী হৌরে হাঈদুনা নাপন তৌবা মগসিং অদু নোং চুরগা মচী অদু পুদুনা চংপা হৈতবা ওইখি। মাগুম্না মাখোই পুম্নমক রাএন্দুনা যজ্ঞ অদু লোইখি। মাসিগী মরমদা মৈতৈগী পুরান্না হাঈবদি মগসিংনা মচী হৌরমদবদগী হৌবা থা অসি মধু কৌবা থাদা হৌখি হাঈদুনা থা অদুবু মৈতৈনা মচীকু—মগগী মচী হৌবা থা অমুম্না কৌরি।

মথক্তা হাঈগ্রবা গবামযন কৌবা যজ্ঞ অসি আর্য্যাসিংনা চহি মরি. মরি লৈরগা অমোক, অমোক তৌই। মরমদি ছুমিংনা মাগী লখেন অকোইবসি কোইবা অমোক থুংবদা ছুমিং ৩৬৫ গা ১ চংই। অদুনা মরি মরিসুবা চহিদা নোংমা চাউখৎলি। মাসি হুজিক্কী কালদা মরিসুবা চহিবু অচোংবা চহি leap year কৌদুনা শেংদোকলিবা অসি মতম অদুদা তৌরমদে। মাখোইনা শেমলমই। কুমসি ছুমিং ত্তাবদা চহি হৌরবদি মথংনা নোংমাইদা, অদুগী মথংগী চহিনা ছুমিং খোকপদা অমসুং অদুদগী মথংগী চহি—মরি সুবনা ছুমিং মুংবদা হৌই। অমুম্না চহি খুদিংগী অহৌবা মরমদা শেমদোক্তুনা ছুমিং ১৬৬ সুবা ছুমিত্তা চহি হৌদুনা নোংমাবু মনিং মমাং থাক্তনদুনা শেমদোকই। অদুগা মরি মরি সুবা চহি অদুদা গবাময়ন ছত্র কৌবা যজ্ঞ অদু তৌরমই। অদুনা মথক্তা লৌথংখ্রবা শ্রুতি—

"কলিঃ শয়ানো ভবতি সঞ্জিহানস্তু দ্বাপরঃ।
উত্তিষ্ঠন্ ত্রেতা ভবতি চরন্ সমপদ্যতে কৃতম্॥"

হাঈবদি ছুমিত্তাবদা হৌবা চহিবু কলি কৌই, নোংমাইদা হৌবা চহিবু দ্বাপর, ছুমিং খোকপদা হৌবা চহিবু ত্রেতা অমসুং ছুমিং মুংবদা হৌবা চহিবু কৃত হাঈবদি সত্য কৌই অমুম্না হাঈবনি। অদুনা কলি, দ্বাপর, ত্রেতা, অমসুং কৃত হাঈবা মমিং মরি অসি চহিগী মমিং ওইরমই। অদুনা সরস্বতী তুবেন মপান্দগী মণিপুরদা লাকপা মৈতৈসিংনা ছুমিংকী মথং অদু এংদুনা কলিবু খুমুংচক—ছুমিংনাখুমুংদা চংখিবা তাখিবা কৌই। দ্বাপরবু—লাংবাচক—ঐখোইগী খুয়াগী মপাদগী ছুমিং লানখোকখিবা কৌই। ত্রেতাবু—হয়াচক অমোক হম্না ছুমিংপু উবা কৌই, অমসুং কৃত হাঈবদি সত্যবুনা হৈ=ইঙ্গিচক ছুমিংনা মথক্তা থমথেংনা রাংবদা কাথংলবা কৌদুনা মৈতৈ পুরাণদা হৈচক, হৈয়াচক, লাংবাচক অমসুং খুমুংচক অমুম্না

যুগ মরিবু চৎনৈ।* মাসি বৈদিক যুগতা চহি ১৮০০ লোম থরা তেন্না চৎকন্নগা লোকখি। অদুগা মহাকী মখিং অসিদি যুগকী মখুং চনবা, মখাই অমা ওইনা চৎরহৌই।

## ১৮। সত্যনাচিংবা যুগ মরি থাঙ্গৈবা।

ব্রহ্মপুরাণদা হাই "ইত্যেতৎ পঞ্চবর্ষং হি যুগং প্রোক্তং মনীষিভিঃ॥" অর্থাৎ পণ্ডিতসিংনা চহি মঙা অসিবু যুগ অমা অসুম্না কৌই। অদুম্না হাইরগা মখাগী অধ্যায়দা অমোক হাই—

পূর্ব্বমেব ময়োক্তস্তে কালস্তু যুগসংজ্ঞিতঃ।

কৃতং ত্রেতাদ্বাপরঞ্চ যুগাদিঃ কলিনা সহ॥

( ব্রহ্ম ৩৩। ৬ )

রাতৈ অসিনা থংই, মথক্তা হাইখ্রবা চহি ৫মথুগী মখুংদা কৃত—সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, অমসুং কলি কৌবা মরি অসি চনখি। তৌইগুমসুং চহি মচাগী মখুংতদা যুগ মরি অসিনা এম্ননা ওইবা অসি পুরাণদা অমচং অতোপ্পা লাইরিকস্তু চৎনবা উদে। ঐখোইনা রারি ওইনা তাবদি ( বেন্টলী সাহেবকী Asiatick Researches Vol. VIII. page 227 ) Cambridge University Library দা লৈবা গ্রহমঞ্জরী কৌবা জ্যোতিষগী লাইরিক অদুদা চহি ৫ বু সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলিগী চাং থাইদোকই। মাদুদা থাইবদি সত্য চহি ২, ত্রেতা চহি ১॥০, দ্বাপর চহি ১, অমসুং কলি থা ৬ অসুম্না থাই। তৌইগুমসুং মাদুনা কার্য্যক্ষেত্রদা অমসুং ধর্ম্ম ক্ষেত্রদসু হিন্দু জগতা চৎনবদি লৈতে। অদুগা থাইরিবা হিসাব অসিদা হিন্দুগণিত শাস্ত্র অমসুং পুরাণনাচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রদাসু চৎনৈ। মাদুদা চৎনবা চাং অদুগী তাৎপর্য্যাগা মাসিগাদি খেন্নদে। মরম অদুনা পুরাণকারনাচিংবগী চাংদা উগনি।

## ১৯। পুরাণনাচিংবদা চৎনবা যুগমান।

ঐখোইনা মথক্তা কাল্লগী মরমদা হাইখিবাহ স্নুপচিন্না অমোক হাইরি। চহি ৫ না যুগমচা, চহি ৩৬৫ না অচোবা যুগ—মহুকাললনি, মাদু মতমগী অথোবপা যুগনি। যুগ ১০০০ না হাইবদি চহি ৫০০০ না কল্পনি। কল্পদি অখোকপানস্তে লেপ্পনি ( Conventional ) মরম অসিনা মহাকপু কল্প কৌই। পুরাণ-কারি ইবাসিংগী অসাংবা যুগ থিবদা "মহু" হাইনা চৎনবা ফংই। মাদুতনদি থবক্তা খুদোং চাদরি, যুগ মচাবুদি তেন্না সাংবা অদুদা

---

* পুরাণকারসিংনা কল্পিচকনাচিংবা যুগ মরি অসি, শুক্ল, রক্ত, পীত, অমসুং কৃষ্ণ অসুম্না বর্ণনাসু সিজৈ, মাদু ঐগী ব্যাখ্যাত শ্রীভাগবতকী দশমস্কন্ধদা সপোক্তা ইথরে।

অখাংবা মনুষ্যগীগী তেকবা মরাই ওইবা যুগ অমা থম্লি। মাতুংগীদমক অপেক্লা মখিং অমা পুরাণকোংবাসিংনা তৌসিনদে। অওইবা চারবা যুগমান অমা খিরি। মাতমদি চুমিং, থা, চহি অমুম্বা হাঙবা মথং মথং শাংবা হেক্কংপা যুগ মথন অহুম অসি মাপোইনা কংখি। যুগ হাঙবসি অনি হাইবদা সংস্কৃততা চংনে। খোকখিবা অহু অমোকম্ খোক্লা অখোকপা অনি অহু মাঙবা অনি অহুবু যুগ অমুম্বা চংনৈ, ঙসি চুমিং খোবই. হয়েং অমোক খোকনৈ। অদুনা চুমিংগী অনিরক খোকপা সাবনদিন অচবু যুগ অমা, মাহুম্বা থাদা চুমিং ৩০, চহি অহু ৩৬০ না চহি অমুম্বা যুগ মথন অহুম অসি কংখি—যুগমান অহুম অসিবু দিনমানবুনা মাগী চাং. মাস মানবুনা পিতৃমান, অমসুং বর্ষমানবু দেবমান অমুম্বা খোনখি। মাহুম অওইবা ম্রুক, মীনা লোংমদা চুমিং অনিরক উবা যুগ মাতুঙম্বা পিতৃলোকনা থা অমদা চুমিং অনিরক উই, লাইনা চহি অমদা চুমিং অনিরক উই। চাং অহুম অসিগী মতেং লৌহুনা চহি ৫ না সাবা যুগগী হেক্লা শাংবা যুগ শেমখি।

## ২০। মনুষ্যযুগ, পিতৃযুগ, দৈবযুগ।

চহি ৫না শাবা যুগ অসিদা হাইরেমায়েদা চুমিং অমসুং থানা তিন্দুনা থা মথন মরি লোইমনবা মরি অহু হৌমরৈ, অহুনা চহি ৫ না শাবা যুগপু থানা শেম্বা অমুম্বা পুরাণকারনা হোই।

"সংবৎসরাদয়ঃ পঞ্চ চতুর্মাসবিকল্পিতাঃ।
নিশ্চয়ঃ সর্ব্বকালস্য যুগমিত্যবিধীয়তে॥"
(বিষ্ণু ২।৮।৬৬)

মরম অসিনা চহি ৫০০০ না কল্প অমনি অমুম হাঙবা অহুদা থা ৬০০০০ না কল্প অমনি অমুম্বা লৌরে। অহুনদি মরম অসিদা অপীকপা মানুষ্যমান অহুম নহবা চাউত চাউবা দেবমান অহুম নহবা পিতৃমান মাস (থা) অমনা মসিং খিনবা মান ওইরে। মান অসিনা ওননাবা চৈ অমা ওইহুনা মাসগী মশক ওইবা কল্পমান অহুবু ওন্দুনা এংবদা ১ × ৬০০০০ ওই। পিতৃমাননা মনুষ্যমানগী ৩০ গুণ চেল্লি। অহুমা মানুষ্যমানদা ৬০০০০ ওইবা অসি পিতৃমানদা ওন্নবদি ৩০ × ২০০০ ওই। পুরাণকারসিংনা পিতৃমানদগী সহায়না মাস ২০০০গী মরুক অমমমবু পৈত্রযুগতা সিজনগনি। অহুনা পিতৃমানদগী (চৈ) অহু ৩০ না পৈত্রযুগ অমা, মাহুনা কল্প অমনি, মাহু থা ৬০০০০ নি। পিতৃমানদি কল্প কৌবা মতমগী ৩০ খোকনা লাইবগী শরুক অমনি। পিতৃমান তরানিথোইবা দেবমান অমনি। কল্পকালগী ৩০ খোকনা লাইবা শরুক অমবু পিতৃমাননি অহুনা পিতৃমান ৩০ অহুবু দেবমান ১২না ভাগ তৌহুনা

( ওন্দুনা ) এংন্দবদি ৩০ × ১২ = ২½ নি মচেং তারবনিনা মচেং অহুবু চাংগী চৈ অমা ওইনা লৌরবদা ২½ × ২ = ৫ নি মাসিনা কল্পমান মাস ৬০০০০ বু এনলবদি ( ওল্লবদি ) ১২০০০ ওই। মরমদি কল্পকালদি ৫ × ১২০০০ মাসনি। অহুনা খংবা ঙমল্লে, মাহুদি কল্প হাইরবদি

মীগী চাংদা খা ৬০০০০ না কল্প অমনি
পিতৃগী চাংদা খা ২০০০ না „ „
দেবগী চাংদা খা ১২০০০ না „ „

অসিগুম্বা মীগী অহিং মুংখিন, পিতৃগী অহিং মুংখিন অমসুং দেবসিংগী অহিং মুংখিন অসি শংববু শাস্ত্রনা "অহোরাত্রবিৎ" কৌই। অহোরাত্রবিৎসিংনা য়াম্না শাংবা যুগ অমা খম্বা পামহুনা দৈবোমানদগী কংবা খা ১২০০০ অসি লৌই, মাহুনসু নিংবা খুংহুনা ১২০০০ বু হঙংনা চহি, চহি অহুসু অমোক চাউখংহন্দুনা লাইগী চহিনি অসুম্না সিজরৈ।

মনুসংহিতাকারনা ১২০০০ মান অসিবু বর্ষ হৌরগা লৌহুনা চহি ৪৩২০০০০০০ বু কল্পনি হাই, মাহুগী তাংপণাদি সৃষ্টিগী মতমদি য়াম্না শাংথ্রবা মৃসিং লাকতমক্রবা কালনি, অহুনা মাসুম্না চাউথ্রবা মৃসিং অমা লেপ্পনা চুমই, অসুম্না শেম্বনি। মখম পুম্নমক্তা সৌরবৎসর লৌরবসু মানসিং অহু সবনযজ্ঞগী মতুংইন্না সাবনমানদা চৎনৈ।

## ২১। সন্ধি শেম্বা।

কৃত ( সত্য ), ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলি হাইবা মথাই অসি মতুংগী হিন্দুশাস্ত্রকারসিংনা ধর্মগী অবস্থাগী মশক খংহনবা অমা ওইনা লৌসিনখি। কৃতনাচিংবা যুগ মরিনি মাহু চৌবরগী মমাই মরিগা মানৈ। মমাই খুদিংদা ১, ২, ৩, ৪, অসুম্না মম্রিৎ হকখি। চৌবোর হুনবদা মানা ওনবা অহুগুম্বা ধর্মগী অবস্থা অসি ওল্লি, অসুম্না লৌখি। ধর্মযুগ কৃতনাচিংবা অহু, মাহুদা পাল্লগা ধর্মগী মখোং ৪ সুবনা সত্য, ৩না ত্রেতা, ২না দ্বাপর ১না কলি অসুম্না ওল্লা ওল্লা পাল্লি অসুম্না লেপখি। মাহুগী হিসাবতা চহি ৫০ না যুগ অমা মাহু খাদা ৬০নি ( সাবন মানদা ) খা ৬০বু ৪ + ৩ + ২ + ১ = ১০ না এল্লগা সত্য খা ২৪ ত্রেতা খা ১৮, দ্বাপর খা ১২ অমসুং কলি খা ৬নি। মাসুপ খুবা মতমদদি ধর্মদি ওনদে অহুনা ধর্মগী ওনবা অসি কল্প হাইরবদি চহি ৫০০০ দা ওল্লি অসুম্না লেপখি। মাহুদা ধর্ম হাইবসি খংহোং হোংবা হৌনদে অহুনা সত্যনা চিংবসি অমা লোইহুনা অমা হৌবা অসিদ তপ্পা ২ হৌরগা মপুং ফারকই, অহুনা সত্যনাচিংবগী অমা হোৌগদববু সন্ধি, অহুগা যুগ অমা মহাক্কী লৌরকপগী সন্ধ্যা অসুম্না সম্নবা অহু শেম্বা তারে। সন্ধি অহু হোৌগংপগীনা সন্ধ্যা

অরোইবগীনা সন্ধ্যাংশ কৌরে. যুগ খুদিংগী সন্ধি অনি অনি লোইনরবদি সন্ধি ৮ যুগ মরি, পুন্না ১১ থোকই।

মাসমান কল্প ৬.০০০ বু ১২ খোকনা এল্লগা ৫০০০ নি, মাসিগী শতমাননা ৫০০ নি, সহস্রমাণবু ৪, ৩, ২, ১ না পুরণ তৌরগা সত্য. ত্রেতা. দ্বাপর. কলিগী মান ওই, অদুগা শতমানবু ৪, ৩, ২, ১ না পুরণ তৌরগা যুগ মরিগী সন্ধিমান ওই, সন্ধিমাণ অদু যুগ অমদা অহোবা সন্ধিবু সন্ধ্যা, অরোইবা সন্ধিবু সন্ধ্যাংশ কৌই, মাদু মাসুন্না থোকই —

## ২২। ধর্ম্মযুগকী মতুংইন্না কল্পদা থাঙ্গবা।

( চহি ৫০০০=থা ৬০০০০ )

| | থা | চহি | |
|---|---|---|---|
| সত্য সন্ধ্যা | ২০০০ | | |
| সত্য যুগ | ২০০০০ | ২০০০ | |
| সত্য সন্ধ্যাংশ | ২০০০ | | |
| ত্রেতা সন্ধ্যা | ১৫০০ | | |
| ত্রেতা যুগ | ১৫০০০ | ১৫০০ | |
| ত্রেতা সন্ধ্যাংশ | ১৫০০ | | চহি ৫০০০ |
| দ্বাপর সন্ধ্যা | ১০০০ | | |
| দ্বাপর যুগ | ১০০০০ | ১০০০ | |
| দ্বাপর সন্ধ্যাংশ | ১০০০ | | |
| কলি সন্ধ্যা | ৫০০ | | |
| কলি যুগ | ৫০০০ | ৫০০ | |
| কলি সন্ধ্যাংশ | ৫০০ | | |

মাসুন্না ধর্ম্ম যুগকী কল্পদা কাল থাঙ্গদোক্‌লনা ৫৮৫০সি যুধিষ্ঠির নিংথৌগী মথক্কী অদুদা তোকখি। অদুগী মতুমদগীনা ধর্ম্ম যুগ অসি শাস্ত্রকারসিংনা মথং অমা ওইনা লৈহৌই। মাদুদি মথাদা হাঙ্গরিবা অসি ওইনা ছজিক ফাউবা লৈহৌই। মাদুদি অসিনি - মথক্কসু হাঙ্গখরে।

যুগকালবু দৈবমাননা ফংবা ১২০০০ অসি থাগী মথক ওইদুনসু নিংবা থুংদে হাঙ্গদুনা হঙ্গংনা ১২০০ চহিনি হাঙ্গনা লৌদুনা মাদুবু যুগমান ওইনরগা মাদুবুসু অমোক দৈব-বৎসরনি হাঙ্গনা ভাব তৌখি।

এদিব্যৈর্ব্বর্ষৈঃ সহস্রৈস্তু কৃতত্রেতাদি সংজ্ঞিতম্।
চতুর্যুগং দ্বাদশভিস্তদ্বিভাগং নিবোধ মে॥
চত্বারি ত্রীনিদ্বেচৈকং কৃতাদিষু যথাক্রমম্।

দিব্যাব্দানাং সহস্রাদি যুগেম্বাহুঃ পুরাবিদঃ॥
তৎ প্রমাণৈঃ শতৈঃ সন্ধ্যা পূর্ব্বা তত্রাভিধীয়তে।
সন্ধ্যাংশকশ্চ তত্তুল্যো যুগস্যানন্তরো হি সঃ॥
সন্ধ্যাসন্ধ্যাংশয়োরন্তর্যঃ কালো মুনিসত্তম।
যুগাখ্যঃ স তুবিজ্ঞেয়ঃ কৃতত্রেতাদিসংজ্ঞিতঃ॥
কৃতং ত্রেতাদ্বাপরঞ্চ কলিশ্চৈব চতুর্যুগম্।
প্রোচ্যতে তৎ সহস্রঞ্চ ব্রহ্মণো দিবসং মুনে॥

( বিষ্ণু ১ | ৩ | ১০—১৪ )

লাইগী চহিদা চহি লিশিংতরানিথোইবু যুগ কৌই, মাহুদা সত্য, ত্রেতানাচিংবা মরিগোক্না থাঙ্গৈবা হাঙ্গৈগে তাউ। পুরাণবিদসিংনা লাইগী চহি লিশিং অমবু ৪, ৩, ২ অমসুং ১না মথং মথং পুরিরগা সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলি ওই। দিব্যবর্ষ চহি চামবু ৪, ৩, ২ অমসুং ১না পুরিরগা সত্যনাচিংবা মরিগী সন্ধ্যা ( অহানবা সন্ধি ) ওই, মাতুগা চপ মান্নবা মসিংনা যুগ মরি অতুগী সন্ধ্যাংশ ( অরোইবা সন্ধি ) ওই। সন্ধ্যা, সন্ধ্যাংশগী মরক অদু যুগ কৌই, যুগ মরিনি, কৃত ( সত্য ), ত্রেতা, দ্বাপর, কলি অমুম্না কৌই। যুগ ( মরি অসি ) লিশিং অমনা ব্রহ্মাগী নোংমনি। মাসি অদু ওইনা ইথোক্লগা থোকপা

| | | |
|---|---|---|
| সত্যসন্ধ্যা | দিব্যবর্ষ | ৪০০ |
| সত্যযুগ | ,, | ৪০০০ |
| সত্য সন্ধ্যাংশ | ,, | ৪০০ |
| ত্রেতা সন্ধ্যা | ,, | ৩০০ |
| ত্রেতা যুগ | ,, | ৩০০০ |
| ত্রেতা সন্ধ্যাংশ | ,, | ৩০০ |
| দ্বাপর সন্ধ্যা | ,, | ২০০ |
| দ্বাপর যুগ | ,, | ২০০০ |
| দ্বাপর সন্ধ্যাংশ | ,, | ২০০ |
| কলি সন্ধ্যা | ,, | ১০০ |
| কলি যুগ | ,, | ১০০০ |
| কলি সন্ধ্যাংশ | ,, | ১০০ |
| | | ১২০০০ |

দিব্যবর্ষবু ৩৬০না পুরিরগা মীগী চহি ওই। অমসুং যুগ ১২০০০ অসি ৭১না (৮৫২০০০) মনু অমা, মনু ১৪না ( ১১৯২৮০০০ ) কল্প অমা মনু ১৪গী সত্যযুগকী পরিমাণ ৪৪০০

তরামতা ( ৭২০০০ ) মাহু ভিন্নপা ৮৫২০০০ × ১৪ = ১১৯২৮০০০ + সন্ধি তরামতা ৭২০০০ ) ( দিব্য-বর্ষ ১২০০০০০০ না ব্রহ্মাগী নোংমা ওই ) মাসিদদি ইতিহাসগী চহি, থা, চুমিংথাবদা চাং অসিদা হাইরগা মরুংগী পরিমাণ অহুদা পুরাণসিংনা তৌগনি। দিব্যবর্ষগী মরুনা-চিংবগী পরিমাণ অসিদা সূর্য্যসিদ্ধান্তনাচিংবা সিদ্ধান্ত শাস্ত্রনা লৌই।

## ২৩। সপ্তঋষি যুগ।

পুরাণদা সপ্তর্ষিযুগ কৌবা যুগ অমা চংনৈ। মাহু যুধিষ্ঠির নিংথৌগী মমাংদা চংলম্বা খুদম কংদে, মতুংদা চংনরকপনি। মাহুদি—

"সপ্তর্ষীণাঞ্চ যৌ পূর্ব্বৌ দৃশ্যেতে উদিতৌ দিবি।
তয়োস্তু মধ্যনক্ষত্রং দৃশ্যতে যৎ সমং নিশি।
তে সপ্তর্ষয়ো যুক্তা তিষ্ঠন্ত্যব্দশতং নৃণাম্॥"
( বিষ্ণু ৪ | ২৪ | ৩৩ )

অচিংদা সপ্তঋষি—থরানমচাক তরেংকী নোংপোকথংবা অনি উই। মাখোই অনি অহুগী ময়াই চপচানা উবা থরানমচাক অহুদা সপ্তঋষি তরেংমকনা লৈবা কৌই, মাহু চহি চামা, চামা লৈরগা মথং অমামম হোংই।

অহুনদি ময়েকনা তারে সপ্তঋষিনা নক্ষত্র ২৭ চাবদা চহি ২৭০০ চংই, মাসি সপ্তঋষি মহাযুগ অমনি। অহুনা চহি ১০০ না যুগ অমনি। পুরাণনা হায়রিবা অসি অতৌবা চাৱবা নত্তে, মরমদি সপ্তঋষিগী মকোকথংবা থরানমচাক অনি অহুগা ধ্রুবতারাগা শোরুনা অচুম্বা লম্নি অমা অরাংদগী মথাতানা চিংলকলবদা লম্নি অহুনা থরানমচাক (নক্ষত্র) ২৭কী মরকুগী অমদা শোকনি, মাহুম্না শোকপা থরানমচাক অহু হোংই, লম্নি অহুনা ঘড়ীগী কাঁটাগুম্না অসুম চত্তুনা থরানমচাক অমা লোইত্তুনা অমদা চংলি, চুমই, তৌইগুম্বসুং থরানমচাক অমদগী অমদা হোংবহু থরানমচাক খুদিংগী অতেন অশাং মানদে, অমসুং চহি ১০০দা হোংদে, মরমদি অয়ন চলনগী গতিনা লম্নি অহু হোংই, অহুবু চহি চামদি নত্তবনিনা পুরাণকারসিংনা সপ্তঋষি মণ্ডলনা নক্ষত্র ২৭তা নক্ষত্র খুদিংগী চহি চামা, চামা চাহুনা চহি ২৭০০ তা নক্ষত্র মহাযুগ অমা ওই, হায়বসি শেমজিনবা য়ানি। অহুদি পুরাণকারসিংনা অরয়াশেংগে হায়বহু খিকম থোকই। মাহুগী মমক পুরাণ ময়াম নৈনবদা ইতিন তিন্নদবা য়াঁ অতৈম্ পুরাণ অতোপ্পদা কহি।

ত্রীণি বর্ষসহস্রাণি মানুষেণ প্রমাণতঃ।
ত্রিংশদ্ যানি তু বর্ষাণি মতঃ সপ্তর্ষিবৎসরঃ॥
( বায়ু ৫৭ | ১৭ )

অর্থাৎ মীগী চহি ৩০০০ না সপ্তর্ষিগী চহিনি। অদুগা অমোকস্তু হায়ি—

সপ্তর্ষয়স্তু তিষ্ঠন্তি পর্য্যায়েন শতং শতং।
সপ্তর্ষীণাং যুগং হ্যেতদ্দিব্যয়া সংখ্যয়া স্মৃতম্‌॥
( বায়ু ৯৯। ৪২০ ),

অর্থ।- সপ্তঋষিসিংনা নক্ষত্র অমামমদা মথং মথং চহি চামা, চামা লৈ সপ্তঋষিসিংগী যুগকী চহি অসি দিব্যবর্ষগী মান শাবনি। অমোকস্তু হায়ি

সা সা দিব্যা স্মৃতা ষষ্টির্দিব্যাব্দাশ্চৈব সপ্তভিঃ।
তেভ্যঃ প্রবর্ত্ততে কালো দিব্যঃ সপ্তর্ষিভিস্তুতৈঃ॥
( বায়ু ৯৪। ৪২১ )

অর্থ।—দিব্যাব্দ হায়িখিবা অদু সপ্তঋষিনা দিব্যাব্দ হুমফুবু খংনগনি সপ্তঋষিসিং অদুনা মাখোইদগী দিব্যবর্ষ হৌই। মৎস্যপুরাণদা হায়িবনবু

সপ্তর্ষয়স্তু বর্ত্তন্তে যত্র নক্ষত্রমণ্ডলে।
সপ্তর্ষয়স্তু তিষ্ঠন্তি পর্য্যায়েন শতং শতং॥
সপ্তর্ষীণামুপর্য্যেতৎ স্মৃতং বৈ দিব্যসংখ্যয়া।
সমাদিব্যা স্মৃতাঃ ষষ্টির্দিব্যানি তু সপ্তভিঃ॥
( মৎস্য ২৭৩। ৩৯, ৪০ )

অর্থ।—সপ্তঋষিসিংনা নক্ষত্র ২৭তা নক্ষত্র অমামমদা চহি চাম, চাম মথংমনাউ নাইন্না লৈ। সপ্তঋষিসিংগী যুগ অসি দিব্যবর্ষদা চহি ৬০নি।

মথক্তা হায়িখ্রবা ব্রাকৈসিং অসিদগী খংই, বায়ুনা মীগী চহিদা চহি ৩০৩০ না সপ্তঋষি যুগ অমনি। পুরাণকারসিংনা পিতৃমান লৌই। অদুনা মীগী চাংদগী পিতৃমাননা ৩০ চেনি ( মীগী থা অমনা পিতৃগী নোংমা ওইবননি ) অদুগা মীগী চহি ৩০৩০ অসি পিতৃমাননা পুখোক্লবদি ৩০ × ১০১ নি। মাসিদা অমদি খুদোংচানবা থাদোক্তুনা চহি চামনা নক্ষত্র যুগ অমনি হায়িবনি। অদুগা খ্রাসিবু অমোক দিব্যবর্ষদা ৬০ নি হায়িবগী তাৎপর্য্যদি

মীগী চাংদা ৩০ × ১০০ ওইবা অসিবু দেবমানগী চাং চৈনা এল্লবদি ৩০×১০০/৩০×১২ = ৫ × ৫০ দেবমানদি ভরানিখোইগী মশকনি ( মীগী থা ১২ না লাইগী নোংমনি ) ১২ × ৫ × ৫০ অদু লাইগী চহি ৬০ × ৫০ নি।

মথক্তগী তাৎপর্য্যসিং অসিদা উরে, সপ্তঋষিগী অহোবা থরানমচাক অনি "পুলহ অমসুং ক্রতু" দা ধ্রুব শোক্লনা চিংবা লৃয়িনা নক্ষত্রগী মকোইদা তাবা লয়ি অদুনা অয়ন চলনগী মরম ওইদুনা চৎপা অদুদা সপ্তঋষিনা চহি চাম চামদা নক্ষত্র অমামম চৎলি হায়িবা নত্তে পৌরাণিকসিংগী কাল পরিমাণগী নিয়মদা যুধিষ্ঠিরনা পানবা অদুগাইগী শেমদুনা চৎনবা

অসুম্না খংনগনি। মরমদি পুরাণনচিংবা শাস্ত্রদা যুধিষ্ঠিরগী মমাংগী নিংথৌসিংগী প্রসঙ্গদা সপ্তঋষি যুগ লৌংবা শাস্ত্রদা উদে।

## ২৪। পুরাণদা নক্ষত্রযুগকী অহৌবা।

হুজিক্কী কালদা অশ্বিণীনক্ষত্রনা অহৌবা ওইনরি, মাসি মমাংদৈদা ওইরমদে, হাঙ্গবা প্রাচীন শাস্ত্রনা খুদম ওইহনা খংই। নক্ষত্রসিংগী মরক্তা জ্যেষ্ঠা নক্ষত্র হাঙ্গবসিবু বৈদিক যুগতা অহানবা মসিং থিকম ওইরমই। অদুনা পণ্ডিতসিংনা জ্যেষ্ঠানক্ষত্রবু নক্ষত্র যুগকী অহানবনি হাঙ্গনা লৌনৈ। মহাক্কী হৌরকপা অসি কল্পগী হৌবা মতমদগীনা নক্ষত্রগী যুগমু তৌমল্লগনি। মাসি যুধিষ্ঠিরগী মতুং ফাওবা চংনরমই অসুম্না পুরাণসিংদা উই। মৈতৈগী পুরাণদদিচংনদে। মৈতৈপুরাণদদি সপ্তনগী গবামল্লন যজ্ঞতা চংলমই।

মাসিনা অহুমসুবা পন্দুপনি।



# মণিপুর ইতিহাস।



মরিস্মুবা পন্দুপ।

তাইবংশেম্বা।।



## অতিং-কোক গুরুসিদবা।

মৈতৈগী পুরাণনা হাঙ্গ,— অচৎপা চংতবা, অউবা, উদবা – তাবতা তাবা, তাইবং পুম্নমক অসি অতিংকোকতগী থোরকই, মানা শেম্বা তাইবং অসি মানা ঙাকই, অমস্থং মতম ওইরগা মানা মাগী মপুকতা পুশিন্দুনা তাইবংমুংপা কৌবা মতম অহু ওই, অম্নমা হাঙ্গ। মহাকী মশক্তি অসিনি—

ওঁ

(১) চিঙু খোয়ুম লাইনিংথৌ, অতিংকোক গুরুসিদবা,
(২) য়াইবি এলহৌভৈ অমম্—লৈশা হল্লকপা;
(৩) খেরে নুংগুম্ তগুপ্হৌ, পোঙ্গদিঙু নোংথাং তরংলেন
(৪) তাইবং লাইজা ঈপোকপা।
(৫) চিঙু লিন্দাউ, তাউবী ঈরোঈনাই;
(৬) লাইরেন তাউরোইনাই নমুসিদবা।
(৭) নুঙ্গাং মহারাবা (৮) য়াইবি নুঙৌ পি মাবা,
(৯) চিঙুকোরৌ অয়েংবা (১০) বাংবনিংথৌ পাঙ্গুম্বা।
(১১) হুপ্লা মপান্গী হারমাউগী মিশেম্বোঙ কাইবী;
(১২) মহুম্নুংগী পরিং লাংসং হুন,
(১৩) উকা মাঙ্গ থোংয়াম্না নপোক খোইরা য়াল্লকপা।

———•———

ওঁ

**চিঙ্ য়াবা খোঞ্জেন অহানবদা লাংবন খোইম্নু খোন্দানবনা,**
**খোঞ্জেন ওঙ্কার মএক খোকনা নপোক্ খোইরা য়াল্লকপা।**
**চিঙ্ য়াবা নখোঞ্জেম্না নমুপোঙবু খেতম্লকপা।**

মথক্তা হাঙ্গিরিবা অসি অতিংকোককী তেংথানি। তেংথা অসিনা হাঙ্গিরি, তাইবং অসিনা লৈহৌরিঙৈ, তাইবংনা লৈরকপাগী মথং মনাউ, অমস্তুং অতিংকোকী মশক হাঙ্গিবাদ মচাকী স্বরূপ লক্ষণ অমস্তুং তটস্থ লক্ষণ হাঙ্গিরি, অনিস্নবা তেংথাবা অস্তুনা উপনিষদ্‌সিংগী এক-মেবাদ্বিতীয় ব্রহ্মবু উপাসনা তৌবগী মম্বগা লোইনবাবু তেংথাবনি। তেংথাবা অনিস্নক অতিংকোক শুরুবু থাগংপা তেংথা তাক্তনি।

তেংথাসিং অসিগী পদার্থগা লোইননা তাৎপর্য্য হাঙ্গনবা—ঐখোইনা অহানবদা মৈতৈগী পুরাণনা ভাব অমস্তুং রাহৈ অসি কদাইদগী লোকুবগে হাঙ্গবত্ত হায়না খিনবা তোংনার। মরমদি লাইরিক অসি ইতিহাস ( History ) নি। ঐখোইনা মৈতৈ অমস্তুং মৈতৈলৈপাকী এলহৌদৈদগীনা হুজিক কাউবদা ওইরকলিবা মওং অসি নৈনবনা লাইরিক অসিগী মখোনি। মৈতৈসিংনা মাখোইবু শেম্লকপা অসি করম্বা ভাবতা থংখিবগে ভাব অত্ত কদাইদগী লৌবনো? হাঙ্গবসি ঐখোইনা উধুাইদগী ইহান হায়া খিনিংই, অপাম্বা অদু লাইরিক অসিদা হন্দোক্তরে।

তাইবংপান অসিদা রাহৈ—মরোন ভাষা হাঙ্গত্তুনা লৈবা পুম্নক অসিগী অহানবদি বেদগী মরোন অসিনি, অমস্তুং অত্তুশুম্না লোয়া ইবা লাইরিক হাঙ্গত্তুনা লৈরিবা পুম্নক অসিদা মাবু হানবা অমা লৈত্তরে হাঙ্গনা তাইবংমী পুম্নকনা য়ানবদি ঋগ্‌বেদনি। তাইবংমী মরক্তগী মাখোইনা ইহান হানবা, অমস্তুং জ্ঞানগী থাউমৈনা মাখোইদা ইহান হায়া তানখিবা অত্তুশুম্বা ঋগ্‌বেদগী ঋষিসিংনা তাইবংপান অসিনা খোক্তরিঙৈদা, খোরকপদা, খোক্লবদা ওইবা মওং অত্ত করমদৌনা থনখি অমস্তুং করম্না হাঙ্গিরম্বগে হাঙ্গনা খিবদা ইহান হানবা মক্তদা ঐখোইনা ঋগ্‌বেদগী ৮সুবা অষ্টক, ৭সুবা অধ্যায়, ১৭সুবা বর্গদা উই:—

( ১মা )

**নাসদাসীন্নো সদাসীত্তদানীং নাসীদ্রজো নোব্যোমাপরো যৎ।**
**কিমাবরীবঃ কুহ কস্য শর্ম্মন্নম্ভঃ কিমাসীদ্ গহনং গভীরম্।**

অন্বয়ার্থ।—তদানীম্ ( তস্মিন্ কালে—মতম অহুদা ) যৎ অসৎ ( যদ্ অসদ্ অভিধেয়ম্

তদপি—অসৎ কৌবা অহুস্মু ) ন আসীৎ ( মাভূৎ—লৈখিদে ) যৎ সৎ ( যৎ সদভিধেয়ম্—সৎ কৌবা অহুস্মু ) নো আসীৎ ( মাভূৎ—লৈখিদে ) যৎ রজঃ ( যৎ রজ ইত্যুচ্যতে তদপি রজস্ কৌব অহুস্মু ) ন আসীৎ ( মাভূৎ—লৈরমদে ) যৎ ব্যোমা—পরা ( যৎ ব্যোমাভিধা তথা ব্যোম্নঃ পরঃ তদপি—ব্যোম কৌবা অমস্মুং মাতুদগী ,অতোপ্পা অহুস্মু ) নো ( মাভূৎ—লৈরমদে ) কিম্ আবরীবঃ ( কিম্ অত্যন্ত মাবুগুয়াৎ—করিবু—কনাদু য়াম্না কুপসিনবা ? ) কুহ ( কুত্র—কদাইদা ) কস্য ( কস্যচিৎ অনির্বচনস্য—হাঙ্গনগুম লৈতবা কনাগী ) শর্ম্মন ( সুখায়—মুঙাইনবগীদমক ) গহনম্ ( দুঃ প্রবেশং—সুকখ্রবা ) গভীরম অত্যন্তাগাধম্—মপান নাইদবা ) অম্ভঃ ( জলম্ ঈসিংনা ) কিম আসীৎ ( কথম্ অভূৎ করম্না ওইখিবা ? ) ।

অনুবাদ

মতম অহুদা ওইদবা কৌবা অহু লৈরমদে, অওইবস্মু লৈরমদে, তাইবংপান লৈরমদে, অতিয়া লৈমরদে, মাঙোন্দগী অতোপ্পাস্মু লৈরমদে, কনাগুম্বু মানা কুপ্সনথরে হাঙ্গবস্মু লৈরমদে, কদাইদা কনাগী মুঙাইনবগীদমক শুরুবা মপান নাইদবা ঈসিংনা লৈরমগদগে—লৈরমদে | ১ ।

অথ দ্বিতীয়া

ন মৃত্যুরাসীদমৃতং ন তর্হি ন রাত্র্যা অহ্ন আসীৎ প্রকেতঃ।
আনীদবাতং স্বধয়া তদেকং তস্মাদ্ধান্যন্ন পরঃ কিঞ্চনাস। ২ ॥

অন্বয়ার্থঃ—

তর্হি ( তস্মিন্ সময়ে—মতম অহুদা ) মৃত্যুঃ ( মরণং বিনাশম্- সিবা, মাঙ্বা ) ন আসীৎ ( মাভূৎ লৈরমদে ) অমৃতং ( মরণাভাবঃ—অনশ্বরম্—মাংদবা, সিদবা ) ন ( মাভূৎ—লৈরমদে ) রাত্র্যাঃ ( নিশায়াঃ—অহিংগী ) অহ্নঃ ( দিবসস্য—নুংখিনগী ) প্রকেতঃ ( সাধনং—অহিংনি, নুংখিননি খংনবা উপায়না ) ন আসীৎ ( মাভূৎ লৈরমদে ) তৎ ( প্রসিদ্ধম্—ইথ্রাইনা খংনরিবা ) একম্ ( অবিভক্তম্—খাইদোকনিঙাই লৈতবা ) অবাতম্ ( বায়ুবর্হিতম—নুংশাম্বর হোনবগী মশক ওইবা নুংসিৎ য়াউদবা মানা ) স্বধয়া ( শক্ত্যা—মাগী পাঙ্গনা ) আনীদ্ ( আসীৎ—ওইখি ) তস্মান্ হ ( তস্মাদ খলু—মাঙোন্দগী খাগৈশেংনা ) অন্যৎ ( ভিন্নং—নত্তবা ) পরঃ ( অপরঃ—অতোপ্পা ) কিঞ্চন ( অনির্দ্দেশ্যম—করিগুম্বা ) ন আস ( ন অভূৎ লৈখিদে ) ।

অনুবাদ

মতম অহুদা শিবা হাঙ্গবদি মাংবলৈবা তাইবংপান অসি লৈতে। মরম অহুনা ( অতোপ্পা ) শিদবা হাঙ্গবদি মাংদবা পোৎস্মু লৈরমদে ( অমাংবা অমস্মুং মাংদবা হাঙ্গবা মথাই অসি লৈতে )

মংতৌ অসুম তৌদুনা অহিং লুংখিননি চাঙ্গৈবা পংননবা খুদম লৈতে, ( মতম অদুদা লৈরম্বা অদুস্থ ) সুপনগী মাগী মপাঙ্গননা মরম ওইদুনা লুংসিং নত্তুনা মহুংশা হোম্দুনা মশা খিংনা লৈরমই, মহাক নত্তনা করিগুম্বা মাগী মপান্দস্থু লৈরম্দে। ২॥

তম আসীত্ত মসা গূল্হমগ্রে প্রকেতং সলিলং সর্বমা ইদম্।

তুচ্ছ্যেনাভ্বপিহিতং যদাসীত্তপসস্তন্মহিনাজায়তৈকম্। ৩॥

অন্বয়।—অগ্রে ( সৃষ্টেঃ প্রাক্—তাইংপান শেমদরিঙৈদা ) তমঃ ( অন্ধকারম্—অমম্বনা ) আসীৎ( অভূৎ -ওইখিরমই ) তমসা ( অন্ধকারেণ —অমম্বনা ) গূল্হম্ ( সংবৃতম্ - কুপখি ) ইদম্ ( দৃশ্যমানম্—উকন থোকপা ) সর্ব্বম্ ( সকলম্ - পুম্নমক ) অপ্রকেতম্ ( অজ্ঞায়মানম্—খংগদবা ওইদবা ভেদাভেদ লৈতবা ) সলিলম্ ( জলম্—ঈসিংনা ) আঃ ( আসীৎ - ওইরমই ) তুচ্ছ্যেন ( মায়য়া-মায়ানা ) অপিহিতম্ ( আচ্ছাদিতম্—কুপ্পা ) আভু ( ব্রহ্ম—মতিংকোকনা ) যদ্ (যদা মতম অদুদা ) আসীৎ ( অভূৎ—ওইরমই ) তপসঃ ( স্রষ্টব্যপর্য্যালোচনরূপস্য - শেমগদৌরিবা তাইবংপানবু খনবগী ) মহিমা ( মহাত্মেন—মতিকনা ) একম্ ( একীভূতম্ অপি—অমত্তা ওইদুনাস্থ ) অজায়ত ( উৎপন্নমভূৎ—থোকখি )। ৩॥

অনুবাদ।—অমম্বাতা ওইরমই, তৌগংলকপদা পুম্নমক অসি অমম্বনা কুপলমই, মাসিদি মাসিনি অসুম্বা খাইদোকপা লৈতবা ঈসিংনা পুম্নমকসি ওইরমই, মখম পুম্নমক্তা সিনথুংনা লৈবা অতিংকোক গুরুসিদবা অসি মিথ্যা মায়ানা কুপসিনলমই, মতম অদুদা মরুদা অমত্তা ওইবা মানা তপকী মতিকনা কোংদোকখি। ৩॥

কামস্তদগ্রেসমবর্ত্তাধিমনসোরেতঃ প্রথমং যদাসীৎ।

সতোবন্ধুমসতি নির্‌বিন্দন্হৃদি প্রতীষ্যা কবয়োমণীষা। ৪॥

অন্বয়।—মনসঃ অধি ( মনসি—পুকনিংদা ) যৎ ( অদুগুম্বা ) প্রথমম্ ( অহানবা ) রেতঃ ( বীজং—মরু ) আসীৎ ( অভূৎ—ওইখিবা ) তৎ ( মাদুনা ) অগ্রে ( অহানবদা ) কামঃ সমবর্ত্তত ( অপাম্বা ওইখি ) কবয়ঃ ( জ্ঞানীসিংনা ) হৃদি ( থামোইদা ) মণীষা ( মণীষয়া—বুদ্ধিনা ) প্রতীষ্যা ( প্রতীষ্য—বিচার তৌদুনা ) অসতি ( নাশরে—অনিত্যে—মাংবা লৈবা—অরেপ্পা লৈতবদা ) সতঃ ( নিত্যস্য—অবিনাশিনঃ—অরেপ্পা ওইবা—মাংদবগী ) বন্ধুম্ ( বন্ধনম্—সম্বন্ধম্—অহানবা মরি ওইনবনি হাঙ্গৈনবু ) অবিন্দন্ ( অলভন্ত—জ্ঞাতবন্তঃ—খংখি )। ৪॥

অনুবাদ।—মহাক্কী পুক্রিংদা অক্তগুম্বা রেতঃ চাইবদি বীজ—মরু অমা ওইখি মাহূনা হৌদংপদা কাম চাইবদি ভাইবং শেম্নবগী অহানবা হৌবা পাঙ্গল ওইখি, জ্ঞানীসিংনা খাংমাইদা বিচার তৌদুনা বুদ্ধিনা মাতবু ৎংখি—খংখি, মাহুদি, মাহুনা সং অমসুং অসং অনিগী অহানবা মরি লৈনবনি। ৪।

তিরশ্চীনো বিততোরশ্মিরেষামধঃ স্বিদাসীদুপরি স্বিদাসীৎ।

রেতোধা আসন্ মহিমান আসন্ স্বধা অবস্তাৎ প্রযতিঃ পরস্তাৎ।৫

অন্বয়।—রশ্মিঃ (কিরণ—মঙান অমনা) এষাম (মাখোই অসিগী) তিরশ্চীনঃ (মধ্যোস্থিতঃ—ময়াইদা লৈবা ওঁহুনা) বিততঃ (সন্দোকই) স্বিৎ (বিতর্কে—খল্লবদা) অধঃ আসীৎ (মখাদা ওইখি) স্বিদ্ (খল্লবদা) উপরি আসীৎ (মথক্তা ওইখি), রেতোধাঃ (বীজপ্রদঃ—মরু পীবা) আসন্ (ওইখি) মহিমানঃ (বৃহৎ—অচৌবা) আসন্ (ওইখি) স্বধা (শক্তি—পাঙ্গলনা) অবস্তাৎ (অসোমদা ওইখি) প্রযতিঃ (মতিকনা) পরস্তাৎ (অসোমদা ওইখি)। ৫ ॥

অনুবাদ।—মঙান অদুনা মাখোইগী ময়ুংদা সন্দোকখি, অদুদি মাতনা মখাদা ওইবরা মথক মথক্তাসু ওই, মদুনা মাখোইগী মরু পীবা ওই, য়াম্নখোক্ না চাউখংলি, মাগী পাঙ্গল অদুনা অসোমদা ওই, অমসুং মতিকনা অসোমদাসু ওই। ৫ ॥

কো অদ্ধা বেদ ক ইহ প্রবোচৎ কুত আজাতা কুত ইয়ং বিসৃষ্টিঃ।

অর্বাগ্‌দেবা অস্য বিসর্জনেনাথা কোবেদ যত আবভূব। ৬ ॥

অন্বয়।—কঃ (পুরুষঃ—কনানা) অদ্ধা (পারমর্থেন—শংশংনা) বেদ (জানাতি—খংই ?) কঃ (পুরুষঃ—কনানা) ইহ (অস্মিন্ লোকে—ভাইবংপান অসিদা) প্রবোচৎ (প্রক্রয়াৎ—য়াম্না হাই ?) ইয়ম্ (দৃশ্যমানা—অউবাওইবা) বিসৃষ্টিঃ (বিবিধঃসৃষ্টিঃ—মখল মখা য়াম্নবা শেম্নবা অসি) কুতঃ (কস্মাৎ—কদাইদগী) আজাতাঃ (আবির্ভূতাঃ—থোরকপা ?) দেবাঃ (দেবতাঃ—লাইসিংবু) অস্য (জগতঃ—ভাইবংপানগী) বিসর্জনেন (সৃষ্ট্যা শেম্বনা) অর্বাগ্ (অর্বাচীনাঃ কৃতাঃ—মতুং ওইহনখি) অথ (এবংসতি—মাশুম্না ওইরবদা) যতঃ (যস্মাৎ—মাতোম্দগী) আবভূব (ভাইবংপানব ওইখিবা) কঃ (পুরুষঃ—কনানা) বেদ (জানাতি—খংই ?)। ৬।

অনুবাদ।—অসিগুম্বা মথলমথা। য়াম্বা তাইবংপান অসি মাচুদগী মাচুনা ওইরকপনি অমুম হাইবসি কনানা। শংশংনা থংই? তাইবংপান অসিদা মাসিবু কনানা য়াম্বা হাইবা ওমগনি? ল্যাই হাইবা অচম্ব মাথোই অসি শেম্বা তুংদা কোম্না ওইব'ন, অদুনা মাথোই অসিগী থোরকপদি মাসিনি অমুম্না কনানা থংগনি? ।৬।

ইয়ং বিসৃষ্টির্যত আবভূব যদিবাদধে যদিবা ন।

যো অস্যাধ্যক্ষঃ পরমে ব্যোমন্ সো অঙ্গ বেদ যদিবা ন বেদ।৭।

অন্বয়।—ইয়ম্ (দৃশ্যমানা- উরবা) বিসৃষ্টিঃ (বিবিধা সৃষ্টিঃ—মথলমথা য়াম্বা- তাইবংশেম্বা অসিনা) যতঃ (যস্মাৎ—মাহোন্দগী) আবভূব (জাতা—থোকখিবা) সঃ (মানা) যদিবা দধে (ধারয়তি—পুই) যদিবা ন দধে (ধারয়তি—পুদে) যঃ (মানা) অস্য (তাইবংপান অসিগী) অধ্যক্ষঃ (মপু ওইবা) পরমে ব্যোমন্ (অথোইবা অতিয়াদা লৈবা) সঃ (মানা) অঙ্গ (হে জীব) বেদ (জানাতি থংই) যদিবা ন বেদ (মানা থংদে)।৭।

অনুবাদ।—অসিগুম্বা উরিবা তাইবংপান উরিবা অসিনা মাহোন্দগী ওইরকপা মহাক্না পুম্নমক অসি পুরিবনি, মানা পুদবসু য়াই, মহাকনা তাইবং পুম্নমক অসিগী মপু ওইদুনা অথোইবা অতিয়াদা লৈবা মহাকনা হে জীব পুম্নমক অসি থংই, থংদবসু য়াই।৭।

## বেদোক্ত সৃষ্টিগী অসম্বা।

করিগুম্বা অমত্তা লৈরমদে--তিঙ্কাকোক ওইরমই, মতম অদুদা মাতদি লৈ,—মহাক্ত মাতগী মপাঙ্গলনা লৈবনি—মাদি অতিঙ্কোকনি অমম্বা মক্না ওইরমই, মথাক্ত লৈতবা সলিল—লাইজা ওই, অতিঙ্কোকী মথাম ওইর'গ অমুম্না নিংবা পুকনিং অচুদগী পুম্নমক অসি ওইখি, তাইবংপান অসি থোক্রবা তুংদা লাই ওই, অদুনা লাইনসু মাবু হানবা অসিগী থোরকপা ওইরকপা অদু থংহৌদে, অদুনা কনানসু তাইবংশেম্বা অসি মাশুম্না ওইরকই, হাইবা মাসিবু কনা অমত্তনসু মাসিদগী হেন্না সন্দোকনা হাইবা ঙমদে, অমঙং থংদে, তাইবং পুম্নমক অসিগী মপু মাবু নৈত্তৈরোম্বা অতিঙ্কোক-গুপ্তসিদবা কৌবা মাত্তনা থংই, মাত্তনা পুম্নমক অসি পুরনা লৈ, মাচুবু ঐথোইনা সংসংনা হাইবা ঙমদে, থংকম থোকলগা মানা থংগনি, অত্তৈনদি কনানসু থংকম থোক্তে।

ঐথোইনা বেদগী সৃষ্টি বর্ণনা অসিদগী উবা ফংলিবদি, মৈত্তৈগী প্রাচীন শ্রুতিসিং অসিগী য়াতৈ অসি বেদগী সংহিতা ভাগতগী লৌবনি হাইবসি উনথ্রবা অসিনি, মাচুগী মচুংদা

"শুক্ল" হাঙৈবা লাইমিং অসিদি বেদদগী নাণ্ডে, মরমদি সংহিতা ভাগতা শুক্লবু লাইমিং ওইনা লেংদে। শুক্ল হাঙৈবা হাইহে অসিদি দ্রাবীড়সিংগী তিন্নখিবদগী থোকপনি।

অমসুং লাংবন থাদা নৈহি চুপকে পাইবা থোইমুগী ওম্ ওম্ হাঙৈবা খোঞ্জেল্লা মাগী মশক থাবা হাঙৈবদি ওম্না মমিং ওইনবা হাঙৈবা লাইমিং অসিদি বেদদগী লৌবনি। মাসিনা ঐখোইনা খংবা ঙমই ঐতিহাসিক সময়বিভাগদা এংলবদা বেদগী সংহিতাগী যুগ মথংদা আরণ্যক যুগ অমসুং উপনিষদ্ যুগ ফাউবদা চংনবা লাইমিংনি। উপনিষদ পুন্নমক্তী মচিবু তাকপিবা শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা লাইমিং অসিগী মরমদা "ওমিত্যেকাক্ষরং ব্রহ্ম" অমসুং "ওং তৎ সদিতি ব্রহ্মণো নির্দ্দেশঃ" অসুম্না তাকলে। তাইবংপানবগী হিন্দু জগত্তা প্রণবনা তাইবংপানবগী মপুগী প্রতীক ওইনবা অমসুং নাম ওইনবা অসি অনাদিকালদগী চংনরক্লনি। অছুনা মণিপুরদা বেদধর্ম চংপা অসি সংহিতাগী যুগতগীনা পৌরাণিক যুগ ফাউবা নিংথিনা ভাক্লমই, অমসুং মাখোই অসি ভারতত্তা নৌনা খোনখিবা হিন্দু হাঙৈবা জাতি অদুগী মশা অমত্তনি হাঙৈবদা চিংনবা লৈতনা খংবা ঙমই।

তাইবংপান অসি করম্না থোরকপগে, করম্না ওইরকপগে হাঙৈবসিগী মরু ওইবা হাদি হাঙৈখ্রবা অসিতনি। অসিগুম্বা বেদগী তাৎপর্য্য অসি লৌথোক্নবা সন্দোকনা লেংখোকপা ঋষিসিংগী বর্ণনা কয়ামুক ঐখোইনা মতাং অসিদা উৎনিংই, মাদুগী মমাংদা হুজিক বেদনা চাঙৈথিবা দেবতাসিংবু তাইবংপানবা শেম্বনা হায়রি, হাঙৈবা দেবতাসিং অসি কনা২ নে হাঙৈবদু হায়না উৎলি।

## দেবতা।

তাইবংপানবদা পাম্লিবা মী হাঙৈবা জীবসিং অসিনা মাখোইবু হেনবা জীব কাংবু অম লৈ হাঙৈনা নিঙি। মাদুবু মৈতৈরোন্দা চিঙ্, থমুখ অমসুং লাই অসুম্না কৌই। মাদুব শাস্ত্রনা দেঁবতা হাঙৈরগা খংনৈ। মীওইবা হাঙৈবা অসিগী হৌরকপদগীনা হুজিক ফাউব অসিদা লাই হাঙৈবা অসিনা করম হৌনা মীওইবগী পুকনিংবু—অধিকার তৌরকপগে হাঙৈবসিং মীওইবগী ইতিহাসগী পুলপ এংলবদা লৈনকম অমনি।

মীওইবনা জ্ঞান তারক্করিবৈদগী হৌনা লৈরম্বা লাইরিকি সুপ্নগী বেদতনি, অছুন বেদনা দেবতা হাঙৈরগা খংনরিবা পোৎশক অত্ত অহানবদা ইরি,। বেদনা হাঙৈ—"অগ্নির্দেবতা বাতোদেবতা, মরুতোদেবতা, বিশ্বেদেবাদেবতা, বৃহস্পতির্দেবতা, ইন্দ্রোদেবতা, বরুনোদেবতা" অসিনাচিংবা হাঙৈছুনা অগ্নি, বাত, মরুৎ, বিশ্বেদেব, বৃহস্পতি, ইন্দ্র, অমসুং বরুণ অসিনা চিংবাবু দেবতানি অসুম্না বেদনা (যজুঃ অ ১৪ মং ২০) হাঙৈ, অছুনা বেদদা "দেব হাঙৈবা অসিনা বেদগী মন্ত্রবু খংনৈ। 'মন্ত্র অছুদা অগ্নি—যৈ হাঙৈবা পোৎশক অসিবু হাঙৈরবা মন্ত্র অদুবু অগ্নিদেবতানি, অসুম্না খংনৈ। মাসুম হৌছুনা বায়ু, সূর্য্য, চন্দ্রনাচিংববু হাঙৈর

মন্ত্র অদুবু সূর্য দেবতা চন্দ্র দেবতা অমুম্না হাইবনাচিংবা অসি থংনৈ। মাসিগী অসম্বা ভাবতি অসিনি—মাখোইনা করিগুম্বা ভাংলিবা-হাঙ্গৈরিবা শোল্লিবা মন্ত্র অদুগী অর্থ হাইবদি পোৎশক অদুবু দেবতা—লাই কৌরম্ই। মাদু'দ অসিনি লেংলি পাল্লিবা—ঙাবরা, তারিবা পোং পুম্নক অসিগী মরক্তগী করিগুম্বা পোৎশক অমাবু হাঙ্গবা—শোনবদা পোৎশক অদুবু কর্ম্মবাগুদা দেবতা কৌই। মাসিগী মরমদা যাস্কাচার্য্যগী দৈবতকাণ্ডদা হাঙ্গবা নিরুক্তগী বচন কয়ামুক মথাং অসিদা লৌখৎলি—

"কর্ম্ম সংপত্তিমন্ত্রোবেদে (নি, অ ১।খ২) অথাতোদৈবতং তদ্ যানি নামানি প্রাধান্যস্তুতীনাং তদ্দৈবতমিত্যাচক্ষতে সৈষা দৈবতোপপরীক্ষা যৎকাম ঋষির্যস্যাং দেবতায়ামার্থপত্যমিচ্ছন্ স্তুতিং প্রযুঙ্ক্তে তদ্দৈবতঃ স মন্ত্রো ভবতি, তা ত্রিবিধা ঋচঃ পরোক্ষকৃতা, প্রত্যক্ষকৃতা, আধ্যাত্মিকাশ্চ।" (নি, অ, ৭ খ ১)

সংক্ষিপ্তার্থ—বেদদা হাঙ্গৈরিবা মন্ত্রনা কর্ম্মসম্পত্তি ওই। অগ্নিনাচিংবা দেবপত্নীনা লোম্নবা অখোঙবা লৈসিল্লোশোনবসিংগী মমিংসিং অদু দেবতানি, মাদুগী মতাংবু দৈবতকাণ্ড অমুম্না কৌই। মাসি দেবতাগী উপপরীক্ষানি, মাদুদি ঋষিনা মাসিদা লৈসিলৈখোল্লবদি ঐপোৎ অসিগী মপু ওইগনি অমুম্না নিংদুনা লৈসিলৈখোম্বি, অদুগুম্বা লৈসিলৈখোনবা অদু দেবতানি, মহাক্কি মন্ত্রনি। অদুগুম্বা মন্ত্র অদু মথন অহুমনি, মাদুদি পরোক্ষ ওইনা হৌবা অমা, প্রত্যক্ষ ওইনা হৌবা অমা, অমনা অধ্যাত্মিকনি।

"তদ্ যেনাদিষ্টদেবতামন্ত্রাস্তেষু দেবতোপপরীক্ষা যদ্দৈবত স যজ্ঞো বা যজ্ঞাঙ্গংবা তদ্দেবতা ভবন্ত্যথান্যচ্চ যজ্ঞাৎ প্রজাপত্যা ইতি যাজ্ঞিকা নারশংসা ইতি নৈরুক্তা অপি বা সা কামদেবতা স্যাৎ প্রায়োদেবতা বাস্তিথাচারো বহুলং লোকে দেব-দেবত্যমতিথিদৈবত্যং পিতৃদৈবতম্ যাজ্ঞ দৈবতো মন্ত্র ইত্যপি হ্যদৈবতা দেবতাবৎ স্তু-য়ন্তে যথাশ্বপ্রভৃতীন্যোষধি পর্য্যন্তানি।" (নি, অ ৭ খ ৪)।

মন্ত্রসিং অদুদা পোৎশক ওইবা দেবতা অদু তকোং তকোংনা য়াউদ্রবদি মন্ত্র অদুগী দেবতাদি যজ্ঞনাচিংবনা ওই। মাদুদি অদু অদুগুম্বা মন্ত্র অদুগী দেবতাদি যজ্ঞনা, যজ্ঞগী মরম ওইবনা, প্রজাপত্যনা অমসুং মীবু থোকহল্লুগা মীনা দেবতা ওই, মাগুম্না দেবতাসিং অদু মথন মথা অমা নত্রগা অমনা লাইনা দেবতা ওইবা, অপোকপনা দেবতা ওইবা, অতিথি দেবতা ওইবা অমুম্না মথলমথা য়ায়া ওই।

"দেবো দানাদ্বা দ্যোতনাদ্বা দ্যুস্থানো ভবতীতিবা।" (নি অ ৭ খ ১৫)

"মন্ত্রামননাচ্ছন্দাংসি ছাদনাৎ।" (নি, অ ৭ খ ১২)

দেব হাঙ্গবগী অর্থদি পী হাঙ্গবনি, মাদুগী অর্থদা তাইবংপানবগী মপুবু দেব কৌই।

মীওইবদা জ্ঞান পীবা পণ্ডিতসিংশু মী ওইহৌনস্তু মাখোই অহু দেবনি। দেব হায়বগী অর্থনা অমোকস্তু শাবা হায় মাদোমদা লৌরগা সূর্য্য, চন্দ্র, তারানাচিংববু দেবতা কৌই। দেবগী অর্থনা অমোকস্তু ফোংদোকপা হায়, মাদোমদা লৌরগা এখোইবু পোকপা, গুরু, অপোকপা-ইপা, অমস্তুং ইমাস্তু দেবনি। দেবগী অর্থনা অমোকস্তু অতিথিদা লৈবা হায়, মাদোমদা হায়রগা অতিথি, মহান, অসিনাচিংবাশু দেবনি। মাসি পুম্নমক অসিগী অসম্বা ভাবতি—

তাইবংপানবদা লেংলি পাল্লিবা পোং পুম্নমক অসিদা তাইবংপানবগী মপুগী শক্তিনা সিনথুংনা চংহৌনা লৈ। বেদগী কর্মকাণ্ডদা অহু অহুগুম্বা পোংসিং অহুদা চংলিবা ইশ্বরগী মতিক মগুণ অহুবু লৈসিলৈখোনবদা পোং অহু অহুবু মাঙোন্দা চংলিবা ঈশ্বরগী মতিক অহুবু দেব কৌবদা খুদম ওইনরিবা পোং অহুনা মমিং ওইনক্লগনি। খুদমগী দমক— ঙুমিং অমস্তুং মৈনাচিংবদা চংলিবা ঈশ্বরগী মতিক মহান অহুবু লৈসিলৈখোনবদা অহু অহুগুম্বা ঙুমিং অমস্তুং মৈ অহু অহুনা মন্ত্র অহুগী দেবতানি হায়বতনি। অহুনা কর্মকাণ্ডদা দেবতাগী মমিং মশক অসি সিংথাবা ঙমদনা য়ারই। বেদগী সংহিতা ভাগতা দেবতা ওইনা থারিরা অহু এখোইনা মতাং অসিদা য়ামনবনা মমিংতা ওইনা খাইবা লৌখৎপা চাউমনগনি হায়হৌনা ঙমদরে। ছুজিক এখোইনা ফংলিবা বেদসিংগী দেবতাসিং অহু পাবিলিংবাসিংনা পুলপ লৌখৎপা অতোপ্পা লাইরিক্তগী উবিগনি, মাহুপ য়াম্না মতাং অসিদা লৌখৎপগী কান্নদবনা হুপ্লেকলে।

অহুগা হায়প্রবা মরম অসিনা উপাসনাকাণ্ড, জ্ঞানকাণ্ড অমস্তুং কর্মকাণ্ডগী নিষ্কাম-কাণ্ডদাশু অহুপয়াম্বা দেবতা পুম্নমক অহু থাদোক্তুনা সুপনগী দেবতা অমত্তদা লেপই। মরমদি লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক্তা মাগী চংথ্রিবা মগুণসিং অহুগী পুলপ খোরককম অহুতদা অমত্তা ওইনা উপাসনা তৌই।

পুরাণ, ইতিহাসনাচিংবা মুনিঋষিসিংনা লেংখোকপদদি হায়রি হায়রিবা দেবতাসিং অহু ফিবম অমদা হাপ্তুনা লেংখোকই। মাহুদি বেদনা হায়রি—আকাশ হায়বা অসিনা ঈসিং পী হায়বদি ঈসিং হায়বসি আকাশদা লৈ, মাহুবু লৈপাক্তা থাদরকই, অহুনা ঈশ্বরগী পাঙ্গন মতিক মীওইবদা ঈসিং পীবা আকাশগী মপু ওইবা পোং অহুবু বেদনা 'ইন্দ্র' কৌই। অহুনা ইন্দ্র হায়বা অসিনা দেবতা ওইবা মন্ত্র কয়ামুক য়াম্না চাউনা বেদনা হায়। মাহুবু পুরাণদদি ইন্দ্র হায়বা লাইগী নিংথৌ অমা লৈ, মহাক্তু মখুত্তা বজ্র পায়, ময়া মরি পালবা শামু তোংহৌনা মাগী মহারাণী শচীগা লোইনহৌনা শাংলৈ, হিংচাবগা লান তৌই, অসিনাচিংবা য়ারি পুথোকই। মাহুনা হিন্দুসিংবু মাখোইনা চত্তুনা উনরুবা নিংথৌ অমাবু মীনাখংবা অহুপ হিন্দুমচাসিংবু খংনহল্লি। মাস্তুম্না পুরাণসিংনা শেমদোক্তুনা লাই হায়বহু কোটি কুল্লা হুমদোইনা অথোইবা লুচিংবা লাইনি হায়। মাস্তুম তৌহৌনা লাইসিং অহুগা মীগাস্তু উনহল্লি। মীগাস্তু

লৌন লৈনহল্লি, মাতুমক্কনা থুগাইরবা অতোপ্পা তাইবংপান অমা শেমগংলি। থুদনগী দমক ঐখোয়না মতাং অসিদা বেদগী শরুক খরদং লৌখৎলি-

ঋগ্‌বেদ— "যে ত্রিংশতি ত্রয়স্পরো দেবাসো বর্হিরাসদন্।
বিদন্নহ দ্বিতাসনন্ (ঋ ৬।১।৩৫।১)।"

যজুর্বেদ— "ত্রয়স্ত্রিংশতা স্তুবত ভূতান্যশাম্যন্ প্রজাপতিঃ
পরমেষ্ঠ্যধিপতিরাসীৎ (য ২৪।৩১)।"

অথর্ববেদ— "যস্য ত্রয়োস্ত্রিংশদ্ দেবা নিধিংরক্ষন্তি সর্বদা।
নিধিং তমদ্য কোবেদ যংদেবা অভিরক্ষথ।
যস্য ত্রয়োস্ত্রিংশদ্দেবা অঙ্গে গাত্রা বিভেজিরে।
তান্ বৈত্রয়স্ত্রিংশদ্দেবানেকে ব্রহ্মবিদোবিদুঃ॥"
(অথর্ব্ব ১০।২৩।৪।২৩।২৭)

মথক্তা ইবিবাসিং অসি বেদগী সংহিতা ভাগকী মন্ত্র ভাক্তনি। মন্ত্রসিং অসিনা দেবতা কুন্থাহুমদোই অমুম্না চাংদার। মাখোই কুন্থাহুমদোই অহু করি করি দেবতা'না? অমুম্না থাগে হায়রবদা বেদগী সংহিতা ভাগকী অর্থবু ব্রাহ্মন ভাগনা হল্লি। অদুনা মাখোয়গী মথক অহু ব্রাহ্মণ ভাগতগী লৌগনি। দেবতা কুন্থাহুমদোইগী অর্থ অহু শতপথগী শ্রুতি-সিংনা হাই।

"সহোবাচ মহিমানো এবৈষামেতে ত্রয়োস্ত্রিংশত্ত্বেব দেবা ইতি। কতমেতে ত্রয়স্ত্রিংশদিত্যষ্টৌ বসব একাদশরুদ্রা দ্বাদশাদিত্যাস্তএকত্রিংশদিন্দ্রশ্চৈব প্রজাপতিস্ত্র ত্রয়স্ত্রিংশাবিতি। কতমে বসব ইতি। অগ্নিশ্চ পৃথিবীচ বায়ুশ্চান্তরিক্ষং চাদিত্যশ্চ দ্যৌশ্চ চন্দ্রমাশ্চ নক্ষত্রানিচৈতে বসব এতেষু হীদংসর্ব্বং বসুহিতমেতেহীদং সর্ব্বং বাসয়ন্তেত-স্মাদ্ বসব ইতি।

কতমেরুদ্রা ইতি। দশেমেপুরুষেপ্রানা আত্মৈকাদশস্তে যদাস্মান্মর্ত্ত্যাচ্ছরীরাদুৎক্রা-মন্ত্যাথ রোদয়ন্তিতস্মাদ্রুদ্রা ইতি।

কতমে আদিত্যা। দ্বাদশমাসাঃ সংবৎসরস্যৈত আদিত্যা এতেহীদং সর্ব্বমাদদা-নায়ন্তি তদ্ যদীদংসর্ব্বমাদদানায়ন্তি তস্মাদাদিত্যা ইতি।

কতম ইন্দ্রঃ কতমঃ প্রজাপতিরিতি। স্তনয়িত্নুরেবেন্দ্র যজ্ঞঃ প্রজাপতিরিতি কতম স্তনয়িত্নুরিত্যশনিরিতি কতমোযজ্ঞ ইতি পশব ইতি। কতমেত্রয়োদেবা ইতিম এব ত্রয়ো-লোকা এষু হীমে সর্ব্বেদেবাইতি কতমৌ দ্বৌ দেবাবিত্যন্নংচৈব প্রাণশ্চেতি কতমধ্যর্ধ ইতি যোয়ং পবত ইতি।

তদাহুঃ। যদয়মেক এবপবতেহয় কথমধ্যর্ধ ইতি যদস্মিন্নিদং সর্ব্বমধ্যার্ধ্নোত্তেনাধ্যর্ধ

ইতি। কতমে একদেব ইতি স ব্রহ্মত্যদিত্যাচাক্ষতে। ( শতপথ ১৪ | ৫ )
মাখোই অসিগী অর্থদি অসিনি শেংদা লাই কুস্থাহুমদোই হাইনা চংনৈ, মাহুদা পুরাণ্‌ কারসিংনা কোটি কুস্থাহুমদোই—হাঙবতনি। মাস্তুম্না মসিং মামথংপা অসি পুরাণগী হৌনবিনি হাঙবা মথক্কী পন্দুপতাংস্থু উংথরে। কুস্থাহুমদোই অহুঙ্কি ব্রাহ্মণভাগনা হাঙ বসু নিপান, রুদ্রতরামাথোই, আদিত্যতরানিথোই, ইন্দ্র অমস্থুং প্রজাপতি ( ৮ + ১১ + ১২ + ১ + ১ = ৩৩ ) মাখোই ৩৩ অসিবু দেবতা কুস্থাহুমদোই কৌই।

বসুনিপান হাঙবদি অগ্নি, পৃথিবী, বায়ু, অন্তরিক্ষ ( অহাংবা ), আদিত্য ( নুমিৎ ) দ্যৌঃ—দ্যু ( অতিয়া ) চন্দ্রমা অমস্থুং নক্ষত্র ( থৱানমচাক ) মাখোই নিপান অসি, বসু নিপান কৌই। মরমদি—লেংই পান্নবা পোৎ পুম্নমকনা মাখোই নিপান অসিদা বাস তৌই-রে, অদুনা বাসস্থান—শৈকমনি হাঙহুনা বসু কৌই, অদুনা বসুদেবতা হাঙরগা নিপান অসিবু থংনৈ।

একাদশরুদ্র কৌবদি হকচাং অসিদা প্রাণ ১০ লৈ মাদুদি—প্রাণ, অপান, সমান, উদান, ব্যান, নাগ, কূর্ম, কৃকল, দেবদত্ত অমস্থুং ধনঞ্জয় কৌবা তরা অসিগা আত্মা হরাইগা থানা তরামাথোই অসিবু রুদ্রতরামাথোই কৌই, মরমদি সিরমদাইদা মাখোই অসিনা হকচাংবু থাদোক্লুনা চৎথি, মতম অদুদা মাগী মচানাচিংবা মরিসিংনা রোদন তৌই—কপই হাঙহুনা মাখোই তরামাথোইবু রুদ্র তরামাথোই কৌই।

আদিত্যতরানিথোই—নুমিৎতরানিথোই হাঙবদি চৈত্রদগীনা ফাল্গুন ফাউবা হাঙবদি সজিবু, কালেন, ইঙা, ইঙেন, থৱান, লাংবন, মেরা, হিয়াঙ্গৈ, পোইন্তু, ৱাকচিং, ফাইরেন অমস্থুং লমদা থাজবু আদিত্য ১২ কৌই। মরমদি—মাখোই তরানিথোই অসিনা থৱাইপানবসিংগী পুনসিবু আদান—আদিত্য—লৌই হাঙহুনা আদিত্য তরানিথোই কৌই।

ইন্দ্র হাঙবনা অতিয়াদা থাক লাউহুনা ভানথোকলিবা নোংথাংবু ইন্দ্র কৌই। প্রজাপতি হাঙবনা অস্থুপয়াম্বা জীববু য়োকপাবু প্রজাপতি কৌই। অদুনা মাখোই ৩৩ অসিবু দেবতা—লাই ৩৩ কৌই। অমস্থুং দেবতা অহুম স্থান ( মফম ) নাম ( মিং ) অমস্থুং জন্ম ( মপোক ) মাখোই অহুম অসিনি। দেবতা অনি হাঙবনা—অন্ন ( চিন্জাক ) অমস্থুং প্রাণ ( থৱাই ) মাখোই অসিনি। অধ্যর্ধ দেবতা হাঙবনা মহাক্না পুম্নমকপু পুবা অমস্থুং চাউখৎহনবা সূত্রগী মশক ওইবা নুংসিংনি, মানা ভাইবংপান অসি পুহুনা য়োকই, অদুনা মহাকপু ( বায়ু—নুংসিৎপু ) অধ্যর্ধ দেবতা কৌই। অদুনা মথক্তা হাঙখ্রবা দেবতা ৩৩ + ৩ + ২ + ১ = ৩৯ দেবতা স্বরে। মাসিদা উপাসনা তৌগদবদি "কতমে একোদেব ইতি স ব্রহ্ম ত্যদিত্যাচক্ষতে"—দেবতা অমওনি মাদি ব্রহ্ম কৌই।

অমত্তা ওইবা, মাওম্বা, অনি সুদবা মহাকী মতিকনা ভাইবংপান পুম্নমক্তা সিনথুনা লৈরম

হেংদোকনা লৈখিবা মাগী মতিক মগুণনা চংলিবা পোৎসিং অদুবু দেবতা হায়না থাদুনা কোঙান ২ ঈডাংপা, জ্ঞান কাণ্ড অমসুং উপাসনা কাণ্ডদনা পোৎসিংদা চংলিবা মগুণ মডাং মশা পুন্নমক অদুনা তিনবা মথন্তবু ঈরাংলি হায়বদি মাসি থংনগনি। ঐখোইনা ঐতিহাসিকী থিবদদি কংলে, মাদুদি অসিনি——

তাইবংপানবদা লৈবা লেংলি পাল্লিবা পোৎসিং অসিদা মহৌশাগী ওইজবা গুণনা তৌরকপা মাদুউরগা মীওইবন চিংবা থরাইপানবাসিংগী অঙকপা ওকিবা পোকখি। নোংচুরকপা নোং হাংখিবা, অথাক অরাউ তারকপা, মুগাবাবা, অকনবা মুংসিৎসিংপা অসিনচিংবা, মহৌশাগী খোদৌসিং অদু উরগা মাদু মাদুবু কৌবা হুৎনি থন্দুনা মীওইবাসিংনা লাইনি থন্দুনা খুরুমখি, মী মাখোইগী মতুংদা নুংডাই য়ইফজগে হায়নসু নিনখি। মাসুমা মীওইবনা লাইনি হায়না থাজরকপনা হুজিক ফাউবা লাই চঙৎপা চাঈবসি চৎনরকলিবনি।

বেদনা মনাং ওইনবা কাংবুনা তৌবনা পোৎসিং অদুগী মতুংদা ওইরিবা মৈগী শাবা, চানবা, নুমিৎকী মচাননচিংবা মগুণ অদু তাইবংপানবগী মপুগী মতিকনি হায়না উবা অদু অদুগুম্বা পোৎসিং অদুবু দেবতা কৌদুনা তাইবংপানবগী মপুবু লৌসিনখিদৌদ্রি। বেদ চন্তবা কাংবুনা পোৎশক অদু অদুমকপু তৌবা ওম্বা লাইনি নিংদুনা ঈডাংনরমই। মাসিতদা খেন্নবনি।

বৈদিক যুগ লোইখ্রবা তুংদদি বেদনা হায়রিবা দেবতাসিংবু মথংগী লাইরিকসিংনা ফজ ফজবা য়ারি কথামুক ইসিন্দুনা কোঙান ২ বা লাই অমামম ওইনা নিংনখি। অদুগা বেদচৎপা কাংবু পৃথিবী ঙপুম্বদা মাখোইগী সম্ভাতা সংদোকলকনবদা লম ২ অদুদা হান্না লৈরম্বা— কাংবুনা হান্না খাজরম্বা লাইসিংগাসু বেদগী লাই কথামুক তিনসিন্নখি। অমসুং বেদগী নন্তবা লাইকথামুকসু বেদচৎপা কাংবুনা বেদমকী দেবতানি হায়না লৌসিনখি। অদুগা বেদগী লাই কথামুকসু হান্না লৈরম্বা লাইগী ঈড়াংখোনিবগী মতংদা হাপচিনখি।

অদুগা লাই মথন অমা লৈরি, মাদুদি মীওইনা হিংদুনা লৈবম্বা লাইসিংনি। মাখোইনা হিংলিঙৈদা অচম্বা মীনা তৌবা ওমদবা থোদো লিচং, মতিক মগুন অদু উদুনা লাইনি হায়না মীনা থাজনখিবা মাখোই অদু লাইগী সিংদা চনখিদুনা অনৌবা লাই ওইনা চংলৈ। মীনা লাইওইখিবা অসিসু মথন অদুমনি, (১) মশানা মথন্তগী মতিক মগুননা লাই ওনখিবা অমা, (২) নিংখোগুম্বা মগুননাইবা ফম ওইবদগী মতুংদা লাই ওইহৌবা অমা (৩) মচা মগু থারা য়ামচনা পুকোক অদুবু ঈড়াংনহৌবদগী ওইখিবা অমা অহুমা মথন অদুম সুই।

মণিপুর লৈপাকতা লৈবা লৌশিংগী মঙান কংলবা মীসিং অসিনা লৈপাক অসিদা লৈরকপা কয়া কুইরবগে হায়না থিগে হাইরবদি মাখোইনা ঈড়াংলিবা লাইসিং অসিন য়াম্না নিংখিনা তাকই। মাখোইনা চংলকপা মতমদগীনা হুজিক ফাউবা অসিদা করি করি

খোদোক খোকথরে, অমম্নুং মাখোই অসিগী অবস্থা করি করি ওইরমই হৌজিকনা করি ওইরিবগে হাঙ্গবসি লংদা পরেং লেংলবা ল্লিকময়কুগুম্না মাখোইগী লাইসিং অসি লেংশনবদা ল্লাইসিং অসিনা তরং তরংনা তাকই। মরম অসিনা মতাং অসিদা মৈতৈনা লৈপাক অসিদা তারকখৈদগীনা হৌজিক ফাউবদা চৈড়াংনবা দেবতা, লৈপাক অতৈদা জাতি অতৈনদি চংনংবা লাইগী মখে অখোই অখোইবা থনগৎতুনা ঐংনবদা লাইনিপা ২৪৫ রোম, লাইচুপী ১৬২ রোমদগী হেন্না ফংই। মাছুদি অসিনি———

লাইনিপা।

১। অতিংকোক-গুরুসিদবা
২। অতিয়াগুরু
৩। অশীবা
৪। কোনজিন তুখোঞ্চপা
৫। অশংবা
৬। অঙাইবা
৭। আতোংবা
৮। অরেংবা
৯। অকুপ্পা
১০। অরংবা
১১। হুমলেল
১২। হামলেন
১৩। করি
১৪। করা
১৫। নোংদমথুবা
১৬। নোংদম হুনবা
১৭। নোংয়াইম্বরিনওনবা
১৮। চৌরামপানথিবা
১৯। তরংখোইমুচা
২০। পিশতাও
২১। হারাবা
২২। য়ুহা
২৩। য়ুচেং
২৪। খোয়া
২৫। চেংঙা
২৬। লৈখোমতাও
২৭। নোংখোমতাও
২৮। লৈশাতাও
২৯। নোংশাতাও
৩০। চকমারিংবা
৩১। তাংমারিংবা
৩২। মুংমারিংবা
৩৩। পাংমারিংবা
৩৪। শামারিংবা
৩৫। তুমাহাবা
৩৬। তুমারিংবা
৩৭। মানুচিবা
৩৮। হাইশাবা
৩৯। কম্ভৌ
৪০। লুমু
৪১। য়ুরৈনিংতোম্বা
৪২। লৈফুরেনকিংনাইবা
৪৩। নোংফুরেনকিংনাইবা
৪৪। জ্রুমলেনচিংনাইবা
৪৫। কোনারোং
৪৬। লৈহকলৈয়ারেন
৪৭। উমপিরেল
৪৮। লৈচক য়াপাবা
৪৯। অঙাইরেন
৫০। লৈতংলেন
৫১। সৈন্খেরেন
৫২। পোংনাওতোন
৫৩। লম্মু
৫৪। তুপু
৫৫। ল্লাইগম
৫৬। লাইমৈকক্
৫৭। তরেৎ লাইমৈশাং
৫৮। নেমথা
৫৯। শোইদা
৬০। কোংনিংথৌ
৬১। খৌঙাইবা
৬২। কোংতিংলেন
৬৩। কোংখেরেন
৬৪। কাংপিরেন
৬৫। উকোংলেন
৬৬। কোলুসৌরেন
৬৭। নোংপোইরেন
৬৮। য়ুকোরেন
৬৯। লৈরং অতাবা

৭০। পুইরেরোম্বা
৭১। মুপুরোক্ট
৭২। খোংগাইশেন
৭৩। চুমারেং
৭৪। পাখুপ
৭৫। নোংলোন
৭৬। খারান
৭৭। লৈশালেন
৭৮। লৈত্তোনলেন
৭৯। চাইত্তোনলেন
৮০। আত্তোংবা
৮১। পাইত্তংলেন
৮২। লিন্দাংশাংবা
৮৩। সিত্তারেংখাংবা
৮৪। পোংথাং
৮৫। হৈরোংলেন লোংজুম্বা
৮৬। হৈরোংঙা
৮৭। খামঙাকলেন
৮৮। পোইরৈত্তোন
৮৯। মীহিংলেন
৯০। লংবা
৯১। উরেনথুবা
৯২। উরৈনহনবা
৯৩। নোংখৌ সোয়ান
৯৪। পাখংরোইরেনবা
৯৫। পুরৈনাগাবা
৯৬। খোংমারোংহনবাইবা
৯৭। খোকমারোকঙক্কেরৌবা
৯৮। মরিকপা
৯৯। শলগোনবা
১০০। য়াত্তরৈশিলয়াইবা
১০১। শাচনবা
১০২। লুমখোংবা
১০৩। চেকথাং
১০৪। য়াইথাং
১০৫। লাকাং
১০৬। শিনমু
১০৭। ঙাংমু
১০৮। চরোংয়াইরুংলেখ
১০৯। পোংলেনতুথবা
১১০। তুখিংরেন
১১১। মুমলেনতুখবা
১১২। কংমুঙাং
১১৩। নোংশাবা
১১৪। লাংবুম্ নিংখৌ
১১৫। শিংদবুং
১১৬। চাখাবা
১১৭। মাঙ্গিং
১১৮। লুয়াংপুন্সিবা
১১৯। সমুম নিংখৌ
১২০। খোংঙারেন
১২১। পোম্বীলুয়াওবা
১২২। খুনাখবা
১২৩। পুদাংখোক্ট
১২৪। মুংপোক
১২৫। মুংগাংনহায়াবা
১২৬। চিংখৈরাকপা
১২৭। মহৌনিংখৌ
১২৮। ভূতিল উকাংনিংখৌ
১২৯। ইপুনলেন
১৩০। ইত্তাইরেন
১৩১। মাঙরোং
১৩২। খোংখাংকারান নিংখৌ
১৩৩। অঙ্গলাকপা
১৩৪। অয়াং
১৩৫। তাতম
১৩৬। উকোকলোম
১৩৭। শামলোন
১৩৮। থাকপা
১৩৯। নোংপোকলোকলেন
১৪০। লোইয়ারাকপা
১৪১। ময়াংনহা
১৪২। শারিখেম্বা
১৪৩। য়োইমোংবা
১৪৪। য়ামহি
১৪৫। খোংনাংনিংখৌ
১৪৬। তিন্নিরেন
১৪৭। খান্নিরেন
১৪৮। লাইরিরেন
১৪৯। তাওরোইনাই
১৫০। ইত্তাওরেন
১৫১। লিম্বাওরেন
১৫২। ইরিক কোলোন লাই
১৫৩। কুপাক্রেং
১৫৪। য়াইখ মাইরোইনবা
১৫৫। লাইনিংখৌহনবা
১৫৬। য়াইকোক শারিবা
১৫৭। এলাংবা
১৫৮। হজোইনিংখৌ
১৫৯। তেবান

১৬০। য়াংত্রেন
১৬১। য়াখারাকপা
১৬২। কৈরাও লাকপা
১৬৩। খোংজিলাকপা
১৬৪। আরোণপুং
১৬৫। লোকনিংথৌ
১৬৬। চিংচাইবা
১৬৭। নোংপাচেং
১৬৮। নোংগাপাক
১৬৯। ভিনমিং
১৭০। মো'বাহনবা
১৭১। কৌক্র
১৭২। আড়াবা
১৭৩। কৌবারেন
১৭৪। পাখংবা
১৭৫। থমলাংবা
১৭৬। নাওচেন
১৭৭। মুয়ানিংথৌ
১৭৮। তাংখিংমাং
১৭৯। থাংজিং
১৮০। শেন্ত্রেং
১৮১। ইকোপ নিংথৌ
১৮২। অচংবা
১৮৩। য়াংগোই নিংথৌ
১৮৪। য়ানমুগা
১৮৫। লাইগাচেং
১৮৬। নোংখিনচাইবা
১৮৭। মুংজোংবা
১৮৮। য়ৌহাইবা
১৮৯। চাইরেনলাকপা
১৯০। য়াংমুগাকপা
১৯১। ময়াংগুম্বা
১৯২। খোংজোম নিংথৌ
১৯৩। ইরুম নিংথৌ
১৯৪। সারাং
১৯৫। এনগুরাকপা
১৯৬। পনম নিংথৌ
১৯৭। পাংগনবা
১৯৮। গুরুরেন
১৯৯। থংনরেন
২০০। চিংনিংথৌ
২০১। তম্পাক লায়িংথৌ
২০২। খোরিফাবা
২০৩। খানা চাওবা
২০৪। লৈকোই
২০৫। মাহাদেব
২০৬। উই নিংথৌ
২০৭। সম্বুম মহারাবা
২০৮। খোংনাং নিংথৌ
২০৯। শম্বোং নিংথৌ
২১০। নাওখংথোং
২১১। ইনামুং
২১২। ইথৈ নিংথৌ
২১৩। য়াইরিনিংথৌ
২১৪। আরোং নিংথৌ
২১৫। থংবা নিংথৌ
২১৬। কোয়ৌহনবা
২১৭। লৈরুংলোনজা পাখংবা
২১৮। তাংজলিলা পাখংবা
২১৯। তুবীলৈহনবা
২২০। লাইরেন কোমথা
২২১। হনবা কোকচাও
২২২। হুমলাইথম
২২৩। পুরিপুরাবা
২২৪। পুথিবা
২২৫। শামুরৌরাকপা
২২৬। লাংপোক নিংথৌ
২২৭। ভংচৌরাকপা
২২৮। থৌবান নিংথৌ
২২৯। লাঙ্গোন নিংথৌ
২৩০। য়াংজিং
২৩১। চজিংলাকপা
২৩২। য়ামজিনিংথৌ
২৩৩। খুমন পোকপা
২৩৪। লাই অরাংবা
২৩৫। ফুনান নিংথৌ
২৩৬। সেকমাই নিংথৌ
২৩৭। হুইকপ নিংথৌ
২৩৮। কোংলেন লাকপা
২৩৯। ওকমুলাকপা
২৪০। চিংগান নিংথৌ
২৪১। খাবা
২৪২। লাইনিংথৌ হনবা
২৪৩। নোংথাক নিংথৌ

## লাই মুপী

১। ডাওপিরোই
২। লাইখুরেম্বী
৩। লৈনাওতাবী
৪। য়োইপিরোক
৫। লৈমুংতাংশবী
৬। মালেমলৈপুকমবী
৭। লৈমুং পিয়াইমু
৮। লৈমুং হিপোকপি
৯। য়াইপোকপী
১০। হিরৈমা
১১। য়াইলৈমা
১২। তিকুবী
১৩। য়াইকুবী
১৪। য়াচশাবী
১৫। শক্তিবী
১৬। লাংকপপি
১৭। মাংরাইমু
১৮। ভুংরাইমু
১৯। লাংতম্বী
২০। লৈকোনবী
২১। লাইমা
২২। তিংমু
২৩। থমমু
২৪। মকমমু
২৫। মরৈমু
২৬। খেরেরাংবমচমু
২৭। তোনথাংমু
২৮। লাইসরা
২৯। খিরেম্না ভশংখাইচমু
৩০। সিন্নুলৈমা লৈতংনিংথৌচমু
৩১। থৌবী লৈফানবী
৩২। ভা ভোই নৈরাম্বী
৩৩। চখাখো চোনমুপী
৩৪। লৈমুংহেনবী
৩৫। লৈমুং পিসিমুং
৩৬। তোরকোন সকবী
৩৭। ভামু
৩৮। লৈমাতামু
৩৯। লৈকুলৈমা
৪০। লৈকোন লৈমা
৪১। ভাংগাইবী
৪২। লৈমুং কাইবীতেলা
৪৩। খোংজিমুং লাইপমচমু
৪৪। চিংমুলৈমা
৪৫। হাঙ্গমুলৈমা
৪৬। কোনপুলৈমা
৪৭। কোনলাংনিংথৌ চমু
৪৮। য়াংমোম লৈমা
৪৯। থাতেক অচাবা চমু
৫০। য়াংমোম মপুই রোইনাই
৫১। হৈরোমকং হৈমু
৫২। খিংখিং কংহৈমু
৫৩। চিংজ্রোইবী
৫৪। চিংশেনমুবী
৫৫। লুরাং খুম্বিবা চমু
৫৬। লাওরোন লোশ্রাম্বমচমু
৫৭। ইকেন মুরাবী
৫৮। য়াংদো অভাওবী
৫৯। হুইমুলৈমা
৬০। য়াইফুরোন তিসেনবা চমু
৬১। হেংনৌ শংবা চমু
৬২। মমুহেকআ চমু
৬৩। লিক্লাবিবা
৬৪। লমহং নিংথৌচমু
৬৫। য়ুচিক চমু
৬৬। ভামামুবি
৬৭। থমদিংমুবী
৬৮। সম্বোং পুনম্বা চমু
৬৯। লারাং সিমরিংনোংগাঠ
৭০। হাওকুরাংবা চমু
৭১। খাবারামিংখিবচমু
৭২। লাইমু হাওকোই চমু
৭৩। মুমহিংমু
৭৪। মুমলাংমু
৭৫। নোংমাইমু
৭৬। কৌবারোন নামোইমু
৭৭। মেমু মেমু
৭৮। খাবী
৭৯। য়াংমু লৈমা খোমমু
৮০। লাইতোংলেন চিনখুবী
৮১। তোইবী খুংথৌবম চমু
৮২। শেকমুনাও শংখাই
৮৩। থৌহুচেংচা মুংনবী
৮৪। সৌবোন য়াইরেন চমু
৮৫। পামা মচন খিংগাতাবী
৮৬। হুইদৌ চিংথৌচমু
৮৭। হাওসন মুরাবী

৮৮। মীয়াম্থ
৮৯। আখোংকৈনমস্থ
৯০। উরুমখাওচোনবী
৯১। পিথ্রাইবী
৯২। খেংজ্রোইবী
৯৩। আসেমবী
৯৪। আসাবী
৯৫। লৈরিম
৯৬। লৈরোইলৈমা
৯৭। খিনবীলৈমা
৯৮। স্নাখোমম্বী
৯৯। মুংচিঙীক মুংনম্বী
১০০। চিনফুরোন লৈচিকঙানবী
১০১। লিখমলেন চনু
১০২। লৈকফুলৈয়ারেন চনু
১০৩। লৈঙংলেন চনু
১০৪। লৈফুরেন চনু
১০৫। কোনফুলৈফু চনু
১০৬। লাইয়েকলাইখোৎ চনু
১০৭। লৈমুংয়াবীয়াখা চনু
১০৮। খাবানিংখৌ চনু
১০৯। খুমখুমলৈমা
১১০। শিনবীলৈমা
১১১। লৈমাহান্নি
১১২। লৈচিনলেনচনু
১১৩। লৈমুংঙপুরোই চনু
১১৪। লৈখোমলেন চনু
১১৫। লৈরংনিংখৌ চনু
১১৬। লৈমাকাংখল
১১৭। লাযাবী
১১৮। ঙকুবী
১১৯। লৈমুংহিকাপাপি
১২০। পিখিৎলৈমা
১২১। লাইরৈমা
১২২। ভনৌনোংভরেংবী
১২৩। পাম্লোইবী
১২৪। ধুমলৈমা
১২৫। ইরৈমা
১২৬। ইচুমলৈমা
১২৭। অয়াংলৈমা
১২৮। লোক্লাংলৈমা
১২৯। ফৌওইবী
১৩০। নোংগাবী
১৩১। ঙাঙলৈমা
১৩২। কোম্থোজম লাইরেম্মা
১৩৩। খোইখোম লাইরেম্মা
১৩৪। হিয়াংথাং লাইরেম্মা
১৩৫। কোজেংবম লাইরেম্মা
১৩৬। সরাংথেম লাইরেম্মা
১৩৭। লাইরেনজম লাইরেম্মা
১৩৮। সেবুংলৈমা
১৩৯। লংমাইলৈমা
১৪০। কালিকা
১৪১। সম্থাম লাইরেম্মা
১৪২। ল্যাংক্লাকপম ,,
১৪৩। রাহেবম ,,
১৪৪। ছকু লৈমা
১৪৫। খোংঙাকলৈমা
১৪৬। পসি লাইরেম্মা
১৪৭। সরাংথেম ,,
১৪৮। ওম্বাল ,,
১৪৯। ইরোংলৈমা
১৫০। মুংলৈমা
১৫১। চিংবাখলৈমা
১৫২। অংঙাংশাংবম লাইরেম্মা
১৫৩। লোরেম্বম ,,
১৫৪। নোংদোন ,,
১৫৫। হোদাম ,,
১৫৬। চবুংবম ,,
১৫৭। খোংঙাকমচা
১৫৮। য়াওরেবী
১৫৯। মুংখেললৈমা
১৬০ মরাওলৈমা
১৬১। থারৈমা
১৬২। হৈগ্রোমলৈমা

## অতিংকোক গুরুশিদবা অমসুং অতিয়াগুরু

ঐখোইনা লাইমিং ময়াম অসিদা উরে, অদ্বিংকোক গুরুশিদবা, মাহুসী মথংদা অতিয়া —গুরু হৌসিনাচিংবনি। মাহুসী খংবা ঙমই, মনিপুর কৌবা লৈপাক অসিদা অহানবা

ক্লারম্বা মীসিং অদু বেদচংপা জাতি নত্তে। মাখোইনা তারবা তুংদা বেদচংপা কাংবু অমা লাকখি। মাখোইগী মতিক মগুন অদুনা চান্না লৈরম্বা কাংবুবু নমহৎতুনা অকোনবা লাকপা কাংবুনা লুচিংবা মকোক থোংবা ওইখি।

অকোনবা লাকপা কাংবু অসি বেদনা মনাৎ ওইনবা কাংবুনি। মাখোই অসি অতোপ্পা দেবতাবু নিংদে, সুপনগী বেদনা হাঙবা দেবতাতবু নিংলমই। মাখোইনা লৈপাক অসিদা লৈরবা তুংদা চান্না লৈরম্বা কাংবুনা নিংলম্বা লাইসিংগা মাখোইনা নিংলকপা লাইশিংগা ইতিন তিনসিন্নখি। অদুগা মাদুগুম্না মাখোইগী মরোনসু ইতিন তিনাসন্নখি।

মাখোই থকে নবনা লাকপাসিংগী ৱারিদি সুপনগী বেদগী ব্রাহ্মণ ভাগতা লৈবা ৱারিতা মাখোইনা থংই, অদুগুম্বা বেদগী আখ্যায়িকা অদুগা চান্না লৈরম্বা কাংবুগী ৱারিগা তিনসিন্নদুনা থোকপা ৱারি কয়ামুক লেংখোকনা মনিপুর কৌবা লৈবাক অসিদা ওনথোকপা পুরাণ কৌবা ৱারিগী লাইরিক য়াম্না থোকখি। অসিগুম্বা ৱাকয় অসি মাখোইনা নিংলম্বা লাইমিংসিং অসিনা য়াম্না নিংখিনা তাক্লি।

বেদদা "দ্যু" না দেবতা ওইবা মন্ত্র কয়ামুক লৈ। বেদগী মন্ত্রসিং অদুবু শোনবা জতিনা দ্যু হাঙবসি দেবতা অমনি অম্বুম্না থাজৈ। মরুমদি মপান নাইদনা পাকপা আকাশগী মথুংদা লংলিবা ঈশ্বরবু অকাশনা থুদম ওইনদুনা লৈশি লৈখোনবনা মহাকপু "দ্যু" কৌই।

বেদ চংপা জাতিনা পৃথিবীগী মকম অতোপ অতোপ্পদা মাগী মাগী থুদোংচাবা এংদুনা লৈনখ্রবদসু মাখোইনা নিংলকপা দ্যু কৌবা দেবতা অসি ঈড়াংনবা দেবতা অমনি হাঙবসি উত্তনবা য়াম্না য়াউখি। মাদুগী থুদম অদু ঐখোইনা পৃথিবীগী অরিবা জাতিসিংগী ধর্মদা য়াম্না উবা ফংই। মাদুদি প্রাচীন জাতিসিং অদুনা বেদচংপা কাংবুনা খুন্নাকবদা চান্না লৈরম্বগ কোম্না লাকপগা ধর্ম-সংস্কৃতি অদু য়ানসিন্নখিদুনা মওং মতৌ য়াম্না লোখি। তোংগুম্বসুং মাদুদা চখ্রবা বৈদিক ধর্ম অদুগী মওং অদুদি চান্না মুৎপা ওম্মখিদবা থুদম অদু উবা ঙম্লিক ফাউবা ফংলি। মাদুদি গ্রীকসিংনা 'জিয়স্" অম্বুম্না বেদগী দ্যুবু ঈড়াংলি। জার্মানসিংনা "জিও" হাঙ, রোমানসিনা "জুপিতার্" হাঙবদু "দ্যুপিতর্" হাঙবদগীনি, মাদুগুম্না এংগ্লো স্কেক্সনসিংনা দ্যুবু "টিউ" হাঙখি। মাসিগুম্না মণিপুরদা লাকপা কাংবুনা... লৈরম্বা কাংবুগা তিনসিনখ্রবদা দ্যুবু "তিয়" হাঙখি। মখোইনা চিংদা লবা কাংবুগা ...রবনা অকার হাণ্ডুনা ঙম্লিক ফাউবা "অতিয়া" হাঙনরিবা অমসুং ঈড়াংনরিবা অসিনি। ... অসিনা চিংনবা লৈতনা মাখোই অসি বেদ চংপা কাংবুগা তিনসিন্নখিবনি হাঙবা ফংই।

মণিপুরদা লাকপা বেদ হৈবা-চংপা কাংবু অদুনা থংখি। দ্যু হাঙবা অসি তাইবং-...বদা লেংলি প রিবা মতিম্নাক চাদুনা হকশাং শাল্লিবা পুরুনকী মপানি – অপোকপনি থনখি।

হান্না লৈরম্বা কাংবু দ্রাবিড়সিংগী মরোম্দা তাইবংপানবগী জীববু শেম্বা পোকপবু গুরু কৌই
অহুনা ধর্ম্ম অনি অসি তিংরবদা চ্যবুম্ব "গুরু" হাঙ্গবা উপাধি অসিনা হাপখি।
অহুনা অতিয়াবু "অতিয়াগুরু" হাঙ্গনখি। হ্যাবু অগংকী মপানি হাঙ্গনা থাজবা অর্য
বৈদিক ধর্ম্মনি, ঋগবেদনা হাঙ্গ।

"দ্যৌর্বঃ পিতা পৃথিবী মাতা সোমো ভ্রাতাদিতিঃস্বসা
অদৃষ্টা বিশ্বদৃষ্টাচ তিষ্ঠতে লয়তাশুকম্।"

বেদগী মন্ত্র অসিনা হাঙ্গরি তেঙ্গাবসা হ্যা—অতিয়ানা নখোইগী মপানি, পৃথিবীনা-লৈমারেণনা মমানি, থানা নচিননানাউনি। দিতিনা নচেনি, অশুম্বা হাঙ্গরি। মাসি ভাবতি অতিয়ানা ঈসিং পীরগা লৈপাকনা মাগী গর্ভদা পুরগা চিঙ্গাক ওইনা পোক্লকই জীবগী হকচাং অসিদি চিঙ্গাক চাখিবা অহুনা ওনবনি, অহুনা বীর্য্য—ঈসিংপীবা হ্যা—অতিয়ান মপানি, পৃথিবীনা মমানি, অশুম্বা হাঙ্গবনি। মাসিবু মহাভারতনা নিংসংই,

"ভূমের্গরীয়সী মাতা স্বর্গাদুচ্চতরঃ পিতা"

লৈপাকগী অপোকপী ইমানা সুমই, ইপানা অতিয়াদগী চেম্বা রাঙি, হাঙ্গ, মাহ্নী অতিয়ানা ইপা ওইবা অমসুং লৈপাকনা ইমা ওইবদি থরাইপানবা পুম্নমকনি, ঐবু পোকপ ইপা ইমাদি ঐতগী ওইবনা ঐতোম্বদি লৈপাক নোংথৌ অনিবু হেল্লি হাঙ্গবনি। মাসুম্ব মৈতৈগী পুরাণনাসু তাক্লমই। "কোরৌ নোংনারাংবরা? পনথৌ ইপানা মরাংই। মাহে লৈনা লুম্বরা? পলেম ইমানা মরুমই।"

বেদনা হাঙ্গ—

"সূর্য্যাচন্দ্রমসৌধাতা যথা পূর্ব্বমকল্পয়ৎ।
দিবঞ্চ পৃথিবীঞ্চান্তরিক্ষমথস্ব।"

ধাতানা নহান অমোক্তা কল্পদা ওইখিবা অহুগুম্বা মুমিং থা অনিবু, খোকচনখি, পৃথিবীবুগু অমসুং অন্তরিক্ষবু অহুগীতুংদা স্বর্গবু শেমখি। অসুম্বা হাঙ্গ, মরম অসিনা বেদচং কাংবু অহুনা থংই, হ্যা হাঙ্গবদি অতিয়াগুরু অসিগী মথক্তা মহাকপু পোকপ সিদবা অমা লৈরি। অসুম্বা থংতনা মাহুবু অতিয়াগী মকোক অহানরা শিদবানি হাঙ্গহুনা "অতিংবে গুরুশিদবা" হাঙ্গনা নিংনরম্মই। অহুনা মৈতৈনা "অতিংকোক গুরুশিদবা" হাঙ্গবা ও বেদনা হিরণ্যগর্ভ, সূত্রাত্মা, ব্রহ্ম হাঙ্গনা কৌবা অহুনি অম্বুম্বা থংনগনি। মরম অ মহাকপু (অতিংকোকপু) লাংবন খোইমু খোম্দানবনা মাগী চেংলৌশকপু শকনবা হা

লৈশি লৈখোনসমই। হাঈখ্রবা ভাবসিং অসি বেদদগী লৌতুনা মণিপুরদা অতিংকোকনা অতিয়া পোকই, হরিখানা তাইংপান অসি পোকই অমুম্না পৌরানিক অধ্যায়িকা অসি শেমখি। মতাং চসিদা পাঠকসিংগী হুন্তাইনবগী দমক মৈতৈ পুরাণদা হাঈবা য়ারি অতিংকোক্তগী অতিয়া পোক্তুনা তইনং শেম্মকপগী য়ারি অসম্বা থরদং লৌখংলি (পুদিন) চিংকোক গুরুনা লৈপাক শেমগে নিংলকলে। মচা অতিয়া সিদববু কৌথোক্তুনা হাঈ। নাবা নংদি কনানো? মচানা খুমই, ইপাদি নংনে। মপানা হাঈ "ত্রোনা নংনা ইপাবু থংলবদি ইপা চরিগনে। অসি খিবিকস্তু নংগীনে"। অসি হাঈনা সিম্নরগা হাঈ, "নং লৈপাক শেনলুও" অমুম্না শিনথারকএ (মাবু ঙশীনা কৌরে,)

অতিয়া শিদবনা মাগী নিংশাবু স্নাতংবন্দ ওইনাতুনা ফমলগা মাগী নিংশা এংলোমদগী শঙ্খীবু ওকৌনা কৌথোকলে। ঈসিংতরং ওইনা থোরকলে। নিংশা ওহরোমদগীসু কোঙ্গনতুথোকপা ইনপোকলকপে (থোরকলে)।

অতিয়া শিদবনা "লেবাক অসিবু করম শেমসিবনো?" হাঈনা হুংবংনা নিংলিংদো মপুকনিংদা নিংসংলকলে। ঐনা ত্তোবা আসদি ওইরারোই, গুরুত্থম তানগে (য়োগে) নিংলে, গুরু তান্না কাথরে। গুকনা কদোবা কারকলিবনো? হংলমএ। খুমই—"গুরুনা লেবাক শেমলো হাঈবা অহুবু ঐবু হাকনা হুংবংলে। গুরুগী মশক উরবসু উদ্রবসু হাকনমক কিরে। গুরুগী মতিকপু খজিঙা থংনিংলে, তাকপিয়ু হাঈনা থুরুমলে। গুরুনা হাঈএ। ঐগী ইতিকপু থংনিংলবদি এংলো হাঈনা গুরুগী ময়া কাথোকলে। গুরুগী মপুক মমুংদা লৈবা খিবিকপু অতিয়া শিদবনা উরতুনা গুকও, ঐহাক হকনা কিরে, খুমাজনবিরো হাঈজে। গুরুনা খুমজিনলবদা অতিয়া শিদবনা খল্লি, গুরুগী মপুক মমুংদা লৈবা খিবিকপু উগে নিংলতুনা গুরুগী মপুক মমুংদা হুজিনখরে। গুরুগী মপুক মমুংদা লৈবা খিবিকপু তোইদোকলগে নিংলতুনা

"অহৈ হো—হোইরৌ, হৌইরৌ,
হোইরৌ হোইরৌনগেসে"

অসি হাঈবা হোইরৌ অসিবু শক্তুনা হোইথোকএ। অসিদগী ঈশৈ অসিবু হোইরৌ কৌএ, তোইথোকলকপা অহুবু গুরুনা তারতুনা মপুক মমুংদা এংববু অতিয়া সিদবনা লৈ ওম্ববু গুকনা উরে। ইপুক মমুংদা লৈবাবু লোগে তোবা ওইএ, হাঈনা নিংলে, ঐনা য়াত্রবদি ফররোই হাঈতুনা গুরু মহাককুম্বা অমাবু গুরুগা মায়োকননা মমাংদা ফমহল্লে। অহুগা গুরুনা ময়া কাথোকলে। গুরুগী মপুক মমুংদা লৈবাখিবিকনা গুরুগী মমাংদা লৈবা অহুবু উরতুনা "হিং" ঐথোইনা খাংবা অসিদি নত্রে। গুরুদি অসিদতুম লৈরে, হাঈতুনা ওম্নমক হন্দোকলকলে। গুরুশিদবসু হন্দোকলকপা খিবিকপু "অহৈহে, হৈয়া, হৈয়া, হৈয়া, হৈয়া, হৈয়া, হৈয়ানগেসে"

অসিবু শক্তুনা য়া ওমএ ( য়াই ) অদুনা ঈশৈ অসিবু "হৈয়া" কৌএ।

অতিংকোক গুরুশিদবগী মমিংদি "সোঃ হোঃ সোঃ হোঃ" কৌএ। অতিয়াশিদবগী মমিংদি "হিং করে, হোঃ হোই, হে, হৈ" কৌএ।

গুরুগী মপুক মনুংদা লৈবা অদু খিবিকনা হা খোরকপাগী ঈশৈ শকনপদি "হো—হোই, হাহা—হা, হোরিল্লো, হোরিল্লা, হয়তে, খুলাইতে হৈয়া—হে হৈয়া—হে, অদুবু খোইনা হয়াওবা লৈবনেদা হো। হোহে, হো, হয়ানগেদা" হয়াওবা খোরকতৌগী শকনবা ঈশৈদি অসিনে। গুরুগী মপুক মনুংদগী হোই খোরকপা মতাক্তি খরান মচাক অপকতাগী মমুং খিবিকনে। মমুং মতাক্তি অতিয়াশিদবনা য়োমএ। য়োম্বগী মমিংদি "হা—শো" কৌএ।

অতিয়াশিদবনা মপুক কারে। অতিয়াশিদবও। লৈপাক ভুম শেমলুও, হাইনা গুরুনা শীথরকলে। অদুগা কুমক্তুনা ঈসিং তরংগী মথক্তা অতিয়াশিদবনা মথন্না মহাকী নিংশাবু কামখোকলহনা নোংলিগী মশক খোকলকএ। নোংলি অদুবু স্নাতাংখনগী মথক্তা কন্নগা লৈবাক অসিবু করম শেমশিবা হাইনা খুংবংনা নিংলিতৌদা গুকনা খুংবংবা অদুবু উরহনা অতিয়াশিদবগী মপুক মনুংদা হজিনখরে। অতিয়া শিদবগী থমোই থজিন্দা তন্দুমগুমনা ভান্না লৈরে। অতিযাশিদবনা মপুক মনুংদা খরা এ খিবদা অভানবহন্দু উরে। হিঃ। ইতোম-তরা হাইববু ইপুক মনুংদাহুম অমাহুম লৈরমলে। মাগা লোইননা লৈপাক শেমমিন্নপে অস্থুয়া হরাওনা নিংলে। "ইপুক মনুংদা লৈবা নংবু লাও—ও", হাইনা কৌখোকলে। মপুক মনুংদা লৈবা গুরুনা খুমএ—"নংদস্থু কয়পা লৈতে, ঐবুদি করিদা কমউ হাইবনো?" খুমলে। অতিয়াগুরুনা করিদা কমহনসিবনো? হাইনা মকম এংলিতৌদা মহাকপু খংহন্দুনা মহাকী লরাইলেনকুদা গুরুশিদবনা মথকলোমদা "হো—চিরং" কৌনা তনখংখিরবদা মচু উশোংহুগুয়া লৈরবদা মকুবু পোকলে। মকু মমিংদি "কুরুং কুতিং" কৌএ। মকু অদুবু গুরুনা তোংলবগা মপুক মনুংদগী মতান অদুবু চিংখোকলগা অমম্বা মহাকপু খংভান—ভানখোকলে। ভান্নকপা অদুবু অতিয়াশিদবনা উরকপা মহাকী মপুক মনুংদা হুন্নয়া এংলবু লৈতমদরে। ইথক্তা ভান্না লৈরিবা অসিবু ঐগী ইপুক মনুংদা লৈবা অদুবু ওইরবোই হাইনা অনখংখিবদা অতিয়াশিদবনা গুরুহুম ওইরমলে হাইহুনা খুরুমলে। গুরুনা কদোনা খুরুম্বা খুরুমগনো নবুক মনুংদগী নচা অদুনে হাই .খুমএ। অতিয়াশিদবনা হাইএ। অশাই ইপুক মনুংদা লৈতৌদা খংজদ'র। ইচানিগুম ( নিংলুবদি ) ইপা অরিবনে। গুরুনা লৈপাক শেমলো, হাইবা অদুবু করম শেমশিবা চাইনা হ এ। গুরুশিদবনা ভাইবংপানবা অপক মাবু মনুং ওইনবা তাকপিগে নিংলক্তুনা মামিংদি "হং সং হরং" কৌনা খোনবিরকএ। পরিং লাইসং উয়োং লাইশোন, শিংকাপ মতাম, গুনা তাকপিএ। গুরুশিদবনা হাইএ। অতিয়াশিদবও,। নোংখৌগী ময়োন শেম্নবা মকুমুং পুখিও, শিথরকএ। অতিয়াশিদবনা অসাইগী

মকুম অতুদা কমতুনা শুরুনা তাকপিরকপা লাইশোন অতুবু উংলাওনা শোল্লুনা কোংবোল (কোজোল) অয়াম্বা থোকএ। কোংবোলগী মমিংদি "কুং" কৌএ। মেং লাউনা শোল্লুনা ইশং অয়াম্বা পোকএ।'। ইশংগী মমিংদি "ঈ-হি-সং" কৌএ। উং লাউনা অমারক শোল্লুনা কংপিক-কংজাও পোকএ। কং মামিংদি "কং-হংলেন-ইকুম্মা" কৌএ। কংগী মথক্তা অতিয়া শিদবনা মিয়েংকিদাংশুম্না লাংশং হুদএ। নোংচুপ নোংপোক থাবাং লাক্লুনা পরিং হুদএ। লৈপাক মমি চুপেক মরিমকম্বুং লাকএ। পরিংগী ময়াইদা অতিয়া শিদবনা উঠুং ওইনা মখোং কারগনা কমসিদৈবা মপুক নিংসংলক্তুনা মথকলোমদা চক্সংনা মেংবব্ নোংখোংগী মমি লাকে হাইতুনা মকুগী মথক্তা হুইরিশুম্না হুনগংখরে। অতুদা নোংখোংগী মাইপৈনসু লাকএ। অতিয়াগী মমিংদি "শং কু, শংকুরেং" কৌএ। নোংখোংগী মমি অসিদা লৈবদি কুরুমলেন কিংনাইবনে। অদি কুরুমলেন শানাইবনে। অমদি কুরুমলেনমৈ-নাইবনে। অহুমমা অসিনা কোইনা হাকনা শোয়া ওইরিএ। অহুমমাগী মধ্যাইদা খোয়ানমিচাক নিংথৌ শিদবনা উঠুং ওইনা মমিং "নোংলংলে—হান্নুলেং" কৌনা লৈএ। অমারকসু "তোংকুপলেং" কৌএ। মপুক মহুংদগী মমুত্তি তম্মুমলেন মৈনাইবা কৌএ। মতাং অসিদা নোংলোন অমা মপুং কারে।

সমীক্ষা—মতাং অসিদা হাইরিবা পুদিলগী কুরুম হাইবসি কূর্ম হাইবনি মাহুদি শত পথগী শ্রুতি ———

"স যৎ কূর্ম্মো নাম এতদ্বৈরূপং কৃত্বা।
প্রজাপতিঃ প্রজা অসৃজতাশত॥" ৭।৫।১।৯

অমসু মথাগী নোংলোনদা হাইবনা আরণ্যককী শ্রুতিদগী লৌবা ভাবনি, মাহুদি—

"অন্তরতঃ কূর্ম্মং ভূতপর্য্যন্তং তমব্রবীৎ মম বৈত্বঙ্ মাংসাৎ সমভূৎ নেত্য-ব্রবীৎ পূর্ব্বমেবাহ বাহমিহাসমিতিতৎ পুরুষস্য পুরুষত্বম্ স সহস্রশীর্ষাঃ পুরুষঃ সহস্রাক্ষঃ সহস্রপাৎ ভূত্বোদতিষ্ঠত ইত্যাদি তৈত্তিরীয়।" ১।২৩।৩

অসিগুম্বা বেদগী ভাব অসিদগী লৌদুনা অমিশুবা নোংলোনদা থেঙ্কুগী য়ারি অমা মৈতৈ পুরাণদা শাংলাকই. মাহুদি অসিনি—

অতিয়াসিদবেনা অসাইগী চৈময়াইদা হুয়রাজমা মখোং কারগনা কুমজিংতদা মুংসু (থাউঙবা অদি তাউখংলকএ। অমদি থাওয়াই থম লৈএ। অমদি থুংসু থুংলাই হমলৈএ। অতদা লৈপাক লেমখেং হাইতুনা মহাক্তা পাঙন ওইনবা পোকে নিংলেংগী তমলেম কুংসিংবা চামলেন লৈতিলগা অদি মামা মকু ময়া ওইনা থংনরে। ইদিংহুয়রাংগ লৈকপদি "করিনে, করানে, নোংকমথুবনে, নোংমাও খরিন ওনবনে, চাওবা মপাম থিবনে;

তরং খোইমুচানে, পিশতাওনে, তরেংমা অসি পোকএ। চাওরা মপান থিবনা ঈসিংদা তাওরিবা খিবিকপু খোমচিনলে, নোংমাই মরিম ৎনখনা পরিং তরানিথোইরক ৎলেহৌএ। অশীবনা ঈকক তরং কৌনা শিংকাপকী মথক্তা শরেং য়াংবা পোকএ। মমিংদি নাম নিংথৌ কৌএ। অতিয়াসিদবনা পরিংগী মথক মথেদা উমং ৎইনা সমএ। লৈবাক্কি করিদগী লৌসিবনো হায়না অতিয়াসিদবনা ঙুংবান'রকৈদা গুরুনা উরদুনা ঈশিংতরংগী মথাদা লৈখিএ। ঈসিংগী মথ'দা থেঙ্গু পোকএ। থেঙ্গুগী মমিংদি "গুরুতিংদা থিংজকং" কৌএ। থেঙ্গুগী মথক্তা গুরুনা কমুংলে। অতিয়াসিদবনা ঙুংবু নিংসংএ। ঈসিংগী মথাদা করি লৈরিগবা নিংশিংলকএ। ঈসিংগী মথাদা লৈখিএ। গুরুসিদবনা লৈংম্বু অতিয়াসিদবনা উতুনা ঈসিংগী মথাদগু গুরুবু মরৈ ঙমএ হায়না খুরুমএ। গুরুসিদবনা কদোবা কুমলকপনো? হায়না হংএ। অতিয়াসিদবনা (খুমএ) লৈবাক্কী মপুবু নংনি হায়না লৈবাক নিংথৌ লাকএ। লৈবাক পিরো হায়না খুরুমএ। গুরুসিদবনা হায়এ। নংনা লৈবাক পিরগা হায়রবদি নখুৎপু নতুংগোম ৎনাথোকলো, নয়ানা নাপি চিকনা ঈখোঙ্গদগী পুঙুং ঙাইখোং লংলুক মরম নয়ানা চিকনা লৌথিও। হোয়ডমএ। অদু অতিয়াশিদবনা গুরুগী মথোঙ্গদগী খোংখোক্তুনা পুঙুং ঙাইখোং লংলুক মরম লৌএ। লৈবাক লৌবগী মমিংদি "খোইলৈ লৌখোং" কৌএ। অতিয়াসিদবনা মখুত্তি মতুংলমতেন খোঙ্গ্‌না ময়ানা চিকনা পুখংলকএ। লৈবাক পুখংলকপগী মমিংদি "লৈরংলেন—লৈপুক" কৌএ। গুরুসিদবনা হায়এ। অতিয়াসিদবও, লৈবাক করিদা শেমগবনো হায়দুনা থেঙ্গুগী মথক্তা শেমনরুও হায়না থেঙ্গু পিরকলে। অতিয়াসিদবনা থেঙ্গুগী মথক্তা তোংলে থেঙ্গুগী মমিংদি "তিক তরৈ তোংলেন লৈখংপা" কৌএ। থেঙ্গু তোংনা পরিংগী মথক মথেদা অতিয়াসিদবনা থুংলরবগা থেঙ্গুগী মথক্তা অসিংবু লৈবাক অহুবু তকথোকহল্লে। অসিবনা লৈবাক তকথোকপগী মমিংদি "লৈরংলেন লৈতকপা" কৌএ। লৈবাক মহাক্কি হামৈ মপাক মকম পাকএ। চিথেক মরিদা লৈবাক ঙাকপদি পিশতাউনা নোংচুপ ঙাকএ। করিনা থা ঙাকএ। করানা নোংপোক ঙাকএ। নোংখা মথুবনা অরাং ঙাকএ। অতিয়াসিদবনা ময়াইদা উমং ওইনা কমলিকৈদা অসিবগা তানতুনা মুহানে মুচেংনে খোরানে চেংঙানে মরিম অসি পোকএ। কাইবংপানবা মমুং ৎইনব অতিয়াসিদবনা ক্লোঞ্জিন তুখোকপবু রা তামতুনা ঙুংসিং মহারাবা খোকলকএ। লৈবাব অহুবু হারাবনা চাইখাইরে। লৈবাক মহাক্কি লৈচিন ওইখিএ। অসিবা মহাক্কি মোংখো গুয়া থাংলে। অতিয়াশিদবনা ঈশিংদা তাওরিবা থৈপিকপু খুনচিন্তুনা অমুরক শেমহৌরে অতিয়াশিদবনা মাগী খুয়াদগী মুরা তাখোক্তুনা ঙাক্রম পোকএ। মমিংদি "ঙুংঙারেন কৌএ। অতিয়াসিদবনা ঙাক্রমগী মকোক্তা তোংতুনা গুরুতারা কাখিএ। গুরুনা কদো' লাকপনো? হংলমএ। অতিয়াসিদবনা খুরুমএ। গুরুনা লৈপাক পিনবা অহুবু ঐ

লৈপাক শেমজববু হারাবনা অমুক মাংহল্ল। অমরক্তং লৈপাক পিনহৌও হাঙ্গৈনা থরুমনা নিএ। গুরুনা পুন্নং ভাইখোং লংলুক মরম পিনহৌরকএ। অতিয়াসিদবনা পুখৎলকএ। মমিংতি "লৈপুরেন" কৌএ। পরিংমখোংদা থুংলে। লৈপাক অহুবু অমুরক তানা শেমদে। মমিংতি লৈপাক মগাক্তি হাঁমৈ মপাক মারম পাকএ। মুচানা মুংসিং লম ভাকএ। মুচেংনা মৈরমতা ভাকএ। খারানা লাইচিরম ভাকএ। চেংভানা লিকলম ভাকএ। লৈপাকী ময়াইতা অতিয়াসিদবনা উপুং ওইনা ঙমলে। অতিয়াশিদবনা অসিবগী তান্নহুনা মবিঙাগী পাঙ্গল ওইনবা লৈখোংভাও ন লৈশাতওনে, নোংশাতাওনে, অসি পোকএ। অতিয়াসিদবনা তাইবংপানবা মমুং ওইনবা কোঙ্গুনতুখোকপগা অমুরক তান্নাহুনা লৈপাক মহাকপু হারাবনা অমুরক চাইথাইরে। উন ওইখিএ। অতিয়াশিদবনা লৈপাক মমুং ওইহনগে হাঙ্গৈনা নিংঙক্‌না মাগী থুয়াদগী তাখোক্‌না কোপি পোকএ কোপি মমিংদি "লিপিকাপ" কৌএ। অতিয়াসিদবনা কোপিও ইপাগুরু য়োরুও, লৈপাকসুং পুন্নং ভাইখোং লংলুক মরম পিনরকও, লাইশোন অমত্তুংমু তাকপিরকও, হাঙ্গৈরুও। কোপি শিথখিএ। কোপিনা গুরু তান্না কুমখিহুনা গুরুনা কোপিও, কদৌবা লাকপনো? হংঙমএ। কোপিনা খুমএ। নচা অতিয়াসিদবনা লৈপাকসু পুন্নং ভাইখোং লংলুক অমতাসু পিনরকও লাইশোন অমত্তুংমু তাকপিরকও হাঙ্গৈজরকএ। খুম্নপগা গুরুনা লৈপাকসু পুন্নং ভাইখোং লংলুক মরম পিনরকএ। লাইশোন অমসুং তাকপিরক্‌না কোপিবু শিথৎলকএ। কোপিনা অহু খিবিকপু লৈপি তোম সোন মরিন কাংনা কাখৎলকএ। অতিয়াসিদবনা থুংলহুনা কোপিনা পাওতমলে। অতিয়াশিদবও নপা গুরুনা লৈপাকসুং পিরকএ, লাইশোন অমত্তুংসু তাকপিরকএ, হাঙ্গৈনা তমলে। অতিযাশিদবনা অশিবদা লাইশোন অহুবু তাকপিরহুনা লৈপাক অৎসু পিরে। অসিবনা লৈবাক অহু চাইখোক্‌না লাহশেন অহুবু "লৈপি তোমসোন, নপভা" হাঙ্গৈনা শোন্দুনা লৈপাক মহাকপু নিংথিনা শেমালৈভদা হারাবনা অমুরক চাইখোকলে হাঙ্গৈনা নিংলিভৈদা গুরুনা উরে। মাগী মপুক মমুংদা থল্লহুনা গুরুগী মথৈগী 'খোইনৌ" কৌনা মিংনহাগী মশক কুমনা গুরুনা মাগী মিংলুদগী লৌখোকলে। মমিংদি "তরৈ তরৈ মিংএংশেন" কৌএ। অতুগা গুরুনা "খোইনৌ মিংএংশেনও। অতিয়াশিদবনা লৈপাক শেম্নবু শেমকাত্তনা হারাবনা মহৌ মহৌ য়েথাইহকলে। অহুবু য়েখাইতনবা হারাবা অহুবু নংকাওহললুও" হাঙ্গৈনা গুরুগী থুংনাওদা তোংহন্দুনা থাংখৎলকএ। "নোংথাংলৈমা" কৌরে। নোংথাংলৈমাবু গুরুনা হংএ। খোইনৌ নোংথাং লৈমাও। নংনা এংবদি নমিত্তা করি ওইবা উরকপা। হংএ। খোইনৌ নোংথাংলৈমানা খুমএ। গুরুশিদবও ঐন্না মাইকৈ নিপানঃকপু লাকনা এংববু করি ওইবদি উরক্তে মপুক কনজাওবগী মশককুম্বা অসিবু করিনো? অহুবুহুম ওইনা উইএ। অসি হাঙ্গৈনা খুম্নবগা গুরুনা হাঙ্গৈএ। হে খোইনৌও। অতিয়াশিদবনা লৈপাক শেম্নবু নংনা উবা হরাব অহুনা

লৈপাক মহৌ মহৌ মৈখাইদুনা মাংহল্লবগী নংবু ঙমহনগে হায়বগী মৈরাগী মশককুম নংবু খাদোকপনে হাঙ্গিরবগা খোইনৌ নোংথাং লৈমান। মৈরিকী মশককুম্বু কিশেং ওইনদুনা গুরুদগী চোংথোকখিএ। অতিয়াতরংগী মথক্তা তকুপ তকুপ তরেং তরেং ঙাম্না শাম্না লৈরে। মাহুবু হায়াবনা উরবগা "কিঃ করিনো?" তরংগী মথক্তা তকুপ তরেংনা ঙাম্না শানা নিংখিবী অসিবু করিদগী পুংথোকপনো? হাঙ্গনা হংগে হাঙ্গদুনা হায়াবনা চংখিএ। হংএ—"শূল তরংগী মথক্তা মৈরাগী মশককুম্না ঙাম্না শানা লৈরিবী। নংবু পাইমা ঐনী, থুংচৱী, তিল্লাং খোইদাবীবু খোকলরেদা, পেমা!-নংবু করানো? "হংলবগা লাইরৈমানা থুমএ" হোটদা! হেনহা অপিশা, লৈকুমক্রম খোইচোংপা, লৈরাইমক্রম খোইচাঙ্গবা। লৈতুম্ কুম্না পাউশাবা। য়িপন পুললাং কাইরেদা, পুলাং লরোই কাইববু শিংবিরোইবু হাঙ্গবরা। য়িপন নাপু হাঙ্গনা শিংলমগে" অসুম হাঙ্গনা থুমলবগা হায়াবনা পাউরৌএ। "ঐদি পেমা নংবু হুন্দে। লৈপাকশংদা লৈখিদো কোকানতা কমহুনা মনম নোংশাচোন কাইত্তোইশিনবা হুনবনে, পেমানংবু হুন্দে" অসুম থুমলপকা হায়াবনা 'অমরক হাঙ্গএ। "হে পেমা নিংখিপিং খিংখিং লৌচশে! পানা লৌচশে" খোইনৌ নোংথাং লৈমানা থুমএ

"হে ইপু নহাপও। য়ারৌদগী শঙাইনা মচি কেক্রু থোন্দরি, ললহা-মপুংগী কাকফৈনা মনা হুমাই শাদরি, তোকফম্মদগী ঙমুনা খোইচু তোলোং চিনদরি, কোংবদগী ঙাথানা পোলাং-কানক নক্তরি, শুকনা মহে য়ানদরি, য়াংকোকনা মপান শাদরি, নোংমৈ লৌজ্জখিও" অমুম্না পাওরৌয়বগা অসাইগী লৈপাক অদুদি অতিয়া-শিদবনা অশিববু শেমহনবা লোইরে।

লৈপাক মচি মরিমক্তা চুপ শেন থারে। চুপকী মমিংদি মৈরমদা উরৈপাননে, মিং-নমদা উরেংপাননে, লাইচিদা উরিপাননে, কারনগী ময়াইদা অসিবনা "ঙানা তুরেং" কৌনা শেং ওইনা য়ুংলে। অতিয়াশিদবনা উখুংগী মথক্তা কাপ্তু ওইনা লেংলবগী মমিংদি "লৈতুরেংগী নোংদম লেংবা" কৌরে। তুনরে অহগা অমুরক নোংয়াই মরি ওনবানে চৌরামপান শাবদে অনিমানা পরিং অমারক থাহৌরে। লৈশাতাওনা নোংচুপ ঙাকএ। নোংশাতাওনা খায়ম্ ঙাকএ। লৈখোমতাওনা নোংপোক ঙাকএ। নোংখোমতাওনা অরাং ঙাকএ। মাখোয় অসিনা ঙাক্তুনা ঙমএ। অসুম্না ঙমলবগা অতিয়াশিদবনা "হে হরাবও! তৌজিক্তি নংগী নিংপা মখে তৌও" হাঙ্গিরবগা হরাবনা থুমএ। তৌজিক্তি ঐনা তৌবা ঙম্মরোই, হাঙ্গবা থুমএ। পাওরবা ঈশৈদি "ওকপ্তুগী মৈকামও ঈচিন তুমএ কামফদে," অসুম পাউরৌনৈএ। অতিয়াশিদবনা হাঙ্গএ। থেঙ্গুও! লৈপাক অসিবু ময়ুংমঙান চাওনবা লৈপাক কনা অমা শেম্মনে নংপু লাকলো হাঙ্গএ। থেঙ্গুনা হাঙ্গএ। ঐনা পুবদি মত্তুং ওইবা ঙমলোই

ঐবোইন্থম তান্নহনা পাকন তোকলেন লিশিংপানবা পোকলে হাঙ্গহনা খুমও। পাউনরবা ঙ্গশৈদি "খেঙ্গুও! অতাংদো ঊনমপোল্লে পোকদে," অস্থম শকনৈএ। অতিয়াশিদবনা অরিবও। লৈপাক মঙ্গং ওইনবা মবিতানি য়া তানরে। পাকন পোকলো হাঙ্গরগা অশিবগা খেঙ্গুগা তান্নহনা পাকন মতোক লিশিংপানবা পোকলে। পাকন পোক্লবগা পাউরৌনবা ঙৈশেদি "আ-খিংকরে, খিংকরে, থিং-ক, লাংমৈ, খিংকরে, লাইরেন পোকপা খিংকরে, খিংক লাংমৈ, খিংকরে" অস্থম শকনৈএ। লৈরোন অসিদি লৈপাক পুখত্তুনা গুরুগী কমপীনে। খেঙ্গুনা লৈরোন অমা পুইএ। লৈপাক পুবা খেঙ্গুগী মিংদি "গুরুং-তিং-খিং ক্রুং লৈপুক কৌএ। খেঙ্গুগী মনাক্তা লৈবদি লৈল্লংখোম শিরিবনে, লাইরেন পোরোং খোৎপনে, নোংয়াই মায়ন ওনবনে মরি অসিনা লৈএ। অতিয়াশিদবনা পুক মুগুংদা নিংশিংলক্লুনা গুরু তান্না কাখৎখিরবদা করম তৌরবা হংলমএ। অতিয়াশিদবনা খুমএ। গুরুনা লৈপাক শেমদো হাঙ্গবা অহুবু ওইনৈএ (শেমদে)। অহুগা অতিয়া-শিদবনা অসাইগী পরিং মথক্তা মখোং কারণনা কমলিভৈদা তিল পোক্কে নিংলবগা পাকন মতোক লিশিং অমা পানববু কৌএ। পাকন নখোইগী পাঙ্গন ওইননবা তিল পোকলো হাঙ্গএ। পাকলনা তিল পোকপদি "স-মতি-তিল্লিরেননে, লাইয়িরেননে, লৈখিরেননে, মুতাওরেননে, তাওরোইনাইনে মতা অসিপু পোকএ। অমুরক পোকপদি তিনস্থরেননে লাইশু-রেণনে, তিংভৌরেণনে, তিঙ্তাংলেননে, মরিমক অসি পোকএ। অতিয়াশিদবনা পাকলগী মথক্তা লৈপাক শেমগে হাঙ্গহনা পাকল মহাকপু লাইসয়াম্বনা লিরোন খোইরোনলে। লিরোন খোইরোনভৈগী পাওরোনবা ঙৈশেদি "পুরুম ও, পুমা, লিখাও—খাও," অহুগা থং থং চিংহনা নাত্তে অনিমাগী মরক্তা চুচিননরে। হাঙ্গবগী কাকলেন খুচিন "চু=চু" অস্থম শক্লুনা পংককশা হংগেন ফকশা, হৈবোং ফকশা, ল্যাইচিং ককশা, তকফি ফকশা, নিংথাং, মথাং কৈরোই য়ুংখং লিরোন ওইরোন, লিশি, খোইশি, লিথু খোইথু লিকা খোইকা লিশেম খোইশেম লিতিন খোইতিন স্থমপরৈ লং খুরো লোইনা তিনসিনলবগা অতিয়া-সিদবনা পাকনগী মথক্তা লৈপাক শেমহনা চতান চনিং শারবগা পাকনস্থু মপুং ফারে। পাকনগী মমিংতি "তিনশং তিনপুক থাইতোক তরংপা, চিকিং সনা য়েংত্রেবা" কৌএ। অতিয়াশিদবনা খেঙ্গুপু কৌরে, খেঙ্গুনা য়েংলমতা পাকননা ওইলমতা অসিপানা মমাইতা অতিয়াশিদবনা অহুম্বাকী মথক্তা তোংখৎহুনা পাওরোনবা ঙৈশেদি "খেঙ্গু নঙ্গোন নোই, নোই হন্নাই থাংপাক মথাংপক, চেংপি লোইয়া মরোইম্বা, লমলোই খরোই খচিকএ। খজিক খপাংনা" মস্থম শকহুনা খেঙ্গুনা পুবা লৈরোন মথক্তা পাকন থারে। পাকনকী মথকতা অতিয়াশিদবনা খেঙ্গুগী নাওকম অহুতপু পুখৎহল্লুহুনা অশিবাবু পাকনগী মথক্তা লৈরোন অমা শেমহললে। পাকলনা পুবা লৈরোন অসিকী মথক্তা তাকপত্তি চকথারিংপানে

নোংচুপ ঙাকএ, তৌমারিংপানা খাবম ঙাকএ। মুংবারিংবনা নোংপোক ঙাকএ। বামারিংপানা অরাং ঙাকএ। কুমহয়পানা নিকলম ঙাকএ। ভুমারিংপানা নোংশিংলম ঙাকএ। মানচিনা মৈরম ঙাকএ। হাইমানা লাইচিদা ঙাকএ। অতিয়াশিদবনা লৈপাকী ময়াইদা মখোং কারণননা কমদুনা বিশ্বতাও ও লৈপাক মমুং ওইনপা নিংশিংও হাঙরকপা লৈমুং শামুংকা য়া ভানদুনা ওঙা শামুকা পোকএ। অদুতকী অতিয়াশিদবনা অসিপাও-গু ল্যাকও ভাইপংপানবা অসি খৈপিকপু নংগীনে নং শেমও। ইকম অসি নং কমাকৌও হাঙনা শিররে। অতিয়াশিদবদি অসাইগী মকমদা কাখিএ। লৈরোন অমদি ওকনা ওইরে। ওককী মথকতা পাকনগী নাওকম থারে। ওককী মমিংদি থুকচিং খিকসৌ কৌএ। মনাকতা লৈপাতি গুরৈ খিংতোপানে, চাওরা মপান খিবনে, লৈমুংপিশিনম্নে অমা লৈএ। ওককা শামুকা পোকচৈগী পাওরোনবা ঈশৈদি "পিংতরেং পিংতরেং শনশং লাইশং, শমপিং, শমপিং অসুম শকনৈএ। অসিবানা মকু তোংদুনা কাখিএ। নোংথৌ মরোল অমা শেমলে। মরোল অসিতা লৈবা মরোল মমিংতি "মি-মি কুরু হিং হিং ভুহিং" কৌএ। মনাকতা চাখা খোংচোনদুপী ভমানা কোইনা লৈএ। অসাইগী মকমতা অসিবানা হুম্বরকলে। অশিবানা শামুপু কৌরে। নং লৈরোন অমা পুও হাঙদুনা শামুগী মথকতা ওককী নাওকম থাবে। লৈরোন অমা শেমলে। শামুগী মমিংদি "পিশামুকে ভিং রেং" কৌএ। "লৈতোং কেংমা শেংসুং" কৌএ। মনাকতা লৈপাতি মুচেংনে থৌপি লৈকাপীনে পিসাতাগনে ওমা লৈএ। অসিপানা মকু তোংদুনা কাখিএ। নোংলেন অমতি খৌরানমিচাক অপকমানে। অদুদা লৈবা সোরারেণ মমিংদি "শংতরেং তকুপ তরেংপা" কৌই। অসিবানা অসাইগী মকমতা হুম্বরকএ। লৈরোন অমদি তিনমুরেনপু লাই অয়ামপানা লিরোন খোইরোন লিসি খোইসি গুনা পরৈ লংখুরো শেমলিঙৈদা পাওরোনবা ঈশৈদি "তনতন কাইপোক লিসেন খ্যাও খ্যাও" অসুম শকনৈএ। মনাক্তা লৈবাতি লৈফুরেন কিংভাইপানে, মুহানে, ভাংতোই মৈরামপিনে অহুম্মা লৈএ। অসিপানা মকু তোংনা কাখরে। নোংলোন অমদি থানে। থাতা লৈবা সোরারেন মমিংদি "কারে লাইসং মা ভাংক্রুপা" কৌএ। মমাংদা থাব লৈএ। থাপু য়িরুপিপাতি চায়োন রাইরুরোন কৌএ। সেংপি লুপি পাতি মানে। অসিপানা অসাইগী মকমদা হুম্বরকএ। লাইমুরারেনপু লাই অয়ামপন লিরোন খোইরোন লিশি খোইশি শেমতুনং পাওরোনবতি কৌথেমপি, কাওনা মাতোং রাইজসে কৌ কৌ। লাইমুরেননা লৈরোন অহুম পুরে। মনাক্তা লৈবাদি তরংখোইমুচানে লৈমুংহিংপোকপিনে, লৈহক লৈয়ারেননে, হিরৈমানে ৪মা লৈএ। অসিপানা মকু তোংন কাখিএ। নোংলোন অমা মুমিং ওইরে। মনাকতা লৈপাতি নোংনাংলেল অপোকপ কৌএ। তরং অং ভাংতু-ভামিং শারেংসুং কৌএ। মমাংতা শজিক লৈএ। ·মুমিং

য়িরুপাও শিনম্নু ঙাংস্নু কৌএ। শেংপি লুপি পাত্তি মানে। অশিপানা অসাইকী মকমতা চম্বরকলে। লৈরোন অমত্তি তিনচাওরেরে। ল্যাই অয়াম্বনা চঙান ৮নিং শোপগুম শারে। শিরোন খোইরোন শিথু খোইথু গুনা পরৈ লুংখুরৌ পংককশা খাংশেন ককশা শরিক ঙাইতা পাওরৌনা পাত্তি হোইরৌ হয়া হয়াশোই, হয়াশোই হিংশোই চিংশোই, হে হুক হে, হে। মনাক্তা লৈপত্তি লৈহৈরেন লৈশোপানে, খিনাপিনে, কামারিনে, য়াইরৈমানে খাপী লুকোক চম্নে, নোংলোন অমত্তি লৈচিম্না পুইএ। লৈচিনকী মথক্তা কমপা সোরা-রেনকি মমিংত্তি খোকম্বাইরেন কৌএ। ইঙা ইঙেন কুমশা খাশাপা নোংচু হানপাগুংলেন হাবিপাস্নুং নোংমৈশিংজং গুপা, খুনতা চনপা রু—রা নাপি শিংপি, হৈরা মতোন চোং-হনপস্নুং চুমিত্তাং খানপাস্নুং মানাক্তা চিংজ্রোইপী লৈএ। অশিপানা মথক্তা গুরু তাননা কাখিয়ে। লৈপাক মরোলগুং ৮ শেমলে। নোংখো মরোলস্নুং ৭ শেমলে। নংনা অতু শেমলপাত্তি লৈপাক চেংনপা নহাকপু রুংশেং হাঙ্গনা চাইথাইরো হাঙ্গনা শিংরকএ। অশিপানা অসাইকী মকমত্তা পরিংকী ময়াইতা থুংলে। গুরুকী য়াথং পিরকপাবু নিংশিংলুতুনা মহাকপু রুংশেং চা হাঙ্গনা চাইথাইরে। মপুকনা নোংখো ওইরে, মনমনা লৈপাক ওইরে। মুমিং অনিনা হুমিং থা ওইরে। মতুতগী কুখংপনা খরানমিচাক খোংচোনহুপী অপকমা ওইরে। লিন লিনথুপ ৩ শানা য়িরিল খোপাল, তুরেল ৩ মা ওইরে। য়িনা য়িশিং ওইরে। মখৈনা পিগুম ওইরে। মমিংত্তি য়িপুংলেন কৌএ। খোম য়েংনা ললহাংপুং ওইরে, মমিংত্তি য়া হিরাই সৌপুং কৌএ। ওইনা কোংপা পুং ওইরে। মমিংত্তি পুংমিংলং রাইপোং পুং কৌএ। নিংখানা নোংশিং ওইএ। শিংখানা মৈ ওইএ। য়ুংপংকা মপেংকা ২মনা চিংমান অপকমা ওইএ। মহৈাপনা লৈপাক কানৈএ। শিয়ুংনা য়াচিং ওইএ। হংকংনা কেতু ওইএ। মকন ময়ুংপংনা গুংঙু শিলবা ওইএ। মথরাকনা খৌ ওইএ। খৌদি শিঙপাপাকী মকমনে। মুংশাপীত্তি মিউ ওইএ। মতু লৈরোপানা উরা অয়াম্বা অপকমা ওইএ। ময়ানা য়োং ওইএ। মখুং রেংনা শিংখা ওইএ। ওইনা শিংপোক ওইএ। মনাকোং অনিমানা উয়েল রায়েল অপকমা ওইএ। মাখোপকনা কোংজৌ মিশি ওইএ। মচিনা নোংমৈ কোরি ওইএ। মরিন ময়ুংতাগী মহাওনা কোরি পিথ্রাই ওইএ। মতিংনা শেল ওইএ। শিংলিনা হুপগা হারা অপকমা ওইএ। মহাওনা থাও মরেক পাইবা খিবিক ওইএ। মতিরা চনম য়েনম ওইএ। মরোকনা তিললৌ ওইএ। মনপনা শামু তিললৌ ওইএ। খুচিরা চক ওইএ। শমনা গুরুশিং ওইএ। মপানা তিংখৌ ওইএ। নাকোং য়েং ময়ুংতাগী মতুনা নাপুপা ওইএ। ওইগী মতুনা নাশেনপা ওইএ। মিং-অশেকনা মিচিংলৈ ওইএ। য়োইগী মশেকনা য়ৈয়েনহু ওইএ। নাতোন মজুংতাকী মাতুনা শিতাপা ওইখিএ। নাতাপা ওইখিএ। চিনপান মথক্তাগী মতুনা লৌহিং খতাং মথাক্তগী

তুনা নোংলৈশং, থবাকশী মতুনা লৈরং। সেকরাকশী তুনা য়িরিকশিপি, ওইবীনা অমুরৈ মুয়া শিংপি, হোইরোংতগী তুনা চাতারৈ, তুকমতগী তুনা রু চোংলৈ, থুকলুতগী তুনা লিকলুলৈ থুরাইতকী তুনা লিকলারৈ, থুনমতাকী তুনা তুমিংলৈ, য়েংকী খোকনিংতকী তুনা রুতল, থুতোমপিতকী তুনা অঙাওরৈ, খোংয়াইতকী তুনা কাংইচ, খোকনিংখোতকী তুনা পাখংপারৈ, খোংনাওতকী তুনা য়িশিং টাইবারৈ, খোংপিতকী তুনা রুরেললৈ, খোংতোমপীতকী তুনা য়িনিংলৈ, খোংয়াইতকী তুনা লুপকলৈ, খোংপি খোংনাও তরা মকী লৈনে। থুনমতকী তুনা রানতেং খোইপি, থুপিতকী তুনা লাংখ্রু, থুতোমপীতকী তুনা সনারেমপীলৈ, থুরাইতকী তুনা লাইরেন লাকপা খাংয়েংলৈ, থুনিংথোদগী শিরেমপী, থুংনাওতগী তুনা হাওকারৈ, য়েংকীনে। ওইকী থুপিতকী তুনা চুমলাংলৈ। থুতোমপিতকী তুনা ইডেনলৈ। থুংয়াইতকী তুনা মাইপারৈ, থুংনিংখোতকী তুনা লৈরিংলৈ, থুংনাওতাকী তুনা কালেনলৈ, থুংপি থুংনাও ১০ মাকী লৈনে। থুতাংতকী তুনা কৈরেন লৈ; পামবোমতকী তুনা কাবাং লৈ। লেংদোম্বগী তুনা লৈশোকলৈ। নমকনদগী তুনা তাইরেল, খোমদগী তুনা কুমলিক লৈ, মাবু চুপপদি হয়িংশিংনা চুপনৈএ। খিক পোকএ। খিকনা হন পোকএ। হননা তাও পোকএ। তাওনা তিন-কাং অয়াম্বা পোকএ, অসিনে খংও। হৌজিক্কি অশিবাগী মথৈনা পিতুম ওইবতগী থাক লাউবা, মৈ, ইশিং, নুংশং, মুমিং, থা, চিংমান লৌরাই-লেনফুগী লেমলৌ পাখৈতকীনা পুমহিং পাংতা পুমনরে। ঈহিংশংনা শংনরে। য়িরিক য়িকোং শেং পাংতা শেংনৈএ। লাইনিংথৌ হিংবগী মমিংতি "হিং-শং হিং, মিহিংচি মিহিং শং" কৌএ। হিংখিবা অতুদি লৈপাক মথৈ নিশিংকী মথকতা মশম চাতা থাংনা লৈপাকপু খোমচিনপা কুমনা শিনা ভাকতুনা লৈএ। মমিংতি "লৈম্মুং খোমশিরি লাইরেম্ম পোয়োম খোংপা" কৌএ। তাইবংপানবগী মপু লাইগী নিংথৌ গুরুশিদবা অতুনা ঈশিং তরংকী মথাতা লৈপাকী মথকা মথোং কারণননা ফমতুনা লৈপাকপু ভাকএ। মমিংতি "উম লৈনিং ভানবা লৈশং লৈপিপা" কৌএ। লৈয়োন অসিদদি তিলুপলেন নামুংপানা পুইএ। মনাকতা লৈবাদি তিলিরেন লাইয়িরেন, তিংতৌরেন, তিংভাংলেন, লৈহক লৈয়ারেন, লাইরেমা লৈনপকা, লৈহিংম্বু, লৈনপপি, থৌপী, লৈফানপী, ভাংভোই লৈরামপী, লৈম্মুং হিরিপী, কামায়ি খিনপী, অসি খিবিক লৈএ। লাই অয়াম্বনা তিনরকপগী "লাইতিনকোন" কৌএ। পাখংবনু কোনবগী "লাইতিনকোনম্মুং" কৌএ। লৈয়োন মাপনমাদি অসিনে। লৈয়োন মাপনগী খোংদি অহুমনে। মপানথংরবা চাকমারিংবানে, খোং ময়াইথংবদা পামারিংবানে, খোং মাহাক থংবদা তুমহাপা অহুমম্মুং থাপনতবনে। লাইনিংথৌ কুনজিন তুথোকপদি লৈপাক নোংথৌ তুপানে। মাপু থংপাতি অঙাইরেননা থংপানে। মথক মথাম্মুং লাই অনিমানা থংপানে। মরি অনিমকী মরক্তা লাইনিংথৌ গুরৈনিংতোমপা লৈএ। লৈপাকী কৌরেংতি লৈতংরেন কৌপানে।

লৈপাক থংনে। নোংথোগী কৌরোংতি নোংতংলেন কৌএ। নোংথো থংপানে। নোংকোন অমদি থৌরানমিচাক নিংথৌশিদবগী মপুক মমুংদগী থচিং মমকুম থৈথংখিরে। নাং নাংলেন অথুবা কৌএ। ঐগী মকম অসিদি কননা য়োকরোই হায়না ঙাপচরে। অতুগীপু "কোংথৈ অতংনপা" কৌএ। অসিগী মথৈত্তি সোরারেন অমমপা, অচিপা মমলেন মমপা লাইগী নিংথৌ খোইখোইপা, লাইগী গুরু অথৈপা মথনগী মঙাননা মহাকপু য়ুচনা লৈরে। অথৈপা মহাকপু নোংকাচাও নোংনাংলেন অচৌবা কৌএ। নোংথো মরোল য়াপনমাদি অসিনে থংও।

গৌরিকতি লাইগী মথকত নোংথোগী মথাদা চুপ ওইনা ঙাকপগী বা হায়গে। অমদি লাই-নিংথৌপনে অমদি মানচিপ নে, অমদি হাইসপানে, অমদি শেনখুরেননে মরিনা চুপ ওইনা ঙাকএ। থৌপী লৈকানপীনা শেনপী কাপে পাংনা লৈকানচৈএ। ঙাংতোইমু লৈরামপীনা থোংনাং মম্বাং-পাংনা লৈরমএ। অশিবনা হায়এ। লৈপাক অসিদি ঐনা শেম্বা লৈপাকনে। কনা য়ুনকরোইএ। য়িচি মরিমাপু ইখননা পুইএ। বাহোংমকু চিনলে। য়িপুকনা নোংথো ওইএ। য়িরুনা য়োং ওইএ। য়িরিননা ইরিন খোবাল তুরেল ওমানে। য়িকননা মচিং ওইএ। ইমিং অনিমানা গুমিং থা ওইএ। ঈতুনা য়ুপি য়ুরেন ওইএ। ইতিননা অহাও অথুম ওইএ। ইয়ুনা থুম ওইএ। ইখিনা তাইবংপানবনা চারি থকলিবা ওইএ। নোংথমখংতা লৈপাক শেমচৈগী মমিংতি লৈশংলেন তাপংপা কৌএ। নোংলাংলেন অপোংবাসু কৌএ। মচিংদা কমতৌদি গুংকোন নাপা কৌএ। ঐগী য়ুমতি চকমায়ুংনা কোন থাইএ। লাইরেন অচৌপানা খোং থিংএ। ইমিংতি সনাকোনসৌরেন কৈরেনপা কৌএ। চিরেন ঙাংলেনপাসুং কৌএ। মচুতি মৈনে। য়িয়ানা হাচন মৈএ। য়িনম থমপান নমএ। য়িখুং য়েঙ্গা সনা শুইএ। ওইনা লুপা শুইএ। থককী লাইপু থাকল ওইএ। য়িথাকী লাইপু য়াঙ্গাংবল ওইএ। অমমপা অসিতা য়িতোমমানে। তিন নংমুংপাপু কোনথানৈএ। ঙমপানা খোং থিংনৈএ। য়িশিং খোইরুকুমপাতা কুনপানে। মিশি কুমপানে। য়ুতারাপসুং ঐনে। য়ুখোইশংতা লৈপাসুং ঐনে। য়িমিংতি সনা তিলিরেন কৌএ। হৌজিকতি মী শাকে হায়না লৈমুচাখা খোংচেনপীনা অয়াং ঙাকলিতৌতা ওতিয়াশিদবনা হায়এ। অপানপাও নং চংখিও। মী শেমলুও। লৈপাকসুং নংগী ওইও পিখিএ। অপামপনা লৈপাক মুনখিরবদি অশিপানা হায়এ। ঐদি থাদা কাখিরকে হায়তনা কনচাওনা থা মচিতা কাখিরে। লৈমুং চাখা খোংচোমমুপীকা লাইনিংথৌ পোংনাওতোন লৌখিপকা ২মা য়ানতুনা পুমুং তরাই মরি থাংপক থারে। শামারিংপানা অয়াং ঙাকলে। চামারিংপানা লোংপোক ঙাকএ। মারিংপানা থা ঙাকএ। লৈশাঙাওনা নোংচুপ ঙাকএ। অসাহকী থা চিতা লৈপানা কনচাওনা য়ুরতুনা থুয়াঙকী য়ুকুল লৌরতুনা শকোন শাপাপু য়ুমিংকী মথক

কুমনা শিথরকএ। শামুত্তোন অয়াংপানা হরাই মরি নেংথৎলে। পোংথু মীমা য়েংথু
অঙোকো হাঙ্গৎরে। পোংনাওত্তোন লৌখিপানা কনচাওরপকী ওমক হকপগী লাংথাকলে।
শামুত্তোন অয়াংপাতি লৈকাপপি লাংতা থুরিঙ্গেদা পোংনাওত্তোননা হাও মুকনা লেংকাই
চন, যোংবা তাচিন থুরো য়েংনরে। ২মা ওমনতরে। লাইরেমমা চাখা খোমচোমপিনা
রুরকলে। শামুত্তোন অয়াংপাকী লাংচেন কোংমপাসুং শংত্তোবলে। কৈশং চিংদা
মৈ-ও কৌএ। মকোইমরাং কোইত্তোকলে, মরাং কোই কোকচিং কৌএ। মত্তু মথান
কোইনা খো থামলে। সারা তুকেনপা চিং কৌএ। শামুত্তোন অয়াংপনা নেংথৎপগী
লৈচিন ওইথরে। অমরক হৌএ। লাইখোইপাত্তা লমপুনে। নোংপোক্কা তুপুনে লৈখোম
তাওনা থাত্তা, মানখোমতাওনা নেংচুপ্তা, মরিমানা ঙাকপতি ওমতরে শামুত্তোননা। নেংথৎপাগী
রুল ওইখিএ। লাই থংপাত্তা কোংনিংখো নোংপোক্কা খো ঙাইবনে, নোংচুপত্তা কোংত্তিনদে
থাত্তা লৈখোমতাওনে মরিমা ঙকপা ওমত্তরে। অত্তিয়াশিত্তপানা হাঙ্গএ। অপামপা-ও নত্তোমম
শেমপাত্তি ওমলরোই, অশিপা থঃ মচিত্তা লৈপা অসিনা ত্তোএ। ঐ কৌথকে হাঙ্গত্তনা
ঙানোই শেরেনপনা য়ুকৌরে। অশিপা-ও কুমলক-ও। অত্তিয়াসিত্তাপানা হাঙ্গএ। অশিপা
নংকা অপামপাকা নপিংঙা মী শাও। থরাইগুতে। থারাই হাপসে হাঙ্গএ। অশিপাগী
করম শাও হাঙ্গনা হংপাপু অত্তিয়াশিত্তাপানা হাঙ্গএ। ঐকী য়িমি ত্তমও হাঙ্গরপকা খী
অত্তুপু শারিঙ্গেদা অত্তিয়াশিদবনা শকোন কানপা খোইরি চিংখোকলে, মমিংত্তি মারিরি
কৌএ। শকোন কারে। অত্তিয়ানা অসাইকী শেমপা পোং অত্তুপু লৌরে। মমিংত্তি
পোংনাওত্তোন কৌএ। পোং অসিপু নিংশা হাপসে হাঙ্গতানা অত্তিয়াশিত্তাপানা কা মরিক
কা মরাককা অরংপাকা রুকোংনেনকা হুংত্তমনাককী মাহাকত্তা মী লাই মত্তা অসি পোকলে
থারাই হাপলে, নিংশা হোলএ। থরাই মপুনে থংও। য়িশিং চাইপানা লাই থাইপিকলে
কারকনে হাঙ্গত্তনা মাখোং শেংশোননা মশমমনা কানা ঙাকলিঙৈকী মমিংত্তি "চিখিং খি
মীত্তিংশং" কৌএ। হুপলেন পনে চুপকী মনাকত্তা লৈপাত্তি কোংথেরেননে কাংপিরে
লিকমারুংনে, পাখংপানে অমসুং থাপনা ত্তাপান। থারাই অপকমাপু শনশেনপাকুমন
শেমলিপানে। হাংকে হাঙ্গপাসুং মানে, হিংহনাকে হাঙ্গপাসুং মানে। খোংঙারেনকা মাকা
থাপন ওপানে। মাপু শিনপাত্তি খোইচংলেন কৌএ। মায়াইত্তনে। মপান থংপা
মিংত্তরেং কৌএ। মরুত্তি মানা লৌত্তনা কৌক্রত্তা পিরুইএ। পাখংপাসুং য়িশিংচাইপা
খোংঙারেনসুং থাপনাত্তাপানে। মুত্তি শেমপাত্তি কৌপারুনে, শিনা মপুনে। ককা
পোকপাত্তি খোইচেংলেননা পোকএ। মীনাচিংবা শা, ঙা, নিংশাহোলজিবা খৈপিক
থোকনপা মকমত্তি কুনচিন তুখোকপাত্তা মহৈ থংচপানে। শিরপাকী মমিংত্তি ত্তাইপংপা
খৈপিকসুং শিত্তাপাত্তা চংখিপানে। শিখিরপাত্তা খোংত্তা ঙাকলমপাত্তি কাংপিরেন নিকা

কৌএ। য়িশিং চাইপক্তি থোংঙারেন রেনকী মপাতাওবে। তাইপংপানপনা কুনচিন তু-খোকপাতা পাক্সিনৈকী মখিংতি য়োংলেরেন কৌএ। মপান কাওরপাতি লাক্সিংথৌ লায়োয়াং চনৌপ কৌএ। নিপাকী শিঙ্গংতা নৈপানে। লাইরেমা-তনৌয়েং পিতি ঙুপিকী শিঙ্গংতা লৈপানে। লাই ২মা চানপক্তি ভুখিং ৫ মি নঙাইপানে।. হানাকৌতি য়িমানে। ২ নিতি য়িচেমনে, ৩ নিতি য়িনেমনে ৪ নিতি য়িমাতোয়ে, ৫ নিতি য়িচয়ে, ৬ নিতি য়িচানে, ৭ নিতি য়িমৌনে. ৮ নিতি য়িতৈমানে ৯ নিতি য়িনাওঙুপিনে ১০ নিতি য়িতুনে, ১৪ নিতি নামুংএ। ১৫ নিতি নামুংনতরে। নামুংনপকী মথৈতি অশিনে। কশানোংথোকী তমকপানে মানা মীকী মপান শাহনপানে। য়া অসি থংপক্তি হকশাং ময়েং তাতাপা পুনশিপানে। চে য়ী ওইপাশিংও থংও। য়েথাইপক্তি থৌয়ান পিচাক নিংথৌ শিতাপিনে, মানা মহৌ মহৌ নিকথাইরপতা কাছা নিংথৌ মুশিং ৫ প'নপনা মচা লাইরেমা লৈতিংঙু পোকএ। নোংচুপকী পনচিলা থমএ। থৌয়ান পিচাক নিংথৌ শিতাপানা লাইরেমাপু য়ুতুনা মপুক হারাওরে। লাইয়িংথৌনা লাইরেমাপু ওমকে তানলে। লাইরেমানা ওমহনতে। মপিংতা লাকনকান-য়কতৈতা লাইয়িংথৌনা লৈপাক শেমপা লোইরে। অময়ক মানা লেংপা হুমপাগুং ওমতরে। লাইয়িংথৌ শিতাপানা লাইরেমাপু মমিং থোয়ে। লৈহিংঙু লৈনপকা কৌএ। মাহাক্তি নোংথাং লৈমানে। লাইয়িংথৌপোং নিংথৌকা লাইরেমা লৈপাক লৈতমপীকাপু লাক্সিংথৌ কাকাতাপানা কোংপা থাথোংতা কোইন ঠিও। হাঙ্গৈরমএ। পিতুম থৌংকৈ ওইপাতি অয়াং ঙাকপক্তি থৌঙাইপনে, নোংপোক ঙাকপক্তি থাপি লুকোক চঙুনে, খা ঙাকপক্তি য়ৌঙাইপনে, নোংচুপ ঙাকপক্তি কোংতিং হনপনে, নোংশিংসুং য়িশিংসুং লিকলা য়ুনবোইসুং ঙুংপী ঙুংলাইসুং তিন-লাই অপকমাগুং চংহনতানা মরিমানা ঙাকলপাকা শামুতোন অয়াংপাপু অতিয়াশিতাপানা হুনয়াং হুনলে। লাংচন য়াইরে। চাবাইপি লিতোন য়াইরে। য়াই.তান মশক তারে। সেকতা মাথোং মশা ককলে। হৈকক য়ানে চনপাতা কক লাওনা চবাসে। য়িঁকোকও কৌএ। লৌগুং পিশিয়ুনা ঙুংপাক থারে। লৈগুং চাথা পোংচানাপিনা লাক্সিংথৌ পোংলৌতোনপু য়াতানা হুনা পুঙুং হায়াই থাংপাক থাপাতি মতৈ ঙুক অহা পোকলে। য়ুথকনাপাগুং অতুতৈকী তমলে। ওবাক্সি শকনৈএ। লৈপাক লৈচরিতৈতি লাইয়িংথৌ কোপারেনতা ঙুমিংসুং থাসুং মৈ য়িশিং থাবাইপানবা নিংথা লেঙোয়পা থৈপিকসুং মাঙানতা থৌকলনা লৈএ। তিনলুপনা তিন পোকএ। লাইরুপনা লাই পোকপানে। তিনকী মরুপনা লৈপাক শেমকে ঙাইপানে। লাইয়িংথৌনা লৈপাক শেমপা লোইরপাতা লাইয়িংথৌনা য়ারপাতা লাইরেমানা হংএ। লাইনিংথৌও। হাকনা য়ারপক্তি অসুম লৈঙমও। ঐতি অয়াংলমতা কারুকে, নংতি চেঙয়কপাপু থুংচাকনা চাকানা থকও। হাঙ্গৈরমএ। লাইরেমানা অয়াংলমতা কাথিরে। মখিংতি লৈগুং চিরিকপি

কৌএ। তৈরু শোথোক্লপকা চেৎথারক্লপাত্তা লাক্সিংথৌনা থুচোক্না চোকনা থকপাসু-পেনতাম্লপাকী মচিন্না ফংনা থকএ। ল্যাক্সিংথোনা থোং মপানদা শিংজ্জলে। লাইরৈমাদা হাঞ্জিএ। নংনা তৌবা অসিতি নংজরে। হাইত্তানা ওইনৈএ। অদুম তৌরপাতি ফংদ্রে হাইত্রানা মাংশিত্রা রুত্রি মমাই কাম্রিপা থৈপিজা রুমুংতা হিয়াংথংদা লাক্'ই ৩০; কাজা' কৈ ওইরিপা থৈপিজা লোংজ্রে॥

মতাং অসিদা মরিস্থুবা পন্দুপ লোইরে।

---

# মণিপুর ইতিহাস।

## মঙাস্থুবা পন্দুপ।

### নোংপোকথংবা ভারততা আর্য্য লাকপা।

( খ্রষ্ট পূর্ব্ব ২৫০০—২০০০ বর্ষ )

মৈতৈগী পুরাণ, ইতিহাসসিং অসিগী হকিক উরিবা মওংসিং অসিদি চহি ২০০।৩০০ চনি চহমতগী মতমদা ইবা ওাক্তা ওইনা উই। তৌইগুমম্নু মাখোইনা তাংলিবা মরোপগী ভাব অমম্ভ মাখোইনা ঈরাংলিবা লাই, লাইরা, রারি, শিংবুলসিং অকুদি ওস্থোকনা কুইরবা মরোল ওাকনি। মাহুগী মরমদা চিংনবা লৈতে। খুনমগী মমক ঐখোইনা মৈতৈগী লাই শনামহী অমম্নুং পাখংবা কৌবা ল্লাই অসিবু অহানবা পরিচয় তৌননবা পন্দুপ অসিদা হোংনবি।

## শনামহী।

মৈতৈগী লাই অহানবাদি সুপনগী অতিংকোকক্তনি। মহাকপু "অকুশিংবা" কৌই মাংগান্দকি অহানবা খোকপা লাইদি "অতিয়া = অতিয়াগুরু" নি। অহিয়াগুরুদগী "অশীবা" কৌবা লাই অমা খোকপানী রাখিসা লোইননা লাই অহম অসিগী পরিচয় থরা মথক্তী পন্দুপতা হাইখরে। মাহুদগী অতিংকোকমে অমম্নুং অতিয়াবে অনিগীদি নিংখিনা খংনরগনি তৌইগুমম্নুং আশীবগীদি মাগী খোদো কয়ামুক অহুনা মহাকী পরিচয় থাক্লেশোংনা খংবিরোই। মরম অসিনা অশীবাগী পরিচোইগীদমক ঐখোইনা মতাং অসিদা সান্দোকনা হাইহি।

তাইবংপান অসিবু শেমগৎলকপদা অশীবনা তৌখরিবাঃ মাগী খোদো মরাম ওকুগী মতুং ইনা মহাকী মমিং অসি অমতা ইতিম তিরদবা মাগী মিংখে কয়ামুকক্লে। অহুগুবা মহাকী মিং মরাম অহুগী মখেতা লোখংলগা পক্কে শানা খুমবদি মাহুমকনাসু মহাকী রারা নিংখিবা পরিচয় অমা পিরি। মরম অসিনা মাগী খোদোসিং অহু ইরংদি ল্লাইরিক চাওমনখুগনি হাইহুনা মৈতৈগী পুরাণ কয়ামুকগী ঐরোইনা মতাং অসিদা সুপনগী মমিংগী মখেতা লোখংহুনা ইরি। অহুনা মাগী মমিং মরাম অসি পাত্রিতৈনা পাঠকসিংনা খংহৌবদা, শ্রমণবদি অশীবা হাইবসি মৈতৈগী মুম অমম্ভংবু কৈরবদি নহা অহন হুপী নিপা থাকচবা তনা মাগী মকমনি হাইনা থাকনরিবা মৈতৈগী অরিংদি হুমিং কুমা মাবু খংনম্না মী ওবা শনামহী কৌবা লাই অহুবু পুরাণদা মৈতৈনা ইহান হানবদা অশীবা কৌরুই।... ইরা খংনগনি।

# শনামহৌগী মমিং

১ অশীবা, ২ ওঙখি, ৩ তাওরোইনাই, ৪ ঙঁ চিরি, ৫ ঙং চিখোয়, ৬ ঙং চিরাক, ৭ ঙং চিরিং, ৮ ঙং চিতোক, ৯ ঙং চিশা, ১০ ঙং মুনশারি, ১১ ঙং কৈথা, ১২ ঙং চিখুম, ১৩ উং কাল, ১৪ অঃ ( ঙঃ ), ১৫ ঈককৃতরং, ১৬ দৈরেন-লৈতকপা, ১৭ চানতুরোং, ১৮ উংশেং, ১৯ চিবুংলেন, ২০ স্বাহিং,—য়াইসৌবুং, ২১ পুংমিং-ল্যংরান-লোংবুং, ২২ হিংসংহিং, ২৩ মীহিংচি, ২৪ মীহিংসং, ২৫ লৈমুংখোমশিরি, ২৬ লাইরেন পোরোংখোংপা, ২৭ শোংবু চিরাইতাংবা, ২৮ কোন্দে থুরাইতাংবা, ২৯ সোয়ারেন অমম্বা, ৩০ অচিবা, ৩১ মমলেনমম্বা, ৩২ খোইখোইবা, ৩৩ অখৈবা, ৩৪ নোংলাংলেন অথুবা, ৩৫ কোনথৈ অতানবা, ৩৬ নোংগা চাও নোংলাংলেন অচৌবা, ৩৭ লৈরংলেনতাখংপা, ৩৮ নোংলাংলেন অপোংবা, ৩৯ মুংকোননাবা, ৪০ সনাকোন সোরেন কৈচোনবা, ৪১ চিবেন ভাংলেনবা, ৪২ সনা তিনলিরেন, ৪৩ কোলজাওবা, ৪৪ য়ুমিং, ৪৫ শাম-লোন অয়াংবা, ৪৬ লাইয়িংখোহনবা, ৪৭ লৈকরেন, ৪৮ নোংলুমলেন, ৪৯ মুংমাক, ৫০ কোঙোইরেন, ৫১ ডাংকুপকেং, ৫২ চুমথিরাকখাং, ৫৩ কুপকেং হাঙ্গকিয়াক, ৫৪ চিরংলেনকীংনাইবা, ৫৫ কৈকংহনবা, ৫৬ নোংবিশালোই, ৫৭ পেংবিশালোই, ৫৮ হিং করিতংতা, ৫৯ খাংকংমুখা ভাংলেন, ৬০ শাবা তুবোংলেন, ৬১ পোংলেন তুথাব, ৬২ থুই থুই চানেন, ৬৩ কশা নোংখাই লাইথৌ, ৬৪ পুং এং এং সৌজিরপ, ৬৫ কংলৈ নিংখৌ অপানবা, ৬৬ লৈরক শাখৌবা, ৬৭ খোংপান লালুম্বা, ৬৮ এনথা পাউতাবা, ৬৯ খোঙারেন, ৭০ শাইকং পোলিবা; ৭১ ককহোম অরিবা, ৭২ কোয়োহনবা, ৭৩ অচিবা, ৭৪ পিগ্র খাগ্র, ৭৫ তিনসিদবা, ৭৬ হম্পিতাহৌ. ৭৭ হয়ম্ হিংহিং খিংখিং, ৭৮ লিক্লা হিনৌ হন, ৭৯ য়েনশৌ মতোনলুপ, ৮০ লিক্লা মতোন হো হো, ৮১ পিংকুম পিং পিং, ৮২ পিং পিং মুমএং, ৮৩ মেনংথাম্বা, ৮৪ লায়োন লাংতানৌবা, ৮৫ সংয়েন খোম্বা, ৮৬ তেংহিংমনিক হা, ৮৭ তিনপুম চোলেন পিএং, ৮৮ শনা মহী, ৮৯ সনামহীরেন, ৯০ খোমলেন, ৯১ কান, ৯২ হুইনা হাখাংনৌবা, ৯৩ তলা উরিংবা, ৯৪ পামেন উথাবা, ৯৫ কোয়ো, ৯৬ ঈরা, ৯৭ মিংখেকতরা ওই, ৯৮ কোয়োং ওই, ৯৯ চাচং পোলজো, ১০০ হোচিরিহো, ১০১ তোংগো হিংনপ, ১০২ হুম অমং পিতুপং হবে, ১০৩ যে হে হে হে হুম হুম হুম হে হে, ১০৪ হে থুপ-৭০ ১০৫ সনা তম্বা, য়াই'নংথৌ য়াইমনিক তরংবা, ১০৬ সনখোং অরিবা, ১০৭ হুইহৌ, ১০৮ শনামহি য়াইমবা, ১০৯ মিসিনখোং অমিংচি, ১১০ অজো. ১১১ হোমনিক, ১১২ সনখোং অপাম্বা, ১১৩ হোসং হিং হিং খিং খিং ১১৪ কমখোং মিংথৌ-শনানশী, ১১৫ হো মতি, ১১৬ য়োমহি, ১১৭ শো মতি, ১১৮ খেবা য়ে'রিয়ে, ১১৯ চিকুকা, ১২০ চিকুশৌ, ১২১ পুকএং, ১২২ য়াইরা, ১২৩ হোয়ো তিং তিং, ১২৪ খাক

১২৫ খিংখিং, ১২৬ চিন্নালতু, ১২৭ নিংথৌ ঙাংচিক ঙা পৈবা, ১২৮ অপকক্ষা, ১২৯ ইতুম, ১৩০ মরাতিংতিং, ১৩১ হনবা কোকচাও, ১৩২ হনমু লাইখম, ১৩৩ বিষ্ণু, ১৩৪ লৈরুম, ১৩৫ পিশতাও, ১৩৬ অমরি অংচিনপ মাতেবা, ১৩৬ অমরি চিনপমাতেক, ১৩৭ অমরিউশংখিং ১৩৮ পোংথাংলেন, ১৩৯ লাঃ নৌ, ১৪০ খোইরেন লিংঙৌবা, ১৪১ খোংথারেন ১৪২ তিস্নুপত্রং, ১৪৩ মীংরেন, ১৪৪ লুপলুপ চিঙাহৈহৈ, ১৪৫ পোঙাহৈঙাহিস্নুকক., ১৪৬ কোংঙংলেন, ১৪৭ তরংঙাং, ১৪৮ মীকুপলেং, ১৪৯ লুপঙাংতরং, ১৫০ মীচিরেং, ১৫১ লুপ লুপ রিংঙা হোহ, ১৫২ পেংঙা পেংঙা পেঙা হে হে হেঁ স্নুক স্নুক স্নুক ১৫৩ হো হি কারে হো হে হা হা ১৫৪ খিরংতরংবা, ১৫৫ ঙাংতহুংবা ১৫৬ হাংতরেংবা, ১৫৭ নোংতরেংবা, ১৫৮ শৈতাঙাংতুবেংবা, ১৫৯ করংআ, ১৬০ খখিং, ১৬১ ঙাংহিং ১৬২ স্নুপমরু, ১৬৩ চিংসংচিং, ১৬৪ ঙা চিংসং ১৬৫ মাত্রেং, ১৬৬ মৈথালেন, ১৬৭ ওংখিংয়িবয়িক ১৬৮ তিঙাংতরংবা অসিনচিংবনি।

মথক্তা হাঙ্গিখ্রবা লাইশনা মহৌগী মমিংসিং অসি শনামহৌগী খোদোসিংবু কোংদোক্তুনা খোনবা মিং ঙাক্তনি। অহু অহুগুম্বা মাগী খোদোসিং অহুগী মমিংসিং অসিনা মাগী খোদোগী মথংমনাওসিংবুস্নু কোংদোকই। মাহুগী মহুং অহুদা মিং অহু খোল্লকপাগী মতম অমস্নুং মতম অহুদা ওইবম্বা সমাজগী মহুং মতৌ কয়ামুকস্নু মিংসিং অহুদা পকলি, মাহু ঐতিহাসিক গবেষণা তৌবিবাসিংনা হৃষ্ণেঃফম খোক্কে।

অতিংকোকনা অতিয়া পোকই, মহাকপু গুরুনা তাইবংপান শেমলু হাঙ্গনা শিরকই, মহাকপু অশীবা কৌরে। অস্নুদ্ধা হাঙ্গখি, মাহুগী ভাবতি— অহানবদা আকাশ মাহুগী মথংদা মঙান মৈ পোকই হাঙ্গবনি। অশীবা হাঙ্গবদি গুরুনা খোদংহুনা তাইবং শেম্নবগী মমক কুমশকই হাঙ্গবাতনি! মতুবু সংস্কৃতা হাঙ্গগে হাঙ্গরবদি "অবতার" হাঙ্গবনি মাহুদি ইসলামদা পয়গম্বর হাঙ্গবাগুম্বনি। মহাক অসি অতিয়ানা ওইবনি, তৌগুমস্নু মহাকী মমিং অশীবা হাঙ্গবা অসিনদি মহাকী মশক অসিনি হাঙ্গবা থংবা ঙমদে, অহুগা ১ অতিংকোক, ২ অতিয়া, অমস্নু অহুমস্নুবদা অশীবা হাঙ্গবা পরেং অসিনা মঙানবু হাঙ্গবদি থভি। মরম অসিনা মহাকী ১৭ স্নুপা মিংদা "ঙানতুরেং" হাঙ্গনা কৌরা অসিনা অর্থ অসি থাঙ্গেংশংবনি হাঙ্গবা তাকই, ঙানতুরং হঙ্গবদি অমস্নুদগী ঙানংোকহনবা হাঙ্গবনি। অহুনা অশীবা শাই অসিদি বেদ সাহিত্যগী মরোনদা হাঙ্গরবদি "রশ্ম্যভিমানী দেবতা" অর্থাৎ মঙানবু হাঙ্গবা বেদগী মন্ত্র অহুগী দেবতানি হাঙ্গবনি। অসিগুম্বা দেবতা অসিবু মাগী খোংচৎ য়াম্না থাংবা, উদবা থংদবাবু থংহনবা, কন্তববু মাংহনবা অসিনাচিংবা মগুণ ময়াম অহুবু য়াবা মতমদা উচেক ওইনা, মৈ ওইনা, সগোন ওইনা মথনমথা য়াম্না চাংইহুনা বেদদা ইংনৈ। মাগী বেদদা চৎনবা নিংথৈ কয়ামুক্তি য়াক্কমহর্ষিগী নিঘণ্টুদগী মঙাং অগিদা লৌখংলি।

ক্ষত্রিয়বংশ পুন্নমক সন্দোকখি। অসুম্না মহাভারতকী চৌগংদকপদা বেদব্যাসনা হায়ৈরি। মাসিদা হায়রিবা ক্ষত্রিয়শাগৈ পুকোক "মন্যু" হায়বসিবু মৈতৈগী পুরাণনা উচ্চারনগী দোষনা "মন্যী" হায়রকনি। মাসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনি ———

ভারতালৈবা ক্ষত্রিয় শাগৈ হায়বা পুন্নমকী অথোইবদি সূর্য্যবংশ অমসুং চন্দ্রবংশ কৌবা শাগৈ অনি অসিনা ওই, অসুম্না হিন্দুগী পুরাণ শাস্ত্রনাচিংবদা হায়ৈ। অহুগুম্বা বংশ অনি অহুতা নত্তনা ক্ষত্রিয় পুন্নমকী পুকোকতি মন্যুনি অসুম্না ব্যাসনা হায়রিবা অসিদি "মনঃ পুত্রঃ (হৃগী মচা) অসুম্না পুত্র হায়বনা মচা হায়বা ওইনা তাহনবনি, পুন্দি বেদদা মঙান হায়না চংনৈ অহুনা মৈতৈরোনদা হায়রবদা অতিয়ানা ওইবা মঙান হায়বদি অশীবা "বৃহৎ, ভানু, চক্ষুঃ, আত্মা, বিভাবসু, সবিতা, মরীচিক, অর্ক, ভানু, আশাবহ, অমসুং রবি" অসুম্না কৌই। অসুমনা হায়রিবা ১১ অসি কুমিংকী মঙান (পুত্রাঃ বিবস্বতঃ সর্ব্বে) তগী মমিংনি মঙানসিং অসিগী মরক্তা ১২সুবা মহ্যৈশৌবা মঙাল হায়বদি গর্ভপীবা লৈপাক্তা জীবসিংবু পোকহনবা মঙান অহুনা ইতোন ইতোনবা মঙাননি। মহাকা দেবভ্রাৎ পোকই হায়বদি কুমিংকী মঙান অহুনা লাইসিংবু ভানহনলি, হায়বনি, লাইবু ভানহনবা মঙান অহুনা সুভ্রাট্‌ পোকই হায়বদি অহুগুম্বা মঙান অহুনা গ্রহ, নক্ষত্র, তারা, মৈ, থা অসিনাচিংবাবু ভানহনলি, মাহু ভানহনবদা গ্রহ, নক্ষত্র, তারা, মৈ থানাচিংবা অহুনা সু (ফজনা) ভ্রাট্‌ ভানলি হায়বনি। অহুগুম্বা মঙান অহুমথোকনা থাইদোক্লগা মৈদা ভানবনা ধূম্রনাচিংবা মঙান তরাত্তিনবা ওইবনা মাবু দশজ্যোতি কৌরে, থাদা ভানবা অহুনা শতজ্যোতি মঙান চামা কৌই, মরমদি থানা মীওইবগী পুবনিং—অমোইদা লৈ, থমোইদগী মথক্তা মুক্তিগী লম্বেন অমা লৈবা অহু থাদনা তাইব পানবদা চৎনবা লম্বেন চামা অহু এংহুনা থাদা লৈবা মঙানবু শতজ্যোতি কৌই। অমসু কুমিত্তা ভান্নিবা মঙাননা ইথুইদগী ইহেন হেনজি অহুনা মশিংলাকহুমদবা মঙাননি হায়বগী অর্থদা সহস্রজ্যোতি হায়বনি। মাসিগী অশম্বা ভাবতা ইরথদি মৈতৈরোন্দা থোকপদি অতিংকোক (হিরণ্যগর্ভ) দগী অতিয়াসিদবনা (হ্য) থোকই, অতিয়াবু অতিংকোকনা তাইবংপান শেম্ম হায়না থোদারগা মঙানগী মশক ওইবা অশীবা ওই। অশীবনা তাইবং—লৈপাক পোককে হায়না থৌরাং তৌহুনা (মন্য) মৈ, থা, কুমিংত মঙান চংলে, (দেবভ্রাট্‌) চংলিবা মঙান অহুনা ভানথোকপা (সুভ্রাট্‌) না অহুমথোকন থাইদোকলগা মৈগী মঙানদগী ব্রাহ্মণ, থাগী মঙানদগী চন্দ্রবংশ, ক্ষত্রিয় অমসুং কুমিংকী মঙানদগী সূর্য্যবংশ কৌবা ক্ষত্রিয় শাগৈ ওই হায়বনি। অহুনদি জীব হায়বা অসিমক্তা হায়খ্রবা মঙানসিং অহুতগী পোকপনি অহুনা গর্ভপীবা মঙান মহ্যনা জীব পুন্নমক্তা পৃথিবীদা পোকহনবা ভাক্তনি। মরম অসিনা মৈতৈগী পুরাণনা শনামহীবু অপোকপা হায়বা বেদগী তাৎপর্য্য অসি লৌহুনা ইপুথৌ (ইবুধৌ) হায়না কৌই।

মাসুম্না জীবগী পোক্পাগী বেদনা হায়বা তাংপর্য্য অসি এংহনা পুরাণ, ইতিহাস, বেদ অমসুং মৈতৈগী পুরাণ, মাখোইনা হায়রিবা তাইবংপান শেম্বদা মীনা খোরকপগী য়াবি অপুম্বা শেমই, অদুনা মরুদা মখা অমম্তিং হায়বা থংনৈ। মরমদি মাখোই পুম্নমক্ সুপ্নগী বেদগী তাংপর্য্য লৌরগা তাবা মুত্তাইনবা য়াবি শেমদোকপতনি।

অদুগা মৈতৈগী পুরাণনা বেদগী য়াবি শেমদোকপা অসি, ব্যাসগী পুরাণনাচিংবা অসিনা খোক্তরিবৈগোনা মণিপুরদা হায়া খুন্দাখিবনা অষ্টাদশ মহাপুরাণ অমসুং মহাভারতনাচিংবদা শেমদোকপগা মাপ্পদবতনি, মাহৃদি—হৃন্নিক হায়খ্রবা চন্দ্রবংশ, সূর্য্যবংশগী, তাংপর্য্য অসি লৌরগা তাবা মুক্তাইনবা হায়হনা বেদব্যাসনাচিংবা পুবাণকারসিংনা অগৌ ২ বা য়াবি শেমই। খুদমঈদমক –

ব্রহ্মানা মরীচি পোকই, মরীচিনা কশ্যপ, কশ্যপনা বিবস্বান্, বিবস্বান্না মনু, মনুনা ইক্ষ্বাকু, ইক্ষ্বাকুনা বিকুক্ষি, বিকুক্ষিনা শশাদ, মহাকনা কাকুৎস্থ, মহাকনা অনেনাভ, মহাকনা পৃথু, মহাকনা আর্দ্র, মহাকনা বৃহদশ্ব, মানা ধুন্ধুমার, অসিনাচিংবা মথং মথং পোকথহনা সূর্য্যবংশ সন্দোকই,

ব্রহ্মনা অত্রি, অত্রিনা সোম, সোমনা বুধ, বুধনা পুরোরবা, মানা আয়ু, মানা নহুষ, মানা যযাতি, মানা পুরু, মানাচিংহনা মাসুম্না মথং মথং পোকথহনা চন্দ্রবংশ কৌবা ক্ষত্রিয়গী ধারানা পৃথিবীদা সন্দোকই।

অমসুং অসুপ য়াম্বা জীবপুম্নমক অসি হুমিংকী মঙানতনা পোকপনি হায়বা বেদগী তাংপর্য্য অদু লৌহনা পুরাণকারসিংনা শেমই, সূর্য্যনা মনু, মানা ইক্ষ্বাকুনাচিংবা পোকনা সূর্য্যগী পিবাগী ধারানা সূর্য্যবংশ ওই, অমসুং সূর্য্যনা ইক্ষ্বাকু, মানা ইডাকন্যা, মানা পুরোরবা পোক্‌না সূর্য্যগী নিঙোম্না চন্দ্রবংশ ওই অসুম্না লেংই, মাসুম্না নিংথৌসিংগী পারং লেংলগা নিংথৌ নিংথৌসিং অদুগী লিচৎ, মাখোইনা পাল্লিবৈদো খোকখিবা থৌদোকসিং অদু ফজনা ইহনা নিংথৌরবা পুরাণ মঙাম অসি পুরাণকারসিংনা খোকহল্লি। মাদুগুম্না মৈতৈ পুরাণসিংগু গুরুসিদবাদগী অতিয়াসিদবা, অশীবা, অসিনাচিংবা মীগী পরেং পরেং অদু এক শলাহ ৭ খোকনা খাইদোক্‌না মাগী ২ এঙী মী মথং মথং ওইথরকপা পরেং ইহনা মীগৌরোন–কুলপঞ্জী শেমই। অমসু পোকখ্রবা মীসিংগী মরক্তা নিংথৌ ওইখিবা অমসু খুংগন পান্নবাসিং মাখোইগী লিচং অমসু থৌদোক পুম্নমক অদু পুরাণ হায়বা মৈতৈগী পুরাণকারসিংনা লেংসিনখ্রক্লনি মরম অসিনা পুরাণ পুম্নমক অসি হৌকমদা তাংপর্য্য মখা অমতনি।

জীববু থোকহনবা হুমিংকী মঙানবু মহু কৌবা মিংকমদগী লৌহনা মৈতৈগী পুরাণকারসিংনা মরোন থৈথিহনা মহি, মহী, মিহি, মীহিংচি, মীহিংশং, মহীরেন অসিনাচিংবা মিংথৈ

বেদদা চংনবা মহানগী মমিং ————

"খেদয়ঃ। কিরণাঃ। গাবঃ। রশ্ময়ঃ। অভীশবঃ। দীধিতয়ঃ। গভস্তয়ঃ। বনম্। উস্রাঃ। বসবঃ। মরীচীপাঃ। ময়ূখাঃ। সপ্তঋষয়ঃ। সাধ্যাঃ। সুপর্ণাঃ।"

মাসীদা সুপর্ণ হাঙৈবসি মঙানগী মমিং অমা ওইনা নিঘন্টুদা হাঙৈখ্রে। অদুগা অমোক সগোনগী মমিং হাঙৈবদা—

"অত্যঃ। হয়ঃ। অর্ব্বা। বাজী। সপ্তিঃ। বহ্নিঃ। দধি ক্রাঃ। দধি ক্রাবা। এত থা। এতশঃ। পৈদ্বঃ। দৌর্গাহঃ। ঔচ্চৈঃ। শ্রবসঃ। তার্ক্ষ্যঃ। আশুঃ। ব্রধ্নঃ। অরুষঃ। মাংশ্চত্বঃ। অব্যথয়ঃ। শ্যেনাসঃ। সুপর্ণাঃ। পতঙ্গাঃ। নরঃ। হার্য্যানাম্। হংসাসঃ। অশ্বাঃ।"

অসুম্না সগোনগী মমিং ২৬ নি হাঙৈদুনা যাম্বনা মাগী নিঘন্টুদা পীরে। অদোমগী মৈতৈ পুরাণদা ফংবা মিং ময়াম অসি পারগা নিঘন্টুগী মমিংসিং অসি পারবদি অনি অসিগী য়াম্না নকননা মরি লৈনবা অদু পাঠকসিংনা উগনি। মাদুগী অসম্বা খুদম খরদংসু উদা-হরণগুম্না উৎলি, মাদুদি "৪৫ শামদোন অয়াংবা" হাঙৈবা মমিং অসিদি শগোন ওইবা হাঙৈবনি। "৪৩ কোনজাওবা" হাঙৈবনা থাগী মচিদা লৈবা হাঙৈবনি। "৫৫ কৈরুংহনবা" —কৈদা ( কোংতা ) লৈবা হাঙৈ। মাসুম্না মানা সুমাংদা লৈরগা "৬৫ কংলৈনিংথৌ অপানবা, কৈরক্তা লৈরগা "৬৬ লৈরকশাখোবা", খোংবানদা লৈরগা "৬৭ খোংথান লাল্লুম্বা" এনখাদা লৈরগা "৬৮ এনখাপাউতাবা" খোংদা লৈরগা "খোঙারেন", শাইকং ছায়াদা লৈরগা "শাইকংপোলিবা", ফকতোমদা লৈরগা "ফকতোমঅয়িবা" কৌই; অসিনা-চিংবনি। মহাকপু থুমিং ওইনা লৈরগা "কোরৌহনবা" কৌই।

মহাকনা থুমিং চুপ্পা লৈমরেনগা খাদোক্লে, অমসুং মহাকনা গুরুগী মচানি হাঙৈরবদ লৈমরেনদি মমা খোকই হাঙৈদুনা "মমা লৌবা" অসুম্না মহাকপু হাঙৈ। যু য়াম্না থক্কই, হাঙৈদুনা "যুরাংবা" কৌবা মহাক্কী যাগ বিশেষ অমা চংনরমই। অসিনাচিংবা মহাক্কী শিচৎ অমসুং মমিং অসিগী অর্থদা ওস্থাকনা য়াথখ্রবা য়ারি ময়াম মণিপুরী জাতি পুম্নমকনা নিংসংবা থোক্তরবা মতমদগীনা ছুজিক কাউবা চংনরি। অদুগা থজিজি, মহাক্কী মমিংসিং অদুগী মরক্তগী শনামহী হাঙৈবা অসিনা ইহেন হেনবা মিং ওইনা থংনরে।

## শনামহী।

মহাক্কী মমিংসিং অসিগী য়ারিসিংদি বেদগী য়াকম কয়ামুক লৌদুনা মণিপুরদা মৈতৈগী পণ্ডিতসিংনা শেম্লবনি। হিন্দুগী পুরাণ অমসু ইতিহাসসিংগী য়ারিসু বেদগী য়ারিদগী

লৌতুনা লেপ্পনি। হিন্দু অতৈগী পুরাণ সংহিতা - ইতিহাসগা মণিপুরগী রারিগাদি মপান্দা এংনদি য়ায়া হৈনবগুম উই। ঙোইবদুসু মাখোইগী মূল অতুদা এংলবদি অনিমক খেন্নদে হাঙ্গনা উই। মাতুগী মথক্তা রারিসিং অতুনা তাকলিবা মতম অত এংলবদি চঙিক কংলিবা মৈতৈপুরাণগী রারি অসিনা মহাভারতনা চিংবগী রারিদগী কেন্না লিরে হাঙ্গবা রারি মশা অতুনা তাকই। মাচগী পুদমগী দমক মৈতৈপুরাণগী রারিগা বেদব্যাসদেবগী ভাইবংপানবদা কাউরবা মহাভারতগী রারিগা মখমগী চাংদমগী দমক, মতাং অসিদা মৈতৈ লাই সনামহীগী রারিবু মহাভারতনা হাঙ্গবা অত য়ায়া শন্না মতাং অসিদা লৌখৎলি।

> "দিবঃ পুত্রো বৃহদ্ভানুশ্চক্ষুরাত্মা বিভাবসুঃ।
> সবিতা সঋচকোঽর্কো ভানুরাশাবহোরবিঃ॥
> পুত্রা বিবস্বতঃ সর্ব্বে মহ্যস্তেষাং তথাবরঃ।
> দেবভ্রাট্ তনয়স্তস্য সুভ্রাড়িতি ততঃ স্মৃতঃ॥
> সুভ্রাজস্তু ত্রয়ঃ পুত্রাঃ প্রজাবন্তো বহুশ্রুতাঃ।
> দশজ্যোতিঃ শতজ্যোতিঃ সহস্রজ্যোতিরেবচ॥
> দশপুত্রসহস্রাণি দশজ্যোতি র্মহাত্মনঃ।
> ততো দশগুণাশ্চান্যে শতজ্যোতির্মহাত্মজাঃ॥
> ভূয়স্ততো দশগুণাঃ সহস্রজ্যোতিষঃ সুতাঃ।
> তেভ্যোঽযং কুরুবংশশ্চ যদূনাং ভরতস্য চ॥
> যযাতীক্ষ্বাকুবংশশ্চ রাজর্ষীণাঞ্চ সর্ব্বশঃ।
> সম্ভূতা বহবোবংশা ভূতসর্গাঃ সুবিস্তরাঃ॥"
>
> ( মহাভারত, আদিপর্ব্ব ১ম অধ্যায় শ্লোক ৪২—৪৭ )

ছ্যগী ( অতিয়াগুরুগী ) মচা, বৃহদ্, ভানু, চক্ষু, আত্মা, বিভাবসু, সবিতা ঋচক, অর্ক, ভানু, আশাবহ, রবি, বিবস্বান্‌গী মচাসিং অসিগী মরক্তা মহ্যনা অতোপ্পনি। মহ্যনা দেবভ্রাট্ মাগী মচানা সুভ্রাট, সুভ্রাটনা মচা অহুম পোকই, মাগুদি দশজ্যোতি, শতজ্যোতি অমসু সহস্রজ্যোতি কৌবা অহুম অসি পোকই। মাখোই অহুম অতুগী মরক্তগী

| | | |
|---|---|---|
| দশজ্যোতিনা মচা | ১০০০০ | পোকই। |
| শতজ্যোতিনা মচা | ১০০০০০ | পোকই। |
| সহস্রজ্যোতিনা মচা | ১০০০০০০ | পোকই। |
| | ১১১০০০০ | |

মাই অসিদগী কুরুবংশ, যদুবংশ, ভরতবংশ, যযাতিবংশ, অমসু ইক্ষ্বাকুবংশ অতৈ অতোপ্পা

কয়ামুক শেমদোকপাত্তনি। অদু অদুগুম্বা মঙাননা খুদম ওইদুনা খংনরিবা ব্রহ্মবু মখল মখা য়াম্না কর্ম্মকাণ্ডদা ঈড়াংপা অদুদগী লৌদুনা মৈতৈনা মহীয়েন—শনা মহী হাইদুনা ঈড়াংনহৌবনি।

মহী হাইবা মিংদা "শনা মহী" অমুমনা হাইদুনা "শনা" হাইবা বিশেষণ আম হাপ্তুনা চৎনৈ, মিঙ্গৌ অসিনাদুম হুজিক্তি মৈতৈ পুমনমক্কী ইরাই লাইনা খংনবা মিং ওইখ্রে। মাসিদা য়াউরিবা "শনা" অসিদি "শ্যেন" হাইবদগী থেখিবা শব্দনি। মাসি বৈদিককী মতমদা চৎনবা অচৌবা দেবতা অমনি। মহাক্তি মঙান হাইবা পোৎশক অদুবু উচেক ওইনা অমম্ব সগোন ওইনা বেদনা লৈসি লৈখোনবা দেবতা অমনি। মহাকপু সুপর্ণ হাইবনাচিংবা মমিং কয়ামুকনা বেদদা খংনরবস্যু শ্যেন দেবতা হাইদুনা তোঙানবা লাই অমা ওইনা মাগী মরমদা সূক্ত কয়ামুকনা য়রম ওইদুনা বেদনা মাবু লৈসি লৈখোননি। অদুগুম্বা শ্যেন দেবতা অদু মহীগা মখা অমত্তনি হাইদুনা "শ্যেন মহু" হাইবদগী লোন থেখিদুনা "শনামহী" হাইখিবনি।

## মরখোই শনাগী ৱারি।

বেদব্যাস দেবনা মহাক্কী তাইবংপানদা ফাউরিবা ভারত কৌবা ইতিহাসদা বেদগী তাৎপর্য্য লৌদুনা ওনথোকনা তাবদা মুঙাইরবা ৱারি কয়ামুক "শনামহীগী মরিদা ইরমই। ৱারি অদুদা বেদব্যাসনা ইঙ্গিত অমম্ব পিরমই, মাদুদি বেদগী মফমহ কয়ামুক্তা মাগী সূক্ত ময়াম্বা সুপর্ণ হাইনা লৈসিলৈখোল্লিবা তাইবংপানবগী মপুবু সুপর্ণগী মমিং শ্যেন হাইবা অসিগী অর্থ উচেক হাইবা অদুদা লৌদুনা বিষ্ণু কৌবা লাইগী শাদোংনি হাইনা মাগী পুরাণসিংদা ইরমই। মাদুনা তাকলিবা তাৎপর্য্যদি ব্রহ্মনা তাইবংপানবতা লৈবা পোংপুম্মক্কী মন্নুংদাসু মপান্দাসু থম্না লৈরগা তাইবংপানবা অসিদগীসু হেন্দোক্লুনা লৈ। মাদুম্বা লৈবা ব্রহ্ম অদুবু মানা লৈরি২বা পোৎসিং অদুনা মাগী মিং ওইদুনা মশক মমিং নাইদবা ব্রহ্ম অদুবু বেদনা লৈসিলৈখোনবনি। অদুনদি থাগৈ শেংবা ব্রহ্ম অদুনা পোৎশক অদুদা মাগী শাদোং ওই অমুম্বা লৌদুনা শ্যেন কৌবা উচেক—মঙান অদুনা মানা খংনরিবা হাইবনি মাগী মন্নুংদাসু মপান্দাসু লৈবা ব্রহ্মগী শাদোংনি হাইবনি। অদুনা শনামহীনা ব্রহ্মগী মিংথৈ অত্তোম্বা বিষ্ণু হাইবাসিগী শাদোং উচেক ওইবা মঙাল্লি হাইনা লৌদুনা বিষ্ণুনা উচেক গরুড় তোংই, অমুম্বা সূত্র অসি পুখোল্লগা মাদুদগী তাবদা মুঙাইরবা ৱারি ময়াম শেমই। মাদুম্বা শেমদোকখিবা ৱারি অদু মহাভারত্তা হাইবগী মতুং ইন্না অখম্বা অম: মতাং অসিদা ইরি।

থাইনা মমাইতৈদা দক্ষ প্রজাপতিগী কদ্রু অমসুং বিনতা কৌবা মচানুপী অনি কাশ্যপনা লৌই। নুপী মচিনমনাও অনিনা কাশ্যপপু সেবা তৌদুনা কদ্রুনা মচা লিন মতিকমঙল

…ওবা লিশিং অমা পোকে অমসু বিনতানা কদ্রুগী মচাদগী কনবাখোবা ফেনবা মচা অমি …পোকে অসুম্না বর নি।

…অপনা বর পিরগা নখোই অমি নিংথিনা গর্ভপু হাইনা সিন্নরগা বনদা চংখি। বর …লৈরগা কদ্রুনা মরুম লিশিং অমা, বিনতানা মরুম অমি কোকই। চরাওরেহনা অশাবা …রদা হাপ্নুনা মরুমসিং অহু থমই। মাসুম্না চহি চামভা লৈরগা কদ্রুগী মরুমসিং অহু …। ওইরে। বিনতাগী মরুম অমিদি মচা ওনদরে। ইকাইহনা মাগীদি মচা কংরেবদা …তানা মরুম অমা থুগাইরে। মতুংদা মচা অহুনা ভাখাই অমা মীওইচাদনা ভাখাই …দি নিংথিবা মচা অমা পোকলে। মাবু মতম সুদনা থুগাইবগী সাওহনা মমাবু কদ্রুগী …নাই ওইবু, মনাও কোম্না ওনগৌরিবনা মীনাইদগী হন্দোকউ অমসু মনাওবুদি মতম …বনা থুগাইগদু হাইহনা চৈরমই।

নোংমা কদ্রুগা বিনতাগা পুন্না লৈরিঙৈদা সমুদ্র নৈবদগী থোকপা উচ্চৈঃশ্রবা কৌবা …সগোন অহু উথিরমই। অহুদা কদ্রুনা বিনতাদা হংই, উচ্চৈশ্রবাগী মচু থংবরা? বিনতানা …দা অপুম্বা ভোই হাই। কদ্রুনা ঐদি মমৈদি মুই অসুমনা থংই, চুমদবা অমা মীনাই …নসি হংেং রেংনসি হাইনা য়াশকনরে। মাহুগী অহিংদা কদ্রুনা মচা লিন মরামদা …নাই ওইদনবা সগোন অহু মমৈ মুহললু হাইরে। মচাশিংনা মাহু ভাবদা য়ানিংদরে। …মানা নংোই অহুদি জন্মেজয়গী সর্পযাগদা মৈনা চাক্লুনা শিম্বু হাইনা চৈরে।

মাহুগী অহিং নোংমাদবদা কুপী অমিহনা সগোন এংবা সমুদ্রদা চংখরে। মমাগী মীচৈ …ংদবা শিনশিংনা মমাবু কিহনা সগোন মমৈ মুহনলে, কুপী অমিনা সমুদ্র য়াংবা লাম্নগা …সগোন মনাক য়োরে, থাগুমনা ভোবা সগোন অহুনা মমৈ মুরমবা উরে। মাইথিরবী …নতানা মাহুদগী হৌহনা কদ্রুগী মীনাই ওইখি। মতুং অহুদা মতম সুরহন্ধ বিনতাগী …রুম অহু মবন্তা কাইজহনা মচা ওন্নে। মচা অসিনা মকমদগী ফেক কোকপগা মাগী …সা পুমনমকপু ভানহনখি। মশকসু ওইনিংবভা ওই, য়োনিংবভা য়োই, উচেককী …নি অকিবাগী মশক ফংবা মৈ মরাম তিনবগী মশককুম্বা অহু উবদা লাই পুমনমকনা …গী মৈ ওইরনোই নিংহনা মৈবু থুরুমই। মৈনা ঐ নত্তে, ঐগী মারবা মতান মশা …ওবা গরুড়নি অসুমনা ভাকলে। কিরহনা লাইসিংনা গরুড়বু লৈসিলৈথোহ্নুনা থুরুমখি। …সা লাইসিংনা লৈসিলৈথোনবা অহু মহাভারতন মাসুমনা হাই ———

…ম্নৃষিস্তং মহাভাগস্তং দেবপতগেশ্বরঃ।
…ং প্রভুস্তপনঃ সূর্য্যঃ পরমেষ্ঠী প্রজাপতিঃ।
…মিন্দ্রস্তং হয়মুখস্তং শরস্তং জগৎপতিঃ।
…ং মুখং পদ্মজোবিপ্রস্তমগ্নিঃ পবনস্তথা।

ত্বং হিধাতা বিধাতাচ ত্বং বিষ্ণুঃ সুরসত্তমঃ।
ত্বং মহানভিভূ শশ্বদমৃতং মহদ্ যশঃ।
ত্বং প্রভা ত্বমভিপ্রেতং ত্বং নস্ত্রানমনুত্তমং!
বলোর্ম্মিমান্ সাধুরদীনসত্ত্ব সমৃদ্ধিমান্ দুর্বিষহত্বমেব।
ত্বত্তঃ সৃতং সর্ব্বমহীনকীর্ত্তে হ্যনগতঞ্চোপগতঞ্চ সর্ব্বং।
ত্বমুত্তমঃ সর্ব্বমিদং চরাচরং গভস্তিভির্ভানুরিবাবভাসসে।
সমাক্ষিপন্ ভানুমতঃ প্রভাং মুহুস্তমন্তকঃ সর্ব্বমিদং ধ্রুবাধ্রুবং।
দিবাকরঃ পরিকুপিতো যথাদহেৎ প্রজাস্তথা দহসি হুতাশনপ্রভ।
ভয়ঙ্করঃ প্রলয়ইবোত্থিতা বিনাশয়ন্ যযুগপরিবর্ত্তনাশ্রুকৃং।
খগেশ্বর শরণমুপাগতাবয়ং মহৌজসং জ্বলনসমানবর্চ্চসং।
তড়িৎপ্রভং বিতিমিরমভ্রগোচরং মহাবলং গরুড়মুপেত্যখেচরম্।
পরাবরং বরদমজয্যবিক্রমং তবৌজসা সর্ব্বমিদং প্রতাপিতং।
জগৎপ্রভো তপ্তসুবর্ণবচসা ত্বংপাহি সর্ব্বাংশ্চসুরাণ্ মহাত্মনঃ।
ভয়ান্বিতা নভসিবিমানগামিনো বিমানিতা বিপথগতিং প্রয়াস্তিতে।
ঋষেঃ সুতস্ত্বমসি দয়াবতঃ প্রভোমহাত্মনঃ খগবরকশ্যপস্যহ।
সমাক্রুধঃকুরু জগতোদয়াংপরাং ত্বমীশ্বর প্রশমমুপৈহিপাহিনঃ।
মহাশনিস্ফুরিতসমস্বনেন তেদিশোম্বরং ত্রিদিবমিয়ঞ্চ মেদিনী।
চলন্তিনঃ খগহৃদয়ানিচানিশং নিগৃহ্যতাংবপুরিদমগ্নিসন্নিভং।
তব দ্যুতিং কুপিতকৃতান্তসন্নিভাং নিশম্যনশ্চলতি মনোব্যবস্থিতম্।
প্রসীদনঃ পতগপতে প্রযাচতাং শিবশ্চনোভব ভগবন্ সুখাবহ।

অশুম্না গরুড়গী মশক অত্তবু দেবগণনা লৈসিলৈথোনখি। মাসিদা থংনগদবদি সুপনগী উচেক্কী মশক গরুড়বু খুরুম্না লৈসিলৈথোনবা নত্তে, বেদদা মাবু শ্যেন অমসুং সুপর্ণ হাঙ্গৈনা লৈসিলৈথোনবা ব্রহ্মবু খুরুম্বনি। বামদেব্য সূক্তদা শ্যেনবু হাঙ্গৈবা অমসুং সুপর্ণগী সূক্তসিং অদুগী অর্থ অদুতা লৌহনা ভগবান বেদব্যাসনা লেংথোকপনি। মহাকপু বিনতাগী মচা গরুড় অশুম্না রূপক তৌবতনি। অসিগুম্না মৈতৈনা শনামহীবু লৈসিলৈথোনবা মৈতৈপুরাণগী শনামহীগী তেংথারোন অদু মুম্না তারবদি তাৎপর্য্যদা ব্যাসনা লেংথোকপা অসিগা মশা অমগুনি হাঙ্গৈনা ভাগনি। মরমদি বেদব্যাসনা লৌথোকপা বেদগী মন্ত্র অদুদগী মৈতৈগী তেংথা অসিসু লৌথোকপনি। অদুনা হৌকম তিন্নবনা মাদুপয়াম্না মাদবনি। মাদুগী উদাহরণগীদমক মৈতৈগী শনামহীগী তেংথাবু মতেকথরদং মতাং অসিদা লৌথংতুনা উংলি।

## শনামহী ( গরুড় ) গী তেংথাখরা।

হয়াহে, খোইমোম লাইয়িংখো অরাংকাংলো লাইমখোম্ চিং য়াইবী মতুম মাগী অভিঙা উংলৈচিং অথুপ্পা তাইবং থরাই অপকমা পুন্নমকনা এক্ষেং থাংখোক্ শুধাবু চাদন তৌনরকপা লাইয়িংথৌও।

কোরৌরকী তমথরকপা য়াংপনলকী থাইথরকপা মুংনাং সকাংথক্তা লাইজ ঈরোইননা তরং ইপাকথক্তা সেকমোক কাইবিয়িবু পরিংলেপ তমহুনবা অমম্বা মথৈ লৈতবা অঙিংঙা চেংলো মিংথেংখিবদগী মালং য়াইবী কাওশুম লমহৌরকপা কোরৌকান্বা কমলোংবা চিং য়াইবী হুমজাওবা থরাই তিল্লি য়াইমরুসিদবও।

চিংনত্তেথাম্ খোইমোম নাওন হকপদা নংনা নাচংখোংকৈ ওই, লাইর সোই উ ওইনা পোইরৈ লৈবাক ভাকলিবা খোইমোম নাত্তেইহ চিংশায়োন য়াম্বা নংনা লোইনরিবা মরি লিভিন্নরিববু রাকমনা তেংথারক্কে।

খোইমোম লাইয়িংখো চিং খোংনাং অরিবা খোংনাং চিংতাম্না থক্লবা খোংনাংমান লৈচিংশিন তুয়াং তেকচিং নিংনা কৈশিচিং মানক্তে নিংথৌ সরাপা কৈরৌথা মেনতোং মুঙ্গোহচিং লৈথাম সুম তোম্পোক হাওমু লাংভোবী থাংখোমলো হাওরেং নাইরেং চিংবু তানা থনবা লাইয়িংথৌবু লোইনরিবা চিং নংগা নারি লিভিন্নবা অমদি খোইমোম লায়িংথৌ চিংহন কোইনিংগৌ শরম অভানবা কাম্বা শনলাম্বা নমাতিংনা পোংমুং লৈমচা নিংথৌ শম্বুম মহারাবা নোংসিংহি ওইনবা লৈচিননৌ ওইনবা তাইবং নমুপোং লাক্লোই সংগোন শামু শামু ঈরোই সম্বংদি নোংদা থা তরা মুনা নোংদম্বা, য়াংলৈ তাওবা হুইদি লোইদাম থা অহুম মুনা নোংদম্বা, হামেংয়াওদি লোইদাম থা মঙামুনা নোংদম্বা, যাওরৌ শাংতাকপা পিয়াও মাওম কৈমুং লোইদাম থা অহুমমুনা মাওপুও নোংদম্বা, লাইমিং থকুম নারম লাইয়িংথৌবু মচেং হকমা ওইনা লোইনরিবা লাইয়িংলোও অকুমু মলোমদে। খোইমোম লাইয়িংথৌ অরাংকৌক্র অম্বুপ্পা তুরেন লুথাইবা লাইজ ঈথাবা কোবা লৈমচা কৌমুলাই মদা ককয়াই কমথিবা সংলৌনাকাংথা তেকপী থাপুমচাই-রোংচিং মনাইতাপা য়িয়াপন চলনম সেকরা তাংদন পোকপু তাম্না থানবা মরুপী খোইমোম লাইরেমা থৌচুলুনোংলৈমা শনা থম্বা পানবীবু লুয়পা খোইমোম পারি নপাদি কোবা রয়েন চাইবা সোংলেন নামুবাবু পারিনবা খোংনাং মরমপাক ময়াং হাওরৈথেন অরাংচিংপাংপান য়াইরুবা তাম্না থনবা লাইয়িংথৌবু লোইনরিবাও চিং নংগা নারি লিভিন্নরিবা অমদি খোইমোম লাইয়িংথৌ কৌক্র অম্বুম্না থাপা উনমুবা লাইজ ঈথাবা কোবচিংথংলাং খোইমোম লাইরৈমা কিকোং মুংথংমুবী মুরৌচিংকম্বা মুপাল লোইবী ল্যোইরোঁচিং থরাই পমু নোংপুম অচংবাবু মুংবী মনা হুংনা

থরাই পোলয়ান চিংলেন নাপোম অহুম্মা তিনবা নোংপোক শনাচিংকা নোংচুপ খিংক্রুচিংগা কোয়ো নোংমদোন মাপংহুম্বচিংগা খোংনা শুরা ফাইচম ঈগা পোক্টরে মৈতৈ লিনয়াই ঈমক্লগা চিংলেন নাপোম অহুম্মাগ খোংনাংমান ভৌরিবা কৈপাক ভমুল লংকুম ঙাঁমবা চিংদা য়ংনবা লাইয়িংথৌবু লোইনরিবও। খোইমোম নংগী নারি লিভিয়র অমদি খোইমোম লাইয়িংথৌ য়াংত্রেন থানা চাওব মথাবা মুংথাংজোম ফাবী চংথাই মোম্বী সুমকনবা চিঙু জোইকৈ চাওবা ঙেমচেং চকপা সারেম পোংচাইবী য়িঙুংথেন চানবিরোদা কম কম্বা লাইজ ঈংথোংলোনব লেমলৈ ঈথোংথিংবা থরাই নমু পোংঙৈবা অপোকমা পুংনা মাবু লাইজ থোংলোয়া থৌখাম্বা মাক্লম্বী অনাম খুম্বক খুনথা চম্ম মারৈপুং খুম্ভোন চম্ম নোইবী থাকপচম্ম ভানলোই লুমলেন মঙা মাবু লুমনবা উম্বী চুথোংঙম্বা হুরেন মুংমং লাইফাবা খোইমোম লাইয়িংথৌ য়াংত্রেন থানা চাওবাবু লোইনরিবাও চিঙু নংগা নারি হিয়বা অমাদি খোইমোম লাইয়িংথৌ সম্থেংনিংথৌ চাওবম্ম কোইরেংনিংথৌ সাংপাম্মুং চিঙু থাংজিং লাইমরু য়াইবীপন ওই তানবা থোঙু নোংদোন মাপন মথক্তা মুংনাং সাংকাংথক্তা তোং চিঙু মহুই নিংথৌ মহুই হুইথোকপা হথেন লাকচিন ফম্বা মায়াং সাকাল তোংবা পাঙন তম্পাক কোইব। লৈমা নোংমফন পুতাল নথনবা নিতিক কোনম্মুং কোনমাং লোইবা লিয়েণ কোণম্মুং কোণমাং থাবা ভামু খুমু কোনম্মুং কোনমাং লোইবা য়াওরো শজি শয়া শঙাই কোনম্মুং কোনমাথাবা খোইমোম লাইরেমা ।

নচিপাপু লেমশিকে লাইয়িংথৌ শনা হিংগোনব কম্বোং থারমপাংপু য়াঙেম্বা থাংঙা লাইরেমপাংপু য়াহম্বা ইনোয়া অসুম্মা খোনকংপা চিংশাং নাপোম অয়াংবাবু মনাক নেংনা কোইথুবা, শাবন কংলৈথক্তা হিংগোনবাবু খুমু নৌশাদা ভৌয়াং ভেক সোন্দবা লাইজ ইপাকথক্তা লমজেনবাবু খুয়াই চোক্ত খুদোন নাইদবা শেনবা লৈহেন্দবা ইংঙেনোংফাইদবু কাইরে য়েনমৈশিংপাবু য়েনহৌদা, কাওরেণ শমলর্ক চংবাবু শনহৌদা, ভেকপী ওক্লকংবাবু ওকথংদবা, মক্লম্বী খোইমোম লাইরেম্বা পেম্মতমম্ম উশোকলৈমা লম্মাংনিংথৌচম্ম লিরি থারম্বাগুম্বী লোকয়াইতাম্বা ভোংগুম্বী চাংথ্রুং পোংথ্রাং অরণবদা ঈশোকপবু ইরিং তাবিবাবু লয়বা লাইনিংথৌও।" গরুড়বু দেবগণ্না লৈসিলৈংথোনবা মাহুগা লোইনবা মৈতৈনা তেংথাববুম্মু পাঠকসিংগী মুঙাইনবা লোথংথরে অহুগা হজিক্তি মহাভারতকী পরেংদা মথং মথং ইরি ।

অহুগুম্বা লাইসিংগী য়াহু তারগা সুপর্ণনা মহাকী মঙাণ মশাবু পীকশিনহনখি। অহুগ অরুণ কৌবা ময়াম্বা—হায়া ওনবা মমানা থুগাইরুবা অহুবু মনমগণদা হগুনা পুখি। ব্রহ্মানা মহাকপু মুমিংকী মমাংদা লৈহনখি, অহুগা প্রলয়গী মশক ওইবা মৈচাক্তগী জীব অপূম্ববু ভাকহনখি। গরুড়না মমা বিনতাগী নাক্তা চংখি। মতম অহুদা মমাদি য়ায়া

য়ানা লৈরমই। নোংমদি কদ্রুনা বিনতাদা হাঙ্গৈদুনা বিনতানা কদ্রুবু গরুড়না লিন ময়াম্বু মরঙ্গনদা পোদুনা সমুদ্রদা লৈবা লিনগী লৈপাক্তা চংকদবগী আকাশনা কুমিংকী মনাক্তা পাঙ্গদুনা চংলি। কুমিংকী মৈচাকনা থাংবা শমত্রদুনা লিন ময়াম য়াম্বরে। মমা কদ্রুনা উরদুনা ইচেবু লৈসিলৈখোনলি, ইশুনা পেল্লদুনা নোং য়ায়া চুহল্লে। ঈসিংনা লৈপাক পুম্নমক থুমলে। লিন ময়ামনা কুণ্ডাইরদুনা ঈসিং অদুনা শান্না শান্নদুনা রমণক কৌবা মাখোইগী লৈকম তান্না লিনসিংনা চংলে। লিনসিংনা গরুড়দা হাঙ্গি, নংদি পাইদুনা চংপনিনা কুণ্ডাইবা মকম ময়াম থংলিগনি, এৗগোইবু কুণ্ডাইবা মকম অমদা পু হাঙ্গিরে। মমাগী করিননো লিননা হাঙ্গৈরিবসে হংবদা মমানা গরুড়দা মাগী মীনাই ওইরকপা মরম পুম্নমক তমলে। অদুদা গরুড়না লিনদা হংই, ইমাগী মীনাই ওইবাসি করি পীরগা কোকদগে হংই। লিংনসিংনা অমৃত লৌক, মদু পীরগা নমাগী মীনাই কোকনি হাঙ্গি। গরুড়না অমৃত লৌরগে ইপুক থরবা চাগে হাঙ্গি। মমানা সমুদ্রদা নিষাদ ( চিং, বনদা লৈবা অরোনবা জাতি ) কাংবু অমা লৈ, মাখোই অদু চারু, নংনা মাখোইবু চ'বদা পুকনুংদা মৈকুমনা শাবা য়াওরকনি, মাদু ব্রাহ্মণনি, মাবুদি চাগনু থুকম্মু তাক্লই। গরুড়না মশানা হৌদুনা মাইকৈ পুম্নমক কুংসিংনা থনংনলে, নিষাদসিংনা য়াম্নদুনা চেম্নবদা গরুড়গী কাখোক্তুনা লৈগা ময়া মনুংদা লপ্পেন ওইনা নিংদুনা ভুমনা চংখরে, নিষাদনিঙোন মতুগা লোইনবা ব্রাহ্মণদি মৈকুমনা মপুক মনুংদা শারদুনা গরুড়না ওংথোক্তুনা ব্রাহ্মণ মকৈ-মনাউবু কনখি। অতুগা অমোক পাইরক্তুনা মপা কাশ্যপকী নাক্তা লাকই, মপুক থুন্বরে চিথাক পীয় নিখি।

"ব্রাহ্মণ মচিন মনাও লন মুম্নবদগী চৈনদুনা থেঙ্গু, শামু ওইথনা ঈসিংদা লান শোকন-রিবনি" মাদু চাও হাঙ্গৈনা কাশ্যপনা পিরকই। গরুড়না চংতুনা থেঙ্গু শামু অনিমকপু থুজিন্না ফাখি। মাদুগী থমদুনা চানফম লৈত্রবদা অলুম্বা তীর্থদা হৌবা উসিংগী মরক্তা রৌহিণ কৌবা অচৌবা অমগী মশা অচৌবদা উ অদুনা তোক্তু হাঙ্গৈদুনা তোংলুবদা উশা অদু তেকলে। অতেকপা মশা অদুনা তারবদি মাদুদা পানবা উনাদা তপ তৌদুনা লৈবা বালখিল্য কৌবা ঋষি লিশিং অমাস্থ শিগা তারে, মাদু উদুনা কিরবা গরুড়না মচিন্না উশা অদু চিক্তুনা পাইরে। অসিগুম্বা লাইমকনবু ভুমদবা মাগী খোদৌ অদু উবদা ঋষিসিংনা "গরুড়" হাঙ্গৈবা অরুম্বা পুবা হাঙ্গৈনা মমিং খোনখি। গরুড়না মাগী তোংকম কংত্রদুনা মপা কাশ্যপনা তপ তৌদুনা লৈবা গন্ধমাদন চিং তান্না চংখি। মাচাগী অতুকপা খোদৌ উরদনা ঋষি বালখিল্যসিংবু হাঙ্গৈজদুনা ঋষিসিং অদুনা উ অদু হুপ্পেকদুনা চংখরে। মপা কাশ্যপনা তাকদুনা উশা অদু হিমালয়গী লোকতা হুপ্পেক্তুনা শমু-থেঙ্গু অনিমক চাখি। অদুগীতুংদা গরুড়না লাই পুম্নমকা অমৃতগী থমক লান শোকনখি, অকনবা লান অদুদা লাই

অমত্তুনসু গরুড়গী মমাংদা লেপ্পা ঙমখিদে। লাইসিংনা চক্রগুম্বা যন্ত্রনা লৈত্তুনা কোইনা ঙাকলিবা অমৃতগী থমফমদা মাতু ন্নিংপা ঙম্বা অপিকপা মুর্তি লৌহুনা পাইসিনহুনা চংখি। মাখোইনা উবহন্দা উংঙইনা তুম্বা অকিবগী মশক ফংবা লিন অনিমা ঙাকপাবু গরুড়না মমিত্না উফুন চাইসিনহুনা মমিং উংন্দে অহুগা মথক্না নেংতুনা ন্নিন অনিহু নেখংতুনা হাংলি, অহুগা অমৃতগীদমক সোমগী নাক্তা চংশিনখি। অমৃতবু কোইরিবা যন্ত্র থুদেক্তুনা অমৃতচফু ফুক্রগা গরুড়না পাইখংতুনা চংখরে। অমৃত অহু মানা চাদহুনা পুখিবা, আকাশদা পাইববু বিষ্ণুনা উরহুনা বরনিয়ু পিগে হাঙ্গ, গরুড়না নংগী ফিরান্দা লৈগে, অমৃত থক্তবান্নু শিদব নাদবা ওইগে হঁনখি, অহুগা বিষ্ণুদা গরুড়না ঐন্নু বর পিগে অপান্বা বর নিয়ু হাঙ্গ বিষ্ণুনা নংঐগী শাদোং ওইগে ঐগী ফীরান মতোন্দা নংলৈয়ু হাইহুনা গরুড়গা য়ানখি। অহুগীতুংদা ইন্দ্রগা লান হৌই, বজ্র হুন্নকপদা গরুড়না সন্মানগীদমক মত্তু অমা বজ্রদা পী, মতু অহুনা ফজমনখীবা অমসুং মতিক মগুণ চাওখিবনা "সুপর্ণ" হাঙ্গবা মিং অসি কৌখি। অহুদগী ইন্দ্রগা গরুড়গা মরুপ ওইনখি। ইন্দ্রনা নংগী পাঙ্গল কয়া কনবগে হুংই, গরুড়না ঐদি চিং সমুদ্রগা লোইনবা পৃথিবী অসি ইশানামত্তদা হাংগুনা পুবদা অয়া লৈরোই, থুমই। ইন্দ্রনা নংগীদি অমৃতনা কান্নবা লৈতে, অতৈদা পীজহুনা লোকী মাংনবা তৌগমু অমৃত ( সোম ) পীরম্মু (নি), গরুড়না চুমই, ঐগী করিগুম্বা মরম অমাগীদমক পুবনি, ঐপীরোই, চেকথগুগা নহাক খংহন্দনা পুখা হাঙ্গরে। ইন্দ্রনা ঐ নং নহ্না'সিনা পেল্লে, বরনিযু, হাঙ্গ, অহু ওইরবদি ঐন্নু নহাক্কী অনিংবা থুংহনবা ঙমই, অহুবু ঐগী অনিংবা অসি পিয়ু, লিনপুম্নমক ঐগী চিঞাক ওইগে হাঙ্গরে. ফরে হাইনরহুনা ইন্দ্রনা হরিদা তমলুই, হরিনা হয়াউবিরে। ইন্দ্রনা অমৃত ( সোম ) বু নংকুশদা হাপউ, ঐঅহুগা লোগে অসুম্না গরুড়গা ঙাংনরে, গরুড়না মমাগী মনাক্তা চংলে, লিনসিংদা নখোইগী অমৃত অসে কুশমনা মথক্তা হাপকে ইরু মাইথহুনা নিংখিনা মঙ্গল তৌহুনা চাও, ঙসিদগী হৌহুনা ইমা মীনাই ওইদরে, নখোইনা হাঙ্গবা ঐনা তৌরবা সিঁনি। লিনসিংনা ইরু চংখোরক্যঙদা সোম ( অমৃত অহু ) পুহুনা ইন্দ্রনা স্বর্গদা চংখরে। লিনসিংনা হয়াওহুন চাগে লাকপদ অমৃত লৈরমদরে। ঐখোইনা মায়া তৌহুনা সগোন মমৈ মুহনহুনা মীনাই ওইনবা, মাহুগী কোরুবা মায়া তৌহুনা অমৃত পীসম্নবনি খংলে। কুশনা অমৃত চফুগী থম্বগী অশেংবা ওইখি। লিন্না অমৃত পামহুনা মানা লৈরম্বা কুশমনা লেকউহুনা মরৈ তত্তুনা মরৈ অনি ২ লোংখি। ইতি ——

মহাভারত্তা হাঙ্গরিবা গরুড়গী ৱারি অসি কদাইদা শেমলিবনো হাঙ্গবদা মশানা তাকলি বেদদগী লৌহুনা শেম্বনী মরমদি মহাভারত হাঙ্গবা অসিমক্তবু বেদগী অর্থ ঙাক্তনি মহাভারত্তা পরুড়গী ৱারি অসিবু সৌপর্ণাখ্যাণ কৌই, মাসি বেদদগী করম্না বেদব্যাসদেবনা

লৌবগে ? হাঈবা খংনবা কুপনা হাঈবদি চাওমনখ্রুপদবনা মথাদা সমীকরণ অসিনা পুখোকলি। মাখোই অসি বেদ, সংস্কৃত অমসু মৈতৈরোন্দা চংনবনি

১। সমুদ্র = অন্তরিক্ষ = অতিয়া।

২। বিষ্ণু = সর্ব্বব্যাপক = অচিংকোক।

৩। মেঘ = সর্প = লিন।

৪। সুপর্ণ = শ্যেন = মচান।

৫। কদ্রু = পৃথিবী = লৈপাক।

৬। ইন্দ্র = সুরেন্দ্র = আকাশাধিপতি = ইনথৌ লৈপাক।

মথক্তা উংলিবা সমীকরণসিং অসিগী বিবরণদি ———

ঐখোইনা তাইবংপানবদা উরিবা লিচংতা লিন হাঈবসি মহ পানবনি, মহাক্তি সমুদ্রনা চিংবা ঈসিংদাসু কংকান্দাসু লৈবা ওমই, অচৌবা উচেকনা মাখোইবু চাই। বেদদানা লিন হাঈবগী মমিংনা নোংবু কৌই, সমুদ্রবু অতিয়া কৌই, খুদুপ্ৰংগুম্বা অচৌবা উচেকী মমিংগা মচানগী মমিংগা মান্নৈ।

ঈসিংনা মথক্তা তারগা পেংপী লৈথোম ওনবী লৈপাকপু কদ্রু হাইবা য়াই। লৈপাককী ঈসিংবু মচান্না মনিন্ ওইহন্দুনা আকাশদা পুখংখি, মচানদা তোংলিবা ঈসিংগী পরমাণুসিং অচনা অমোক ভুমিংকী মচানদা তোংহনা লৈরগা অইংবা মুংসিংকা খেন্নরগা ঈসিং ওন্দুনা নোং ওইরগা লৈপাকতা অমোক তারকই, মাসুম্না চকং হন্দা চংপা অসিদা আকাশদগী নোংথাংনা নোং থুগাইহনা তাবা অসিবু ইন্দ্রগী বজ্র হাঈনা চংনৈ, মাসি বেদনাচিংহনা চিন্দুগী সাগিত্যদা ইথং খংনরিবা য়াকমনি। বেদগা লোকতা চংনবা সংস্কৃত সাহিত্যগা মরি লৈনবা অমনবু, বেদনা ই. ঈরা হাঈরগা মৈতৈরোনগুম্না ঈসিংবু খংনৈ, "দ্র" হাঈবনা থাদবা হাঈ, অহুনা ইন্দ্র হাঈবদি আকাশদগী ঈসিং থাদবা হাঈবনি, মৈতৈরোন্দা লোন খৈরকপগী ইন্দ্র হাঈগদবদা ইস্থৌ হাঈ, মাগী পোৎইরৈতারবদা ঈসিং থাদবা হাঈবাতনি, বেদগা চপ মান্নৈ। অমোক লৌকিক সংস্কৃততা ইন্দ্রদগী "ইন্দ্" ধতু লৌহনা ইন্দ্রিবা, নিংথিবা-কক্কবা হাঈনা মৈতৈরোনগা চপ মান্নবা চংলি, মাহুদি ইন্দ্, ধাতুবু মৈতৈরোন্দা চহু, ধাতু হাঈবতনি। মহু স্মৃতিনাচিংবনা ইন্দ্রগী অংশনা মীগী মপু ওইনা পোকই, অসুম্না হাঈহুনা মীগী মপুবসু ইন্দ্র কৌই, মাহুগুম্না মৈতৈরোন্দাসু মীগী মপুবু ইস্থৌ কৌই। মৈতৈনা মাখোইগী মপুবু অতিয়াগী মপু নোং পীবনা পোপকনি হাঈবা খংননবা আকাশবু ইস্থৌ লৈপাক = ইনথৌগী লৈপাক কৌই।

হাঈখ্রিবা তাৎপর্য্য অসি লৌহনা বেদব্যাসনা তাইবংপান শেমগৎকৈদা মমাকৈদা তৌখিবা য়ারি অসি পুখোকপনি, ঈসিংনা মাগী মশাদা লৈরবী (কদ্রু) লৈপাককী মনিন ওন্দুনা

লৈখিবা নোং ( জিন ) শিংবু লৈপাকী মচানী, হায়বা, নোং অদুবু মঙান্না ( শ্যেনা—শনামহীনা ) পুখৎখিবনা কক্রুগী মচাসিংবু গরুড়না পোত্তুনা মনংগন্দা পুবা হুমিংকী মঙান্না চাক্লবদা আকাশনা নোংওইহনবা অদুবু কক্রু ( লৈপাকনা ) হাইজত্তুনা ( মাধ্যাকর্ষনা চিংত্তুনা ) ঈশিং ওইনা- তারকপা, ঈসিং ওইরগা অমোকস্সু মঙান্না পুৎথখিবাবু অমোক লিনসিং ( নোং ) না মাখোইবু পু হায়বা অত্তুনি ।

গরুড়না অমৃত লৌরুই হায়বদি সোম লৌরুই, হায়বনি সোম হায়বসি থাবুস্সু কৌই, অদুগা ঔষধি বিশেষ অমাবুস্সু সোম কৌই, মাত্তুদি উরিগী মশকনি হিমালয়গী য়াংমদা হৌই, সোমলতা খিবদা উত্তরাধন থা ৬ ৬। মঙান্না ফংলবদা সোমলতা লৌই, মঙাল লৈত্রবদা ফংদে, অমস্সু সোম থাদা মঙাননা চংলগা থাবন থোক্তুনা পৃথীবীদা তারকই মাত্তুবু হায়বনি।

বিষ্ণুনা ঐগী শাদোং ওইগে হায়বদি পুম্নমকক্তা সিনথুংনা লৈবা ব্রহ্মবু বিষ্ণু কৌই, শ্যেন হায়বা দেবতাদি সংসংবা অনাদি পরমেশ্বর হিরন্যগর্ভ মাবু উপনিষদ্না ব্রহ্ম হায়না খংনরিবাবু কৌই, মহাকপু বেদনা হায়—

"ইন্দ্রং মিত্রং বরুণমগ্নিমাহুরথোদিব্যঃ স সুপর্ণো গরুত্মান্ ।
একং সদ্ বিপ্রা বহুধাবদন্ত্যগ্নিং যমমাতরিশ্বানমাহুঃ ।
( ঋ, স, ২ । ৩ । ২২ । ৬ )

ইন্দ্র, মিত্র, বরুণ, অগ্নি, দিব্য, সুপর্ণ, গরুত্মান্, যম, মাতরিশ্বা, অসিনাচিংবা মিংকয়া অমত্তা ওইবা মাবু মথল মথা য়াম্না হায়। অদুনা শ্যেন, গরুড, সুপর্ণ হায়বা অসি ঈশ্বরবু হায়বনি, তৌইগুমস্সু সুপর্ণ হায়বনাচিংবা মিংগোনা থুদম ওইনবা ঈশ্বরবু হায় অমস্সু সুপর্ণ, হায়রগা খংনবা পোংশক লোকতা চৎনরিবা উচেক মঙান, অত্তিয়ানাচিংবা ভৌতিক পদার্থ অত্তুদি ঈশ্বর নত্তে। অদুনা শ্যেন হায়বদি য়াম্না ককনা য়াংনা চৎপা হায় অমস্সু উচেকপুম্ন হায়, মাত্তুবু ব্যাসদেবনা ঈশ্বর অদুনা তোংবা উ চক হায়না রূপক তৌবনি। ইন্দ্রনা গরুড়গা মরুপ ওইনদুনা বজ্রগী দমক মতু অমা পীবদা য়াম্না ককথি হায়বদি আকাশদা পোকপা নোংথাংনা ভানখোকপা অদুবু হায়বনি. অকনবা পুম্নমক্তগী মানা কনদি, হায়বনা মঙান নোংথাং মরুম কনবা পাঙন অমা তাইবংপানবগী পোৎ অতৈদা ওইদবাবু হায়বনি । মাস্তুম্না বেদগী তাৎপর্য্যবু য়ারি ওইনা সৌপর্ণাখ্যান হায়না মহাভারততা শেমদোকই, অদুনা ব্যাসবু অদ্ভূতকর্ম্মা হায়না থাগৎনৈ। মাসিবু ঐতিহাসিককী মিৎএংদস্সু এংলবদা জগৎ শেমগৎপগী হায়বদি সৌর জগৎ অসিগী অহানবদা ওইরম্বা মঙান—মৈশাদগী মথং মথং জীওসিংনা ওইরকপগী মতম অদুগী পরেংদা এংলবস্সু করি অমত্তা 'কাইদে মরম অসিনা ব্যাসগী কৃতি অসিদি দৈবীনি। মাসিদা হায়রিবা শ্যেন হায়বনা মৈতৈপুরানগী

শনা", মঘনা "মঠী", সুপর্ণনা "অসুপ্পা" হায়না খৈবাক্তনি মশা অমত্তনি, হায়বা মথকী ননীকাসিং অচৌবা পাঠকসিংনা উনখরে। হৌজিক্তি বেদ সংহিতানা শেঙন দেবতাগী মরমদা হায়বা সুক্ত কয়ামুক লৌখৎলগা মাহুবু মৈতৈগী পুরান্না করম করম তৌনা গ্লারি শেম-দোকপগে হায়বছু মথং মথং কয়ামুক উংলি।

"অহং মনুরভবং সূর্য্যশ্চাহং কক্ষীবাঁঋষিরস্মি বিপ্রঃ।
অহং কুৎসমার্জ্জুনেয়ং ন্যৃঞ্জেহং কবিরুশনা পশ্যতামা।১॥
অহং ভূমিমদদামার্য্যায়াহং বৃষ্টিংদাশুষে মর্ত্যায়।
অহমপো অনয়ং বাবশনা মমদেবাসো অনু কেতমায়ন্।২॥
অহং পুরোমন্দসানো ব্যৈরং নবসাকং নবতী শংবরস্য।
শততমং বেশ্যং সর্ব্বতাতাদিবোদাসমতিথিগ্বং যদাবং।৩॥
(ঋগ, স, ৩।৬।১৪)

বামদেব কৌবা ঋষিনা গর্ভদা লৈনা লৈনা তত্ব পুম্নমক খংলগুনা মাবু তাইবংপানবা পুম্নমকী মশকনি, নিংথুনা মনুনাচিংবগী মশক ওইনা মথক্তা ইরিবা মন্ত্র অসি হায়রি,—

ঐ মনুনি, সূমিংসু ঐনি, জ্ঞান লৈবা কক্ষীবাঁ ঋষি ওই, অর্জুনীগী মচা কুৎসকৌবা ঋষিবু ঐনা শেমই, অথবা কবি কৌবা ঋষি ঐনি, হে মীওইবা পুম্নমকী মশক ওইবা ঐবু এঙু।১॥

ঐনা লৈপাকপু মনুদা পী, ঐনা হোম তৌবা মীদা কৌনাচিংবা মহৈ মরোং কননবা নোং তাহনলি, ঐনা খোং লাওথুনা অতিয়াদা ঈসিংবু লমথুদিংদা সিনথুংহল্লি, লাই পুম্নমক ঐতগী পুবনিং ইনলি।২।

ঐনা সোম থক্‌না মগ্লাই কারথুনা শম্বর হিংচাবগী কোন্নুং মাপন অমসু মরিকুতরা থুদেকই, অতিথিসিংগী চংকম দিবোদাস নিংথৌবু যজ্ঞদা ঐনা ভাক্‌না মাগী চংনকম-লৈকম কোন্নুং—মন্নুম চামা শাবী।৩॥

হায়থ্রবা অসিনাচিংবা বেদমন্ত্রগী রাহৈসিং অসিগী ভাবত্তি ঋষিনা ভাবনা তন্ময় ওইথ্রবদা মাখোইগী লুরবা থমোইদা ভানখোক্লবা ঈশ্বরগী মরোননি, অদুনা বেদগী মন্ত্রদি মীনা শেম্বা নত্তে, মাবু শেম্বা লৈত্তে অসুম্না থংনৈ।

মাইবী-মাইবনা মাখোইনা মন্ত্রসিংনা নিংথিনা শক্‌না খন্নম লাইবু তেংথারবদা মাইবী-মাইবদা লাই অদুনা তোংলে হায়না ইথ্বাইনা মণিপুরদা উনৈ, মতম অদুদা মাখোইগী মশা অদুমক্তবু লৈ হায়বা কাউথুনা লাই অদুগী ভাবনা মশা অদু লাই ওইরে, হায়না নিংথ্রবদা মাখোইদা তোংলিবা লাইনা ভাংলকই, মাহুদি বামদেবঋষিনা ভাংলিবা অসিগুম্না ভাংই,

মাছুবু মৈতৈরোল্বা লাইরোন কৌই, অছুপা মাচম্না লাইনা হায়রিবা অচংবা মতুংদা ওইরকবা রাকমসু রাওরকই, মাহুগী শরুকপুনা ল্যাইপাও কৌই, মাছুবু মৈতৈশিংনা য়াম্না খাজনা ল্যাইনা মাখোইদা চেন্নকপা পাওনি হায়না তানৈ। মাছুদা ল্যাইনা হায়রিবা লাইরোন অছুদি বামদেবনা লোনশিবা অছুগী অদু মণ্ডাই। খুদম্গী দমক অশ্বীবনা খাগী মচৌদা লৈরুরপা কুমলক্কুনা হায়রিবনি অসুম্না মৈতৈপুরাণ পুথিননা হায়রিবা মরোন কয়ামুক মথক্তা পন্দুপতা হায়রিখ্রে, মাদু তাংপগ্যাদা বামদেব্যসূক্তগী মরোন অসিদগী লৌবনি হায়রিবা পাঠকনা উনগনি, মাছুদি ———

অশ্বীবনা হায়রিএ—"লৈপাক অসিদি ঐনা শেম্বা লৈপাকনে, ঙনানা মুনকয়োই, য়িচি মরিম্মাপু ইথননা পুইএ, য়াতোংমতু চিনএ, য়িপুকনা নোংখো ওইএ, য়িরিননা য়িরিন খৌরাঙ তুরেন অহম্ মানে, য়িকন্না সাচিং ওইএ, য়িমিং অনিমানা চুমিং খা ওইএ, য়িতু রুপি রুরেন ওইএ, য়িতিননা অহাও অথুম ওইএ, য়িমুংনা খুম ওইএ, য়িখিনা তাইবংপানবানা চারি থকশিবা ওইএ. নোংছুমশংদা লৈপাক শেমগৈগী য়িমিংদি লৈশংলেন তাখৎপা কৌএ, মুংলাংলেন অপোংবসু কৌএ, নোংলাংলেন অপোংবসু কৌএ। সনাচিংদা কমতৈদি মুং-কোন নাপা কৌএ অসিনাচিংবা হায়রিবগা ঐদি খাদা কাখিরগে হায়না কাখিএ।" মাসিগী তাবতি বিশ্বজগৎকী মশক ওইবা অচৌবা মশক অসিনা মহাক্তী মশক ওইনবাবু হায়রিবতনি, অমসু মানা খাদা কারগে হায়রিবদি খা মতুমগী মখাথংবা শরুক্তা মণ্ডান্না চংছুনা চক্রগী কলা ওইনা খোকপা মণ্ডান অংবু এংছুনা হায়রিবনি।

আদায় শ্যেনো অভরৎসোমং সহস্রং সবাঁ অযুতং চ সাকং।
অত্রাপুরন্ধিরজহাদরাতির্মদে সোমস্য মূরা অমূরঃ।
( ঋগ. সংহিতা ৩।৬।১৫।৭ )

শ্যেননা ( শনামহীনা ) যজ্ঞ লিশিং লিশিং লুখা লুখাগা লোইননা সোমবু লৌথনা চাই, সোম থকপাগী ময়াই কারবদা থবক য়াম্না তৌবা অপংবা লৈতবা মহাকনা একনবা অপংবা খিবিকপু হাংখি।

মাসিগী মথংতা মৈতৈনা এংতৌগী উতোং শারগা সোম শাছুনা য়ামগা ঈসিংগা হাপ্নুনা শনামহীবু ঐরাংশি, মাছুবু শনামহী মুংরাংবা কৌই। মাছুদা শনামহীবু লৈশিংলৈথোনবদি—

'চিংদু খোইমুম লাইম্নিংশৌ। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বা। চিংদু অনিমকপু হাওমন মেংওই কোনকাবা, তাইরোং শিংমিং লমকাবা, লুয়াং তংগে তপ্রাইবা. হাইনিং শাংনা সোমন্ য়াগ্মে, শিঙরুবীনা পিখংখি, পিখংশিং, তামারুবীনা পিখংখি, পিখংশিং, থমশিং-রুবীনা পিখংখি, পিখংশিং, ছুরেন লমসংবু কানাশিংনা তৈসোই মুপান খাজরগে।

হে গুরু! লাইম্নিংখো শনামহী কোয়ো নোংখো তুরেংমাংগী কুমকলো, মালেম

লৈখায়োন ভরেংমাদগী কারক্লো, নগু হেবুংথো হেবেম্বাসিংনা চিঙু নংবু য়ুরাংজরিএ, চিঙু নত্তিক য়াম. খোইমোম নত্তেহৈবু চিঙু নরম্ব খোইমোম নমাইবনা থাঙমদবা লাইয়িংথোও! কোরৌরকী য়াংথোইবা, মালেমলক্কী লৈখোইবা, লাইয়িংথোও! চিঙু নঙা নশানৌ য়োইবু খোইমোম লাইরেমা নরায়া লৈমরেন ওইরিবী, নহুনা নোংথাং ওইরিবী, নয়েংনা পানথোইবী ওইরিবী, লৈমা আরেম্বীগা চিঙু অনিমকনা নগু হেবুংথোগী মোংবা মরানয়াইদা চিঙু নংগু হৈবিররো। নমিংবু মোংবাহনবা সঙ্কোং অপানবা কৌবও! ।"

মৈতৈগী পুরাণগী য়ারি লৈ, মাহুদি নোংমাগী চুমিংতা গুরুশিদবনা শনামহীগা পাখংবগদা হাঙ্গ, নখোই অনি তাইবংপান অসি থুংনা কোইরু, অহানবনা লৈপাক্কী মপু ওইগনি, হাঙ্গরে। মাখোই অনিনা লৈপাক কোইগে হাঙ্গনা চৌরবদা লৈমারেনসিদাবীনা পাখংবদা ভাকই, নংদি গুরুগী ফানথোং অসি কোইয়ু, মাহুয়া চৌরবদি লৈপাক অপুম্বা কোইবা ওহগান অহুগা নংনা শনামহীবু হানগনি, অসুয়া তাকলে। শনামহীনা লৈপাক অপুম্বা কোইথরিঙদা পাখংবনা গুরুগী ফানথোংদা কোইবা লোইহনা হায়া লৈরে। শনামহীনা লৈপাক অপুম্বা কোইরুরগা খোয়া লাকপদা পাখংবগী থোদৌ অহু উরে। শনামহীনা সাভরে, অমসু ইকাইরে। গুরুনা শনামহীদা হাঙ্গ, নংদি লৈপাক্কী মপু ওইবদি য়াদরে। অহুনা য়ুম পুম্নমক্তা য়ুমথুনিংগী নিংথৌ ওইয়ু, হাঙ্গনা পিনরে। গুরুগী য়াথং মতুংইন্না শনামহীনা য়ুম থুনিংদা সঙ্কোং পাংবদা মাগী লৈকম ওইখি, মাংশোকহনা লৈমারেনসিদবীগী লৈনফম ওইখি।

মৈতৈগী য়ারি অসিদা মঙানগী মশক ওইবা শনামহীবু চুমিং ওইনা লৌরে, অহুগা পাখংবাবুনা থাগী মশক ওহনা লৌবনি। মাহুদি সূর্য্যনা ক্রান্তিবৃত্তদা চত্তুনা লৈপাকপু কোঙ্গবদি চহি অমা চংই, অহুগা চন্দ্রনা মাগী কক্ষাবৃত্তদা চত্তুনা লৈপাকপু কোইবদি চুমিং ৩০ নিতা চংই। অহুনা সৌরমাণগী থাজং চত্তুহনা চন্দ্রগী চুমিং ৩০ নিবু থা (চন্দ্র) অমা কৌহনা থবক পুম্নমকতা লৈপাক্তা চংনবা অহগী মরমদা রূপক তৌবনি। মরম অসিনা মৈতৈগী পুরান্দা তারিখ চংতে।

শনামহীগা লৈমরেনগা লোইনহনা লৈমরৈ, হাঙ্গব্যাদি লৈমারেন = লা-ইমা রেন = লা কৌবী ইমা অথোইবা, হাঙ্গবনি। লা হাঙ্গবদি বেদগী "ইলা" শব্দগী ই মাংখিহনা "লা" তা লৈহৌবনি। মৈতৈরোন হাঙ্গবসিদা য়াওবা অরিবা শব্দসিং অসি মাসুয়া মচেং মচেং ওইনা লৈহৌবনা অয়াম্বনি। থুদমগী দমক অমত্তং লৌথংলি। পদ্ম = পদঁ = পদম্ অসুম্বা অপভ্রংসদা ভারততা চংনরি। মাসুয়া কাইরকপা শব্দ অহুদা মৈতৈদনা খোনহাঙ্গ অমত্তামক লৈহৌগনি, অহুনা 'প-দম্' মাসিদা "প" অসি মাংখিহনা "দম্" তা লৈহৌরে। অমোক মৈতৈরোন্দাদি বর্গ্যবর্ণদা অরুম্বাবু অয়াংবা ওইনা উচ্চারণ তৌবা হৌনৈ, অহুনা "দম্"বু

"থম্" হাঙ্গিখি। মরম অসিদগী পদ্মবু থমতা হাঙ্গখিহুনা থম্বান=থমগী মপান, থমচেং=থমগী মচেং, থমনা=থমগী মনা, থম্বৌ=থম্গী পৌ, অশুম্না শব্দ ময়াম পোকই। মাস্নুম্না ঈলা হাঙ্গবদগী "লা" অসিতা লৈহৌবনি।

ইলা হাঙ্গবদি বেদদা পৃথিবী, বাক্, কান্তি ( মঙান ) অসিনাচিংবা পোত্তা সিজবৈ, অদুগা দেবতা বিশেষ ওইনাস্মু মহাকপু লৈসি লৈথোনদি। অমস্মু বাক্কী অর্থদা তুরেনগী মশক ওইনাস্মু লৈসি লৈথোনদি। অদুনা সুপর্ণবু থাবা মতমদা বেদনা সুপর্ণবু আত্মা নত্রগা প্রাণ ওইনা লৌহুনা মহাকা বাক্ লক্ষনা ইলাগা থাদোকনদবা অদুগী শনামহীগা লৈমায়েনগা থাদোক্লদবা রূপক অসি মৈতৈপুরাণনা তৌই। মাহুদি ———

একঃ সুপর্ণঃ স সমুদ্রমা বিবেশ স ইদং বিশ্বং ভুবনং বিচষ্টে।

তং পাকেন মনসা পশ্যমন্তিতস্তং মাতারেল্হি স উরেল্হি মাতরম্।

( ঋগ, সং ৮। ৬। ১৬। ৪ )

মথন্তু ভাইবা অর্থাং অমাগী মতেং লৌদবা অকনবা, খো চংথুব সুপর্ণনা আকাশদা চংখি, মহাকনা তাইবংপান পুম্নমকপু অচংপা চংঙবা পুম্নমকপুস্মু থোজাম্না এংনি, মহাকপু অমোংপা ম্নাওদ্রবা পুক্লিংনা নাক্তা ইনক নকনা উই, মহাৎপু মমানা চাই, মানা মমাবু চাই হাঙ্গবদি ঙৈ।

মাসিগী তাংপর্য্যদি মক্কম অ'সদা সুপর্ণ শ্যেন হাঙ্গবসিবু বেদনা থরাইগী অর্থদা পুহুনা মঙানবু লৈসিলৈথোনবনি, মাওদি মঙাননা সমুদ্র হাঙ্গবদি অতিয়াদা চংখি হাঙ্গবনা অতিয়াদা লৈবাবু হাঙ্গ, মানা লোক পুম্নমক ভানথোকপা অদুবুনা থোরাইদা পান্দুনা হাঙ্গরগা, থোরাইনা হকচাং পুম্নমক্তা চংববু "বিশ্বং ভুবনং বিচষ্টে" হাঙ্গবনি। মাহুদা মৈতৈ পুরান্না থরাইপানবগী হকচাং অদুবু যুম থদিংদলৈ অস্নুম্না লৌই, মাসিবু সমীকরননা উংলবদি, সুপর্ণ=শ্যেন =প্রান =মবীচি=শনামহি ; আকাশ=সমুদ্র=অতিয়া=ভুবন=লোক = দেহ = গৃহ অস্নুম্না থোকই।

মঙাম্না অতিয়দা তুমিংকী মশক ওইনা লৈবা, মাগী মঙাম্না লোকপুম্নমক সিনথুংনা ভানবা, অদুগুম্না মঙানগী মশক ওইবা ঈশ্বর মানা মীওইবগী হকচাংদা থরাই ওইনা লৈবা থরাই অদুনা য়াথংগা য়াথংনাস্নু থরাইগা থাদোক্লদবা অদুদা য়াথংনা থরাইদা তিনবা অদুবু হাঙ্গহুনা সুপর্ণবু খাগৎপনি। য়াথংনা থরাইদা তিনবা হাঙ্গবদি থরাই হাঙ্গবসি প্রাণ, অপাণ, সমাণ, উদান, অমস্নু ব্যান, কৌবা মিঙ্গৌ মঙানা মশা অমগুবু খাইদোকলগা নাতোনদগীনা থোইদৌ ফাউবা হঙ্গংতন্দা তৌরিবা সুংসিং ওইনা উবা পাঙ্গনবু থরাই কৌই, মাহুদা য়াথংনা লৈ, হাঙ্গবদি য়াথং হাঙ্গবসি থরাইপানবতদা লৈ, হৌইগুমম্নু থরাইদি লৈরগা য়াথংদি পোক্তবস্নু লৈ, মাহুদি তুম্নবা মীন চিংবদা স্বরদি হে ম্নুগা য়াথংদি লৈতে, মাতবু থরাইদা য়াথংনা তিনখিবা,—থোরক্তবা কৌই। "তং পাকেন মনসা পশ্যমন্তিতঃ" মাবু পাক

ওইরবা হাঈবদি অভ্যাসনা পরিপক্ক ওইরবা পুকনিংনা খল্লগা ঐখোইগী নাক্তা য়াম্না নকনা লৈ হাঈবা উই, হাঈবনি। ঈশ্বর মহাকনা মঙাম্না উপহিত ওইবা হাঈবদি সত্ত্বগুণনা উপহিত ওইবা ব্রহ্মবু আকাশদা সুমিংতা সুম্বিংকী মঙাক্তা স্বর্গদবু, ওইবা তাইবংপানা পুম্নমক্কু মানা সিনথুংনা লৈবা অদুগা থরাইপানবাসিংদাসু থরাই অদুনা খুদম ওইনদুনা লৈগা মাবু জ্ঞান চক্ষুনা উই, মহাক্কি বেদগী মশক ওইবী য়াথংনা মাঙোন্দা লৈ হাঈবনি।

নিরুক্তগী ব্যাখ্যাকারসিংনা "কচিদ্দেশাচারেণ চ বেদার্থমুপবৃংহয়েৎ" দেশ অদুদা চংনবনাসু বেদগী অর্থবু সান্দোকনা ব্যাখ্যা তৌগনি, অসুম্না হাঈনৈ, মাদুগী ভাবত্তি বেদনা মনাং ওইনবা জাতিসিংনা ভারতকী মকম অথোপ্প ২দা তানথুবদা লম্বেন খোংনাচিংবগী খুদোংথিবনা অমগা অমগা উমখোংনবিদবদগী মাখোই মাখোইনা খংনখিবা বেদার্থসিং অদু মাগী মাগী লমদমশুদা লৈখিদুনা চারোন সুরোন তানথুবদা লৈহৌই, মাদু খোমজিন্দুনা বেদার্থ অদু ব্রাহ্মণসিংনা লৌগনি হাঈবনি। আলোচ্য মন্ত্র অসিদা মৈতৈনা মাখোইগী মণিপুরদা করি হায়না চংনবিদা লৌরম্বগে হাঈবদু ঐখোইনা থিরি।

মঙান হাঈবদি সত্ত্বনা উপহিত ওইবা ব্রহ্মবু মৈতৈনা শনামহী কৌদুনা মহাক্কী প্রতিক— মশক অদোইবা চুমিংনা মাগী ক্রস্তিরদা চহি অমা চংনা চক্কুনা লৈপাক কোইবাবু গুরুগী য়াথংনা লৈপাক কোইবা হাঈনা রূপক তৌরমই। মাগী মঙাম্না তাইবংপানবা পুম্নমক্তা সিনথুংনা চংদুনা থরাইপানবসিংগী থরাইনা খুদম ওইনাদুনা হকচাং খুদিংদা চংবাবু হকচাংবু য়ুম হাঈনা মৈতৈপুরাণকারনা অর্থ তৌদুনা গুরুনা নংদি লৈপাক কোইবা থিনবনা য়ুম পুম্নমক্তা য়ুম খুদিংগী নিংথৌ ওইদুনা লৈয়ু হাঈদুনা লৈহনলি হাঈবনি। মৈতৈগী পুরাণকারসিংগী মততা হাঈবদি সোরজগৎ হাঈবা তাইবংপান পুম্নমক অসিগী মশক খংগে হাঈরবদি ঐখোইগী হকচাং অসিগী মশক খংগগা চমই, মরমদি তাইবংপানদা পুম্নমক্কা হকচাংগা মশা অমত্তনি, মাসিগুম্বা হকচাং অসিদগী মতৌ এংলগা মাগী মশক মতৌ লৌদুনা লৈনরবা য়ুম হাঈবাসি সাদোকই, হাইদুনা য়ুম হাঈরগা ঐখোইনা লৈরিবা হকচাংবু খংনৈ। অদুনা অচৌবা ব্রহ্মাণ্ডদা ঈশ্বরনা লৈবা, মাদুগুম্না থরাইনা খুদম ওইদুনা হকচাং অসিদা ঈশ্বরনা লৈ, অদুনদি হকচাংদগী মতৌ লৌদনা ঐখোইনা শাজবা য়ুমদাসু মাগী লৈফম হাপই, মাদুবু য়ুমখুদিংদা শনামহীনা মপু ওইদুনা গুরুগী য়াথংনা লৈ হাঈবনি। মাদুগী ভাবত্তি হকচাংদা থরাইনা খুদম ওইনদুনা আত্মানা লৈবা অদুগী মহুৎতা মৈতৈ জাতিগীদি য়ুম হাঈবা অসিদি হকচাংদগী পুখোকতুনা শাবনিনা হকচাংগী আত্মাবু শনামহী হাঈনা য়ুম্মুংদা থম্মনি। হাঈরিবা অসি বেদগী সুপর্ণ, শ্যেন অমসু মহা অসিনাচিংবা নিংথৈদগী মৈতৈনা অসুম্না, শনা, মহী অসিনাচিংবা মচেৎ ওইহৌরবা শব্দসিং অসিনা শিজুনা বেদদা মৈতৈগী লিচৎ অসি ইঙান ঙাম্না লৈরি।

মৈতৈন য়ুমগী সান্দোং থংবা কোচিন্দা শনামহীগী লৈনকমনি হাঙ্গনা থুবম য়াহুনা থমনৈ, য়ুমনিঙবু হাঙ্গহনা অমত্তংবু লৈরবদি য়ুম অদুগী মনুংদা মকম অদুদা থুবাক অমহংলা ওইরবস্থু শনামহীগী হাঙ্গহনা থাক্তবা য়াদে, মাসি মৈতৈগী লু তাৌং য়ৌথ্রবা সংস্কৃতিনি। ময়েক্কৌদি মাহুতনা য়ুমগী শনামহীগী লৈকম নত্তে, য়ুমগী মশা পুম্নমকনা শনামহী লৈকম ওইগদবনি অদুবু অকক্লবা মকমদা থুবম য়াখিবাগী মরমদি—

ঐ হাঙ্গরগা থংনরিবা আত্মা হাঙ্গবা অসিনা হকচাংগী মকম পুম্নমক্তা সিনথুংনা লৈ, মরমদি মানা হকচাংগী মপুনি, হকচাংদা পাল্লিবা অঙ্গ প্রত্যঙ্গ পুম্নমক অসি মাগী তাক্কনি। মাসিগুম্না তাইবংপানবা পুম্নমক অসিগী মপুনা তাইবংপানবা পুম্নমক সিনথুংনা লৈ, পোং পুম্নমক অসি মাগীনি। ঐখোইগী হকচাংদা খোংদাবু ওইরবস্থু খুত্তবু ওইরবস্থু হকচাংগী করিগুম্বা মচেৎ মকম আমাবু থুরম্বা, মাংবু পেনহল্লনবদি হকচাং পুম্নমকত্তা সিনথুংনা লৈবা আত্মা অদুনা ঐবু পেনহল্লে হাঙ্গনা থুমগনি, অদুগা হকচাংগী মকম অমাবু থাংনা য়াম্বাগুমনা ফত্তনবা তৌরে, আত্মানা থুমগনি, ঐবু থাংনা য়াল্লে। মাসিনা থংবা ওমই, মাহুদি তাইবংপাবা অসিদা লৈবা করিগুম্বা পোৎ অমাবু তাইবংপানবগী মপু ওতুমকনি নিংহুনা চৈড়াংলবদি মপু অদু ওতুমক ওই, মাসিদগী মূর্তিলাংপা হাঙ্গবসি হৌরকই। মরম অসিনা মৈতৈসিংনা সনা মহীগী মশক অমা শাহুনা য়ুমদা থমনারকই। মাগী মপুক্তি অচানবদা মাখোইনা লেপমলই, তাইবংপানবদা উরিবা পুম্নমকুগী অহেনবদি স্নুমিৎনি, অদুনা স্নুমিংত্তা লৈবা ভর্গদেববু বৈদিকয়ুগত্তা ইথ্বাইদগী অহেনবা ওইনা উপাসনা তৌনখি অদুনা ঈশ্বরগী প্রতিক অথোইবা ওইনা সূর্য্যদেববু লৌরমই। অদুনা শনামহীগী প্রতিকস্থু স্নুমিংকী মওং লৌহুনা কোইরক কোইবা অমা শাই, মাবু শানবা মচাক্তি শনা হাঙ্গবদি শেনা হাঙ্গবনি অদুনদি শেন (কাংশ্য) না শাগনি হাঙ্গহুনা শেননা শনামহীগী প্রতিক থুংপীমক্রম চাওনা শাহুনা লাংনরমই, মাহুদি হিন্দুসিংগী শালচক্রনা সূর্য্যগী প্রতিক ওইনবাগুম্বনি।

মহাক্কী মূর্ত্তি ওইনা পুথোকলবদি মূর্ত্তিদি মাইকৈ, অমস্থু মফমনা মাগী অরেপ্পা লৈবা হৌনরবনা য়ুমগী মশা পুম্নমক্তা লৈগদবা অদুবু মাগী লৈকমগী কেন্দ্রদা থম্বা তারে। মাহুদি হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা লৈরবস্থু শাস্ত্রনা আত্মাবু থমোইদা লৈ হাঙ্গনা য়ানবা অদুগুমনা শনামহী লৈকম অমা য়াংথোকপা তারে।

অথর্ব্ববেদদা ঐখোইনা উবা ফংই, মাহুদি ব্রাহ্মণবু মীনা লাকচরবদা নিংথৌনাচিংবদা ঐবু লাকচবিরে, লমন হুম্বিয়ু হাঙ্গবা ব্রাহ্মণদি মাখোইগী তেজ হনথৈ নিংহুনা হাঙ্গনদে, মাহুগুম্বা লমনদি খুমদবা য়াদবা থোক্লবদা—

"শ্যেনেনাভিচরন্ যজেত"

শ্যেন কৌবা যজ্ঞ তৌহুনা মী অদুবু মাংথিবা পীগনি, শ্যেন হাঙ্গবদি থুম্নপ্রংনা শেন্দ্বাংনচিংবদা

মচিক্লাকপু হাইরৎপা অচুগুম্না শ্যেন কৌবা লাইবু ঈড়ুতুনা এক্কনবা মাংহনপনি হাঈ। অচুনা অমারোমদা শ্যেন দেবতা হাঈবসি পুকচেন খাদা হিংচাবাগুম্বনি হাঈনা নিংই। নরসিংহদেবনা মনাই প্রহ্লাদবু তৌবাগুম্না মনাইবু হাকপিদৈবা, মাতোন্দা লান্নবাবু লাকওম কাওমদনা সাওবা মাংহনবা ওইনা নিংবা অচুগুম্না শনামহীবু মৈতৈনা নিংখিচুনা অসিবা কৌবা অসিগী লম্বেন সক্লোংলোমদা অসি অনা লাক্লবা থমখি। অচুনা মৈতৈনা শনা-মহীবু সক্লোং নিংথৌ অম্মুম্না কৌই। তৌইগুমস্মু মৈতৈনা হুজিক কাউবা অসিদা নিংথৌদগীনা তোল্লবা খোংমী কাউনা শনামহীবু কিদবা কনাস্মু য়াগদে, অচুপা শনামহী অচুবু এক্রবা মীদা থাজল্লবদি শনামহীতা হাঈদরে, শনামহী অপোইবা হাঈরগা থংনৈ। মাচুগী ভাবতি অপোইবা হাঈবদি মখুম লৈতবা মুম থাদোক্লুনা পংচং চংথোক্লবা হাঈবনি।

শ্যেন যাগ কৌবা অথর্ববেদগী যজ্ঞ অচু ওইনাদি অপোইববু থাজিনবদা তৌদে, ভুত শান্নবা মীশিংনা সাধনা তৌহুনা মানা ২ থাজিননিংবা মীদা থাজিনদি। মাচুবু থাইনা বৈদিক যুগতা শ্যেন যাগ তৌরম্বা মিংকমতা লোচুনা শেনমহী থাজিনলগা তৌবগা মারাচুনা শেনমহী থাজিনবা হাঈনা চৎনহৌবতানি। পরলোক, মন্ত্র অমস্মু ঈশ্বরবু থাজবা আস্তিক হিন্দুসিংগী মরিদা মাসি শনামহী থাজিনবা হাঈবসি অন্ধবিশ্বাসতগী থোকপনি হাঈনা হুম্বেকপা য়াদে। অসিগুম্বা শনামহীনা মীবু রাহনবা অসি অসত্য ওইবাসিংগী কাংবুদনা য়াম্না মশিং হেল্লবাস্মু সভ্য ওইরবাসিংগী কাংবুমক্তদাস্মু লাইশনামহী অচুবু মুমিংমকনা হেক উচুনা রাজকীয় বিচারলয় কাউবা থৎনরকপা ঐবু শনামহী থাজিনবীরে হাঈবনা-চিংবা চাঈনচুনা বিচার তৌনরকপা য়াউরি, মাচুনা অকাউবগী ঈপাক্তা লুপথ্রবা মৈতৈগী আর্য্য চরিত্রকী ভানলবা শাক্ষী ওইরি। মৈতৈনা শনামহীবু য়ুমখুদিংগী কিনবা, লুনা তৌবা অসি পশ্চিম ভারততা মী খুদিংমকনা হনুমাণবু তৌবা অচুগা মশা অমত্তনি। মাচুদগী হেল্লনবদি শনামহী অসি শাগেগী পীবানদি মাগী মশক অচু থমনৈ, মাচুম্না থম্নরিবা অচু শাগে অসিগী শনামহীগা ভিন্নবা য়াদে শনামহী ভাওগনি হাঈচুনা য়াম্না কিনৈ। শনামহীগী মশক থম্নবা কাংবুনা পয়সামক্রম চাওবা অকোইবা মচা অচু কিনা য়োম্নগা লুবাকতা হাপ্লুনা থমনৈ, মাচুবু চহিস্নুবা মুমিত্তা দণ্ডবৎ তৌচুনা খুরুমনৈ। মাচু ইউরোপিয়ানসিংনা উচুনা মৈতৈনা কদিবু লুবাকতা হাপ্লুনা লিরগা চৈরাওবা হাইবদি চা লোবা থুম লোবা মুমিত্তা ফদিসিংগবু দণ্ডবৎ তৌচুনা খুরুমই, হাঈচুনা টরিবা অচু কদিবু খুরুম্বা নত্তে, শ্যেনগী প্রতিকপু উপাসনা তৌবনি।

বেদনা হাঈরিবা "মাতা রেলৃহি সত্ত রেল্হিমাতরধ" সুপর্ণ=শনামহীনা মমাগা থাদোক-নদে হাঈবা অচুগী মরিদা মৈতৈনা লোই; শনামহীদি লৈমারেনসিদবী মমাগা থাদোক্লদে অম্মুম্না লোই, মাচুমক্তদা মৈতৈনা মাখোইগী ইমুং মচুংদা অম্না অনা য়াখনা তারবদা

শনামহীনা ভাতনবনি হাঈনা থাজতুনা শনামহীদা ঈড়াংলি, ঙা চাক কংলি, খুদমই, মাইবা মাইবী নেক্তুনা ঈড়াংহনলি, য়ুরাংই, মাহুমগুদা মফংলক্তুবদি চাইকবদা হাশিনকক্তুবদি "হাই ! নমা কৌবা" হাঈনা চৈহুনা সাংই। মাহুনা ঈশ্বরগী মরিদা সাওকম থোক্কে অমস্তু মাহুগী তাৎপর্য্য অতুনা ঈশ্বরগীদি শগুণনি। মীওইবনাচিংবা জীবগী মতু মরা, মমা মচা হাঈবসি মঙানগী মশক ওইবা ( মঙাহ্না উপস্থিত ওইবা ) ঈশ্বরগী মরিগী করিস্থ ওইদে। মাহুদি মীবু ওক্ হাঈরবদি সাউই, ঈশ্বরবু ঙিন্দুসিংনা ওক হাঈনা খুরুমনৈ। মীগী মতু হাঈবসি ইমা নত্রা? শ্রীকৃষ্ণবু মীগী মতু ঙাংনবা হাঈনা খুরুমবা অতুগুম্বানি। মাহুগী তাৎপর্য্যদি শ্রেন দেবতাদি মাহা—( ন, ই নত্রগা ম )+মাগা থাদোকনদে হাঈবাতনি।

বেদনা হাঈরিবা "মাতা" অসিবু ভাষ্যকারনিংনা মধ্যমা বাক্পু হাঈবনি অস্তুম্না ব্যাখ্যা তৌই। মাবু অতোপ্পা মিংনা ইলা কৌই। হাঈবদি য়াথংগী মশক ওইরীবু অমোক ঈসিংগী মশক ওইবী সরস্বতী, গঙ্গা অসিনাচিংবা তুরেন ওইনা চেনলিবী ঈশিং কৌবা পোংশক অতু ওইনা বেদনা লৈসিলৈথোনলি। মাতুমক য়াস্কমহর্ষিগী নিরুক্তদা ঋগ্‌বেদ সংহিতাগী মন্ত্র অসি লৌখংলি ——

"ইমং মে গঙ্গে যমুনে সরস্বতি শুতুদ্রিস্তোমং সচতাপরুষ্ণ্যা ।
অসিক্ন্যামরুদ্‌বৃধে বিতস্তয়ার্জীকীয়ে শৃণুহ্যাসুষোমযা । ১ ॥
( ঋগ্‌বেদ সংহিতা ৮ । ৩ । ৬ । ৫ )

হে গঙ্গা ! হে যমুনা ! হে সরস্বতী ! হে শুতুদ্রী ! হে পরুষ্ণী ! হে অসিক্নীগা লোইনবী হে মরুদ্বৃধা ! হে বিতস্তাগা অমসুং সুষোমাগা লোইনবী হে আর্জীকীয়া ! অসিগুম্বা ঐখোইগী লৈসিলৈথোনবা অসিবু নখোইনা লৌবিয়ু, তাবিয়ু।

মাসিদা তুরেন তরেংকা শাখানদী অহুমগা মাখোই অসিবু কৌতুনা লৈসিলৈথোনলি। অসিনাচিংবা তুরেন কয়ামুক হাঈদুনা বেদদা লৈসিলৈথোনলি। অসিগুম্বা তুরেনসিংগা লোইনহুনা ইলাবু লৈসিলৈথোনলি, মাহুদি ——

"অভি ন ইলা যুথস্য মাতাস্মন্নদীভিরুর্ব্বশী বা গৃণাতু ।
উর্ব্বশীবা বৃহদ্দিবাগৃনানা ভ্যূর্ণ্বানা প্রভৃথস্যায়োঃ । সিষক্তু ন ঊর্জব্যস্য পুষ্টেঃ ।
( ঋগ্. সং—৪ । ২ । ১৭ । ১৯—২০ )

পুম্নমকপু পোকপী মমা অমসুং মাবু উর্ব্বশী হাঈবদি য়াথংগী মশক ওই অস্তুম্না কৌবী ইলানা গঙ্গানাচিংবী তুরেনগী মশক ওইবা ঈসিং খিবিকনা মরম ওইদুনা ঐখোইবু নিনহনবিসনু, উর্ব্বশী—য়াথংগী মশক ওইবী মানা নোংথাংগা লোইনবা নোংনা থোইদোকনা ভংদুনা পুম্নমকপু কুপশিনলি, ঈসিংগী মঙানগী সু মপৈনা ঐখোইগী অমসুং কৌনচিংবগী চাওখৎনগী দমক থিকপিসনু

তাৎপর্য্যদি অসিনি—তাইংপানবা অসিদা মৈ, ঈসিং অমসুং নুংসিং হাইবা ৩ অসিনা লেপাক্ল পোকপা হকচাং পুহনা লৈপাক্তা লৈবা থবাইপানবাসিংগী হিংননবা পোংনি। না চৎপা হাঈবসি নুংসিংনি, মাগা মৈগা মক্লপনি, মাখোই অনি অসি থাদোকনবা য়াদে, ংসিং লৈতবা মকমদা মৈ ওহাক্তসু লৈবা য়াদে তৌইগুমসু নুংসিংনা মৈবু পুই, অহুনা য়ত্তা ভাক্তা পুরবদি ভাহক্তদা তাইবংসি মৈনা চাক্তনা মুৎকদবনি। মরম অসিনা মৈগা সিংগা অনি অসি মকম থুদিংদ। থাদোকনদে, ঈসিংনা ধুমহনা মাংগদবদগীসু মৈনা, মৈনা ক্তনা সিগদবগীসু ঈসিংনা কোকহন্দুনা তাইবংপান অসিনা হিংহনা লৈরিবনি। মাসিদি বা পরমাণুসিং অত্তদা তৌবনি, অহুগা ঐখোইনা উরিবা মৈ অসিসু মানা চাকলিবা সি মথং মথং চাওখৎখিহনা তাইবংপানবা অসি থুম্না চাওখৎখিগদববু মাগা লোইনরিবা সিংগী পরমাণু অহুনা য়াম্বনা তৌরিবা মৈ পুন্নমক মাগী মাগী লেপকমদা লেপ্তনা তাইবং দবনি। নোং ওইনা স্তারক্তনা ঈসিংনা তাইবংপানবা থুমগদবসু মৈনা থুগাইহনা মনিন ওইনা তিয়াদা পুখতনা হঙ্গৎহন্দা অমোক হাহন অমোক পুখৎতুনা ত.ইবং অপুম্বনা তিংলিবনি। অহু- হুম্বা মৈ মভাংনা থংনরিবা ব্রহ্মবু শনামংী, অমসু ঈশিংনা থংরিবা ব্রহ্মবু লৈমরেন হাঈনা মৈতৈ। হরংহৌবতনি। মরম অসিনা মৈতৈনা য়ুমগী ময়াইদা মাংশোক্তা লৈমা'রন ঈসাইক্ত হাঈনা কু অমদা ঈসিং থম্না হাপ্তনা ঈসিং অহুবু লৈমরেনগী লৈফমনি হাঈনা মৈতৈথুনিংনা থাজরিবা হুনি। মৈতৈনা মহাকপু থুরুম্বদা মথাদা হাঈরিবা ৎেংখা অসি হাঈহনা থুরুমই, মাহুদি—

"ইমা লৈমারেন শিদবী মাংশোকলাইবদা মৈরাতন্দনগুম, রাঙনবী! ঈসিং কোনাংদা তিপপী, লিকোন সয়া অচংবদা থুনেৎপি. চকপী ইশম্না থাওরবী, লুমাং শম্বুন পুন্নগা নখো কৌবসু পাওথুম্বী, লুতুং শুমজিন লৈরগা পলেম কৌবসু পাওথুম্বী, মোংবা য়ুমজাও কারেন মাপনমক্তা হেমোইরগা মোংবা য়ুমজাও লৈমা য়াইকবী, ওইরিবী, মোংবা য়ুমজাও কারেন অমদা লাইনিংথৌ শনাগা, মোংব য়ুমজাও কারেন অমদা অতৌবা পুরৈরোম্বগা জাও কারেন অমদা কদিবী মৈরিংকা, য়ুমজাও কারেন অমদা তরাচউমগা, য়ুমজাও কারেন দা ইমোইনু অহোংবীগা, য়ুমজাও কারেন অমদা নেনে য়াহিপ পীগা, য়ুমজাও কারেন অমদা মা অরেম্বী খোংগামগা, য়ুমজাও কারেন অমদা লাইনিংথৌ পাখংবগা য়ুমজাও কারেন অমদা পলনপেতভা নোংগাকা, কারেন মাপনমক্তা হেমোইবী লৈমা অহমলক ওইবী, নিংথৌ অহুম্না বী লৈম্বুং হিরৈমা য়াইরৈমা হিকুবী য়াইকুবী চাকুবী লৈলংকুবী নংনা চাকু ললকুবীও।"

## য়ুমজাউ লাইরেম্মা।

লৈমারেনসিদবী হাঈবী লাইবেম্মা অসি বৈদিকযুগতা ইলা মাতা হাঈনা ঈরাৎলুম্বদগী তৈনা লৈমারেন হাইখিবনি হাঈবা উৎথরে। মমৈদদি মাখোইনা য়ুমজাও লাইরেম্মাগী সিন্নরি।

লাই হাঙ্গবসিদি নিংথৌ অমসু মহারাণীনা ওনবা লাই কয়ামুকপু হিন্দুসিংনা লাই ওইনা লাংনখ্রোই, কনাগুম্বাসিংনা মথা মমাবু লুংসিবা, অকিবা, লুনা তৌহুনা ঈড়াংনবদগী লাই অপোকপা হাঙ্গনা লাংনখ্রোই। কনা কনাগুম্বা মহারাণীসিংবু ঈড়াংপদগী লাইহুপী ওইখিহুনা মাহুবু লৈমারেনগা মথা অমত্তা ওইনা ঈড়াংনখিহুনা মমৈদদি লৈমারেনগা য়ুমজাও লাইরেম্মা মথা অমত্তা ওইনা নিংখি। মাসিগী মরমদা থুদমগী দমক য়ারি অমা শমনা লৌথংলি—

খৃষ্টাব্দ ৬৫০দা থাইনা হোংনেম য়োইখুম্বা ওনা মণিপুরগী নিংথৌ অমা পাম্রমই, মানা মাগী সিংহাসন থাদোকহুনা একবনা ভানহুনা মণিপুরগী চিংমানদা লোত্তুনা লৈখিরমই। মতম অহুদা চিংদা লৈবী হুপী অমাগা চান্নাহুনা হাও শাহুনা হাওথুম্বা লৈরে। মমৈদা হাওসিংনা মৈতৈনিংথৌনি হাঙ্গবা থংলে। হাওনা মৈতৈদি ঐখোইগী একবনি হাংলসি ভাম্নহুনা নোংমাদি হাওম্রপীদা হাঙ্গ, নংগী নম্বা অসি মৈতৈনিংথৌনি হাংকনি। মাহু ভাবদা হুপী অহুনা থুমই, নাখোইনা একবনি হাংকে হাঙ্গরবদি ঐনা কনবা ভমদে, ঐগীদি ইপুরোইবনি, ভাইবংপানবদা মহাক নত্তবা ঐগী লাইদি অমা লৈতে। ঐগী লুংসিবু হাংলমদাইদা ঐনা কনবা ভমদরবমিনা ঐ বর অমত্তদি নিজগে। ঐনা পান থরদং কুংলগা চামিন্নজখিগে। অহুগা হাঙ্খিপিয়ু। অস্তুম্না নিরে, হাওনা ফরে ঐখোই ভাইহুনা লৈগনি, হাঙ্গহুনা হাও মন্নাথনা মথুত্তা থুংলাই পাইহুনা চুইহনা লৈরে।

হুপী অহুনা তুং থরা কদিনা য়োমলগা থরুংদা হাবুনা ফুংলি, চৈনা থিন্দুনা থিন্দুনা মুন্নবরা এংই। গুমিংচুম্না মুন্দারিত্তা হাঙ্গহুনা লৈরে। ময়াম্না মুন্নবরা হাঙ্গনা চৈনাথিন্দুনা এংই, মুন্দরি মুন্দরিত্তা হাঙ্গরে। মতম অহুদা হুপী অহুনা মু পুথোক্তুনা হাওসিংবু পিথকই, মু থরুবদা হাওহুনা পুম্নমক ভম্না তুমথরে। হুপী অহুনা মরাদা হাঙ্গরে, ইবুংঙো নং চেল্লো, মতম অমদা ঐবু কাউগনু, নংগী মহারাণী ওইহুনা ঐখোই অনি পানসি, নিংথৌনা রাশকনে ঐনা নংবু কাওরোই, ঐ চংলগে হাঙ্গনা য়াথং লৌনা রাশকনরগা চেনখি। মু ভাওরু ফরগা হৌগংহুনা খিবদা কংদরে।

মতুংদা চহি কয়ামুক্তা মতুংদা মণিপুরদা নিংথৌ ওইরে হাঙ্গবা হাওম্রপীনা ভারে, এ মহারাণী ওইরগে ঐগী লুংসিবা ঈপুরোইবগী সেবা তৌরগে হাঙ্গহুনা অহুক্তে মানা ফুং খিবা কিনাম্নোম্বা মুংসিং অহু পুহুনা লাকলে। কংলাদা থুমনচম্নু কৈরুংহনবা মহারাণীগা য়োইনহুনা নিংথৌ অহু লৈরমলে। নিংথৌনা মাবু হেক উবগা মাগী ওইদা কমসি মহারাণীগী মনাক্তা হৌগংহুনা কৌই, ইমা। নংদি ঐবু কনবীরকপী, ঐবু হিংহনলক্লবীনি লাও, ঐগী এংথংবা কৈদা থমলো লাও, নিংথৌ ওইবগী মৈনা ইমা নংবু ঐনা কাউবত্তু লৈরুরে। য়ারোগনু ইমা। হাঙ্গনা কৌরমলে। মাহু ভাবদা হুপী অহুনা মথা অহু থক নিকনা সাওথরে। মথিত্তা মপী ভাহুনা কপলে, থাংবা ভমদরে, পাম্নুরবা মাই

ওয়াই থাপে নিংলে। মানা হাঈরমই, নহাক্তি নিংথৌ ওইরগা ঐবু কাউরবোইরে, নংগী নতু ঐবু ইমা কৌরে, অহগা নমৌগী কমকমদা—এং থংবা নকৈদা ঐবু কম্মু হাঈরে, অদুনা হে নিংথৌ! নংগী অচানবী কৈরুং হনবীগা পাহহৌরো, ঐচংলগে হাঈদুনা মানা পুরকপা মুংঅদু য়াকম্ পনথোংদা হৈদোক্লম্লগা হাঈরমই, নিংথৌ নংনা য়াব্রবা মতমদা শিরমদাই-দা ঐননাক্ত লাক্তনি, মাদুদা নহাক্তী মতম সুরেগাঈবা থংনসি হাঈরমহৌনা চংনা নোংগাথৌ। তুগী অসিবু পেতঙা কৌই, অ.গা .নাংমাইজিংদগী কুমমই হাঈদুনা নোংমাই পেহঙা হাঈরগা থংনৈ। হুক্তিক কাউবা য়ুমঙাও লাইরেম্মা হাঈদুনা খুবম য়াদুনা লৈরি। অদুনা মৈতৈগী নিংথৌবু মানা শেন্নাদুনা নিংথৌরোন খুদিংদা লৈ। মহাকনা শোক্লবদি নিংথৌ অদু সি হাঈদুনা মহারাণী সাদুনা নিংথৌগী মাংলমদাই শিরমদাইদা চংই হাঈদুনা হুক্তিক কউবা য়াম্না চেকসিন্নরি।

মাস্তুম্না ওইখিবী দুপীসিংবু লাইমকনি হাঈনা খাজাখিহুনা লৈমারেননি হাঈনা নিংহুনা মমৈদদি মাদু মাদুগুম্না দুপীবু লৈমারেনগুম্না ঈড়াংনহৌই। তৌইগুম্ম হাক্লনা বৈদিক যুগতগী নিংলকলিবা লৈমারেন অদুবুদি লেংদনা অদুমক লৈ। মাদুদি বৈদিক যুগতদি মৈতৈগী লাইসিং অসি মাখোইগী মূর্ত্তি শাদুনা লাংলি হাঈবা খুদম মণিপুরদা কংদে। মতুংদা বৌদ্ধযুগকী অকনবা ইথিননা মণিপুর য়োরকলবদা লাইসিং অদুগী করি করিগুম্বনা মূর্ত্তি শাদুনা লাংনরকই। খুদমগী দমক শনামহীগী মূর্ত্তি—মীগুম্না শাদুনা লাংনরমই। মণিপুরদা খৃষ্টগী চা তরামরিগী লোইরকলবদা কাম্বা বোবা মতিক চাওবা নিংথৌ অমা পাল্লমই, মহাক্তী হাকথক্তা ভারতকী অনৌবা বৈষ্ণবধর্ম্মগী শ্রীবিষ্ণুগী মূর্ত্তি লাংপা হৌই। অহগা খৃষ্টগী চাহরানিপানগী হৌগংলকপা মতমদা মণিপুর প্রজাসিংনা বৈষ্ণবদীক্ষা হৌবা হৌই। মতম অদুদা গরিবীরাজ কৌবা নিংথৌনা মৈতৈনা লিংথংলম্বা মৈতৈলাইগী মূর্ত্তি পুন্নমক লোইনা থুংকখি। মতুংদা গরিবীরাজ নিংথৌ অসি অস্তাওবগুম্বা অনাবা অমা হৌরে। মাদুবু লাইথুদেকপগী দোষনানি হাঈনা লৌখকনা থাজনরে। মাদু কোকননবগী নিংথৌ অসিনা খৃষ্টগী চহি ১৭৪৬তা মৈতৈগী লাই হরাওবা কৌবা কুমৈ অদুবু অমোক হন্না হৌহনখি।

গরিবীরাজগীমতু চিথংথোম্বা—কর্ত্তা নিংথৌনা পাল্লবদা গরিবীরাজগী হাকথক্ত থুদেকখিবা মবথৌ শনাগী মূর্ত্তি অমোক হন্না চিংথংথোম্বনা লিংথংলি। শনামহীগী মূর্ত্তি লিংথংপা অসিদা মণিপুরদা অঙকপা থোদোক অমা থোকখি হাঈনা ইরমই। মাতদি চিংথংথোম্বা নিংথৌ কর্ত্তামহারাজনা মণিপুর প্রজা অপুম্বাগা লোইননা গৌড়ীয় দীক্ষা লৌরবদা মতম অদুদা শ্রীমদ্ভাগবত স্কন্ধ ১২ শুনা কংলমদে। নোংমদি ব্রাহ্মণ অমাগী মন্নমদা কালেন থাগী হংদা য়াম্না শাবা গুমিংথংবাগী মতমদা য়ুমথক্তা মশকতি উদবা রাহৈ অমা হাঈরকপা ভাখি।

মাচুদি – ব্রাহ্মণ। নং শ্রীভাগবত অমুবা পাম্বরা? ব্রাহ্মণনা খুমই, য়াম্না পাএই, অচুবু নংদি স্তুত ওইবাসু য়াই খাজদে খুমই, লাইনা হাঈ – ঐদি শনানি, নংনা পাম্বা তমা হাইবু পীগে, ব্রাহ্মণনা হাঈরে অচু ওইরবদি চজিকমক মরপান্দবা হৈরি চাগে,মাচু তারগা লাংগোনবগী হৈরিমরুপাঙ্গবা লৌরুচুনা লাইন পীরে। ব্রাহ্মণনা হাঈ ঐ খাজরে, শ্রীভাগবত পীরো ল্লাইনা হাঈ, অচু ওইরবদি ঐ ভাগবত পীরগে, ঐগী মূর্ত্তি থুদেকখিবা অচু অমোক শিংথৎলু, চুত্তিগী ঐবু শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদ পীবু হাঈনরে। ব্রাহ্মণা করে, ঐ ভোগে য়ানচুনা ভাইচুনা লৈরে। কুমিংখরা লৈরগা শনামহীনা পুরকখ্রা ব্রাহ্মণদা শ্রীভাগবত অমুবা পী'র। ভাগবত অচুগী মথুমদা নোংশা অনি চিলোক্লনা একই। মাচুদগী হৌচুনা শনামহীগী মূর্ত্তি অচু কোম্না থাচু কৈচুনা ব্রাহ্মণ অচুনা ভক্তগী মওং ওইনা লাৎখি। মহাক্কী মূর্ত্তিশিংথৎপদা অচুকৈ গবিন্দৗরাজ হাকথক্কা থুদেকডেদা কোনগী মূর্ত্তি অচু থুদেকপদা মত্তেক অমা শুংথংনা ফুবদা চোংলক্খ্রা লাইবগীগী থরক্কা তাখি, চুংশিচুনা মপীনা থমহোই, মূর্ত্তি শিংথৎপদা মাচু পুংথাকলক্খ্রা অকোনবা মর্ত্তগী থমোইদা হাপখি। মবুধো শনাগী মূর্ত্তি অচুদা লৈমারেনগী মূর্ত্তিগা লো-ইননা থররাংনা থম্মীরচুনা খুইতগী চহি ১৭৭৭ সুদনগীনা সনামহী অমসু লৈমারেনবু মূর্ত্তি ওইনা ঈড়াৎপা ব্রহ্মণনা সেবা তৌবা হৌখ।

ওনথোকপা অমনাবু মতম অচুদা তখেন লৈপাক্কা মাখোইগী লৈপাক শেনবা লাইনা তখেন নিংথৌদা হাঈ, নিংথৌ নংগী লাইরিক শ্রীভাগবততি মৈতৈ নিংথৌনা ভগিবনি। ঐসু মখোইগী পোৎ পুবিরকে হাঈরে। মতম থরা লৈরগা মণিপুরদা অচুকৈ পোংনিংথৌনা খাগেম্বা হাকথক্কা পিরম্বা থাং থৌবম্বা মাংখি, মথুমদি মণিপুরদা লৈহৌই। তখেন নিংথৌনা হুরানবা থাজিনচুনা ভাগবত হুখি, হাঈবগী চুংডাইতচুনা তখেন লাল লাকলে। মোইরাংগী তম্পাক্কা তখেনগা মীতৈগা লাল শোক্লাখি। তখেন মাইথিচুনা চেনখি।

নিংসংবা থোক্তরবা মতমদগীনা মৈতৈনা ঈড়াৎলকলবা সনামহী লৈমারেনবু ভক্তভাবতা ব্রাহ্মণনা পূজাতৌবদি মতম অসিতদগী হৌবনি। অচুগা মীতৈনা য়ুম থুদিংগী লাংপা অচুদি চজিক কউবা তোক্তরি। মাসিদি মতুংদাসু তোকলরোই।

নিংথৌ চিথংথোম্বগী হাকথক্তগীদি মৈতৈনা চাম্না ঈড়াৎলম্বা লাই অপুম্বাবু মংগী ২ ঈড়াৎপদা লাইসিং অচুবু গৌডীয়দীক্ষা কংনবা বৈষ্ণবনি হাঈনা নিংচুনা লাংনখি। মাচুদা পাখংবা কৌবালাইতদি মাচুম্না ল্লাংপা য়াখিদে, অচুনা চজিক কাউবা পাখংববুদি মহাপ্রসদনা ঈড়াংতে।

## লাই শনাগী লেংদবা মশক।

মৈতৈনা চজিক্তি লাইশনামহী হাঈবা অসিবু গৌডীয় ধর্ম্ম কংনবা লাইনি হাঈনা থাজনরে। অমসু গৌড়ীয় দীক্ষিত ব্রাহ্মণনা চক্ত ওইনা লাংলে। অদুমনা ওইরবসু মহাক্কী অহানবা বৈদিক যুগতা লাংলম্বা মওং অচুদি মৈতৈ থুদিংমক্কী মপুক্তগী চাম্না

কোক্কে। মাসুম্না মৈতৈগী ধর্ম্মগী যুগ থুদিংদাসু যুগ যুগ অতুনা যুগ যুগ অতুগী লাই ওন্নুরবনি। তৌইগুমসু মাতুম্না ওন্নু ওন্নুবা মশক অতুনা লাই মখল অমা ওইদুনা অতু-গুম্বা যুগ অতুনা মৈতৈদা ওইখি হাঙ্গবগী মানা শাক্কী ওইদুনা লৈতৌই। শনামহীগী অওকপদি মগাক্কী বেদনা হাঙ্গরিবা মওং মকৌ ময়াম অতুগী মরক্তা অমগা যুগ যুগ অতুগী চংনবি লাইগী মশক অমগা হেক্তা চানৈ। অতুনা ধর্ম্ম যুগ থুদিংদা ইতৌংতা হোংখিবনি। মথক্তাসু ঐখোইনা অমোকসু উৎখরে। মাতুদি "শ্যেন" দেবতাবু অথর্ব্ব বেদদা পোং-শেম্বদা চংলি। তান্ত্রিক যুগতা পোংশেম্বা অমসু লাই-লোইনবা হাঙ্গবাসি য়াম্না চংনরক্রবদা শনাবু অপোইবা হাঙ্গনা চংনরমই। অতুনা হুজিক ফাউবা শনামহী অপোইবা হাঙ্গদুনা লাইশনাগী মখল অমা ওইনা লৈতৌরিবা অসিনি। অতুমদি ওইরগা মাবু অপোকপা ওইনা ঊড়াংপদি মতম অতুদাসু হুজিকসু অসুমক তৌই।

### বুদ্ধযোগকী শনামহি।

## মারজিং।

শ্যেন হাঙ্গবসি সগোনগী অতানাচিংবা মিংদা বেদদা চংনৈ। মরম অসিনা সগোন ওইনাসু লৌই। মাতুদি ————

অত্যঃ, হয়ঃ, অর্ব্বা, বাজী, সপ্তি বহ্নিঃ, দধিক্রা, দধিক্রাবা, এতগ্বা, এতশঃ, বৈদ্বঃ, দৌর্গাহঃ, ঔচ্চৈশ্রবশঃ তার্ক্ষ্যঃ, আশুঃ, বধ্নঃ অরুষঃ, অব্যথয়ঃ, শ্যেনাসঃ, সুপর্ণাঃ, পতঙ্গাঃ, নরঃ, হ্রার্য্যাণাম্, হংসাসঃ অশ্বাঃ ইতি ষড়্‌বিংশতিরশ্বনামানি।

অশ্বনামান্যুত্তরাণি ষড়বিংশতিঃ। তেষামন্ত্যা উত্তরাণি বহুবৎ।

নিঘণ্টুদা সগোনগী মমিং কুনতরুক থাবদা বহুবচনদা "শ্যেনাসঃ" অসুম্না "শ্যেন" বু খারি। অশ্ব হাঙ্গবগী অর্থদি লম্বেনদা সিনথুংনা লৈ, অমসু য়াম্না চাই হাঙ্গবগী দমক সগোনবু অশ্ব কৌই। অমসু শ্যেন হাঙ্গবগী অর্থদি "শংসনীয়ং গচ্ছতি" য়াম্না ফজনা থাগৎনবগী মশক ওইনা চংলি—য়াম্না য়াঙ্ও হাঙ্গবগী অর্থনা শ্যেন হাঙ্গরগা থংনৈ। অতুনা লোকতা চংনবদা সগোনবু অশ্ব কৌবনা শ্যেনবু সগোনগী মপু অমসু সগোন অতু তোংবা লাই মখল অমা ওইনা লৌতুনা মৈতৈনা ঊড়াংলমই।

অমসু মৈতৈসিংনা মণিপুরদা চংলকপা—লাকপা মতমদা সগোন হাঙ্গবা শা অসি সিজিন্নরকই। মাখোইনা শামুবু সিজিন্নবা হৈরক্তে, অতুনা মাখোইগা কোন্নবা লোইনবনি হাঙ্গদুনা কোন্নবা শা হাঙ্গবদগী সগোন হাঙ্গখিবনি। অতুনা চৎপগী, য়োনিংবদা য়োবগী মপু, শ্যেনবু সগোনগী মপুনি হাঙ্গনা ঊড়াংনখি। সগোনগী মপুবু ঊড়াংপদা মৈতৈপুরাণনা উংথাবা মরোনদি—

"থাংবাই মারচনবা নোংপোক য়াইরং অতোপ্পদা চিঙু নতেংবা, সরেন তাংগম য়াদ্না চিকপা, নোংপোক মালং হুমোইবা, য়াঙোই মোইশয়া অয়াংববু থুনেংনবা, থোঙ্‌হু মুংপাক-থক্তা য়াএন তম্বা, লাইনিংখোও !॥" অম্ময়া থুরুমলমই। লাই অসিবু মৈতৈনা লাইচিচিংথৈ থংবা মাইকৈগী অঙাকপা মপুনি হায়না লাংৎনমই। মহাকপু বুদ্ধগী যুগতা বুদ্ধদেব মকনি হায়না নিংহুনা "মারজিং" হায়না কৌনখি মরমদি মহাকী মপাঙ্গন য়াম্না কনবা, য়ৌনিংবদা হেক্তা য়োবাবু লাকসিনবা, বুদ্ধদেবগী মশক ওইনা লৌহুনা মতুংদা মারজিং কৌবগী হজিক "মারজিং" হায়রিবা অসিনি। অহুনা থংবা ওমই, লাই অসিনা মণিপুরদা বুদ্ধ যুগকী মমাংদনা মৈতৈগী সভ্যতা অসি হায়া কৈরে হায়বা অথোইবা থুদমনি। অহুনা মণিপুরদা শনামহীনাচিংবা বৈদিক দেবতা লাৎপসি খৃষ্টগী মমাংগী চহি ৬০০গী মমাংদনা লৈরে হায়বা থংনরে। মাহুগী অথোইবা থুদমদি মারজিং অসিদি বৈদিক যুগতা মঙাননা থুদম ওইনবা (রশ্ম্যাভিমাণী) দেবতাবু সগোনগী মওং অমসু মমিং ওইনা লৈসি লৈথোনবদগী লৌহুনা ঈড়াংলবপনি।

## মৈতৈপুরাণগী মারজিংনা অহানবা থোকপা।

অতিয়াসিদবনা অপানবদা নং মী শেমউ, লৈপাক অসি নংগী ওইয়ু অম্ময়া হাইরে। মাহু উবদা অসিবনা (শনামহীনা) মপুকনিং মুঙাইতরে, অহুদা মপুকনিং কপ্পাউনা ঐবি থা মচিদা কারগে হায়না কাখি। মানা থা মচিদা লৈনা লৈনা লৈপাক্তা তৌরিবা থোদোপুময়ক পুকনিং কপ্পাওনা উরহুনা সাউরে। অশিবনা থাগী মচৌদা লৈহুনা খুয়াদগী লৈপাক্তা তাহুনা সগোনগী মশক শারগা হুমিংকুমনা লৈপাক্তা থাদয়াক্লে। মহাকপু শামুতোন অয়াংবা কৌই। মাবু পোংনাওতোন লৌথিবনা কপ্পাওবা (অসিবগী দমক) লৈপাকী লাং থাকলে। লাং অহুদা শামুতোন অয়াংবা থুরে। লৌথিবগা অসিবগা হাওমুকনা লেংথৈচন মোংবা তাচিন থুয়োএংনরে। আনিমক ওমনাদরে। লাইরেমা চাখা খোংচোং মুপীনা উরে, শামুতোন অয়াংববু থুরিবা লাং অহু শং তোকলে। অহুগা মকোইমরাং ফোংইদংপিরে। মহু মমানমু ফোইদোকপিরে। শামুতোন অয়াংবসিনা নেংথৎপদা লাইসিংনা ঙাকপা ওমদরে। অতিয়া সিদবনাহাঙ্গি, অপানবও ! নং ওহুনা ঙাকপা ওমদরোই, অসিবনা থামচীদা লৈবনু তৌবনি, ঐ কৌথগে হাঙ্গিরে। ছানোই শেরেংনা য়ুকৌরে। অসিবও ! কুম্নকলো। অসিবনা কুম্নকলে। অতিয়া সিদবনা হাঙ্গি,— অসিবও ! নংগা অপানবগা নাবিকানা মীশাওও, থরাই মুদে থুমই, থরাই হাপসে হাঙ্গিরে,। আসিবনা "করম্বা মী শাও হাঙ্গিবগে অম্মমনা হংনবদা ঐগী ইমি অসি এংহুনা সাউও। অসিবনা অতিয়া গুরুগী মি অহু শারিঙৈদা, অতিয়াসিদবনা সগোন্দ কাননবা থোংয়ি চিংথোক্লে, মমিংদি "মরীচিং" কৌএ। সগোন ফারে,অতিয়ানা অসাই

মথৈ শেমলিবা পোং (মী) অদুবু লৌয়ে, মখিংদি পোংনাওত্তোন কৌএ। পোং অসিবু লুংশা হাপসে হাঙ্গদুনা অত্তিয়াসিদবনা কা মরিপা, কা মরাককা অরংপগা উকোংলেনগা লুংতমনাক্কা মত্তাকতা মীলাই মঙা অসি পোকলে। থরাই হাপলে, লুংশা হোনলে।" ইতি

মথক্তা হাঙ্গরিবা তাইবংশেম্বগী পুরাণগী য়ারিদা হাঙ্গরিবা অসিবনা খা মাচিদা লৈরুবা, মানা সগোন শেম্বা, সগোননা তাইবং শেমগৎপদা থুগাইবা, অত্তিয়াগুরুনা অসিবাবু কৌথবা, সগোন কাবা, কাবা ওমত্রবদা অত্তিয়াগুরুগী খোউরিনা কাবা অসিদা সগোন শেম্বা অসিবা অসিবু মারজিং হাঙ্গনা মথেদা মৈতৈনা ঈড়াংনরিবনি। সগোন কানবা খৌরি অদুবু মরিচিং কৌবদগী খৈরক্তুনা মারজিং হাঙ্গখিবদি নত্তে, মরমদি খৌরিবু মৈতৈনা ঈড়াংপা নত্তে. সগোন মপু অসিববু মারজিং কৌবনি।' মাদুদি অসিনি— সগোন তোংদুনা তাইবংপান থুগাইগে হাঙ্গনা লৈপাকপানবা অসিবু গুত্তাইত্তবা অসিগা বুদ্ধ যুগত্তা বুদ্ধগী চরিৎ য়াম্না মায়খি। মাদুদি—বুদ্ধদেবনা তাইবংপানবদা মী ওইবনা অসিবা থরাবা ফংই, হাঙ্গবসি হায়া থংলমদবদগী খংগুবা দুমিত্তগী তৌদুনা য়াম্না য়াখি। মাদুগী গুত্তাইত্তবনা তাইবংপানগী অরা অনাবগী লাংলোন অসি কোরুবাগী দমক থরাইদগী চেম্না লুংসিবী মতুনা পোকপদা ডাইবিবা লুংশিরবা মচাবু কোম্দুনা তুমানখিবা, অমসু মপানিংখৌনা মচাগী তাইবংপান থাদোকপা ওমদমবা হাঙ্গদুনা কজখুবী গুপী মগ্নামবু কৌহন্দুনা থম্বা পুমমক অদুবু করিশু ওইদনা বুদ্ধনা থনখি। সুমচংনবগী মশক ওইবা পুমমক অদুবু হুম্মেক্তুনা মখোংনা নেখক্তুনা সগোন তোংদুনা ওহিং চেনখি। অদুনা বুদ্ধবু কামজয় তৌবনি হাঙ্গদুনা "মারজিং" কৌখি। সগোন তোংদুনা সগোন থাদোকত্তুনা তাইবংপানবু থুগাইবা অসিবাবু "মারজিং" হাঙ্গনা কৌদুনা মৈতৈনা ঈড়াংখিরমই। নাত্তোনদা ময়েক হাঙ্গগনবা নোংপোকী ঈনা 'মারজিং' হাঙ্গখিবনি।

মৈতৈনা বৈদিক যুগত্তা ঈড়াংলম্বা লাইসিং অসিদি মূর্ত্তি শাদুনা লাংলম্বা নত্তে। মূর্ত্তি লাংপদি বুদ্ধ যুগতাগী মূর্ত্তিশাবা মূর্ত্তিলাংপা হৌই। তৌইগুমসু মণিপুরদদি বুদ্ধমকপু ঈড়াংপদি তৌখিদে। বুদ্ধিগী মূর্ত্তিবু পূজা তৌরবসু বুদ্ধনি হাঙ্গনা তৌদে, মাখোইগী হায়া ঈড়াংলম্বা লাইনি হাঙ্গনা তৌরমই। মাদুদি হায়া লাংলম্বা লাইবু বুদ্ধগী মমিং খোনজবা, মথন অমনা বুদ্ধবু হায়া লাংলম্বা লাইগী মমিং খোনজিনবা অসুম্না মথন অনি খোকনা বুদ্ধযুগত্তা মৈতৈনা বুদ্ধবু ঈড়াংখি। থুমদগী দমক হায়া ঈড়াংলম্বা লাইদা বুদ্ধগী মমিং খোনজিনবা হাঙ্গরুবা মারজিংনাচিংবা অসিনি। কোয়া লাংপা হৌবা বুদ্ধবু হায়গী মিং খোনজিনবদি, মাসিনি মণিপুরদা বেদ চৎপা কাংবুনা লাকরিঙৈদনা গুরু অমসু মহাদেব হাঙ্গবা লাইমিং অনি অসি হায়না লৈরমই। মরমদি মিংথম অনিসিদি দ্রাবিড়ীসিংগী শব্দনি, বেদমূলক নত্তে ভারততা বৈদিক সভ্যতা সম্প্রোকরিঙৈদোনা দক্ষিণ সভ্যতানা হায়ি।

বুদ্ধ যুগনা ভারত অপুম্বাবু থুমলবা মতমদা নোংপোকলোমদা লাকপা বুদ্ধ ধর্ম্মনা মণিপুরনা লম্বেন ওইহুনা চংখি, পূর্ব্ব উপদ্বীপ, চীন অমসু জাপান অসিনাচিংবদা বুদ্ধধর্ম্মনা চাওনা সন্দোকলুবনি। চিন, জাপানলোমদা ওইরিবা ধর্ম্মগী লম্বেনদি মণিপুরনি। মণিপুরদা হান্না চংপা অকনবা ধর্ম্ম অমা লৈরমজরবদি ধর্ম্মদা পুকনিং চেংপা মৈতৈদি খাকহৌবা লৈহনা. বুদ্ধধর্ম্ম চংলমগদবনি। কন্নবা খিংবা ওয়দবা বুদ্ধধর্ম্মগী ঈথকনা য়েররবদা মৈতৈনা থনখি— মাখোইনা চান্না চংলিবা ধর্ম্মগী ল্যাইসিং অদুগা মশা অমত্তনি হাইনা থন্দুনা মাখোইগী হান্নগী ধর্ম্ম অদু থাদোকতে। খুদমগী নমক— মণিপুরগী চিংমানদা লোকতা অংচৌ ২বা য়ুং লৈ, বুদ্ধ যুগতা ভুংসিং অদুনা চাওর চাওরবা বুদ্ধগী মূর্ত্তি শাই মাখোই অদুবু ঈড়াংপদনা মহাদেব কৌহুনা ঈড়াংলি। ৯। ইমফালগী অম্বাং নোংচুপ্তা ঈভৌরোকতা লৈনা চংগী বুদ্ধ মূর্ত্তিবু মহাদেব কৌহুনা হুজিক কাউবা ঈড়ংনরি : মাস্মুম্না তৌহুনা চিংদা হক্কনা শেম্বা বুদ্ধ দেবগী মূর্ত্তি য়ম্নাম অসিবু মহাদেবনিতা মহাইহুনা চংনরমই। মাসিনা কোন্না লিংখংপা বুদ্ধদা হান্নগী লাইমিং থোনজিনবনি। মরম অসিনা খৃষ্টাব্দ ৬৩০ দা খাগী লম্বোইবা Hwen Thsang—হুয়েনশাংনা কোইরকপদা মণিপুর অসি উথি, মানা মাগী লাইরিক্তা কামরূপতগীনা সমুদ্র কাউবা অসিদা বুদ্ধদেবগী সঙ্ঘরাম অমত্তা লৈতে লম আসামদা বুদ্ধধর্ম্ম চংতে হাইরি-ই।

অমারোমদা হাইরগা বুদ্ধযুগতা চংলম্বা ধর্ম্মগী অতেংপা মূর্ত্তিদা অকোনবা চংলকপা হিন্দু ধর্ম্মনা বুদ্ধগী মূর্ত্তিবু মহাদেবনি হাইংসু হাই, অস্নুম্না থনবা য়াদে। মরমদি— বুদ্ধ ধর্ম্মগা মারজিং—সগোনগী ল্যাইগা অনি অসিদি মারজিং-সগোনগী লাইনা হানলি। মহাকত্তি সনামহী অমসুং পাখংবগা মশা অমত্তনি। মাহুগী অসম্বা খুদম অমা—

## লাই বাংবরেণ।

নোংপোক লোমদগী মী কাংবু অমা খাইনা নিংসংবা থোক্তরবা মতমদা মণিপুরদা চংখি। কাংবু অসি হুজিকী কালদা মাঙ্গোলিয়ান হাইনা খংনবা জাতিগী মত্নংচনবা কাংবুনি। মাখোই অসি মচু কোলহাওনৈ, মখিক্তা মঙানগ এংনরগা তোঙ্গানদবা জাতনি। মাখোইগী উখ্যাইদগী তোম্নদি মনাতোন পংবদগী শরা হেঞ্জন্দুনা খজিক্তং নাতোন মতোন হিপংলি। মাখোইগী অরিবা লাইরিক্তা হাইবদি মাখোইনা অহানবামক্তদা কংলৈ কাউবা চংলকই। মৈতৈনা. তানখোকহুনা ইমফালদগী নোংপোক্তা লৈনা নোংমাইজিং কৌবা চিংদা থুন্নারমই। মাখোই অসি ফিঙাংশেংলি, কাংচুপ চুপই। মশা নানলি, তরুং তহুংই, অদুগা মাখোইনা চংপা অরেম্না ধর্ম্ম লৈরমদে. মাখোই অসি ভারততা বুদ্ধ ধর্ম্মনা সন্দোকতরিঙৈদা মণিপুরদা লাকপনি। মাখোইগী মরোন অমা তোঙানলি। মাখোইনা চংলকপদা লৈরমলবা মৈতৈগী মখা পোন্দুনা চিংয়া তময়াদা লৈহনখি।

মাখোইনা লাকপা মতমদা মৈতৈদা বৈদিক ধর্ম্ম চংলমই। যজ্ঞ তৌবা, অমসু যজ্ঞদা

ইন্দ্রগী ভাগ পীবা, দেবতা পুরুষকী মকোক ওইবা লাইদি ইন্দ্রনি হায়না খাজবা অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিনি। মণিপুরগী মাইকৈ খুদিংদা যজ্ঞ তৌবগী মৈথুনা থুরমই। অদুগুম্বা যজ্ঞ খুদিং অদুবু হাওগুম্বা যজ্ঞ থুপাইবা কাংবুদগী ভাকপা থুংলাই পাইবা অমসু যজ্ঞ গী সিং থিডনবা অসিনাচিংবদা কাংবু অসিবু মৈতৈনা সিজিন্নখি। অদুনা মাখোই অসি ইকনা দেবতা ওইবা ইন্দ্রনিংবা কাংবুনি হায়রনা অ(ঐ)ন অ'তি কৌই, অদুগা মাখোই অসি সিন্নগা মৈথাবা কাংবুনি অদুনা যজ্ঞ তৌবা কাংলুপনী হাইদুনা "চ(জ)গ্‌পা" হায়নসু কৌই। কাংবু অসিনা চিংগী ভয়য়াদা মথং মথং সখোকখিদুনা খেংমাই, কৌজ্রুক, কাংেং অসিনাচিংবা কাংবু কাংবু ওইনা লৈখি। অহানবা মাখোইনা তাবা নোংমাইজিংদা ইন্দ্র যাগ তৌবগী যজ্ঞস্থলবু পুরোহিতনা ইন্দ্রগী মমক তৌবা যজ্ঞগী মৈনি হায়দুনা পোইরৈতোনগী থুনখোকমৈ হায়না হুজিক কাউবা মৈ অদু মুংহল্লনা থমনি।

বৈদিক যুগতা চংলকপা কাংবু অসিগা মৈতৈগা য়ায়া থিনসিনখি। অদুনা মৈতৈগী মশক, মচু, মরোল, কাউবা মাখোইগা ইতোং তোংনখি। ধর্ম্মদা থিনসিন্নখিবাগীদি হায়রাবাসিনি। মরোলদা থিন্নখিবদি—মৈতৈরোলদা ববাহবু ঠেক কৌই, মাখোইনা ওয়েক কৌই, অকোনবগী অসি পৌদুনা মৈতৈনা হুজিক ওক কৌই। মাসুম তৌদুনা পোংকী মমিং য়ায়া মৈতৈরোলদা চংখি, মাচদি মেরাখা, মেরুক, চাকচাবা অসিনাচিংনি, য়াসুমনা চ খিবনা মৈতৈরেলগী প্রভায় কাউবা চংখি। খুদমগী মমক—মণিপুরদা চংলকপা নোংচুপগী লাকপা কাংবুগী মরোলদা অসমাপিকা ক্রিয়াদা "দিনা" হায়বা অসি চংনৈ, নোংপোকগী লাকপা কাংবুনা মক্ষম অদুদা "মগা—লগা" অসুম্না হায়নৈ। অদুনা জাত অসি থিনসিন্নখিবা মরম্না হুজিক মৈতৈরোলদা অসমাপিকা ক্রিয়াদা "তৌদুনা, চাদুনা, তুমদুনা" অসুম্না হায়বসু য়াই, মাদুগী মহুতা "তৌরগা, চারগা, তুমলগা" অসুম্না হায়বসু য়াই। মাদুদা দুনা, দি, দিনানি, লগানা, মগানি।

মশক মচুদা থিন্নখিবা নোংচুপগী লাকপনা মনাহৌন তুমই, নোংপোকগী লাকপা কাংবুনা মনাতোন হিগংলি, অনি অদু থিনসিন্নদুনা মনাতোন তুমদবা, হিসু হিগংতবা নাতোন মতা অমা মৈতৈদা হুজিক অয়াম্বদা উনরিবা অসিনি। মাসুম্না নোংপোকগী লাকপা অসিদা কামো কৌবগী থারাদি মৈতৈগা থিন্নখিদে, মাগী কাংবুনি য়াইখিবা হায়বা জাতি অদু ওইখি। নোংপোকগী লাকপা কাংবু অসিনা থিন য়োকলনা মহুমদগী রেশম শাবা অসি মণিপুরদা হৌদোকই, অদুনা য়াসিন অসি হুজিক কাউবা মাখোইদনা হৌই। মৈতৈদি থবক অসি তৌদে। মাখোইনা রেশমগী থিনবু মাখোইবু য়োকপা মসিননি হায়না ময়ান তৌদুনা "লৈমা" কৌই। লৈমাদগী খোকপা রেশম অদুবু "লং" কৌই। বিদ্যা দাস মণিপুরগী নোংপোকা লৈবা হুজিক কাঘোডিয়া কৌভ্রবদগী ভয়কপনি হায়দুনা

"কবোলং কন্ত্রং" কৌই। মৈতৈগী নোংচুপ্তগী লাকপাসিংনদি সভ্যতা অসি হৈরক্তে। মাখোইনা লংবু "স্বৃং" কৌবদগী নোংপোক্তী কাংবুপা তিন্নাহ্না 'কংস্বৃং' কৌখি। নোংপোক্তগী লাকপা কাংবু অসিনা তাইবংপানবগী মপুখু শন্নাং নত্রগা হ্নাং কৌই।

নোংচুপতগী লাকপা কাংবুদি ক্ষত্রিয়না য়ামই, মাখোইদি ক্ষত্রিয়না য়ামই, অদুনা বৈদিক যুগতা থোক্লিদোকনমক নোংপোক্তা লাকপা কাংবুনা মাখোইগী বৈদিক যুগকী ক্ষত্রিয়গী হৌনবি মিত্র অমস্থ বরুণবু উপাসনা তৌই। অগ্নি অমস্থ সূর্য্যবু মিত্রগী প্রতিক ওইনা ঊন্নাংপনা অগ্নিবু মৈ, অমস্থ সূর্য্যবু নুমিৎ অস্নুমনা কৌখি। মাংশুমনা বরুণ কৌবা দেবতা নোংপোক্তী লোন তাইবংপানবগী মপুগী মিংগৌ সন্নাং অমস্থ হ্নাং হাঙনা বিশেষণ অসি অসি হাপত্নুনা "হ্নাংবরেণ" কৌখি।

নোংচুপ্তগী লাকপা মৈতৈসিংনা মিত্রবরুণবু মাস্থুপ য়াম্না কন্না অমস্থু কিনা নিংখিবগী মরমদি-- বৈদিক সাহিত্যদা য়াম্না সন্দোকনা লৈ, মহুদি মতাং অমদা হন্না নৈনরবা বিগনি। হ্নাংবরেণবু মৈতৈনা মাস্থুপ য়ামনা কিনা নিংবগী মরমদি মতাং অসিদা থরদং নৈনবি।

## মিত্রাবরুণ—

বরুণ কৌবা দেবতা অসি বৈদিক দেবতা অমনি। মহাকপু বেদদা মকম কয়ামুক্তা মিত্রগা তিন্নমা মকম কয়ামুক্তনা মথন্তা তোঙাম্নস্থ হাঙ্গ। মিত্রাবরুণ কৌবা দেবতা অনি অসিবু ব্রাহ্মণ ভাগতা বাজস্থবংশগী পাঙ্গলদি অস্নুমনা থাগংলি। প্রাচীন ইতিহাস হৈবা পণ্ডিতসিংনা হাঙ্গ,— নোংপোকলোমদা ল্যাকপা আর্য্য কাংবুনা মিত্রাবরুণ দেবতাবু উপাসনা তৌবা ধর্ম অসি সন্দোকপগী দমক লাকখি অস্নুমনা হাঙ্গ।

মিত্র অমস্থু বরুণ কৌবা লাই অনিসিগী মরক্তা বরুণবুদি মৈতৈ লৈপাক্তা য়াম্না কিনবা লাই অমা ওইনা চংনরকই। মাবু মৈতৈনা মাস্থুপকী মত্তিক কীনৈ, মহাকী মকাদা থঙ্কর লাহুবদা মী অহু তেক্তা সি। লাই অসি ঈসিংগী লাইনি হাঙ্গনা থাজৈ। ঈসিংদা তাহুন সিবা, ঈরাক্নহুনা সিবা অমস্থ ঈসিংদা লাক্ননা সিবা পুম্নমক অসি মামা লৌহুনা সিবগী মানা হাংপনি অস্নুমনা মৈতৈনা থাজৈ। মণিপুরগী ঈসিং পুমনমক অসি মথায়োমদা চেন্দ্ ক্লাক্তনি। ঈসিং পুমনমক অসি থরৈ লেমলৈ—সুগুম কৌবা মকমদা ইতিন তিন্নুই, অ গুম্বা ঈসিং পুমনমকী তিনকম অহুদা ঈসিংগী মপু হ্নাংবরুণগী থুবম য়াহুনা থমই, মাখোই থাজৈ মকম অহুদা মচাকনা সংসংলৈ। হ্নাংবরেণগী লৈকম অহুদা লাই মনাই লৈবা পুমনম মীকোকপু হুন্নবা কৌই, মাঙোন্দা লাই অহুনা তোংই, অস্নুমনা থাজৈ। অহুনা হ্নাংবরেণ হাঙ্গনা সম্নান তৌহুনা কৌনৈ। মানা মাঙিরগা মী অহু ঈসিংদা সি। স্থা হুন্নবা অহুনা কম্নিগুম্বা ইম্নথালদা লাক্নবদি মণিপুরগী তুরেন্দা ঈসিংদা লাক্ননা মীসি হা

কৈনৈ। ব্রাংবরেণগী লাইকোনদা করিগুম্বা লাইগী সংনাচিংশা মীৎমনা শাবা তারবদি মাখোইনা মুপকী মহিক কৌনৈ। থবকসুবা মীসিং অতুনা থবক থাদোকপদা চপমান্নবা থাদোকনৈ রমদি কোনহৌবা মী অহু থুংণক্তা হেক্তা সি। ব্রাংবরেণগী লাইকোদা থুরুম্বা চংলে, নত্তবা রা অমত্তা হাঙৈবা য়াদে, লাইকোনদা হৌরিবা উ, রা, নাপী সিংবী অমত্তা থংলুবা য়াদে হেক্তা সি। অপী নহানা থুরুম্বা চংলে, অকে অমৌ, য়াদে, সনাগী লুপাগী লিক থুঙ্গি সিবা য়াদে। নিংথৌমচানা মাগী লাইকোন্দা চংবা য়াদে। মহাকী লাইকোন মতুংদদি অতোপ্পা মী চংবা য়াদে। চংলুবা মীসু রা ভাংবা য়াদে স্বপনগী সুগুণুগী হৌরবগা মাইবা পণ্ডিততগা চংই, চংথারবা মীসিং মহু রা অমত্তা ভাংবা য়াদে। মাখোইনা চংদুনা ঈড়াংপদা মকম হেক লানবগা থোরকপগা সিবা, মাসি হুঞ্জিক কাউবা মিংনা উরিবা মশক ওইনা চংলি।

লাই অসিগী লাইকোনদা মাগী মনাক্তা নিংথৌ ২ থুদিংগী উ অমামম হৌই, উহুবু নিংথৌ নিংথৌ অতুগী মীতম উ কৌই। উ অতগী তেকপা, সিবা, কপৎপা অসিনা পাল্লি পাল্লিবা নিংথৌ অতুগী প্রত্যক্ষ ওইবা থুদমনি চংনৈ। অতুগা ইথং থংহৌদনা অতোপ্পা উ অমা হৌরক্লবদি মাতুনা অকোনবা সিনগদবা নিংথৌগী উ ওইনৈ। উসিং অতুদা ওইগী এংকী শাগৈ হাঙৈনা অনিংথংকনা থাইতুনা মুপীগী কা বুগীসু মাওনা অকক্তা থংনৈ। মী হাঙৈনা পুন্নমক অসিনা সিরগা মাগী মাইকৈ অসিদা পাপ পুণ্যগী বিচার তৌগা চংলি হাঙৈতুনা অসিবাসিংগী থোংনি হাঙৈতুনা চাউরবা শাংলবা য়োংকী থাংগুবুনা ঈসিং মহুংদা পৌরোন লোপ্পনা থনই।

লাই-ব্রাংবরেণগী মকম অতুদা নিংথৌ ২সিংনা কংলম্বা, সনা, লুপা, সনা লুপা হাপ্পা উপু অসিনাচিংবসি য়াম্না হুঞ্জেক্তুনা লৈ। মতম মতমদসু ইতংতত্তুনা শনা লুপা কংলি, মাও মাইবনা মাইবীনা নত্রগা লাইসেবা তৌবাসিংনাসু কনা অমত্তনা লৌদ, হুঞ্জক্লবনি হাঙৈতুনা অতৈ অতোপ্পা মী অমওনাসু মাহুবু শোকউবা ঙমদে। মরমদি হেক লৌবগা সি অস্তুম্না থাজে।

মমাংগুদা মণিপুর লৈপাক্তা রাজদণ্ড ফংদুনা সিবা তারবা মীবু মকম অতুদা পুংথ, অতুগা মী অহুবু য়োখোক্না চৈতুপনা মকোক থুগাইতুনা হাংলগা ফুমজিলনরমই। মণিপুরদা করিগুম্বা কত্তবা, হৌদিবা, যোগোৎচাদবা অমশুং লৈববু কোকসত্ত মাংসত্ত হাঙৈরগদবা লৈরবদি মাহবু সুগুণুগী অতুগুম্বা লমহাং অতুদা চংথরাসত্ত হাঙৈবগী অর্থদা "থরৈ লেমলৈ তারসত্ত" অস্তুম্না হাঙৈনরকই। অস্তুম্না মহু কনবা, মীহাংপা, লাইনি হাঙৈনা মৈতৈনা থাজনৈ মহাকপু থুরুম্বদা হাঙৈনবা রাহৈদি ————

মতৌনিংথৌ মহৌফমদন লোনবু তাপ্পা খনবা, মানবী মুংতেক মানা খিকমারোক্না

খকপদি খনয়াই, লনয়াই খিখংলে। থুমনাউ চামবু নোংগী নোইমননে (নংগীনে)। য়েনাও চামস্থ হুপনা নোংগী নোইমননে (নংগীনে)। পাংগী পাংশনখিএ। নহাক্লবী-ভুংদা পাকনা তাইনা চাকএন চৌরংগী হন্বা হম্লুকথুংদা (খুরুম্বা ওইবা নংগী লোইনবা লাইদা) লুকথেকত্রবগী (খুরুমত্রগা) লিনগাম্ লাইগাম্ লাইথুংএ (ফুগাম থুংই)। হম্লুক থেক্লবদা ল্লাই অহু খুকম্লগা লিনগাম লাইগাম্ লাইকোকএ। লাইকোকচিংদা য়াচনবা লাইনিংথোও। নফো নঙান পান নহে নরোংপামবু তৈনা শেম্বিরবা-ও।”

মাসি হায়ীহুনা য়াংবরেনবু মৈতৈনা খুরুমনে। মাসিদা “মহৌ” হায়ীবা মমিং অসিনা য়াংবরেণবু কৌরি, মাহুদি মীওইবা হায়ীবা অসিনা তাইবংপানবগী মপুবু মী ওইনা পোকলৈ, মানা মীওইবদা ওইবা হৌনদবা মতিক মগুণ পুহুনা পোকলগা মীওইববু ঙাকলৈ য়াএন তৌরে অসুম্না থাজে অহুনা মহাকনা=য়াংবরেণনা মহৌ কৌবা খুনগী নিংথৌনি নিংহুনা হায়ীবনি। মহৌ কৌবা খুন অমা মনাক্তা লৈ। মাগী মনাক্তা লৈবা লাইবু মাগী লোইনবা লাইবু খুরুমত্রগা ফুগাম থুংই, হায়ীবা অসিদি মাবু ঈসিংগী লাইনি হায়ীবনা মানা সাউরগা ফুগাম কৌবা পুক কংখংপা অনাবা অহু তৌই হায়ীবনি। মাসি আযা পুম্নমক্তী চংনবা থাজনবা অমনি। মাসগী মরমদা বৈদিক সাহিত্যগা য়াউবা য়ারি অমা হিন্দুগী পুরাণনা চিংবদা য়াম্না সন্দোকনা হায়ীহুনা চংনবা য়াবি অমা লৈ, মাহুদি ———

থাইনা ত্রিশঙ্কু কৌবা নিংথৌ অমাগী মতিক মগুণ চেনবা মচা হরিশ্চন্দ্র কৌবা নিংথৌ অমা লৈরমই। হরিশ্চন্দ্র অসি মচা পোক্কে। য়াংবরুণদা মচা অমত্তা পোকে হায়ীহুনা মানা নি। য়াংবরেণনা ভাঈ নচা অহু পোকপগা এরেঙান্দা পীজৌ ঐ চাগে হায়ী। হরিশ্চন্দ্রনা য়ারে, মরমদি— ইচা অমা পোকলবদি ঐগী অথুংবা কোকলে, অহুনা ইচা ময়াম মথং মথং পোকনি, ময়ামদগী অহন অমত্তং সিথিবদি সিফৈ। অমস্থ অতৈ পোক্তবা থোকলো, মচা পোক্তবগী নরক্তী তাদরে, পোকপদবু পোক্লম্লবদি ইপা ইপুগা লোইননা নরক তাররোই। ইচাপোক্তবগী অরাবগী ওমপৈ কৈতবা ইপাক্তগীদি ঐ লাক্লে!

মহারাণী গর্ভ লৈরে, হরিশ্চন্দ্রগী ফজরবা মচানিপা অমা পোকলে। পোকপগা য়াং-বরেণ লাকলে হরিশ্চন্দ্র নিংথৌ নচা পিরো হায়ীরে। থরাইদগী হেনবা মচাবু অহুপ তাংনা কংলগা হাংকনি খল্লুবতদা থমোই শেগাইনবা ওইবা থোদোক অহু খনবদা মাইকে খংত্রে হরিশ্চন্দ্রনা পতি লৈতবনা লৌনম তৌখি। থুম শেংদরি, মী অসি নংগী যজ্ঞগী শা ওইবা য়াথিরোই। থুমশেংলে ময়া হৌদরি মাংলি, য়া হৌরে, ময়া শিনদরি অসুম্না ছুংশিবা মচাগী হাংকদবগী মহুত্তা মথং মথং য়েথোকই। মমৈদদি হরিশ্চন্দ্রনা হায়ীরে ক্ষত্রিয়মচাদি থুংলাই তমদরিবা মখে য়াডি, অসুমনা মচাগী চাওবা ঙাইরে। মাগী লৌনম অসি খংলহুনা য়াংবরেণনা সাওরে। মচাস্থ থুংলাইতন্থা শাহুনা বন্দা চেনখরে, গুরুকুলদা ব্রহ্মচার্য্য

তৌদুনা লৈথরে। মতম কুইনা হল্লক্করে। রাংবরেণনা সাউদুনা শাপতৌরে, হরিশ্চন্দ্র অসি লিনগাম লাইগাম্ন কৌবা পুক কংখৎপা অনাবা তৌরে। লাইনা অদুনা হরিশ্চন্দ্র য়াম্না রারে। মচা অদবু রোহিত কৌরে। মপাগী অরাবা অদু তাবদা খাংবা ওংত্রদুনা ইপাগী নয়ক ঐ সিরগে হাঈদুনা লাকলে। সোরারেণনা রোহিতবু খামই, মীওইনা অমুপত্তাংনা নিংথৌ ওইনা পোকলগা করিগী সিবা য়াবরা ? উপায় লাকনি খামই। মাসুমনা তোইনা খোক্রবদা মমৈদদি বশিষ্ট কৌবা ব্রহ্মাগী মচা মুনিদগী ব্যবস্থা লৌরে। মমন পিদুনা লৈবা নচানা মহুৎশিন্দুনা নরমেধযজ্ঞ তৌরগা নংগী অরাবা অসি কোকনি হরিশ্চন্দ্র নিংথৌগী মরেপাক্তা অজিগর্ত্ত কৌবা য়াম্না লাইরবা ব্রাহ্মণ অমা লৈ, মাগী মচানিপা অহুম পোকই। মচা অহুমমক মমিং হুইমৈ কৌই, মাদুদি "শুনঃ পুচ্ছ, শুনঃ শেক অমসু শুনোলাঙ্গুল" অসুমনা কৌই। নিংথৌগী মন্ত্রীনা লাইরবা ব্রাহ্মণমচা য়োকনিংঙাই লৈত্রবদগী মথবী চামা পীদুনা মচা য়াইমাবা শুনঃ শেফ লৈরে। নরমেধ যজ্ঞ হৌরে। মীহাৎনবা চুপতা থম্লদাইদা ব্রাহ্মণমচা শুনঃশেফনা কপলে, ঐ সিনিংদে হাঈরে। মাগী মীকপ অদুনা লৈথক লৈথা অসি কিনথরবাগুমনা ওনথোইদুনা কপপদা মীহাৎপনা হাৎপা ওমদরে। মাদু উবদা মুনি বিশ্বামিত্রনা এংবা ওমত্রদুনা নিংথৌদা ব্রাহ্মণ মচা কনবিয়ু নিজৈ, মাগী অনাবা কোকপা অদুগা পামুমচা হিংগদবা মরম খনবনা হোই হাঈদরে। ব্রাহ্মণমচাগী মপাসু পীখ্রবা মরমদগী হৈন্না পামবনা মচাবু হাংলু হাঈবদা য়ারে।

বিশ্বামিত্রনা অঙাং অদুগী সিনিংদবাগী মীকপ মীরাওনা কনমনখিবনা চুংসিবনা খাংবা ওমত্রদুনা ব্রাহ্মণমচাদা হাঈরে। তোরেন নংবু হাংলমদাইদা রাংবরেণবু মাগী মন্ত্র অসি সোন্দুনা কনবিয়ু হাঈনা নিজৌ। সোইদনা রাংবরেণনা নংবু কনবিগনি তাকপিরে। হাংলমদাইদা শুনঃ শেফনা মন্ত্র অদু শোন্দুনা রাংবরেণদা হাঈজরে। রাংবরেণনা পেল্লদুনা ব্রাহ্মণ মচাবু খাদোকপীরে। নিংথৌসু অনাবা করে, রোহিতসু হিংলে। বিশ্বামিত্রনা ব্রাহ্মণমচা অদুবু মচা ওইরগে হাঈদুনা পুখরে। অদুগা বিশ্বামিত্রনা হরিশ্চন্দ্রবু মলোম তৌখি।

হরিশ্চন্দ্রনা রাজসূয় কৌবা যজ্ঞ অমা তৌখি। মাদুগী দমক মশামকনা বনদা শাতানবা লাকই। বিশ্বামিত্রগী মায়ানা শাবা সনাগী ওক অমা তাম্লবদগী হরিশ্চন্দ্র লমমুকনরে। মাগী কোয়ুংগী লম্হেন খংত্রদনা বনদা জৈসিন লৈসিন্দুনা মতম কুইনা খোককম খংদরে। চাবক খকলকবাগী অরাবনে খাংবা ওমদরে, মাগী যজ্ঞসু কাইবা তারে। অরাবা অসি তারবদা বনদা বিশ্বামিত্র উনরে। মুনিনা লম্হেন তাকপিদুনা নিংথৌনা মমুম য়ৌখি। চৎলমদাইদা নিংথৌনা বিশ্বামিত্রদা হাঈরমই, ঐদি রাজসূয় যজ্ঞ তৌরি, অদুনা সিদবা উপাল ওইরবনি, অপাম্বামথৈ হাঈবদা ঐনা থুংহনগনি।

নোংমদি বিশ্বামিত্রনা হরিশ্চন্দ্রদা লাকলে, হাঈখিবা পীরো নিরে। নংগী নরৈপাক

অপুম্বা শেনথুম সনা লুপা করি অমত্তা থাজনা পীর‍্য নিরে। মায়ানা শুমহংতুনা ওকলবা নিংথৌনা পীথোকলে। দক্ষিণা তৌনিঙাই লৈতত্থনা মতু মহারাণী শৈব্যাবু ব্রাহ্মণদা য়োন-থোক্লনা দক্ষিণা তৌনরে। মচানা মমাগী নাক্তা লৈচৌই। হরিশ্চন্দ্রনা চণ্ডালগী শাগৈদা থবক তৌত্থনা পোৎলোইকমদা চণ্ডাল সাহনা অরাবা মতম অত্থ লেনখি।

হরিশ্চন্দ্রগী অরাবা মাসিত্তনাসু লোইখিদে। মচানিপা রোহিত লিননা চিক্লনা সিরে। মতু মহারাণীনা মৈথাকমদা মৈথাগে পুরকপদা য়োংকমদা মৈথাবা চণ্ডাল শাত্থনা লৈবা হরিশ্চন্দ্রপা উনত্থনা মচানি হাঙ্গবা খ নরকপা মুনিনা মচাগী লিনগী হু অত্থ লোথোকপিত্থনা মচা হিংখি। মতুংদা মুনিনা মাগী মরৈপাক পিত্থনা নিংথৌ ওইখি। অসুন তৌত্থনা অরাবা ময়াম অসি ফংলগা নিংথৌ অসি লানখি।

রারি অসি বেদগী ব্রাহ্মণ ভাগত্তা য়াওবা রারিনি, হরিশ্চন্দ্র হাঙ্গবা নিংথৌ অসি অযোধ্যাগী নিংথৌ সূর্য্যবংশদা পোকপনি, শ্রীরামচন্দ্রগী মপুসিংনি অসুম্না হিন্দু সাহিত্যদা হাঙ্গ। তৌইগুমসু কবি অহানবা বাল্মীকিনাদি হরিশ্চন্দ্রবু সূর্য্যবংশগী নিংথৌ অমা ওইনা হাঙ্গদে। রামায়ণদা য়াওদে। রামায়ণগী মতৌতম্বা লাইরিক্তদি য়াওই। তৌইগুমসু হিন্দু জগতদি হরিশ্চন্দ্রগী রারিসি অসুপকীমত্তিক ফাউখরে, অঙাং অাপিশঙগীনা হন্থ হনবা ফাউবা করিগুম্বা লৈনা লৈত্তবা সারুবাঙদা হরিশ্চন্দ্রগী কৈদা কাগনি অসুম্না কিনৈ, মণিপুরদা মাসি থংদবা লৈত্তে। হরিশ্চন্দ্রগী রারি পোক-- রারি অাসদগী ঈসিংনা পুক কংথংপা লাইনা অসিবু রাংবরেণগী লোইনবা লাইগী অসাউবদগী পোকপনি হাঙ্গনা হিন্দুসিংনা কিনাখিবদা ছজিক ফাউবা

"হনুবা হনু লুকখুংদা লুকথেকত্রবগী লিনগাম লাইগাম লাইখুংত্র"

অসুম্না রাংবরেণবু খুরুমনৈ। ঈসংদা ঈরারুবা— মৈতৈনা লাইনা লৌবা কৌবা অত্থবু, হিন্দুসিংনা লাইরাংবরেণনা ফাবনি অসুম্না থাজনৈ। অত্থঙৈ শ্রীকৃষ্ণাবতারগী মতমদা নোং-ঙাল্লকপা মতমদা নন্দনিংথৌনা যমুনাদা ঈরুবদা ঈসিংদা লুপখিদবগী শ্রীকৃষ্ণনা মপাগী মতুং ইনত্থনা থিরুই, রাংবরেণগী লৈপাক্তা লৈরমই, অসিনাচিংবা, মাসুম তৌত্থনা ঈসিংদা তাবা, সিবা, লুপ্পা, পুম্নমক অসি রাংবরেণগী অসাওবদগী থোকপনি অসুম্না মহৌশানা থাজরকই।

লাই রাংবরেণবু মপুক থাবা, মপাঙ্গল কনবা, অমসু পেনবিরগা য়াইফবা পীবা লাইনি অসুম্না মৈতৈনা কিনাবা অসি বেদগী সংহিতা ভাগত্তা মফম, কয়ামুক্তা "অসুর" অসুম্না হাঙ্গ, মাত্থগী মৈতৈরোনগী অর্থদদি হিংচাবা হাঙ্গবনি, মৈতৈনাসু থাজনগী মথৌ হিংচাবাবু কিনবা অত্থমক কুমনা লাই অসিবু কিনৈ। তৌইগুমসু বেদনা "অসুর" হাঙ্গবা অত্থমক্তি হিংচাবা হাঙ্গবা অর্থ অসিত্তদা হাঙ্গবদি নত্তে। মরমদি বেদ মরিগী সংহিতা ভাগত্তা মকোক মকোকত্তা অসুম থিগৎলবদি উবা ফংই, তাইবংপানবগী মপুবুসু অসুর হাঙ্গবা বিশেষণ অসি

রেলনা পিরি। মাত্তুদগী থংবা ওয়ই, মাত্তুদি—থাইনা আর্য্যসিংনা সিন্ধুতুরেন মপান্দা থুন্দা-রিংঙৈদা ধর্ম্মগী মরমদা নাপক ২ তানাদুনা য়াম্না থংনখি। কাংবু অমনা য়ু থকপা য়াদে, কাংবু অমনা য়ু থকপা পামই। মতম অদুদা মাস্তুপকী মতিক খিনা থংনখি। য়ুথকপা কাংবুবু সুর, অমসু থক্তবা কাংবুবু অসুর কৌনখি। অদুগা মাখোইগী যুতাইনদবা অদুনা কনমনখিদুনা য়ুথকপা কাংবু অদুনা অসুর হাঙৈবা অসিবু তমখিবা, লমচৎ নাইদবা, হিংচাববু হাঙৈবনি অসুমা থংনখি, সুর হাঙৈরগা ফজবা, লমচৎ নিংথিবা ল্যাই হাঙৈবগী অর্থদা থংনখি। অমসু য়ু থক্তবা কাংবু অদুনা অসুর হাঙৈরগা লাই, সুর হাঙৈরগা হিংচাবা হাঙৈরগা থংনখি। কাংবু অনি অদু মতুংদা মাখোইগী থংনবা অতমক্তনা হাংনরবদা য়ু থকপনা ওমদুনা য়ুথক্তবা কাংবুনা ভারতকী নোংচুপলোমদা চৎখি, অদুগা য়ু থকপা কাংবুনা ভারততা লৈহৌদুনা ভারতকী মফম থুদিংদা সন্দোকখি। য়ু থকতবা য়ুবু মাংই হাঙৈবা কাংবুনা পারস্যরোমদা তাখি। মাখোই অসি মতুংদাসু য়ুগ থুদিংদা ইতৎতত্তনা কাংবু ২ অনি অসি লান শোক্লখি। মাত্তুবু হিন্দুগী বৈদিক সাহিত্যদগীনা পুরাণনাচিংবা কাউবা অমসু পার্শীয়ানসিংগী ধর্ম্মগী লাইরিক জেন্দ আবেস্তানা শাক্ষী ওইদুনা লৈরি। মাত্তুদি হিন্দু শাস্ত্রদা য়াম্না তোইনা য়াউবা সুরাসুরযুদ্ধ—লাইহিংচাবগী লান হাঙৈবা অদুনি, মাতওমনা জেন্দ আবেস্তাগী মরোন্দা ঈশ্বরবু "অহুর", বৃত্রবু "বেরেত্তর" বৃত্রহাংপা ইন্দ্রবু "বেরেত্তরগ্ন" হৌসিনাচিংবনা থুদমনি। কাংবু অনিসি মতম অমদা মশা অমত্তা ওইরমই, মতুংদা মত তিন্নদবদগী মাস্তুপ য়াম্না খিনখি। খিনারক্লবদদি য়ুথকপা কাংবুনা ওমহৌই।

নোংপোক্তা লাকপা কাংবুনা য়ুবু মাস্তুপকী মতিক অশেংবনি হাঙৈনা নিংশি, মাত্তুদি—থাইনা সীতা লাইরেমানা মবুংঙো শ্রীরামচন্দ্রগী তুংইন্দুনা বন চৎপা খোরকপদা গঙ্গাতুরেন লানলি, মাত্তদা সীতানা হাঙৈরমই, ঐনা অযোধ্যা লৈপাকী মহারাণী ওইগদবা লৈরবদি বনদগী সোইদনা হল্লকনি, মতম অদুদা হে গঙ্গে নংবু য়ু থরুং চামা অমসু মাত্তগী মতিক চাবা সজিগী মশানা থোংবা পোলাও চাক্তা কংদুনা ঈড়াংকনি, অসুমনা রাশকলমই। আর্য্যসিংনা আথোইবা তীর্থনি হাঙৈনা থাজনবা গঙ্গাবু পূজা তৌবদা মাখোইগী অশেংবা য়ু অদুবু কংকে লেপলমই।

মমৈদদি য়ু হাঙৈবসি থক্লগা জাত তাত্রবসু নেশাহৈবা পোংনি হাঙৈদুনা মা থকপবু অকবনি হাইনরকত্তরে, মাত্তুদি কুরুক্ষেত্রগী লানজাউগী মমাংদা ভারতকী নিংথৌ পুমনমক মন্ত্রী অমসু অকল অথৌ, অহৈ অসিংবগী মথৈগী সজিগী দমক সভা তৌবদা বলদেবনা হৌগত্তুনা যুধিষ্ঠিরনা লানলি, দুর্য্যোধননা চুমই, হাঙৈ, সাত্যকিনা বলদেববু য়ু থকপনি মরা লৌবা য়াদবনি হাঙৈনা ইকাইবা পীখি।

মণিপুরদা ল্যাকপা আর্য্যাসিং অদুনা মাখোইগী মনাৎ অসি থাদোকসক্তে, অদুনা মাখোইনা

বেদগী মকম কয়ামুক্তা অস্সুর হাইনা বিশেষণ ত্তৌনবা য়াংবরেণবু অসুরগী অর্থদা মপা মপুনা ত্তৌরকপা অহু খন্দুনা পুকচেন খাবা, হিংচাকোংচাবাগুম্বনি হাইনানিংখিবনি। ঐখোইনা বেদগী অহানবা মকোকতা খ্বগ্বেদগী মফম কয়ামুক্তা মিত্রাবরুণ অমসু বরুণবু অসুর কৌবা অহু খরদং লৌখওনা শাক্কী পিনিংই—

১। প্রথম অষ্টকতা ১, ২৪, ১৪।

২। দ্বিতীয় অষ্টকতা ১, ১৫১, ৪।১, ২৮, ৭।

৩। তৃতীয় অষ্টকতা ০।

৪। চতুর্থ অষ্টকতা ৫, ৬৩, ৩। ৫, ৬৩, ৭।

৫। পঞ্চম অষ্টকতা ৭, ৩৫, ২।৭, ৬৫, ২

৬। ষষ্ঠ অষ্টকতা ৮, ২৫, ৪৮, ৪২, ১।

৭। সপ্তম অষ্টকতা ০

৮। অষ্টম অষ্টকতা ০।

ঐখোইনা য়াংবরেণগী নৈনবা অসিদগী খংবা গুমলে, মাতুদি—মৈতৈনা য়াংবরেণ ঈরাংপা অসি বুদ্ধযুগকী মমাংদগীনা মণিপুরদা লৈরবা লাই বরুণবু, বুদ্ধযুগকী মমাংদা নোংপোক্তগী চংলকপা কাংবুগা ত্তিন্নাখিবনা য়াংবরেণ কৌখি। মরমদি বরুণবু আর্য্যসিংনা নিংবদি বুদ্ধ-যুগকী মমাংদগীনি, অমসু মাগী চাংদম্নবাসিং অহুদাসু উংখর, বুদ্ধধর্মনা লাওরিংঙনা মণিপুরদা লৈরে। বরুণ কৌবা দেবতা অসিনা মণিপুরদা চংলকপা অসি বুদ্ধধর্ম্মগী মতুংদা ওইরবদি মহাকপু নোংচুপখংবা মাইকৈগী মপুনি হাইরমগদবনি। ঐখোইনা অসিগুম্বা লাইসিং অসিবু নিংবা কাংবুনা মনিংলোমদগী মণিপুরদা চংলকপা মতম অহু য়াম্না নিংথিনা উৎনিংই অহুনা মৈতৈগী লেংত্রবা খোদো কয়ামুক লৌখংলি।

মতাং অসিদা মঙাস্সুবা পন্দুপ লোইরে।

---

# মণিপুর ইতিহাস।

## তরুকসুবা পন্দুপ।

## লৈপাক শেম্বগী মথং মনাউ



লৈপাক্কী তাইবংপান অপুম্বগা মরুদা অমত্তনি,—

চাক মরু অমা মেত্তুনা এংলগা চাক চকু অমাগী মশক থংই। ঐখোইনা লৈরিবী লৈপাকলৈমা অসিগী মশক থংলগা তাইবংপান পুম্নমক্কী মশক থংই।

লৈপাক্কী মথক্তা মৈগী চিং কৌবা মকম কয়ামুক লৈ, মাখোই অতুদগী মতম অময়মদা লমুংগী মৈরিক মরাম চোংখোক্লকই। মাতুদগীখংবা ঙমই, লৈমুংদা অশাবা লৈ। হাঈরিবা মৈগী চিং হাঈবসি মণিপুরদাসু কৈরমই, মাগী অশিবা মশক অতু হুক্তিক উরিবা কংলা অসিনি। মৈতৈগী অরিবা পুরাণসিংদা মাঙোন্দগী মৈওখোরকপগী য়া য়াম্না থেংনৈ, ঐখোইগী থক্কী মীরোন্দা মণিপুরদা অকনবা য়ুহারাবা অমা থোকখি, মাতুদা কংলাদগী অশাবা লৈ-তাইগলি চোংখোক্লকপা মী পুম্নমক্তা উনখি।

লৈমুং অসি কয়ামুক শাবগে এংগে হাঈরবদি, মৈশাএংনবা খুংলাই মমুংদা শনাচি-নাক হাপলগা মাহাক্কী শোদোকপনা চাংএংনবা (tharmometar) কাইরেন হাইট কৌবা অমা পাইরবদি য়াম্না লাইনা লৈমুংগী মৈশা অতু থংই। মাতুদি- ঈসিংনা উন ওনবা মৈদা মাগী সরুক (ডিগ্রি) ৩২ মাতুদগী অশাবানা হেক্লংলকপাগী মতুং ইন্না মাগী সরুক অমামম হেক্লংলি লৈমুং অসি তৌথবনা ফুটচামা লুনা মকমদা মাগী সরুক ৫২কাই, অতু কী ফুট ৬৬ সুবা সুবদা সরুক অমামম হেক্লংলি। মাসি য়াম্না লুবা খোংগী মমুংদা চংতুনা লক তৌবদগী থংই। লৈমাইদগীনা লৈমুংদা লৈপাক্কী ময়োন (কেন্দ্র) রোমদা চংশিন শিনলকপগী মতুংইন্না সাগংপা অতুদা এংতুনা অনুমান তৌরগা থংই, লৈমাইদগী মাইল ৪০০ কুমথরগা লৈপাক্কী ময়োন-ময়াই (কেন্দ্র) লৈ। অতু ওইরবদি লৈমুংদগী থমথেংবা তুদা কয়ামুক সাবগে থনুবদা তুজুংবগী মশকনি।

লৈপাক্কী ময়োনদদি মহিলাংবা পোং ডাক্তা লৈ, তৌইশুমশু লৈথক্কী মথক্তা লৈবা মকু কনবা অসিনা চপশিনলক্তুনা অরাংবা অতু কনসিনলে হাঈনা থনলি। অতুনদি লৈথক্কী কনবা সরুক অসি খোংতোক্লবদি মঙুংগী অকনবা অতু অমোক লাংখোক্লনি। মাসি খোইনা মৈগী চিংদগী ওংখোক্লকপা পোংশকতগী থংবা ওমই।

## অযাবা লৈচিন।

অতিয়াগী করিগুম্বা মকমদা হুবিগনা উবা থংই, অযাবা লৈচিন মরাম লৈ। অতু

অচুগুম্বা মকমসিং অচুদা এংলগা থংবা ওমই, মাচুদি—মকম অচুবু অযাবা মৈথুগী মকোইনা ঙাম্লিবনি, নত্রগা মৈরিক মচা মচা ময়াম কোইপাই পাইরিবনা ঙাম্লিবনি, নত্রগা করিগুম্বা য়াম্না যাবা মতম অমবু ময়োন ওইচুনা মাগী অকোইবদা অয়িংবা লৈচিন্না কোইপাই পাইবদা ঐখোইনা মৈথুগী মপৈ ওইনা উগনি, অসুম্না খল্লি।

অযাবা লৈচিন্দগী নুমিৎকী লৈপাক থোকপা—

নুমিৎকী মঙাম্না কংলিবা মকম পুম্নমক অসিবু সৌরজগৎ—ব্রহ্মাণ্ড কৌই, মাচুবু মৈতৈরোন্দা নুমিৎকী লৈপাক হাঙ্গরগা খংনৈ। থাইনা তাইবংপান অসিনা পান্দরিঙেদা অহানবা মতমদা অসিগুম্বা মকম পুম্নমকসি সিনথুংনা থনবা অচাকপা মৈরিক ওঙ্গা লৈরমই। মাখোই অচুনা অমোক্তোইনা মাইকৈ পুম্নমক্তা কোইপাই পাইরমই। মৈরিক ময়াম অচুগী ময়াইদা—মাধ্যাকর্ষণা চিংশিনবনা অশুম ২ মথং মথং ময়োন তম্না পাইসিনলি। মাচুনা ময়োন অদোমদা নংসিনবা হেক্কনলকই। মপান ২ থংবনা খজিক ২ মৈচাক হন্থরক্লনা মপানথংবনা মৈথুগুম্না লৈহৌই।

থরানমচাক অচৌ ২ বা অমসুং মাগী মচা ২ পোকপা—

অশাবা মৈরিক ময়াম্না পাইবা অসি মখোইগী ময়োন কেন্দ্র অচুবু এংলোইননা কোইশিন্দুনা কোইনা পাই। মাসুম্না ময়াইদা চিংশিন ২ না অকোইবদা পাইবনা চহি লিশিং কয়ামুক যুগ কয়ামুক পাইরকলবদা মচুং ২ না কুংশিনখিবা মপান ২ না থর ২ মৈশা হন্থখিবগা লোইননা পাইবনা মপানথংবদা খুদোপকুম্না তোঙাম্না হক্তোকপা অমা লৈহৌই। হক্তোকহৌবা অচুনা মাগী মপিগী লৈবচ, অচুমক লৈহৌই। মাসুম্না হক্তোকহৌবসি মথং মথং তৌখ্রবদা ময়াই, ইথাইদগী হেন্না শাবা অচুনা মতুম অমা ওইনা ময়োনদা লৈহৌই। মাচুনা ঐখোইনা উরিবা নুমিৎ অসিনি। হক্তোকহৌবা খুদোপকুম্বা ময়াম অচুসু চহি লিশিং, লিশিং কয়ামুক লৈচুনা ২ লৈহৌরবদা মচি অমদা তংতুনা মকম অমদা পুলপ তিনখি, মাচুনা মতুম ২ ওনখি। মতুমচু অমামমনা থরানমচাক অচৌবা গ্রহ ওই। অচৌবা অচু গ্রহসিং অচুসু মাগী ২ ময়োন অচুনগী অমোক হক্তোকপনা মাঙোন্দা কোইবা থরানমচাক মচা ২ উপগ্রহ ওইহৌই। মাসুমনা ময়োন অচৌবা নুমিৎগী হক্তোকহৌবাসিং অচু নুমিত্তগী মথং মথং লাপখিবনা অহানবনি। অনক ২ পনা অকোনবনি। মরম অসিনা মাগী ২ মশা অচু অহান অহানবনা কাংবা হেলি, মাচুগী পরেং অচু নুমিত্তগী অনকপদগী হৌনা হাঙ্গরবদা, মাসুমনা পরেং ওই, নুমিৎ, বুধসকৈশ, ইরাই, লৈপাক, লৈপাকপোকপা, সপোগশেন, মাসিং লৈতবা অমা, অমসুং থাংজা অসুমনা মৈতৈরোন্দা মৈতৈপুরাণনা থোক্লি। গ্রহসিং অসিদা অমোক কোইরিবা থরানমচাক মচা ২—উপগ্রহসিং অচুদি মৈতৈরোন্দা মমিং খোল্লমদরে ঐখোইনা লৈরিবী লৈপাক অসিদা কোইরিবা অসিগীদি "থা" অসুম্না মমিং খোল্লমই।

## মৈতৈ পুরাণনা চয়োল তরেৎকী মমিং থোনব—

লৈপাক কৌবী গ্রহ—থৱানমচাক অচৌব অসিগী উপগ্রহ খা অসিবু লৈপাকী মথক্তা বা মীওইবনা যাম্না চাওনা অমস্মু নিংথিনা উবনা চুমিং চয়েনগী শরুক্তা মাবুস্নুং থুংলে। পাক্তা লৈবা মীনা মাথোইনা উবা মতমদদি "লেংদনা ময়াইদা মাগী ময়োন (কেন্দ্র) মথক্তা উরু ২ লৈদুনা লৈবা চুমিংপু" মাথোইনা লৈবা লৈপাকী অরৈবা লোংচং অদুনা ম ওইদুনা চংপাগুম উই। মাতুদি হিদা তোংবা মীনা হিগী খোংচংনা কংকান্দা গৌব বু চংপা ওইনা উবগুম্না চুমিংপু চংপনি হাঙ্গনা লৌরে। অদুগা ম স্নুম্না চংলি হাঙ্গনা বাসিং অদু অথু ২ বনা হাম্না ২ হাঙ্গৈরবদা মাস্নুম্না থোকই, মাদুদি—খা, য়ুমসকৈশ, ঈরাই, মিং, লৈপাকপোকপা সগোনসেল, অমস্নু থাংজা মাথোই তরেৎ অসি থোকই, তরেৎ সিদা চুমিংপুদি মাথোইনা লৈবা লৈপাকী মহুক্তা হাঙ্গৈথিবনি। অদুনা চংলি হাঙ্গনা বসিং অদুগী মরক্তা চুমিংকী খোংচগুগী থুবা হেনবা অদুম অমস্নুং, তপথবা অদুমনি। মকী ময়াই চুমিংপু অহানবদা নোংমাইজিং হাঙ্গনা কৌরে, মথংদা অথুবা অদুমগী হানবা খাবু নিংথৌকাবা, মথংদা অথিনব অদুমগী অহানবা লৈপাকপোকপা, মথংদা থুবা অদুমগী অনিস্নুবা য়ুমসকৈশ, অথিনবা অদুমগী অনিস্নুবা সগোনশেন, অথুব অদুমগী রোইবা ঈরাই, অথিনবা অদুমগী অরোইবা থাংজা অস্নুম্না চুমিং চয়োন তরেৎ অসি মতৈ পুরাণনা থোমলি। মাসিদা খংগদবদি চুমিং চয়োন পুম্নমক অসি মাগী ২ থোকক্তম মিং অসিগুম্না অযাবা ডাক্তনি। তৌইগুমস্নুং মরু ওইবা চুমিত্তগী তোঙানখ্রবনা মা খাইনা যাবা হস্তবা, অমস্নু খাদোক্রবা কুইরকপগী মতুংইম্না মাথোই ২ গী অযাবা অদুস্নু অরাং হেন নাইনবতনি। মাথোই পুম্নমক অসিনা চুমিংপু কোইসিন্দুনা চৎতুনা লৈবা মক্তম ম্নমক অসিবু চুমিংকী লৈপাক সৌরজগৎ অস্নুম্না কৌই, মাসিবু ব্রহ্মাণ্ড অমা হাঙ্গনা খংলৈ।

## সৌরজগৎ—চুমিংকী লৈপাকনা থোরকপগী পরেং খংনবা—

সৌরজগৎ অসিনা মাস্নুমনা থোরকপা অসি চহি অস্নুপতা থোরকই, হাঙ্গবা চহি ক্যোটি কাটি কয়ামুক চংথিবনি, মাসিবু কনানিংথৌগী কুম্বাবদা ইংখৌদুনা মাসিগী মথংদা মাসি থাকখি, মাসি ওইরম্বদগী মাস্নুমনা ওইরকই, হাঙ্গবা কনানা খংই, অস্নুমনা চাঙ্গবদা মথাদগী হেতু ময়াম অসিনা মরম ওইদুনা অসিংবা য়াথন তৌবসিংনা ইরাইলাইনা খংই, মাদুদি——

( ১ ) অরাপ্পা এংনবা লিকলিগী উতোংনা এংবদা অতিয়াগী করি করিগুম্বা মক্তমদা অযাবা লৈচিন অমস্নু থৱানমচাক মতুম ময়াম লৈবা অদু খংবা ঙমই।

( ২ ) পাক্লবা অতিয়া পুম্নমকী মথুংদা করি ২ গুম্বদা য়্রামনা শাথ্রবা মতুম অমাবু

ময়োনদা থন্নপা মাগী অকোইবদা মাঙোন্দগী হন্থবা মচু মুনয়ং ভৌবা মতুম ময়াম্না কোইসিন্দুনা চৎপা ঙানবা উই।

(৩) ঐখোইগী হুমিংকী লৈপাক—সৌরজগগী থাংজগী—মশাদা মতুম মচা ২ কম্না-মুকনা খুদোপকুমনা থাংজবু কোইসিনবা উরগাসু অহানবদা গ্রহসিংনা খোরকপগী পরেংবু ইরাই লাইনা নিংসংবা য়াই।

(৪) সগোলসেনপা ঈরাইগা অনিগী মখা অসি মুগা এংলপা ঐখোইনা লৈরিবা ভাইবংপানগী মতমনা মৃৎথ্রবা পরেং অদু মুম্না নৈনবা য়াই।

(৫) ঐখোইনা লৈরিবা লৈপাক অসিদা মৈগৈচিং, সমুদ্র, হুসিংকী মপৈ অসিনাচিংবা মহৌশাগী মশক অসি এংলগা থংবা ঙমই, ভাইবং শেমগৎপগী মথং মনাউ অসি কবিনা পংশেম শেমজিনবা নত্তে ঐখোইনা লৈরিবী পৃথিবী অসিনা অহানবা ওইরম্বা মওংদগী মথং মথং হোংলক্লুনা হুজিক ওইরিবা মওং অসি ফাওবা ওইরকপদা মাগী লৈরোন অসি কয়ারক হোংথ্রবগে হাঈবসি চাওরবা পাক্লবা অতিয়া অসিদা এংলগা ভাইবং শেম্বগী পরেং অসি ইসু সুনা হুজিকসু ভৌরি। মচি অমদা শেমগৎপা মচি অমদা ময়াই চল্লকপা মচি অমদা লোইরবা মচি অমদা মুংখিবা পুমনমক অসি উবা ঙংই, মাতুদগী—ভাইবং শেমগৎলকপগী অমম্নং মুৎপগীসু পরেং অদু খংবা ঙমই।

### সমুদ্র অমসু অচৌবা কংদবা পাৎ—

ঐখোইগী পৃথিবী অসি ওনলকপা অচৌবা অচাকপা মৈতুম অদুনা চহি কোটি কোটি চুপনা অষাবা অদু থাদোক ২ তুনা মমৈদদি মথক থংবা শরুক্তা মথৈ অকনবা অমম্নং অষাবা লৈপাক ওইথি। মাসিমক্তি নংসিনলবা অমসু অরুম্বনা তিল্লবা মৈথুনা ঈংথরক্লবদা মথকথংবা শরুক্তা ঈসিংগী মনিল অষবনা থল্লবা হুংসিংকী অয়াংবা মৈথু ময়াম লৈহৌই। লৈপাক মথকনা মথং ২ ঈংথরকপা অতুদা হুংসিংকী মগুলদা লৈবা অশাবা মনিনসিং অতুনা নংসিল্লক্লুনা অষাবা নোং ওইনা লৈপাক মথক্তা তারকই—ঈসিং অশাবগী নোং চুখি। মাতুনা লৈপাক মথক্তা অকুৎপা মফমদা তুংতুনা সমুদ্র অমসু অপাকপা, অচৌবা কংদবা পাৎ ময়াম ওইখি। অদু অদুগুম্বা ঈসিং অবাবগী সমুদ্রদগী অষাবা ঈসিংগী অষাবা মনিন হাঙৈগৎখিতুনা অতিয়াদা অমোক ইথন থল্লি, মাতুনা অমোক অষাবা ঈসিং ওন্দুনা অমোক ঈসিং অষাবগী নোং তাতুনা মাসুমনা চহি লিশিং লিশিং কয়ামুক চুপনা লৈরমই।

মতম অসিদা ঈসিং, হুসিং অমসু লৈপাকনা মাখোইগী হিংনবা ওইবা জীবপানবা পোৎ অমত্তসু লৈপাকী মথক্তা লৈবা য়ারমদে। মতম অতুদা লৈপাক মথক্ত সিনথুনা অচৌবা অপিশক ওইবা মৈগী চিংয়াম্না থম্না লৈতুনা মৈ কাগথোকপা মৈগী নেংতাবা অসিতা ওই-রমই। মাতুম্না ভৌবা অতুনা করিগুম্বা মকমদনা লুথ্রবা সমুদ্রগী মনুংনা মকোক থিনগৎ-

লক্‌না চিংদোন ওইরমই। করিগুম্বা মকমনা য়াংল্লবা চিংনা কিম্থাত্না লৈমুংদা চংখি, সমুদ্রদাসু লুপখি। মাসুম্না প্রকৃতিগী লীলা অসি তৌদুনা মতম কুইনা লেনখি। মাত্না য়াম্না কুইখ্রবদা চনর্থরকলে অম'বা অমসু মহীচেনবা পৃথিবীগী মথক অসি ম্‌ং ভাক্তনা কুপখি, মতম অদুদা সমুদ্র পুম্নমক অঙ্গংবা ঈসিংমক্তা লৈরে, মুংসিংসু ঈংলে, থরাইপানব লৈবা য়ারে।

টৈলপাক মৃত্তিকা অমসু টৈলপাকী মকু—

মাদুগীতুংদা অকনবা নুমিৎনা তত্তুনা রৈবনা চিংগী অতুম্বা মস্তোনতেক্‌না কিস্থবা অমসু নোংগী ঈসিংনা চামথোক্‌না চেনথবা—তুরেননা চেনথবা অসিদগী নুংকুপসিংনা অকুং ২-পাদা কুমথরক্‌না মথং মথং ঈসিং অমসু নুংসিংকী পাঙ্গননা কৃপখ্রবা উকুংল ওইখি। উকুল লৈভোইসিংবু ঈসিংনা পুদুনা ২ নুংসিং অদুগী মথক্তা কমজিমলকপদা লৈখোমগী মপৈ অমা ওইখি। মাদুনা কংসিনলক্লগা লৈপাক-মৃত্তিকা ওইদুনা চংগী মথক্তা লৈপাক লৈরে। মরম অসিনা ঐখোইনা লৈরিবা লৈপাক অসি থরদং তৌথরগা লৈপাকী সরুক লাইদুনা নুংভাক্তা ফংই। অদুনা লৈপাক অমসু নুংময়াম, অনি অসি অঙ্গংবা মরোননি, মরোন অনি অসিনা তিনসনলগা মাইল ৫০ রোম থাই, মাসিবু লৈপাকী মকু অসুম্না পিথিংসিংনা কৌনৈ। লৈপাকী মকু-মরোন অনিগী মখাদা করিনৈ?

ঐখ ইনা মথকী য়াহৈসিং অদুদা উনখার, অগানবদা মৈরিক অয়াংবা ভাক্তা ভাইরমই। মতুংদা মাদুসু মতুম তারকই, অদুগা কনসিনলকই। ম'সিদগী ফংবা ভমই, মাদুদি—লৈপাক-মৃত্তিকাগী নুংনে মথন অনি অসিনা ওইবা মকু অসি ওনখিবা পোৎশক অদু ওবা পোং মথন অমা লৈমুংদা লৈতে। ঐখোইনা হুজিক অতিয়াদা পাইবা মৈবীগী পাংশক অদু লৈপাক্তা তরক্‌না ফংলে মাদুদা পরীক্ষা তৌদুনা এংলগা উরে, মাদুদা খোদুনা থংবা ভমল্লবা পোং ভাক্তা ভাই। অদুনদি লৈমুংদা করি লৈ হাঙ্গবদু ঐখোইনা সুম্না খি, মাদুদি—

করিগুম্বা লৈমুংদগী ফংবা খনিগী পোংপু মাদুদা করম্বা ধাতু দ্রব্য য়াউবগে হাঙ্গনা গে হাঙ্গরবদি, পোংঅদু মকুপ ওইহল্লগা মহি ওইহল্লগা পাত্র অমদা হাপলবদি অরুম্বা কনা মখাদা ফমই। পোৎসিং অদুগী মরক্তা অয়াং অয়াংবনা মথক ২ থংনা তুংই। নদি মযেকনা তারে। অদু'ও পৃথিবী অসিনা মহী ওইরিঙৈ অদুদা অরুম ২ বা কোরি মিশি, সনা মখোই অসিনা পৃথিবীগী মরোন অদোমদা চংখিদুনা থরা ২ য়াংবনা ২ তা কাদুনা মথং মথং লৈখি। মরম অসিনা ইথাইগী মথক্তা ইয়াং য়াংবা লৈপাক ত্তিকানা মথক্তা ইংনা লৈদুনা মাদুদা থরাইপানবা জীবনা লৈবা য়াই।

টৈলপাক-পৃথিবীগী সাগৎলকপা পোৎশক—

না অমসু য়োং অসিনা অরুম অরুম্বা ধাতুদ্রব্যনা লৈপাকী মরোন কেন্দ্ররোমদা

চংসিনখি। মাহুক্কী পরেং অহবু মাস্নুম্না হাঙ্গবা য়াই, মাহুদি—পৃথিবীগী মরোন অহুদা অহানবদা য়ামখ্রবা সনামক্কগী মপৈ লৈ. মথংদা য়োংকী মকোই. মাহুগী মথক্কা মুং অমস্নুং লৈপাক-মৃত্তিকাগী মকু, মাহুগী মথক্কা ঈসিং, পুন্নমক অসিগী মথক্কা মুংসিংকী মকোই লৈ।

লৈপাক--পৃথিবীগী মরোনদা সনা অমস্নু য়োংনচিংবা লৈ হায়বসি খংনবা উপায় অমদি পৃথিবী অসিগী পাকপা খাবা, অমস্নু মকোই অসি ঐখোইনা গণিতকী পাজলনা খংই, মাহুক্কুম্না মহাকী মরুমস্নু খংবা ঙমলে, মাহুদি— ঐখোইনা লৈরিবী পৃথিবী অসিগী মরুমদি মন ৪২৪২৭,০০০,০০০ ০০০.০০০,০০০.০০০, ওনি। পৃথিবী অসি মচাও অসিনা মুপনগী লৈবাক মুংতা ওইরগদি মাস্নুপ য়াম্না লুমলোইদবনি, অহুনা মুং লৈপাক্কগী হেন্না লুম্না য়োং—সনানচিংবা অরুম্বা ধাতু ময়ামনা মাগী মপুক মনুংদা লৈ হাঙ্গবা খংই।

লৈপাক পৃথিবীগী মকু-মৃত্তিকা-নুংগী মরক্কা সনানচিংবা য়োং ধাতু ফংবা—

য়াম্না খাবা লৈপাকী মরোনগী মপান্দা মাইল ৫০ রোম থানা মুংগা মৃত্তিকাগা অনিগী মকুনা য়োম্বা অসিদা মুংগী সরুকনা য়াম্বা হেন্নি, মাপোইনা ওইরক্রবা মতুংদা মৈগী চিং য়াম্না পোকখাইতনন্তা লৈবা মতমদা লৈনুংদগী অচাকপা মহি চেনবা সনা য়োংনাচিংবা অহুনা কামথোকলকপনা লৈপাকী মকু মুংসিংগী মরক মরক্কা সনা, য়োংনাচিংবা ফংলিবা অসিনি। অহুগা লৈপাকী মকু মুং মৃত্তিকাদা লৈনুং মৈতাল অমস্নু খাপ্পনাচিংবা ফংবা অসিদি লৈপাকী মথক্কা থরাইপানবা জীবকোবা পোংশকনা পোক্রবা তুংদা পোকপনি।

ইথ্বাইদগী হেন্না কুইরবা লৈনুংগী নুং—

ইহান হানবদা লৈপাক পুন্নমক্কা অখাবা মতিচেনবা মতুম ওইরিঙৈদা মথক ২ না ঈংথবা হৌরকপদা ইংরাইগী মথক্কা অহানবা ওইবা নংসিনলকপা মকু অহু মৈগী মুং ওইখি, হুজিক মৈগী চিংদগী কামথোকলপা পোংসিং অসিনা ঈংলপা মৈ মুং ওনলি, মাহু থুগাইহনা এংবদা ফংই মাহুদি লিকলাই, রাং চাম্না য়াউবা মুং মথল অমনা ওইবনি ( অভ্র শীলা — Granite ) মুং অসিনা ইথ্বাইদগী কুইরবা মুংনি।

মথক্কা হাঙ্খ্রবা লৈপাকী মকু মুং অসিনা ওইথংলকপা মতমদা মশা পুন্নমক অসি খাবা মক্কনা মথক্কা থরাইপানবা জীব পোকপা য়াবা মচাক লৈরমদে। অহুগীতুংদা লৈনুংনা মৈবা হনথরকলবদা লৈবাকী মকু-মৈগী মুংগী মকু অহু কনশিনলকই, অহুদগী মুংগী মপৈসিংনা কাইহনা মকুপ ওইরকই। মাহুগী মথকতা চহি কোটি কোটি চুপনা মুংসিংতা পোংশক কয়ামুক অসি পোকলমই, মাহুদি মুংসিংকী $\frac{1}{2}$ + লৈপাকী মৃত্তিকাগী $\frac{1}{4}$ + ঈসিংগী $\frac{1}{4}$ + অতৈ অতৈগা তিন্নরগা থোকপা মচু, মনম, মহাও লৈতবা মরু ওইবা পোং অমা থোকখি, মাহুবু অম্লজান ( Oxygen ) কৌই, মথংদা অম্লজান সরুক ৩২, মৈতালগী সরুক

২ না ওইবা মুংসিংকী পোং অমা, মাবু অঙ্গারাম্লজান (Carbondioxide) কৌই, কনবা কুংসিংনাপুবা নোং, লিক্লাভাবা, অমসু মুমিংকী মঙান পুম্নমক অসিনা তিনসিন্দুনা ইবা মৈগী নূং মপৈগী য়াংল ২ বা মতোনসিংনা কাইদুনা তোইদুনা মৃত্তিকা ওল্লি।

মুমিগী লৈবা অম্লজান্না মৈনুংগী করি ২ গুম্বা শরুকা তিন্নরগা অশাবা পোকই, মাদুনা .গী মশা ফজোকই, মাদুনা মৈগীনূং পোকথাইদুনা কাই।

অঙ্গারাম্লজান্না নোংগী ঈসিংগা তিন্নরগা লৈপাক্কা তারকই, অদুগীতুংদা মৈনূং অকাইবা রক্কা চংখি. মাদুদা মৈনুং অদুগী পোংশক করি করিগুম্বগা য়ান্নরগা মুমু মুংগুম্বা অথোংপা জাং অমা পোকথংলকই। মাদুনা মথং ২ অমেংবা মনম মুংশিবা সজোম মপান মানবা পাং অমা থোকই। অমসু গুহাগুম্বা অচৌ অচৌবা সমুদ্রগা সন্নবা পাংচাউ ওইথংলকই।

মৈগী নূংসিংগী মরক্কা নোংগী ঈসিং চংখিবনা তুংলুদুনা নূংশিত্র কাইগনবা মথং মমগংলকই। মাদুগীতুংদা লৈঙোই চেনগা অকনবা মুংসিংনা কুবনা চিংগী মশাদা ময়েং বা পোকই, মাদুগী মথক্কা লিস্রাভাবনা চেনসিনখিদুনা চিংগী অকাইবদা তুংবা ঈসিংগা চন্নাদুনা উন ওল্লি। উন ওইরগা চাউথংলি, অদুনা মাবু য়োমশিবা চিংগী মশা পোক-ইরক্নুনা তাই।

## লৈঙোইগী নূং

লৈপাকী মথক্কা ঈসিংগা মুংসিংকনা তিন্নদুনা তোরকপা থবকনা থুগাইবা হাঈবা থবক সি তোরকই। মাদুদা চিংগী মতোনসিংগী থবকতি কিন্থবা অদুতনাসু লোইদরি। মৈগী ংগী কাইবা মকুপনা মৃত্তিকা ওল্লকই। নূংকুপ. ঈসিং অমসু মুংসিং মাসিগী ঈচেনদগী নেম্বা লৈপাক্কা কুমলক্নুনা পাং অমসু সমুদ্রদা তিতৈ; মাদুবু মপানগী লৈরোম্না চপ-ল্লগা লৈঙোই পলিগী নূং ওল্লি। লৈঙোইগী অসিগুম্বা নূং অসিগী মুমু নূং, লৈঙোই ং, লৈতান অনপ্পা, খোড়িমাটি, লাইখি, অসিনাচিংবা অসি থোকই। মাখোই অসিনা নরোন অমা ওইদুনা লৈগুংদা লৈ।

## অনপ্পা লৈপাক –

মৈগী নূং মকুপ য়ামনা কুপ্পনা লৈনাং মপৈ ওইদুনা মকম অমদা পৈথংলগা মাগী ক্কা য়ান্না চপাসিনগক্লবদা নংসিনলক্নুনা ঈসিং য়াউদবা কনসিল্লবা অমা ওইদুনা অনপ্পা লতান লৈ। মাসিদি ঈসিং য়ুদে, অদুনা নোংগী ঈসিংনা লৈপাক্কা তারগা লৈমুং চংখিবদা কম অসিদা চংখিবা ঈসিং অদু পৈদুনা লৈরুই। মাসুন্না লৈবা ঈসিং অসিদু গুহা তাদুনা নত্রগা উতোং হুকতুনা মীওইবনা ঈসিং ভাংবা লমদা লৌরিবা গুহাজল অসিনি। নুম্বা লৈতান অসিনা সাবা চোক্তি য়ান্না কৈ।

## খোড়িমাটী অমসু সুম্ন নুং

সমুদ্রদা লৈবা অসিবা ওাগী মকনা সমুদ্র মনুংদা লুপ্‌ুনা পৈশনখিবনা মথক্তা লৈবা ঈসিংগী অরুম্বনা নমথছুনা খোড়িমাটী অমসু সুগুগী নুং ওল্লি।

### লৈনুং মৈতাল ( কয়লাপাথর )

খাইনা কুইগ্রবা মতম অমদা হৌরম্বা উ ব্রা মরাম সিখিবগী মথক্তা লৈত্তোইগী নুংনা চপসিন্দুনা নুং ওল্লবদা মৈতাল—কয়লাপাথর ওই।

### থ্‌ুম।

নুংদা লৈবা অয়াকপা শরুকপু নোংনা চামছুনা চেনখিবনা সমুদ্রদা তারুই, পাটসিংদা তারুই, মাছুদগী ঈসিং সরুকনা কংখ্রগা অয়াকপগী মখেনা লৈহৌবনা থুম অয়াকপা ওইহৌই, মাছুদি থুমোকতা হাপ্পা উংপু ঈসিংনা চামখোরুগা তাখিবা ঈসিংনা উতি ওনবা অদুগুম্বনি সমুদ্রদা তারুবা ঈসিংসিং অদু মনিন ওইনা কাখংখিবা মতমদদি ঈসিংগী সরুক্তা কাখি, মাগী অয়াকপা অদুদি পৈশিনহৌবনা মতমগী মতুং ইরা অয়াকপা অদু অসুম ২ হেক্কংলক্‌ুনা য়াক্লবা থুমহিগী মশকনা সমুদ্রদা লৈহৌই, অদুনা সমুদ্রগী ঈসিং অসি কুইর কুইরগা থুমগী সরুক অসুম সুম লৈহৌই। মাসুম্না চিংখোংদাসু চিংগী অয়াকপা সরুকপু চুমথবা ঈসিংনা চিংখোংদা তাবা ঈসিংনা পাইথংখ্রগা পুগা ভুংহৌবা অয়াকপনা য়ামসিনলক্‌ুনা চিংখোংদা থুমহি—অয়াকপা ফংলিবা অসিনি। মৈগী নুং অমসু লৈত্তোই নুংগী মকুপনা অনৌ হনৌবা নুং শেমগংপদি হুজিকসু লোইনরি মাসিদি হুজিকসু তৌরিবনি।

হসিগুম্বা কাইবা তেংইবা অসিনা ওাগাক্তা ভংতনা তৌবনা চাউরবাচিংগী মতোননা তুমশিনলকই, মাছু ঈচেননা পুখিছুনা সমুদ্রদা তারুই, নুংকুপসিংনা পুনপ পৈরু পৈরুছুনা য়াংখংলক্‌ুনা সমুদ্রগী মনুং থনগংলকই মাসুমনা চহি কোটি কোটি চংলকলবনি। অদুমনা তৌছুনা পৃথিবীগী মথক্তা অতোংবা পুমনমক অসি থক লোইনা ভুমদে।

করিগুম্বা মকমদানা লৈত্তোইগী ভুংগী মকুপনা পৈশিল্লক্‌ুনা মাগী অরুম্বনা লৈপাক অসি নমথরকই। করিগুম্বদানা চাউর চাউরবা চিংগী মশা মতোন অদু ভুমসিনলকপনা মশা অদু য়াংখোকলকই, অদুনা কিরেপতা হৈনখংলক্‌ুনা য়া খংলি। অসিনা অকাইবা হাইরা অসিদি মচি অমদা চেক্কংপা হৌনবিনি। অসিগুম্বা রু ইবা তোইবা অসি তৌরমল্লবদি লৈপাক লৈত্তোননাচিংবা অসি লৈরমলোই, মাছু লৈব্রবদি উ ব্রা পোকপা য়ারমলোই, উ ব্রা পোক্‌ুবদি থরাইপানবা লেংই পাল্লিবা অসি লৈপাকী মথক্তা পোকলমলোইদবনি।

অসিগুম্বা লৈপাকী লৈরোন মথং মথং শেমগংপা অম্রিবু মৈতৈগী পুরাণনা হাইবা মওং অদু মত্তাসুবা পন্দুপতা খুদমগী হমক থরা লোখংখ্রবা অদুনি। মাছুদি মাসুম্বনা শেমগংপা লৈরোন অদুবু সংসংনা উবা অমদগী মৈতৈগী পুরান শেম্বাসিংনা তাছুনা অহন

অমনা তম্ব পাস্ত চান্নবা তারগা মচিন য়াংলবা অতাং মরোন সুদরিবা অমনা তম্বাগুম্না সুনা চাঈবা হৈহত্নুনা শেম্নজিন সাজিন্দুনা পাংতাং তাংবগুম্না মৈতৈপুরাণকারনা ইরম্বনি। মাখোইদা পাউতম্বাদি কনানো? হাঈববু ঐখোইনা মতাং মত্তাংদা চাংদমনখ্রবা অত্তুনি বেদগী তাবনি। বেদ অত্তবু মুন্না হৈহৌদত্তুনা মমান মশা ওইনা মৈতৈ পুরাণকারনা হাঈবনি। বৈজ্ঞানিকসিংগী অনুভব ওইবা লৈশেম্বগী রা পূরমক অসি ঐখোইগী লনগে ওইবা খগবেদদা পুলপ সুনা লৈ। মাহুদগী অর্থ থংদহুনা ভারতকী মচী ২ দা খুন্দাখিবা আর্য্যগী মচা কাংবুনা মানা ২ তারু ২ বা মকমগী মরোনগা ভাবকা য়ানখাইনহুনা অসিগুম্বা মৈতৈগী পুরাণগুম্না রারি ময়াম অসি খোংখিবনি। মাসিগী মরমদা বেদদা প্রত্নতত্ত্বখিবা পণ্ডিতসিংনা উনরি।

## পৃথিবীগী লৈমাইদা থরাইপানবা থোক্লকপা—

করম্বা পোংশক্তা থরাই অমসু মাগী পাঙ্গল লৈবগে হাঈনা খিরবদা পুম্নমক্কগী মানা পিকখ্রবদগীনা হৌহুনা থরাইগী লৈকম খুদিংদা এংবদা ফংবা পোং—থরাইতুংকম অহু পোং মতৈগা মান্নদবা মথন অমা ফংই, তৌইগুমসুং মাহু লৈবা খুদিংদা থরাই লৈবদি তৌদে, অর্থাৎ থরাই লৈরবদি পোং অহু লৈ, পোং অহু লৈরবদা থরাই লৈতবসু য়াওই, মাতদি থরাইপানবদা মাহু সোইদনা লৈদি হাঈববু থরাইপান্নবা লৈপাক্কসু থরাই লৈকম পোং অহু ফংই। অহুনা থরাই হাঈবসি করম্না পোং অহুদা পোকপগে, থরাই হুহুনা মাংখ্রগা দাইদা চংখিবগে হাঈবা হুজিক ফাউবা বিজ্ঞাননা খিবা ফংদে। মাসিদগী চান্ননা থংবা হুম্বদি ঐখোইনা লৈরিবী লৈপাক অসিনা থরাই লৈকম পোং অহু থোকপা য়াবা মৎ ওইদরিভৈদদি মাগী মথক্তা থরাই পানবা পোং অসি লৈরমদে, কাইনথংদা পৃথিবীগী লৈমাইদা থরাইপানব পোকলকই।

থরাইপানবনা পোকতরিভৈদা চিঙ্গাকনা হান্না পোকই। থরাইপানবগী হকচাং অসি চিঙ্গাকনা ওনবনি। অহুনা লৈপাক—মৃত্তিকা, ঈসিং অমসু মুংসিং অহুম অসিনা লৈরবা মদা পৃথিবীগী লৈমাইদা থরাইপানবা পোকই। হাঈখ্রবা পোংলুম অহুমদগী ভুমিংকী ভানগী পাঙ্গন্না থরাইপানবনা মাগী হিংবনবা পাঙ্গল পৌহুনা পাম্নি।

লৈমাইদা লৈখোম লৈয়বদা মাতদা ভুমিংকী মতাম্না থজিত্তং শারগা থরাইগী লৈকম পোং অহু পোকই, মহাক্কী মপুং ফাননবগী দমক মুংসিগুগী ফংবা মৈতালুগী শরুক লৌশিনদি না থরাইগী লৈকমগী মপুং ফাহনবা পোংশক অমা থোরকই। মাহুদি উ, রা নাপি দা উম্নিবা অসংবা মচু অহু পোংশক অহু লৈবগীনি। পোংশক অসিনা থরাইগী মদা পোক্তরবদি উ রানচিংবাসিংদা থরাইগী লৈকমগী চাওখংপা ওইরোইদবনি। মাসুম না ঈসিং, মুংসিং অমসু উ রা নাপি সিংবী সিংদগী মচিঙ্গাক লৌহুনা চাবা য়ারগদবা

মতম কংলবদা কোয়া চিঙাকসিং অদুনা ওয়কপা অনৌবা থরাইপানবগী লৈকম থোরকই, লৈকম অদুদা থরাইগী তুংকম সুংসাহোনবা চংদুনা অচিংবা—জীব পোকখি।

## থবাইপানবা শেম্বগী মথং মনাউ।

মতম অসিগী বিজ্ঞান হৈবা পাণ্ডতসিংগী কুপনা এংসিনবা অমত্তুং অমগা অমগা চাংজন্নবা অসিনা তাইবংশেম্বগী মপানগী পোং উরি তারিবা থংলিবা পুন্নমক্তী মরু ওইবা পুন্নমকতি পুথোকপা ঙমই। অদুগা অদুগুম্বা পোং পুন্নমক অদুগী মরক্তা চংলিবা কুপথ্রবা পোংশকসিং লৈবা অদু থংগে হাঙ্গৈরবদি আর্য্যঋষিসিংগী লাইরিকপু য়ায়া নিংথিনা নৈনবা তাই। জীবগী মপানগী পোংসিং অসিতা থংবনদি থাঙ্গৈশেংনা থংবা য়াদে, থংনিংলবদি সৃষ্টিবিদ্যাগী লুপ্রবা মকম তায়া চংসিনবা নত্তনদি উপায় লৈতে। মাদু পুন্নমক অদুদি ইতিহাসগী মথৌ নত্তবনিনা ঐথোইনা থাদোকলে, অদুগা মাথোই অদুনা থরাইপানবদা মথং মথং ওইরকপা পরেংগী মথং মনাউদি ইতিহাসগী মচাক অমনি, অদুনা মতাং অসিদা মাদুস্তু থরদং পৌরপ তৌনা নৈনরি। তাইবংপান অসিগী মরুংদা ইংল্যাইদগী পুমহেন হেনবা পোংতি মীওইবগী হকচাং অসিনি। অদুনা হকচাং অসিবু বিচারগী পাঙ্গননা থুগাইদুনা কুপনা এংলরবদি, তাইবংপানগী মরুংদা থরাইপানবা কৌবা পোং অসিগী ওইরকপগী মথং মনাউ মরমদা থংননবা সুংঙাইররা লম্বেন অমা কংই।

### কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা অমসু জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা।

চিন, খুৎ, খোং, টসিংখোং অমসু শৌচখোং, মঙা অসিবু থরাইগী ছিংননবা পান্দূনা লৈবা য়াননবা শেম্বা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা—থবক তৌনবা খোং মঙা কৌই। মিৎ, না, নাতোন, লৈ, অমসু উন মঙা অসিবুনা জ্ঞানেন্দ্রিয়—থংননবগী খোং মঙা কৌই। মাথোই মঙা অসিদা তোংদুনা জীবনা পোং পুন্নমকপু থংবা ঙমই।

মিৎ হাঙ্গৈরগা ঐথোইনা মপান্দা থংনরিবা অসিবুনি অশুয়া থনকদে। মহাক্তী মপাঙ্গননা মরম ওইদুনা মপান্দা পান্নিবা মিৎ অসিনা উবাংম্বা অতগুম্বা অকুপ্পা অদুবু মতাং অসিদা মিৎ হাঙ্গৈরগা থংনগনি মাসুম্না ইন্দ্রিয় অতৈবুসু থংনগনি ( ইন্দ্রিয় অতৈসু অকুপ্পা ঙাক্কনি )।

### প্রাণ মঙা—, পাঙ্গন মঙা—

প্রাণ, অপান, ব্যান, সমান, অমসু উদান মঙা অসিবু প্রাণ মঙা হাঙ্গৈবদি পাঙ্গন মঙা কৌই। মাথোই অসি পাঙ্গন মথন অমামমনি, মাদুনা থবক্তা সিজরৈ। মাদুদি ঐথোইগী মালৈবগী পাঙ্গননা সুংসাম্বর হোন্দোক হোঙ্গিন তৌবা ঙম্লিবা অদুবু প্রাণ কৌই। থরাই-পানবনা মলমূত্রবু চংথোকহন্নিংবগী থাংজমদবা অমা ওইহন্নিবা পাঙ্গন অদুবু অপান কৌই।

গী পাঙ্গননা মরম ওইদুনা হকচাংগা লৈবা মুংসিংনা হকচাংগী কোনসিনবা, তিংখোকপা রশিবা অদুবু ব্যান কৌই। মাগী পাঙ্গননা খোউদৌদা লৈবা মুংসিংনা চানিবা থকথিবা প্রমকপু পুথবা অদুবু সমান কৌই। অমসু মাগী পাঙ্গননা মরম ওইদুনা খৌরিবা লৈবা ংসিংনা মিৎনাচিংবগী উইসিনবা পাংখোকপা ত্তৌরনলিবা অদুগুম্বা পাঙ্গন অদুবু উদান চৌই। প্রাণ মঙা অসি মশা অমগুনি, মাবু মঙা খোকনা থাইদোকলুবদি পাঙ্গন অদুবু নজিয়রিবা মুংসিৎসিংগা লৈকম তিন্নবনা থাইদোকপগনি।

## মন, বুদ্ধি, চিত্ত অমসু অহঙ্কার—

মাসিদি অদুনি, অমসু মাগরা অসুম্নাখনবাবু মন--পুকনিং কৌই। পুকনিংনা খনগাবু সিনি অসুম্না লেপ্পাবু বুদ্ধি—লৌসিং কৌই। পুকনিংনে লৌসিংনে অসিনা খনখ্রিবা লপখ্রিবা পুম্নমক অদুবু হাপ্তুনা তুংলিবা মকম অদুবু চিত্ত—খমোই কৌই। অমসু পুকনিংনা খনলিঙে অদুদা থম্লাইনা মাসিদি ঐনা ত্তৌরিবনি ঐনা থম্লিবনি অসুমনা নিংলিবা অদুবু অহঙ্কার রাখন কৌই। মাসিদা থংহৌগদবদি মন, বুদ্ধি চিত্ত অমসু অহঙ্কার হাঈবা মরি অসি মন—পুকনিংতগী মওংগনি অর্থাৎ পুকনিংগী মতম ২ গী মওং মরিনি অসুমনা লৌনগনি।

## সূক্ষ্মশরীর—লোইনব,—

কর্মেন্দ্রিয় মঙা, জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা প্রান মঙ', মন, বুদ্ধি মাখোই তরাওরেং অসিবু মীওইবগী মশাদা লৈ হাঈব থংই, মাখোই তরাওরেং অসি পুলপ তিন্নগা সূক্ষ্মশরীর—লোইনবা অসুনমা কৌই। মাসিনা হকচাংদা লৈরিঙৈদা হিংবা, চৎথ্রগা হকচাংবু সিবা কৌই।

## কুয়োম—কোষ মঙা,—

চাখিবা পোংনা ওনবা অসিবু হকচাং কৌই, অদুনা ঐখোইগী মপানগী হকচাং অসিবু অন্নমা—অচাপোংনা ওনবা কুয়োমনি হাঈনা "অন্নময় কোষ" কৌই। কর্মেন্দ্রিয় মঙা অমসু প্রাণ—পাঙ্গন মঙাগা সুপনগী তরা অসিবু পাঙ্গনগী মশক ওইবা কুয়োমনি হাঈদুনা প্রাণময় কোষ কৌই। অমোকসু কর্মেন্দ্রিয় মঙাগা মনগা মাখোই তরুক অসিবু পুকনিংগী মশকনি হাঈদুনা মনোময়কোষ কৌই। জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙাগা অমসুং বুদ্ধিগা মাখোই তরুক অসিবু সুপনগী থংবতগী মশকনি হাঈদুনা 'বিজ্ঞানময় কোষ" কৌই। অমসুং মীওইবতদা লৈবা অহঙ্কার—রাখন হাঈব অসিনা লৈব মরমদগী মীওইবনা ঐনা ত্তৌবনি হাঈবা থংব ঙমই, অদুনা অহঙ্কারবু "আনন্দময় কোষ" কৌই, মথক্তা হাঈখ্রবা পোংশকসিং অসি থংলগা জীবনা খোরকপগী পরেং অদু থংনৈ।

## কুয়োম মণ্ডা লৈবনা জীব মখন মণ্ডা থোকই,—

থম্বাইপানবা হাঙ্গইহসি মখন মণ্ডানি, মাঁহুদি লৈপাক্কগী পোখাইহুনা হৌবা উ য়ানচিংবনা অহানবনি। অনিস্থুবনা মনিন—হুমাংদগী পোকপা, তিম্নাচিংবনি। অহুমস্থুবনা মরুমদগী পোকপনি। মরিস্থুবনা নাওয়োম্না য়োম্বা শানচিংবনি। মণ্ডাস্থুবনা—অয়োইবনা মীওইবনি।

## পোকখাইহুনা হৌবা জীব,—

কুয়োম মণ্ডা অসি থম্বাইপানবা খুদিংদা লৈ, তৌইগুমস্থুং অতোনবা থম্বাইপানবাসিংদদি কুয়োম মণ্ডামক স্থুনা ফোংদোক্তে। উনাচিংবা পোকখাইহুনা লৈপাক্তা হৌবা জীবদদি স্থুপনগী কুয়োম অন্নময় কোষ তা কোংনা পাম্লি। অতৈ মরি অহুদি থুপনা লৈ। অহুনা মকম অমদগী অমদা চৎপা ঙমদে। অহুনা মাখোই অসি চত্তবা জীব কৌই। মাখোইনা মচিঙ্গাকীদমক মথক্তা অমস্থু লৈম্নুংদা চংলি। মাখোইদি স্থুপনগী শোকপতা থংই।

## কুয়োম অনি পানবা জীব,—

মনিন হুমাংদগী পোকপা তিনকাংগী মপোক্তা অন্নময় অমস্থুং প্রাণময় কোষ অনিগী ফোংদোকনা পানবা উই। অহুনা তিনকাংনা মকম অমদগী অমদা চংপা ঙমই। অমস্থুং মাখোইদা প্রাণ ( পাঙ্গন ) লৈরবনা মাখোইগী মশাদগী মহামারীনচিংবা লাইনা থোক্কুনা অতোপ্পা জীবসিংবু সিহনবস্থু ঙমই। অহুগা মাখোইগী মশাতদগী ( অনি তিনসিন্নবা তৌদনা অমত্তনা ) থম্বাই য়াম্না খাইদোক্কুনা য়ামহনলি ( হয়িং অমনা মিনিট অমদা মাগুম্না মশিং য়াম্না পোকখোকপা উনরিবা অহুগুম্বনি )

মাখোইদা প্রাণময় কোষদি ফোংনা লৈরগা মন ( পুকনিংদি ) কোংদোক্করি। অহুনা নিংবা, পাম্বা, খৌরাংবা অসিনচিংবা পুকনিংগী মচং য়াওদবনা মাখোইদা খোং, খুৎ, চিন, গুহ্য, ঈসিংথোং অসিনাচিংবা থবক তৌনবা ইন্দ্রিয়সিংবু নিংখিনা কোংদোক্তে। মরমদি ইচ্ছা য়াউদবনিনা কর্ম্মেন্দ্রিয়সিংবু সিজন্নদে। মাখোইগীদি স্থুপনগী চিঙ্গাক লৌবা, চৎপা অনি অসিত্তনি।

## কোষ অহুম পানবা জীব,—

মরুমদগী পোকপা—উচেক, লীন অসিনাচিংবগী মপোক্তা অন্নময়, প্রাণময়, অমস্থুং মনোময় কোষ অহুমস্থুনা কোংদোকই, অহুনা মাখোই অসি কোইনা চৎপা, ঙমই, কর্ম্মেন্দ্রিয়গী মতেংনা থবক তৌবা ঙমই। পুকনিং কৌবা পোংশকনা মাখোইদা কোংদোকলে অহুনা জ্ঞানেন্দ্রিয়গা লোইনহুনা কর্ম্মেন্দ্রিয় অপুম্ববু নিংখিনা সিজন্নরে। কোষ অহুমস্থুরবা জীবসিং অসিনা মাখোই অমত্তনা মাখোইগুম্বা জীবময়াম থোকপা—পোকখোকপা পংনা ঙমদবা হৌরে ( ভাম্নুগুম্বদা মথক্তনা মরুম কোকপা য়াউরবস্থু ) লাবা অমোম অনিগী তিন্নবা তিম্মনিংবা উরে, অহুনা মাখোইনা পোকপা মচাদা য়াম্না মচাবু চুংসিবা উনরে।

কাক, গৃধ্র. কুম্ভীর লৌন অসিনাচিংবগী চরিঙা মুয়া এংলপা কোষ অহুম পানবা জীবসিংগী লিচং য়াম্না নিংখিনা উই।

### কোষ মারিপানবা জীব.—

নাউয়োম্না পোকপা শাগীমাপোক্তা অন্নময়, প্রাণময়, মনোময়, অমসু বিজ্ঞানময়। কোষ মরিমক্তী ফোংদোকপা উই। শাগীমাপোক্তা উচেক্লাচিংবদগী বিজ্ঞানময় কোষ চেম্না ফোং-দোকপনা বুদ্ধি কৌবা পোংশক্তী পান্ননা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙামক্তী নিংখিনা ঙানখোপা উবাফংঙি। অদুনা মাখোইগী জীব লৈকমদা বুদ্ধি য়াউরবনা মাখোইগী লিচংতা মথন্তা পংতৌ তৌজবা নত্তনা বুদ্ধিনা খন্দুনা সিজ্জনবা য়াওরে। অদুনা তৌবিমনথংবা, হৈইনাচিংবনা মপুগী ফননবা তৌবা উরে। নোংশান্না মাখোইদা তৌবা উপকার কাউদে, অদুগা মাখোইদা কত্তবা তৌ-খিবাগী লমন খুম্বা মতম ২ দা শামু নোংশা কৈনাচিংবনা তৌবা উনরে। য়োং, সগোল অসিনাচিংবদা বুদ্ধি লৈবগী খোদোক ময়াম ইতং তত্তনা উনরে। বুদ্ধি লৈরবা শাসিংনা নাতোননা মনম নমহুনা অপাম্বু থংবা ঙমই।*

### কোষমঙানা পুন্না ফোংদোকপা জীব—মী.—

মতৌ অসুম তৌহুনা কোষমরিগী মথংমথং হেন্সংপনা জীবসিংগী মথংমথং হেন্সংপা অসি ঐখোইনা উবা ফংই। অদুগা তাঈখ্রবা জীবসিং অদুদা আনন্দময় কৌবা কোষ

* বুদ্ধি লৈরব ময়্না য়োংনা বুদ্ধিগী পান্সনা তৌথোকপা থবক য়াম্না উই। য়োংনা তিংথাক ফারগা খুবাক্তা হাপ্তুনা ভাই, মতু পাইথোক্লবা ফু ২ কাপ্লগা চাই। মাওতা করি য়োংনা মিহাৎপা ফাবা "ফি-লাডর তহশীলগী খুনমচা হরিপুর" দা থোকখিবা থাখোক্তা ১০ অক্টোবর ১৯৩৯ ইংদা লৈপাক অপুম্বনা উনখি—য়োং পুবা নিপা অমনা বনদা চৎপদা ডাকুনা হাংলি, য়োংহুনা চেংখাক্তুনা এংলগা মপুনা পোং য়োম্লবা দোকান্দা চেনক্তুনা খোংলৈ. দোকান্দারনা চিংনরহুনা য়োংগী মতুং ইল্লক্তুনা এংবদা মপু সিরবা অদু উরে, পুলিশতা তাক্তুনা ডাকু ময়াম ফাগৎপদা মীহাৎপদু উবগা য়োংহুনা মফিশেগাইহুনা চিকলে, ডাকুনা মানা হাৎপনি হান্নিনা য়াখি। বুদ্ধি শক্তি লৈরবা হইনা শিকার তৌবদা পুরগা মপুনা মথাংদা উচেক অমা তোংলম্বা পাইখ্রবদা মপুনা কোম্না কৌরগা অকবা হইনা মপুনা উচেক তোংলম্বা মফমদা খুদোম্নীতা থিনবদা মফম অদুদা মনম নম্লগা উচেক অদুনা পাইখিবা মফম লোমদা মনম নমহুনা চৎখিবা লৈবেলদা মথং মথং চেন্দুনা উচেক অদুগী মনাক্তা হেক্তা য়োকই, মাসুপকী মতিক মনমগী পান্দল অসি মাখোইদা লৈ। অমসু—শোক্তুনা থংবা হান্সবসি উ বাদগী হৌহুনা মীকাওবা লৈ। মরৈতদি বুদ্ধিনা লৈতবা, বুদ্ধি লৈরবসু বুদ্ধিনা য়ামথংপগী মতুং ইন্না শোকপদা থংবা হিংবগী পান্দল অসি শোম্বা হেল্লি। মাগদি মীমক্তদা হুপীগা নিপাগদা সোক্তুনা থংবগী পান্দল অসি নিপাদগী হুপীনা হেল্লি। মাগদি মশক মাগদি উনদবদা হুপীনা মশাদা পাইক্লবদা অপাইবা মী অদুগী মশক হুপীদি হেক্তা থংই। ওক্তবী হুপিনা মাগী ফাম্বা নিপানা অহিংদা মনাক্তা চংলকপা ঙমদহুনা হুমগী মপাম্দা লৈরবদা নিপানা লৈপাক্তা খোংনা লোকপগী ফকলাংদা শোকপগী লোং লাওবা মখোন তাবতদা মাসি শাগী হুরানবগী, চাম্বা হুংসিবগীনি খাইবা হেক্তা থংই। অদু জীবগী কোষসিংগী খুদমনি।

অছুদি ফোংদোক্কে। অছুনা মাখোইদা ঐনা তৌবনি অমুম হাঙবা কর্ত্তৃত্বাভিমান অসি থক লৈতে মরমদি মাখোইগী পুকনিংগী লিচৎতা অহঙ্কার হাঙবা অছু ফোংদোক্করি, অছুনা মাখোইদা আনন্দময় কোষনা ফোংদরি। মাছুদি মীকৌবা জীবতদা আনন্দময় কোষ কাউ-ছুনা কোষ মঙা মকনা ফোংদোকই। মী কৌবা জীবদা, অহঙ্কার কৌবা পোৎ অছু লৈবনা অতৌবা থবক থুমিংদা ঐনা তৌবনি অম্বুম্না নিংই। মাছুনিংবনা থবক অছু তৌবগী হুংঙাইবা কৌবা অছু মশানা থংই, অছুনা হুংঙাইছুনা নোকপা কৌবা অসি মীতদা লৈ। মাসি অহঙ্কার লৈছুনা আনন্দময় কোষ মীদা লৈরে থংনবা থুদমনি। মীওইবদা আনন্দময় কোষ লৈবনা হুংঙাইদ অছু ফংননব থৌরাং তৌবনা বুদ্ধিগী পাঙননা মশাদা পাল্লিবা জ্ঞানে-ন্দ্রিয় মঙা, কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙাবু শিজন্নছুনা মহৌশা (প্রকৃতিগী) মথন্তা ওইজবা ইচেন্দগী নমহত্তুনা মাগী জীবন অছুগী তোঙানবা অমা শেমগন্থুনা হিংছুনা পাল্লি। * অছুনা ময়ামদগী মথন্ত ২ গী তোঙানবা ধারা শেমগৎপনা মীওইবগী লিচৎ ওই। অছুনা প্রকৃতিনা খোকচবা ফৌনাচিংববু চেং ওইহন্দুনা খোংছুনা চাবা, কি শাবা, অম্বুম্না হুংঙাইনবা মথং মথং শেমগৎছুনা ঈসিংদা ঙাঙ্কুম্না চৎপা, চিসাবা, উচেককুম্না আকাশদা পাইবা অসিনচিংবা ব্যক্তিগত স্বভাব শেমছুনা সৃষ্টিগী অতোপ্পা ধারা অমা মীওইবদগী হৌদোকলিবা অসি মাখোইদা অহঙ্কার কৌবা পোৎশক অছু জীব অতৈদগী হেক্সৎপতগী থুদমনি, ইতিহাস হাঙবা অসিদা মীওইবদা লৈবা অহঙ্কারগী ফোংদোকপা অছুগী মথং মথং হেক্সৎলকপগী ধারা অছু মতম কৌবা পোৎশকা পানথিবা অছুগী পরেং অছু ইছুনা থম্মপা মতুংগী মীসিংনা এংনবা ইবতনি।

হিন্দুগী আর্য্য ঋষিসিংগী মত্তা তাইবং শেম্বগী মরু ওইবা সূত্রদি মাসিতনি—

(১) জীব হাঙবা অসিমক্তবু অমনা অমগী চিঙ্গাকনি। থরাইগা থরাইনত্তবগানা তিন্নরগা ওনবা পোৎপু হকচাং কৌই। হকচাং অসি হকচাং অমাগী চিঙ্গাকনি। অমনা সিবনা অমগী পোক্লবা ওই। তাইবংপানবগী অচৌবা পাক্লবা মওং অসিগী মশক ফোং-দোকপগী বাএন অসিনা তাইবং শেম্বগী অমামমনা তাইবংপানগী মত্তাং অমামমনি। পোৎ অমনা মশক হোংলকপনা অতোপ্পা পোৎ অমগী মপোক ওই, অছুনা মাম্মুম্না মথং মথং পোকথরকপা অসিবু বৈকারিক সৃষ্টি—মথং মথং ওনথরকপা মশেম কৌই।

(২) হকচাংবু জীবনা ফংবা অসি চাননবগী দমকনি। মরম অসিনা হকচাং হাঙবা সিমক্তবু চাকমনি। অছুনা জীবনা চাগদবা চিঙ্গাক অছুগী মতিক চাবা—চাবা য়াননবা হকচাং ফংই।

* লোংতাবা, হুংশাখাবনাচিংবা মহৌশাগী থারাদগী মাগী তোঙায়া লৈছুনা হুঙাইনবা থুমশবা, শান্তিন ভুম্না মকি শেংপা অসিনাচিংবানি।

(৩) থৱাইগী লৈফম হকচাং অসি মশা অপুন্বা থৱাই নত্তে। হকচাংদি থৱাইগী কোংদোকনবগী তুংকমনি।

(৪) মপানদা উরিবা হকচাং অসিবু মনুংদা লৈবা পোইনবা—অকুপ্পা সুক্ষ্মশরীরনা পুই।

(৫) অকুপ্পা—সুক্ষ্মশরীরগী মরুদা অহঙ্কার লৈ।

(৬) সুক্ষ্মশরীরনা মাগী মশক্কী মথং মথং চাউথৎপা য়াননবা লৈফমদি থৱাইনি (জীবনি) থৱাইনা মথং মথং চাউথৎলকপনা মীওইবগী হকচাং ফংবগা থবকপু মনিং তৌনা তৌবা ঙম্ই।

(৭) থবক্কী মাগী সংস্কার পোকই, থৱাইনা মানা তৌখিবা থবক্কী সংস্কার অদু চাননবা মতিক চাবা হকচাং ফঙি।

মাস্সুম্না থৱাইপানবসিংগী শেমগৎলকপগী পরেং অসি ওই। অদুনা হৌজিক্কি উ রা নাপী শিংবীদগীনা মী ফাউবগী পরেংগী মরমদা চাউরাকনা ইরি—

টৈলপাক্কুগী খিনগাইদুনা হৌরকপা.—

মথক্তাস্সু হাঈখরে, থৱাইপানবগী অহানবদা খিনগাইদুনা হৌবনা অহানবনি। মতম অদুদা থৱাইগী কুয়োম অমত্তা ঙাইরমই, মাখোই অসিবু থৱাই পানবরা? পান্দবরা? হাঈবগী খাইদোক্নবা খুদমবু ফোংনা থংবা ঙম্মদে। মতম অদুদা থৱাইগী লৈফমগী পোৎশক মৎক্তা হাঈখ্রবা পোৎশক অদুনা খিনগাইদুনা হৌৎসিংগী মশাদা চংদুনা অসংবা মচুনা লৈতেংবি। অদুগুম্বা ইহান হানবা খিনগাইদুনা হৌবদগী মথং মথং ওনরক্কুনা হৌজিক ওইরিবা উ রা সিং অসি ওইরকপনি।

উ রাগী হৌখ্রবা থংনবা.—

উ রানচিংবা খিনগাইদুনা হৌবসিংগী হৌখ্রবা মতমগী বিষয় থংনবা উপায়দি মতম অসিগী উ রাবু এংশিনবনা ওই। অনিস্সুবা উপায়না লৈঙোই নুংসিংগী মরোনসিংদা এংসিনবা। মাস্সুম তৌদুনা উ রা সিংগী হৌখ্রবা ইতিহাসবু লোইনা থংবা য়াত্রবস্সু লেংদবা সরুক থরদি নিংথিনা থংই।

মহৌশা হাঈবী অসিগী মচৎতি অতোপ্পা অনিনা তিম্নগী অনৌবা অমা শেম্বা অসিনি। মাসি উ রানচিংবদস্সু তৌবা উই। অসিগুম্বা মহৌশাগী নীচৎ অসিদগী উ রানচিংবা অসিনা পোকই।

অহানবা থোকপা উরাগী মঙৎ—

উ রানচিংবগী অহানবা মঙৎ অদুবু মৈতৈরোন্দা কক্কুপ হাঈবা য়াই, মাতৃশক্তি সুপনগী মশা অপুন্বা মকু ঙাক্তনি, পাইবদা য়াবা মকুমগুম্বনি অমস্সু থৱাইপানবগী লৈনফম পোৎশকনা মাঙোন্দা লৈবনা মশা অদু সংই, অদুগা মাসিগী অহানবা পোকফমদি ঈসিংদনি অসিগুম্বা অহানবা মকুতগী মশক ওইবা অসিনা থুগাইদুনা হকচাংগী কোষ মরি পোক্লকপনি।

হিংবগী মশক অহুম—

( ১ ) মওং চাউখংপা

( ২ ) মওং অমসু মশাদা অমগা অমগা এংনহুনা লুসিনলকপা

( ৩ ) মাঙোন্দা লৈরিবা বিষয় খুদিংদা ওন্থোক ২ পা ওইনা হেন্গৎপা মাখোই অহুম অসিগী সন্দোকপদি—

( ১ ) থৱাইপানবনা হিংলিঙৈদা মশা চাউখংপা অসি তিংলিপা মখৈ কেন্গৎহুনত্তা লৈ অহুনা মাখোইগী অচৌবা ওমখৈ লৈতে। তৌইগুমসুং মহৌশাগী নোং মুংসিংনা কুন্দৎপা অমসুং মাগী মক্নমবু মানা পুক্তবা অসিনাচিংবনা মাগী মৱাং মচাউগী কাইননবা ওই। অহুগা সরু পান্দবা জীবগীনা মাগী মচাও হেন্দনবগী অথোইবা কারন্দি মাখোইগী সরুনা ওই। উরি, সমত্ত্রদা হৌবা দল কৌবা নাপী,লী মাখোই অসিগী অশাংবা হেন্গৎপগী ওমখৈ লৈতে। মাসুম্না উসিংগীসু তৌবা উই, ক্যালি ফোর্ণিয়াগী লৌহকার্ষ্ঠ, অষ্ট্রেলিয়াগী ইউক্যালিপ্তাস্ শাংবদা ফুট চামরিরোম শাংদোকই। মাখোইগী মউদি মাসুপ চাউথোকই লম্বেন শেম্লকপুদা থেংনরবদি মনুংদা হুত্তুনা চত্তবদি পতি লৈতে। মাখোই অহুগুম্বা উসিং অহু চহি এংবদা চহি লিশিং অনিদগী হেন্নবা য়াউই। স্পেনগী সারাগাসো কৌবা মকমগী সমুত্রদা হৌবা ঈসিংগী নাপী দলদি সমত্র অহুমা থম্না চাউই, মাহু মাগী মরম সমুদ্রনা পুবগা অমসু নোং মুংসিংনা মসাদা য়ৈন্দবগানা থোকপনি।

( ২ ) মওং মশাদা অমত্তা ওইরম্বদগী লুসিনলকপা, তাইবং শেমগৎলকপগী অহানবদাদি ইরাই শাইবা মওং ওইরম্বদগী মথং মথং লুসিনলকই। মাখোইগী অহানবা মওং অরাইবা অহুদা বিচার তৌরগা উবা ফংই,—অহানবদা ঈসিংদা অসংবা কক্কুপ কুম্বা অহু পোকই। ম'দি মনা মঙ্ত মশা লৈতে। মাখোইগী মশা অহুদা এংলবদা চাউরাকনা মকু ময়াম্না তিনসিনবা মশকনি। মাহুদা সুপনগী থৱাইগী লৈফমতা মবৈবা পোংশক অমত্তগী মওংনি। অসিগুম্বা কক্কুপ অসি হুক্সিক্তি ঐথোইনা পুথ্রি পাৎনাচিংবদা উবা কক্কুপ মচা মতুম ২ গুম্বা অহুগুম্বনি। মহাক্না ঈসিং ওাক্তা ডাইরিডে অহুদা চাউখংলকপনা ইমাইদগী মগুংদা ফুট ১০০।২০০ রোম সুপথবা কাওবা চাওপোকলমই। লুপথখ্রিবা মশা অহুদা মুমিৎকী মথান্না চংবগী অৱাং অহেনগী পাঙম্না মচু অহু অসংবা, মৱাউবা অমসুং অঙাংবা পোকলকই।

মাখোইগী মওং মশা অসি অরেপ্পা লৈতে কুপথ্রবা মশকসু ওই, য়াম্নাসু চাওই। সারাগাসো সমুত্রদদি বর্গমাইল ৪০,০০০ ফাইবা চাউবা কক্কুপ লৈ। অসিগুম্বা চাউরি ২ বা কক্কুপসিং অহুগী বন ময়ামনা ওইখিবা লৈরোন অহুনা কোয়লা পাথর ওনখিদে হায়বা বিজ্ঞান হৈবাসিংনা হাঙবা ওমদে। লৈঙোই নূংসিংদা উ রা নাপী সিংবীগী মশা য়াউরবা

উবা অদু মাসিদগী খোকপনি।

ঈসিংদনা হাপ্‌খ্রবা কং জাত অদু কংকাম্বনা এল মাহুদি চেক্সুম গুম্ব (Fiogi) মথল অমা ওইখি। মাখোই অনিসি উবাগী মথল অমনি। তৌইগুমম্ভু চেক্সুম গুম্বা এল অসিদা থরাইগী লৈনকম অদু লৈতে অমস্তু মাখোইনা অমনা মরক খন্দনা সংসংনা মচিঙ্গাক লৌবা ঙমদে। অতোপ্পা অমনা চাররা চিঙ্গাকগী মচিঙ্গাক লৌই। অদুনা উরা গুম্বদগী লৌদুনা চাবনা মাখোইগী মনাংনি।

উবা চোংখোকপা উএল, চিং অমস্তু নুংঙাসৌবা অদু অদুগুম্বা এলসিং অদুস্তু মাসিগুম্বা থরাইগী লৈকম অমনি। মাসিদা এল অসিগা কংগা তিন্নদুনা মশা মশেন ওইনবা উবা ফংই। মাতুদা মচেং অমনা কং, মচেং অমনা এল ওই, অদুনা কংদা সংই মাদোমদা চানবা চিঙ্গাকপু লৌসিনদি, লৌসিনলবা চিঙ্গাক অদু শম্নরবা এলনা লৌই, গর্ভদা লৈবা মচানা মম্নানা চাবা চিঙ্গাক চাবা অদুগুম্বনি। মাস্তুম্না তৌদুনা থরাই হাঙবা পোৎ অসিনা কংগা অমস্তু কংগা তিন্নবা এলগাদা লৈদুনা মতম কুইনা পান্নমই। মাস্তুম্না মতম কয়ামুক হৌখ্রদা থিঙ্গাইদুনা হৌনা জাং অসি মাখোইগী মশা অদু ইরাইংথাইবা ওইরম্বনা এলগা তিন্নাদুনা মশা অদু অমগা অমগা এংনবা হৌরকপদা মশকী কীবম লুশনলকপা হৌরকই। মতম অদুদা হৌবগা য়াম্না থুনা চাউই, মশা অদুগী কুইনা হিংবাঙমদদুনা য়াম্না থুনা সিরমই। মাখোই অদুনা হেক হৌবা, থুনা চাউবা, থুনাসিবা অদুনা তোইনা তৌরিঙৈদা মফম পুম-নুমক অসি ঈসিং ভাকুনা কোইরমই। থুনা হৌদুনা থুনা চাউরগা থুনা সিবাসিংগী মথানা পন্থুনা পন্থুনা ঈসিংদা তাবনা ঈসিং অসিদা লৈপাক মতা অমা ওন্নকুনা চোং চোং হোপ হোপ লাউবা ঈসিং পকপা জলাভূমি জাং অম্না ওইরকই মাং গুম্বা লৈপাক অদুদগী হান্না অনিতা তিলম্বা পোৎ অদুনা অহম শুনা তিন্নরবা তংৌ তনৌবা থিঙ্গাইদুনা হৌবা উদ্ভিদ জাং অমা পোকখি। মাতুদা মনা, মশা, মউ অমস্তু মতাং পান্নে, মাখোই অদুস্ত থুনা চাউবা থুনাসিবা থুনা হৌবা ওইরনই। মাখোই অদুগী মনানাচিংবা মশা অদু ময়ামনা ঈম্মিংদা অমোক পৈশনলকই। মাদুগী মশা অপংপাসিং অদুদগী অমোক অতোপ্পা উদ্ভিদ্ জাত অমা অমোক থোরকুনা মাদুগী বন ভাকুনা অমোক ইথন থল্লে। মাস্তুমনা যুগ কয়ামুক হৌখ্রবদা মাখোই অদুগী মশা অদুগী খোকখিবা অমুবা লৈরোন অমা খোকখি, মাদু হাজিক লাউবা করি করিগুম্বা মফমদা লাইথিগী লৌবুক ময়াম লৈবা উনরি, মাদু লৌরগা লম লম অদুগী মীসিংনা মৈ থানৈ। অদুগা যুগারাবনাচিংবদা মথক্তা চিংনচিংবগী মথানা লৈপাকনা ননাসনখিদুনা লুখ্রবা লৈচুংদা লৈবা অদুধা কয়লাপাথর ওনখি মাতগী মচুমদগী লৈচুংগী থাও খোকলিবা অসিনি। মাসি লৈরোন অমা শেমখিবগী মতাংনি।

### তাইবংপানদা থব্রাইপানবা অহানবা—

মথক্তা হাঙ্গিখ্রবা কন্থুম্বা অতুদা থব্রাইগী কৈনবা পোং অত্তু কৈবনা মশা অতু শংই, অহনা ফুংসিং অমস্থু লৈপাক্কগী মচিন্নাক মথন্তনা লৌতুনা চাবা ওমই, মাসিনা মথং মথং ওন্নকপনা উব্রা নাপীসিংবীনচিংবা থিঙ্গাইত্নুনা হৌবা অসি ওইখ্রি।

অতুগা থিঙ্গাইত্নুনা হৌবদা থব্রাইগী কৌনবা পোং অতু য়াউদবনা মচু সংদবা এলনা মথন্তনা মচিন্নাক লৌতুনা চাবা ওমদতুনা কং অমস্থু নাপীসিংবী উব্রাগা তিন্নতুনা মাতুদগী মচিন্নাক লৌতুনা চাই, মাসিনা মথং মথং ওন্নকপনা থব্রাইপানবা জীবসিং অসি মী ফাউবা মথং মথং পোক্লকই।

কংগা এলগা তিন্নতুনা থব্রাইপানবা অহানবা পোকপা হৌবসি ঈসিংদানা অহানবনি। অসিগুম্বা থব্রাইপানবাসিংগী অমগা অমগা য়ানসিন্নতুনা মশা অতু মথং মথং হোংনরকই। মতম অতুদা থব্রাইপানবাসিংগী মশা অতু এংবদা থংদবা লুসিনলকপা মতুং মতু গীনা হেনলকই। মাখোই অতুনা ঈসিংদা লৈতুনা সিখিবা পোকখিবা মাখোইগী মশা অতুনা সমুদ্রদা তুংতুনা লৈখিবনা কয়লাপাথরগী লৈরোনদা থুং ওন্দুনা লৈখি, মাতুনা থব্রাইপানবগী ওনথংলকপা পরেংগী হুজিক ফাউবা শাক্ষী ওইরি।

নুংলোনদা ফংবা শাক্ষীসিংনা উৎপা বৈজ্ঞানিকসিংনা ফংবা সৃষ্টিগী মথং মনাউ অতু মঙাখোকনা থাইদোকপা য়াই। মাতুদি,——

অহানবা য়াংলেন সরু য়াউদবা জীব, অনিস্থুবদা য়াংলেন সক য়াউবা, অহুমস্থুবদা থোপ য়াউদবা সরুপানবা, মরিস্থুবদা থোপ য়াউবা য়াংলেন সরু পানবা, মঙাস্থুবদা ঈসিং কংফাল অনিদা লৈবা মপুকনাচংপা, উচক, খোমথকপা, মমৈতা মমৈদা মী, মাখোই অসিনি।

### থব্রাইপানবা অহানবা

থব্রাইনা হুকচাংদা চংতুনা চোংবা—হুনবা হৌবদি ঈসিংদা লৈবা থব্রাইগী তুংফমদনা ইহান হাননা ওইখি, মাখোই অতুদি থিঙ্গাইত্নুনা হৌবগী শাগৈদা কংগুম্বা, শরু য়াউদবা,



অমস্থু থোপ য়াউদবনি, গতম অহুদা ঈসিংমক্তা ঙাইরমই, মরম অসিনা অহানবা ঈশিংতদ থরাইগী লৈফমদা থরাই থোকখি। মাহুগী ঙানা মহুৎসিন্দুনা হুজিক কাউবা লৈতোই।

### থরাইপানবগী অনিশুবা—

ঈসিংদা অহানবা পোকপা থিঙ্গাইহুনা হৌবগী জাৎ অমগু সরুপান্দবা থরাইপানবসিংগী মশানা ওনবা লৈখোমনা মথং মথং লৈখিহুনা চহি লিশিং লিশিং কয়ামুক হৌগ্রবা, মাখোইগী মশা অহুনা কয়লাপাথর ওইবা হৌগৎলক্লবদা কংফানগী সরুক য়াউব্রকলে। সমত্রগী ঈসিংনা কংফানদা অমোক কাবা অমোক চম্থনা অহুদা থিঙ্গাইহুনা হৌবাসিংনা ঈসিংদাস্কু কংফান-দাস্থু চৌরবদা, এলগা কংগা তিন্নবা মশক অহুনা মথং মথং চাউখৎলকপনা ঈসিংদাস্থু লৈবা কংফান্দাস্থু লৈবা ঙম্বা উভয়চর জীব ওইখি। এখোইনা হুজিক উবা কংলিবা চেংগুম্বা-চিংবা কংফালগী এলদা অমস্থু উদা সোবা নূংদা সোবা উএল, রাংএন্নচিংবগী মপানগী অকনবা কুরাং অহুনা থরোই, থেঙ্গু, কোঙ্গেং মোইবুং লিকোন অসিনাচিংবগী মপানগী অকনবা মকু অসি ওনখি, ইহান হানবা ঈসিংগী কংগী মহুৎ সিনতৌব! উ রা নাপী সিংবীদি মাখোইনা মরন্নাই চিঙ্খাক মুংসিং অমস্থু অক্রিয়াদগী মচিঙ্খাক লৌবা ঙমই, অহুগা এলদি —মশাদা অসংবা মচু য়াউদে, মাখোইদা থরাইপানবগী চিঙ্খাক অহু মরন্নাই লৌবা ঙমদহুনা খনগাইহুনা হৌবনা লৌবা চিঙ্খাক অহুদগী লৌই, অহুনা অনি অসি তিন্নবদগী লেংওহুনা চংপা জীব পোকই, মাহুগী মরক্তা থেঙ্গুনা হুজিক ফাউবা শাক্ষী ওইহুনা লৈরি।



থৈরাইপানবগী অহুমস্থুবা।

অহুমস্থুবদা উভয়চরসিংদা সর্ক পানবা জীব থোকই, মাহুদা মপুকনা সিহুনা চংপা থরাইপানবগা মরু ওইনা পোকই, মাহুদি হুজিক লৈবা চুম, হক্লোক, অসিগুম্বদগীনা হুজিক্কি লৈংখ্রবা চাওখ্রবা ব্রান্টসরামনা চিংবসিং মথন মথা য়াম্নবা জীব ময়াম্না যুগ অহুদা লৈরমই।

যুগ অসিগী মমৈদা ঈসিং কংকানতদা লৈরম্বদগী অভিয়াদম্ব চৎপা উচেক খোকপা হৌই। অদুগা লৈরোঙ্গনা মতম অসিদা খরিমাটিগী লৈরোন ওনবা হৌই।

### মরিসুবা থৱাইপানবগী থোরকপা—

থৱাইপানবগী মরিসুবা থাক্তা মখোম থকপনা মর্ক ওই। মতম অদুদা গণ্ডা, ওক, সামু জিব্রা, সগোন মাখোই অসিগী মপা মপুসিং অচ খোকলে। মতম অদুদা উনাচিংব খিজ্জাইদুনা হৌবসিংগী মপান সাংপা অমসু মাদুদগী মহৈ ওনবসু হৌরে।

### থৱাইপানবগী মঙাসুবা যুগ—

মঙাসুবা যুগতা লৈপাক্তা মী খোকলে, মাদুদা খোকপা অহানবা মীসিংগী মপা মপু অহানবগী শাসিংদি বৈজ্ঞানিকসিংগী মত্তা খোং, বনমানু অসিনচিংবনা শাক্ষী ওইরি। মী হাঈবা জাৎ অসিনা খোক্লবদদি অহানবা মাখোইনা কংকানগী শরুক অসিগী মপু ওইখি। মাখোইনা খিনগাইদুনা হৌবা পোৎ পুম্নমক মাখোইগী খুবাক্তা লৈখি।

### বিজ্ঞানগা ধর্ম্মগা ভিন্নবা।

পাশ্চাত্য বৈজ্ঞানিকসিংনা তাইবংশেম্বগী বিচারদা কাখৎপা ( Aporteriori ) ওইনা অদুগা হিন্দুগীনা কুমথরকপা—হনথরকপা ( Apriori ) ওইনা এংই। বেদ অমসু পুরাণসিংনা রূপকত্তা অমসু মাদুনা শেম্বা রাখনগা তাইবংশেম্বগী মরমদা পুখোক্লম্বা অদুদগী বিজ্ঞানহৈবা সিংগী অনুমান অমসু তুলনাত্মক জ্ঞান্না পুখোকপনা সৃষ্টিগী বিচারদা হেন্দোকপা উমদে। তাইবং শেমগৎপদা য়োংগী মথংদা মীপোকই, হাঈবসি Lamark, Darwin নাচিংবা মথং -মথং ওল্লকপা মত পাম্বা বৈজ্ঞানিক সিংনা পোক্তরিংগী মমাংদানা হিন্দুগী পুরাণনা হান্নানা হাঈদুনা লৈরমলে ——

স্থাবরং বিংশতের্লক্ষং জলজং নবলক্ষকম্।
কূর্ম্মাশ্চ নবলক্ষঞ্চ দশলক্ষংচ পক্ষিণঃ।
ত্রিংশলক্ষং পশূনাঞ্চ চতুর্লক্ষঞ্চ বানরাঃ ॥
ততো মনুষ্যতাং প্রাপ্য ততঃ কর্ম্মাণি সাধয়েৎ ॥

হাঈরিবা অসিগা ক্রমবিকাশবাদী বৈজ্ঞানিকসিংগী মথং মনাউগা পাংথকনি। অহনা মত অনিমক্তা মুন্না এংসিন্দুনা Sir John Woodraffe না মাগী অকাউবা is India Civilized তা হাঈরমই,—

Ages before Lamark and Darwin it was held in india that man has passed through 84 lakhs of births as plants animals, as an inferior species of man and then as the once stor of the developed type existing to day

ভগবান্ বেদব্যাসনা পুরাণ শাস্ত্রদা সৃষ্টিগী মরমদা মথং মনাউবু মাসুন্না হাঈ,—

ঈশ্বরনা অহানবদা পুরুষকী মরু পরমাণু শেমগী, মাহুবু মহৎসর্গ কৌই। অনিসুবদা ক্ষিতি, অপ, তেজঃ, মরুদ, ব্যোম হায়বা পঞ্চভূত শেমই, মাহুবু ভৌতিক সৃষ্টি কৌই। অহুমসুবদা ঈসিংদা লৈবা ভানচিংবা শেমই, মাহুবু প্রাকৃত সৃষ্টি কৌই।

মরিসুবদা উরি, উ রা, মতৈয়ারণা সিবা ফোনাচিংবা শেমই, মাহুবু মুখ্যসৃষ্টি কৌই। মঙাসুবদা উচেক, শা শেমই। অহুমসুবদা লাই মী শেমই, মাহু মথং মথং তরুক মরুসু তরেৎসুবা সৃষ্টি কৌই (ব্রহ্মাণ্ডপুরাণ অনুষঙ্গপাদ ৬।৫৭-৬০)

মীওইবনা লৈপাক্তা পোক্‌না পাল্লকপা অসি মাসুপ কুইরে হাইবা অরেপ্পা পুখোকপা পণ্ডিতসিংগী মত মায়দরি। হিন্দুশাস্ত্রদা মতম লেপনবা উপায় কয়ামুক লৈবা অহুসু ঐখোইনা ইপ্পানা নৈনখরে, মাহুদগী ঐখোইনা মতাং অসিদা মাগী পরিমাণ নত্তনা সুপনগী মমিংতা ওইনা যুগ হায়বসিতা লৌরবদা মাবু সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, অমসু কলি অসুম্না খাইদোকই। মরি খাইদোকপা অহুতা লৌরবদি বৈজ্ঞানিকসিংগা সামঞ্জস্য ওই, মাহুদি— বৈজ্ঞানিকসিংনা অহানবাযুগ—Paleozoic, অনিসুবা যুগ—Mesozoic, অহুমসুবা যুগ—Cainozoic, অমসু মরিসুবা যুগ—Quarternary অসুম্না খাইদোকই। বৈজ্ঞানিকসিংগী মততা যুগ মরি অসিগী ময়াইদা মী পোকই। মাখোইনা প্রমাণ কয়ামুক তৌহুনা লৈপাক্তা মী পোকপাসি চহি লক্ষতরা সুরে, অসুম্না লেপই। মাসিদা বৈজ্ঞানিকসিংগী মততা থোইনা খেন্নবা লৈতরে। অহুগা যুগ মরিখোকনা খাইদোকপা অহুদগীদি হিন্দুগী দশাবতারগী পরে অহুনা হেন্না বিজ্ঞান সম্মত ওইবা চেল্লি। হিন্দুগী দশাবতারগী সৃষ্টি মথং মনাউদি অসিনি,--

১ম। মৎস্য অবতার—অহানবদা তাইবং অপুম্বা ঈসিং ভাক্তা ভাই অহুনা ঈসিংদা লৈবা জীবনা জীবসিংগী অহানবনি।

২য়। কূর্ম্ম—লৈপাক লৈরক্লবদা লৈপাক্তাসু ঈসিংদাসু লৈবা খেঙ্গুনচিংবা উভয়চর পোকই।

৩য়। বরাহ—ঈসিংগা তিন্নবা লৈখোম কংকাল অমসু ইরাসিংগী মরক্তা লৈবা ওকনা চিংবা জীব পোকই।

৪র্থ। নরসিংহ--মতম অহুদা লৈপাকতা মী লৈবা য়ারে, অদুবু মতম অহুদা শা, ভাং অহিংবা অমসু বনদা খোকপা উহৈ উনা, মরু অসিনা চিংবা নত্তনা হিংনবা চিঞ্জাক কংগরি অহুনা তংখাই অমা শা, তংখাই অমা মীগুম্বা অহুগুম্বা নরসিংহগী যুগনি।

৫ম। বামন -মতম অহুদা মী লৈবদা লৈপাক্তা খুদোংচারে, মতম অহুদা বামনগী যুগ খোকলে, মীদা ব্রাখন লৈবনা কান্নবা থংলে অহুবু চাউখৎপগী শরুক য়ৌদরি, অহুনা খোং· নেম্বা বামনগী যুগ ওই। লৈপাক অপুম্বা উদুং য়াওংতা ভাই, মাহুদা লৈবা অমসুং তপস্যা তৌবতগী দমক্তা ওই, অহুনা লৈবা য়াবা লৈপাক পিয় হায়না নি।

৬ ষ্ঠ। পরশুরাম—পরশুরামগী খুৎলাই; সিংজংতনি। মীওইবনা খুৎলাই সাবা হৈত-রিঙৈদা নুংনা খুৎলাই ওইরম্লই। মাহু হেন্থোক্লকুনা য়োৎনা খাংনাচিংবা সাবা হৈবা মতমদা পরশুরাম যুগনি। লৈপাক্তা হৌবা উ রা য়ানখোক্লকুনা লৈকম শেম্বা হৌবা মতমনি লৈপাক্তা ওইরিবা অকিবা, অগুকপা ওইবা খিবিকপু, উরগা লাইনি হায়না নিংচনা সামগাপ তৌদুনা খরুমবা হৌরে। মতম অসিবু সভ্যতা হৌগৎপা মতম কৌই।

৭ ম। রামাবতার—বনদা লৈবা কন্তবা হিংচাবনচিংববু হাৎপা রামগী যুগতা পৃথিবীগী মফম ২ খুদিংদা মীতাবা চৎপা, অপংবসিংবু সিন্নৎহনবা হৌরে। সামগাপ অমসু অর্থর্ব্বন বেদগী মন্ত্রনা মীওইবগী ফননবা অমসু ফন্তনবা তৌবা হৌরে। মতম অসিদা যজ্ঞ তৌরে, কনা ২ গুম্বা ঋষিসিংদা তাইবংপানবদা লাইময়াম লৈ হায়না নিংলমলগী ঈশ্বরদি অমতনি হায়না নিংবা হৌরে। মতম অসিদা মীওইবগী সভ্যতাগী পাখং—কাবা মতমনি।

৮ ম। শ্রীকৃষ্ণ—মতম অসিদা মীওইবগী চাওখৎপা খমথেংলে,

৯ ম। বুদ্ধ যুগ অসিদা উচ্চ সভ্যতা ফংলিবসিংনা হিংসা তৌবা অসি কোকননবা অহিংসা ধর্ম তৌদোকলে,

১০ ম। কল্কি—মাসিদি লাক্করিব যুগনি।

মাসুমা মার্কণ্ডেয় পুরাণগী মধুকৈটভ, মহিষাসুর, চণ্ডমুণ্ডনাচিংবগী য়ারিদগীসু সৃষ্টিগী মখং মখং চাওখৎলকপা অসি পুথোকপা য়াই।

## মীওইবগী অহানবা থোকফম—লৈফম।

নোংচুপ অমসু নোংপোক্কী পণ্ডিতসিংনা আর্য্যজাতিসিংগী অহানবা থোকফমগী মমক য়ায়া লৈনখরে। অয়াবদি পণ্ডিতসিং অহুগী চপ মান্নবা য়ানবা মতভি হুজিকফাউবা থোক্তরি, মাসিগী মরমদা ঐথোইনা মথক্তাসু খরানৈনখরে।

পণ্ডিতসিং অহুনা হাঙ্গ-কেশসচিং, বালটিক বেলা, কাস্পিয়ানগী মপান, অষ্ট্রোহঙ্গেরী, ব্যাবলিন, ইরান, ভারতর্বষ অমসু উত্তর মেরু অসিনাচিংবা মফম ময়াম অসি উৎনরি। পণ্ডিতসিং অসিনা কনাফজনা মাগী ২ মত অসি য়ানা পুথোক্করে, তৌইগুম্বসু মাথোইগী মত অহুদা কনাগুম্বা পণ্ডিতসিংগী মপুক্তা মরৈপাক লুংসিবগী অমম্বদা তাবা য়াউই হাঙ্গবাউনৈ। মাসিগী মরমদা পৃথিবীগী সভ্য জাতিসিংগী মরোনদা চাউর ২বা সাহিত্য গ্রন্থ ময়াম থোকশ্র-বনি। মাহু পুম্নমক অহুবু ঐথোইনা মফম অসিদা নৈনফমথোক্তে। মরম অসিনা য়ায়া তেননা মাথোই অহু খরদং উৎনিংই।

পণ্ডিত কাংবু অমনা লোনগী মরু, লৈপাক্কী মরু, অমসু মীওইবগী মরু তত্ত্ব অহুম অসিগী মথক্তা চেলবা যুক্তি তৌদুনা ইউরোপ মহাদেশকী মফম ময়ামবু আর্য্যসিংগী অহানবা লৈফম থোকফমনি হায়না পুথোকই। মাথোই অহুগী মরক্তা Dr. O. Sobrador.

Dr. R. G. Latham. Th. Benfey, Dr. Gliss, Dr. Speigel, Theodor posele, Karlpenka, I. G. Cuno অসিনচিংবা পণ্ডিতসিং অসিগী মরিংবু সিংখাবা য়াই।

অতোপ্পা পণ্ডিতসিংনা হাইবনাবু এসিয়া (শী মহাইবু) আর্যাসিংগী অহানবা মকমনি হাই, মাহুমা হাইবসিংগী অখোইবা পণ্ডিতসিংদি— P. Maxmuller. * A. Pictet, A. Honelacque, Johanu ১ Schmith ২, W. von Homboldt, A. webor, A. B. Keith অসিনাচিংবনি।

অহানবা হাইখিবা পণ্ডিতসিংনা মাহুগী মতুংদা খোইদোকনাবক Theodor posehe অমসু Karl penka না ইখাইগী মায়দবা বুদ্ধিগী পাঙ্গলনা ইউরোপকী মপীদা স্বরমরেকপু সংস্কৃতকী স্বরমরেকপু হেন্না কুইরবনি অমুয়া সাগংতুনা শেয়গা মাহুনা মাখোইনা বিচার তৌই। মাসিগী মরমদা পণ্ডিত অমনা ( A. H. Sayee professor of Assyrlology ) হায়মই,—

The dethrodement of Sanskrit has a direct bearing on the question of the orfginal home of the indo European.

*　　*　　*　　*　　*　　*　　*

I must avow my entire conversion to the theory first profounded by Latham and of late years ably depended on anthropological and linguistic grounds by posche and penka, that the Aryan race had its first seat, not in Asia, but in the baltic provinces and northern Germany.

মহাকনা মকম অমদা অমোকসু হাই ——

The older doctrine of comparative philology which brought the Aryans from Asia rested mainly on the Assumption that the nearer a dialect is to its primary centre the less alteration we are likely to find in it, and the farther belief that Sanskrit stands nearer to the parent-speech than any other member of the indo-European family of speech, this belief has been overthrown by the discovery that the European system of vowels is more primitive then that of Sanskrit.

Jar charpenter ( Bulletin of the oriental studies ) না মখক্কা হাইখুবা মত অনি অহুবু সমালোচনা তৌহুনা অকোনবদা হাইবা পণ্ডিতকী যুক্তি লৌই।

Isaac taylor ( the origin at the Aryans ) না মনিংলোমগী পণ্ডিত পুয়মকী

* ১।২ পণ্ডিত অনি অসিনাদি চীনগী মাঙোলিয়ানচিংবা মকব্ আর্যাসিংগী অহানবা লৈকমনি হায়।

মত পুয়মক এংহনা মচেৎ ময়া ওইনা অমসু কোং কাস্তনা অহানবগী পণ্ডিতসিংগী মতপু লৌই, মানা মাগী অকাউবা লাইরিক্কী হৌখোকপা য়াহৈনা হাঈরমই, --

I have obtruded my own opinions as little as possible. On the main thesis of the book they are essentially those Spiegel and Schrader, though in several points I find myself rather in agreement with cuno.

বালগঙ্গাধর তিলক ( Arcti, Home of Aryans ) অমসু Dr, F. Warrens ( paradise Found ) না আর্য্যসিংগী অহানবা লৈকমদি উত্তরমেরু ( নুংথিল থা ৬ অমসু অহিং থা ৬ ওইবা মফম ) মনাক্তানি হাই।

পণ্ডিত সত্যব্রত সামধ্যায়ী ( গোভিল গৃহ্য সূত্রগী ভূমিকা ) অমসু ডাঃ অবিনাশচন্দ্র দাস ( Rigvedis india ) না আর্য্যগী অহানবা মফমদি ভারতবর্ষনি হাঈনা পুখোকই। নোংচুপকী পণ্ডিতসিংগী মরক্তা A. curzon না যুক্তি ময়াম পুখোক্তুনা ভারতবর্ষনা আর্য্যগী অহানবা থোকফম লৈফমনি হাঈনা সমর্থন তৌই।

ঐখোইনা হাঈখ্রবা পণ্ডিতসিংগী মত অদুদা নৈনরুবা তৌদরে। মাখোইনা মাগী মাগী মত অদু পুখোক্লমদাইদা মাখোইগী বিচারগী তোংকম ভাষাতত্ত্ব, ভূতত্ত্ব অমসু নৃতত্ত্বগী প্রমাণনা কংবা অদুগুম্বা মফম অদুদা শব্দ প্রমাণ লৌহনা ঐখোইগী মত অদু চংখোয়া পুখোকখরে, মাদুদি ভারতনা মীওইবগী অহানবা পোকফমনি, মাসিদা পোকপা মী কাংবু অমনা ঈসিংগী ঈচাউনা মাখোইগী লৈফম থাদোক্তুনা হিমালয় চিংশাং লানদুনা অয়াংলোমদা চংখি।

মাখোইনা মথং মথং চংখিদুনা উত্তরমেরুগী মনাক্তা হাপ্পর্বদি মফম অদুদা থা ১২ না নোংমা ওইনবা অহিং থা ৬, নুংথিনদা থা ৬ ওইবা মফমদা লৈকই। অহংবনা মফম অদু লৈবা য়ারক্রবা মতমদা মাদু থাদোক্তুনা লাকই, মাখোইগী কাংবুগী য়ামথংলকপা অমসু মাগী মাগী খুদোংচাবা এংনদুনা মথাং মথাং থাইনরকপনা পৃথিবীগী মফম কয়ামুক্তা সন্দোকখি অদুম্না লেপখরে। ঐখোইনা হাঈখ্রিবা প্রমাণ পুম্নমক অদু বেদনা য়াবাক্তা ওইনা পাঠকসিংনা লৌগদবা নত্তে, ভাষাতত্ত্ব, ভূতত্ত্ব, অমসু নৃতত্ত্বনাসু মাদুবু চংখোয়া সমর্থন তৌরবনি। লাইরিক অসি চাংমনখ্রগনি হাঈদুনা সন্দোকনা ইদবাতনি। ঐখোইনা মতুংদাসু মণিপুরগী মরমদা ইরিবা পুম্নমক আস বেদ অমসু মহাভারতনা প্রমাণ ওইরবা বিজ্ঞানগী মত ভাক্তনি।

মতাং অসিদা ঐখোইনা হাঈহৌগদবা অমা লৈরি, মাদুদি ঐখোইগী লৌখোকপাগী লোইবা নাইত্রবা হিরা মণিতনা থনখ্রবা লনপৈ বেদ হাঈবা অসিনা মাসুপ শেংবা অমসু মাতনা প্রমাণ পুম্নমক্কী অথোইবা ওইবা অসি করিননো ? হাঈবা অসিনি। মাসিগী মরমদা পৃথিবীগী মানা মহেন্নে হাঈনদুনা কাউখ্রবা পণ্ডিতসিংগী মত কয়ামুকপু ইরাইক্লাইনা

হুঞ্জেক্‌না মানা হাঙ্গবতা মরোৗবা মরম করিননো ? হাঙ্গবা অসিদি মতাং অসিদা মরম থরদং উংনিংই।

বেদবু মাস্থপ য়াম্না প্রমাণ ওইনবা অসিগী মরম লৈরি। মাহু লৈতনদি কপিল, কনাদ, জৈমিনি বাদরায়ণ, যাস্ক, সায়ন, শঙ্কর, রামানুজ, মধু অসিনাচিংবা তাইবংপানবগী মীওইবদা ওইখোক্নবা বুদ্ধিগী পাংগলনা তিনখ্রবা পণ্ডিতসিংনা করিগী দমক বেদবু শাস্ত্র পুমনমক্কী কোকথক্কী লৈত্তেংনি হাঙ্গনা লৌগদগে ? মাখোই অহু জ্ঞান লৈখ্রবা, হৈসিংখ্রবা, লৌসিং চাওখ্রবা ওাক্তনি, অমস্থ মাখোই অহু অফকপা, অপাংবা, খংদবা, বুদ্ধি লৈত্তবা অমওা নত্তে।

বেদনা খোরকপগী মরমদা প্রাচীন ভারতবর্ষগী ধর্ম্মশাস্ত্রদা এৎনরিবা তিন্নদবা মত মরাম লৈবা আসগুম্না পৃথিবীগী কনাগুম্বা জাতি অমগী সাহিত্যদা লৈত্তে, অঙ্গিরা, বিশ্বা-মিত্র, বশিষ্ট, অত্রি, বামদেব, দীর্ঘতমানাচিংবা বেদবু উরকপা কুইখ্রবা ঋষিসিং অহু লৈরম্বা ঐতিকহাসিকনি হাঙ্গবদা কনাগীস্থ চিংনবা লৈত্তে। মাখোইনা বেদবু মথন্তা খোকচরকপরা ? কনাগুম্বনা শেম্বরা ? অমস্থ মীওইবনা খংউবরা, নত্রগা শেম্বরা হাঙ্গবগী- মরমদা তশেং ২না হাঙ্গরমদে। করি করিগুম্বা বেদগী মন্ত্র উরগা মাসি ঋষিসিংনা শেন্নম্বনি হাঙ্গনা নিংই। মাহুগী দমক ঋগ্‌বেদগী ২।৩৯৮: ৩।৩০।২০, ৪।৬।১১; ৬।৫২।২; ৭।৩৫। ১৪, অসিনাচিংবা অসি পিবা য়াই। অমস্থ ঋগ্‌বেদগী ১।৩০।৬ অমস্থ ৫।২।১১ মন্ত্রদা হাঙ্গরি, মাংনি সুত্রধরনা রথ শাই। মাহুগুম্না ভগবানগী পেন্নরবা মন্ত্র অসি শেম্বনি। মন্ত্র (১।৩৭।৪) দা দেবদত্তম্‌ =লাইনা পীবা অম্মুমনা হাঙ্গ। অহুগা ১।১৬৪।৫ মন্ত্রঃ—

তস্মাদ্যজ্ঞাত সর্ব ভূতঃ ঋচসামানি জজ্ঞিরে।
ছন্দাংসি জজ্ঞিরে তস্মাদ্যজুস্তস্মাদজায়ত॥

মাসিদা হাঙ্গ—হোম পুমনমক্কা লোইনবা বিরাটপুরুষদগী বেদ মরিঙ্গ পোক্লকপা হাঙ্গ।

অথর্ব্ববেদগী মন্ত্র ১০.৭।১৪ দা হাঙ্গ,—বিরাট পুরুষদগী খোকই হাঙ্গ, অতোপ্পা মতাং ১৩।৪।৩৮ দানা ইন্দ্রদগী থোরকই হাঙ্গ, মতাং অমদনা ১৯।৫৪।৩ দানা মহাকালদগী বেদগী পোকক্ম ওইরকই হাঙ্গ।

শতপথ ব্রাহ্মণগী যাজ্ঞবল্ক্য কাণ্ড ১৪।৫ দা হাঙ্গনবু পরমাত্মাদি অাতিঁয়াদগী মানা চাওবা হেন্নি, মাত্তোন্দগী ঋগ্‌বেদ, যজুর্বেদ, সামবেদ অমস্থ অথর্বাঙ্গিরসবেদ থুংসাম্বর হোন্দোকপাগুমনা থোকখি।

বিষ্ণুপুরাণ (১।৫।৪৮) অমস্থং শ্রীমদ্ভাগবত (৩।১২।৩৪-৩৭) নাচিংবা পুরাণসিংনা হাঙ্গবনাবু বেদবু ব্রহ্মা'দগী খোকপনি অম্মুমনা হাঙ্গ।

মনুসংহিতা (২.৩।২৩) না হাঙ্গ বেদদি মথন্তা খোকচবনি। যাস্কনা মাগী নিরুক্ত

(১ । ১৫ ) দা অমসু পাণিনিনা মাগী সুত্র ( ৪ । ৪ । ৬০ ) দা বেদবু ম্নাবু লেংবা লৈতে হাঙ্গবসি ম্নাই।

মহর্ষিকপিল, জৈমিনি, অমসু বাদরায়ণনাচিংবা প্রাচীন দর্শনকারসিংনাসু বেদবু লেংবা লৈতে হাঙ্গবসি ম্নাদবা তোঙে।

বেদ হাঙ্গবসি ওনথোকনা কুইথ্রবা লোম্না লেংবাওনথোক্না কুইথ্রবা লাইরিকনি। বেদ হাঙ্গবসিদি মীকোৗবা জীব মথল অসিগী ইথ্রাইমকুগী মানা মহানলবা লাইরিকনি অমসুং মীওইবাগী সভ্যতাগী অহানবা থুদমনি। মরম অসিনা বেদ হাঙ্গবসি থাকচবা লৈতনা মী পুম্নমকী ম্নাম্না লুনা তৌকমনি অমসু মাগী মরোনবু লৌননবা ওই। মীওইবা হাঙ্গবা অসিগী কুইরবা ইতিহাসদি ভারতকী বেদ নত্তবা অমা করিগুম্বা মকমদা লৈতরে। অদুগুম্বা মতম অদুদা মীওইবনা থনখিবা ম্নাথন, চংখিবা, থাজখিবা ধর্ম, ল্যাইনিং, সমাজগী চিংচং অমসু আচার ব্যবহার পুম্নমক মসিং লাকওমদনা কুইথ্রবা নহাকালগী সমুদ্রদা লুপথ্রবা পুম্নমক অদু করম তৌরিপবা অসুম্না অনুমাণনা শেমশাদুনা থিবা নত্তনা মতম অদুগী ইতিহাস থিবা ম্নাত্রবা অদু অদুগুম্বা কুইথ্রবা অমসু নিংসংবা থোঙরবা ম্নাকম মতম অদুগী ইতিহাস অপুম্বা বেদগী সংহিতা ভাগতা সুনা ফঙি। অদুগুম্বা কুইথ্রবা মতমদগী হৌদুনা মীকোৗবা ঐথোইবু মথং মথং পোকথরকইবা ইপা ইপুসিংনা চংলকপা পুমনমক অদু মাঙোন্দা লৈবা মরমনা বেদবু মাবু লেংবা লৈতবা অমসু উরকপা অসুমনা কৌই। অমসু অসুপ কুইথ্রবা মতম কৌবা অসিনা পোং পুমনমকপু মাংহনথ্রবদা মাতদি অসুপ কুইনা মাংদনা লৈরক্রবা বেদগী মন্ত্র ময়াম অসিনা মাসুপকী মতিক অশেংবা অমসু ইথ্রাইদগী অহেনবা ওইরক্ররনি।

জারমন মচা পণ্ডিত অথোইবা Mex Muller না মশাকী তাইবংপানবদা ফাউরবা "Origin and Growth of Riligion" কৌবা লাইরিকতা মাসিগী মরমদা হাঙ্গরমই :—

"One thing is certain, there is nothing more ancient and primitive, not only in India but in the whole Aryan world then the hymns of the Rig Veda.'

মানা "Selected Essays" কৌবা লাইরিকী অনিসুবা থগুদা "Lecture on the Vedas" কৌবা প্রবন্ধদা বেদগী ইথ্রাইদগী হেম্না কুইরবা অমসু ইথ্রাইদগী হেম্না শেংবগী মরমদা চিংনবা মীসিংদা হাঙ্গরমই ———

"But he who would question the antiquity of the Veda must explain how the layers of literature were formed that are superim posed over the original stratum of the poetry of the Rishi; he who would suspect a literary fargery must show how; when, for what purpose the 1000 hymns of

Rig-Veda could have been forged and have become the basis of the religious, moral, political, and literary life of the ancient inhabitants of India

বেদগী মন্ত্রসিং অসি মতম অমত্তগী নত্তে। অদুগা মহাত্মা হাঙ্গৈরিবা ধর্ম্মসিং অদুসু মতম অমত্তগী নত্তে। পুরাণলেংবা কবিসিংনা চপমান্ননা মত অমত্তা ওইনা হাঙ্গৈ, মাদুদি কুইখ্রবা, সাংলবা মতম চুপনা লৈরক্রবা বেদমন্ত্রসিংবু কুইরক্লহনা থংবা মেয়্ভরবদা অমসু কাবা ওথল্লকরবদা পরাশরগী মচা কৃষ্ণদ্বৈপায়ণ কৌবা ব্যাসনা পুলপলৈবা মন্ত্রসিংবু পুরোহিতসিংগী দমক ঋগ্‌, যজু, সাম অমসু অথর্ব্ব অমুম্না মরি থোকনা থাইদোকই। মহাকন মাদুম্না থাইদোকপদা মন্ত্রসিং অদুগী মথং মনাউ অদু থম্বদা মাসিনা কুইরে, মাসিনা নৌরি অমুম হাঙ্গৈনা মতমগী মথঙ মনাউগী মতুং ইন্না (Historical নত্রগা chronological order) লেংসিনলমদে।

ঐথোইনা বেদগী সুক্তসিংবু অহমথোকনা হুজিক থাইদোকপা য়াই, মাদুদি ১ শ্রুত—তারকপা, হাঙ্গৈবদি মাবু মাসিনা লেংই, হাঙ্গৈবা থংদবা মথং মথং গুরুমুখদগী তারকপা। ২ দৃষ্ট--উরক উরকপা অদু মথং মথং হাঙ্গৈনরকপা, অমনা ৩ রচিত - ঋষিসিংনা শেম্নকপা অমুমনা থাইদোকপা য়াই, মাদুদি ——

১। মন্ত্রসিং অদুদা মীওইবগী অহানবা লৈকম-পোককম, চাম্নগী লৈকম থাদোক্লুনা হোংলকপা অমসু অনৌবা লৈকম শেমগংপাগী শ্রুতিসিং অদুবু "শ্রুত" অমুমনা থোনলি।

২। মন্ত্রসিং অদুদা মীওইবগী মহানবা সভ্যতাগী মওং মতৌ, মমাংঙৈদা লাংলম্বা লাইগী শ্রুতি, অমসু অঙানবা যজ্ঞ (পিতৃযজ্ঞ অমসু পাকযজ্ঞ) গী রা হাঙ্গৈবা, অদুগুম্বা মন্ত্রসিং অংবুনা উথিবাবু হাঙ্গৈবা "দৃষ্ট" অমুমনা থোল্লি।

৩। মন্ত্রসিং অদুদা মাদু ঙাংলম্বা হাঙ্গৈরম্বা—অশেম্বা ঋষি—কবিসিং অদুগী অবস্থা ফোংদোকপা, ঈশ্বর অমত্তনি হাঙ্গৈবা থংহনবা অমসু ভাইবংপানবগী থল্লুহনা ফংঙমদ্রবা লুখ্রবা কারণ অমসু ভাবসিংবু হাঙ্গৈববুনা "রচিত" কবি মহাজ্ঞানগী ঋষিসিংনা থন্দুনা লেংলম্বা অমুমনা কৌরে।

রাকম অসিমাসু সোইদ্রবা অচুম্বনি, মাত্তদি—ভাইবংপান অসিদা লৈরিবা লোন পুমনমক্কী শব্দসিং অসিং, মাথোই থুদিংগী থোরকপা অমসু সম্দোকল্লকপাগী ইতিহাস ইরে লৈ। অদুনা হাঙ্গৈখ্রবা মন্ত্রসিংগী শব্দসিং অমসু ঐথোইনা চাংদমনরিবা লোন মৈতৈরোন অসিগী শব্দসিং অসিগী ইতিহাস অদু পুথোকপনা রাংলিবা মৈতৈগী অচুম্বা ইতিহাস অদু পুথোকপা য়াই।

হাঙ্গৈরুহনা অরেম্বনি, বেদগী শ্রুত অমসু দৃষ্ট মন্ত্র অদু নঙনদি পৃথিবীগী লোন পুমনমক অসিনা মতমগী ইপাক্কা লুপখ্রবা প্রাচীন ইতিহাস লৌথংপা য়াজে। মরম অসিনা ঐথোইনা

বেদগী মন্ত্রসিং অদুবু মতাং মতাং খুদিংদা প্রমাণ ওইনা থাঙ্গৎলিবনি।

পুরাণ কৌবা শাস্ত্র অসিসু বেদগুমনা প্রমাণ ওই। মাদুগী মরম অদুসু মথক্তা ঐখোইনা ব্যাখ্যা তৌথরে। পুরাণ হাঙ্গৈরগা মৈতৈগী পুরাণসিং অসিসু মাদুগী মখুংদা লৈবা অমনি। ব্রহ্মাণ্ড পুরাণনা হাঙ্গৈরি, "ব্রাহ্মণ ওইবনা বেদ মরিমক তমলবসু পুরাণবু তমত্রবদি মহাক অদু চংখোনবা ওইবা ঙমদে ( ব্রহ্মাণ্ড প্রক্রিয়াপাদ প্রথমাধ্যায় অমসু বায়ু ১। ১১৯-১২০) মাসি হাঙ্গৈবগী মরমদি পুরাণসিং অদুদা বেদগী নিংথিবা সন্দোকপা ব্যাখ্যা ইরি। অদুনা মৈতৈগী পুরাণসিং অদুদা বেদগী ব্যাখ্যা লৈ হাঙ্গৈবসি ঐখোইনা মতাং খুদিংদা উৎথরে. হৌজিকসু মাদু উৎলি।

মীওইবনা অহানবা পোককম অমসু মীওইববু হিংনব লৈকম চিঙ্গাক কনানা ইহান হানবদা পীবগে? হাঙ্গৈবসি হৌজিকী কান্দা থিনব নত্তনা থাঙ্গৈনসু খিনথি হাইবা ঋগবেদনা তাকই, মাদুদি—

"কোদদর্শপ্রথমম্ জায়মানম্ অস্থন্বন্তম্ যদনস্থাবিভর্ত্তি।
ভূম্যাঃ অসুঃ অসৃগাত্মা ক্বচিৎ, কোবিদ্বান্ সমউপগাৎ প্রষ্টুমেতৎ"

অর্থাৎ ইহান হানবদা পোকপ মীবু কনানা উহৌবগে? করম্বা মতমদগীনা লেপাকনা মী ওইবগী হকচাং থরাই, হীবু শেমৎপা হৌবগে? করম্বা পণ্ডিৎতা কনানা ব্রাকম অসি হংননব চংলবগে? অমুম্না ঋগবেদ।১।১৬২।৪ না হাঙ্গ মাসিগী পাওথুমদা—

ঋগবেদ সংহিতাদা তুরেন পুম্নমক্কগী মানা মহেনলবী মাবু নদীতমে, দেবীতমে অমুম্না কৌবী সরস্বতী কৌবা তুরেনগী রা কয়ামুক হাঙ্গৈরি। তুরেন অসিবু পারসিকসিংগী জেন্দ আবেস্তাদা "হরকুইতি" কৌই, থাগীনা 'চৌকুতি" কৌই। মহাক্কী সরমুর লৈপাক্কী চিং মরাম শাস্ত্রোক্তনা পাক চাউরবা অমমুং অখোইবা পুম্নগী মথক ওইরব চসিং মরাম পুরগা কুরুক্ষেত্র রোমদা লাক্লনা দৃশদ্বতী (হৌজিক্কি কাগার কৌবা) তুরেন্দা তিন্নৈ। হৌজিক্কি মহাক্কী মখা অসি উবা ফংদরে। ভূতত্ব হৈবাসিংনা থিনবদা হৌজিক্কি ফুট চামরি লৈতোই মরক্তা তৌথরগা অদুগুম্বা শেংলবা পুন্না ওইবা মাগী ঈসিং অদু ফংথি হাঙ্গ। মাখুম্না সরস্বতীনা মপান্দা চেন্নবদগী লুপথিবা মফম ২ সিং অদুবু শাস্ত্রনা 'বিনমন' কৌই। ভীষ্মনা তেনগী শয্যাদা হিপথিবা কুরুক্ষেত্রগী মফম অদুবু বিনমন কৌই। ভীষ্মনা হিপ্পা মতম অদুদা সরস্বতী অসি মপান্দা লৈতরে. হাঙ্গৈবা মহাভারতকী ৱারেংনা তাকই, মরমদি সরস্বতীগী অদুগুম্বা পুন্যজল অদুগী দমক অর্জুননা লৈহুংদগী লোখৎতুনা ভীষ্মদা পিথকখি। অসিগুম্বী তুরেন অসিনা তুরেন পুম্নমক্কী অহানবা, পুম্নমক্কগী মমা মহেন্নবীনি। মাগী মতিক মগুন অমসু আর্য্য কৌবা জাতিনা মাসুপকী মতিক হুংসিথিবা অসিগী মরমদা বেদনা মাসুপ য়াম্না থাগৎপদি। তাইবংপানবদা মী কৌবা জাতি অসিনা ইহান হানবা

পোককমদি ভুরেন অসিগী মপান্দনি। মীকোবা জাতিগী হিংহুনা লৈবা মায়মরবদগী চিং-ননবা লম অমসু মাখোইগী চিংনবা ঈসিং চানবা চিঙ্গাক পুম্নমক ভুরেন অসিনা ইহান চান্না পীখি। অসিগুম্বী ভুরেন অসিবু মমিংদি কাইখিহুনা মৈতৈ পুরানকারসিংনা হাঙ্গৈরমই, মীওইবনা অহানবদা চাক থোংহুনা চারমদে, মকী শান্হুনা শেং ইন্নমদে, ভুরেন্দগী লোক্‌না সিজ্জরমই, হাঙ্গৈরিবা ভু'রন অদু মহাক অসিনি। কুইগুবা মারিগী লাইরিক বাল্মীকিনা রামায়ণ কৌবা মাগী অকাউবা লাইরিক্তা সুংকু, মাহুগুম্না বেদব্যাসনা মাগী ভারততা চক্কু কৌবা ভুরেন সমুদ্রগী সমতল বারিদগী কুই ১৩৮৭০ মাংবা পামীরগী ভিক্টোরিয়া প্রপাতডগী পোক্‌না আরাল হ্রদবোমদা চেল্লকপী Oxus কৌরা ভুরেন্না সরযূর স্রোতনা মানা মমাই মখা ওম্বরক্কু্না দৃশদ্বতী তমনা চেল্লকলবদা সরস্বতী কৌরম্বনি, অমুমনা ভূগোল হৈবা পণ্ডিত-সিংনা পুখোকই, অসিগুম্বী ভুরেনগী মপান্দা মীকোবা জীবনা অহানবা পোকপা অমমুং লৈকম পীহুনা অচা লেখকনা মীওইববু য়োকখিবা অদু বেদনা অমুমনা হাঙ্গৈ। মকমু অদুদা ভাইবংপানদা লৈবা থরাইপানবা পুম্নমকী কোকথকী লৈতেং ওইবা মী কৌবা জাতিনা থোক্‌না শান্নবা তৌবা, মাহুগী মতুংদা মাখোইগী, লৈবা তাবা মাননবগী দমক, ভারুবগী দমক অমসু ফননবগী দমক হাঙ্গৈহুনা সরস্বতীবু লৈপাক পীখি, অমুম্না হাঙ্গৈবনা মরেকনা তারে, মাহুদি মীওইবা জাতিগী অচপা আর্য্য কৌবা মীগী ইহান হানবা মীনা সরস্বতী ভুরেনগী লৈপাক্তা ইহান হান্না ওইখি (তে বিশ্বা সরস্বতি শ্রিতায়ূংষি দেব্যাম। ঋগ। ২।৪১।১৭) (উতক্ষিতিভ্যোঽবনী রবিন্দঃ ঋগ ৬।৬১।৩) অহানবা মীসিং অহুগী হিং-ননবা ঈসিং (বিষম ঋগ ৬।৬১।৩) না মমাগী অমৃত বণগী 'মখোমগুম্বা - ঈসিংনা অহানবা পোকপা মীসিং অহুবু য়োকপিখি।

(পয়সা ঋগ ৬।৬১।১৪) মরম অসিনা মাবু—সরস্বতীবু বেদনা (ঋগ ২।৪১।১৬) মীওইবগী অখোইবা মমানি হাঙ্গৈহুনা "অম্বিতমে" ভুরেন অখোইবীনি "নদীতমে" অমসু লাইরেমা অখোইবীনি হাঙ্গৈহুনা "দেবীতমে" হাঙ্গৈনা কৌই। মরম অসিনা মহাকপু মামুম্না লৈসিংসখোংখি।

সরস্বত্যভি নো নেষি বস্যো মাপস্ফরীঃ পয়সা মান আধক্।
জুষস্ব নঃ সখ্যা বেশ্যাচ মাস্বৎক্ষেত্রাণ্যরনানি গন্ম।
(ঋগ ৬।৫।৬১)

হে সরস্বতী! ঐখোইবু অখোইবা লননাচিংবা পীহুনা চেনবিয়ু, নংগী অমৃতগুম্বা ঈসিংনা ঐখোইগী কডনবা খোকচনবিগদু, ঐখোইবু ননাক্তগী থাদোক্তনা থম্বীহুনা ঐখোইগী অচানবা অমসুং নংগী নতুং ইনজবা অসি লৌবিয়ু, নঙোন্দগী অতোপ্পা কডবা মকমদা চংহনবিগদু।

মী কৌবা জাতি অসি মীপোকপা হিংবা মারবা মকম তোঙান তোঙানবা পোক্পা

কোম্না মাগী চংনা থোকনরুরবদা তিন্নবা কাইনবা ওইবরা! অসুম হায়বদা বেদনা হায়, মকম অমত্তদা পোকলগা তোঙান ২ চংনখিবনি অসুম্না হায়, মাহুদি ঋগ বেদগী ৩।৫৪।৯গী মন্ত্রদা সায়নাচার্যনা "সর্ব্বম্ একস্মাৎ জাতম্" অর্থাৎ মী ঐখোই পুম্নমক মকম অমত্তদা পোকখিন্নখি. অদুগা তোঙান ২ না লৈনখিবনি ৷

"ত্বষ্টে রেজস্তে বিকৃতানি রূপশঃ" ঋগ্বেদ ১।১৬৪।১৬

মাহুম্না লৈনখ্রবা মীসিং অদুনা মানা ২ লৈক ২ দা মকমগী ঈসিং ফুংসিংনাচিংবগী মকথনা শক্তা চুদা তোঙান তোঙানখি। মরোনসু তোঙান্নখি। মাসিগী মরমদা প্রাচীন ধর্মসিংগী মরক্তা য়িহুদীসিংগী ধর্ম লাইরিকী য়ারি অমা লৈ.। মাহুদি থাইনা মতম অমদা তাইবংপানবা অপুম্বা অসি ঈসিংনা থুমখি। ঈসিং অদুনা হম্বরকলবদা মী ওইবনা থব্রে, মাসুম্না চাউবা ইচাও অসি থোকলবদা মতুংদা লৈননবা লৈপুং থোনসি হায়না লেপনখি। মাখোইনা অতিয়াদা থোকলিবা থরানমচাক পকনা থোনসি লেপনরে' মীপুম্নমকনা হৌদুনা থোনবদা অরোইবা লৈত্রবদা তাইবংপানগী মপুনা তোকহনগে নিংলে। মীপুম্নমক অমগা অমগা মরোল তিন্নাহন্দরে। অদুনা অমনা ওংবা অমনা থংত্রদুনা পুলপনা লৈপাক থোম্লম্বা তোকনা চংনখি। মাহুদগী মীওইবগী লোনময়াম থোকখিবনি। অসুম্না হায়, মাসিদা ঐতিহাসিক য়াওদবা নত্তে অসিগুম্বা ইচাউ অসি পুরাণদা ব্রাহ্মণদা বেদদা য়ামনা তোইনা থেংনৈ। অসিগুম্বা ঈচাউ অসিদগী অহানবা পোকপা মীসিংনা মতম অমদা মাখোইগী পোকনফম থাদোকনা হিমালয়গী রাংমা তান্না চেলুই।

মৈতৈগী পুরাণদা ঈচাউমা লৈপাক অসি থুমখ্রবদগী মহাদেবগী ত্রিশূলনা চিং থিঙ্গাইদুনা ঈসিং কংথহন্নগা মাখোই পুম্নমক অকং অকংবদা খুন্দাহৌই হায়রিবা অদুসু ঈচাউ অসিগী য়ানি।

অহানবা মীসিংনা মাখোইনা অহানবা লৈরম্বা মকমদগী মথং মথং চংখোক্লকপা অনৌবা মযম অকবা থিরকপাগী য়াকম পুম্নমক বেদনা হায়রি, মাহুদি

"অনু প্রত্নস্যৌকসো হুবেতুবিপ্রতিং নরং।
যং তে পূর্ব্বং পিতাহুবে।ঋ ১।৩০।৯

ঐখোইগী অহানবা লৈকমগী মপু ইন্দ্রবু ঐখোইনা কৌরি, মাবু ঐখোইগী ইপাইপুনা মমাংঙৈদা কৌখিবনি।

অভি সুষবসং নয় ন নবজ্বারো অধ্বনে।
পুষন্নিহ ক্রতুংবিদঃ।ঋ ১।৪২।৮

হে পুষা। কজরবী নাপী হৌবা মকমদা ঐখোইবু পুবিয়ু, লম্বৈনদা ঐখোইবু য়াদনবা তৌবিয়ু, লম্বৈন অসিদা নংনা ঐখোইবু ঙাকপিবনি।

পিপর্তু ন অদিতী রাজপুত্রাতি দ্বেষাংস্যর্যমা সুগেভিঃ।
বৃহন্মিত্রস্য বরুণস্য সার্মোপস্যাম পুরুবীরা অরিষ্টাঃ।

ঋগ্ ২। ২৭। ৭

নিংথৌপোকপী—অদিতী অমসু অর্য্যমানা একনবাবু ভুমচনা ঐখোইবু ভুগাইবা লৌনদা পুবিসনু। ঐখোইনা অকনবা মরামগা লোইননা অমসু মীবু মাংনবা তৌদনা মিত্র অমসু বরুণগা ভুগাইবা ফংগনি।

মরুত্বং বৃষভং বাবৃধানমকবারিং দিব্যং শাসমিন্দ্রং।
বিশ্বাসহমবসে নূতনায়োগ্রং সহোদামিহ তংহুবেম।

ঋগ্ ৩। ৪৭। ৫

ঐখোইনা মরুণময়াম চেনবা, পাঙ্গন পীবা ইন্দ্রবু ঐখোইনা ঐখোইগী অনৌবা লৈকম অকবা ফংনবগীদমক যজ্ঞদা কৌজে।

অগব্যুতি ক্ষেত্রমাগন্ম দেবাউর্বী সতী ভূমিরংহুরণাভূৎ।
বৃহস্পতে প্রচিকিৎসা গবিষ্টাবিশ্বাসতে জরিত্র ইন্দ্রপন্থাম্।

ঋগ্ ৬। ৪৭। ২০

ঐখোইনা কোইরক ২পদা মণশেনফম লৈতবা মফমতা ফংলে, হে বৃহস্পতি ঐখোইবু পুবিয়ু; হে ইন্দ্র ঐখোইবু অফবা লম্বেন তাকপিয়ু।

তা যজ্ঞমা শুচিভিশ্চক্রমানা রথস্য ভানুং রুরুচুরজোভিঃ।
পুরুবরাংস্যমিতামিমানাপো ধন্বান্যতি যাথো অপ্রান্।

ঋগ্ ৬। ৬২। ২

হে অশ্বি অনি! চৈসিং ফংননবগী দমক ঐখোইগী সগোনবু মরুভূমি লানথোকনা চৎহনবিয়ু।

ব্যাসয়মীবমেধসগ্নং নঃ কদা ন ইন্দ্রবচসো বুবোধঃ।
অস্তং তাত্যাধিয়ারয়িংসুবীরংপৃক্ষো নো অর্বান্যুহীত বাজী।

ঋগ্ ৭। ৩৭। ৬

হে ইন্দ্র! ঐখোইনা নংবু লৈসিলৈথোনলি, নংনা ঐখোইবু লৈনফম পীবিয়ু।

সনা পুরাণমধ্যেম্যারাৎমহঃ পিতুর্জনিতুর্যামি তন্নঃ।
দেবাসো যত্রপণিতার এবৈঃ উরৌ পথিব্যুতে তস্থুরন্তঃ।

ঋগ্ ৩। ৫৪। ৯

ঐখোইনা নংগী অরিবা জাতিগী মতৌগী রা নিংসংই, নংখোইনা ছজিকসু মাগী মাগী লাপোং তোংহনা পাকচাউগা হারগী লৈফমদা চৎলি।

হাইগ্রবা মন্ত্রসিং অসিদা উনখরে, মাহুথি তাইবংপানবগী অহানবা লাইরিক বেদনা হাইরি

মী ওইবগী অহানব--আর্য্য জাতিগী অহানবা মীসিংনা হান্না লৈরমফম, হান্নগী মফম থাদোকপা অমসু অনৌব মফম খিবা হোৎনখিব অহু হাঈরি।

আর্য্য জাতিনা অহানবা লৈরম্বা মফম অহুদি কদাইদনো হাঈববু বেদনা হাঈরি মখোইদি অহানবদা চিংদা লৈরম্বা জাতিনি অমুম্না সংসর্গনা হাঈ, মাহুমক বামদেব ঋষিনা মৈগী মমাংদা পূর্ব্বপুরুষসিংনা অহানবদা চিংদা লৈ অমুম্না বেদগী মন্ত্র সোনখি।

"অশ্মব্রজাঃ সুদুঘা বব্রে অন্তরুদুস্রা
আজন্নুষসো হুবানঃ। ঋগ্‌ ৪।১।১৩

মাখোইনা চিংনা কোইসিনব মফমদগী মখোম থোকপি বনবিসিংগা লোইনাহুনা চিংদগী কুমথহুনা মপান্দা থোরকই।

তে মর্ম্মৃত দদ্রিবাংসঃ আদ্রিম তেষাম্‌ অন্যে অভিতঃ বিবোচন্।
পশ্বাযন্ত্রাসঃ অভিকারং অর্চনবিন্দন্তঃ জ্যোতিশ্চ কৃপন্তঃ ধীভিঃ। ঋগ্‌ ৪।১।১৪

মাখোই অহু বুদ্ধি য়াম্না শেংই, চিংগী লৈপাক্তগী মপান থোক্লকই, মাখোইনা মাগী খুংলাই (লাঙ্গোণনাচিংব) পুরকই, মথুং মশা হৈববু লুনা তৌই, মাখোই অহু জ্ঞান লৈ অমসুং থৌজানবিহৈ।

দৈব্যা হোতারা প্রথমা বিদুষ্টরা ঋজুযক্ষতঃ সমৃচা বপুষ্টরা।
দেবান যজন্তো ঋতুথা সমঞ্জতঃ নাভাপৃথিব্যা অধিসানুষু ত্রিষু। ঋগ।২।১।৭

অহানবা যুগকী জ্ঞান লৈবা যজ্ঞতৌবাসিংনা মন্ত্র পুম্নমকনা মরম ওইহনা নংবু পুজা তৌখি। মাখোই অহুনা লৈপাকী ময়োন থোইদৌ অর্থাৎ ময়াইদা চিংগী মতোন অহুমদা ঋতু থুদিংদা তিন্নাহুনা যজ্ঞ তৌখি। মামুম্না ঋগ্‌ ৩।৪।৭ অমসু ৩।৭।৮ দাসু মামুম্না হাঈ। মাসি পুম্নমক্তগী খংবা ঙমই, পৃথিবীগী ময়াই ওইব চিং ঙাক্পা ঙাইবা লমদা আর্য্যসিংনা অহানবা লৈরমই, মাহুদক্তগী তমদা মাগী ২ গুঙাইগদবা থিহুনা খুন্দাবা চৎনরকই। মাসিবু মৈতৈগী পুরাণনা হাঈ, মৈতৈগী য়ুমফম অহানবদি চিংদা ওইরমই মাহুদগী কোম্না কুম্নকই, অমুম্না হাঈ, মাখোইনা মণিপুরদা লৈরবা মতমদা মাসুপকী মতিক মাখোইগী বুদ্ধি অহু পিকশিনখি, চিং হাঈরগা মণিপুরগী চিং অকোইব অসিতা মখংখরে, লৈপাক হাঈরগা মণিপুরগী তম অসিতা মখংখরে, অহুনা মাখোইনা মচা মমু ত'রহুনা লৈরবদা মাখোইগী মপা মপুনা চিংদা লৈবা জাতিনি হাঈবম্বা অতনা মাখোইবু চিংদা মাখোইগী য়ুমফম লৈ হাঈহুনা চিংদা য়ুমফম লৈতবা মৈতৈদি মথুত্তগী ঙসিং লোবা য়াদবা জাতিনি হাঈনৈ। অহুগা চিংনা কোইব পৃথিবীগী থোইদৌ ওইব ময়াইদা মাখোইগী পোক্লফমনি হাঈরম্বা অহু ফাংহৌহুনা মাখোইগী মণিপুর কৌরগা হজিক খংনরিবা লৈপাক অসিবু তাইবংপানবগী ময়াইনি অমুম্না পুরাণকারসিংনা হাঈরমই। এফম ঙসিদা পৃথিবী লৈপাক

লৈমানা মশাগী মন্নাই ওইবনা খাংগোই-হাপকমনি অমুম্না নিংচুনা লম অসিবু মেখলী লেল অমুম্না কৌরমই।

মাখোইগী অপোকপা মকম অহানবা অদু মণিপুরগী অকোইবদা লৈবা চিং অসি নত্তে, চিং ওইবা চিংনা কোইষনবা মণিপুরগুম্বা লমদগী লাকপনি হায়বা খংনবদি, মাখোইনা অপুবু সগোন কৌবা, সগোনকাংজৈ সান্নরকপা, কাংচিংবা, কাংসান্নবা, খাংপু-কাংখোন কৌবা কাংপোং, কাংজৈ, কাংক্রম, কাংচ, কাংখুন, কংখিল, কাং কাংপাক, কাংনিং অসিনাচিংবা মিংকমগা লোইনবা মাখোইগী লিচং শান্নবা, কুমৈ অসিনাচিংবনা চিং অসি নত্তে হায়বা ছাকই। মাখোই অসিদি মতাং অমদা আলোচনা তৌগনি।

মৈতৈ হায়বাসিনা মণিপুর য়োরবদা মপামপুনাচিংবনা খংলম্বা মী হায়বা জাতি অসি মখল ৭তনি হায়বা অদু মাখোইনা ফারকই। অদুনা মাখোইনা মী অসি শকতা চুদা মানদবাসিংবু মখল তরেংনি হায়না নিংখি— অদুনা জাতি অমামমু এক। এক কৌবদগী একপু সলাই, সলাই এক অদু ৭ নি অমুম্না হায়রমই। মাদুদি মাখোইগী মপা মপুনা কারম্বা মন্নুনা হায়—————

সাকম্ জানাম্ সপ্তমম্ আহুরেকম্ ষট্ ইৎ সমাঃ ঋষয়ঃ দেবজা ইতি।
তেষাম্ ইষ্টানি বিহিতানি ধামশঃ স্থত্রে রেজন্তে বিকৃতানি রূপশঃ॥

ঋগ্বেদ ১।১৬৪।১৬

মকম অমম্ভদা পোকমিন্নবাসিংগী মম্নংদা তরেৎসুবা অতুমু মরু অহানবদগী খোরকপনি, মাখোই অদুগী মরক্তা তরুকনা নিয়ম তৌবা, মহু উবা অমসু লাইনা পোকপনি, মাখোই অদুগী লৈননবগী মমক মকম ময়ামদা লৈকম শেমখি। লৈকম তিন্নদবনা মাখোইগী মওং মতৌ শক্তা চুদা অমসু মরোপ তিন্নখিদে।

## এক সলাই খাইবা।

মাখোইনা মণিপুবারামদা লাকপা মতমদা হায়খ্রবা মী মখন ৭মক অসি সুনা লাকই হায়বা মৈতৈগী পুরাণদা অমসু মাখোইগী অরিবালোন, লাইরা, পাউবৌ অমসু খোদোলা হংবা ঙমদে। তৌইঙমসু মাখোইনা এক ৭নি হায়বা অসিদি মাখোইনা খংলকপা মরম্না মকম অসিদগী অতোপ অতোপ্পা মীজাং মায়া তিন্নারবা কাইনথংদা এক সলাই অসি ৭ খোকনা খাইদোকচবনি।

মাখোইনা মাসুম্না খাইদোকই, মাদুদি মাখোই লাকপিন্নবাদাসু, হান্না লৈরম্বদাসু, কোন্না লাকপদাসু অমসু মাখোইগা তিনসিন্নাখিবাদসু এক সলাই হায়না খাইদোকনৈ। মাহুমনা

খাইদোকপা অহুদা ময়মদি মাসুম্না পুথোকখি, মাখোই অহুগী অপোকপা অহুদা এংলগা মতুংদা পোক্লকপা খুকন পাজনবা অপোকপা ওইবা মিংচৎপা পোকখিবদগীসু খাইদোকই, অহুপা কোম্না লাকপাসু হাম্না লৈরম্বা একতা তিলহনবা তিনবা খুদোং চাদবনা মাখোইগী তোঞানবা এক অমা ওইহনবা মাহুদাসু মমৈদা খাইদোকপা অসুম্না তৌই। মাসুম্না এক খাইদোকপা অসি হৌজিকগী চহি ১৪০০ রোমতদা চেংলবা নিয়ম অমদা য়াএন তৌখি। মাহুগী মমাংদদি থোইনা কল্লমদে। খুদমগী দমক ৫৫০ ইং খৃষ্টাব্দদা নাওফংবা কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই। মহাক্কী হাকথক্তা এক সলাইবু মাগী প্রজা অপুম্বদা খাইদোকই, মাহুদি ১ অঙোম, ২ নিংথৌজা, ৩ লুয়াং, ৪ খুমন, ৫ মোইরাং, ৬ খাবা অমসু ৭ ঙাম্বা তরেৎ অসিনি।

মাখোইনা এক খাইদোকপগী মরু ওইব নিয়মদি হায়রগী বেদার্থ অহু খংব্রবনা মুমিং চয়োল ৭ কা মাখোইগী অফাউব অপোকপাসিংনা অনি অসিদা পাম্নুনা কংলৈগী ইম্ফালদা কংলাদা খাইদোকখি, অহুনা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | নোংমাইজিং | কুপক্রেং | অঙোম |
| ২। | নিংথৌকাবা | শেনক্রেং | নিংথৌজা |
| ৩। | লৈপাকপোকপা | পাম্মরিংবা | লুয়াং |
| ৪। | য়ুমসকৈশ | লৈশংতাউ | খুমন |
| ৫। | সগোলশেন | কোনশোরেণ | মোইরাং |
| ৬। | ইরাই | অশংবা | খাবা |
| ৭। | থাংজা | তুমাঙানবা | ঙানবা |

অসিনি—মাসিদা পাঠকসিংনা উনগনি মাখোইগী অপোকপা ওইনা হাপলিবা লাইসিং অহু লাই অমতগী সারোগনি, মাখোই অহু বৈদিক সাহিত্যগী মতুং ইন্না অর্থ হল্লবদি রশ্মুাভি-মানী দেবতানি অসুম্না হাইগনি, মাহুতবু লৌরুবদি মাখোই অসি ক্ষত্রিয় মচা ঙাকনি চন্দ্র অমসুং সূর্য্য বংশগী ধারানি হাইবা কোংদোকপনি মাখোইনা মাহুগী অর্থ অহু মশানা মতম অহুদা নাওফংবগী হাকথক্তা কোকদোকপ ওমগ্রহুনা এক সলাইগী মমিং খোনবা মতমদা অমা ওইনা লৌহুনা মাখোইনা শেমজিনব য়ারি অমদা মমিংসিং অ পানসিনখি, মাহুদি———

## মৈতৈ পুরাণকারনা শেম্বা য়ারি।

গুরুশিদবনা মণ অসিব অমা ওইহুনা তাউরকই, কুপক্রেংনা মাহ উরগা অপুম্বমি তুকচ হাই, শেনক্রেংনা মায়া ওইরম্বসু য়াই হাইনা খুমই। কুপক্রেংনা মায়া ওইরবদি করম্না খংগ হাই, সেনক্রেংনা ঐতৌগে হাইহুনা তাউরিবা মণ অসিবা অহুদা হাই, অসিবনবু মচৈ হাইবরা ? হংই, মাহু তারপা গুরুনা ওন্নিব মণ অহুনা মমৈ হাইরকই। কুপক্রেং শেনক্রেংনা

গুরুনি হাইবা খংলুহনা মণ অসিবাবু কংকাম্বা চিংখৎলে, গুরুনা ওন্নিবা মণ অদুবু এক ৭না পোমেথ মজ্জগী দমক খাইদোকপদা মানা মানা হোম তৌবগী শরুক অদুগী মতুং ইন্না এক ৭কী মমিং খোনখি, মাতদি—অঙোম্বা মখোয়রি লৌবনা অঙোম নিংথিবা মনিং থুংবনা নিংথৌজা, লৌরাই লেনকু লৌবনা লুয়াং খুমাং লৌবনা খুমন, অথুম্বা মখম মনিং মনিং লাউবা মকম লৌবদগী মোইরাং, চেংলৌ ( মাইংখাং ) গী মথা অমসুং ভানবা থুমোংইগা লৌবনা খাবা অমনা ভানবা কৌখি অমুম্না সাগুনা লেমজিনলমই।

ঐখোইনা মৈতৈগী এক সলাইসিং অসিবু অংলুখনি হাইবা খাজ্জে লেংনা প্রমাণ তৌব ওমই, মাহুদি মাখোই অসিগী মৈংহৈরোপসিং অদু হুজিক কাউবা পারং সুনা ওয়া লৈরি, মাহুদা এংলপা খংবা ওমই, মাহুদি—মাখোই তরেং খোকনা খাইদোকইবা অদু পুরাণ অমত্তদা অনি খোকনা খাইদোকপনি। অতুগা মাহুসু অমগা অমগা হৌকমসু ভিন্নরক্তে, চাইবা খংই, মাসিদা ঐখোইনা হাইনিংই, মাহুদি মী কৌবা জাতি অসিমকুবু আর্য্য হাইরগা খংনরিবা অসিতদগী খাইদোকপনি হাইবা অতুগা মত ওইরবদি হুজিকগী চতি লথা কয়ামুকী মমাংদা খাইনবা ওইগনি, অতুগা আর্য্য কৌবা জাতি অহুনা তোঙানবা মকম অমদগী অতোপ্পা মীগা ভিন্নবা ওইরবদি বেদদা মাখোইগী পরিচয় খংদবসিংদি অনার্য্য কৌবা জাতি অগনি অমুম্না তশেং তশেংনা হাইগদবনি।

মাতদি এক সলাই হাইবসি হান্না মাসুম্না লেপলমই, মাতদি ১ অঙোম ২ নিংথৌজা, ৩ লুয়াং, ৪ খুমন, ৫ ভানবা, ৬ মোইরাং, ৭ চেংলৈ, ৮ খাবা, অমসুং ৯ সরাং লৈশাংথেম, মাসিবু মরি খোকনা খাইরগা ১ অঙোম নিংথৌজা, ২ লুয়াং-খুমন, খাবা ভান্বা, ৩ চেংলৈ, ৪ মোইরাং, তরেং খোক্না খাইরগা ১ অঙোম, ২ নিংথৌজা, ৩ লুয়াং ৪ খুমন ৫ খাবা-ভানবা ৬ খাবা চেংলৈ, ৭ মোইরাং অসিনি। অহুনদি ময়েকনা ভাবে, এক সলাই তরেং হাইহুনা লেপ্পদি বেদগী মী মখন তরেং হাইবা অহুগী অর্থ লৌহুনা ওমিং চয়োন তরেংতা পাম্নুনা মৈতৈনা খাইদোকপনি অহুগা খাজ্জে সেংবা মী মখন তরেংমক অহুনা মণিপুরদা লাক্লুনা থুম্নাখিবা নত্তে।

মণিপুরদা আর্য্যনা চংলকপা অসি কংবু ওইনা চংলকইদি হাইনাবু চংলকপা মতমদা মাহুপ য়ান্না থাইনা চংখিবাদি নত্তে, মতম অহুদা মণিপুরদা লৈবা মীসিং অহুগী তরেং খোকনা খাইদ্রগা সরুক অমগী মান কাপে মাহুমকসু মচিং মচিং ওইনা চংলকপনি অমুম্না খংনৈ। মাখোইনা চংলকপা মতম অহুদা ভারতবর্ষ অসি ভারতবর্ষ কৌরমদে। ভারত হাইনদি কৌনক্রিতে অহুগা পৃথিবীগী মকম পুমকা অচৌ অচৌবা আর্য্য শাপেনা সম্পো-কনখ্রবা মতুং কাইনখংদা মণিপুরদা মাখোইনা চংলকই। মাহুদি প্রমাণ অতৈ খোইনা তৌদবসু লাইনা খংবা ওমই, ঋগ্‌বেদগী "দ্যৌঃ পিতরঃ পৃথিবী মাতর" ঋগ্ ৬।৫১।৫ অসিনাচিংবা

মন্ত্র অসিনা খোঙরিবৈদা খুন্দাখিবা--হায়রি নৈকম খাদোকখিবা কাংবু

| | | |
|---|---|---|
| হিব্রু | মাখোইনা নিংবা লাই | ইলোহিম |
| চালডিয়া | ,, | ইল্লা |
| আরবী—তুর্কী | ,, | অল্লা |
| মিসর | ,, | টেন |
| তাতার | ,, | মাগাত্তাল |
| চীন—খাসী | ,, | পুষা (১) |
| জাপান | ,, | কামিসামা |
| মাডাগাস্কর | ,, | অগ্গর |
| ফিজি | ,, | কালন |
| টৈহিটিয়ান্ | ,, | আটুয়া |
| হরাই | ,, | আকুরা |
| রসিয়ান্ | ,, | বগ (২) |
| ল্যাপ্ | ,, | যাব্মেল |
| ফিন | ,, | জুমালা |
| গ্রীন্ল্যাণ্ড | ,, | গুডির ইত্যাদি |

মাসিনা প্রমাণ তৌবা য়াই, মাহুদি মৈতৈ হায়ৈবসি চীন লোমদগী থাইদোক্লকপা জাতিনি হায়না চিংনবা য়াউই, মাহ ওইরবদি পুষাবু ঈশ্বরগী মমিং ওইনগদবনি।

অহুগা মথক্তা হায়খ্রবা বেদগী মন্ত্র অহুগী প্রভাবনা চাউরবা তুংদা থাইদোকখিবা জাতিসিংদি—

| | | |
|---|---|---|
| গ্রীক | মাখোইনা নিংবা ঈশ্বরগী মিং | জিউস্—দিউস্ |
| ক্রিটান্ | | থিউস্ |
| লাটিন | | দিউস—জোবিশ |
| জার্মন | | দিউস |
| কেলটিক | | দিউ |
| ফ্রেঞ্চ | | দিউ |
| ইটালিয়ান্ | | দিও |
| স্পেনিস্ | | দিয়স্ |
| গ্যালিক | | দিউ |

(১) মাসি বেদগী দেবতানি (২) মাসি পণ্ডিতসিংনা বৈদিক দেবতা ভগনি হায়ৈ।

| | | |
|---|---|---|
| অষ্ট্রিস | মাখোইনা নিংবা ঈশ্বরগীমিং | দাই |
| পটুগিজ | | দিয়স্ |
| স্কটডিস্ | | ডাইস্ |
| ম্রেলস্ | | ধ্য |
| মৈতৈ | | তিন্না অসিনাচিংবা |

মাখোই অসি বেদগী দেবতা "দ্যা-স্তৌ" দগী থৈখিকনি।

হৌজিক্তি ঐখোইনা মৈতৈ হাঙ্গীরগা থংনরিবা জাতি পুরমক অসিনা অহুতৈ মণিপুরদা চুংলকপা মতমদগীনা হৌজিক কাউবা অসিদা লৈরকপা অহু মপুংফজিংনা প্রমাণ তৌননবা হোৎনরি।

মাহুগী প্রমাণ তৌবা য়াননবা মৈতৈগী যুমাক পুরমক অসিনা হৌরকপা মরক্তা হোং-লকপা, য়ানসিনলরকপা পুরমক অহু উবদা তশেং তশেংনা থংননবা মৈতৌরোনগী অসম্বা অহু শাগৈ পুরমকী অহানবদা ইরি।

## গুরু অহুম।

মণিপুরদা লৈবা মীসিং অসিদা প্রাচীনজাতি পুরমকপু এক সলাই অম্মুম্না খাইদুনা লৈবা পুরমক অসি ক্ষত্রিয় ওাক্তনি অম্মুম্না নিংলমই। মাখোইবু ক্ষত্রিয়নি অম্মুম্না জাতিগী পরিচয় পী।

ভারতবর্ষদা লৈবা ক্ষত্রিয়সিং অসিগী মমুংদা সূর্য্যবংশ অমসু চন্দ্রবংশ হাঙ্গীবা অসিনা পুরমকী অখোইবা ওইনা কাউরি। মাখোই অনি অসিসু মরুদা মশা অমত্তনি অম্মুম্না পুরাণকারসিংনা হাঙ্গী, অমসু মাহুগী তাৎপর্য্য খিকরবসু মাখোই অনিসি মশা অমত্তা ওইকম থোকই। মাসিগী য়াকম অসি মথক্তা মহাভারতকী প্রমাণ তৌখরে। মাহসু পাঠকসিংগী বিচারদা থুংওাইনবা মতাং অসিদা অযোক লৌখৎকম থোকই।

মণিপুরী জাতি অসিবু ক্ষত্রিয়নি হাঙ্গীররদি ভারতকী হিন্দুসমাজদা চৎনবিদা হৌজিকী কালগীদা হাইরগা মণিপুরী জাতিদি রাজপুত জাতিনি হাঙ্গীগনি। মাস্তুমঃ হাঙ্গনরকদৈদ-দগীদি চৎনবীগী মতুংইন্না মণিপুরী রাজপুত পুরমক অসি থাং মথকী উপাধি "সিংহ" হাইবা অসিনা মাখোইবু বিশেষিত তৌখরে। তৌইগুমসু মাহুম্না মাখোইগী মিংদা "সিংহ" তারবা মক্তদা মীপুরমকী পুকনিংদা মাখোই অসিবু ক্ষত্রিয়নি হাঙ্গীবসি সূর্য্যবংশরা; নত্রগা চন্দ্রবংশরা; অমসু মাহু নরবা চুম্নগী ক্ষত্রিয়রা, হাঙ্গীবা অসিদি থংনিংখি। মশা মশানা পরিচয় পীবা মতমদাসু কন্যাগুম্বনা সূর্য্যবংশনি হাঙ্গী, কনাগুম্বনা মশা অমত্তদা চন্দ্রবংশনি হাঙ্গী, অহুগা অনি অসিদগী তোঙানবনি অম্মুম্নদি হাঙ্গীদে।

মাখোইগী অরিবা লাইরিকনাসিংবা পুরমক্তা এংলবদা মাখোই পুরমক অসি সূর্য্যবংশনি

হাঙ্গন্না স্তাকই, তৌইগুমস্নুং সূর্য্যবংশগী মকাউবা ইক্ষ্বাকুগুম্বা অমাগী ধারানি হাঙ্গবদি লৈতে।

অহুগা মপানগী—মণিপুর নক্তবাগী ইতিহাস এংলগদি নিংথৌজা কৌবা শাগে পুন্নমক অহুদি চন্দ্রবংশনি হাঙ্গবা য়াই—মরমদি মাখোইদি মণিপুরদা পানখিবা বভ্রুবাহনগী ধারানি। অম্নুম্না খংনৈ। তৌইগুমস্নু মাখোই অহুনা তাংশং তক্লংনা বভ্রুবাহনগী ধারা নত্রগা মাগী সিংহাসন ভুকপা মাগী ক্ষেত্রজ মক ওইরবস্নু মৈতৈ হাঙ্গরগা খংনরিবা ক্ষত্রিয়গী বংশ রক্ষা তৌবা মচা হাঙ্গবহু বভ্রুবাহন্না খোকখিবনিনা, মাগী ধারাবু সূর্য্যবংশনি হাঙ্গবনা করি অমন্তা ভরানবা ওইরোই। মরমদি মণিপুরীর ক্ষত্রিয় পুন্নমক অসি গুরু অহুমগী ধারানি অম্নুম্না মাখোইগী পুরাণ পুন্নমকনা অমস্নু শাগে পুন্নমকী কুলপঞ্জীনাস্নু হাঙ্গ। মাখোইগী পুরাণনচিংবা অহুনা মাখোইবু থাগী ধারানি হাঙ্গদে অমস্নু মৈগী ধারানস্নু হাঙ্গদে। ক্ষত্রিয়সিং অসিনা অহুঙৈ মণিপুরদা খোরকঙৈদদি ব্রাহ্মণ ভাগতা বেদনা তাকপদি মৈগী শাগে য়াউথি হাঙ্গ। মৈতৈগী পুরাণদা ঐখোইনা খোঙ্গুন সিবদাস্নু মাখোই অহু থরাদি ক্ষত্রিয় হাঙ্গবাবু মখোই অহু মুংখিহুনা থরদং লৈতৌবা অহু গুরু অহুমগী ধারাদা তিংশিনখ্রে। অহুনা মাখোই অহুস্নু ক্ষত্রিয় হাঙ্গখরে অহুনা সূর্য্যবংশ ভাক্তা ওইখরে হাঙ্গগনি। মরমদি মণিপুরী ক্ষত্রিয় পুন্নমক গুরু অহুমগী ধারাদা ভম্না লৈখরে।

গুরু অহুম কৌবদি মঙাং, লুয়াং, অমস্নু খুমন অম্নুম্না কৌই, মাখোই অহুস্নু মঙাং গুরু, লুয়াং গুরু, অমস্নুং খুমন গুরু, অম্নুম্না খংনৈ। গুরু অহুম অসিবু লাইরোণদা হাঙ্গরগা মঙাং গুরুনা কোম্নিন ভুখোকপা, লুয়াং গুরুনা অসিবা, অমস্নু খুমন গুরুনা অতিয়া শিদবা অম্নুম্না কৌই। অমোকস্নুং অহুম অসিবু মীওইনা হাঙ্গগে হাঙ্গরবদি অপোকপা ওইনা লৌহুনা অঙোম অমস্নু নিংথৌজাগী অপোকপাবু মঙা, লুয়াং অমস্নু মোইরাং অসিবু লুয়াং গুরু অমস্নু খুমন, সরাং লৈশা থেম খাবা অমস্নু ভানবা মরিবু খুমন অম্নুম্না কৌই। মাসিগী তাবত্তি এক সলাই পুন্নমক অসি মাখোই অহুমগুনগী খোকপনি হাঙ্গবনি। খাঙ্গলৈশংবদা মৈতৈ পুরাণনা গুরু অহুম হাঙ্গবদি সুপনগী তুমিত্তবু হাঙ্গবনি।

শ্রীবিষ্ণুগী নেৎকম আকাশগী মথাং অহুম খোককম, য়ুংবা অমস্নু তকম; অহুমদা লৈবা তুমিৎ অমত্তবু মহাকী মতম ২ অহুদা লৈবা মকমগী মতুং ইন্না গুরু অহুম কৌবত্তনি, মাহুদি খোরকপা মঙানগী মশক ওইবা তুমিৎপু মঙাং, কোকতোন য়োৗরবা অম্মাংরদা লৈবাবু লুয়াং অমস্নু তারক্লবা খোংস্নুং চংলবা তুমিৎপু খুমন কৌই। অসিগুম্বা সূর্য্য দেবগী মশক ওইবা গুরু অহুমদগী মৈতৈগী এক সলাই পুন্নমক অসি খোকখিবা ওইনা হাঙ্গই অসি মহাভারতকী মরোণদা হাঙ্গরবদি সহস্র জ্যোতিদগী ক্ষত্রিয় মচাসিংগী খোরকপা অম্নু মরেকনা তারে। মাহুদি—মঙ্গনা দেবভ্রাট্, মহাকনা সুভ্রাট্, সুভ্রাটনা দশ জ্যোতি, শত

জ্যোতি অমসু সহস্র জ্যোতি কৌবা অহুম পোকই, সহস্র জ্যোতি সূর্য্যবংশী ক্ষত্রিয় বংশ পুন্নমক পোকখি—

"ভূরস্তভো দশগুণাঃ সহস্র জ্যোতিষঃ সুতাঃ।
তেভ্যাহয়ং কুরুবংশশ্চ যদূনাং ভরতস্যচ॥
যযাতীক্ষ্বাকুবংশাশ্চ রাজর্ষীনাঞ্চ সর্ব্বশঃ।
সম্ভূতা বহবোবংশা ভূতসর্গাঃ সুবিস্তরাঃ॥

ইতি মহা আদি ১। ৪৬-৪৭।

মরুম অসিনা সংসংনা খংলে মৈতৈ হাঈবা জাতি অসি ভারতীয় আর্য্য ভাষাদা ক্ষত্রিয় কৌই। মৈতৈ রাজপুত্র পুন্নমক ভারতীয় আর্য্যভাষাদা সূর্য্যবংশনি,।

মাসিগী মরমদা ঐখোইনা মৈতৈ পুরাণন চিংবগী খোং ওইনা য়াম্না নিংথিনা প্রমাণ তৌবা ঙমই, মাতুদি—হুজিক মৈতৈ হাঈরগা খংনরিবা ক্ষত্রিয় জাতিসিং অসি মৈতৈ জাতুদি নত্তে। মৈতৈ কৌবা খুকন পাঙনবা কাংবু অমা মণিপুরদা খুন্দাখিবনি। মাখোই অতুগী খুকন পাঙনবা অমসুং চৈংসিংবন মরম ওইতুনা মাখোইদা জাতি মথামনা তিনসিনখি, হুজিক্তি পুলপ অতবু মৈতৈ হাঈরগা খংনবনি। মাখোইদা তিনসিনখিবা জাতিসিং অতুগী মতুংদা অনি অমনা ইংখাইদগী হেন্না য়ামই। নত্রগা মাখোই অতুনা অথোইবনি। অনি অতুনা মৈতৈদা তিনলগা অহুম অসিবু হুজিক মৈতৈ হাঈরগা খংনরে। মাদোমদা হাঈরবদা মমাংতৈদদি মৈতৈ ওইখিবা হাঈরবদগী মৈতৈ শব্দগী অর্থনা ব্যাপক ওইরক্লা হুজিক্তি মৈতৈ হাঈবসি ক্ষত্রিয় হাঈবগী পর্য্যায় বাচক ওইরে। অতুনা হুজিক্তি মুগুণখাংবা-গৌড়িয় ধর্মচংপা ক্ষত্রিয় পুন্নমক মৈতৈ কৌরে। মণিপুরদা লৈবকপা জাতিসিং অসিগী মতুংদা হুজিক উরিবা মণিপুরগী পুরাণ ইতিহাসদা ফংনবা খুকনবা জাতিদি অহুমনি, মাতুদি মৈতৈ, মোইরাং অমসু খুমন অহুম অসিনা পুরাণদা হাঈবা মথৈ খংবা যুগকী খুকনবা জাতিনি। জাতি অহুম অসিবু পোকইরে, মখুম অমসু নোংয়াই কৌবা বিশেষণ অহুম্না মাতুদি পোইরে মৈতৈ, মখুম মোইরাং, অমসু নোংয়াই খুমন।

বিশেষণ অহুম অসিনা তাকপা অর্থদি মখুম হাঈবদি লৈতাতুনা লৈরবা মাগী ২ মখুম ওইরম্লবা জাতি হাঈবনি, মাখোই অসিনা মণিপুরগী খুমন অমসু মৈতৈদগী হান্না লাকপা আদিম বাসীনি পোইরে হাঈবনা পোইরকপা কোম্না লাকপা হাঈবনি অমসু নোংয়াই হাঈবদি অনম্না অহিংহ খংনৈ, অতুনা মাখোইসি নোংচুপনা মাখোইগী পোককম হাঈবনি।

· মৈতৈ, খুমন অমসু মোইরাং হাঈবা অচৌবা জাত অহুম অসিদা এক সগাই ওরেং, ওরেং অসি শুনা লৈ। হাইবদি মৈতৈদাসু ৭, খুমনদাসু ৭, মোইরাংদসু ৭ খোকনা খাই. ঙোইগুমসু মৈতৈদা মৈতৈনা, খুমনদা খুমন্না, মোইরাংদা মোইরাংনা নিংথৌ ওই। মৈতৈগী

লমনা অরাং, ময়াইদা খুমন, মথাদা মোইরাংগী লমনি। জাতি অতম অসি মশক মায়দে কিজেং মানদে, চিঙ্গাক মানদে. অমসু মরোনসু তিন্নদে। চজিক্লি ইতিন তিন্নখিবনা চপ মান্নখরে। হুজিক্তি মাখোইগী খেন্নবা ফংদরে। তৌইশুমসু মোইরাংগী হান্না লোন্নম্বা মরোল অহু খজিক ২ শব্দ থরা ২ হুজিক ফাউব লৈরি, মাহু এংলগা খাইনদি ইতিন তিন্নরমদে হাঙ্গবা অহুগী শাক্কী ওইরি।

## এক সলাই ৭ খোক্কা খাইবগী মরম।

ঐখোইনা মথক্তাসু হাইখরে, মাহুদি বেদনা মী মথন ৭ নি হাঙ্গরি, বেদনা হাঙ্গরিগা ৭ অহুদি তরেংমক ক্ষত্রিয়বর্ণ ওাক্তনি হাঙ্গবদি য়াদে। অতুগা মাখোইনা সুপনগী ক্ষত্রিয়ত্তম ৭ খোকনা খাইবা অসিদি মাখোইনা খংলকপা েদগী মখল ৭ অতুতা কারগা মচুদা এংহুনা খাইবনি। মাহুসু বেদগী নত্রগা েদগী মথংগী হিন্দুশাস্ত্রগী নিয়মদি নত্তে। বৈদিক বিভাগকী মতুংইন্না বর্ণ = মচুদা জাতি খাইরবদি, মথল মরিতা খোক্কা খাইগদবনি, মাহুদি—অংঙৌবা ব্রাহ্মণ, নাপু ক্ষত্রিয়, অঙাংবা বৈশ্য অমসু অমুবা শূদ্র অসুম্না খাইগদবনি। মৈতৈগী তরেংকী মচুদি ১ অঙাংবা—নিংথৌজা, ২ অঙৌবা—অঙোম, ৩ হিগোক—লুয়াং, ৪ অমুবা—খুমন, ৫ নাপু—মোইরাং, ৬ অসংবা—খাবা ঙানবা, ৭ ( অরাউবা—চেংলৈ-সরাংলৈশাংথেম অসুম্না খাইদোকই। মচুসিং অসিদা হিন্দুশাস্ত্রগী মতুংইন্না হাঙ্গরবদি অঙোমগা চেংলৈ-সরাংলৈশাংথেমগা ব্রাহ্মণ, মোইরাং--ক্ষত্রিয়, নিংথৌজা—বৈশ্য, অমসু খুমন, লুয়াং অমসু খাবা ঙানবা শূদ্র হাঙ্গগদবনি। অতুবু মৈতৈনা একসলাইগী মচু অসিদি মথক্তা হাঙ্গবা হিন্দুশাস্ত্রগী মত অতুদা খাইবা নত্তে। মৈতৈগী মচু অসিদি করিগুম্বা র'এন অমগী মতুং ইন্না খাইবনি।

নোংপোক্তা লাকপা আর্য্যস্নিংগী লম্বেনদি মণিপুর অসিনি। মাখোইনা লাকপদা ক্ষত্রিয়সিংনা মাখোইগী অপোকপনি অমসু মপুনি হাঙ্গনা নিংনরকপা লাইদি মিত্রাবরুণ, কৌবা বৈদিক দেবতা অসিনি। ক্ষত্রিয়মচাসিংগী মিত্রাবরুণনা রসনি অসুম্না বেদনা সংসংনা হাঙ্গ। অতুনা ঐতিহাসিক পণ্ডিতসিংনা প্রমাণ তৌই মাঙাদি নোংপোক্তা চৎখিবা আর্য্যসিংনা মিত্রাবরুণবু উপাসনা তৌই, মাহুগী ধর্ম্ম অতু সন্দোকখি, অসুম্না হাঙ্গ। মিত্রাবরুণ হাঙ্গবা দেবতা অসিবু ঈসিংগী লাইনি অসুমনা বৈদিক যুগতা থাজনৈ! ঈসিংগী লাই হাঙ্গবদি ঈসিং অসিনা মাখোইগী লৈকমনি, ঈসিং অসিদা তোংলিবা লাইনি অসুমনা নিংই। ঈসিং অসিনা অতিয়াদা নোংগী মশক ওইনা লৈরিবৈদা বেদনা লিন ( অহি—সর্প ) অসুমনা কৌই। আকাশবু সমুদ্র কৌই, সমুদ্রদা নোংনা লৈবা অতুবু লিননা সমুদ্রদা লৈবা কৌই। নোংনা লৈচিন নোংফাই ওইনা অকাশদা লৈরগা মাহুদা হুন্নিংকী

ল্ডায়া তাহ্না মহুঁ ওস্লোক ওস্লোকপা শাংথা লেংথনা তাবা অহুবু বেদগী শ্রুতিসিংনা উপদ্রব তৌবা লিননা মখি কোংতনা লৈপাকী অরাবা মুডাইবা উৎপনি হাঈ। মৈতৈগী পুরাণনা মাহুবু তাউরোইনাই কৌবা লাইগী সাদোং লিননা থোকপনি অসুম্না বেদগুম্না হাঈ। মাখোইনা নিংখি, মাখোইগী মপু মাখোইগী পাঙন অমসু মাখোইবু শেম্লকপা লেবডানা লিন অচৌবা তোংহ্না অতিয়াদা থোক্লিবনি অসুম্না মাহুবু য়ায়া কিখি।

ভারতকী মচি মচিদা খুন্দারবা নাগ জাতিসিংগা মাখোইপা তিম্নখিবা মরম্না মাখোইনা নিংলিবা মিত্রাবরুণগী নোংবু লিননি নিংবা ভাবকা নাগ জাতিসিংগী লিন ইরাংপা অচৌপা তিম্নরবদা মণিপুরদা ধর্ম অনি অসিগা তিনসিন্নখিবদা ওস্লোকনা খুদোং চাব্বা অমা থোকখি। অচৌনা লিনগী মচু মথগ তারেং লৈবগা মাখোইগী জাতি মথন তরেং লৈ হাঈনা থংবগা মশা অমত্তা ওইনা তিম্নগরে। অচৌনা নাগ জাতিসিংনা লিনবু—চুম্নগী লৈপাক্তা লৈবা লিনদা অমসুং নোংগী মশক ওইবা বেদগী লিনগা লিয়াহ্না লিন হাঈবা অসিমক্তবু মৈতৈনা লাইনি হাঈনখি।

মাখোইনা লিনবু লাইনি অসুম্না হাঈবদি তাঈরগা থোইদোক্লা মাখোইনা থাজবদি লাইরেন (অজগর) কৌবা লিন অচুবু লাই মথন অমনি হাঈনা থাজখি। মাহুগী মরমদি মৈতৈনা থোরকপা মুমিংপু মডাং, মুংবা মতমবু লুরাং অমসুং তাবা মতমবু খুনন কৌবা অচুগুম্বা মুমিং কৌবা লাই অচৌনা লাইরেনদা তোংই অসুম্না থাজথরে। মাহুদি লাইরেনদা লৈবা মাখোইগী মশিজ্বা কৌবা পিরগী শরুক অচৌনা মুমিং থোকপা অয়ুক্তা মকোক্তা মুমিং মুংবদা ময়াইদা, অমসুং তারকপদা মমৈরোমদা লৈবা অচু মৈতৈনা থিবা কংখি। মৈতৈনা থাজনরি, মাহুদি—লাইরেন কৌবা লিন্দা লৈবা মাখোইগী মশিজ্বা-পিত্র অচুবু মুমিং-মিত্র কৌবা মাখোইগী অপোকপা লৈইনা ওন্দুনা মাগী সাদোং লাইরেনদা তোংহ্না লৈবনি অসুম্না নিংখি। অচৌনা মাহুগী লৈনকম ওইবা লাইরেন কৌবা লিনসিং অচুবুসু মাগী ২ জাতিগী মচু অচুগী মচুং ইম্না তরেং থোক্লা জাং থাইদোকখি। মাহুদি, ১ ঙাংনা লাংবা নিংখোজা, ২ ঙৌনা লাংবা-অচৌম, ৩ হিগোক ওইনা লাংবা লুরাং, ৪ মুনা লাংবা খুমন, ৫ সংনা লাংবা-খাবা-ঙাম্বা, ৬ নাপু মায়া লাংবা মোইরাং, ৭ য়াউনা লাংবা সরাং লৈশাংথেম (চেংলৈ) অসিনি।

মথক্তা হাঙখ্রবা লিনসিং অসিগী অঙকপা য়ায়া মণিপুরদা লৈ, মাহুদি লিনসিং অসিগী মাখোইগী এক সলাইনাচিংবা চৌরকপা অসি মুম্না থংবাসিংনা মাগী মাগী হৌরকপা অচু হাঈহ্না কৌবদা লোইদনা লাকই। অমসু মাখোইপা উনরুরগা মীওইবদা অরাবা পীড়া কংই, খত্তবা লিনদি উনরুরগা অরা অনারত্তা কংবা নত্তনা সি, অসুম্না থাজনৈ। মাসি মুমক অচু য়ায়া মুম্না লৈনরগা থংবা ডমই, মণিপুরদা লৈবা জাতি অসি হজিক্তা কালদা

আর্য্য হাঙ্গিরপা খংনরিবা জাতি অসিদি থজিকনি, আর্য্য নত্তবা বেদ চত্তবা জাতিনা য়ামই তৌইগুমসু মাখোইদা প্রাচীন আর্য্যসিংগী তিনসোন ল্লাইসোন লিচৎসিং অহু মাখোইন য়াম্না তমহুনা বৈদিক সংস্কৃতিনা মাখোইদা য়াম্না চুখি। মণিপুরী জাতিসিং অসিদা চংখিব আর্য্যসিংবু মথাং অনিরক্তনি অসুম্না, চাউরাকনা খাইদোকপা য়াই। মাহুদি মৈতৈগী পুরাণসিং অসিনা খোক্তরিঙৈগী মমাংদা চংখি। মখোই অহুগা তিন্নবদগী মণিপুরীয়সিংগী আর্য ধর্ম্মগা ইয়েং য়েংনবা অসিগুম্বা পুরাণসিং অসিনা খোকখিবনি। মাখোইন খিলৌ খিলৈ লাক্তুনা মণিপুরদা চংখিবনি। অহু ওইহুনাসু মাখোইনা লাকপা মতম ২ অহু পুরাণন পুখোক্তরে অহুনা মাখোইগী লাকপা মতম হাঙদবা খংহৌদবা পুম্নমক অহুব অহানব চংলকপা অসুম্না অমোক্তা ওইনা ঐখোইনা লাইরিক অসিদা পাঠকসিংগী মুত্তাইনবা লৌরে মথাং অমনা পুরাণসিং অসিদা খোক্লবা মতুংদা চংলকপা অমনি। অকোনগা চংলকপাসি অসিদি মাখোইনা চংলকপা মতম ২ গী চহি খংবা ঙমলে, অহুগা মাখোইনা মৈতৈগ তিনসিন্নখিবা চহিদগী হৌহুনা খা, তিখি কাউবা খংবা হুমলে মাহুগুম্বা অকোনবা লাকপ আর্য্যসিংদি নিংথৌরোন অমদা অনিরক্তগী হেন্না চহি খুদিংগী ওইনা মৈতৈগা আর্য্যসিংগ তিন্নরে হাঙবা খংবা ঙমই। তৌইগুমসু অকোনবা চংলকপা আর্য্যসিং অসিদি আর্য্যগ অনার্য্যগা য়াংখাইনবনা য়ামই। অশেংবা আর্য্য ওক্রসু চংলকই, অশেংবা আর্য্যসিং অহুদি মৈতৈগী হান্না খাইরম্বা এক সলাইদা তিন্নবাসু তিনখিবাসু য়াউই, অহুম ২ নদি ওইরগা হুজিক্তি পুগপ তিন্নরগা মণিপুরীয় জাতি হাঙহুনা ভারতকী জাতি পুম্নমক্তগী তোঙানব জাতি অমা ওইনা মখোইগী সভ্যতামকপু—পৃথিবীনা তম্নবা লিচৎকা লোইননা তাইবংপানবদা মকোক থাঙ্গৎনা ঐখোই নৈ হাঙনা উংপা হৌরে।

ঐখোইনা হুজিক উৎখিবা মণিপুরদা আর্য্যসিংনা চংলকপা মথাং অনি অহুগী মতম অহু মতাং অসিদা য়াম্না নিংথিহুনা পুখোকনিঙি। মাহুদি অনৌবা চংলকপাসিং অসিদি খৃষ্টগী চহি ১৫০ দগী হৌবা মতমদনি। মাসিগী মমাংদা লাকপা আর্য্য কাংবুগীদি নিংথিনা চহি পুখোকপা ঙমদে, মাখোইগী চংলকপা মতমদি অনুমান অমসু পুরাণনাচিংবাগী রাকংদগী পুখোকনি।

হুজিক্তি মণিপুরদা খুংগী মমাংগী চহিদা চংলকপা আর্য্যসিংগী খোংগুন লিবদা কংব মাখোই অহু মথঃ মথং পুখোকলি।

মতাং অসিদা তরুকসুবা পন্দুপ লোইরে।

---

# মণিপুর ইতিহাস।

## ৭ সুবা পন্দুপ।



### পৃথিবীগী লৈমাইদা মৈতৈ লৈপাক্কী লৈফম।

### মাবু মণিপুর কৌরকপা।

১। মণিপুর কৌবা লৈপাক অসি ছুজিক্কী কালদা চংনবা মিংদা হাঙ্গিরবদি ইণ্ডিয়াগী মচি অমদা লৈ, অসুম্না খংনরে। ২। মাসিদগী হেন্না কুইরবা মিংদা হাঙ্গিলে হাঙ্গিরগা ভারতবর্ষগী মচি অমদা লৈ, অসুম্না হাঙ্গিগনি। ভারতকী করম্বা মচি অমদা লৈ, অসুম্না হাঙ্গিগনি। ভারতকী করম্বা মচিদা লৈবনো; হাঙ্গিনা হংলবদি ছুজিক্কী কালগী অনৌবা ভূগোলদা হাঙ্গিরগা নোংপোক্তা মণিপুর, নোংচুপ্তা সিন্ধু হাঙ্গিগনি।

"আসিন্ধু মণিপুরং ভারতংবর্ষং" (জ্যোতির্গণিত, বেঙ্কটেশকেটকার)

৩। মাসিদগী খরা হেন্না কুইরবা অরিবা ভূগোলদা হাঙ্গিরবদি মণিপুরদি ভারতকী নোংপোক্কী হৌগংলকপা ভারত অপুম্বাগা এংলুরগা মখা ওইরপ তৌবা লৈপাকনি হাঙ্গিগনি। ৪। মাত্তদগী অমোক কুইরবদা হাঙ্গিরগা জাম্বুদ্বিপকী মখাথংবা মচি অমদা লৈ হাঙ্গিগনি ভারতবর্ষ হাঙ্গিবা মিং অসিদি, অনৌবা মিংনি কুইদ্রিবনি। বৈদিক যুগকী হৌগংলকপদা লম অসিবু ভারত কৌরমদে। মিংকম অসিনা ব্যাপক ওইবা অর্থদা সিজন্নবা হৌবদি তন্ত্রযুগতা হৌবনি। মতম অত্তুদা ভারত হাঙ্গিরগা খংনবা মফম পুম্নমকপু মাপন থোক্লা থাইদোকই, মাত্তদি——

অথ পূর্ব্বস্যাংমঞ্জনবৃষভধ্বজপদ্মমাল্যবদ্গিরয়ঃ।
ব্যাঘ্রমুখসুহ্মকর্ব্বটচান্দ্রপুরাঃ শূর্পকর্ণাশ্চ।
খস মগধশিবিরগিরিমিথিলসমতটোড্রাশ্ববদনদন্তুরকাঃ।
প্রাগ্‌জ্যোতিষ লৌহিত্যক্ষীরোদ সমুদ্রপুরুষাদাঃ।
উদয় গিবি ভদ্র গৌড়কপৌণ্ড্রোৎকলকাশিমেকলাম্বষ্ঠাঃ।
একপদতাম্রলিপ্তিককোশলকাঃ বর্দ্ধমানাশ্চ॥

হাঙ্গিরিবা লৈপাকাসং অসি ভারতকী নোংপোক্তা লৈবা ওাক্তনি মাসিদা "মিথিল" হাঙ্গিবসি বৈদিক যুগতা "বিদেহ" কৌবা লৈপাক অহুবুনি অসুম্না খংনৈ। মাসিদা প্রাগ্‌-জ্যোতিষ হাঙ্গিবসিনা মতম অসিদা কামরূপ হাঙ্গিরগা খংনবা মশাং অসিনি। মাত্তুনাদি

ময়েক্কা তারে মতম অচুদা ভারতকী নোংপোক্তা "মণিপুর" হাঈবা অসি লৈ। মতম অচুদা মণিপুর হাঈরম্‌দে।

ভারতকী মৈরমদা লৈবা লৈপাক্কি—

আগ্নেয্যাংদিশি কোশলকলিঙ্গবঙ্গোপবঙ্গজঠরাঙ্গাঃ।
শৌলিকবিদর্ভ বংসাত্রচেদিকাশ্চোর্দ্ধকণ্ঠাশ্চ।
বৃষ নালিকেরচর্মদ্বীপা বিন্ধ্যান্তবাসিনস্ত্রিপুরা।
শ্মশ্রুধর হেমকূট্য ব্যালগ্রীবা মহাগ্রীবাঃ।
কিস্কীন্ধ্য কণ্টকস্থল নিষাদরাষ্ট্রানিপুরিক দশার্ণাঃ।
সহলগ্নাপর্ণ শবরৈরা শ্লেষাদ্যে ত্রিকেদেশাঃ।

মখাবোমদা লৈবা লৈপাক—

অথ দক্ষিনেণ লঙ্কাকালাজিন সৌরিকীর্ণতালিকটাঃ।
গিরি নগরমলযদর্দুরমহেন্দ্র মালিন্দ্যভরুকচ্ছাঃ।
কঙ্কট টঙ্কন বনবাসি শিবিকফনিকার কোঙ্কনাভীরাঃ।
আকর বেনাবন্তিকদশপুর গোলঙ্গ কেরলকাঃ।
কর্ণাট মহাট বিচিত্র কূটনাসিক্য কোল্লগিরিচোল্লাঃ।
ক্রোঞ্চদ্বীপ জটাধর কাবের্য্যোরিষ্যমুকশ্চ।
বৈদুর্য্য শঙ্খ মুক্তা ত্রিবারিচর্ম্মপট্টনদ্বীপাঃ।
গণরাজ্য কৃষ্ণচেল্লুব পিশিক শূর্পাদ্রি কুসুমনগাঃ।
তুম্ববন কর্ম্মেণেয়ক যাম্যোদধি তাপসাস্রমাঋষিকাঃ।
কাঞ্চি মরুচীপট্টন চের্য্যার্য্যবা সিংহলাঋষভাঃ
বলদেব পট্টনং দণ্ডকাবনতিমিঙ্গিলাশনা ভদ্রাঃ।
কচ্ছেথে কুঞ্জরদরী সতাম্রপর্ণীতি বিজ্ঞেয়াঃ॥

ভারতকী নৈঋত—সান্ধোং থংবা লৈপাক—

নৈঋত্যাংদিশি দেশাঃ পহ্নব কাম্বোজসিন্ধুসৌবিরাঃ।
বড়বামুখারবাম্বষ্ঠ কপিল নারী মুখানর্ত্তাঃ।
ফেনগিরিযবনমাকরকর্ণপ্রাবেড় পারাশব শূদ্রাঃ
বর্ব্বরকিরাতখণ্ডব্যাস্থাভীর চঞ্চুকাঃ।
হেমগিরি সিন্ধু কালকরৈবতক সুরাষ্ট্রবাদরন্দ্রবিড়াঃ।

নোংচুপখংবা লৈপাক—

অপরস্যাংদিশি মণিমান মেঘবান্ বনৌঘঃ ক্ষুরার্পনোঽস্তগিরিঃ।
অপব্যন্তকশান্তি হৈহয়প্রশস্তাদ্রিবোকানাঃ।
পঞ্চনদরমঠপারততারক্ষিতিজৃঙ্গ বৈশ্যকনকাশকাঃ।
নির্মর্য্যাদা ম্লেচ্ছা যে পশ্চিমদিক্‌স্থিতাস্তে চ।

বায়ুকোণ—কৌক্রুরোমদালৈবা লৈপাক—

দিশিপশ্চিমোত্তরস্যাং মাণ্ডব্যতুখার তালহলমদ্রাঃ।
অশ্মক কুলুতলহড়স্ত্রীরাজ্যনৃসিংহবনখস্থাঃ।
বেণুমতী ফিল্‌গুলুকা গুরুহামরুকুচ্চচম্মরঙ্গাখ্যাঃ।
একবিলোচন শূলিকদীর্ঘগ্রীবাস্যকেশাশ্চ॥

অরাংলোমদা লৈবা লৈপাক—

উত্তরঃ কৈলাসোহিমবান্ বসুমান্ গিরির্ধনুষ্মাশ্চ।
ক্রৌঞ্চোমেরুঃ কুরবস্তথোত্তরাঃ ক্ষুদ্রমীনাশ্চ।
কৈকয়বসতিযমুনাভোগপ্রস্থার্জ্জুনায়নাগ্নীধ্রাঃ।
আদর্শান্তদ্বীপত্রিগর্ত্ত তুরগাননাশ্বমুখাঃ।
কেশধরচিপিটনাসিকা-দাসেরকবাটধানশরধনাঃ।
তক্ষশিল পুষ্কলাবতকৈলাবত কণ্ঠধানাশ্চ।
অম্বর মদ্রক মাল্লবপৌরবকচ্ছার দণ্ডপিঙ্গলকাঃ।
মাণহলহূণকোহল শীতকমাণ্ডব্যভূতপুরাঃ।
গান্ধার যশোবতি হেমতালরাজন্যখচরগব্যাশ্চ।
যৌধেয়দাসমেয়াঃ শ্যামকাঃ ক্ষেধূর্ত্তাশ্চ।"

চিংথৈ খংবদা লৈবা লৈপাক—

ঐশান্যাং মেরুকনষ্টরাজ্য পশুপালকীরকাশ্মীরা।
অভিশরদরদতঙ্গণ কুলুতসৈরিন্ধ্রাবনরাষ্ট্রাঃ।
ব্রহ্মপুরদার্ব্বরামর বনরাজ্যকিরাতচীন কৌনিন্দাঃ।
ভল্লপলোল জটাসুরকুণঠখসঘোষকুচিকাখ্যাঃ।
একচরনানুবিশ্বাঃ সুবর্ণ—ভূর্ব্বসুবণং দিবিষ্টাশ্চ।
পৌরবচীর নিবসনত্রিনেত্রমুঞ্জাদ্রিগন্ধর্ব্বাঃ॥"

মতম্ অসিদা ভারতবর্ষগী থারিবা লৈপাক শ্রমিংসিং অসিগী মতম অসিদা চৎনরা মনিংসিং ইথনা ঐখোইনা অরেম্বগ লাইরিক চাওখোকহল্লরে। মাসিগী মরু ওইবা অর্থদি চিংখৈদা চীন নোংপোক্তা উদয়গিরি, মৈরমদা ভারতকী দ্বীপপুঞ্জ, মখাদা কম্বোজ, নোংচুপ্তা ম্লেচ্ছরাজ্য, বায়ুকোনদা মরুকুচ্চ অমাংদা উত্তরকুরু কাউগা অসিগী মথৈবু ভারতবর্ষনি হায়না নিংলমই। মাসিদগী ঐখোইনা নিংবদি মতম অমদা হায়রিবা লমদম পুম্নমক অসিনা ভিনবা চাউরবা পৃথিবীগী শরুক অসিবু খংলমই, মতুংদা ভারতপু ভারত কৌরবা মতমদা পুম্নমক অহুবু ভারতনি হায়জিনবনি। মরমদি লম অরাপ্পাসিং অহুনা মাখোইগী লৈপাকপু ভারতবর্ষ কৌই হায়না খংদে। মাহুদি মৈতৈ পুরাণনা মণিপুর কৌবা মিংথমবু হায়রমদবাগুম্বনি।

মণিপুর হায়বা মিংলম অসি বেদসাহিত্যদা লৈতে। রামায়ণদাসু লৈতে, মহাভারতদি লৈ। পুরাণ শাস্ত্রদাসু লৈ। অদুগা করম্বা লৈপাকপু মণিপুর কৌরম্বগে হায়বদি পণ্ডিতসিংগী মত মায়দে। মহাভারতকী আদি পর্ব্বদা হায়রিবা রাইদা এংলবদি মণিপুর কৌবা লৈপাক অমা ভারতকী নোংপোক মথাংরোমদা লৈরমই, হায়বা ফংই। মতম অদুদা সমুদ্রদগী খোইনা লাপ্তবা মফমদা লৈরমই।

অর্জ্জুননা তীর্থ চৎলকপদা অহানবা গঙ্গাদ্বার রোমদা লৈরমই, অদুগী তুংদা ব্রাহ্মণসিংগা লোইনদুনা নোংপোকলোমদা চংলি, মাদুদা চৎপা পারেং অদু অসিনি—

"প্রাচীংদিশমভিপ্রেপ্সুর্জ্জগাম ভরতর্ষভ।

আনুপুর্ব্বেন তীর্থানি দৃষ্টবান্ কুরুসত্তমঃ॥" ভার, আ, ২১৫।৫

নোংপোক্তা লাকপদা নৈমিষ, নন্দা, অপরনন্দ, কৌশিকি, মহানদী, গয়া, অমসুং গঙ্গা, মাসি মথং মথং লাকই, অদুগী তুংদা অঙ্গ, বঙ্গ, অমসুং কলিঙ্গ দেশদা লৈবা তীর্থসিংদা চৎলি। কলিঙ্গ য়োংদা অর্জ্জুনগী তুং ইনবা ব্রাহ্মণসিং হনখোই, মী খরদংতগা লোইনদুনা কলিঙ্গ দেশদ চৎলি, মাফদা লৈবা তীর্থসিংদা অর্জ্জুননা চংই। তীর্থ ময়াম উরম্লগা মাহু থাদোকনা মহেন্দ্রকৌবা চিং লানখোকলমই। অদুগীতুংদা সমুদ্র মপানলোমদা লম্বেন ওইদুনা তপনা তপনা মণিপুর লৈপাক্তা চংখি।—

"মহেন্দ্রপর্ব্বতংদৃষ্ট্বা তাপসৈরুপশোভিতং।

সমুদ্রতীরেণ শনৈর্মণিপুরং জগামহ॥" ভা, আ, ২১৫।১৩

মণিপুরদা লৈবা তীর্থ ময়াম দর্শন ময়াম তৌরগা মতম অদুদা পানবা চিত্রবাহন নিংথৌগা উনৈ, মচাহুপী পীয় হায়জৈ। মণিপুর নিংথৌগী মচাহুপী লোহুনা অর্জ্জুননা মণিপুরদা চহি অহুম লৈ। মচানিপা বভ্রুবাহন পোকপদা চিত্রবাহনদা পিরম্লগা অর্জ্জুননা তীর্থদা অমোক চৎলি। মণিপুর থাদোক্লবা মতুংদা অর্জ্জুননা লাকপা অসি ভারতকী মথারোমদা

লাকপা হৌই, লম্বেলনা সমুদ্র মপানলোমদা চৎলি—

"ততঃ সমুদ্রে তীর্থানি দক্ষিণে ভরতর্ষভ।
অভ্যগচ্ছন্ সুপুণ্যানি শোভিতানি তপস্বিভিঃ"॥

ভা, আ ২১৬। ১

মথক্তা উৎশ্রবা মহাভারতকী প্রয়োগ অসিনা খংনরিবদি মণিপুর অসি নোংপোকী মরুং চনংনি, অদুগা মখাগী হৌগংপদা খোকলে, অদুনা মণিপুরবু মতম অদুদা ভারতকী মৈরম খংবনি হাঙ্গীগনি। অদুগা হাঙ্গরিবা মকম অসিমকনা ওজিকী মণিপুর অসিমকনি হাঙ্গীবদা—কককদবা প্রমাণ ওইরে, হাঙ্গীবদি য়াদে, মাদুগুম্না রাকম অসিমকনা মণিপুর অসিবু ভারতকী মণিপুর অদু নত্তে হাঙ্গনবগী অখোইবা প্রমাণ ওইবসু য়ারোই। য়াসিগী মরমদা কনা২গুম্বা পণ্ডিতসিংনা হাঙ্গীনৈ, মাদুদি মহাভারতকী য়াহৈ অসিনা খংনরিবদি মতম অসিদা গঙ্গামকোবা সগরগী মনাক্তা সমুদ্র মপানদা মহাভারতনা হাঙ্গীরিবা মণিপুর কোবা লৈপাক অসি লৈরমই। অসুম্না প্রমাণ তৌনৈ, মাহবু ঐখোইনা খাঙ্গেশেংবনি অসুম্না লোবা ঙমদে, মরমদি—অর্জুননা লাকপা লম্বেলদা মহানদী, গয়া অমসু গঙ্গা লানখোকলক্‌না নোংপোক্তা লাকই। গাঙ্গাম চংকদবনা নোংপোকলোমদা লাকপগী কারবা করিনো? হরিদ্বারদগী নোংপোক ওম্না লাকপনা মখারোমদা গঙ্গামদা থুংকম লৈতে, মরমদি লমদম অনিসি হরিদ্বারগী দক্ষিণোত্তরবৃত্তদাদি এংলবদা অক্ষাংশ ১০ খেন্নবা লমনি। অদুগা পশ্চিমোত্তরবৃত্তদদি অংশ ০°৫ তা খেন্নে। অমসু গঙ্গাগী নোংচুপ্তা মণিপুর লৈকম খোকই। খাঙ্গেশেংবদি মহাভারতনা হাঙ্গীরিবদি মণিপুরদি গঙ্গাগী নোংপোকনি হাঙ্গবা ভারতকী য়াহৈ অদুনা ফাকই।

কনা২গুম্বাসিংনা হাঙ্গীরা অদু ঐখোইনা লৌহনা গঙ্গামগী মনাক্তা করিগুম্বা মকম অমবু মণিপুর কৌরমই, অসুম্না লৌররদি মকম অদুবু ঐখোইনা উত্তর অক্ষাংশ ২০ নি অদুগা কুরুক্ষেত্র, উজ্জয়িনী অমসু লঙ্কা কাউবা চৎপা লম্বি অমাগী নোংপোক্তা যোজন ৪০ রোম শুরদা লৈ হাঙ্গলবা য়ারোই। অদুগা অশ্বমেধ যজ্ঞগী সগোনগী মতুং ইন্দুনা চংপা অর্জুননা সিন্ধু লৈপাকগী মণিপুরদা চংলি অসুম্না মহাভারততা হাঙ্গী। সিন্ধু লৈপাকি উত্তর অক্ষাংশ ২৫°৬ অদুগা রেখাদেশগী নোংচুপ্তা যোজন ১৮৬ তা লৈ অদুনদি মণিপুরগী মনাক্তা সিন্ধু লৈ হাঙ্গবদা তরি অমতা য়াদে। অদুবু মাখোই অনি— সিন্ধুগা মণিপুরগ নক্নবা খোক্নবদি, সিন্ধু হাঙ্গবসি নোংপোক্তা লৈবা অমবু মতম অদুদা সিন্ধু কৌরম্বা তাই মাদুগী প্রমাণদি, মহাভারতকা অশ্বমেধ পর্ব্বনা হাঙ্গী মাদুদি— যুধিষ্ঠিরগী সগোন থারবা অর্জুন সগোন ঙাকপা ইনলি। অহানবদা ত্রিগর্ত্তদা চৎলি। অদুগী তুংদা প্রাগ্‌জ্যোতিষ পুরদা চংলি।

"প্রাগজ্যোতিষমথাভ্যস্য ব্যচরৎ সুহৃদোত্তমঃ।
ভগদত্তাত্মজ স্তত্র নির্ষন্দৌ রণকর্কশঃ।" ভা. অ ৭৫ | ১

ভগদত্তনা পাল্লম্বা প্রাগজ্যোতিষপুরদি কামরূপনি. হৌজিক মহাকপু গৌহাটি হায়রগা খংনরি। মাসিদি প্রসিদ্ধনি, অদুনা সিন্ধুদগী গৌহাটিদা চৎলি, হায়রবদি সিন্ধু অদু হৌজিক খংনরিবা অসিনি হায়রবদি যুক্তিদা করি অমত্তা চাদরে। অদুনা নোংপোক্তা লৈবা সিন্ধু অমা লৈরম্বা তাই, মাদুগী অখোইবা প্রমাণদি,--

"সৈন্ধবৈরভবদ্ যুদ্ধং ততস্তস্য কীরিটিনঃ।
হতশেষৈ র্মহারাজ হতানাঞ্চ সুতৈরপি॥" ভা, অ ৭৭ | ১

মাস্তুম্বা প্রাগজ্যোতিষগী মথংদা সিন্ধু য়োরে। অদুগী মতম অদুদগী

ক্রমেণ সহয়স্তৈস্তুবং বিচরন্ পুরুষর্ষভ।
মণিপুরপতে র্দেশমুপায়াৎ সহপাণ্ডবঃ॥ ভা, অ ৭৮ | ৪১

মথ মথং লাক্লুনা মণিপুর য়োই, অস্তুম্বা মহাভারতনা হাই। অদুনা নোংপোক্তা লৈ হাইনা কাউরিবা অসিনা চপনবনিনা সিন্ধু অসি নোংপোক্তা লৈবা করিগুম্বা মফম অমগী মমিংনি। মাদু নমুনা অহানবদা গৌহাটি, মথংদা হায়দ্রাবাদ, অদুগা গম্ভাম চৎলা হাই-রবদি য়াম্না চাম্রদবা মরম্না সামঞ্জস্য ওইবা য়াদে।

মৈতৈসিংনা পোইরকপা মতমদদি, ভারতবর্ষ অসি ভারতবর্ষ অস্তুম্বা য়াম্না কাউরমদবা তাই, মাখোইনা চংশকপা মতমদাস্তু মহাভারতনা লম অসিবু মণিপুর কৌবা অসি মতম অদুদদি খোনদরি। মাদুগী লেংদবা প্রমাণদি মহাভারত ইবা মতমদা উত্ত-রায়ণগী হৌফমনা শ্রবনা কৌবা থোয়ানমচাকত্তা ওইরমই, অদুগা মৈতৈনা মণিপুর য়োবা মতমদদি উত্তরায়ণ হৌফমনা ধ্রবিষ্ঠাদা ওইরমই. মতম অদুদা খো চোংদুগী অসি বিষুব-বৃত্তদগী খজিক্তা অৱাংলোমদা চৎখোকই, মাসিগী মরমদা ব্রাহ্মণভাগতা বেদসাহিত্যনা য়াম্না নিংথিনা সন্দোকনা তাকলি। পাঠকসিংগী হুত্তাইনবগী চমক মতাং অসিদা মৈতৈনা মণিপুরদা পোইরকপগী মরমদা শতপথ ব্রাহ্মণগী আখ্যায়িকা অমা অনুবাদগা লোইননা লৌথংলে,

ঘৃতাচ্যেতি। বিদেঘো? মাথবোঽগ্নিং বৈশ্বানরং মুখে বভার। তস্য গোতমো রাহূগণঋষিঃ পুরোহিত আস। তস্মৈঽস্মামন্ত্র্য মানেন প্রতি-শৃণোতি— নেন্মেঽগ্নি বৈশ্বানরো মুখান্নিষ্পদ্যাতা ইতি। ১০

তমৃগ ভিহ্বর্যিতুং দধ্রেবীতি হোত্রং শ্নাকবেত্যমস্তং সহিধীমহি। অগ্নে বৃহন্তমধ্বরে বিদেঘ ইতি। ১১

সনপ্রতি শুশ্রাব। উদয়ে শুচয়ন্তব শুক্রা ভ্রাজন্ত ঈরতে। তব জ্যোতি য়ুষ্য-র্চয়ো বিদেঘা ৩ ইতি। ১২

সহনৈব প্রতিশুশ্রাব। তস্মা ঘৃতস্রবীমহইত্যেবাভি ব্যাহরদথাস্য ঘৃতকীর্ত্তাবেবাগ্নি:বৈশ্বানরোমুখাদুজ্জ্বাল তন্নশ শাবা ধারয়িতুং। সোঽস্য মুখান্নি ষ্পেদে। স ইমাং পৃথিবীং প্রাপাদঃ। ১৩

তর্হি বিদেঘো মাথব আস সরস্বত্যাম্। সতত এব প্রাঙ্‌ দহন্নভীয়ায়েমাং পৃথিবীম্। তং গোতমশ্চ রাহুগণোবিদেঘশ্চ মাথবঃ পশ্চাদ্দহন্ত মন্বীয়তুঃ। স ইমাঃ সর্ব্বা নদীরতি দদাহ। সদানীরেত্যুত্তরাদ্‌ গিরের্নির্দ্ধাবতি। তাং হৈবনাতি দদাহ। তাং ইমা তাং পুরা ব্রাহ্মণা ন তরন্তি, অনতি দগ্ধাগ্নিনা বৈশ্বানরেণেতি। ১৪

তত এতর্হি প্রাচীনং বহবো ব্রাহ্মণাঃ। তদ্ধা ক্ষেত্রতরমিবাস। স্রাবিতরমিবা স্বদিতমগ্নিনা বৈশ্বানরে নেতি। ১৫

তদু হৈতর্হি ক্ষেত্রতরমিব। ব্রাহ্মণা উহি নূনমেনদ্যজ্ঞৈরসিষ্বদন। সাপি জঘন্যে নৈদাঘেসমিবৈব কোপযতি তাবৎ, শীতানতিদগ্ধা হ্যগ্নিনা বৈশ্বানরেণ। ১৬

সহোবাচ বিদেঘোমাথবঃ—কাহং ভবানীতি। অতএব তে প্রাচীনং ভুবনমিত্যিহোবাচ। সৈষাপ্যেতর্হি কোসলবিদেহানাং মর্য্যাদা। তেহি মাথবাঃ। ১৭

অথ হোবাচ গোতমঃ রাহুগণঃ কথন্নু ন আমন্ত্র্য মানো ন প্রত্য শ্রোষীরিতি। সহোবাচ—অগ্নির্মে বৈশ্বানরো মুখেঽভূৎ, সনেন্মে মুখান্নিষ্পদ্যাতৈ, তস্মাত্তে ন প্রত্য শ্রৌষমিতি। ১৮

তদুকথমভূদিতি। যত্রৈবত্বং "ঘৃতস্রবীমহে" ইত্যভিব্যাহর্ষীঃ, তদেবমে ঘৃতকীর্ত্তাবগ্নি বৈশ্বানরো মুখাদুদজ্বালাৎ তন্নাশকং ধারয়িতুম্, সমে মুখান্নিরপাদীতি। ১৯

স যৎসা মিধেনীষু ঘৃতবৎ সামিধেনমেব তৎ। সমেবৈনং তেনেন্ধে, বীর্য্যমেবাস্মিন্ দধাতি। ২০। তদু ঘৃতাচ্যোতি॥

হাঈবিবা ঋক্‌সিং অসি শুক্লযজুর্বেদীয় মাধ্যান্দিনী শাখাগী শতপঠ ব্রাহ্মণগী রারিনি। মাসিদা হাঈরিবা অসিদি

"প্র বো রাজা অভিদ্যবঃ। হবিষ্মন্তো ঘৃতাচ্যা।
দেবান্ জিগাতি সুম্নয়ুঃ॥"

মন্ত্র অসিদা য়াউবিবা "ঘৃতাচ্যা" হাঈবা অসিগী মরমদা থোকখিবা ঐতিহাসিক প্রসঙ্গ অমা ঋকসিং অসিনা পুথোকপনি. মাখোই অদুগী মথং মথং কাইদনা মৈতৈরোন্দা অর্থ হন্দোকতুনা এংসি—

১০। মহাকনা ( মন্ত্র অহুদাগী মুতাচ্যা ( হাইবা মহুগী বাক্যাংশবু উচ্চারণ তৌই )। বিদেঘ (১) মাথব (২) না বৈশ্বানর অগ্নিবু ( মৈবু ) মচিন্দা পুখি। রাহুগণ ( রাহুগী মচা ) গোতম ঋষিনা মাগী পুরোহিত ওইখি। বৈশ্বানর-অগ্নিনা চিন্দগী তাখিগনি হাইহুনা, মাসুমা কিহুনা মানা ( পুরোহিতনা ) কৌহনাসু মাহুগী পাউখুম পিখিদে।

১১। মহাকনা ( গোতম ঋষিনা ) ঋক মন্ত্র ময়ামনা মহাকপু ( বিদেঘ—মাথবপু ) কৌরকই— "হে মেধাবিন্ ( হে কবি ) অগ্নিনা, মহাকপু হোম তৌরগা চাউখৎলি ( অমারোমদা হাইরগা মানা হোম তৌকমদা লাইসিংবু কৌই ) অহুগুম্বা ভানলবা, অখোইবা নহাকপু ঐখোইনা যজ্ঞদা চাকতুনা হানহনলি (৩)। বিদেঘ ! (৪)

১২। মহাকনা ( বিদেঘনা ) খুমদে। ( গোতম ঋষিনা হাই )— হে অগ্নি ( মৈ ! ) নঙ্গী ভানলবা, শেংলবা নঙান ময়াম হোরে, নঙ্গী মৈরি অমসু মঙান ময়াম হৌগৎলে (৫)। বিদেঘ অ অ !

১৩। মানা ( বিদেঘ—মাথবনা ) খুমদরে। ( ঋষিনা হাই ) হে ঘৃতস্করণ শালিন্ ( ঘী সিনখবনা তিনবা ! ) ঐখোইনা অহুগুম্বা নংবু হাইজরি ; (৬) মানা মাসিতা হাইখদা অমসু মাসিগী মতুংদা ময়উরিবা "ঘৃত" শব্দ অসি হাইবতদা বৈশ্বানর-অগ্নি ( মৈ )না ( নিংথৌ-বিদেঘ-মাথবকা ) মচিন্দগী চাকখৎখরে। মানা মাহুবু পুবা ঙমদরে। মাহুনা ( মৈনা ) মাগী মচিন্দগী খোরক্নুনা লৈপাক্তা তাখরে।

১৪। বিদেঘ মাথবনা মতম অহুদা সরস্বতীদা ( সরস্বতী তুরেনগী মপান্দা ) লৈরমই (৭)। অহুগুম্বা ( মৈনা ) মকম অহুদগী মমাই নোংপোক ওন্দুনা লৈপাকলৈমা অসিবু চাক্নুনা চাক্নুনা চৎখরে। মাসুমা রাহুগণ গোতম অমসু বিদেঘ-মাথবনা অহুগুম্বা চাকলিবা মৈ অহুগী মতুংইন্দুনা চৎখি। অহুগুম্বা (মৈনা) অসিগুম্বা তুরেন পুম্নমকপু চাক্নুনা কংহনদে (৮) তৌইগুমসু সদানীরা (৯) ( মমিং অসি কৌবা তুরেন ) মহাক্তি অরাংথংবা তিংদগী

(১) 'বিদেঘ" হাইবসি শতপঠগী অতোপ্পা মফম২দা 'বিদেহ" অসুমা হাই ( ১, ৪, ১৭ ; ১৪, ৬, ১১, ৬ ; ৭, ২. ৩ ) হগী মফমদা ঘ ওইনা হাইবনি, অদুনা বিদেঘ=বিদেহ হাইবনি। (২) Weber অমসু সামশ্রমীনা "মাথব" পাঠ, সায়ণনা "মাধব" হাই। (৩) মাসি বা, স, ২, ৪, ১, অমসু শু, স, ৫, ২৬, ৩। (৪) ঋক্সিং অসিনা বিদেঘগী মচিনদা লৈবা মৈবু তেংথাবনি, অদুগা থাজৈপেংবদনা বিদেঘবু কৌই, অদুনা অরোইবদা "বিদেঘ!" হাইনা তাবনি—সায়ণ। (৫) তৈ. স, ১৩, ১৪, ২৮ ; শু, স. ৮, ৪৪, ১৬; (৬) শু, স, ৫, ২৬, ২। (৭) সায়ণনা হাইবদি "মতম অহুদা মৈচাক থংনবা সরস্বতী তুরেন্দা লুপ্নুনা লৈরমই, অসুমা হাই। (৮) মাসি "তুরেন ময়াম্ চাক্নুনা ২ চাইবসি তুরেনসিং অহু লাপ্নুনা চাক্নুনা চৎখি", অসুমা অর্থ তৌগনি ; মূল অহুবাদদি সায়ণগী মতনি। (৯) সদানীরা কৌবা তুরেন অসিদি সায়ণনা "করতোয়া"নি হাই, অমরনাহ হাই মাহদি— ১, ১০, ৩৩।

চেল্লকপী মহাক্তদি চাংথেকপা ওমদে। "বৈশ্বানর-অগ্নিনা ( মৈনা ) মাসিবু চাক্তে" মাসি নিংহুনা ব্রাহ্মণসিংনা মমাঙৈদা অহুগুম্বী ( তুরেন ) গী রা মা লান্দ্রে।

১৫। অহুগীতুংদা হুজিক্তি ( মতাক্তী ) নোংপোক্তা ব্রাহ্মণ য়াম্না লৈরে। ( মতম অহুদদি ) মকম অহু লৈবম ওইবা য়াম্না মতিক চারমদে অমসু ঈসিং য়াম্না লৈরমই, মরমদি, বৈশ্বানর-অগ্নিনা ( মৈনা ) মহাক্তী মহাও লোদে।

১৬। তৌইগুমসু হুজিক্তি মাহু য়াম্না লৈবা য়ারে, মরমদি ব্রাহ্মণসিংনা সোইদনা যজ্ঞ তৌহুনা মৈবু মতাক্তী মহাও লৌহনদে। অহুগুম্বী ( তুরেননা ) কালেনগী থমথেংনা ওল্যাংলবা মক্তদাসু অসুপকী মতিক ঈংলমই ; মাহু বৈশ্বানর অগ্নি ( মৈ ) না চাক্তে অহুনা মাহুপ ঈংবনি।

১৭। ( মতম অহুনা ) বিদেহ মাথরনা হাঈথিরমই, "ঐ কদাইদা লৈগনি ?" মানা ( অগ্নি—মৈনা ) খুমই— মাসিতগী ( তুরেন অসিদগী ) নোংপোক্তা নংগী ( লৈনবা ) লৈপাক ওইগনি। অহুগুম্বী ( সদাণীরা তুরেন—করতোয়া ) তুরেননা কোসল অমসু বিদেহ লৈপাক্তী অরোইবা ওমথৈ ওইরমই, অমসু মাখোই অহু মাথরসিং ( অসুম্না কাউরমই )

১৮। অহুগীতুংদা রাহুগণ-গোতমনা ( নিংথোদা ) হংই ,—"নংনা কৌরবামক্তদা ঐখোইদা খুমদে, করিননো ?" মানা খুমই,—( মতম অহুনা ) ঐগী চিন্দা বৈশ্বানর-অগ্নি ( মৈ ) লৈ, মানা ঐগী চিন্দগী খোকখিগনি,— মাসি কীহুনা ঐনা খুমদবনি।

১৯। তৌইগুমসু মাহু কমদোংথরে ? "নংনা মতম অহুদা" হে ঘৃত স্মরণ শালিন্—হে ঘী মগিচেনবনা তিনবা। ঐখোইনা ( নংবু ) হাঈজরি !"—মাসি হাঈবদা মতম অহুদা ঘৃত ( শব্দ অসি ) হাঈবদা বৈশ্বানর-অগ্নিনা চিন্দগী চাকথংখি, ঐনা মাহু পুবা ওমখিদে ; মানা ঐগী চিন্দগী থোকখি, অহুগা তাখি।

২০। সামিধেণী ময়ামদা ঘৃতশব্দ য়াউবা পদ লৈবা, মাহুনা মহাক্তী ( মৈগী ) চাকথংনবনি, মানা মাহুনা মরম ওইদুনা মাসিবু ( মৈবু ) চাকহনলি অমসু মাংনা মহাক্তী বীর্য্য পী।

২১। ( মানা ) মরম অহুদগী ( মন্ত্র অহুদা ) ঘৃতগা তিন্নরবা ( স্রুকনা )—( ঘৃতপদ অসি উচ্চারণ তৌই )।

ঐখোইনা লৌথংচরিবা শতপথগী য়াক্তি অসি পাঠকসিংনা য়াম্না পুকনিং চংনা পাখিগনি। Prof. Weber নাচিংবা পাশ্চাত্য পণ্ডিতসিংনা মাসিগী রা লৌহুনা অনুমান তৌখি, মাহুদি— আর্য্যসিংনা ভারততা লাকপা অসি অহুম্নলকনি। অহানবদা তারকপা আর্য্যসিংনা পঞ্চনদ প্রদেশ কাউবতা চংশিনলি। অহুগীতুংদা সরস্বতী তুরেন মপান্দগী ( ১৪ শ কণ্ডিকা ) মাথরনা অমসু মাগী পুরোহিত গোতমগী মথাদা লৈহুনা সদাণীরা তুরেন হাঈবদি অরাংচিংদগী— হিমালয়দগী চেল্লকপী করতোয়া কৌবী তুরেনগী মপান কাউবা চংসিনলি। ( মকম অসি

হুজিক্কি বগুড়াকোবা জেলা অসি সদানীরাগী মথক্তা লৈবনি ) অদুনা আর্য্যসিংনা খুন্দাবগী অনিসুবদা মাসিনা শুমথৈ ওইরমই। মাসুমা লাকপনা অকোনবগী অহুমসুবদা মক্ষম অসিদগী নোংপোক্তা চৎখি।

অমসু অনিরকসুবদা ম্রৌরস্থা শুমথৈ করতোয়া তুরেন মপান অসি কাউবনা বিদেহ লৈপাকী নোংপোকথংবা শুমথৈনি। মতম অদুদা কোসল অমসু বিদেহ লৈপাক অনি অসি নিংথৌ অমত্তগী মথাদা লৈরম্বা তাই। নিংথৌ অদু মাথব কৌবা অসিনি, অদুনা তারিবা মক্ষম মাথব কৌরমই।

অনিসুবা মক্ষম অদুদগী নোংপোক্তা অহুমক সুবদা চত্নুনা লৈখি হাইবা অসিদি হুজিক মক্ষম অদুবু করি কৌবগে? হাইবদা ইরাই খাইনা খংলে, মণিপুর হাইরগা হুজিক খংনরিবা লৈপাক অসিনি। মাদুগী সাক্ষ্যসিং অদু এখোইনা মখাং অসিদা উৎনিংই, মাদুদি—

(১) বিদেঘ-মাথরনা মৈদা এগী লৈক্ষম কদাইদনো? হংই হাইবা মক্ষম অদুগী উত্তর অক্ষাংশ ২৪°৫১′ নি, অদুগা ভারতীয় মধ্যরেখাদগী পূর্ব্বতা যোজন ১২০ দা লৈ। অদুগা মণিপুরনা হাইরিবা মক্ষম অসিগী চপচাবা নোংপোক্তা উত্তর অক্ষাংশ ২৪°৫১′ দা লৈ। মাখোই অনিগী মপাদা নোংচুপ্তগী নোংপোক্তা ওল্লবদা যোজন ৬০ তনি। মরম অসিনা সদানীরাগী নোংপোক্তা নংগী লৈক্ষম ওইবু হাইরবদি মণিপুর নত্তনা অতৈ অমা লৈতে।

(২) মতম অদুদা ( মণিপুরদা লাকুরিভৈদা ) অনিসুবা মক্ষমদা লৈরিভৈদা মাখোইগী লৈক্ষম অদুদগী মথাথংবদা লৈবা লমদমসিং অদুবু, মাখোইনা মণিপুরদা লৈররবা কাউবা অহুমক মথাখংবা লৈপাক অশুমক কৌরে, মাগুদি-- মৈতৈসিংনা আগোরতোলানাচিংবা লমশাং অদুবু থাইনা মাখোইনা সদানীরা মপান্দা লৈরিভৈদা "দক্ষিণ" কৌরম্বনা হুজিক কাউবা 'তক্কেন" কৌরিবা অসিনি।

(৩) বিদেহ লৈপাক্তা পানবা মাথর নিংথৌ অসিবু লৌকিক ভাষাদা "মিথি" কৌই। মহাকী মমিং "মিথি" হাইবসিবু বিষ্ণুপুরাণকারনা নিরক্তি তৌরমই, মাদুদি--"অপুত্রস্ত তস্তনিমের্ভূভুজঃ শরীরমরাজকভীরবস্তে মুনয়ঃ অরণ্যাং মমন্থুঃ। তত্র চ কুমারো জজ্ঞে। জননাজ্জনকসংজ্ঞাঞ্চাসাববাপ। অভূদ্বিদেহোঽস্ত পিতেতিবৈদেহঃ। মথনান্মিথিরভূৎ। ইতি বিষ্ণু ৪।৫।

অর্থাৎ মচাপোক্তবা নিমিকৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই। মানা শীরবদা লৈপাক ভারবা নিংথৌ লৈত্রদুনা কিরবা মুনিসিংনা অরণিদা ( মৈবাদা ) অসিবা নিংথৌগী মশাবু নৈখি। মাদুদা নিপা ১ পোকখি মাদুমা পোকই, হাইদুনা মবু "জনক" কৌই। মাগী মপাদি মশা লৈতে বিদেহনি হাইদুনা মচা অদুবু "বৈদেহ" সু কৌই। মথন—নৈবদগী পোকই হাইদুনা "মিথি" কৌই অসিনি।

ঐখোইনা পুরাণসিংদগী খংই, শতপথনা মাথরকোবা নিংথৌনা শেমদম্বা কোম্বংবু "মিথিলা" কৌই, অদুগা নিংথৌ অসিগী থারাদা অমসুং মাগী লৈপাকতা পানবা নিংথৌসিং অদুবু "জনক" হাঈবা উপাধি অসি কৌখি। অদুগা বেদনা "মাথর" হাঈবসি মিং অসিনা লৈপাকী মমিংসু ওইবা অদুগা শাগেগী মিংম্ব ওইনা হাঈবা অদুদা চৎনবিদা "মৈথি"="মৈথিল" অসিনাচিংবা উপাধি নত্রগা জাতিম নাম অমসু প্রদেশগী নামসু ওইখি। মরম অদুনা সন্নানীরা মপান্দগী মৈগী য়াথংনা নোংপোক্তা থুন খোক্লকপদা মাখোইগী জাতিবু "মিথি= Mithi" কৌরকই, অদুনা মণিপুরদা লৈরবা মতমদা মাখোইগী জাতিগী মিং অদুবু মতমগী পাংগলনা সাংনা হাঈখিদুনা "Mithi=মৈতৈ" হাঈখি *।

(৪) মণিপুরদা লাকপা নিংথৌ অদুবু মৈতৈপুরাণসিংনা হাঈবদি "পুরৈলোম্বা" কৌই। মরমদি পুরৈলোম্বা হাঈবা অসিগী ব্যুৎপত্তি তৌরবদা মৈতৈরোল্দা "পুবা—অদুনা য়াওংবা য়াদদুনা মরৈরোম্বা—য়া ওংদবা" হাঈবনি। মাদুদি নিংথৌ অসিনা মচিল্দা চিক্লুনা পোৎ অমা ( মৈ ) পুই, লাইসিংনা হাঈবদি ব্রাহ্মণনা হংবদা থুমদে হাঈদুনা মাবু পুরৈলোম্বা কৌনখি, হাঈবনি। অদুনা মরেকনা তারে, বেদগী ঋষি অসিগী থোকখিবা ঃথোদোক অদুগী মতুংইন্না মণিপুরদা মাগী মমিং অসি কৌখিবনি।

(৫) মৈ হাঈবসি ঈড়াংপা হোৌদোকপা অমসু ঈড়াংনবা মৈ পুদুনা লাকপা কাংবু অসিবু মৈতৈগী পুরাণনা "পোইরৈতোননা থুনখোক্লকপা" কৌই মাদুদা হাঈরিবা "পোইরৈতোন" হাঈবসি 'পুরোহিত' হাঈবনি,মাদুদি হাহুগী মচা গোত্তমগীধারা মাথর নত্রগা মিথি শাগেগী পুরোহিত ব্রাহ্মণবু হাঈবনি। মাখোইনা মৈ ঈড়াংদুনা মৈ পুথোক্লকপা মতম অসিবু মৈতৈগী পুরাণনা কাউখিদে। মাদুদা হাই, লৈপাক অসিদা লৈরম্বা মীসিংদি চাকথোংদুনা চাদে, উরাদা চাক পাল্লমই, কীশাদুনা শেস্তে, তুরেল্দা কিরোন তাউথরমই। মরম মকৈ শারমদে, চিংগী, মলুং অমসু উরংরাবুংদা নোং তুংসিং চংলবা য়ুম লাইনা শাবা লৈরমই। পোইরৈতোন্না মৈ পুরকঈদগীদি—চাবসু মৈদা থোংদুনা চারে, কিরোন থুংসু থুংলাইনা সারে, থুংনা য়ুমকৈশাদুনা লৈখি। অসিগুম্বা অয়াবা থবক সিংপা অসি হৌখি হাঈ। অদুনা পোইরৈতোননা থুনখোকপদা য়োক্লম্বা মৈ অহু হুজিক কাউবা মুংপা য়াদে হাঈদুনা য়োকলি। মৈ অদদা ইন্দ্রবু তোম তৌরম্বগী, ইন্দ্রগী থুবম য়ানরি। মৈসিং অহু অতৈদি মতমগী পান্জলনা মুংশ্রবদা নোংপোক্তা নোং–মাইজিং চিংদদি হুজিক কাউবা "ঐন্দ্র" কৌবা সোরারেল্দগী মনাইসিংনা য়োকলি।

(৬) মণিপুরদা লাকপা মৈথিসিংনা মাখোইগী পান্জন পীবা মপু লাইদি মিত্রনি নিংখি, মাদুবু হুমিংতা অমসু মৈদা ঈড়াংলি, মাদুগী মনাইনি হাঈনা নিংদুনা মাখোইবুনা মিত্রগী মনাই "মৈত্রেং" ঈড়াংনকম্ব অগ্নি অমসু সূর্য্যবু মিত্রগী প্রতিকনি নিংবনা অগ্নিবু "মৈ"

* মিথি—Mithi মাগিবু লং ওইনা হাঈরগা "থাইথাই" মাদুবু হিন্দী উচ্চারণদা মৈথে—মৈটে—মৈতৈ।

সুর্য্যবু "মিৎ = তুমিৎ" কৌই। অহুনা মৈতৈপুরাণনা মৈবু থুরুম্বদা হাঙ্গরমই "মৈত্রেং অরাবনা য়োইমাই মহুৎ সিন্নমৈ"।

(৭) মাখোই অসিবু হায়া লৈরম্বা কাংবুনা কোয়া লাকপনি হাঙ্গহুনা 'পোইরৈ" কৌই, অহুনা মরম নত্তনা মীগী লমদা লাকপনি হাঙ্গবা থংনবা, "পোইরৈ মৈতৈ" কৌরমই।

(৮) মাখোইনা মণিপূর য়ৌরগা নোংপোক্তা থূন সন্দোকপা লেপখিদে, মাসিদগী কাংবু থয়া মচিং মচিং ওইনা নোংপোক্তা চৎলি। ঐখোইনা অনুমান তৌই, শ্যাম লৈপাকী "খৈ" জাতিসিং অহু মাসোমদগী থাইখিবনি।

(৯) অহুগা মাখোইনা হায়া লৈরম্বা লমদম মিথিলারোমদা কনা ২শুম্বাসিংনা হনহুনা ঈপাউ থংলুবাম্ন য়াউই, অহুগা মাসিদা লৈরগা সিখিবা মীসিংসু মাদোমদা তিনলি অমসু সিরগাসু মাদোমদা চৎলি অসুয়া থাজখি। মরম অসিনা মৈতৈগী শিরগা চৎনবা লম্বেনদি নোংচুপ্তা লৈ হাঙ্গনা থাজরমই, মকম অহুবু মণিপুরগী খোঙাক কৌই। মতম অহুগা হুংসিরবা মচানাচিংবা সিরগা থাইনা মাখোইগী লৈকম অদোমদা চৎলুবগী পাউনি হাঙ্গহুনা হুংসিরবা ঈশৈকয়ামুক লেংহুনা শরুরমই।

"হারেং ইঙেনথা কৌবদি" তাবুং শিং মিৎ শিংদবুংনা অমল থরৈ কুম্নবদা লৈনুং খোঙারেণ অহনবনা নপল চিংখোং পোরৈতোম্বা রামরগনি অমুক তাইবং হলরাই খিও হাঙ্গনা লেংনা মৌনা হলরাইরকলে অদু নোংগী হরেং ইঙেন থা কৌএ" অসিনাচিংবনি।

(১০) মাখোইনা মৈনা মাখোইদা নংখোইদি নোংপোক্তা লৈয়্ হাঙ্গনা পিরকপা বর অহুবু য়ায়া থাজখিবা মরম্না পুরৈলোম্বগী ধারানি হাঙ্গবাসিং অহুগী মরক্তা পুরৈলেম্বা নিংথৌগী সিংহাসন ভাকপা প্রতিনিধি অহু নোংচুপ্তা ময়্মহোংবা তৌকৈদে হাঙ্গহুনা কিনৈ। নোংপোক্তা কাখৎপা মথৈ য়াই।

(১১) মাখোইনা মিথিলারোমদগী লাকপা অসি খিলৌ খিলৌ য়ামই, মাহুগী অরাইবা থুদম অমদি পুরৈলেম্বনা মণিপুরদা মাগী থুকন পাঙ্গনবা, তৈসিংবনা হায়া লৈরম্বা মী পুয়মকী মপু নিংথৌ ওইনা পায়ে। মতুংদা কাইনথংদা * নিপা অমা লাকই, মানা হাঙ্গৈরে, ঐদি পুরৈলোম্বগী ময়াম্বনি হাঙ্গহুনা নিপা অমা থোরকই। মানা হাঙ্গৈরে, ঐনা নিংথৌ ওইকম থোকই, ঐদি পুরৈলোম্বগী ময়াম্বনি, হাঙ্গয়ে। লৈপাকনা বিচার তৌরে। পুরৈলোম্বদি মচিন ফনাউ লৈতে, হাঙ্গরগা ময়াম্বনি হাঙ্গবসি করিনো থমরে। পুরৈলোম্বনা

* পুরৈলোম্বা নিংথৌনা পানবা অসি মাগী মকমদা সিনবা নিংথৌ অহুবসু পুরৈলোম্বা অহুমক কৌই অহুনা হুজিক কাউবা তৌরি। মাসিনা থংবা ওমই, সনানীয়া মপান্দগী মণিপুরদা লাকপা অহুসু অহানব সরস্বতী ভুয়েন মপান্দগী লাকপা অহুগী থায়া ওইবা তাই।

ঈরে, নত্তে, নিপা অসি ইয়াম্বা নত্তে, মিনমহুনা হাঙ্গবনি থুমই। পাত্র মন্ত্রীনা থরবদা াইগী সামু য়াইসাদা থাজিনসি, চাঙ্গহুনা অঙাওবা সামুদা থাজিনদি। নিপা অসিগী হৈসিং-না সামুগী মথক্তা তোংখংলে। লৈপাকনা নিপা অসি নিংথৌ ওইকম থোকই। লৈপাকনা ানরহুনা মাবু মণিপুরগী নিংথৌনি য়ানরে। পুরৈরোম্বসু তানখোকে নিংথৌ অমা ওইহনা মহুমক লৈরমই। অকোনবা লাকপাসিবু মৈতৈপুরাণনা "চিংশোনবা" কৌই। মাগী থারাবু নাংমাইথেম কৌই। পুরৈরোম্বগী থারাবুনা "অঙোমসু" কৌই। থারা অনি অসিনা হুজিক লাউবা পুরৈরোম্বগী অহনবা কম্বা সিংহাসন অহুবু এংনা এংননা ডাকলি। থারা অনি অসিমকপু মৈতৈগী মনুংচনবা অতি ওইনা থংনৈ, হাঙ্গবদি মৈতৈ হাঙ্গরপা থারা অনি অসিসু মৈতৈগী মনুংচনবা ওইনা অহুমক থংনৈ। থারা অনি অসি গোত্রদি তিম্রদে; মৈতৈ হাঙ্গরগা থংনরিবা জাতিনি. থারা অনি অসি নত্তুদা "ইনশৌগ্না" কৌবা কাংবু অমা লেরি, মাখোই অহুগা থারা অহুম অসিবু থাঙ্গশেংবদা মৈতৈ Mithi কৌই। অহুম অসিদি মৈহৌরোনদদি মশা অমত্তনি, চাঙ্গবদি সূর্য্যবংশ ডাকুনি। অহুগা অহুম অসি-তোঙান তোঙান থংনবা হাঙ্গরবদা পুরৈরোম্বগী থারা, ২ নোংমাইনিংথৌ চিংশোনবগী থারা অমসু ৩ পাখংবগী থারা অম্ম্রা অহুম থোকই। অহুম অসি মমৈদদি মৈতৈগী মনুংদা পাখংবগী থারানা থুংকনবা হেনগংলকহুনা চান্নবা মণিপুরগী সিংহাসনগী মপু ওইখি। হায়রগী পুরৈরোম্বগী থারবুবি মাখোইগী মর্য্যাদা লৈবা অমা ওইনা থমই। পোইরৈ মৈতৈগী মথংদা থুমন কৌবা কাংবুগী থুকন পাঙ্গনবা অমত্ত মখোইনা মণিপুরবু লৈবা য়াম্না নিংথিনা ফংই। মাখোই অসি থাঙ্গশেংবদা মৈতৈ ওইগনি, মরমদি মাখোই অসিনা লাকপা অসি মৈতৈগী তৌরককম অহুনগীনি, মরম অহুনা থুন অমনবা হান্না লৈরম্বদগী লাকপনি হাঙ্গহুনা থুমন কৌবনি, অহুনা মাখোইগী বিশেষণদা নোংয়াই কৌই। নোংয়াই হাঙ্গবদি মথক্তাসু হাঙ্গথরে অহিং—নোংচুপ হাঙ্গবনি, মাসিনা থেংনা—খিন্না লাকপবুসু থংনৈ। থাঙ্গশেংবদা মৈতৈগা থুমনগদি পুদি তিম্রদে *।

সরস্বতী তুরেন মপান্নগী লাকপনা অনিখ্বদা সদানীরাগী নোংচুপথংবানা ওমখৈ ওইরি-ভৈদা মকমসিং অহুবু বেদনা মাথর কৌরনই, লৌকিক ভাষাদা মাহুবু মিথি=মিথিল, অমসু বিদেহ কৌরমই। মৈনা তাকুনা সদানীরাগী নোংপোক্তা লাক্লবা মতম অহুদা মাখোইনা মণিপুরদা চংলকলবদা লম অহুবু হাঙ্গবদি হুজিক মণিপুর হাঙ্গরগা থংনরিবা লম অসিবুদি মাথর নত্রগা মিথি অমসু বিদেহ কৌরদরে তৌইওমসু মাখোইগী জাতনা লৈংনি—কোন্না লৌসিনবনি হাঙ্গবা থংনবা মিংনা কৌররে, মাহুদি— মিথিলসিংনা লৈবা লৈপাকনি হাঙ্গহুনা মৈতৈ লৈপাক কৌরে। মাখোইনা লাকপা মতমদা মণিপুর কৌরমদে, মাখোইনসু মণিপুর

---

* থুমনদি পঞ্চালদেশগী নিংথৌগী থারানি, অহুনা মাখোইদি মৌদ্গল্য গোত্রনি।

চাইনা থেংলে। অহুনা মৈতৈগী অরিবা য়াথি ইবা লাইরিকসিংদা মণিপুর হাইবা মিং অসি য়াউদে।

(১৩) কাংবু অসিগীদি যজ্ঞ তৌবাতনা মাখোইগী অখোইবা ধর্মনি। মৈবু ঈডাংপা ভুমিংপু ঈডাংপা হাইবাসি মখোইগী লিচংনি। মাখোইনা মৈ লৌনদি থানা মৈগী থরনমচাক্কী মনাক্তা লৈবা মতমদা মৈবা চিংহুনা মৈথোই, মহুনা যাগ তৌরমই। মাখোইনা নোংপোক্তা থুন সম্বোকপা মতমদা থরানমচাক সয়োম অমা উখি। সয়োম নাইনা থোকপা থরানমচাকসিংদগী মাহুনা ইথ্রাইদগী ইহেন হেংলি. অসুম্না খখি। "এতা এব ভূয়িষ্টা" মাখোই অসিনা ইথ্রাইদগী সংয়াম চাউনা হেল্লি. লংবাসু মাখোই অসিনা ইহেন হেনলি, অসুম্না হাঈ। অদুগুম্বা থরানমচাকসিং অহুবু মতম অহুগী মীনা খই, মাহুদি থরানমচাকসিং অসি নোংপোক্তা চপ চানা থোকই অহুগা মথা অমত্তু অরাংলোমদা চোংথাক্কে অসুম্না খংবা ঙমখি, "এতাহবৈ প্রাচ্যৈদিশোন চ্যবন্তে" মাখোই অসি নোংপোক্তগী লানথোক্কে—চোংথোকতে অসুম্না হাঈ। য়াথৈ অসিগী অসম্বা অর্থদি অসিনি, মাহুদি লৈপাক লৈমাগী মথা অমসু অরাং অনি অসিগী লাম্না চপমান্নবা মফমদা নোংপোক নোংচুপ লোমদা চৎপা লমি অমা লৈমাইনা চিংলবদি, মাহুম্না ভাবনা সবা লমি অহুবু বিষুববৃত্ত কোই, হাইরুনা বিষুববৃত্ত অহুগী মপাদা করিগুম্বা থরানমচাক অমা অতিয়াদা থোক্রবদি থরানমচাক অহু নোংপোকতা চপচানা থোক্ননি, অহুগা নোংচুপ্তঃ চপচানা তাগনি। মানা নোংপোকতা থোক্লগা মথং মথং লাকতুনা নোংচুপ্তা তাবা উবা অহুদা মযাই চপচানা চৎকনি অর্থাৎ খা অমসু অরাংলোমদা চৎথোকলোই মরমদি বিষুববৃত্তগী মনাকতা লৈবা লৈপাক পুম্নমক্তি নিংথম কালেন নাইদনা ভুমিং থুদিংগী অহিং সুংথিল শাংবা চপ মান্নি। অহুগা মাহু নওবা মফমদি কালেন ওইরকলে সুংথিন শাংবা চৌবে, নিংথম ওইরে অহিং সাংবা চৌরে অসুম্না ভুমিং থুদিংগী অহিং সুংথিনগী অতেন অশাং মানদে, অসিগুম্না অহিং সুংথিন মরুদবা লৈপাকতাসু বিষুববৃত্তগী মপাদা ভুমিংনা লৈরবদি অহিং সুংথিন শাংবা চপ মানৈ। আসগুম্বা মফম অসিদা ইথ্রাইদগী মানা সংয়াম চউনা, মচু ঙানবা লংবা ইহেন হেনবা থরানমচাক সয়োম অমা থোকই, মাগী থাকফম অসিদা কনাগুম্বা অমত্তম্ন থোক্কে, অহুনা মসিবু এংহুনা মাগী মপাদা থানা লৈবা মতমদা যজ্ঞগী মৈ লোই, থরানমচাক অসিবু আগ্নেয়—মৈগী থরানমচাক অসুম্না কৌরমই। অমসু মাগী মপাদা থানা লৈবা মতমদা লুহোং কৈহোংবা. য়ুমহেং কেহোংবা তৌনরমবে, মাহুদা তৌরবদি অর্রা অনা অমসু থাইনা ছেংনবা নংই, অম্বমনা কিনরমই। য়াকম অসি কাংবু অহুনা নোংপোক্তা থুন সম্বোকপা ধর্ম এনবা চৎপা মতমদা তৌখিবনি হাইবা মাধ্যান্দিন শাখাগী শতপথ ব্রাহ্মণগী শ্রুতিসিংনা য়ামনা নিংথিনা সম্বোকনা তোঙান তোঙানবা মতাংদা তাকই। অহুগা মতম

অহুগী মীসিংনা "এতাহবৈ প্রাচো দিশোনচ্যবন্তে" অমুম হাঙ্গিহুনা মৈগী থৱানমচাকসিং অহুগী মতম অহুগা থোকপা মকম অত্ত নিংশিনা, য়ামনা শেংনা তাক্লমই। মাহুগী মতুংদা ওইহৌৱা ঐখোইনা হৌৱুৱা মংগুম্বা মতম অতবু হুহিক অতকপা লৈতনা থংবা ওমই।

ঐখোইনা অহুক্তে মৈ পুহুনা নোংপোক্তা থুনসন্দোকখিবা কাবুং অহুগী মাম্লুপ কুইরে হাঙ্গিবা থংবা ওম্বা অমম্তু কাংবু অহুনা চংখিবা মকম অমম্তু মাখোইনা থনম্বা ধারাসিং অত্ত থিরকপদা হুজিক ফাউবা থোকহৌরিবা থৱানমচাকসিং অসিনা থাউয়ম ওইনা পাইহনা থোক্কুন শিরকপদা ইরাই লাইনা উবা ফংগে। মাহুদি বৈজ্ঞানিক সম্মত ওইবা আপ্তবাক্য ওইবনা মতম অসিদা কনাগুম্বা মী অমত্তবুম্তু চিংনবা পোকহন্দরে।

অমারোমদা হাঙ্গিরবদি মাসিমাস্তু সোইদনা তৌকম থোকই, মাধুদি নোংপোক্তা থুন সন্দোকখিবা কাংবু অসিনা থুন সন্দোকহুবা মতুংদা যোগী যাজ্ঞবল্ক্যনা য়ারি অসি ব্রাহ্মণ-ভাগতা ইবনি। মাত্ত ইবা মতম্দা মৈগী থৱানমচাকসিং অসিনা বিষুববৃত্তগী মপাদা থোকই, মতম অহুদা মকম অত্তুদা থোক্কুরবদি যোগী যাজ্ঞবল্ক্যনা করিদোম্বুংদম্তু মতম অহুদা ওইদবা থৱানমচাকী মওং অত্ত হাঙ্গিরোই। অহুনা থংবা ওমই, মণিপুরদা মৈতৈনা চংলকপা মতম অসিদি মৈগী থৱানমচাকনা বিষুববৃত্তদা লৈরিইদা চংলকপনি, হাঙ্গিনা লৌরবদা হেক্কনরা মতমদি ওইবা হৌনদে। মরমদি থোকখিবা থোদোকপু লাহরিকতা ইবা হৌনবিনি।

অত্তুমম্তুবা নকমদা থুন্দারবা কাংবু অসিনা মাখোইগী অতানবা নিংথৌ বিদেহ মাথর কৌবা নিংথৌবু "পুইরেলোম্বা" কৌখি, মরমদি মৈতৈরোলদা বিদেহ মাথরকী মিং অসিনা অমর্থ নামনি। ( মাসিগী মরমদা ৪ম্তুবা সাক্ষ্যদা হাঙ্গিখরে ) অসিগুম্বা মাখোইনা ফুমিং চুম্বা মাগী থোকপা তাবা অমম্তু মাগী মনাকতা থানা লৈবা এবং মৈগী থৱানমচাক সয়োমাসবু মৈতৈনা "এতা হবৈ প্রাচো দিশোনচাবন্তে" হাঙ্গিবা শ্রুতিগী অর্থ লৌহুনা "থোংচোং-ফুপ্পী" কৌহ। মিংকম অসিনা মৈতৈরোনগী পোইরে তারবদা আগ্নেয় তারাগী অমর্থ নামনি। মাসিনা থংবা ওমই, লৈপাক অসিদা মাখোইনা থুন সন্দোকলবা অসিনা মহাভারততগী ওনথোক্কা য়াম্না হানা লৈ। মতম অহুদদি লম অসি মণিপুর কৌরমদরি। অমম্তু মাহুগী মমাংগী হুজিকী কালদা আর্য্যকৃতি হাঙ্গিনরা কাংবু অমত্তাম্তু লম অসিদা চংলকলমদরি। মরমদি মহাভারতকী মতমদদি আগ্নেয়তারানা বিষুববৃত্তদা লৈতরে, অরাংলোমদা চোংথোকল্লে। অহুনা মহাভারতকী মতমদা বেদব্যাসনা ইরমই "প্রতি শ্রবণ পূর্ব্বানি নক্ষত্রানি চকার হ" অমুম্না হাঙ্গিরমই।

ঐখোইনা য়াম্না নিংথিনা হাঙ্গিবা ওমই, মাহুদি মৈতৈনা থংলম্বা অতিয়াগী বিদ্যাসিং অসিদি লৈপাক অসিদা পোকপা মীনা মকম অসিদা লৈহুনা তানবা মহৈদগী থংবা নত্তে। মাখোইগী মপামপুনা থংলকপা অহুদগী লৌরনি; হাঙ্গিবা মথক্তা ঐখোইনা উংথ্রগা অইনি।

মাথোইনা থংলবা মহৈসিং অসিনা ইৱাইলাইনা তাকই, ভারতা গ্রীকসিংনা অনৌবা বিদ্যা হোৌদোকলরবা মতুংদা থংবা আকাশগী বিদ্যাগী মনম অমত্না অৱিবা মৈতৈগী পুৱাণদা লৈৱমদে। মৈতৈনা ক্রান্তিবৃত্তগী মনাক্তা থোকপা থৱানমচাকসিংবু মশকথংবা অমসু মথোইগী মমিং থোন্নবা অচ ঐথোঙনা অৱিবা পুৱাণদগী মথং মথং থংহৌবদি মাসিনি——

১ খোংচোংলুপী, ২ অপকপা, ৩ সাচুঙতেলহৈপা, ৪ লিক্লা সাফাবা, ৫ চিংচারোই, ৬ চুংশেনলুপী, ৭ নিংথৌনাগা, ৮ নিংথৌ হুৱেন, ৯ নিংথৌশামু, ১০ শামুপীচা, ১১ উবোংতাতু, ১২ মোকাংশঙ, ১৩ লুৱাংশঙ, ১৪ নালুপশঙ, ১৫ ঙকপুৱোই, ১৬ তাউ-হুইৱেন, ১৭ তোংচেংলুপী, ১৮ থায়াই, ১৯ পাত্তোন, ২০ নিংথৌ মন্থ মমৌ, ২১ হাৱৈ-মাএ, ২২ কোৱোঙ, ২৩ থাবা লৈকেং, ২৪ শিলুপী লিনিং, ২৫ য়ায়া খুৱো, ২৬ শজিক, ২৭ থবা, আৱাই লৈবা, ২৯ মুকশন, ৩০ উঙ্গীৱেন অসিনাচিংবনি। ( মাসিগী মতুংদা ২৬ সজিক অমসু ২৭ সু থবা মাখোই অনি অসিগী মৱমদা ঐখোইনা তাশেং তশেংনা মশকা কোন্ননা মমিং হাঙবা ঙমদে, মৱমদি -য়ূমশকৈশ অমসু ঈৱাংবু অভিয়াদা নোংঙান-লমদাইদা উৱগা সজিক, নুমিৎতাৱমদাইদা উবগা থবা অমুমা হাঙনৈ। অহুগা গ্রবু তম্বিৱম্বদা ঐগী গুরুদেবনা মৈতৈনা অশ্বিনীবু সজিক অমসু ভরণীদুসু থবা কৌই অহুনা সজিক অমসু থবাদি পোৎশক অনিগী মমিংনি হাঙনা তাকলমই, অহুগা প্রাচীন আলেখ্য পত্রদাশু মাতুমনা লৈ )।

বেদ সাংহিতানা নোংপোক্তা লাকপা আর্য্যাসিংগী য়ারি অসি হাঙৈরি, অহুগা মতম অহুগী আকাশদা ওইবা থৱানমচাকী লৈকমসু উংলি, মাতুগা মৈতৈগী পুৱাণনা হাঙবগা চপ মান্নৱে অহুনদি মৱেকনা তাৱে, বেদনা হাঙৈৱিবা কাংবু অসিনা মণিপুৱদা লৈৱগনি হাঙবদা করিসু চিংনকম অমা থোক্তৱে।

## বৈদিক যুগতা আর্য্যসিংনা থৱানমচাক সিজিন্নবা।

"মুখংবা এতন্নক্ষত্রানাং যৎ কৃত্তিকাঃ। মুখংবা এতদৃতূনাং যদ্বসন্তঃ। দেব-গৃহা বৈ নক্ষত্রানি। কৃত্তিকাঃ প্রথমং বিশাখে উত্তমং। তানি দেবনক্ষত্রানি। অনুৱাধা প্রথমম্ অপভৱণীরুত্তমং। তানি যমনক্ষত্রানি……………………। তস্মাৎ কৃত্তিকাস্বাদধীত। এতা হবৈ প্রাচ্যৈ দিশো ন চ্যবন্তে। সর্ব্বানি হবা নক্ষত্রানি প্রাচ্যৈ দিশশ্চ্যবন্তে।"

মাসিগী ভাবার্থদি অসিনি— থৱানমচাকসিংগী মৱক্তা খোংচোংলুপী হাঙবি অসিনা মচিননি। ঋতুসিংগী মচিননা বসন্তনি। থৱানমচাক পুন্নমক অসি লাইগী য়ুম হাক্তনি। খোংচোংলুপীনা অহানবনি। নালুপা শঙনা অংথোইবীনি। মাখোই অসি লাইগী থৱানমচাক

ভাকনি। ওকপুরোইনা অহানবনি, থবা নত্তবনা অথোইবীনি। মাথোই অসিনা যমগী থরানমচাকনি। ..... ........। মরম অহুদগী খোংচোংহুপীদা (খানা নৈরিঙৈদা) মৈ হৌগনি। খোংচোংহুপী সয়োম অসি নোংপোকগী চোংথোকতে। অতৈ পুয়মকতি নোংপোকতগী চোংথোকপী ভাকতনি।

মথকতা হায়রিবা থরানমচাকী মরম অসি থবক তৌবগী মরমদা হায়বনি। অহুগা থরানমচাকসিং অসিবু মসিংথিবা মতমদদি খোংচোংহুপীদগী হৌহুনা মসিং থিনদে, মাহুদি মাহুগী মরমদা গর্গনা হায়রমই —

"তেষাং চ সর্ব্বেষাং নক্ষত্রানাং কর্ম্মসু কৃত্তিকাঃ প্রথমম্ আচক্ষতে। শ্রবিষ্ঠাতু সংখ্যয়া।"

অর্থ।— থরানমচাকসিংগী মরকতা খোংচোংহুপী হায়বীনা থবক তৌবগী মরমদা অহানবা মকোকনি, অহুগা শ্রবীষ্ঠা কৌবীনা চুয়গী মসিং থিবদনা মকোক অহানবনি। মাসুমা হায়রিবা শ্রবিষ্ঠা হায়বা অসি সুপনগী থরানমচাক সয়োম অমাগী মমিংনি, মাহুদি— খোংচোংহুপী মরুম সয়োম চাঙিত্রবসু থরানমচাক মরিনা মাগী মথা ওই, মাগী মথক থাবদা বেদনা হায়———

"চতস্রো দেবীরজরাঃ শ্রবিষ্ঠাঃ" (তৈঃ ব্রাঃ ৩.১।২)

রাহে অসিনা শ্রবিষ্ঠা হায়বীসি থরানমচাক মরিনি হায়বা থংই, মাথোই মরি অসিবু গ্রীক্সিংনা অ, ব, ক, ড, ময়েক মরি অসি কৌই অহুনা অসুবা মিংদা "অলফা, বীটা, গ্যামা, অমসু ডেল্টা" অসুমা কৌই। মাসিগী অহানবা আলফা হায়বী অসিবু মৈতৈনা "হারৈ মাএ" কৌই। হারৈ মাই ওনথমনি হায়বদি মাইকৈ ওনথমনি হায়হুনা থরানমচাক অসিবু মৈতৈনা মিং অসি কৌরমই। মরমদি ভসি সুমিং খোকপা মতমদা সুমিংকী ময়োনদা চৈ অমা চপ চানা থিনলবদি, হয়েং অময়োক খোকপদা মাহুদা সুমিং চপচানা লাক্কে, মথারোমদা নত্রগা অরাংলোমদা হোংদোকনি। মাসুমা অরাংদা কাথৎপাবু উত্তরায়ণ, অমসু মথারোমদা কুমথবাবু দক্ষিনায়ণ কৌই, সুমিংনা লোংমা নোংমাগী মথারোমদা মথং মথং কুমথখিবা অসিদা আলফা থরানমচাক হেক যৌগদা সুমিংকী মথাচৎপা লোইরে। অরাংদা চৎথৎপা হৌই, অহুনা থরানমচাক অসিবু সুমিংকী হারৈ মাইওনথমনি হায়হুনা হারৈ মাএ কৌবনি। মাসিগী মরমদা উপনিষদ্‌নী হায়———

"সূর্য্যো যোনিঃ কালস্য। তস্যৈতদ্রূপম্। যন্নিমেষাদি কালাৎ সম্ভৃতং দ্বাদশাত্মকং বৎসরম্।"

সুমিংনা মতমগী পোকথমনি। মাগী মশক্তি অসিনি-- মাহুদি মিংকুপতগী হৌহুনা অরানিথোই খোকপা চহি কাউবনি" মাসি হায়রগা।

"মাথাঙ্গং প্রবিষ্ঠার্দ্ধম্,
আগ্নেয়ং ক্রমেণ,
উৎক্রমেণ সর্পাঙ্গং প্রবিষ্ঠার্দ্ধং সৌম্যম্"
( মৈত্র্যুপনিষদ্ ১ প্রপাঠক )

মাসিবু মৈতৈরোনদা হাঙ্গৈরবদি নিংথৌতুরেনগী হৌগৎপদগীনা হারৈমাএগী তথ্বাই অমা, মৈদগী হৌবনি, অমোক হঙ্গংনা হাঙ্গৈরগা নিংথৌনাগাদগীনা হারৈমায়েগী তথ্বাই অমাবুনা অৱাং কৌই, অসুম্না উপনিষদ্না হাঙ্গৈবা অতিগ্নাগী মৎং অসিসু ঋগ্বেদকালগী মতুংগী রানি। মাসিগী অরাঙ্গৈবা ভাবতি— হারৈমায়েগী তথ্বাইদগীনা সুমিৎনা অৱাংলোমদা কারকপনা কোরৌশু, খাবাঙ্গিতেং, শিল্লীলিনিং, রারাখুরো, সজিক, থবা, খোংচোংচুপী, মপকন্তা, সাচুং তেন্দহৈবা, লিকলা শাকাবা, চিংচরোই, চুংশেনম্পী মাখোই অসি মথং মথং লানথোলক্কুনা নিংথৌনাগাগী অহৌবা ফাউবা অসিদা নৈরিডৈদা অৱাং ওইরমই, অতুদগী নিংথৌতুরেন্দগী নিংথৌশামু, শামুপীচা, উংকোং কাতু, মোকাংশঙ্কা, লুরাংশঙ্কা. নাল্পশঙ্কা, ওকপুরোই, তাউ-হুইরেং, তোংচেং লুপী থা য়াই, থাতোন, নিংথৌ মহু মমৌ মাসি লানথোক্কুনা হারৈমায়েগী তওথাই ফাউবা অসি মথারোমদা চংলি হাঙ্গৈবনি।

মৈতৈনা হারৈমায়েদা সুনিংকৌ মাইওনফমনি হাঙ্গৈবা খংখিবা অসি, মাখোইনা মণিপুরদা লৈরবদা মাম্না লাইনা থংবা ওমখি। মতম অতুদা মাখোইনা সুমিৎপু চৈনা খিন্দুনা এংবা নত্তে, অতিয়াদা মঙানপুত্তনা খোকলিবা থাগী খোংচৎকা সুমিং অমসু থরানমচাকা তিম্নবগী মফমগা, মঙান দৈবা অহুম অসিগী নোংমতদা তিনসিন্নবা সুমিৎ অমা ওই, মাতুদা মাখোইনা অয়ণগী খোংজং অসি উখিবনি মতম অসিগী মশকসু বেদাঙ্গ জ্যোতিষনা হাঙ্গৈ —

"স্বরা ক্রমেতে সোমার্কৌ যদাসাকং সবাসবৌ।
স্যাত্তদাদিযুগং মাঘস্তপঃ শুক্লোহয়ণং হ্যুদক্॥"

অর্থ।—অতিয়াদা হারৈম'এনে, থানে অমসু সুমিৎনে অতুমনা পরেং অমত্তুদা খোকমিন্নব সুমিং অতুদা কাইরেণগী নোংমা পানবা ওইবা সুমিং অতুদা সুমিৎনা অৱাংদা কাবসু হৌই, অসুম্না যুগ অমোক ২ হৌবসি চহি ৫।৫ দা ওই অসুম্না হাঙ্গৈ। মাসি হজিকসু চহি ৫।৫ দা হঙ্গন হঙ্গন ওই. অতুগী সুমিং অতুদা উত্তরায়ণ হৌবা অসিত্তা তোকখিবনি। অংনা আলকাবু হারৈমায়ে হাঙ্গৈবা মিং অসি মৈতৈনা থোল্লঙ্গা অসিনদি মায়েকনা তারে, যুগ হৌগৎপা থুদিংদা উত্তরায়ণ ওইরিবৈ অতুঙ্গা মতম অতুদা মৈতৈনা মণিপুর কৌনরিবা লম অসিদা মাখোই. লৈরে হাঙ্গৈবা থংই। অতুগা মাতুনা অমোক তাকই বেদব্যাসনা

মহাভারত ইবা মতমগী মমাংদা মৈতৈনা মণিপুরদা লৈরে হাঙ্গবসি করি অমতম্ম চিংনকম লৈতরে। হাঙৈরিবা খোদোকসিং অসিবু মৈতৈগী থাচৎ অমম্ম ঋতুগী হৌগৎপা অসিনা চিংবনা য়াম্না নিংখিন' তাকই।

মৈতৈগী চহি অমদা থা ১২ নি। থাসিং অসি সংস্কৃত ভাষাগী থাগুমনা পূর্ণিমা খুমিত্তা থাগা নক্ষত্র থরানমচাকী মমিং লৌতুনা থোনবা নত্তে। বেদগী আর্ত্তব-মাস-ঋতু কোংদোকপা থা মমিং তাকনি। মরম অতুনা মৈতৈগী থাসিং অসিগী মমিং এংলগা মাখোইনা মমিং অসি থোনবা মতমদা অতিয়াগী মঙৎ করম তৌবগে হাঙৈবা য়াম্না মুন্না থংই, মাতুগা লোইননা মাখোইগী সংস্কৃতি অচুম্ব কদোম্বদগী লাকপগে হাঙৈনা খিরিবাসিংগী মরিদা লাইনা চোংথোকপা সাক্ষ্য অমা ওই. মাতুদি অসিনি——

| বৈদিক আর্ত্তব মাসনাম | মৈতৈ থা ১স্থু চৎনবী মিং | সংস্কৃত মাস নাম চান্দ্র |
|---|---|---|
| ১ মধু— | চিনবী,—মচিকু | চৈত্র |
| ২ মাধব— | কানবী,—কালেন | বৈশাখ |
| ৩ শুক্র— | অশাউ,—ইঙা | জ্যৈষ্ঠ |
| ৪ শুচি— | হারেঙ,—ইঙেন | আষাঢ় |
| ৫ নভঃ— | য়াস্তং,—থবান | শ্রাবন |
| ৬ নভস্য— | অচিং,—লাংবন | ভাদ্র |
| ৭ ঈশ— | আরে,—মেরা | আশ্বিন |
| ৮ উর্জ্জ— | চিংথম,—হিয়াঙ্গৈ | কার্ত্তিক |
| ৯ সহর— | উনথম,—পোইনু | অগ্রহায়ন |
| ১০ সহস্য— | নিংথম,—য়াকচিং | পৌষ |
| ১১ তপঃ— | আসীৎ,—লাঙ্গ,-ফাইরেন | মাঘ |
| ১২ তপস্য— | থবি নমথাই,—লমদা | ফাল্গুন |

মৈতৈগী থা তরানিথোই অসিগী অর্থদি মাসুম্না হাঙৈ, মাতুদি—

১। চিনবী মচিকোই থা কৌবদি—"থোয়ুম লাই মরুসিনবা মালেম লৈ ওইবা, কোয়ৌ নোং ওইবাগী চিরেন লাংলেম মাপন মপু মচি পানকোই থোকলে হাঙৈবগী চিনবী মচিকোই থা কৌএ, মাসিগী ভাবার্থ হাঙৈগে হাঙৈরবদি অহানবদা বেদগী শ্রুতিসিং অসি হায়া নিংসংকম থোকই, মাতুদি—

"গাবো বা এতৎ সত্র মাসতা শৃঙ্গা সতীঃ; শৃঙ্গানি নো জায়ন্তা ইতি কামেন তাসাং দশমাসানিষন্না আসন্নথ শৃঙ্গান্য জায়ন্ত তা উদতিষ্ঠন্ তাবৎ স্মেত্যথ যাসাং

না জায়ন্ত যাসাং চ নতা উভয়ারুদতিষ্ঠন্নারাৎ শ্বেতি গোসত্রং বৈ সংবৎসরো বা য় এবং বিদ্বাংসঃ সংবৎসরমুপযন্ত্য ঞ্জুব যন্ত্যেব।" ইতি

মাসিগী ভাবত্তি অসিনি,—যণ হাঙ্গৈবসি মচি হৌরমদে, মাথোইনা মচি চৌবা পামক্লনা মচি হৌননবগী দমক যজ্ঞ তৌখি, খা তরাপ্পনা ব্রত তৌহুনা যজ্ঞ তৌরবদা মচি হৌরকলে, নিংবা থুংলবা বশসিং অহু হৌগত্তনা চৎখরে। থরদি মচি হৌদরে। চৌদবাসিংনা মাথোইন্সু মচি হৌনিংবদগী ব্রত অহু তোক্তরে। তাইবংপানবগী মপুনা উরিহুনা মচি চৌদবসিংগী দমক ব্রাকম অসি হাঙ্গৈখি, মাহুদি, মচিচৌব'সিং অসি নোংচুরগা মচি পুহুনা চৎপা হৈরোই।

বেদসাহিত্যগী রারি অসিদগী ঐখোইনা খংবা ঙমলে। মাহুদি মৈতৈসিংনা রারি অসি বেদগী মপা মপুনা কারকই, অহুনা মাথোইনা গবাময়ণ কৌবা যজ্ঞ তৌরমই, মাহুদগী লৌহুনা চৈত্রমাসবু মচিকু কৌরমই। মাসিদি বৈদিকযুগকী রারি। মতুংদা মাসি চৎখিত্রবনি।

মৈতৈগী থাসিং সিং অসিদা অরিবা মিংকর্মসিং অহু হুজিক্কি তোকখরে, অরিবা মিংকর্মসিং অহুবু কাউদনবা অনৌবামিং অথামম নপ্পা অহুতা হুজিক মৈতৈনা চৎনরে। মাহু মকপ্ন খৃষ্টগী চা ১৯ লোইচৈদগীদি বাঙ্গালীসিংনা চাউবিরহুনা মচিকুবু বৈশাখ অমুম্না মৈতৈ মচাসিংদা লাম্না অর্থ হুম্বোকপীররে, অহুনা মৈতৈগী থাচৎ অসিনা তাকই, মাথোইগী নোংপোকা খুন্দাদরিচৈদগী ওইরকপা সংস্কার অহু থাজৎতা হুজিক কাউবা মাথোইনা কোক্তরি। অহুনা বাঙ্গালীসিংগী থংদবদগী খোকখিবা বৈশাখ—মচিকু, জ্যৈষ্ঠ—কালেন, হাঙ্গৈনা কনমক ৩বিহুনাম্নু অভাংসিং অহুনা কার্য্যক্ষেত্রদা লাক্রবা মতমদা বৈশাখ শুক্লা তৃতীয়াবু কালেন হুমনি পানবা অমুম্নক কৌরি।

মৈতৈগী আর্ত্তবমাসসিংগী মশক মুম্না থংগে হাঙ্গৈরবদি ঋতুগী হৌনবিগী মরমদা পাঠকসিংনা রাম্না মুম্না এংসিনগনি। মাহুগী অসম্বা ভাবত্তি ইউরোপকী মততা হাঙ্গৈরবদি ঋতু হাঙ্গৈবসি মরিতনি, মাহুদি ২১ মার্চ্চদগীনা এপ্রেল, মে অমসু ২১ জুন কাউবাবু বসন্ত কৌই, ২১ জুনদগীনা জুলাই অমসু ২৩ সেপ্তেম্বর থা অহুম অসিবু গ্রীষ্ম কৌই, ২৩ সেপ্তেম্বরদগীনা নবেম্বর অমসু ২১ ডিসেম্বর কাউববু হেমন্ত কৌই, অদুগা ২১ ডিসেম্বর, জানুওয়ারি, ফেব্রুয়ারি, ২১ মার্চ্চ কাউবাবুনা শীত কৌই। ভারতকীদি ঋতু মরিতা নত্তে, তরুকনি, মাগুদি—গ্রীষ্ম, বর্ষা, শরৎ, হেমন্ত, শীত অমসু বসন্ত তরুক অসিনি। ঋতু মথন তরুকনি হাঙ্গৈবসি ঋগ্বেদগী মকম অয়াম্বণা হাঙ্গৈ। অদুগা তৈত্তিরীয় সংহিতাদদি মনিং কাইবা পননা হাঙ্গৈ। অদুগা বেদসাহিত্যগী করি করিগুম্বা মকমদানা হেমন্ত অমসু শিশির অনিসিবু অমত্তা ওইনা তিনসিন্দুনা মঙাতনিসু হাঙ্গৈ। মাহু ইকোং কোংনা ঐতরেয় ব্রাহ্মণদা হাঙ্গৈ "ঋতু মঙাতনি হাঙ্গৈবা রাই, মরমদি হেমন্ত অমসু শিশিরদি অমত্তনি হাঙ্গৈবা রাই" অসিনি।

শতপথ ব্রাহ্মণনা ঋতুবু মাসুমনা হাঙ্গ. মাতুদি— মধু ( যচিঙ্কু ) মাধব ( কালেন ) থা অনি অসিবু বসন্তঋতু কৌই, উরি, উনাচিংবা পুম্নমক মপান শাংপা, মরৈ মরোং শ্নানবা মতমনি। শুক্র ( ইঙা ) শুচি ( ইঙেন ) থা অনিনা গ্রীষ্মঋতুনি, মতম অসিদা কুমিংকী মশান য়াম্না লংই, অমশু য়াকই। নভঃ ( থরান ) নভস্য ( লাংবন ) থা অনি অসিনা বর্ষাঋতুনি, মাসিদা নোং তাই। ঈষ ( মেরা ) উর্জ ( হিয়াঙ্গৈ ) থা অনিসিনা শরদ্ঋতুনি, মাসিদা অচাপ্‌োং—কৌনৌ লোকই। সহস্ ( পোইঙু ) সহস্য ( য়াকচিং ) থা অনিনা শীতঋতুনি, মাসিদা থয়াইপানবা পুম্নমকপু য়াগী ২ পাঙ্গনগী মথা পোনলি। তপস্ ( কাইরেন ) তপস্য ( লমদা ) থা অনিনা হেমন্তঋতুনি, মাসিদা পোং-চৈ পৈশিন্নি। মাসুম্না ঋতু তরুকী থা তয়ানিথোইদা থাইবা অসি শতপথগী শ্রুতিনা য়াম্না শেংনা হাঙ্গ। তৌইশুমশু মৈতৈগী থা মমিং যচিঙ্কুনাচিংবা অসিগী অর্থগাদি থা থুদিংগী চানবা তৌদে। মাতুদি হুক্তিক চংলিবা থাসিং অসিগী অসম্বা মমিংগী অর্থদি—

১। যচিঙ্কু— যণচিংহোবা থা—মাসিদি মমাংগী থা মিংগী অর্থনি।
২। কালেন— কাংলেন, কাং অখোইবা মপুং ফারবা।
৩। ইঙা— ঈসিং তাইবা,
৪। ইঙেন— ঈশিং য়াম্না কংবা থা,
৫। থরান— লৌলিংবা অহানবা থা,
৬। লাংপন— লৌরক্তা ঙা কাবা থা,
৭। মেরা— কৌনৌ নৌবা থা,
৮। হিয়াঙ্গৈ— কৈদা কৌ তোঙ্গিনবা,
৯। পোইঙু— অনৌবা অনৌবা চহি হৌবা,
১০। য়াকচিং— য়াইচিনবা থা,
১১। কাইরেণ—কৌনৌ চাহৈদবা থা,
১২। লমদা— মরু লৈপাক্তা তাবা থা,

মাখোই অসি হান্নৈমাএদা উত্তরায়ণ ওইরিঙৈবা খোনবা মিংসিংনি।

মাসিগী মমাংদা চংলম্বা মৈতৈগী থা ১২গী মমিংসিংগী অর্থশু মৈতৈপুরাণনা হাঙ্গবগা লোইননা মথং মথং উথলি, মাতুদদি তপস্য মাসনা হৌই, মাতুদি, অসিনি—

১। লোইদাম থবিলমথাই থা কৌবদি খোইয়ুম ( থয়ুম—থয়ানমচাকনা ময়ুম ওইনবা—স্বর্গদা লৈবা ) লাই, মরুসিদবনা তাইবং নমুংপোং ওইবনা চানা থকনবা পুম্নমক মালেম লৈদা থারে মরুপোকথাইতনা ময়ামরি চংলে মপানকারে হাইবগী লোইদাম থবি লমথাইথা কৌএ।

২। চিনবী যচিকোই থা কৌবদি,— থয়ুম ল্যাইমরু সিদবা মালেম লৈ ওইবা কোয়ৌ

নোং ওইবাগী চিংরেণ লাংএল মাপনমবু মচিপান ফোইখোকলে হাঈবগী চিনবী মচিকোই থা কৌএ।

৩। লোইদাম কামবী,—কালেন কৌবদি,— ইয়ুরা চিংখোং পোইরৈতোনগী মপারি তাবুশিংমিন্নবদি অমল শিংগুমলে। অদু নোংগী নোজু মুংশা খাংনে অদু নোংগী কাম্বী কালেন কৌএ।

৪। অশাঙ,—ইঙাথা কৌবদি চিংখোং পোইরৈতোন্না মপারি শিংদবুং শিংমিন্নবনা অমল থরৈ কুন্নবদা হ্লাইবীমখুংগী তিললাং মখোই শাউনা রা ওইখিএ। অদু নোংগী অশাউ ইঙা থা কৌএ।

৫। হারেং ইঙেনথা কৌবদি,— তাবুং শিংমিং শিংদবুংনা অমল থরৈকুন্নবদা লৈন্নুং খোঙারেন অহনবনা নপল চিংখোং পোইরৈতোন্না হ্লারন্নপনি, অমুক তাইবং হুন্নরাইখিও হাঈনা লেংনা মৌনা হুন্নরাইলকলে, অদু নোংগী হারেং হঙেন থা কৌএ;

৬। খৌরান, রাম্ভংথা কৌবদি,— খোঙমোম লাই, মরুসিদবী লৈত্রেন্না "হে থয়ুম লাই মরুসিদবও! তাইবং মরু ওইনবা নংগী শামু-হকচাংবু উনবী মচেংহকপপু-পুঙমদরে" হাঈনা তংনা রানা খাংলমএ অদু নোংগী রাম্ভং—থরানথা কৌএ।

৭। অচিং লাংবন থা কৌবদি,— ইয়ুরা চিংখোংপোইরৈতোননা মালেম্ খুনচাওরকঙৈদা খৌচু নুংখোং হাউদা মপারিবু চিংথরমএ। অদু নোংগী অচিং লাংবন থা কৌএ।

৮। আরে, মেরাথা কৌবদি,—লৈন্নুং খোঙারেন অহনবনা তাবুশিংমিন্নবদা পাওমেন্নকএ,— "নপল চিংখোংপোইরৈতোন্না খৌচু নুং খোং হাংবগ, থয়ুম লাই অরিবাবু চিংখোং নামি য়োকনা রাকন নশাকহ্নৌও" হাঈনা মশা মরে' পাইনা মেন্নকএ, অরৈ মেরা কৌএ।

৯। চিংথম, হিয়াঙ্কৈ থা কৌবদি,—থয়ুম কৌবরেন অশুপ্পনা মালেম লৈশেম মুংশেম লোইরবদা অচিক অশাউ থাইনা মালেম লৈরেপ লোইরবদা মালেম লৈরোনথাক লেম-হৌবা অদু চিঙুমপুরেণ নামুংবদা থুপনা চিকনা থনমএ, অদু নোংগী চিংথম হিয়াঙ্কৈ থা কৌএ।

১০। উনথম, পোইন্নু থা কৌবদি,— গুরুশিদবনা "ইপারি অহুম শাংপা অসি ঐগী ইতিক কনানা থংবগে এংগে" হাঈনা কুরুনচিংদগী শানথরকপদা মপারি অনিমাদি থংলমমে, মপারি খোমদোন অতোনবনা থংলমএ, উনবি পুক্লিং চেংনা থনমএ অদু নোংগী উনথম পোইন্নু কৌএ।

১১। রাকচিং নিংথমথা কৌবদি,— খোইয়ুমশিদবনা পোইমোম ল্লাইরেমদা "ত্মাইপাং নোংশা পানবগী থরাই তেল্লিবাবু নোংদমবীগে হাঈবগী লৈরাং য়ুমজংলববু অরা হুইরাং শেন্নবগী চিঙু হকচাংলেনবু পুঙমত্রবগী থাংখোকলে, খোইয়ুম ল্লাইনিংথৌদি অরা ইশৌ

লাংনা থংলমএ, অদু নোংগী রাকচিং নিংথমথা কৌএ।

১২। অসিং, লাঙ্গ কাইরেন কৌবদি,— খোইহুম লাইনিংথৌ তম্পাক লৈশেম্বনা তাইবং মপুং ওইহনগে হায়োক হাথা হনগে হায়বগী পাইমা মনিংশা মাঙ্গং হাইবীরেম্না মালেম তম্প্যাক লৈহন মথকী থরাই পুন্নমকপুস্থ য়াশংয়াইবী চৈরোইননা লংবা শিংপা চনজন লকলে, অদু নোংগী অসিং লাঙ্গ কাইরেনথা কৌএ।

মাসুম্না থা তরানিথোইগী অর্থনি হায়ইদুনা মৈতৈনা শকই, মাসি কাবাগী ভাব য়ামনা য়াউরে, অদুগা খংদুনা অরেম্বগা হায়জনবাসু য়াউরে। মরম অসিনা মাখোই অদুগী ভাব লৌদুনা তম্নোক্লবদি, মথাদা ইরিবা অসি থোকই,

১। তপস্য.=ফাল্গুন,বু থবি উমথাই, থা কৌরমই, অর্থদি মপান মহৈ য়ানবা হোবা।

২। মধু—চৈত্রবু চিনবী থা কৌই, গবামযুন যজ্ঞ তৌবদা চিহৌবা থানি হায়ইবনি।

৩। মাধব—বৈশাখবু, কানবী কৌই মুংশা থাংবা থা।

৪। শুক্র - জ্যৈষ্ঠবু অসাউ ইঙাথা, মুংশাকনবা থা।

৫। শুচি—আষাঢ়বু হায়েং কৌরমই, মাদুদা নোংতারা চৌবা থা হায়ইবনি।

৬। নভঃ—শ্রাবণবু য়াস্তুং কৌই, পৃথিবীনা মাগী গর্ভদা পুরিবা ঈসিংবু মীওইবগী চিন্নাক ওলহন্দুনা থিঙ্গাইদুনা হোৎনবা হায়ইবনি।

৭। নভস্য—ভাদ্রবু অচিং কৌই, অরাংপা, চিথ-নাম্ববা এংবা থা হায়ইবনি।

৮। ঈশ—আশ্বিনবু আরে কৌই, লৌ ল্যোইরদুনা যগপোং থারবা থা হায়ই।

৯। উর্জ -কার্ত্তিকপু চিংথম কৌই, অচিক অশা চপচাবা থা হায়ইবনি।

১০। সহঃ—অগ্রহায়ণবু উনথম কৌই, উন তাবা থা হায়ইবনি।

১১। সহস্য—পৌষবু নিংথম কৌই, নিংথম্বা থা হায়ইবনি।

১২। তপঃ—মাঘবু অসিং কৌই, মুংসিং সিংপা থা হায়ইবনি।

হায়ইথ্রবা অর্থ অসিনা য়ামনা নিংথিনা তাক্লে, মাদুদি চিনবী বচিক নত্তবা মমিংসিং অসিদি কালেন, ইঙা, ইঙেন হায়ইবা মিঙ্গৌদগী হেন্না নৌরিবা মমিং তাক্কনি, অদুনা অহানবদা চংনরম্বা থা মসিংদগী মমৈদা মতমগী ওল্লকপা এংদুনা হোংদোকপদা চংনবিত্র-দুনা অনৌবা মৈতৈ মাইবসিংনা অরিবা ল্যাইরিকতা ইসিনবা মিংনি, অদুনা হুজিকতি মাখোই অসি চংনবিদরে।

ঐথোইনা খোংচোংদুগীনা বিষুববৃত্তগী মপাদা থোকপা অমসু হায়েমায়েদা উত্তরায়ণগী মকম ওইরম্বা অদুগা বচিক, কালেন, ইঙা ইঙেননাচিংবা থা ১২ গী মমিং অসিবু করম্বা মতমদা থোনবা ওইগদগে হায়না থিনিংই, অদু ওইরবদি মতমসিং অদু চহি অমুপ হৌথরে, হায়না ঐথোইনা থংবদা অরুবা থবক অমা থোক্তে, মাদুদি অসিনি—

সুমিৎপু ঐখোইনা মমাই নোংপোক ওন্দুনা মাগী অকোইবা লম্বেন অমদা চংলি চহি অমা ( ৩৬৪¼ দিন ) দা মাগী লম্বেন অহু অমোক থুংই, অসুম্না উই, অহুগুমন সুমিৎকী লম্বেন অহুনা লৈপাকলৈমা অসিবু কোঈসিনলি। সুমিৎকী লম্বেন অসি কোইরক কোঈবা চগো অমনি হাঈনা নিংলগা থৱগনি, মাহুদি নোংপোক নোংচুপত চপচানা চৎপা বিষুববৃত্তগা চগো অনি অসি-থম্মিনগনি। মাহুমনা থম্বদা সুমিৎকী লম্বেন চগো অহুনা নোংপোক নোংচুপ চপচাদে, মাদি— থা অমসু অৱাংলোমদা থরা হেন্নোকই। চগো অনি অসিগী মৱেকনা তারে মকম অনিদা নম্নগনি। সুমিৎনা মথারোমদা চৎপদা চগোগী অরোইবা মকম্বু দক্ষিণক্রান্তি কোই, মাহুদগী লাকপনা বিষুববৃত্তগা নম্নবা মকম মোৱবু বাসন্তবিষুব কোই, অহুদগী অৱাংলোমদা চৎপনা অৱাংগী অরোইবা মকম্ব উত্তরক্রান্তি কোই, মাহুদগী অমোক মথারোমদা কুম্লকুনা বিষুববৃত্তগা নম্নবা মকমবু শারদবিষুব কোই। অহুনা মকম মরি অসি য়াম্না নিংখিনা থংগনি—দক্ষিণক্রান্তি, বাসন্ত-বিষুব, উত্তরক্রান্তি অমসু শারদবিষুব, মাসি'নি। মাখোই মকম মরি অসি হড়িগী কাঁটাগুম্না চৎলি, মকম হোংই, মরম অহুনা থাসিংদা অচিক অসা-নোংজু মুংশাগী মওং হোংলকই। মৈতৈনা মণিপুরদা লৈপাক্তা থুম্মোকপা মতমদা খোংচোংমুপীনা বিষুববৃত্তদা লৈ, হাঈবসি শতপথগী শ্রুতিনা স্তাকলি। মাহুবু মৈতৈরোনগী খোংচোংমুপী হাঈবাসিং অসিনাসু সমর্থন তৌরি। অমসু মথাথংবা দক্ষিণক্রান্তিদা আল্কা—প্রবিষ্টানা থোকপাবু মণিপুরদা লৈবা মৈতৈসিংনা উখি অহুনা আল্কাবু মৈতৈনা "হারৈমারে" কোই। মাহুবু মৈতৈগী থা ১২ গী মমিং মথোন অসিনা অহুগুমনা অতিয়াগী মওংহুনা ওইরিভৈদা মৈতৈনা মণি-পুরদা পৈ হাঈবা স্তাকই। অহুনদি ঐখোইনা সোইত্রবা ঙসিগুম্বা সত্যঘটনা অসি মণিপুরদা থোকখিবা চহি কয়া মুমবগে হাঈনা পুথোক্কনবনি। মাহু পুথোকপদা য়াকম থরা অসি হাম্না থংকম থোকই, মাহুদি অসিনি—

করিগুম্বা অকোইবা অমাবু ৩৬০ থোকনা থাইদোকনি মগুং অহু অমামম্বু অংশ-- ডিগ্রী কোই অমসু অংশ. অহুবু ৬০ থোকনা থাইদোকপা মগুং অমামম্বু কলা—মিনিট কোই, মাসি অকোঈবা চগো পুম্নমকী ওম্নবা চাংনি। অহুনা সুমিৎকী লম্বেন অকোইবা অহুম্নু অমসু বিষুববৃত্ত কোম্না অকোইবা অহুম্ব মাসুমনা থাইদোকদবনি। অহুগা বিষুব বৃত্তগা সুমিৎকী লম্বেন অকোইবগা চগো অনি নম্নবা মকম অহুনা চৎথোকপা অহু অংশ অমা চৎপদা চহি ৭২ রোম চংই, মাসি সোইত্রবা অরেম্না চাং অমনি।

থৱানমচাক--নক্ষত্র হাঈবদি, সুমিৎকী লম্বেন চগো-অকোঈবা অহুগী মনাক্তা মথারোমদা অমসু অৱাংলোমদা মনাক্তা ইকোই কোইনা থোকলিবা থৱানমচাক পুম্নং অকোইবা পুম্নমক অহুবু নক্ষত্র থৱানমচাক কোই, মাহু নত্তবা থৱানমচাকপুনা তারা কোই, অহুগা

থরানমচাক ময়াম মরক্তা চংপা থরানমচাকপুনা গ্রহ কৌই।

নক্ষত্র কৌবা থরানমচাকসিং অসিনা থোকলিবা-লৈবা মকম পুম্নমক অদু নুমিৎকী লম্বেন কোইরক কোইবা চগো অদুদা লৈবা ওইবনা মতাকপু অকোইবা মালা অমনি হাইনা ভাব তৌবা য়াই। মাথোই অদুবু ২৭ থোকনা চপমান্নবা এনথোকলগা সারুক অমা-মমদা লৈবা থরানমচাক ময়াম অদুবু নক্ষত্র অমামম অমুমনা কৌই। অদুগুম্বা শরুক ২৭ অদুবু পৃথিবীগী সভ্যজাতিসিংনা যমিং অমামম থোন্নি। মমিংসিং অদু মৈতৈনা থোন্নবদি মথক্তা উৎগ্রবা অদুনি।

থরানমচাক—নক্ষত্র ২৭ অদু কনানা মকোকনো? হাইবদি মাসিনা অহৌবনি, খানা অরোইবনি হাইবা নংইরদ, মরমদি কোইরক কোইবা ওইবনা মকোক মমৈ নাইবা নত্রে, অদুবু বিষুববৃত্তদা লৈবা অমসু দক্ষিণ ক্রান্তিদা লৈদুনা উত্তরায়ণ হৌকখ্রদা লৈবা থরান-মচাকসিং অদুবু থবক ২কী অহানবা মকোক ওইনা চৎনরম্বা ঐথোইনা বেদসাহিত্যদা উবা ফংই মাদোমদা এংলবদা মতম অমদা থোংচোংমুপীনা বিষুববৃত্তগী মপাদা লৈবনা অমসু হারৈ মায়েনা মখারোমদা উত্তরায়ণ হৌকমদা লৈবনা নক্ষত্র-থরানমচাকসিংগী লুচিংবা ওইরমই। মাসুম্না ঐথোইনা পুথোকখরে।

থোচোংমুপী হাইরগা থরানমচাক ৬।৭ কী সয়োম অদুবু থংনৈ, মাদুগুম্না হারৈমায়ে হাইরগা ৪ থোকপা অদুবু থংনৈ, মাথোই অসিবু চৈনা থিন্দুনা য়াম্না কুপনা এংবা মতমদা অমামমতবু খনগৎতুনা লৌরবসু, নুমিৎকী লম্বেন অকোইবগী ২৭ থোকপা সরুক অমামমদা থোকপগী মমিং ওইনরবদি অকোইবা অমদা অংশ ৩৬০ নিনা, মাদুবু ৩৬০÷২৭=অংশ ১৩ কলা ২০গী মকমদা থোকপা পুমনমক্কী মমিং ওইনগনি। অদুনা নুমিৎকী লম্বেনগা বিষুবগা অনিগী নত্তবা মথননা চংপা অদু নক্ষত্র অমগী লম অমা (১৩ অংশ ২০ কলা) চৎপদা চহি ১০০০ লিশিং অমারোম চংই, অসুমনা চাউরাক হিসাবতা তৌবা অকাইবা থোক্কে।

ঐথোইনা ইং ১৯৪১ দা নুমিৎনা মখারোমদা চংপা লোইদুনা অরাংলোমদা হৌগৎপা অদু য়ামনা মুম্না এংবদা উবা ফংই, মাদুদি তোংচেংমুপীগী ভত্থাই হেন্থোকপাদা নুমিৎনা উত্তরায়ণ হৌই। মাদুদগীনা হারৈমায়ে—ফাউবদা থরানমচাক ৫ নি, তোংচেংমুপী, থারাই, থাতোন, নিংথৌ মমুমমৌ অমসু হারৈ মায়ে. মাথোই মঙা অমা। মাসিদা ঐথোইনা উবদা তোংচেংমুপীগী ভত্থাই হেন্থনবদা উত্তরায়ণ হৌবা উরে. মাসিগুমনা মৈতৈনা হারৈ-মায়েদা উত্তরায়ণ উবা হৌবা অদু আলফাদগীনা থংলবাসু উপনিষদ্‌কী শ্রুতিগী মতুংইন্না লৌরবদা মাসি সোইদনা তারে, মাদুদি হৃজিক্তগী চহি ৪০০০ লিশিং মরিগী মমাংদা মৈতৈনা মণিপুর লৈপাক্তা লৈদুনা থোথোকসিং অসি উখি, মতম অদুদা মৈতৈগী যচিকু, কালেন,

ইথা, ইণ্ডেন, হাঈবনাচিংবনা থাগী মমিং অসি থোন্দুনা চৎলমই। হিসাব অসিদা হাঈরবদি গীতা অমসুং মহাভারত ইবা মতম ইং ১৯৪১ দা চহি ২৩৭১ মুরে, হাঈগনি মাসি ভারতীয় সময়বিজ্ঞানা য়ারবা মতনি, ( মাসিগীদমক পাঠকসিংনা আলোচনা তৌগে নিংবি-রবদি ইণ্ডিয়ান এণ্ড করেন ক্রোনোলোজি কৌবা বাপুজি বেঙ্কটেশ কেটকারগী লাইরিকী পু ১৫৩ দা পাবিগনি ) অদুনদি ঐখোইনা মতাং মতাং খুদিংদা হাঈখিবা মহাভারতকী সভ্যতাদগী মৈতৈগী সভ্যতানা হাল্লি হাঈবা অদু বিজ্ঞান সম্মতনি হাঈবা মতাং অসিনা অমোক হল্লা ইথাইনা থাঙ্গৎপংনা উরবা অসিনি।

বৈদিক যুগতা হল্লাই অমতা সভ্য ওইখ্রংলিবা বেলচৎপা কাংবু অদুনা মাসুপ লুবা ভৌগোলিক অমসুং খগোনবিদ্যাগী এংসন্নরবা অয়ণচলন বিদ্যা অসি করম্না হৈখিবা, মতৌমা হৈরগা মাখোইগী হিংদুনা পান্নবা থবকসিং অদুগা করম্না সিজন্নখিবগে হাঈবসি থল্লুবদা হুজিকফাউবা পণ্ডিতসিংনা য়াম্না ঙক্নরি। মাদুগী মথক্তা মৈতৈসিংনা মৈতৈ লৈপাক্তা মাদুবু পুরক্লুনা চৎলমই হাঈবসি ভাবদা অমোক হেন্না অঙকপা ওইনৈ। ঐনা মাসিগী অহানবা পুথোকপদা মতম অদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা মিঃ J. C. Higgins C. I. E. I. C. S. না য়াম্না হরাউনা আলোচনা তৌদুনা সমর্থন তৌরমই, অদুগা ঐনা হাঈবাগী মতাং অরু ২ বা মক্কমদসু ব্যাখ্যা তৌবিরমই, ঐনা মাগী তৌবিমল অসি কুইনা কাউজরোই।

আসামদা অধ্যাপক ভোয়ানা ঐগী নিয়ম অসি পাণ্ডুলিপীদা পাই, মথংদা কালিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী অধ্যাপকসিংনা পাদুনা ঐবু কলিকাতাদা অধ্যাপক মৈত্র কৌবা অমনা কালিঘাটতা উৎসাহ পীরমই। মতুংদা ইউরোপ থৌখি, মাসিগী মরমদা হুজিকফাউবা ঐভোন্দা পৃথিবীগী পণ্ডিত অমত্তুনাসু মত অসিগী বিরুদ্ধ ওইদরি। মতুংদা লাইরেনময়ুম শ্রীযুক্ত ইবুঙোহলসিংহ বি, এল, দরবার মেম্বরনা ব্যয়ভার পিবিদুনা ঐনা মাদুগী প্রমাণ কয়ামুক হারৈমায়ে কৌদুনা ছাপা নমই, অদুগা ভারতকী অচৌ২বা পণ্ডিত পুন্নমকতা আলোচনাগীদমক থাখি। হুজিক্তি ঐখোইনা অসিগুম্বা বিদ্যা অসি মৈতৈনা হৈরমই, অমসুং মাদু ঐখোইগী হিংদুনা পান্নবগী থবকতা অমসুং নিংথৌগী থবক্তা সিজন্নরমই, হাঈবা অদুগীদমক প্রমাণ তৌরি।

---

# মণিপুর ইতিহাস।

## ৮ সুবা পন্দুপ।

### মৈতৈগী মতম সিজিন্নবা।

মৈতৈলৈপাক্তা হৌখিবা চহি থংনবা করিগুম্বা শক অমা সিজন্নরমদে। মাখোইনা মণিপুরদা খুন্দারকপঃ মতমদাসু ভারতকী সভাতাদা চহিগী মসিং শকনাচিংবা অসি চৎনরমদে, অদুনা মাখোইনা করিগুম্বা চহিগী মসিং অমা কায়রকপা লৈতে। ঐখোইনা হিন্দুগী প্রাচীন সাহিত্যাসিদা প্রমাণ তৌবা ঙমই, মাদুদি মহাভারতকী মতমগী কাইনথংদা ভারততা কল্যব্দ. শকাব্দনাচিংবা অসি হৌদোকপনি। অদুনা মণিপুরদা লাকপা কাংবু অদুনা চহিগী মসিং থংনবা অঙ্ক অমত্তা সিজন্নবা থংলমদে।

থাইনদি ভারতকী হিন্দুসিংনা থরানমচাকী মনাক্তা থানা লৈবঃ অমসু হুমিংনা লৈবগী মতুংইন্না ঋতুসিংগী হোংলকপা মাদুনা মরম ওইদুনা মাখোইগী হিংদুনা পাম্নবগী থবক থুদিংদা অমসু রাজকার্য্যদা সিজন্নরমই। অদুগা অতেন অশাংবা মতমদা যুগ (চক্) হাঙবা অমা সিজরে। মাদু নত্তবা শক অমসু নত্রগা ঈরাগুম্বা অমত্তা সিজন্নদে।

অদুগা মতম অমদা মীনাচিংবগী চহি কয়াসুরে, হাঙবসি এংবা হুভাইনবা সগোনশেন কৌবা গ্রহগী খোংচৎ এংদুনা চহি ৬০ থক মমিং থোন্দুনা থমই, মাদুনা খুদম ওইদুনা ওন্না ২ সিজন্নদুনা থোকখিবা থৌদোক মীওইবগী অপোক অসি, অমসু অকবা কত্তবা নিংসংনরনই। মাসিসু কাইনথংদা চৎনবা ওইবনা মৈতৈনা মণিপুরদা লাকপা মতমদা থংলক্কে।

মৈতৈনা মাদুগী মহুত্তা সিজন্নবদি পানখি পানখিবা নিংথৌ, অমসু মাগী ২ শাগেগী পীবানা হৌখিবগী মতম নিংসংনবা ওইনরমই, মাদুসু কাইনথংদনি। অরিবদা মাদুম্না চংনরম্বগী খুদম ফংদে। তোংগুমসু মাদুম্না তৌদুনাসু মাখোইনা মতম হাঙবা অসিবু হিংদুনা পানবগী অমসু লৈপাকশচা তাবগী অথোইবা মচাকনি হাঙবসি য়ামনা নিংথিনা থংখি, অদুগা মাদুবু য়ামনা নিংথিনা মুম্না হৈদুনা সিজরখি। মাখোইনা মতম্ সিজন্নবগী খুদমসিং অদু ঐখোইনা পুখোক্লবা মতাং অসিদা হোৎনরি।

খুষ্টগী চহি চাত্তরামরিগী লোইরমদাইদা ক্যাম্ব কৌবা নিংথৌ অমা মণিপুরদা পাম্নমই। মানা চহি থুদিংগী মমিং থোনবা মথোন অমা হৌদোকলমই। চহি লোইদুনা অমা হৌবা হুমিংতা নিপা অমনা নিংথৌগী মাংদা লাউই। ওসিদি চহি অম্মা হৌরে, অনৌবা চহি

অসিদা ওইরকপবা কন্তহৌদি অপুম্বা নিংথৌবা তাগৎবা এপ্লাদা শোকপবা পুম্নমক পুন্থনা মানা মৈতৈলৈপাক্কী মথাথংবা নমদা হুরেকে, হাইনা লাউই। মাহুমনা নিপা অহুবু চৈথাবা, মাহু লাউবা অহুবু চৈ লাউবা কৌই। কুম অহুগী মমিংসু নিপা অহুগী মমিং লৌহুনা থোল্লি। মাসি হুজিক কাউবা চহি খুদিংগী কাইদনা তৌরি। অমোক তৌব্রবা চৈথাবা অহু মতুংদা অমোক হল্লনদে।

চৈথাবা অসিনা অহুচৈ ক্যাম্পগী চাকথক্ত! ইস্তান হানবদা ল্যাউবা মরোন অহুদা মমাঙ্গৈদা চহি মুরগা তৌরম্বা থবক অমসু চহি সুরে হাইবা থংবগী খুদম মখন অনিদি তাকতুনা নিংথৌদা খুরুমই। ম্রোপ অহু, মাসিনি——

"(১) ঐবু সীজবা, ইবুঙো। লাইনিংথৌ তাইবংসোরাঙরেন্দ্র নমুপোংহনবাও।

(২) ক—নম্ব-তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাথংবা,

খ--অঙৌবা নোংমাইনিংথৌ কাইনৌ-চিংশোনবা

গ—চিঙু অনিমক্কী লোইদাম মকু মশাবু মৈনা ব্লাই তাংনশেম

ঘ—নয়ু নিংথৌরোন খুদিংদা কোংবা লৈথোংকাৎপা মচিফু লৈখুন ফুনবা।

ঙ—থাংজিং মথোকলাং থোকলাং মচিথাং পাথংহুয়োই লানপাম্বনা লান্থাথোক কংলা-মচিথাক হুয়োই নাংলী না-মা-চাউ ফমচৈ শিন-নাই-নানি লোংবনা থোকলাং কামুঁচ শরিক খিঙ খিং থাংনা লৈরক থোঙাই চৈবু থোকলাং লাংদা থোংনা চৈথাবা কুম,

(৩) লোইদাম কুম্বা অনৌবানা চৈকারকপা অসিদা কন্তহৌদি কলক একনা তিনথুং লাইথুং পুম্নমাদি থরৈ লেমলৈ তারসনো

(৪) ব্লারেণ লানলেন খুল্লাই লৈচাই মচিন মপাউ কলক একনা হকথি সোনাই কোকএল, তাইরেন পুম্নমদি নদাইরেম ঐনা তাংজা লুদা থোংনা পুজরগে।

(৫) ঐবু সীজবা ইবুঙো লাইনিংথৌ নিংথৌরেন অথোইবদি মমিংকুম মশোং চাউ থবাঙম মহান নাই, কুমজা তেকহৌনা

তাংজ নৌহৌনা পুনসি চঁয় কুই ব্লাঙন থোমলোনশাং তাউথৌ মমুংকৈ লেমথোং মকৈ-পাক পোইরৈ খুল্লাও লৈচাউবু লেপনা তালকৈ ঙৈলে।

( চৈরাউবদা চৈ থাবনা লাউরিবা অসিগী অর্থদি ঐগী হারৈ মায়েদা য়াম্না নিংথিনা ব্যাখ্যা তৌথরে, মাহুদা পাঠকসিংনা পাবিরবদি অর্থ অপুম্বা ইংলিশদা উবিগনি )

মরোন অসিনা হাইরিবা ভাবতি, অসিনি, মাহুদি——

(১) চৈথাবনা নিংথৌবু মাপ্পী মরোন অহু তাবিনবা কৌবনি

(২) দা ক-খ-গনা চহিগী অনৌবা হৌরে হাইবা নোংগী মশক ওইহুনা পাথংবা অমম্ব

পুরৈলোম্বা লাইনা ভাকই মাসি চহি খুমিংগী মখং মখং সিনলকই হাঙ্গৈবনি।

(২) না হাঙ্গৈবনা বর্চফু থাগী ৭নি পানবদা কোংবা কৌবা মকমদা লৈপাক তৌগুনা লাকদবা কুমগী অক কন্না এংই, মফম অহু ২১ নি পানবা যচিকুদা কুনলি, মহুং অহু লৈথোংকাংপানি হাঙ্গৈহুনা প্রজানা লৈপাক তৌবনাচিংবা থবক তৌদে।

(৩) না হাঙ্গৈরিবদি,—চহি হৌরে হাঙ্গৈবসি প্রজা অপুম্বা খংননবা চৈদা শরিক য়াম্বুনা থিংহুনা ২ পাউচেন্নমই।

(৩) না নিংথৌদা আশীর্ব্বাদ তৌবনি। (৪) না কন্তহৌদি পুম্নমক চৈথাবা মী মানা পুজপে হাঙ্গৈবনি। (৫) না মনিংথৌবু থোংদো অসিনা খংহল্লিবদি অসিনি, মাহুদি নুমিংনা মথারোমদগী অরাংলোমদা মাগী অকোঙ্গৈবা লম্বেনদা হল্লকপদা বিষুবরৃত্তগী মপা য়োগদবা অংশ ৩০ রাংলিঙৈদা ওইবা দিনবু প্রাচীন মিসর, আসীরিয়া, খালডীয়া, ইরান অমসু অমসু চীন (থাগী) অসিনাচিংবা জাতিনা চহিগী অহৌবা নুমিৎনি হাঙ্গৈনা চৎনরমই।

মিসর লৈপাকী "তোথ" হাঙ্গৈবদি থা অহানবা হৌবাসু নুমিংনা বিষুবরৃত্ত য়োগদবা ৩০ অংশ রাংলিঙৈদা হৌই। টলেমীনা মাগী লাইরিক অমা খালডীয়গী নিংথৌ নবোণসারগী মমিংদগী লৌবা চহিগী মতুংইন্না লেংলমই। চহি অহ খৃষ্টাব্দগী মমাং ৩৪৭ তা ২৬ ফেব্রুয়ারিদগী হৌই। মাহুদা গাণত তৌহুনা এংবদা খংই, মতম অহদা নুমিংনা বিষুবরৃত্ত য়োগদবা অংশ ৩০ রাংলি। হুজিকম্ব মাসিগী মত অসি চীন লৈপাক্তা চৎনরি, মাহুদি—থা অহুগী মহুংদা নুমিংনা অরাংলোমদা কারকপদা বিষুবরৃত্ত য়োগবৃবা অংশ ৩০ রাংপা অহুগুম্বা থা অহনা চহিগী অহানবা থা ওইনরি। মাসিদগী খংবা ঙমই, মাহুদি থাইনা অরিবা লৈপাক পুম্নমক বসন্তঋতু হৌবদা চহি হৌরমই। সূর্য্যনা অরাংলোমদা কারকপা হৌরে হাঙ্গৈবা উত্তরায়ণ চংবা উরবামক্তদা অরাংথংবা লৈমাই অসোমদা নিংথম্বনা থা অনিমা অমোক ঙাইত্রবদি থবক তৌবা ঙম্নমদে। অহুনা বসন্তঋতু চংলগা মী খুদিংমক্তী হরাউবা নুঙাইবা ওইরমই। মৈতৈদি যজুর্ব্বেদ চংপা কাংবুনি, মাথোইগী যজুর্ব্বেদমক্তদাসু হাঙ্গৈ, মাহুদি নুমিংনা বিষুবরৃত্ত য়োগদবা অংশ ৩০ রাংলিঙৈদগী চহি হৌই— "মুখং বা এতদ্‌-তূনাং যৎ বসন্তঃ।" "তস্য তে বসন্তঃ শিরঃ" "গ্রীষ্মো দক্ষিণপক্ষঃ" 'বর্ষাপুচ্ছঃ" 'শরদুত্তরপক্ষঃ" (তৈঃ ব্রাঃ) অর্থাৎ বসন্তনা ঋতু পুম্নমক্তী মচিন—অহানবনি। চহিগী বসন্তনা মকোক্লি, গ্রীষ্মনা এংথংবা মশানি, বর্ষানা মমৈনি, শরদনা ওইথংবা মশানি।

যজুর্ব্বেদদা হাঙ্গৈরি, মাহুদি— নুমিং হেক তাবা মতমদা নোংপোক থংবা মাইকৈদা চিত্রা কৌবী থরাম্নচাক থোকপা অহুগুম্বা নুমিৎ অহুবু চহি হৌবা নুমিংনি অম্মুম্না হাঙ্গৈরি। মাম্মুম্না পৌনা চহি হৌবা খংনবা রাএল অসি যজুর্ব্বেদনা কাকই, অমিগুম্বা চিত্রা কৌবী থরানমচাক অসি মাগী মচু লংবা, মঙান চাউবা অমসু কজবা অসিনা আর্য্যসিংগী বৈদিক

য়ুগতা মীথুদিংনা য়াম্না মূপ্না থংনরম্মই। অদুনা আদিকবি বাল্মীকিনা সীতাগা শ্রীরামগা বনদা লৈবাবু চিত্রাগা চন্দ্রগা থোকম্মিন্নবা শুমই, "স রামঃ পর্ণশালায়ামাসীনঃ সহ সীতয়া। বিররাজ মহাবাহুশ্চিত্রয়া চন্দ্রমা ইব" অস্থুম্না হাঙ্গিরম্মই। অসিগুম্বী চিত্রাবু মৈতৈনা "মোকাং শঙ্কা" কৌই। ঐখোইনা গণিতকী পাঙ্গননা থংবা ওমই, মাদুদি যজুর্বেদনা হাঙ্গিরিবা ছুমিং তাবা মতমদা চিত্রানা নোংপোক্তা থোকপা অদুগা হুমিংনা বিষুববৃত্ত য়ৌগদবা অংশ ৩০ রাংপা অসি যজুর্বেদনা উথিবঃ অদু খৃষ্ট পোকদবা চহি ২৫০০ রাংলিদ্রেদনি। হাঙ্গিরিবা মতম অসিদা অনিস্থুবা থুন্দাকমদগী Mithi মৈতৈনা মণিপুরদা চংলকই। মরম অদুনা মৈতৈনা ঘচিকু থাদা চহি হৌরমই, অদুগা মাখোইগী তৌরকপা চহি হৌবা থংনবা অদুবু উত্তুনা ক্যাম্বা হাকথক্তা চৈথাবনা লাউরমই —

"নম্বুতুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাথংবা;
অঙৌবা নোংমাইনিংথৌ কাইনৌ চিংশোনবা;
চিঙু অনিমক্কী লোইদাম মকুমশাবু মৈনা রাই, তাংনা শম"

মাখোইনা ( মৈতৈনা ) চহি হৌবা অসি মোকাংশঙ্কানা হুমিংতাবা মতমদা থোকপা এংদুনা থা অদুগী অঙৌবা নোংমা পানবদা চহি হৌরে. হাঙ্গনা প্রজাসিংদা তাক্সম্বদগী, কাইনথংদা ক্যাম্বা হাকথক্তা মী অমা মন্না চৈথাবা অসি হৌদোকপনি। অদুনা য়ামনা লাইনা থংলে, মৈতৈনা ঘচিকুদা চৈরাউরকপা কুমসি ৪৪৪০ লিশিং মরি, চামরি নিফু হৌখরে। অদুনদি ময়েক্লা তারে. মণিপুরদা মৈতৈনা লৈবা চহি লিশিং মরিগী মমাংদগীনি।

চৈরাউবা হাঙ্গবা চহি হৌবগী থবক অসি হৌজিক্তি বৈশাখ সংক্রান্তিদা তৌরে। মাদুদি মৈতৈনা গৌড়ীয়দীক্ষা তৌখ্রেদগী ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্নাহাকথক্তগীতা বঙ্গদেশ অমসুং আসামগী মতৌ তমদুনা সৌরমাণ চত্নুনা তৌবনি। মরম অসি থংদদুনা দর্পণ সাতেবনা চৈরাওববু "চীরৌবা" কৌই, হাওনা থুমচৌ কৌই, হুমিং অসিদা নিংথৌদগী থুম লৌই হাঙ্গদুনা য়মিং অসি কৌবনি অস্থুমনা হাঙ্গ। খাঙ্গশেংবদি হুমিং অসিদা মীওইবনা থুডমনা সিংনাং কৌবা সিং অদু পাইরগা ওসিগুম্বা চৈ অদু চপচানা থাংনা ককই, চৈ অদু চৈরাওবা হুমিংতা মাইবনা লৌই, মাদুবু চৈরাওবা কৌই! মাদু হায়গী থম্নকপা মকমদা থমই মাদুবু চৈথাবা কৌই। লাইনা সিগদবা মীদি চৈ অদু অসিবগী মিকোক্তা খাখি হাঙ্গদুনা সিংতেক সিংথাবা কৌই, মাদুদগী সংতোকপনি হাঙ্গদুনা চৈ লৌবাবু চৈরাওবা কৌই।

## অৱাং



নোংপোক




নোংচুপ

এংবা—অৱাং হাঙবা অহুনা অৱাংদা থম্লগা মাই অৱাং ওন্দুনা কোক্তা চে অসি উপখো, মাহুম তৌহুনা লমদা থাদা সন্ধ্যাৱাইদা এংলপা কালপুরুষ হাঙনা ইথ্ৱাইনা থংনবা থৱান মচাক অসিগা লোইনহুনা মাখোই অসিনা কোকতোন মপাদা থা-ৱাংদা চিংবা ভাবকী মৱি লান্দুনা চৎপা উগনি।

কালপুরুষ কৌবা থৱানমচাকসিং অসিবু সংস্কৃততা মৃগশিৱা—হৰিণগী মচি-মকোক কৌই। মাগী অৱাং থংবদা লৈবা থৱা চাউবা অহুমবুনা মৈতৈনা শাচুংতেলহৈবা কৌই,—শাতানবা, শাদা তেনকাম্না হৈবা হাঙবনি। তাংখুন হাওনা "সিৱা—শা—ৱেংবা" কৌই, মাহুস্ন শা-দানবা মানবা হাঙবনি। লাটিন দা মাবু "Orion" কৌই, মাহুস্ন শাদানবা—হাংপা অস্নুম হাঙবা অৰ্থ অসি কোংদোকই, বেদদা ব্যাধ, অমস্নু লুব্ধক কৌই, মাহুস্নু অৰ্থদি ইথৱাইনা হাঙৰিবা অহুমতাই। মাসি কাক সিদে; লিল অমৱনি হাঙনবগুম্না থৱানমচাক অসিবু তাইবংমী পুম্নমকনা চপ মাম্না হাঙনবদি নত্তে। কৱিগুম্বা মৱি লৈনবা জাতিসিংতদা মাস্নুম্না ইমান মান্নে।

খোংজাইসিংনা মাসিবু "য়ুহৈ--শুহ—তুল" কৌই, মাহুগী অৰ্থদি উচিমখুন হাঙবনি। খোংজাইসিংনা থাজে, মাহুনি— অতিয়াদা থোকলিবা থৱানমচাকসিং অসি হৌখ্ৰবা প্ৰলয়দা শিখিবা মীগী থৱাইনা ওন্দুনা থোকপনি, অস্নুম্না থাজে। নহাল্ অমোকী প্ৰলয়গী মমাংদা নিপা অমনা চিংদা উচি কাগে হাঙহুনা উচিমখুন তাম্লমই। মতম অহুদা প্ৰলয় তৌৱক্তুনা থৱানমচাক পৱেং চিংদা উচিগী মখুল লৈবগুম্বা পৱেং অসিবু কাবাগী মওংদা

থরানমচাক অসি ওইতুনা লৈবনি অস্থুম্না হাঈ। মাস্থুম তৌতনা থরানমচাক অসিগী মরমদা মরোল তিন্নববা জাতিসিংনা মাগী ২ মপা-মপুনা ভাংনরম্বা অহুনগী লৌতুনা মমিং কৌনৈ, ম্যাবু জাতি পুম্নমকনা মশক থংই।

মাখোই অসিবু বাঙ্গালীসিংনা কালপুরুষ কৌই, মাহুক্তি যম হাঈবনি, মাসি য়ামনা ভমখিবা অসিবা পীবনি অস্থুম্না মাখোইনা পরম্পরা থাজনরকই। হুক্তিক্তি মৈতৈসু বাঙ্গালী অমসু আসামীসিংগী মতৌ ভমহুনা কালপুরুষ কৌরে। অতুগা মাগী মরমদা য়ারি ওয়োক ২ পা অমসু মন্ত্রমন্ত্রগী থা কাউবা য়াম্না ভাংনরে। মাখোই অসিগী মমিংসিং অসি খোনখিবগী মরম খিরবদি হুক্তিগী চহি লিশিংতরুকী মম্যাংদা হৌখ্রবা য়ারি থরা নিংসংবাতাই।

ঐখোইনা মথক্তাসু উংখরে, পোইত্র—পোই অনৌবা থা হাঈবনি। থা অসিগী মতুংদা অসিগুম্বা নুমিৎ অমা ওইরমই, মাতুক্তি—নুমিৎ ক্রেকতাবা মতমদা নোংপোকথংবা মাইকৈদা শাচুংক্তেলহৈবা কৌবা থরানমচাক অসিনা থংনরিবা থরানমচাকী পারং অসি উই। নুমিৎ অতুদা শরদ্খতু ওইতুনা অহিং নুংখিন শাংবা চপ মান্নরমই। মথংগী নুমিত্তগী হৌতুনা নুমিংতাবা মতমদা নোংপোকলোমদা থরা ২ য়াংখত্রুনা নুমিৎ খুদিংগী মথং ২ নোংচুপ-লোমদা অস্থুম চংশিল্লমই। মাস্থুম্না চংশিনবা অতুনা থা তরুক স্থুবদদি নুমিংকা তিন্নতুনা নুমিত্তাবগা লোইননা মহাক তামন্নখি, নুমিৎ অতুদা বসন্তখতুগী অহিং নুংখিন শাংবা চপ মান্নরমই।

পৃথিবী অসি—ভারতবর্ষ অসিবু ঈসিংনা থুন্নবদা আর্য্যসিংনা হিমালয়চিং লাম্যোক্তুনা অরাংলোমদা চংলুই। মতম অতুদা মাখোইনা অরাংলোমদা মাস্থুপ য়াম্না চংশিল্লে, মকম অতুদা থা ৬ চুপ্পা নুমিৎ মশক উদে। থা ৬ অমা নুমিৎ উই। মাখোইনা ভারত আর্য্যাবর্ত্তদা লৈরিভৈদদি নুংখিন নুমিৎচুপ্পা থবক য়ানা স্থুরগা অহিং ওইরবা মতমদা নুভাইনা পোথাবা নুভাইরবা অহিংবু মাখোইনা লৈশি লৈখোল্লমই। মাখোইনা মতম অতুদা

"হুবয়ামি রাত্রিং জগতো নিবেশিনীম্"

অস্থুম হাঈবা ঋগ্বেদগী সূক্ত অসি হাঈনা শোল্লমই। অকোনবা লৈরুবা মকম অতুদদি থা ৬ চুপনা অহিং ওইবদা থাংবা ভমখিদে। অহিংগী শাংমনবনা থবক তৌবা ভমদবা, মনৈদদি নিংথম্বামক্তনা মীশিনবা মাহুমক্তনা ম্যাখোইনা য়ামনা য়ানা থাংখি, মতম অতুদা মাখোইনা "ন যস্তাঃ পারং নন্দৃশে" অহিংগী অরোইবা ভমখৈ উদরে, অসিনাচিংবা বেদগী মন্ত্রসিং অসি হাঈতুনা ঈশ্বরদা হাঈজে। মাখোইনা অহিং ওইরক্তনি হাঈবগীদমক য়ামনা কিখি। শরদখতু ওইরক্তপদা অহিং ওইগদৌরে থংকে, অসিগুম্বা শরদখতু অসি ঐখোইনা কপ্তারক লেনবা ভমগদবা অস্থুম্না কিখি। অতুনা মাখোইনা হাঈরমই।

"জীবেম শরদঃ শতম্"

শরদ্ চাম্না পুনসিজপে অসুম্না ঈশ্বরদা বর নিরম্বই, মাদু মচৈনদি "শরদ্" হায়বসি চহিগী অর্থদা শিজন্নখি।

ফুমিৎনা অরাংলোমদগী মথারোমদা হল্লকুনা পৃথিবীগী ময়াইদা লৈবা বিষুববৃত্তগী মপা য়োবদা মতুং অতুগীমথৈ অরাংদা লৈবা কাংবু অতুনা ফুমিৎ মশক উদবা হৌই। মাদুদগী চৌতুনা থা ত্তরুক চুপনা মাথোইনা অহিং ওইতুনা রানা থাংখি। মাথোইনা ফুমিৎ মশক হেক উদবগা বিষুববত্তগী মনাক্তা থোকপা থরানমচাক—শাচুংতেপহৈবগী থরানমচাক সয়োমসিং অসি উই। মাথোইনা মহৌশানা খংলকই, ফুমিৎ হেক তাবদা নোংপোক্তা মাবু থোকপা উবগা শরদ্ হৌরনি হায়না খংলকপা থরানমচাকসিং অসিবু মাথোইনা মত্তবনি, মীংথংপনি, অসুম্না য়াম্না মুক্তাইত্তনা থনখি। সয়োম অসিগী মওং অতু এংলগা সজিমকোক মচিগা লোইনবা ওইনা শাজিন্দুনা মৃগশিরস্ হায়নসু কৌই, মাদুগী অরাংলোনদা লৈবা অতুবুনা সজি অতু থাংকে হায়দুনা লুম্বা সাদানবা অমা ওইনা শেমজিন্দুনা লুব্ধক, অমসু ব্যাধ হায়না অমসু মৃগব্যাধ হায়নসু কৌনখি।

মাসুম্না অহিংগী অয়'বা থাংনকপনা থা ৬ সুগদবা ফুমিৎ ২৫ রোমগী মানতা ওইরক্লবা মত্তমদা ফুমিৎকী অহানবা থোকক্কম অকোয়বা পুম্নমক অসিদা উষাগী অহানবা মঙান ফাউরকই, মাদুবু শ্রুতিসিংনা সুপী অনৌবী অমসু মণবী হাত্তমগী মশক ওইনা মত্তম অতু লৈসি লৈথোনাল্লি। মাদুমনা উষাগী মঙান উবদা মক্কম অত্তদা ওইথোক্কবা মক্কম অতৈদা উবা ফংদবা নিংথিজবা মঙানগী ওনথোক ওনথোকপা য়াম্না উথি, মাদুমনা উবা অতু ফুমিৎ ২৫ নিরোমগী মত্তম অতুদা মথাং অতুমলক উখি, অসুমনা সাংলবা মত্তম চুপনা মক্কম অতু ওইখিবা উষাবু মথাদা ইরিবা বেদগী সুক্তসিং অসিনা পীরি—

"উষ সঃ পূর্ব্বা অধযৎব্যুষুঃ"
"নব্যা নব্যা যুবতয়ো ভবন্তীঃ॥" (ঋগ্‌বেদ)
"ইয়মেব সা যা প্রথমা ব্যৌচ্ছৎ……।
ত্রয এনাং মহিমানঃ সচন্তে।" *
"ছন্দস্বতী উষসা পেপিশানে……।
বিচরতঃ……কেতুং কৃণ্বানে অজরেঃ……॥"

---

* চিংথৈ ফিতুপ অতুমদি মৈতৈদি বেদগা মান্নবা হান্না খংলকই।

"ঋতস্য পন্থানমনুতিস্র আগুঃ......।
প্রজামেকারক্ষত্যূর্জমেকাব্রতমেকা রক্ষতি দেবয়ূনাম্ ॥"

( তৈত্তিরীয়সংহিতা )

অহিংগী অমম্বনা খিজোন ওইবী নোংপোক পাম্বোইবাসী মরাইপক্তা অনোবা কুন্থুম চন্দন খিনবীগুম্বী উবাগী নিংখিজবাবু শাংলবা মতম চুপ্পা উবদা থুমিং খোক্লপনি হাইনা হরাউরবা মীসিংনা মপান্দা খোক্‌লনা কোই। নহা অহন খাক্তনা উবাগী মঙান উহুনা খোংবা এনগী মতৌ তমহনা লাউই, চোংই। অহিং অরোইবগী অয়িংবা কোক্লবা লমদা সিং পৈহুনা মৈ থাই, হাঈ অহুগা মাখোইনা য়াম্না এংখিবা শানি, শাদানবনি উবা থরানমচাকনা মৈথু মৈরি মানবা উবাগী মঙান্দা তিন্দুনা মুংখিবা অহু উরগা শা ময়াম চাকলে, অমসু মাখোইনা মাহুগী মতৌ তমহুনা মৈ থাই। বসন্তগী হৌগৎপাস্থ ওইবা মতম অহুদা থুমিংকী অহানবা খোকপা অঙাংবা মঙান অহু তমহুনা নিপা থুপীনা থমোইগী থুংসিনবাগী মশক অঙাংবানা মরাইপক্তা তৈনৈ।

হরাউরবা মীসিং অহুনা অসিগুম্বা থুঙাইরবা বসন্তবু মদনগী কুমৈ তৌহুনা ওকখি। মাসি মথং মথং তৌরকপনা, মাখোইনা মকম অহু থাদোকলবা মতুং কাউবা তৌহৌই। মাহুদা লৈরথাসিং অহুনা অরোইবা অকোনবা হিময়ুগতা মকম অসি থাদোক্তবা য়াখিদে, মাহুদগী হল্লকপদা আর্য্যাগী কাংবু অসিনা মথকতা হাঈখ্রবা লম্বেনসিং অহুদা থাহনরকপনি।

মাসুম্না থাইনরকপা কাংবুসিং অসিনা মাখোইনা তৌখিবা অরাংখংবগী থুঙাইরবা কুমৈ অসি থাদোকখিদে। বসন্ত চংবদা বসন্তগী কুমৈ হাঈহুনা ইতৌ তৌনখি। তোইগুমথু কুইমনখিবা অমসু মকম তিঙ্গখিরবনা বসন্তগী কুমৈ অসি মরুদদি হিন্নরমসু মপান্দা এংবদদি য়াম্না তিন্নখিদে। মণিপুরদদি য়াউসং, য়াউসং মৈথাবা কৌই।

কুমৈ অসিবু বাঙ্গলা দেশদা "চাঁচর" কৌই, মার্সিদি সংস্কৃতকী চর্চ্চরী হাঈবদগী থৈখিবনি, রাগিণীগী মমিংনি, কুমৈ অসিদা শকপা ঈশৈগী সঙ্গ অহুগী মমিংদগী লৌহুনা বাঙ্গালীসিংনা কুমৈ অসিবু চাঁচর কৌখিবনি।

লিঙ্গায়েৎ সম্প্রদায়দা চৎনবদি লমদাগী পূর্ণিমাদা য়ুম শারগা মদুদা কামদেবগী মূর্ত্তিনা রতিবু পম্বা অমা শাহুনা থমই। মনাক্তা থুপী নিপা হৌহুনা লগোই শারগা য়ুম অহু মৈ থাই।

মহারাষ্ট্র লৈপাক্তনা কুমৈ অসিবু শিবলীলামৃত কৌই। দক্ষযজ্ঞদা সতীনা শিথুবদা মহাদেবনা হিমালয়দা যোগধ্যান তৌহুনা লৈখি, মতম অদুদা তারক হিংচাবনা মচা অহুমগা লোইনহুনা তাইবংপানবু য়াম্না য়াহনখি। লাই ময়াম্না খন্নরে, হিংচাবা অসি হাংকদবদি মহাদেবগী বীর্য্যদগী পার্ব্বতীগী গর্ভদা কার্ত্তিকের পোক্লগা হাংকনি। হৌজিক্তি মহাদেবদি

ধ্যানযোগ তৌহুনা লৈখরে, পার্ব্বতীবিবাহ তৌননবা হৌদোকউ তাকহুনা কামদেবনা মহু রতিগা লোইননা চত্থুনা হৌদোকলুই। মহাদেবনা সাউহুনা এংবদা কামদেব উংওইনা তুমখি। মহাদেবগী মনাইসিংনা হরাউহুনা হুপী নিপা হৌহুনা অগোই শাহুনা চোংই, অকাম অপেং লোনদি। মাহু তাবদা মহাদেবনা মাসি চহি খুদিংগী তৌ অসুম্না তাক্নুনা লমদাগী পূর্ণিমা খুদিংদা তৌই, অসুম্না স্কন্দমহাপুরাণনা হাঙ্গ, মাসি মহারাষ্ট্র লৈপাক্তা চৎনৈ।

ভবিষ্যপুরাণদা হাঙ্গবনবু মাসি মওং অমাওইনা হাঙ্গ, মাহুদি শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরদা নি। খাইনা ঢুণ্ডা কৌবী হিংচাবীগী মচানুপীনা মমাবু অমর ওইহনবিয়ু হাঙ্গনা মহাদেবদা বর নি। নমা অসি অমর ওইবগা মায়সনু, অহুগা নিংথম কালেন লোম্নবদা নিপা হুপী হৌহুনা অঙাও অকৈ শাহুনা চোং-কনবা, ইকাই অকি থাদোক্নুনা অকাম অপেং লোম্লগা মাগী মপাঙ্গন লৈতবা ওইসনু অসুম্না মহাদেবনা বর পি। সূর্য্যবংশদা রঘুনিংথৌনা পাম্লিউবা কুলগুরু বশিষ্ঠনা মাসি তাকহুনা প্রজাগী থুঙাইনবা ঢুণ্ডী হিংচাবীনা ওৎহুনা সিনাবা কোক্নবা কুমৈ অসি অযোধ্যাদা ইহান হাম্না তৌখি। অহুনা চহি খুদিংগী লাকদবা চহিগী লাকএন অসিদা মহুংগী ফননবা লৈপাক খুদিংনা তম্নখি, অসুম্না হাঙ্গ।

চাঁদকবিনা মাগী কাব্যদা হাঙ্গবদি—চৌহান শাপেদা ঢুণ্ঢ কৌবা হিংচাবা অমা লৈরমই। মানা মচন ঢুণ্ঢিকা কৌবী অমা থনমহুনা আজমীরদগী কাশীদা লাকই। মানা কাশীদা তপ তৌহুনা মশা থাদোকহুনা মুক্তি ফংখি। পাউসি তাহুনা মচন ঢুণ্ঢিকাসু লাকলে, কাশীদা তপ তৌররে। পার্ব্বতীনা মাহু উহুনা পেম্লে, বর নিজৌ হাঙ্গবদা মী চাজগে হাঙ্গহুনা নিরে। মীনা অঙাও অকৈ শাহুনা চোংকল্লবদি চাবা ওমগনু হাঙ্গনা দেবীনা বর পি। হিংচাবীনা মীচাবা হোরবদা মহাদেবনা তাক্নুনা লমদাগী পূর্ণিমাদা কুমৈ অসি তৌখি, মাহুদগী কুমৈ অসি হৌখি অসুম্না হাঙ্গ।

হরিদ্বাররোমদা চৎলবদি সম্বৎ ( চহি ) গী মচন হুপী হোলিকা ( হোলী ) কৌবী অমা লৈরমই। মানা মবুং সম্বৎ সিবদা মবুংগী মহুং ইনহুনা শিখি। হুমিং অহু লমদাগী পূর্ণিমা থোকখি মাহুগী মতৌ তম্বনি অসুম্না হাঙ্গ!

নেপাল লৈপাক্তা চৎনবদি—নিংথৌ সনাথোংদা ফিরাণ যুম্বী অমা যুংই, লমদাগী পূর্ণিমা হুমিত্তা মাহু মৈ থাই।

মির্জ্জাপুরদা চৎনবদি লমদাগী পূর্ণিমা হুমিংতা উগী যুম্বী অমা যুংই। মাহুবু মৈ থাই, সম্বৎ মৈথাবা কৌই।

পঞ্জাব প্রদেশদা চৎনবনা—কৌনৌ লোকপগী কুমৈনি অসুম্না চৎনৈ। মাথোইনা থোংজিনগী এৎলোম ওইরোমদা যাইঙংনা অঙাংবা পোৎনা স্বস্তিক চিহ্ন য়েকই, কুমৈ তৌই।

কৌনৌ চংরাং কক্সবা মৈথাই, মাস্থুম্না তৌরগা কৌকৈ অস্থুম্না থাজনৈ।

করি করিগুম্বা লৈপাক্কনাবু যগবি, সীঙ্‌ স্নাম্না পৈত্থনা লমদাগী পুণিমাদা মৈ থাই, মৈ অহুনা মৈথু কোক্লবা মৈতানহাক্তা ভাইরবা মত্তমদা ব্রত তৌহুনা লৈরবা নিপা অমনা মৈ অহুবু তুপ্‌নরা লানখোকই। প্রহ্লাদবু মপানা মৈ ইকপা লম্মিংনি মাতম্গী মতৌ তম্বনি হাঙ্গ।

মাস্থুম্না কুমৈ অসি মশক মওং তিম্নাম্নবাস্থু লম খুদিংদা ইতৌ তৌনবা ঐখোইনা য়াম্মনা উই।

পারস্য লৈপাক্তা লমদাগী পুর্ণিমাদা "নওরোজ" কুমৈ তৌই, প্রাচীন গ্রীস অমস্থ রোম জাতিদাস্থু লমদাগী পুর্ণিমাদা কুমৈ তৌরমই। অহুনদি মাসি ভারতকী হিন্দুশগী কুমৈনি হাঙ্গবা য়াদে। কুমৈ অসিনা কুইমনলবনা অমস্থ মীয়ামনা তৌনবা ওইবনগা মওং হোংই, ভাব হোংই, য়ারি মাম্নদে খোদোম্থু তিম্নদে। ঐখোইগী লৈপাক্তা পাঙন ইচিন ইনাউ-সিংনদি আবির তৈনবা য়াদে, সুজ.উদ্দোগানা মথুংমক্তা আবির তৈনরম্বা ইতিহাসনা সাক্ষী পীরি।

রোম লৈপাকতদি জুপী নিপাগী কুমৈ অসিদা ইংখ্রাইদগী য়ামনা হেল্লহুনা খ্বইনা পোক্কদবা চাহি ১৮৬ রাংলিভৈদা সিনেটতা থিংখি।

মণিপুরদা তৌনরকপদি য়াউসং য়োদম্নিভৈদা সিং. জী হুবা, মাহু পৈত্থনা অমস্থু সা মকোন শাহুনা নোংভাল্লমদাইদা মৈথাবা মাহুবু লমদাগী য়াউসং মৈজাউ তিকপা কৌই। মাসি তিকখ্রবা থুমিংতগীনা মী পুমনমক মহৈ মহৈ শেননি, মাহু নাক খেংবা কৌই। পাখং, লৈশাবী, মোনহা পুমনমক নিপা জুপী হোহুনা অহিং থাবনদা জৈশৈ শকহুনা চোংই ভাউসিম্নে। মাহুবু থাবন চোংবা কৌই। মাহুদা অহুভে অরাংখংবা অয়িংবা লম থা ৬ অহিং ওইরম্বদগী নোংভাল্লকপদা উষাগী অঙাংবা উরগা হরাউরবা এলসিংনা খোংখিবা চোং কনবা অহু তমহুনা চোংই, মাহবু "কে কে কে" চোংবা কৌই। তৌইগুমস্থু চিংথৈ কিহুপ অহুম্থু জৈরাংপদি মৈতৈদি পুনসিবা পাম্বাসিংনা থুমিং থুদিংগী তৌই। অসিগুম্বা থোদোসিং অসিনা মাখোইগী অরাংগী উপনিবেশদা লৈক্লবা অহুদু নিংসন হল্লমই, তৌইগুমস্থ কনাগুম্বা মৈতৈ অমত্তনাস্থু মাহুবু মকম অহুদগী তৌরকপনি হাঙ্গবদি খংল্লমদরে। মাখোইনা অসিগুম্বা লমদাগী কুমৈ অসি বসন্তঋতু হৌবগী কুমৈ ওইনা তৌরকই। অহুনা মাখোইনা তৌবা মহৎমদদি কুমৈ অসিগী দমক শাচুংত্তেনহৈবা মুংপা এংখিম্নরে। সূর্য্যনা বিষুববৃত্ত য়োগদবা অংশ ৩০ রাংপা মতমদা পানবা থাগী পুর্ণিমাদা কুমৈ অসি তৌরমই।

মমৈ কাইনথংদা বঙ্গদেশগা তিম্নরবা মতমদা গৌড়ীয়দীক্ষা কংল্লবদা পূর্ণিমা থুমিংতা যুম শারগা যুম অহুদা লাইগী মূর্ত্তি পুশিল্লগা মৈথাই, হরিবল লাউই, হুম্নি, শকই,

আবীর তৈনৈ। ইশ্বরাইনা নুমিৎ অসিবু দোলযাত্রা কৌনখ্রে। মাহুক্তি মখারোমদগী সূর্য্যদেবনা হন্নকপা অহুগী মতৌ ভমহুনা সূর্য্যগী প্রতিক ওইবা হরিবু মাই মখা ওন্না থম্নগা দোলদা হাইবনি।

"চৈত্রে মাসি সিতে পক্ষে দক্ষিণামুখগং হরিম্।

দোলারূঢ়ং সমভ্যর্চ্চ্য মাসমান্দোলয়েৎ কলৌ॥"

- মাসিদি বৈদিককর্ম্ম নত্তে

আবীরদি নুমিৎকী মঙান ওয়নি, অহুনা আবীরদা নোংমার মকুপ হাপদিবা অহু নুমিৎ মঙানগী ওকুক ওকুপপা ওয়নি, অহুনা শাস্ত্রনা আবীরবু 'অরুণ' কৌই।

মমৈদদি ফাল্গুনগী পূর্ণিমাদা ফাল্গুনী কৌবী থন্নানমচাকনা পানবা পূর্ণিমাদা সিজরৈ হাইহুনা "ফাল্গু" অহুগা অপভ্রংশদা "ফাঁগুওয়া" কৌনখি।

"ফল্গুত্বং সর্ব্বদেবানাং শিরোধার্য্যোসি সর্ব্বদা।

হরে প্রীতিস্ত্বয়া কার্য্যা নমস্তেঽরুণতেজসে॥"

অসুম্না মন্ত্র অসি শোন্দুনা ঈশ্বরদা আবীর কৎনখরে।

পূর্ণিমা অসিদা মৈথাববু মৈতৈনা য়াউসং মৈথাবা কৌই, ময়াংসিংনু "ভেড়া ঘোর-দাহ" কৌই। পদ্মপুরাণদা হাঈ, লমদাগী পূর্ণিমাদা সং অমা সারগা মঙ্গুংদা শা অমা থম্নগা মৈবা চিংহুনা মৈ লৌরগা মৈ থাউ হাঈ। স্মার্ত্তসিংনা হাঈবনবু য়ুম শারগা য়াম্না নত্তগা মঙ্গোমক্ষীর (পায়স) না যাউ সারগা মৈ থাগনি হাঈ। অরাংথংবা বিহারনা চিংবদদি য়ুম শারগা য়াউ পুল্লি, মাহু লৌথোক্লগা য়ুম অহু থাই, য়াউ অহুবুনা বলি ত্তোরগা মীয়ামনা এন্নহুনা চাথোকই, মাসিবু "ভেড়ার ঘোর দাহ" কৌই। মৈতৈনা মণি-পুরদা লাকপা লম্বেন অহু বৈদিকযুগকী ভৌগোলিক সংস্থান এংলবসু য়ামনা মুন্না থংই, মিথিলা রোমদগী লাকপা কাংবু অসিনা মণিপুরদা য়াউসং মৈথাবা হাঈনা কৌরবনি। মৈথাবা মতমদা শোনবা মন্ত্রসু স্মার্ত্তসিংনা—

"বিষ্ণুরুদ্রসমুদ্ভূত মহাশন হুতাশন।

মেষমন্দিরদাহেত্রে সমুদ্ভূতশিখো ভব॥" অসুমনা হাঈ।

হুজিক আসাম কৈপাকত্তা লৈবা আর্য্যকাংবু অসিগা মৈতৈগা লাকপদা লম্বেন ভিন্ন-রক্তে, অহুনা য়াউসংগী কুমৈদা মওং মানদে। মানন্ত্রবসু মশাদি অমত্তনি। মাহুদি—আসামনা য়াউসংবু "বিহু" কৌই। মৈথাবা অসিবু "কেলা ঘোর দাহ"—হুঙ্কেকদবা চুমথাবা কৌই। বিহু হাঈবদি বিষুব হাঈবনি অহুনা কার্ত্তিক হৌবা সংক্রান্তি "শারদ বিষুব" দা অমোক, মাঘ হৌবা সংক্রান্তিদা—তিলসংক্রান্তিদা অমোক, অমোকনা বৈশাখ হৌবা সংক্রান্তিদা অমোক অহুমক থাই। মাসি মকদা অমত্তা ওইবা থৌদৌ ওইহুনাসু মৈতৈগা

আসামীগা লৈপাক অসিদা লাকপদা লমথাই তিন্নরক্তে তাকই। মাতুনা অমোক তাকই, আসামীসিংগী বিহুগী থুমিৎ অসিদি খুট্টগী চহি ৫০০ সুবদগী হৌবনি, মাতুগী মমাংদদি মাসি তৌরমদে হাঙ্গবা তৌরিবা থুমিৎ অসিনা তাকই, মণিপুরগীদি চহি লিশিং মরিগী মমাংদগী তৌরকপনি হাঙ্গবা মশানা উৎলবা অসিনি।

চহি অমদা ওইবা থা তরানিথোইগী মমিংদা ব্রাহ্মণভাগতা ইতোপ তোপ্পা মিং মথল অমা য়াউই। মাতুদি রথগৃৎস অমসু রথৌজস্ থা অনিবু বসন্ত, রথস্বন অমসু রথো-চিত্র থা অনিনা গ্রীষ্ম, রথপ্রোত অমসু অসমর্থ থা অনি বর্ষা তার্ক্ষ্য অমসু অরিষ্টনেমি থা অনিনা শরদ্ঋতু, সেনজিৎ অমসু সুষেণ থা অনিনা শীত, তপস্ অমসু ঊপস্ত থা অনিনা হেমন্ত ঋতুনি, অসুম্না শতপথ ব্রাহ্মণদা মতাং অমদা হায়।

মাসিদা ঐথোইনা উরে, মৈতৈগী মচিকু, কালেন, ইঙ্গা, ইঙেন, অমসু থরান কৌবা থা মতাগী মমিংদা "রথ" শব্দগা মরি লৈনে। রথবু মৈতৈরোনদা কাং কৌই, মাদি "ক্রাম"দগী কাইখিবনি। বসন্তঋতু চংবদগীনা বর্ষাগী মমাং—নোংজ্থাগী মমাং কাউবা মৈতৈনা কাং শান্নে। মৈতৈগী বসন্তদি মচিকুদগী হৌবনা থা অসিদগী কাং সান্নবা হৌই, অতুনা মাগী য়ান্না নিংথিনা সান্নবদি কালেন থাদা সান্নে, অতুনা থা অসিবু—বৈশাখবু কালেন কৌরমই। মতুংদদি শান্নৌদি হাঙ্গববু নোং লাক্লবা মরম্না লুচিংবা ওইনা শান্নদরে। বসন্ত, গ্রীষ্ম, বর্ষাগী মথক থংবা থা ১ কাউবা কাং শান্নবা মতমনি।

সূর্য্যদেবনা মথাথংবা মাইকৈদগী অরাংলোমদা কাখৎলকপা মতম চুপ্পা অসি সূর্য্যগী প্রতিক ওইবা অমুবা অকোইবা অমনা চত্নুনা মাগী ক্রান্তিদা থুংলবা মঙং অতু তমতুনা সান্নে। মাসিনা সান্নবগী হৌনবি অমসু জাতীয় খেলা অমা ওইখ্রে, মাগী রাএন কয়ামুকনা নিয়ম তৌতুনা মাসি মণিপুরীয়সিংগী লৈমা নিংথৌদগীনা অচম্বা অঙাংগুবী কাউবাগী থুঙাইরবা সান্নবা অমা ওইনখ্রে।

মণিপুরনাচিংবদা করিগুম্বা উরিগী জাত অমগী মহৈ লৈ, মাতুবু পূর্ব্বদেশদা "খিল" কৌই। মাগী মচু অমসু মঙং অতু মশানা সূর্য্যগী প্রতিক মান্নি। মাতুনা কাপ্নুনা অমসু মাতু থমতুনা মাতুদা পান্নবা শানে। অতুনা উরি অতুগী মহৈবু কাংখিল কৌরে। মাতুদা চা তোপসিন্দুনা কাপ্পা থুঙাইনবা শেমদোকলবা সূর্য্যগী প্রতিকমূর্ত্তি অতুবুনা উরিকাং—উরিদা পানবা মহৈনা শাবা কাং কৌই। মমৈদদি উনা শাতুনা সান্নরগা উকাং, অমসু শামু-ময়ানা সারগা শামুময়া-কাং অসিনাচিংবা কৌনখি।

লৈপাক অতৈদদি রথযাত্রা অসি ক্রান্তি থুমিৎতদা যাত্রাবিশেষ ওইনা শান্নে! মণিপুরগীদি থা মতা অসি চুপনা শান্নরমই। মতুংদা গৌড়ীয়দীক্ষা ফংলবা মতমদা মচিকুদগী সান্নবনা রথযাত্রা তৌরবদদি—বর্ষা হৌরে হাঙ্গতুনা তোকরে। অতুগা হৌবসি বরাহ-

মিহিরগী হাকথক্তা অকোনবা মেষ সংক্রান্তিদা বাসন্ত বিষুব হৌবা অদুনা বঙ্গদেশ অমসুং আসামদা সৌরমাণ চৎপা তমদুনা বৈশাখ সংক্রান্তিদগীতা সাজবা তৌরে। মাসি চহি ১৭০ রোমতা ডাইরি, অদুগা কাং সাজরকপদি চহি লিশিং মরিগী মমাংদগীনা মৈতৈনা সাজরক্লবনি।

বসন্তঋতুদা সাজবা কাং অসি মৈতৈগী মাপুপকী মতিক মাখোইগী জাতিগী খেলা ওইখি। মাখোইনা ঋতু পুম্নমক লেপতুনা বসন্তঋতুতদা সাজবা ডাইবা ভমখিদে। বর্ষা ঋতু লোইদুনা শরদ্ চংলকপা লৈপাক কংলকপা অমসুং মুংশাগী অয়াকপাসু কোক্লকপগা মাখোইনা কাং অমোক সাজবা হৌরমই। মাসিদা সাজবা কাংদি, খুৎনা কাং হুন্দনা সাজবা তোক্তুনা চৈনা মৈদুনা মাগী ক্রান্তি কাউবা পুশনবা ওগা তাজবা ওইনা সান্নে। মাদুবু চৈনা সাজবা কাংনি হাঈদুনা "কাংচৈ" কৌই। কাং মশাদুনা মৈবদা চংনবা অতুগা মওংদা সারে, অদুনা কাংদুম কৌই। মিচং তখাই এন্নরগা চৈ পাইদুনা কাং অতুগা অদুবু কাংদুমু, মাগী ২ উংলিবা ক্রান্তি তান্না পুবা ওগা তান্নে।

কাং—কাংচৈ সাজবা হাঈবসি মৈতৈসিংনা লাইগী কুমৈনি, লাইগী শাজবনি হাঈনা মাখোইনা থাজৈ, অদুনা লাইগী ঈড়াংপা মতমদা কাং—কাংচৈ কংলি। অমসু মাখোইগী লাই হরাউবা কৌবা ঈড়াংপা কুমৈদা কাং—কাংজৈ সান্নে।

কাং হাঈবদি রথদি সগোলনা পুবা হৌনৈ, অসুম্না থাজবা জাতি অসিনা সগোলদা তোংলগা কাংজৈ সান্নে। সগোল তোংদুনা কাংচৈ শাজবা মতমদা মাখোইনা মরিচিং—মাঙিং কৌবা লাঈনা ডাকই, হাঈনা খুরুমই। মৈতৈনা সগোল কাংচৈ সাজরমদাইদা সগোলগী লাইরানি, হাঈদুনা শোনবা মন্ত্রসিং অদুগী তাৎপর্য্য এংলবদি, ঋগ্বেদগী অশ্ব সূক্তনা হাঈবা অদুগা চপ মান্নে। মাদুদি :—

"যমেন দত্তং ত্রিত এনমায়ুনগিন্দ্র এনং প্রথমো অধ্যতিষ্ঠৎ।

গন্ধর্বো অস্য রশনামগৃভ্নাৎ সুরাদশ্বং বসবো নিরতষ্ট॥" ঋগ্ ১।১৬২

যমনা সগোল পি, ত্রিতনা মাবু কাংনা পানসিনলি, সোরারেলনা ইহান চান্না তোংই, অসিনি।

ঐখোইনা মথক্তা মৈতৈসিংগী খা, ঋতু, চহি অমসুং মাখোই অদুদা তৌবা লিচংকা লোইননা তিনসোন লাইশোন কাউবা প্রমাণ তৌখরে। মাসিনা প্রমাণ ওইরিবদি হুজিক-তগী চহি লিশিং ৪ মরিগী মমাংদা বৈদিক যুগতা আর্য্যসিংনা তৌরম্বনি হাঈবা উংখরে। ঐখোইনা মাসিদা পাঠকসিংদা তমলিবা পাউ অসিদি মাসিনি, মাদুদি— চহি লিশিং মরিগী মমাংদা তৌরম্বনা মাখোইগী মনাংনি, আর্য্যসিংনা ভারত অসিদা চহি লিশিং মরি অসিগী মমুংদা মতমগী খা, ঋতু, চহি, অমসু মাদুগী হোংলকপা মতুংইন্না য়ান্না শেংদোক-খরে। অসুপ য়ান্না হোংখরিবা পুম্নমক অদু মণিপুরদি ইয়াউ য়াউহৌদবনা খাইনগী অদুতা চত্তুনা অদুমক লৈহৌই।

ভারতনা মতম সিজ্জবা অসি মহাভারতকী মতুংদা ভারততা আলেকজেণ্ডারনা লাক্লুবা তুংদা গ্রীকতগী রাশি ১২গী মমিং লৌতুনা চংনখি। রাশি ১২গী মিং অমসু মাতুগী মরমদা হিন্দুগী ধর্ম্ম কর্ম্মগী রা অমত্তা বেদ, ব্রাহ্মণভাগ অমসু মহাভারত ফাউবা লৈতে, মাতুগুম্বা মৈতৈগী পুরাণশিংদাসু লৈতে, অতুনা ইগ্রাই ল্যাইনা থংবা উমই, মৈতৈদি মাংখোইনা মণিপুরদা খুন্দাবা অম্নুপকী মতিক কুইরে।

হয়েং, তল্ল=মকু, ভুমা, রাইখু. নোংশা, হুরা, পাপোং, ভিন, লিতেন. ভাকিয়োং, চকু অমসু ভা অসুম হাঙ্গবা মিং ১২নিংথোই অসি মণিপুরদা ভাগ্যচন্দ্রমহারাজনা পাল্লবা মতমরাইতদগী চংলকই।

বেদদা নক্ষত্রসিংগী ক্রান্তিবৃত্তগী ময়াদাখোকপা, মাংখোংতদা হাপ্তুনা অম্নুপ য়ামনা মহমগী রা পুমনমক সিঙ্গই। ঐখোইনা মহাভারতনাচিংবা অরিবা শাস্ত্রদা য়ামনা নিংথিনা আলো- চনা তৌরগা উবা ফংই, মীওইবা হাঙ্গবসি গ্রহ, নক্ষত্রগী মথাদা অরাবা, হুংভাইবনাচিংবা ফংই, অমসু মী অতুগী নক্ষত্রগী মতুংইন্না মতম মতমগী অক ফঙ এংই। তৌইগুমসুং মহাভারতনাচিংবা শাস্ত্রাসংদা হাঙ্গারবা মৃগচক্রসিংনা উৎলিবা নক্ষত্রসিং অতদা হজিকী কালগী জন্মনক্ষত্রগী জন্মরাশিগী মতুংইনবা নামসিং অসি চৎনদে। অতুগা মন্ত্র শোনবদা করিগুম্বা দেবতা অমাবু পেন্নবা মন্ত্র শোনবদা উপাসনা তৌবদা মন্ত্র শেংদোকনবা চক্র শেম্বা মাতুদা শিষ্যগী গুরুগী এংনবা পুন্নমক অসি গ্রীকতগী লৌবনি, মাতুদি "অব ক হ ড" নাচিংবা চক্রনা উৎলিবা বর্ণমালাসিং অতু গ্রীক লাটিনগী বর্ণমালাগা মশা অমত্তনি। অতুগুম্বা লাকপা তিলরা সারবা, গুরু শিষ্য নাইবা ধর্ম্ম কর্ম্মদা সিজন্নবা মৈতৈগী ভুঙ্গোন রানাচিংবা অতুদা মাতুগুম্বা মন্ত্র হৌনবি অতু লৈতে, অথুনা অম্নুপ য়ামনা লাইগা লোইনবা, লাইরা শোনবা খংজবা মৈতৈসিং অসিনা আলেকজেণ্ডারগী মতুংদা মণিপুরদা চংলকপা ওইরবদি মাতু পুমনমক সোইদনা তৌরকনবনি।

মতম সিজন্নবগী মরমদা মৈতৈনা ভারতকা শম্নরকপদি হজিক্তগী চহি ২০০গী মতুংদনি। গর্বিণীরাজ মহারাজগী স্না হাকথক্তগীনা ভাগ্যচন্দ্র ফাউবগী মতুংদা বিদ্যাসিং অসি মণিপুরদা চংবা হৌই। মাতুগু বঙ্গদেশদগী তন্নমদে, উড়িষ্যা লৈপাক্তগী তন্নমই।

ভাগ্যচন্দ্রনিংথৌরেনগী স্নাহাকথক্তা খুংবাংচন্দ্রমণি কৌবা নিপা অমা ফাউখি। মহাক অসি শ্রীগোবিন্দগী কৃপা পাত্রনি হাঙ্গনৈ, মানা মণিপুরদা সন অমা হৌদো মই। মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌদগী অফাউবা পাথংবা কৌবা নিংথৌ অমাগী অভিষেক তৌবা চহিদগী চহি অতু হৌহনলি, মাতুদি খৃষ্টাব্দ ৭৮৮ সুবদগী হৌই, চহি অতুবু চন্দ্রাব্দ অসুমা খোল্লমই। পণ্ডিত অসিনা ভাগ্যচন্দ্রগী মিংদগী লৌতনা চহি অসি শেম্নগা ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা হাপচিনবা চহি অসি থংনবা অমসু পঞ্জিকাদা শিজন্নবা শাস্ত্রাব্দ পিগুবুদি

# মণিপুর ইতিহাস।

## ৯ সুবা পন্দুপ।

## মৈতৈরোন অমসু মৈতৈময়েক।

## লোন।

লোন হাঙ্গৈবসি করিবু কৌবগে? করম তৌদুনা ওইরকপগে? ঈশ্বরনা শেম্বরা নত্রগা মীনা শেম্বরা? অসুম্না পণ্ডিত পুম্নমক থাইনবগী হৌদুনা য়াম্না নৈনখরে। হৌজিক ফাউবদা থাইনা ভারততা ব্যাকরণ শাস্ত্রনা চাউখৎখিবা, অমসু মাহুগীদমক নৈনখিবা অতুপ য়াম্না ভাষাতত্ত্ব অমসু ভাষাবিজ্ঞানদা পৃথিবীদা চাউখৎপা ঙমদরি।

ইউরোপকী পণ্ডিতসিংনা ভারততা সংস্কৃতবিদ্যা তম্লবা মতুংদা ভাষাবিজ্ঞান অমসু ভাষাতত্ত্ব অসি নৈনবা হৌই, মাখোইনা সংস্কৃত তমদ্রিবদা ভাষাবিজ্ঞান নৈনরম্লবদি ভাষা-বিজ্ঞানদা মাসুপ য়াম্না চাউখৎপা ঙমলম্লোই।

ঐখোইগী ভারতকী প্রাচীন পণ্ডিত ঋষিসিংনা লোন হাঙ্গৈবা অসিগী থোরকপগী মরমদা নৈবমখৈ নৈনরগা অরোইবদা হাঙ্গৈরমই, বিজ্ঞান পুম্নমকী বিজ্ঞান ওইবা ঈশ্বর পরব্রহ্মদগী থোকপনি, অসুম্না লেপ্লমই, মাহু নত্তবা লোন হাঙ্গৈবা অসিনা থোরকপদি মাথ্‌ম তৌই হাঙ্গৈবা দম অমদি তাক্লমদরে। জেঁদআবেস্তাগী মততা হাঙ্গৈবনবু ভাল্লবা চাকলবা অমসু মত্তানগী মশক ওইবা বৈশ্বানর (মৈ) গী মম্লুংদা লৈবা সনাগী মচু মানবা হিরন্ময়পুরুষগী মিৎ অনিগী ময়াইদগী লোন হাঙ্গৈবসি থোরকই। মাদি অমাংবা লৈতে, মতমকুইনা লেংদনা লৈবীনি অসুম্না হাঙ্গৈ।

পাণ্ডনসিংনা মাখোইগী হদিশসারিফ কৌবা কোরাণগুম্না সিংথানবা ধর্ম্মগী লাইরিক্তা হাঙ্গৈবনবু—লোন হাঙ্গৈবসি বনীআদম—মীনা শেম্বনত্তে ঈশ্বরনা শেম্বনি হাঙ্গৈ, পাণ্ডন কবি অথোইবা শেখশাদিনা হাঙ্গৈ—

"বনা মে জাহাঁদের জাঁ আদরী।
হকীমে সখুন বরজ্জবাঁ আদরী॥"

পরমেশ্বর নংবু থাপৎচৈ,—মানা লৈদা মীওইবগী লোন শেম্বিরমই।

মী, শা, উচেক অসিনাচিংবা থরাইপানবা পুম্নমকী খোনাউগী স্বর ইরৈ লৈ। মাদুদগী লাউথোক-খোংদোক্লকই হায়দুনা মহাকপু স্বর কৌই। ভারতকী পণ্ডিতসিংনা হায়মই, মাদুদি— স্বর পুম্নমক শ্রুতিদগী পোকপনি, শ্রুতি অসিমুক্তি হকচাংগী মকম মকমদগী মথল মথাম্নাম্না কারণসিংদগী থোরকই। মাখোইগী মতৌদি হৃদয়, খৌরি অমসু কোক অছুম অসিনা অথোইবা মপুং ওইবা মকম ওইদুনা মকম কুননিখোইদগী স্বর পুম্নমক অসি থোকই, অমুমনা হায়। স্বরদগী শব্দ খোঞ্জেন পোকই। হিন্দু আর্য্যজাতিগী ধর্ম্ম লাইরিক,—বেদ, ব্রাহ্মণ, উপনিষদ্, পুরাণদা "স্বরব্রহ্ম" "শব্দব্রহ্ম" অমুম্না কৌবা শ্রুতি লৈ।

খৃষ্টী ধর্ম্ম লাইরিকতা অসিগুম্বা য়াহৈ অসি হায়,—

"In the beginning was the word, and the word with god and word was god vide gospel ( St. John ).

পাশ্চাত্যপণ্ডিত প্রাণিতত্ব থংবাসিংনা মাসুম্না হায়নৈ, মাদুদি— মীওইবগী কোক (Carebral hemisi pheres) মথল অনি থোকনা থাইদোকলগা ওইরোমদগী স্বর পুম্নমক থোকই, অমুম্না হায়। মাখোইগী মতৌদি করিগুম্বা চকচাংগী নত্রগা পুকনিংগী অমিনবা উত্তেজনাদগী থোকপা কোংদবা স্বর ( Inarticulate Sound ) থোকই, মাথদগী অকোংবা স্বর ( Articulate Sound ) -খোঞ্জেন পোকই।

অসি অসিগুম্বা বৈজ্ঞানিকসিংগী সিদ্ধান্ত অসিদগী হায়বা ঙমই, মাদুদি,— স্বর অমসু শব্দ হায়বসি মীওইবনা শেম্বা নত্তে। মিৎ, না, নাকোংনাচিংবা ইন্দ্রিয়গুমনা মীওইবনা থংনরকপনি, ঈশ্বরনা পীরম্লে। মাসি শেমনবা মীওইবনা করিসু থৌরাং তৌকমথোক্তে। তৌইগুমসু স্বর অমসু শব্দ—খোঞ্জেন হায়বসিদি লোন নত্তে।

মীওইবগী থমোইদা লৈবা ভাব কোংদোকপাবু লোন কৌই। মাদুদি কোংদবা নত্রগা অকোংবা স্বরদগী থোকপা ওইদুনামসু খোঞ্জেনগী পরেং মরৈ, ফজবা, নৌবা পুক্লিংগী য়াথন কোংদোকপা, মশাদা অর্থ ভাক্তা হাইবা লোন অসিদি মীওইবগী কাংবুনা শেমবনি। অসিগুম্বা লোন হায়বা পোৎশক অসিদি মী অমসু মীনত্তবা জাতি অনি অসিদা ওন-থোকনা থেম্না লৈখ্রবা পোৎনি, অদুনা ইরাক লাইনা থংবা ঙমই, লোন হায়বা অসিদি মীওইবা জাতিনা থোরকলৈদগী লোইনরকপা নত্তে। অদুগা মীওইববু লোম্নক হায়দুনা ঈশ্বরনা পুদুপ থারকপসু নত্তে।

উপনিষদ্না হায় "যদিদং কিঞ্চ জগৎ সর্ব্বং প্রাণ এজতি নিঃসৃতং"।— তাইবংপানবদা ওইরিবা পোৎ খুদিংমক পুমনমক থরাই অথোইবদগী থোরকতুনা থরাই পুমনমক্তা চোংলবা ভাক্তনি, অমুম হায়বা মহাবানী অসিনা তাকলিবা অসিগী অর্থদা স্বর, খোঞ্জেন অমসু লোন পুমনমক অসি পরম পুরুষনা শেম্বা ভাক্তনি। তৌইগুমসু ঐখোইনা লোনবু ঈ য়না

শেম্বা নত্তে হাঈবগী অর্থদি, মীয়ামগী জাতিসিংনা পিরামিড শেমই, অমসুং খংগীনা চেংপন খোল্লি হাঈবা অদুগী অর্থনা লৌহুনা হাঈবনি, মাহুদি— ঈশ্বরনা শেমহুনা থৱাইপানবদা পিরিবা স্বর—খোঙ্গেনসিং অদুদগী মীওইবা কৌবা জাতিনা মাগী ২ ভাব অদু খোংদোক্-পদা মাসিগী মাসিগী তিন্নরগা। মাসিংগী মংসি লৌখোক্লগা ভাব অদু থংহল্লি হাঈবহু খন্দুনা ২ লৌজরগা মাগী ২ ওইনা থমনহুনা মীওইবা কৌবা জাতি অসিবু মাখোইনা মহৈ মান্নবা শেমজে হাঈবনি।

মীওইবনা অহানবা মতমদদি তাইবংপানবগী মপুনা পিরকপা খোঙ্গেনগী মতেংনা মথুং মশাগী ঈঙ্গিংকনা পুকনিংগী রাখন ফোংদোক্লমই, মতম অয়াম্বদা মকম অমামবদা লোইনা ফোংদোকপা ওয়দহুনা মহৈ মহৈ পুকনিং তিন্নবদগী মহৈ মহৈ হৈনা-সুনবনা তাইবংপানবদা মান্নবা মতম লেনখিবনি। মাসুম্না চহি যুগ কয়ামুক হৌখ্রবদা মীওইবগী লৌশিং চেক্ষংলকপগা লোইন-লোইননা লোন হাঈবসি কোঠা লাকপনি। লোন হাঈবসি লোল্ল-লোম্নরল্লগা অসুম ২ শেংলকপা, অমসুং অনৌ অনৌবা শব্দ থোকলক্লুনা লোন অদু অসুম চাউখংলকপনি, মাহুদা চহি মতম কুইনা চংখি।

মাসুম্না অনুমান তৌবা অসি চুমদবা ওইরোই, মাহুদি থাইনা যাযাবর—কোইচং চংপা জাতিসিংনা ( Nomads ) চানিংঙাই লৈরক্লহুনা অমসুং মীসিং য়ামখংলক্লুনা মাখোইগী লৈকম থাদোক্লুনা অতোপ ২ পা মফমদা চংনখি। অদুগুম্বা মীসিং অদুনা মাখোইগী মরোল অদু নিংখিনা সুনা পুনবা ওমখিদে, অপৌ ২ বা পোংকৌ মমিং অমসুং ইমুং মনুংগী মিং মরু ২ ওইবাসিংগী মখৈতা পুনখি। অদুগুম্বা থরদং পুখিবা শব্দসিং অদুগী মনুংদা মমা মপাগী মিঙ্গোসিং অসিদি সোইদনা পুখি, মরম অদুনা পৃথিবীদা লৈবা মীকৌবা জাতি অফিগী মরক্তা অয়াম্বদি মমা মপাগী মিঙ্গোদা ইমান মাম্লে।

লোন য়াম্না হৈবা অমসুং শব্দগী তত্ত্ব খংবা অখোইবা A. H. Sayce না মাসিগী মরমদা হাঈরমই—

As matter at fact, in almost all languages names have been found for the parent in the two simple labial utterances pa and ma."

( The seiuce at languago P. 400 )

ঐখোইনা মাসিদা উদাহরণগীদমক মতাংং মথাদা মাহু উৎনিংই,—

| বৈকৃত | বৈদিক | সংস্কৃত | গ্রীক | লাটিন | জার্মান | ইংরাজী | মৈতৈ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মা | মাতর | মাতৃ | মাটর | মাটর | মূতের | মাদার | মা |
| পা | পিতর | পিতৃ | পাটর | পাটর | ফাতের | ফাদার | পা |
| ভা | ভাতর | ভ্রাতৃ | ফ্রটার | ফ্রাটার | ব্রদের | ব্রাদার | তা |

মাসিত্তা নত্তনা লোন অতৈ অতৈদাসু ময়া মপা কোংদোক শব্দদি মাগ্নবনা নমই। মাতুদা থরদং খেন্নবা মান্নদবা অসিদি লৈকম তিন্নদবা অমসু মত্তম কুইনা কাইনখিবনি থোকখিবনি! মিঙ্গৌ অনি অসিগী অহানবা হৌরকপা মত্তমদদি অতুগুম্বা জাতিসিং অতু মফম অমত্তদা মত্তম অমদা সম্প্রদায় অমত্তা ওইরমই, হাঙ্গৈদা চিংনফম থোক্কে। অসি অসিগুম্বা জাতিসিং অসিগী ময়েক—বর্ণমালা উরগা থনলি, মাখোই অসি বর্ণ—অক্ষর হাঙ্গৈবসি থোক্করিবৈগী মমাংদা হান্নবা কাইনখিবনি অসুমনা খংবা ঙমই।

মাসুমনা বিচার তৌরবদা মসিমসু টরাই লাইনা থংই, মীওইবনা ময়া মপা হাঙ্গৈবসিবু কাউদবা অসিগুমনা মাখোইনা তাইবংপানবগী মপুনি হাঙ্গৈনা থাজখিবা ঈশ্বর দেবত্তাবুসু তরাইতকোকনা থাদোকপা ঙমদে। মাতুনা মাখোইগী মরোন অতুদা চুতুনা লৈহৌই। মাসিগী মরমদা ঐখোইনা মথক্তা পন্দুপ অতৈদাসু অমোকসু হাঙ্গৈথরে, অতুবু মত্তাং অসিদাসু অমোক নিংসংলি।

ঋগ্বেদগী (৬।৫।৫) "দ্যৌঃ পিতরঃ পৃথিবী মাতরঃ" অসিনাচিংবা মন্ত্রদা য়াউরিবা "দ্যৌঃ" হাঙ্গৈবা শব্দ অসিগী মরমদা ইউরোপকী পণ্ডিতসিংনা য়ামনা কন্না নৈনতুনা খিথরে। মাখোই অতুগী সিদ্ধান্তদা মাসিদি ইমান মাগ্নবনা নমই। "Before the dis-person of old Aryan Stock he ( Dyans ) was the chief divinity" অর্থাৎ থাইনগী অরিবা জাতিসিংনা হান্নগী মমফম থাদোক্করিবৈদা "দ্যৌ" অতিয়াবু দেবত্তা অখোইবা ওইনা নিংলমই। অসুম্না পণ্ডিতসিংনা হাঙ্গৈবসি হুঙ্গেকপা য়াবা রাফম থোক্কে। মথক্তা এংখংখিবদা উবা গুমিৎ, থা, থরানমচাকসিংনা লৈত্তেংবা পুকনিং হুনবগী মশক ওইরা ঙমখৈ লৈতবা অতিয়া ঈপাক, মথাদা এংখরকপদা পাক্লবা লৈপাক লৈমদা চিংগী পরেং পরেংনা ঈপোম হৌরামানবা মরক মরকত্তা চেল্লিবা তুরেনসিংনা মপুক পুরিবা ঈসিংনা রাই রাই লাউনা কত্ত হৌদিশেংদোকলবা লোনা সংবান্নবা পাকলবা লোবুকসিংগী, মথল মথা য়ান্নবা মহৈ মপান্না লৈত্তেংলবা বনগী পরেং পরেং অতুনা থাইনগী অরিবা মীসিংগী থমোইদা কাউবা ঙমখিদে।

অরিবাসিং অতুনা লৈপাক লৈপাক থুদিংদা চংথ্রবা মত্তমদা মাখোইগী মশাদা চুথ্রবা মপা, মমাগী মিঙ্গৌ থাগৌ অতুগা তোঙনা সিন্নবা সর্ব্বনাম কয়ামুক অমসু মসিংথিবা অসি অসিগুম্বা অসিগা লোইনতুনা "দ্যৌ" কৌবা অতিয়াগী মমিং অসি কাউখিক্কে মাতু মথক্তা পন্দুপ অমদা উংথ্রবা অচৌ অচৌবা জাতিসিংগী মরোনগী ঈশ্বরগী মমিং অসি উরগা মত্তমগী ইপাক্তা লুপথ্রবা থোদৌসিং অতু পুখোক্না উংলি:—

| জাতি অমসু লোনগী মিং— | ঈশ্বরগী মমিং— |
|---|---|
| ১। বৈদিক (সংস্কৃত) | দ্যৌ |
| ২। গ্রীক্ | জিউস্ বা দিউস্ |
| ৩। ক্রিটান | থিউস্ |
| ৪। লাটিন | দিউস্ বা জোবিশ্ |
| ৫। জার্ম্মন | দিউস্ |
| ৬। কেলটিক | দিউ |
| ৭। ফ্রেঞ্চ | দিউ |
| ৮। ইতালীয়ান্ | দিও |
| ৯। স্পেনিষ্ | দিয়স্ |
| ১০। গ্যালিক | দিউ |
| ১১। আইরিস্ | দাই |
| ১২। পোর্টুগিজ | দিয়স্ |
| ১৩। সুইডিস্ | দাইস্ |
| ১৪। ওয়েলস্ | দ্যু |
| ১৫। মৈতৈ | তিয়া। |

মাসিদগী ঐথোইনা থংবা ভমই, মাতুদি বেদোক্ত দেবতা অসিবু মাথোইগী উপাস্য-আরাধ্যনি হাঙৈনা থাজবা কাংলুপনা মণিপুরদা লৈরবনি হাঙৈবা থংই, অতুগা মৈতৈসিংনা মণিপুরদা লাকরিঙৈদনা চিন, জাপান অসিনাচিংবা জাতিনা হায়া খুন্দাখ্রবনি হাঙৈবসু থংনরে।

"দ্যৌ স্পিতরঃ"না চিংবা বেদমন্ত্রগী ধ্বনি ভাদরিঙৈদা হায়না খুন্দাখিবা জাতিদি—

| জাতি অমসু লোনগী মিং— | ঈশ্বরগী মমিং— |
|---|---|
| ১। হিব্রু | ইলোহিম |
| ২। চাল্ডিয়া | ইল্লা |
| ৩। আরবী—তুর্কী | আল্লা |
| ৪। মিসর | টেন |
| ৫। তাতার | মাগাতাল |
| ৬। চীন | পুষা |
| ৭। জাপান | কামিসামা |
| ৮। মাডাগাস্কর | আন্নর |
| ৯। ফিজি | কালন |

| জাতি অমসুং লোনগী মিং— | ঈশ্বরগী মমিং— |
|---|---|
| ১০। টেহি টিয়ান্ | আটুয়া |
| ১১। হওয়াই | আকুয়া |
| ১২। বাসিয়ান্ | বগ |
| ১৩। ল্যাপ | যাব্মেল |
| ১৪। ফিন | জুমালা |
| ১৫। গ্রীনল্যাণ্ড | গুডিব ইত্যাদি |

ঃমিংচুপ্পা লোংবতনা মহৌশা ওইবা তাইবংপান অসিদা মশানসু হোংগল্লবা শব্দসিং অসিনা মীওইবগী মচিনদা হান্নগী মশক হোংদনা চহি ১০০ তসু লৈবা ওয়নত্তে, চহি ১০।২০ তদা পংহোংতা হোংই। (১) কর্নানা মশক্তি লৈরগা অর্থদা হোংখিবা য়াউই, (২) হান্না লৈরম্বা শব্দ অহুগী অর্থ লৌহনা অনৌবা মশক হোংবসু য়াউই। (৩) হান্নগী পুমকাউ কাউহনা অমা পুমহোং হোংবা য়াউই। (৪) হান্না লৈরমদবা অনৌবা চংলকপা য়াউই; অমসু (৫) হান্না লৈরম্বা শব্দগী মশাহু তেনসিনখিবা নত্রগা শাংদোকপা অমসু মচেৎ অমত্তংদা অনৌবা মচেৎ নপশিনবা অম্না সমুদ্রগী ঈসিংগুম্না ইরাং লাংনা লৈ।

| সংস্কৃত সর্ব্বনাম | ভাষা | মৈতৈ |
|---|---|---|
| ত্বম্ | তুম্ | নং |
| অহম্ | হম্ | ঐ |
| ইমম্— — — — — — | | মা |
| ইদম্— -- — — — — | | অহু |
| অদস্— — — — — — | | অসি—আসি |
| কিম্— — — — — — | | করি—কনা |
| যদি— — — — — — | | বদি ইত্যাদি |

মৈতৈ মসিং খিবা—অমা, অনি, অহুম, মরি, মঙা, তরুক, তরেৎ, নিপান, মাপল, তরা অসিনি, মাসিগী মখুংদা অমদগীনা মাপন কাউবা অসি মৈতৈনা অরিবা লমদগী পুরকপা শব্দ নত্তে, তরা অমসু কুন অনি অসিদি পুরকপা শব্দনি। মাহুদি অসিনি--

| | সংস্কৃত সংখ্যাবাচক | ভাষা | মৈতৈ |
|---|---|---|---|
| ১০ | দশ | — | তরা |
| ২০ | বিংশ | কুড়ি | কুন |
| ৩০ | ত্রিংশ | ত্রিশ | কুনতরা—কুনথ্রা |
| ৪০ | চত্বারিংশৎ | চাল্লিশ | নিফু |

| | সংস্কৃত | ভাষা | মৈতৈ |
|---|---|---|---|
| ৫০ | পঞ্চাশৎ | পঁচাশ | য়ানখৈ—য়াখৈ |
| ৬০ | ষষ্টিন্ | ষাইট | হুম্ ফু |
| ৭০ | সপ্ততি | সত্তর | হুমফুতরা |
| ৮০ | অশীতি | আসী | মরিফু |
| ৯০ | নবতি | নব্বই | মরিফুরা |
| ১০০ | শত | শত | চা |

মাসিদা ১০।২০।৩০।৪০।৫০।৬০।৭০।৮০।৯০।১০০ মাসিদি মমিংদি হোংথ্রগা অর্থদা লৌই। মাহুদি, অসিনি কুন হাইবা মমিং অসিনা মাগী মখংগী মমিংসিংগী অরেপ্পা চাং অমা ওইরগা ৩০ বু কুন + তরা = কুনথ্রা কৌরে। সংস্কৃততা হাংপা, ফুনগী অর্থনা পাটী-গী পুরণ তৌবা থংনৈ, অহুনা নিফু = অনিনা ফুবা (পুরণ তৌবা) ২×২০ = ৪০ নিফু কৌই, পুরণ তৌবা তোক্‌না ১০ য়ানশিনবা হাইবা অর্থদা ৪ + ১০ = য়ানখৈ = য়াংখৈ। হুম (অহুমনা) ফু (পুরণ তৌবা) কুন ৩×২০ = ৬০ হুমফু। হুমফু ৬০ + ১০ তরা = হুম-ফুতরা। মরি ফু (পুরণ তৌবা কুন) ৮০ মরিফু। মরিফু ৮০ + ১০ তরা = মরিফুতরা, শত = শ = চা কৌই। মাসিনা থংবা ওমই, য়াওদি মৈতৈনা মণিপুরদা লাকপা মতমসি ভারততা পাটী গণিত বিদ্যা অসি হৈরবা মতমদা মতুংদানি হাইবা থংনৈ।

আসাম প্রদেশদা মশিং থিবদা কুনবু মপুং ওইনা থমহুনা এককুড়ি, দুই কুড়ি, তিন কুড়ি অসিনা চিংবা হাই, মৈতৈশীসু মাহুগদি মান্নরগা মৈতৈনা হেন্দোকপনা পাটীগী মরোন্দা পুথোকপা, পুথোকলিবা অহুসু সংস্কৃত সাহিত্যগা অর্থদা মশা অমত্তনি। মাসুন্না মশিং থিবদা পাটীগী মরোংদা তৌবদি জাতি অতৈদা তৌদে। মৈতৈগী কাংথরো সান্নবা কৌবা কাং মশান্ন অমা লৈ, মাসিদি আসাম প্রদেশ পুন্নমক্তা তৌই। মাহুদা খোং অনিনা কাংখিল চপলগা চোংবা, খুত্তা হান্নগা থাদবা, অমসু কাং ওল-হল্লগা য়োদরিতৈদা কাবা অসি অসিগুম্বদা মান্নবনা নমই, মাহুবু আসামীন্নসিংনা হাইবদি নোংচুনবা খেলানি, শ্রীকৃষ্ণনা সান্নবনি অসুমনা চাই। সান্নবা অহুবু "খিল খেলা" কৌই। এথোইনা হাইনিংই, মাহুদি মঙং মতৌদা রম্বগা মান্নবসু সূর্য্যগী গতি তমহুনা সান্নবদগী থৈথিবা নত্তে। মৈতৈনা মাহু শান্নবনবু মাথোইগী কাং শান্নবা অহুগা মান্নবা ওইনা লৌশিনবনি মন্নমদি, মৈতৈনা খিলবু কাং ওইনা শান্নে হাইহুনা "কাংখিল" কৌই। মান্নন্না মণনা চিংবা পোং পুনববু কাংপোং, শাড়িগী অকৈবাবু কাংকৈ, মণগী পোপুদা হান্না চৈবুম্ব কাংজৈ, মীনা হিপনবা খাটপুম্ব কাংথোন, খাটকী

মথাবুস্থ কাংথোনমথা কৌবা অসিনাচিংবদা কাংগা মরি লৈনবা পুম্নমক অদু বিচার তৌরগা থাজেংশেংনা খংবা ঙমই, সূর্য্যগী রথগা মরি লৈনবা কাং অসি, মৈতৈনা মনাং ওইনা থবক স্থুবদা, ছিংনবা পানবদা অমস্থ শান্নবা কাউবদা পুসিনখিবনি, মাস্থুন্না জাতি অতৈদা তৌদে। মাদুগী অশেংবা খুদম অমদি উরি জাং অমগী মহৈ "খিল" বু মণিপুরগা থংনবা নোংচুপথংবা লৈপাকলোমদা "গিল" কৌই মাদু খিল = গিল ওইগনি। ধনেশ কৌবা উচেকনা মহৈ অসি যাম্না চাই, অদুনা মাদোমদা লৈবা মন্নাংশিংনা উচেক অদুবু "গিল খোড়া" কৌই, মৈতৈনদি মাদুবু "কাংজাবী" কৌই।

মৈতৈ হাঈবসি, ভারতকী নোংচুপ অরান্নদগী লাকপনি হাঈবগী খুদমদা মচন মচেম পোকমিন্নবীগী মচান্নুপীবু ইমৌ, মুপীনা মামবু ইকু কৌই, মাদুদি মচানিপাগী মতুনা তৌনগদবা ব্যবহারনি, অমস্থ মমাগা পোকমিন্নবা মামাবু নিঙোন মচানা ইকু অমস্থ মামনা নিঙোনমচাবু ইমাক (জামাতা) কৌই। অদুনা তরং তরংনা থংলে, মাসি ভারতকী পশ্চিম ভাগতা লৈবা জাতিনা তৌই। অদুঙৈ দেবকীনা মচান্নুপী অতোনবীবু কংসদা হাংপিগদু হাঈনা নিবদা "সুবেন্নং" নংগী নমৌ অসে অস্থুন্না হাঈদুনা নচানিপানা লৌদুনা নমৌ ওইগদবনি হাঈখি।

পশ্চিমদা লৈবা জাতি অসিনা মতুংদা অরাংলোমদা লৈবা (পশ্চিমোত্তর) জাতিসিংগা চারৌ মৌরৌনরুবা অমস্থ লোন তন্নবগী রাকম প্রাচীন সাহিত্যদা যাম্না লৈ, অদুনদি মৈতৈ হাঈবসি মিতান্নি (Mitanni) হাঈবগা মান্নৈ, মাদুদি শর্ম্মন্ বু জর্ম্মন, আঙ্গিরসপু অংগ্র = ইংরাজ, অমস্থ

"বধীদিন্দ্রো বরশিখস্য শেষঃ অভ্যাবর্ত্তিনে চায়মানায় শিক্ষন্।
বৃচীবতো যৎ হরিয়ুপীয়ায়াং হন্ পূর্ব্বে অর্ধেভিয়সাপবোর্দৎ" ॥

(ঋগবেদ ৬।২৭।৫)

(চায়মানগী মচা চিংদলৈবা অভাবর্ত্তীনা ইন্দ্রগী কৃপাদগী হরিয়ুপীয়া (ইউরোপ) গী মপু ওইদুনা মাদুদা লৈবা বৃচীবৎশিংবু (বৃটিশ জাতিবু) জয় তৌখি অদুগা মাথোঈগী সেনাপতি বরশিখবু হাংখি) অস্থুন্না হাঈবা অসিদা থুকন পাজনবদি হাঈবা ফোংদোকপা "বৃচীবৎ" শব্দনা ছজিক বৃটিশ হাঈখিবা অসিগুম্না মিতান্নি (Mitanni) না মৈতৈ = মীতৈ হাঈবানি অস্থুন্না অনুমান তৌনৈ।

মিতান্নি কৌবা লৈপাক অসি ছজিক মেসোপোটামিয়াগী অরাংথংবা সরুক্তা লৈ। থাইনগী হত্তি (Hittite) জাতিগী রাজধানী হত্তুশাম কৌবদা লৈদুংদগী মুন্দী লাইরিক ইবা অমা ফংলে, মাদুদা ইরমই, মিতান্নি দেশগী নিংথৌ মত্তিবাজনা হত্তিসিংগী নিংথৌগা

সক্তি তৌবা মিত্র অমসুং ইন্দ্রনাচিংবা দেবতাবু পন্দুনা ঘাশকবা ইরমই, অদুনদি মিত্র বরুণ, ইন্দ্রবু নিংবা মৈতৈসিংগা ধর্ম্মদসু তিন্নবনি হায়না খল্লবসু য়াই। থাঙ্গৈশেংবদি মাচম্মা থনবা অদু য়ানা শেম্বা মাল্লি, অমসু প্রাচীন শাস্ত্রদা প্রমাণ ফংদে।

মেসোপোটামীয়াদগীনা অস্তুপ শাংবা লম মণিপুর য়াউবা অসিদা মাখোইনা মরক্তা লৈবা জাতিসিংবু জয় তৌদুনা চংলি হাঙ্গবা ইতিহাস ফংদে। অদুগা মথরা জাতিনা বিদেহদগী মণিপুরদা চংখিবগীদি সংসংবা আখ্যায়িকা লৈবনা মাদুবু হৈদ্রেরবা কারণ করি অমত্তা ফংদে।

আর্য্যাসিংনা ভারততা লাক্লবা তুংদা কাংবু অমা লাকই, মাখোই অদু ব্রাত্যানি, মশাদি আর্য্যাগী গী ওইরগা বেদ থাদোক্লবা জাতিনি, অসুম্না পণ্ডিতসিংনা হাঙ্গ। মাদুগুম্বা জাতিসিং অদুনা লান্দারকখি অসুমনা অথর্ব্বনা চিংবা বেদদা অংসু অতৈ অতোপ্পা সংস্কৃত সাহিত্যাদা ফংই, মদুনাচিংবা প্রাচীন ধর্মশাস্ত্র আলোচনা তৌরগসু উই, মাংদি, ব্রাহ্মণ ফংদদুনা জাতভাখিবা ম্লেচ্ছধর্ম ফংখ্রবা ক্ষত্রিয় মচাসিং য়ায়া লৈ, মাখোই অদুগী মসুংদগী কাংবু অমনা চিংমানদা খুন শম্বোকপদা মণিপুরদা চংদুনা তাখিবা ওইগনি অসুমনা অনুমান তৌবা য়াই, অদুগুম্বা জাতি অদুনা মণিপুরগী খোংজাই কৌবা জাতি অসি ওইখিবনি অসুমনা কনাগুম্বনা হাঙ্গ। হাঙ্গরিবা খোংজাইসিং অসিগী লান্দা থৌবা থৌনা ফবা অমসু মাখাইগী মশাকনবা পুম্নমক অসিনা মরম ওইদুনা মাখোই অসি ক্ষত্রিয় রক্ত ওইবা য়াই, তৌইগুম্বসু মাখোই অসিগী মশাদা আর্য্য ভাবা অমসু আর্য্য সংস্কৃতিগা করি অমত্তা মরি লৈতে মরম অসিনা ব্রাত্য ক্ষত্রিয়না মৈতৈ ওইগনি হাঙ্গনা অনুমান তৌবদা মতিক চাবা কারণ ফংদে।

মৈতৈগী শেন মশিং থিবা অসি চীনগী সভ্যতানি অসুম্না পুরাতত্ত্ব থংবসিংনা হাঙ্গ, শেন কৌবা ময়েক শেননা শাবাবু ২ বু শেন অমা, ৪ বু য়াংখৈ (পঞ্চাশ), ৮ চামা (শত) ১০ বু শেন মণ্ডা (পাঁচ) কৌই। অসিনাচিংবা শেন মশিং থিবদা ভারতকী সভ্যতাগা ইমান মাররদা অমা চংলমই। মাসি হৌজিক্তি চংতরে, অমসু থুরুম্বদা লুখম লোমদা তুংদা লেংপাক অসি মাবু থুরুমগদবা মীদু উননবা থুরুমই, থুকউ অনি লৈবাক তাদুনা থুং অনিনা লৈপাক্তা থমদুনা তেন্না থুরুমই, মাসি মাঙ্গোলিয়ানসিংগী সভ্যতানি। য়াহোং মতু খুত্তা মচা মণ্ডাদা থেংলগা "থেজৌ" কৌবা জগোই সাদুনা নিংথৌনা লংখৈদা লেংলগা লম্বেনগী মতেক মতেঙ্গা অভ্যর্থনা তৌনৈ। মাসি পুম্নমক অসি এংদুনা বিদেশী পণ্ডিতশিংনা আলোচনা তৌই, ইন্দোচীন লোমদগী মীগা চম্মাংলোমদগী হাওগা তিন্নদুনা মৈতৈ কৌবা জাতি অসি ওইখিবনি ; মাখোইগী চাইক্ং কনবা, নাতোন নম্বা,

মিংলাউদবা, মচু কোংহাওননা, অম মতিংমতিংবা, মচু – মকোই চোমদবা অসি খিবিকনা মরম ওইদুনা মৈতৈদি মঙ্গোলিয়ান জাতিনি হাওপা – চিংদা লৈবা জাতিগা তিন্নদুনা ওইবনি অস্লন্না লেপনৈ।

মৈতৈ হাইরগা বিদেশীসিংনা উরিবা মীশিং অসিদা উরিবা মশক মচু অসি নত্তে, অস্লন্না করিসু হাইকম খোক্তে। ঐখোইনা হাইরিবা বিদেহ মাথবগী ধারানা মণিপুরদা চংখিবা, মাখোইগী ধারাতবু মণিপুরদা কয়াবান্না লৈবগে হাইনা খোজুন লি। মকোক্তা ক্রিনা কোকএং এংপা, মচু ভোবা খোনাঙবা কাংবু অমা ব্রাহ্মণগা লোইনদুনা লাকপা মাখোইগী ধারা অদু মণিপুরদা লৈ। মাখোই অদুগী মপান্দা ওইবা মশক মচুদি লৈপাক অসিগী আদিমবাসীসিংগা চাংনৌ মৌরোনবদগী হান্নগী মশক মচুদগী ওস্থোকনা য়ান্না হোংখরে। মাচুদি ইন্দ্রাইনা ইডু উনরিবনি ইংরেজ জাতিনা ভারতকী ভুগী লৌরগা পোকপা ইঙলো ইণ্ডিয়ানসিং অদু মীরোন অদুতদা মশক হো ঙ. মশং মথং হোং- থরক্লনা মমৈদা ইশেং শেংবা ইণ্ডিয়ান ওইরিবা অসিনি। তৌইগুম্নসু মাখোইগী ঐ মমুংদা লৈবা অদুগী মরিনদি হোংদে।

ঐখোইনা খোংগুন লিরকপা জাতিসিং অদুনা মাখোইনা খলকপা সভ্যতা খজিক্কং অদুবু হুজিক ফাউবা ভাক্লনা লৈবা অসি মী কয়ামুক লাক্লনা লৈবনো? হাইবা অরাকপা কাংবু অদুগী সজ্ঞবদ্ধ, অধ্যবসায়. অমসু সহিষ্ণুতা অদু কয়ামুক কনখিবগে হাইবা অদু উরগা তৃজুংবা পোকই।

মাখোইনা মণিপুর অসিদা লাক্লগা হান্না লৈরম্না অসিগা তিন্নরগদি সমুদ্রদা কোঙোন তাকপগুম তাক্লনা তুমখিগদবনি, অদুবু অমুপ কুইস্রবা অসিদা মাখোইগী জাতীয় কৃষ্টি অমসু সংস্কৃতি অদু থাদোকলমদে। মাখোইনা লৈরম্নসিংদাগুম তম্বিরদুনা মীলাক মরি রোম হেন্না মাখোইগী পুরকপা সংস্কৃতি খজিক্কং অদু কস্তুরীগুম্না মী খুদিংদা চুহল্লমই। হুজিক্কি মাচুগী মপান্দগী অমুপ য়ানপ্রবা মণিপুরীয় জাতি অমা ওইনা চোংথোক্লনা তাইবংপানবদা নীশিং থারকপদা ঐখোই লৈরি, হাইনা লাউরে।

হিন্দুগী প্রাচীন পুরাণসিংদা থিরুই, মণিপুরগী চাউরবা মিংচৎনা লৈত্তেংলমই। মথংগী ইতিহাসদা থিরুরে, বল্লালসেনগুম্বা মতিক চাউরবা সম্রাটকী মাইথিকম ওইরমই। পৃথিবী তখ্যাই অমগী মপু মহামান্ত বৃটিশসিংহগী মমাংদা ঐখোই লৈ হাইনা মাইরোং য়াখিবা মৈতৈগুম্বা ভারতকী জাতি কয়া য়ামগে? ইতিহাসনা সাক্ষীনি, মৈতৈ ভয় তৌবা মতুংদগী মহামান্ত বৃটিশসিংহনা অত্তোম্না লৈপাক অমা লোগে হাইনা থোরাং

তৌখিবা পংনা উখিদরে।

নোংপোক্ত ব্রহ্মাদেশ মৈতৈগী মখা পোল্লমই, অকোইবদা লৈবা চিংগী জাতি পুন্নমকী মকোক্তা নেতুনা পাল্লমই, নোংচুপ্তা কাছার ত্রিপুরা মৈতৈগী মখাদা পাল্লমই, ঋাপরা জাতিনা আগরতলাদা রাজধানি থৈখিবা মৈতৈবু কিবদগীনি, মাস্তপয়ায়া খুকনবা জাতি অসিবু সেন্নবা সদানীরা মপান্দগী লাকপা বিদেহ মাথবকী থাবা অহ মণিপুরীর জাতিসিং অসিদা কয়া য়ায়া য়াউরিবগে হাইবহ তকনা ইহনা থন্বা ইতিহাস—কুলপঞ্জিকা অমস্তু অতৈ অতোপ্পা মণিপুরীর প্রাচীন সাহিত্যসিং অহুপা মৈতৈগী লাইরা, ভিনসোন লাইসোননা প্রমাণ তৌহুনা থিরি।

মাখোইনা লাকপা মতম অহুদা লোল্লকপা লোন অহুনা হুজিক্তি মচেৎ মচেৎ তাখিহুনা নপুনা থজিকং লৈহৌবা, মাগী মখাদা অতোপ্পা মকম অমদা লোল্লম্বা লোল অমস্তু নোংপোকথংবা জাতিসিংগী লোননা তোংনিনখিবদা হুজিক্তি মহাকপু এংলগা কনানস্তু লোন অসি আর্য্যভাষাগী থৈখিবনি হাইবা থংবা ঙমদরে। মৈতৈসিংবু এংলগা মাখোইগী মরক্তা য়াউরিবা আর্য্যরক্তবু উবা ফংদবগুম্বা লোনসিবুস্তু থংদরে।

মহাকী সর্ব্বনাম, ধাতু, লোনগী থোক্লকপা মরু, ধাতুগী বিভক্তি, শব্দগী বিভক্তি অমস্তু মিঙৌ থাপোসিংনা লেংদবা ওইহুনা লোন অহুবু লোনলকপা জাতিগী সাক্ষী ওইহুনা লৈহৌরিবা অসিনি।

মাখোই অহুগী সম্পোকপা উদাহরণসিং উহুনা ঐখোইনা মতাং অসি শাংদোকপা পামদরে। মরমদি মাহুগী দমক হুজিক্তগী চহি ২০ গী মমাংদা উৎখিবা লাইরিক অহুগী সম্পোকপা লাইরিক অমা তোতারা ফোংদোকনি, মাহ নত্তনদি পাঠকসিংগী পুকনিং থুংলরোই। মাহুগা লোইননা মৈতৈরোনগী শব্দ খুদিংমক তোঙান ২ তৌকম তাকমগা লোইননা ব্যাখ্যা তৌদরিবা অহুপকীমথৈ মপুংফাবা ঙম্নরোই।

মৈতৈনা মণিপুরদা চংলক্লপা নোংচুপলোমগা তিন্নবা অসি য়ায়া মতম কুইরবা তুংদা মরক ২ তা তিন্নবতা ওইখরে। নোংপোকলোমগতা তিন্নখরে। অহুনা মাখোইগী নোং-পোকগী লাকপা জাতি অমস্তু নোংচুপ্তগী লাকপা জাতিসিংনা কয়ানো অমস্তু মৈতৈ চান্নবনা কয়ানো? হাইবা অহু তরং ২ ভস্তামথৈ তাকপনা ইতিহাস অসিগী অথোইবা উদ্দেশ্যনি।

ঐখোইনা পাঠকসিংদা নোল্লকনা হাইজরিবদি নোংপোকনি হাইরগা অকবনি, নোংচুপ্তগীনি হাইরগা কত্তবনি অমস্তু মৈতৈনি হাইবনা মূলজাতিনি হাইবা অয়িবা ঐখোইগী কন্নিস্তু লৈজরে। চপমারৈ, মাখোইনা মণিপুরদা চংলকপা মচংলক অমস্তু মাহবু কয়া কুইরে হাইবা অসিতা পুখোকপগুনি। মতাং অসিদা মাপনস্তুবা পন্দুপ লোইরে।

# মণিপুর ইতিহাস।

## ১০ সুবা পন্দুপ।

## প্রাচীন ভারতীয় ইতিহাসদা মণিপুরগী য়াহাঈবা।

## মহাভারতকী মণিপুর।

ঐখোইনা মণিপুরগী মরমদা ভারতকী প্রাচীন ইতিহাসদা খিবদা মণিপুরবু মহাভারততা ইহান চায়া উই। মহাকী মমাংগী অতোপ্পা সাহিত্য অমসু ইতিহাসদা মণিপুরগী মরমদা হাঈরম্বা উদে। মাসিগী মরমদা ভারতবর্ষগী অচৌ২বা পণ্ডিতসিংনা য়াম্না নৈনখরে। কনাগুম্বাসিংনা হৌজিকী মণিপুর অসি মহাভারতকী মণিপুর অদু নত্তে মাদুদি পাঞ্জাব জেল্লাগী মথুংদা সমুদ্রগী মনাক্তা লৈবনি অসুম্না প্রমাণ তৌই। কনাগুম্বসিংনা হাঈব-নাবু মণিপুর কৌবা লৈপাক অমা, মহাভারত্তা হায়রিবা অদুদি, আমেরিকাদা লৈবনি ভারবর্ষদা লৈবা নত্তে (সত্যার্থপ্রকাশ—স্বামীদয়ানন্দ সরস্বতী) অসুম্না হাঈ। অদুগা কনাগুম্বাসিংনা হাঈবনাবু মণিপুরগী রাজবংশসিংনা জাতীয়পরিচয় থোবদা বভ্রুবাহনগী খারানি হাঈবা অসি মাখোংগী খুকন পাঙ্গনবা, চানদা হৈসিংবা, থোবগা লোইনদুনা মতম কুইনা কাউরক্লবনি, অদুনা মাসি তচুম্বামবনি, অদুগা মহাভারতকী ভৌগোলিক সংস্থানগা হৌজিকী মণিপুরগা মান্নদবগুম উবাদ, দেশগী রাষ্ট্রগী বিপ্লবতগী প্রাচীন দেশ থাদোক্তুনা অনৌবা মণিপুর অমা শেমগৎপনি হাঈ (বিশ্ববিজ্ঞান)। ইউরোপকী পণ্ডিতসিংনা হাঈবনাবু লৈপাক অসি মৈতৈলৈপাক অমসু মেকলে অসুম্না কৌরমই। শ্রীহট্টগী বাঙ্গালী -- শান্তদাস কৌবা গোস্বামী অমা লাকুনা মানা গরিবনীওয়াজ কৌবা নিংথৌদা হাঈরে। নখোইদি পাণ্ডবকী খারানি, বভ্রুবাহনগী মচানি। নখোইনা লৈরিবা লৈপাক অসিনা মণিপুর কৌই, অসুম্না থারে। নিংথৌঅদুনা মাহাক্তাবদগী লোয়াইদুনা গোস্বামী অদুদগী দীক্ষা তৌদুনা হিন্দু ওইখিবনি। মাদুগী মমাংদা হিন্দু ওইরমদে। হাওনি, কররি অমত্তা খংলমদে, হিন্দুগী সভ্যতা অমত্তা লৈরমদে। মৈতৈ হাঈবা জাতি অসিনা মণিপুরদা লৈরকপা অসি চহি চনিরোমতা থাইরি, মাদুগী মমাংদা লম অসি মী লৈরমদে 'অসিনাচিংবা হাঈ। মাসুম্না হাঈরিবা পুয়মক অসি খজিকনা

হাঙ্গজবনি, অগ্লাম্বদা মীপুরমকনা মণিপুর অসিবু মহাভারতকী মণিপুরনি হাঙ্গনা তাকত্রবসু মঙ্গিংত্তা পনঙ্গা মহাভারতকী মণিপুরনি, নিংথৌনা বভ্রুবাহনগী থারানি হাঙ্গবা চিংনবা লৈতনা ইথংথংনৈ। মাহুক্তদা বাঙ্গলাগী অমসু হিন্দীসাহিত্যসিংদা অনৌবা সংস্কৃত সাহিত্যগাসু (জ্যোতির্গণিত—বাপুজীবেঙ্কটেশ কেটকার) কাউহুনা প্রসিদ্ধ ওইনা লৈ।

মণিপুরগী হুজিক কংলিবা ইতিহাস অসিগী মমাংদা মণিপুর অসিনা করম্বা মওং ওইরম্বগে? মাহুগা তাইবংপানবগী অতোপ্পা জাতিসিংগা করি মরি লৈনরম্বগে হাঙ্গবা অহুতা নৈনবনি। মাহুদা মথকী পম্পুপকয়ামুকনা মণিপুরগী কৃষ্টি, তিনসোব, লাইশোন, অমসু মাখোইগী উপাসনাগী লম্বেনসিং অহুনা তাকপা জাতিগী পরিচয় অহু উৎখ্রে। হুজিক্তি ঐখোইনা নৈনগদবনি লৈপাক অসিবু বিশেষনা থাইনা মণিপুরগী প্রাগঐতিহাসিক যুগতা খংখিবরা, খংলবদি করম্বা বিশেষত্ব লৈ হাইরম্বগে হাঙ্গবহু মতাং অসিদা নৈনরি। ইউরোপকী পণ্ডিতসিংনা হাঙ্গবা "শান্তদাসনা গরিবনীওয়াজ নিংথৌদা নংখোইদি পাণ্ডু-বংশনি; লৈপাক অসিনা মণিপুর কৌই, হাঙ্গরৈ।" হাঙ্গবা অহুগী মমাংদা লৈপাক অসিগী মীনা লৈপাক অসিবু মণিপুর কৌই হাঙ্গবা খংদে হাঙ্গবসি করিঅমত্তা থাজবা য়াবা রা নত্তে। মাহুগী অরাইবা প্রমাণদি বঙ্গদেশগী নিংথৌ অখোইবা বল্লালসেননা লৈপাক অসিগী লৌশিনগে হোংনবদা মাইথিখিবা, অহুগী মতুংদা নবদ্বীপতা কাশীনাথনা পাল্লবদা মণিপুরদগী বল্লালনা মাইথিবা খংখিবগী রা অসি ইতিহাসদা ইরমই। মতম অহুদদি মণিপুরদদি গরিবনীওয়াজদি পোক্তরি, (বল্লালচরিত — সংস্কৃত ইতিহাস), অহুনদি নবদ্বীপ-কাউবা লৈপাক অসিবু মণিপুর কৌই হাঙ্গবা হান্নানা খংলিবাবু লৈপাক অসিগী নিং-থৌতনবি প্রজাসিংগা লোইনহুনা মণিপুর কৌই হাঙ্গবা খংলমদে হাঙ্গবাঅহু লৌবায়াবা রা নত্তে। মরম অসিনা বঙ্গদেশগী সম্রাট বল্লালসেনগী মণিপুরদা মাইথিখিবা মাহুগী রাহৌদগী নিংথৌ অহুনা মাংখিবা অহু মতাং অসিদা পাঠকসিংগী মুত্তাইনবা লৌথংলি।

বল্লালসেনগী হাকথক্তা গোপালভট্ট কৌবা পণ্ডিত অমনা মহাকী রাজপণ্ডিত ব্যবস্থা-কারী ওইরমই। মহাক্না বল্লালচরিত কৌবা সংস্কৃত ভাষাগী ইতিহাস অমা ইরমই। মতম অহুদা বঙ্গদেশ পুরমক্তা লৈবা জাতি পুরমকী থাইদোক্‌না কৌলিন্য জাতিগীমখে তোঙাম্না খনগৎলমই। মতম অহুগী বঙ্গদেশদা লৈবা জাতি পুরমকী হৌরকপা রারি পুরমক লাইরিক অহুদা ইরমই। মহাকনা জাতি থাইদোকপদা অতোনবাসিংনি হাঙ্গনা জাতি কয়ামুকপু খৎতোকলমই। খোপা নাপিতপু মাখোই অহু শোকহন্দে। মাখোইগী মকি সুরবা খোপা, অমসু খুজিন মশম শেংলুবা নাপিতসিংবু জাতিভ্রষ্ট ওইহল্লমই। নিংথৌ অসিগী রাওয়া কনমনখিবনা খোপানা মকিসুদবা অমসু নাপিতনা শম শেংদবদগী

য়ুমশেংবা য়াদম্বুনা বঙ্গদেশদা হিন্দুসিং অম্ভু জাম্ব তাখি। মাহদগী হৌদনা হুজিককাউবা নাপিতনা মখোইগী মশম, খুজিন ককতরি, ধোপানা ফি শুনরি, অদুনা মাখোই অদু তপশীল জাতি, অস্পৃশ্যহিন্দু কৌদুনা জাত্তাদুনা লৈরি।

ভারতকী স্বদেশীআন্দোলন য়াম্না কনখৎলক্লবা মতমদা ননকো-অপরেশন হৌগৎলকপদা মুকুন্দদাসনচিংবা বঙ্গদেশগী নেতাসিংনা বঙ্গদেশ অপুম্বা ঊশৈশক্তুনা পাউচেন্নমই, অব্রাহ্মণশকনি, নমঃশূদ্র, মালীধুলি, পাতনীনাচিংবা জাতি অসিবু চন্দ্রবৈন্ত ক্রমস্থ শক্তবৈদ্দুনা শোক্তবা করিমরমননো, মাখোই অত্তোনবা জাতিসিং অসিনা এখোই হিন্দুনি হায়রিবামখে মাংই, হায়দুনা শোকে, অদুগা মাখোইনা হিন্দু ওইদরে, হায়দুনা জাতি অমা-মোসলমান খৃষ্টিয়াননাচিংবা ওইরে হায়রবদি, মাদু তেক হায়বগা সেলাম তৌদুনা ধোপা নাপিতনা শোকই। অদুনদি ওম্বোকনা তোনখরে, হিন্দমাতা! নচাবুদি নচা অমনা শোকহনদে, মীচা ওইরে হায়রপদি শেংহনদি, হায়না কপ্পুনা হায়জরমই। অদুপথাম্না হোৎনরগা অদুদা ওম্বিখেদে। মাদুগুম্বা পাউ অদু হিন্দুজগৎনা হুজিককাউবা তাবিদরি। মাম্নপকী মতিক থিনা বল্লালসেন্না জাতিসিং অসিবু থিনা লৈখা তাহনলমই।

বঙ্গদেশদা সেনবংশগী নিংথৌ পুন্নমক মুংথ্রবদা কাশীনাথ কৌবা নিংথৌগী মখাদা ভারতকী সংস্কৃতবিদ্যাগী কেন্দ্র অমা ওইবা, নবদ্বীপ অসি লৈরমই। নবদ্বীপ নিংথৌগী রাজপণ্ডিত আনন্দভট্ট কৌবা পণ্ডিতনা মাগী পূর্ব্বপুরুষ ওইবা গোপালভট্ট কৌবা পণ্ডিতনা ইরম্বা, বল্লালচরিত কৌবা, ইতিহাসগী পরিশিষ্ট অমা খৃঃ ১৫৭৮ দা নবদ্বীপকী নিংথৌগী য়াথংনা লেংখোকই। মাদুদা বল্লালগী অথুম্বা পুন্নমক পণ্ডিত অসিনা কোংদোকখি। মানা ইরমই, বল্লালসেন হায়বসি য়াম্না কত্তবা নিংথৌনি, মানা নাথ যোগীনাচিংবা জাতিবু ধোপা নাপিত শোকহন্দদুনা জাতিভ্রষ্ট তৌরম্বদি মণিপুর লৈপাক্তা লান্দাক্লবগী মাইথিদুনা তৌবনি, অম্বুম হায়না ইরমই। মানা মীবু জাতিভ্রষ্ট তৌরম্বা অদুগী দোষনা মাম্ন পরিবারগা লোইননা মৈচুংদা চোংখদুনা শিখি।

মাদুগী মরমদা পরিশিষ্টনা ইরম্বা শ্লোকসিং অদু লৌথৎলি :——

"ততশ্চকার বিদ্রোহং মণিপুরপতিং প্রতি।
মানহীনো বভূবাহত্ত স্তাড়িতশ্চ গনৈঃ সহ॥
অতস্তু সমরং ঘোরং চকার হি পুনঃ পুনঃ।
যুদ্ধব্যয়নিমিত্তং তদ্ ভূপতিঃ সেনবংশজঃ॥
বল্লভানন্দআঢ্যাচ্চ জগ্রাহবিপুলং ধনং।

পুনঃ পুনঃ ঋণং তস্মাদ্ যাচতে মন্দধীরসৌ॥
তস্য প্রতারণং জ্ঞাত্বা ন দদৌ স বনিক্ পুনঃ।
ইদং হি কারণং যস্মাদ্ বনিগ্‌জাতীঃ প্রতি প্রভুঃ॥
ক্রুদ্ধো ভূত্বা স বল্লালশ্চকার জাতিপাতনম্।
ততো যেন প্রকারেণ বল্লালো নিধনং গতঃ॥
অগ্নিদাহনযোগেন স্বজনৈঃ সহ তৎ শৃণু।

বল্লালসেন্না মণিপুর নিংথৌপা লান শোরুখি, মাতুদা য়াম্লাখিনা মাইথিখি, লান্দাকবদগী মাগী তেঙ্গোলগা লোইননা তানখোক্লকই। মাতুগী তুঙাইতদুনা বল্লালসেন্না তোইনা ২ মণিপুরদা লান্দারে। লানসিং অতুদা মাইথিরবদা লানগী শেনলৈতংনা মাগী প্রজাদগী সেন য়াম্লা খাইগংখি। নিংথৌ অসিনা নাথ—যোগী শাগৈদা পোকপা বল্লভানন্দ আচা কৌবা এনাকখুনবদগী শেন য়াম্লা পুরে। মণিপুরগী লান অতুনা য়াম্লা তোইনা শোরুবা অতুদা হঞ্জন ২ পুরদা মাগী মতাং অদু খংলতুনা মমৈদা শেন পীদরে। মাতুদগী সনা ললোনবা নাথযোগী শাগৈ পুম্নমকপু সাউতুনা জাতিভ্রষ্ট তৌখি। মাতুগী তোঙদগী বল্লাল-সেন নিংথৌসু মৈদা চোংসিন্দুনা সিখি। মানা সিখিবগী মরম অতুসু বল্লালচরিতকী পরিশিষ্টদা হাঙ্গরমই. মাতগী অসপ্পা য়াদি অসিনিঃ—

নাথ যোগী জাতিগী পীতাম্বর কৌবা পণ্ডিত অমা লৈরমই। মাবু বল্লালসেননা গুরুগুম্না য়াম্লানুনা তোই। নিংথৌগী মচানুপী অমগী বিবাহগী এংবদা পীতাম্বর পণ্ডিতনা বরকন্যা অনিসি বিবাহ তৌরবদি বর সিগনি হাঙ্গিরে। নিংথৌনা অতোপ্পা ব্রাহ্মণ ৮ কৌতুনা এংহনবদা পণ্ডিত নিপান অতুনা য়ামনা শকনৈ কৈ হাঙ্গিরে, নিংথৌনা পীতাম্বরবু কাতুনা থমখি, অদুগা নিংথৌমচানুপী অদু বিবাহ তৌই। বিবাহগী অহিং অতুমক্তদা নাতুনা বর অদু সিরে, নিংথৌমচানুপী অদু লুখ্রাবী ওইরে। মাতু উবদা নিংথৌনা কিরতুনা পীতাম্বরবু থাদোক্লে, হাঙ্গজতুনা পেলহনলে। নিংথৌনা য়না য়াম্লা পীরে। পীতাম্বরনা ঐ শেনসিং অসি পামদে, মহাদেব পুজা তৌননবা লম খরা পিয়ু হাঙ্গনা নিতুনা মহাদেব পুজা তৌতুনা লৈখি।

মতুং কাইনথংদা বল্লালসেনগী রাজপুরোহিতনা শিবপুজা তৌবদা শিবলিঙ্গ কংপা পোংকী মরমদা লাইপু পীতাম্বরনচিংবা যোগীসিংগা রাজপুরোহিতনাচিংবা ব্রাহ্মণসিংগা যুররে। মতম অতুদা মণিপুরকী মাইথিরতুনা সেনপুরদা পিদে হাঙ্গতুনা নাথ যোগী শাগৈবু সাউতুনা লৈবা বল্লাল নিংথৌনা যোগীগা ব্রাহ্মণগা থংনবা অতুদা যোগী শাগৈবু য়াম্লা শাউখি।

বল্লালসেননা হাঙ্গীরম্বা অত্থুঙ্ক মাগী চরিত ইবা ইতিহাসদা গোপালভট্টনা সংস্কৃতনা ইরম্ই-

"সেনরাজবংশজো বল্লালঃ প্রত্যভিজ্ঞানিতোহহম্। যদি দুঃশীলান্ হিরন্যবনিজঃ অধমজাতীয়ানাং মধ্যে ন গণয়িষ্যামি, বল্লভানন্দস্য দুরাত্মনঃ সমুচিত দণ্ডবিধানং ন করিষ্যামি, ধর্ম্মগর্ব্বিতানাং ভণ্ডযোগিনাঞ্চ উৎসাদনং ন করিষ্যামি তদা গোব্রাহ্মণযোষিদাদি ঘাতেন যানি পাতকানি ভবিতব্যানি তানি মে ভবিতব্যানীতি। অন্ধরাজস্য শতপুত্রবিনাশায় ভীমসেনো যাদৃশীং প্রতিজ্ঞামকরোৎ, এতেষাং সম্বন্ধে প্রতিজ্ঞা মে তাদৃশী ভাবিতব্যা। এভিঃ সহ অদ্যাবধি একাসনোপবেশনম্, এতেষাং দানাদি গ্রহণং, যজন যাজনাদিকং, সাহাজয্যমাত্রং বা যে করিষ্যন্তি, তেহপি পতিতা ভবিষ্যন্তীতি। অতএব পট্টসূত্রাদি ধারণং ব্যর্থম্॥"

ঐ সেনরাজগী শাগৈদা পোকপা বল্লাল অসুনা খাউরিবনি। মখমচং ফত্তবা, সনা লল্লোনবা, নাথযোগীসিংবু ১ম্ নু ফত্তবা বল্লভানন্দ আচ্যগী মতিকচাবাদণ্ড পীব্রবা, ধর্ম্ম লৈ হাঙ্গীদুনা নাপনতৌবা ভণ্ডযোগী শাগৈবু মাংহনব্রবা, অদু ওইরবদি যদ. ব্রাহ্মণ অমসুং নুপীনাচিংবাবু হাংলুরগা পুবা হৌনবাপাপ অদু ঐ পুরগে; ধৃতরাষ্ট্রগী মচা চাম হাৎনবা ভীমনা শকখিবা ৱাশক অদু মাখোই অসিগী মরমদা ঐনা শক্লুবনি। ওসিদগী হৌদুনা মাখোই অসিগা ফম্মীরবা, মাখোইগীদান লৌবা, মাখোইগী পূজাঅর্চ্চা তৌবা, মাখোইবু তৌহনবা, চুমগী সহায্যতা তৌরুবা ওইরবসু মাখোইগা তিন্নরুবা মীপুম্মক পতিত ওইগনি। অদুনা মাখোইনা পট্টসূত্র * থাংবা অরেম্বনি।" অসিনি

মাসুম তৌদুনা নাথ যোগীশাগৈবু নিংথৌনা মাংখোক্লবদা এনাক থুনবাদ বঙ্গদেশদা মাখোইনা ইহেন হেনগি। অদুনা মাখোইমশেন তান্নরে। মাখোইগী সেবাতৌবা মী অমসুং ধোপা নাপিতসিংবু শেন য়াম্না পিদুনা মাখোইগী সেবা তৌনহল্লদে। কায়স্থ জাতিসিংদি সেবাতৌবিনবা মী লৈতরে। মাদু বল্লালসেন্না উরদুনা সাউরে। নিংথৌগী য়াথং পাউচেম্বোকলে। বঙ্গদেশদা অতোনবা জাতিসিংগী মফি সুরুবা শুক্লবৈদ্য (ধোপা) অমসুং চন্দ্রবৈদ্য (নাপিত) সিং জাততাগনি হাঙ্গীরে। নিংথৌবু কিবদগী ধোপা নাপিত পুম্নকনা নাথযোগীনাচিংবা জাতি পুমনমক শোকখিদে, অদুদগী বঙ্গদেশদা জাতি অসি পতিত ওমনা ওইখি। নাথ যোগী জাত তাবা অদুদা হাম্না বঙ্গদেশদা শাগৈজাত ফত্তবনি হাঙ্গীনা খংনবা পাতনী, নমঃশূদ্র, মালীধুলীনাচিংবাসু ধোপা নাপিত ফংখিমরে। অদুবা

* পট্টসূত্র কৌবদি থৈতেয়োন্দা উত্তগী হাখৈনৈ, থুমোনখরিয়োমতা পাকপা ফুত্তনওয়া শাংবা লংনা লোনত্তনা য়াইবা অদুনি। মাসি নাথযোগী কৌবা জাতিনা লখোইয়গম্ পোইমবম্ সিবা চৎনৈ।

মুমশেংবা মাদছুনা জাতিভ্রষ্ট ওইখি, মখোইগী পুরোহিত ব্রাহ্মণ ফংখিদরে। অমসু মাসুমনা নাথ যোগীশিংনা জাতভাবদা মহাদেব লাংপা, বল্লালনা লমদান তৌছুনা মহাদেব পূজাতৌবা পীতাম্বর যোগীসু পতিত ওইখি। মাতুদা ইকাইবা মুক্তাইতবনা পীতাম্বরনা নিংথৌবু পরিবারগা লোইননা মৈনা চাকু্না সিয়ু। অসুমনা চৈখি।

মতুং কাইনথংদা বঙ্গদেশদা অকনবা লাল্ অমা লাকলে। বল্লালসেননা লান অসিদগী মাবু হিংগনি হাইবা থাজদরে। মানা লান চংলমদাইদা কোমুংমচুংগী মহারাণীনা-চিংবী ফজরবী চুপীসিং অচুগা বিদায় তৌনবদা হাইরমই। লান অসিদা ঐনা মাইথিরবদি নংখোই অপুম্বা এক্কবনা ফাখিনি, মাতুদা নখোইদি করম তৌগনি? হংই। চুপীসিংনা হাই, ঐখোইদি মহারাজনা সিরবদি অনুমরণ তৌছুনা মৈমুংদা চংছুনা সিগে হাইনা রাশকই। নিংথৌনা হাইরে, অচু ওইরবদি লান্দা পাউ পুনবা খুমু অসি পুথিগে, ঐনা মাইথিরবদি খুমু অসি থারকনি, মাতুদা নখোইনা ঐ সিরে হাইবা পাউ য়াম্না খুনা এক্কবনা থুংলদরিডৈদা ফংগনি তাক্রমই। লানফমদ চংখরে, ঈশ্বরগী নোংদমনা লাল অচু বল্লালনা ওমলে। মাতুগী হরাউছুনা লাংলিডৈদা পুরকপা খুমু অচু পোন্দগী নাম্থোক্তুনা কোমুংতাম্না পাইখরে। মহারাণীনাচিংবীনা খুমুচু উবদা নিংথৌ শিরে নিংছুনা ইপন পন্দনা কোমুংগী চুপী অপুম্বা মৈমুংদা চোংশিন্দুনা শিখি। নিংথৌসু সিরমগনি হাইনা তাম্নরকপদা নংহোদরে। মথরাইবু হেনবী মতুসিংগী সিরম্বা অচু উবদা মহাকম্ থাংবা ওমদছুনা মৈমুং অচুদা চোংথছুনা সিখি।

"রণক্ষেত্রেস্ততো রাজা আগত্য নিজমন্দিরম্।
দদর্শ ক্ষণমাত্রেণ সর্ব্বনাশং সুদুঃসহং।
দৃষ্টিমাত্রেণ সঞ্জিপুস্তূর্ণং ক্ষিপ্ত্বাতু পাবকে।
আত্মানং সর্ব্বসন্তাপং মুমোচ স্ত্রীগনৈঃ সহ॥" ইতি

মাসুমনা বল্লালনা মণিপুরদগী মাইথিবদগী জাত তাহনখিবসিং অচু চুজিক ফাউবা মাখোইনা ধোপা, নাপিত, অমসু উচ্চকুলগী ব্রাহ্মণ ফংদরি। সমাজনা তিন্নাবিদরি। অচৌ ২ বা দেশনেতাসিংনা চুজিকফাউবা কোকপীবা ওমদরি।

খৃঃ ১৯৩৯ দা মাখোইনা মণিপুর নিংথৌগী প্রতাপতগী বল্লালনা ঐখোইবু ধোপা, নাপিত থিংবিরম্বনি। কোকপিয় হাইনা মণিপুরপতি মহারাজ শ্রী'র চূড়াচান্দসিংহ কে সি এস আই, সি বি ইদা হাইজছুনা মী লিসিং ২ ওইনা নাম পিনবিছুনা বল্লালসেনগী মীচৈদগী কোকপিখি। অচুমা বল্লালনা থিংলম্বদগী মাবু ওম্বা মণিপুর নিংথৌনা কোপিরবনিনা

য়ারে হাইদুনা চন্দ্রবৈশ্যসিংনা নাম্বকংলবা জাতিসিংবু শোকপা চৌথি।

বল্লালসেননা মণিপুর নিংথৌদা মাইথিবা কংখিবা অসি মহাক্কী ঐতিহাসিক নাটকনা চিংবনদি য়ুমৈদা মণিপুরগা চান্নথি। অমসু মণিপুরনা চংজবগুম্না পুথোকই। মাহ্ন চুমদবনি। মাহোন্দগী মৈতৈনা মাইথিবা ইতিহাস খুদিংদা হায়দে। অদুগা মণিপুরদা মানা লান তৌইনা শোক্লখি হায়বা অসিদি বল্লালগী ইতিহাস পুন্নমক্তা কাউদুনা লৈবনি। মানা মণিপুরগা মরিলৈনরুবগী মরমদি বল্লালসেন হায়বসি আদিশূরগী ৯ শুবা মচুনি। বল্লালচরিত ইতিহাসগী পরিশিষ্ট লেংবনদি জারজনি হায়। মানা পোকপগী মরমদা হায়নবদি বিজয়সেন নিংথৌগী মচু সুলোচনানা নিংথৌগা খাইনরবদা ব্রহ্মপুত্রনদদা স্নান তৌবা লাকই। মাদুদা নিপা অমনা গর্ভ পিদুনা বল্লাল পোকই, নিপাদুবু ব্রহ্মপুত্র কৌবা ভুংদেননা ওনবনি হায়নৈ। মাদুগী মরু ওইবা রাদা বল্লালসেন অসি আসাম লৈপাক্তা য়াম্না মরি লৈনৈ। অদুনা আসামগী মচুংদা থুকনপাক্লগা পাল্লকপা মণিপুর অসি মাগী ওইবা য়াম্না পামখিবনি। বল্লাল চরিত ইবা গোপালভট্টনা খুইগী চহি ১৩৭৮ দা লাইরিক অসি বল্লালগী পেল্লবা ইরম্বনি, অদুনা মতম অদুদনা মণিপুর হায়বা মিংকম অসি বিদেশদা কৌনরমই, হায়বসি করিসু চিংনকম লৈতে। অদুনদি বল্লাল পোক্তরিদেংগীনা হৌজিক্তা মণিপুর অসি, মণিপুর কৌই হায়বা ইংখাইনা থংনরমই, হায়বা বল্লালচরিতকী প্রসঙ্গনা ভাকতুনা লৈ। অদুবু কাইনথংদা শাস্ত্রদাসনা গরিবনীরাজদা হায়জিন্দুনা থোনবা মিংনি, হায়বা অসিদি করিসু লৌকম থোক্তে।

## মহাভারতকী মণিপুর।

নারদ মুনিগী য়াথংনা পাণ্ডব মতামক্তা রাশকনখি। দ্রৌপদীগা লৈমন্নরিদৈদা ঐখোই মতামক অমগা অমগা উনরোই। মাদুদা ঐখোইগী ইরক্তগী অকাইবা য়াউররুবদি অকাইবনা চহি ১২ নিখোই বন চৎকনি। লোংমদি যুধিষ্ঠিরগা দ্রৌপদীগা লৈরিদৈদা আহংদা হুরানবসিংনা ব্রাহ্মণ অমগী মথ হুবিখরে। মপু ব্রাহ্মণনা কপুনা অর্জ্জুনদা লাউররে। অর্জ্জুননা হুরানবা কাগে নিংদুনা খুৎলাই লৌবচংবদা যুধিষ্ঠিরগা দ্রৌপদীগা লৈমন্নরবা উরে। হাংনথিবা রাশক কাইরদুনা মাদুদগী অর্জ্জুননা চহি ১২ নিখোই ব্রহ্মচারীব্রত তৌদুনা বন চৎখি।

অর্জ্জুননা বেদবেদাঙ্গ হৈবা ব্রাহ্মণ, অমসু সুত, মাগধবন্দিনসিংগা লোইনদুনা বনচৎপা মীয়াম পুদুনা তীর্থ চৎলকই। অহানবদা হরিদ্বারদা চৎলি, শ্রীগঙ্গাদা স্নান তৌরিদৈদা লিননিংথৌগী মচানুপী উলুপীগা উনদুনা উলুপী লৌই। অদুগী তুংদা তুঙ্গনাথ, মথংদা

হিরণ্যতীর্থদা চৎলি, মাশুম তৌদুনা তীর্থ ময়াম চৎলকই।

প্রাচীং দিশমভিপ্রেপ্সু র্জগাম ভবতর্ষভঃ।

অর্জ্জুননা নোংপোক্কা লৈবা তীর্থ ময়াম চৎকে নিংদুনা তীর্থ পুন্নমক মথং ২ লাকই। উৎপলিনী নদী, নৈমিষারণ্য, নন্দা, অপরনন্দা, কৌশিকী অদুগী তুংদা মহানদী মনাক্কা গয়া চৎলি। অদুগা নোংপোক্কা লাক্তুনা গঙ্গা য়ৌই।

হাঈশ্রবা লম্বেল অসিদা লাকপা মতমদা লৈরম্বা তীর্থসিংদা স্নান অমসু দান তৌদুনা অঙ্গ, বঙ্গ, অমসু কলিঙ্গদা লৈবা তীর্থসিংবু সেবা তৌরমই। মাদুদা কলিঙ্গ য়ৌরমদাইদা চিং ময়াম য়ৌরকপদা কলিঙ্গগী তীর্থসিংগী মতিক মগুন অদুপ চাউদবনা ব্রাহ্মণসিংদি হনখোরে। অথোবা অর্জ্জুননা সহায়ক থরতগা লোইনদুনা কলিঙ্গ লাম্হোকতুনা নোং-পোক মাইকৈদা লাকই।

মহেন্দ্রপর্ব্বতং দৃষ্ট্বা তাপসৈরুপশোভিতম্।
সমুদ্রতীরেণ শনৈঃ মণিপূরং জগামহ॥

লাইনিংথাসিংনা মাগী মথক্তা লৈদুনা ফজরবা মহেন্দ্র কৌবা চিংবু উরগা সমুদ্রমপানলোমদা লাক্তুনা মণিপুর লৈপাকপু তপনা য়ৌখি।

তত্র সর্ব্বাণি তীর্থানি পুন্যান্যায়তনানি চ।
অভিগম্য মহারাহুরভ্যগচ্ছন্ মহীপতিম্।

মাদুদা লৈবা তীর্থ, পুন্ন ওইবা মন্দির, অমসু ফজরবা ফুরাসিংবু চংলমলগা অকনবা অর্জুননা নিংথৌ উনবা চংখি।

মণিপূরেশ্বরং রাজন্ ধর্মজ্ঞং চিত্রবাহণম্।
তস্য চিত্রাঙ্গদা নাম দুহিতা চারুদর্শনা॥
তাং দদর্শ পুরে তস্মিন্ বিচরন্তী যদৃচ্ছয়া।
দৃষ্ট্বা চ তাং বরারোহাং চকমে চৈত্রবাহিণীম্॥

ধর্ম্মখংবা, চিত্রবাহন কৌবা মণিপুর নিংথৌ উন্নরগা মহাক্কী মচানুপী কোমুং মঙ্গংদা চুম্না কোইনা চত্তুনা লৈবী, ফজবী চিত্রাঙ্গদাবু অর্জ্জুননা উরে, নিংখিজবা নিংথৌমচানুপীবু উরগা অর্জ্জুননা পামখি।

অভিগম্য চ রাজানমবদৎ স্বং প্রয়োজনম্।
দেহিমে খল্বিমাং রাজন্ ক্ষত্রিয়ায় মহাত্মনে॥

অর্জ্জুননা নিংথৌদা চংহুনা মাগী কান্নবা ব্রা হাঈখি, হেনিংথৌ ক্ষত্রিয় শাগৈদা পোকপা পুকচেন চাওবা ঐঙোন্দা নচান্নুপী অসি পিয়ু।

তৎশ্রুত্বা ত্বব্রবীৎ রাজা কস্য পুত্রোঽসি নাম কিম্।
উবাচ তং পাণ্ডবোহং কুন্তীপুত্রো ধনঞ্জয়ঃ।

মাহুতারগা নিংথৌনা কনাগী মচানো? নমিং করি কৌই? অমুম্না হংখি, অর্জ্জুননা খুমই, ঐদি ইপানা পাণ্ডু, ইমানা কুন্তী কৌই, ইমিংনা ধনঞ্জয় ( অর্জ্জুন ) কৌই।

তমুবাচাথ রাজা স সান্ত্বপূর্ব্বমিদং বচঃ।
রাজা প্রভঞ্জনোনাম কুলেঽস্মিন্ বভূবহ॥

নিংথৌ অহুনা অর্জ্জুনবু অথেম্বা ব্রাইনা হাঈ, ঐগী শাগৈদা প্রভঞ্জন কৌবা নিংথৌ অমা ওইখিরমই।

অপুত্রঃ প্রসবার্থী তপস্তেপে স উত্তমম্।
উগ্রেণ তপসা তেন দেবদেবঃ পিনাকধৃগ্।
ঈশ্বরস্তোষিতঃ পার্থ দেবদেব উমাপতিঃ।
স তস্মৈ ভগবান্ প্রাদাদেকৈকং প্রসবং কুলে।

মচাপোক্তবা নিংথৌ অহুনা মচা পোকনিংহুনা অকনবা তপস্যা তৌখি, অহুগুম্বা তপস্যাগী পাঙ্গল্না লাইগীলাই, পিনাক পাইবা ইশ্বরবু পেনহনখি, হে পৃথাগী মচা! পেনবিরবা লাইগী লাই, পার্ব্বতীগী মপু ভগবান্ মহাদেবনা নিংথৌ অহুদা "নংগী শাগৈদা নঙোন্দগীনা নচানিপা অমামম পোকউ" বর পিখি।

এৈকেকঃ প্রসবস্তস্মাৎ ভবত্যস্মিন্ কুলে সদা।
তেষাং কুমারাঃ সর্ব্বেষাং পূর্ব্বেষাং মম জজ্ঞিরে॥

মাহুদগী হৌহুনা শাগৈ অসিদা মচা অমামম পোকখি। ঐগী ইথক্তা হৌখিবাসিংগীদি মচানু নিপা ওাক্তনি।

একাচ মম কন্যেয়ং কুলস্যোৎপাদিনী ভৃশম্।
পুত্রো মমায়মীতিমে ভাবনা পুরুষর্ষভ।

ঐগী ইচান্নপী কন্যা অসিদি মথন্তনি, মানা ঐগী শাগৈবু মুংহনলোই, হে নিপা অথোইবা! মাসিনা ঐগী ইচানিপানি, অমুম্না ঐনা নিংই।

পুত্রিকা হেতুবিধিনা সংজ্ঞিতা ভরতর্ষভ।
তস্মাদেকঃ সুতোহস্যাং জায়তে ভারত ত্বয়া॥
এতচ্ছুল্কং ভবত্বস্যাঃ কুলকৃজ্জায়তামিহ।
এতেন সময়েনেমাং প্রতিগৃহ্নস্ব পাণ্ডব॥

মরম অসিগী রাএননা (মচানিপা পোক্লবাগীদমক তৌবা রাএন্না) থাজবা অসি হে ভরতবংশ অথোইবা পুত্রিকা কৌই, মরম অদুদগী মুপী অসিদা নংনা মচানিপা অমা পোকপা, হে ভরতকী মশু! মাসিনা মুপী অসিগী মমল ওইসনু, অদুগা মানা ঐগী শাগৈ ওইবা মচা পোকসনু, অসিগুম্বা রা অসি লেপনদুনা হে পাণ্ডুগী মচা নংনা কন্যা অসি লৌ (মতাং অসিদা নীলকণ্ঠ টীকাকারনা হাঙ্গী — দক্ষিণদা কেরল লৈপাক্তা নিঙোলমচাগী লৈপাক হাঙ্গীনা চংনবা উরি, অমুম্না হাঙ্গী। মাদুনা মরম ওইদুনা মণিপুরবু দক্ষিণলোমদা লৈবনি হাঙ্গীনৈ, মাদুদি টীকাকারনা হাঙ্গীবা নত্তে, লিচং নিঙোলমচাদা লৈপাকপিবা চংনৈতা হাঙ্গীজবনি, নোংপোকসু মচানা মুপী (মমা) গী শাগৈ ওনবা দুজিকফাউবা চংনবা লৈপাক লৈ, অদুগা মণিপুরদি নোংপোক্তী মথুংচনবনি হাঙ্গীবদি মহাভারতকী মথক মথানা তাকলি। গঙ্গা য়ৌরগা কোম্না মণিপুরদা চংপনি, কেরলদি গঙ্গাদগী মনিংলোমদা য়াম্না চংথরগনি)।

সতথেতি প্রতিজ্ঞায় তাং কন্যাং প্রতিগৃহ্য চ।
উবাস নগরে তস্মিন্ তিস্রঃ কুন্তীসুতঃ সমাঃ।
তস্যাং সুতে সমুৎপন্নে পরিস্বজ্য বরাঙ্গনাম্।
আমন্ত্র্য নৃপতিং তং তু জগাম পরিবর্ত্তিতুম্॥

অর্জ্জুননা মরে অমুম হাঙ্গীদুনা প্রতিজ্ঞা তৌদুনা কন্যা—চিত্রাঙ্গদাবু লৌখি (মাসি মমিং মান্নবদগী অনৌবা পণ্ডিতসিংনা খংদদুনা চিত্রাঙ্গদাবু গন্ধর্ব্বদা ওংলুরবী লুখ্রাবীনি অমুম্না ব্যাখ্যা তৌই, অদুনা মণিপুরদা বিধবা বিবাহ তৌই, হাঙ্গীনৈ, মাদু চুমদে, গন্ধর্ব্বদা ওংবী চিত্রাঙ্গদাগা মমিং মান্নবতনি, মহাভারতনা কন্যা হাঙ্গীরিবা অসিনি, মাদুগী মরমদা পৃথিবী ইতিহাসদা সন্দোকা ব্যাখ্যা তৌরি)। বিবাহ তৌরগা মণিপুরদা অর্জ্জুননা চহি অহুম লৈরমই, মচানিপা অমা পোক্লবদা চিত্রাঙ্গদাদা তাকদুনা চিত্রবাহন নিংথৌগী য়াথং লৌদুনা ঐ অমোক হন্নকে হাঙ্গীদুনা অর্জ্জুননা তীর্থ চংখি।

———(০)———

ততঃ সমুদ্রে তীর্থানি দক্ষিণে ভরতর্ষভঃ।

অদুগী মতুংদা সমুদ্র মপানলোমদা লাকতুনা মখারোমদা তীর্থ ময়াম চংলি। পঞ্চতীর্থদা চত্তুনা অগস্ত্যতীর্থ, সৌভদ্র, পৌলোম, কারন্ধম, অমসু ভরদ্বাজ কৌবা তীর্থমচা চংলি। ব্রহ্মশাপনা কুম্ভীর ওইদুনা লৈবা অপ্সরা মঙা লানবিরমই, মাসুমা তীর্থময়াম চংলুরগা

চিত্রাঙ্গদাং পুনর্দ্রষ্টুং মণিপুরং পুনর্যযৌ।

চিত্রাঙ্গদা উননবা অমোক হন্না মণিপুরদা হনখি।

তস্যামজনয়ৎ পুত্রং রাজানং বভ্রুবাহনম্।

তং দৃষ্ট্বা পাণ্ডবো রাজং শ্চিত্রবাহনমব্রবীৎ॥

চিত্রাঙ্গদাদা মানা পোকপা বভ্রুবাহন নিংথৌবু উরগা পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুননা চিত্রবাহনদা হাঈরমই।

চিত্রাঙ্গদায়াঃ শুল্কং ত্বং গৃহাণ বভ্রুবাহনম্।

অনেন চ ভবিষ্যামি ঋণান্মুক্তো নরাধিপ॥

চিত্রাঙ্গদাগী মমল ওইবা বভ্রুবাহন অসি নং লৌরো, হে নিংথৌ অথোইবা! মাসি পিবা অসিনা ঐনা লমন কোকপা ওইরে।

চিত্রাঙ্গদাং পুনর্বাক্যমব্রবীৎ পাণ্ডুনন্দনঃ।

ইহৈব ভব ভদ্রং তে বর্দ্ধেথা বভ্রুবাহনম্।

অর্জ্জুননা চিত্রাঙ্গদাদা অমোক হাঈ,— নংদি মণিপুর অসিদা লৈয়ু, নংগী মঙ্গল ওইগনি, বভ্রুবাহনবু চাউনবা য়োকউ।

ইন্দ্রপ্রস্থ নিবাসং মে ত্বং তত্রাগত্য রংস্যসি।

কুন্তীং যুধিষ্ঠিরং ভীমং ভ্রাতরৌ মেকনীয়সৌ।

আগত্য তত্র পশ্যেথা অন্যানপিচ বান্ধবান্।

বান্ধবৈঃ সহিতাঃ সর্ব্বে নন্দসে ত্বমনিন্দিতে॥

ঐনা ইন্দ্রপ্রস্থদা লৈগনি, মাদুদা নং লাকতুনা ঐগা সান্নগনি। কুন্তী, যুধিষ্ঠির, ভীম অমসু ইনাউ অনি অদুগা অতোপ্পা বান্ধবশিংবু মাদুদা নংনা উনগনি। হে দোষ লৈদ্রবী! মখোয়শিংগা লোইনদুনা নংনা নুঙাইগনি।

ধর্ম্মে স্থিতঃ সত্যধৃতিঃ কৌন্তেয়োহথ যুধিষ্ঠিরঃ।

জিত্বাতু পৃথিবীং সর্ব্বাং রাজসূয়ং করিষ্যতে।

ধর্ম্মতৌবা, পুকচেনচেৎপা কুন্তীগী মচা যুধিষ্ঠিরনা পৃথিবী অপুম্বাবু জয় তৌরগা রাজসূয় যজ্ঞ তৌগনি।

তত্রাগচ্ছন্তি রাজানঃ পৃথিব্যাং নৃপসংজ্ঞিতাঃ।
বহূনি রত্নান্যাদায় আগমিষ্যতি তে পিতা।

যজ্ঞ অদুদা নিংথৌনিত্তবু হাঈনা কৌরবদি নিংথৌ পুম্নমক ভন্না লাকনি। রত্নমন্নাম পুদুনা নপানিংথৌসু লাকনি।

একসার্থং প্রয়াতাসি চিত্রবাহনসেবয়া।
দ্রক্ষ্যামি রাজসূয়ে ত্বাং পুত্রং পালয় মাশুচঃ।

চিত্রবাহনগী সেবা তৌদুনা খোংবু অমত্তা নংনা কংখরে, রাজসূয়দা নংবু ঐনা উনগনি, নচানিপা য়োকউ, কাইনবগী রাগদু।

বভ্রুবাহন নাম্নাতু মমপ্রানোমহীচরঃ।
তস্মাদ্ ভরস্ব পুত্রং বৈ পুরুষং বংশবর্দ্ধনম্॥

ঐগী থরাইনা বভ্রুবাহন কৌদুনা লৈপাক্তা চৎলিবনি, শাগৈ চাউখৎনবা ইচানিপা অসি য়োকউ।

চিত্রবাহনদায়াদং ধর্ম্ম্যাৎ পৌরবনন্দনম্।
পাণ্ডবানাং প্রিয়ং পুত্রং তস্মাৎ পালয় সর্ব্বদা॥
বিপ্রযোগেন সন্তাপং মাকৃথা ত্বমনিন্দিতে।
চিত্রাঙ্গদামেবমুক্ত্বা গোকর্ণমভিতোঽগমৎ॥

পাণ্ডবকী অচানবা মচা অসি পৌরবংশদা পোকপনি, অদুবু পুত্রিকা ধর্ম্মগী রাএন্না মমাপোকপা মপু চিত্রবাহনগী শাগৈ স্বত্বাধিকারী ওইরে, অদুনা নংনা মতম পুম্নমক্তা য়োকউ। হে দোষ লৈতবী। ঐগা কাইনরে হাঈদুনা নং রাগদু অসুম্না চিত্রাঙ্গদাদা হাঈরম্লগা অর্জ্জুননা গোকর্ণদা চৎখি।

হৌজিক মণিপুরগা লৈবা বভ্রুবাহনগী ধারা ক্ষত্রিয়মচাসিং অসি মাখোইগী প্রাচীন ইতিহাসদা পাণ্ডুবংশনি হাঈদে, মরমদি অর্জ্জুনদি ইন্দ্রগী মচানি, হাঈনা মহাভারতত্তা কাউই, মরম অদুনা মমা লৌদুনা লাএক লাইখোং চদুনা পোকপা, অমসু ইন্দ্রগী শাগৈনি হাঈদুনা "ইনথোজ" গী ধারা অসুম্না কৌই।

# মণিপুরদা অর্জ্জুনগী মাইথিবা।

অর্জ্জুননা প্রাগ্‌জ্যোতিষপুর – বর্ত্তমান গৌহাটিদা ভগদত্তগী মচাগা লান শোক্লদুনা থন্ন তৌই। মথংদা সিন্ধুদেশ জয় তৌই, অদুগা মণিপুর দেশদা সগোলগী মতুং ইন্দুনা অর্জ্জুন লাকই।

বৈশম্পায়ন উবাচ, শ্রুত্বাতু নৃপতিঃ প্রাপ্তং পিতরং বভ্রুবাহনঃ।

নির্যযৌ বিনয়েনাথ ব্রাহ্মণার্থপুরঃ সরঃ॥

মণিপুরেশ্বরং ত্বেবমুপয়াতং ধনঞ্জয়ঃ।

নাভ্যনন্দৎ স মেধাবী ক্ষত্রধর্ম্মমনুস্মরন্॥

উবাচ চ স ধর্ম্মাত্মা সমন্যুঃ ফাল্গুনস্তদা।

প্রক্রিয়েয়ং নাতযুক্তা বহিস্ত্বং ক্ষত্র ধর্ম্মতঃ॥

মণিপুর নিংথৌ বভ্রুবাহননা মপা লাকলে হাঙ্গবা তারদুনা ব্রাহ্মণ অমসু খুদোলপোৎ শেনথুমবু মাংওইননা পুদুনা য়াম্না নোনলুকনা ওকখি। লৌশিংকবা অর্জ্জুননা ক্ষত্রধর্ম্ম নিংসংদুনা মচানা ওক্লববু পেনখিদে, ধর্ম্মতা থনবা অর্জ্জুননা অসাউবগা লোইনদুনা হাঙ্গি, থৌদৌ অসি নংনা মতিক চাদে, নং ক্ষাত্রধর্ম্মদগী মপান থোকলে।

সংরক্ষ্যমানং তুরগং যৌধিষ্ঠিরমুপাগতম্।

যজ্ঞীয়ং বিষয়ান্তে মাং নাযোৎসীঃ কিংনু পুত্রক॥

ধিক্ ত্বামস্তু সুদুর্বুদ্ধিং ক্ষত্রধর্ম্মবহিস্কৃতম্।

যো মাং যুদ্ধায় সংপ্রাপ্তং মাং সাম্না প্রত্যগৃহ্নথাঃ॥

ন ত্বয়া পুরুষার্থোহি কশ্চিদস্তীহ জীবতা।

যত্ত্বং স্ত্রীবদ্ যথাপ্রাপ্তং মাং সাম্না প্রত্যগৃহ্নথাঃ॥

যদ্যহং ন্যস্তশস্ত্রস্ত্বা মাগচ্ছেয়ং সুদুর্ম্মতে।

প্রক্রিয়েয়ং ভবেদ্যুক্তা তাবত্তব নরাধম॥

হে ইচা করিনো? যুধিষ্ঠির নিংথৌগী সগোল ঙাক্তুনা লান শোক্লবা লাকপা ঐবু বিষয় অসিদা নংনা লান শোক্লদে। ক্ষাত্রধর্ম্ম থাদোক্লবা পুকচেল অতোনবা নং অসি অতোনবা ওইয়ু, নংনা লান লাকপা ঐবু থেমদুনা ওকলি। নংদি হিংদুনা তাইবংপানবা অসিদা কারবা নিপা ওইবগী অমত্তা লৈতে। নংনা নুপীগুম্না অথেম্না অনৌবা য়াহৈ হাইদুনা লান লাকপা ঐবু ওকলি। হে পুকচেল পিকপা! ঐনা ইথুত্তগী খুৎনাই

থাবোক্‌না নঙোন্দা চংজরবদি নংনা ঐবু থেৎনা ওকলিবা অসি তৌবা য়াই।

তমেবমুক্তং তত্রাতু বিদিত্বা পন্নগাত্মজা।
অমৃষ্যমাণা ভিত্ত্বোর্ব্বীমুলূপী সমুপাগমৎ ॥
সা দদর্শ ততঃ পুত্রং বিমৃশন্তমধোমুখম্।
সংতর্জ্যমানমসকৃৎ পিত্রা যুদ্ধার্থিনা প্রভো ॥
ততঃ সা চারুসর্ব্বাঙ্গী সমুপেত্যোরগাত্মজা।
উলূপী প্রাহ বচনং ধর্ম্ম্যং ধর্ম্মবিশারদম্।
উলূপীং মাং নিবোধ ত্বং মাতরং পন্নগাত্মজাম্ ॥
কুরুষ্ব বচনং পুত্র ধর্ম্মস্তে ভবিতা পরঃ।
যুদ্ধস্বৈনং কুরুশ্রেষ্ঠং পিতরং যুদ্ধদুর্ম্মদম্ ॥
এবমেষ হি তে প্রীতো ভবিষ্যতি ন সংশয়ঃ।
এবং দুর্ম্মর্ষিতো রাজা স মাত্রা বভ্রুবাহনঃ।
মনশ্চক্রে মহাতেজা যুদ্ধায় ভরতর্ষভ।
সন্নহ্য কাঞ্চনং বর্ম্ম শিরস্ত্রাণং চ ভানুমৎ।
তূনীরশতসম্বাধমারুরোহ রথোত্তমম্ ॥
সর্ব্বোপকরণোপেতং যুক্তমশ্বৈর্মনোযবৈঃ।
স চক্রোপস্করং শ্রীমান হেমভাণ্ড পরিস্কৃতম্।
পরমার্চ্চিতমুচ্ছ্রিত্য ধ্বজং সিংহং হিরন্ময়ম্ ॥
প্রযযৌ পার্থমুদ্দিশ্য স রাজা বভ্রুবাহনঃ।

লিননিংথৌগী মচানুপী উলূপীনা মপুরোইবা অর্জ্জুননা মাগুম্না হাইরে হাইবা থংলদুনা লোরবীমচা ওইবনা কলক্‌না লৈপাক থিজাইদুনা বভ্রুবাহনগী মনাক্তা লাকখি (উলূপীনা লৈমুংদগী কাউরকদুনা লাকই হাইবসি মণিপুরদা মহাকনা থোরকপা মকমদি মুরুঙ্গ কংলাদগী থোরকই হাইনৈ, থাঙ্গশেংবদি মণিপুরগী নোংচুপ্তা লৈবালম্, চিংদগী এংবদা নেমথৈ হাইদুনা পাতালনি হাইনা থংনরমই, অদুনা লৈখাপুর কৌবদগী লখীপুর কৌনরিবা অসিনি অমুম্না হাইনৈ, অদুনদি, উলূপীনা লাকপসি লখীপুররোমদগী লাকপা ওইবা তাই, অদুনা লৈমুংদগী কাউরকই হাইবা ওইগনি)।

উলূপীনা লানশোন্নবা পাম্বা, মপানা রাম্না চৈথিরবা, পুক্কিং মুত্তাইতদুনা মক লুকদুনা

কয়ম্বা মচা বভ্রুবাহনবু উৱে। কন্নবী, লিননিংথৌমচানুপী উলূপীনা ধর্ম্ম চেনবা, ধর্ম্ম খংবা বভ্রুবাহনদা হায়ি। ঐ লিননিংথৌগী মচানুপী, উলূপী কৌবী নমানি, খংঙু। ঐগী মা ইবুঙ্ হে ইচা! নংগী অথোইবা ধর্ম্ম ওইগনি। লানদা ঙক্নবা, কুরু অথোইবা, নপাগা লান তৌ, অদু তৌরবদা নপানা নংবু শোইদনা পেনগনি। লাকওয় কাওবনবা নিংথৌ বভ্রুবাহননা মমানা ইনসিনলবদা লান তৌরগে নিংলে। সনাগী কবচ লিংলে, তুমিৎকুম্বা ওানবা লুহপ উপলে, তেনথম্বা হাপ্পা তেন্দোং পোত্তুনা দোলায়দা কাথরে। খুংমু খুংলাই সুনা হাপলে, পুকনিংগুম্বা য়াংবা সগোলনা চিংলে, মথক্তা সনাগী পুননা লৈতেংলে, সনাগী নোংশা একপা কিয়ান য়ুংখৎতুনা বভ্রুবাহননা অর্জ্জুনহমনা লানগীদমক চংখরে।

ততোঽভ্যেত্য হয়ং বীরো যজ্ঞেয়ং পার্থরক্ষিতম্।
গ্রাহয়ামাস পুরুষো হয়শিক্ষাবিশারদঃ॥
গৃহীতং বাজিনং দৃষ্ট্বা প্রীতাত্মা স ধনঞ্জয়ঃ।
পুত্রং রথস্থং ভূমিষ্ঠঃ সং ন্যবারয়দাহবে॥
স তত্র রাজা তং বীরং শরসংঘৈরনেকশঃ।
অর্দ্দয়ামাস নিশিতৈ রাশিবিষবিষোপমৈঃ॥
তয়োঃ সমভবদ্ যুদ্ধং পিতুঃ পুত্রস্য চাতুলম্।
দেবাসুররনপ্রখ্যমুভয়োঃ প্রীয়মানয়োঃ॥
কিরিটিনং প্রবিব্যাধ শরেনানতপর্ব্বনা।
জত্রুদেশে নরব্যাঘ্রং প্রহসন্ বভ্রুবাহনঃ॥
সোঽভ্যগাৎ সহপুঙ্খেন বল্মীকমিব পন্নগঃ।
বিনির্ভিদ্য চ কৌন্তেয়ং প্রবিবেশ মহীতলম্॥
স গাঢ়বেদনো ধীমান্ আলম্ব্য ধনুরুত্তমম্।
দিব্যতেজঃসমাবিশ্য প্রমীত ইব সোঽভবৎ॥

অকনবা, শগোলনগী বিজ্ঞাহৈবা বভ্রুবাহননা অংগী তুংদা অর্জ্জুননা ভাকলিবা যজ্ঞগী সগোল অদুবু মনাক্তা চংলকতুনা কাখি। সগোল কাখিবা উৱপা পেল্লবা অর্জ্জুননা লৈপাক্তা লেপতুনা রথ তোংবা মচাবু লানদা ওকখি। নিংথৌ বভ্রুবাহননা অদুগুম্বা অকনবা অর্জ্জুনবু অথোবা, লিনগুম্বা মচিন্দা হপুবা, তেনমপৈগী ময়ামনা পুজা তৌখি। তুঙাইনরবা মপাযচা অনিগী চাংদম্বা লৈত্রবা লাননা লাই হিংচাবা অনিগী লানগুম্বা ওইখি। থাকনা নোকতুনা বভ্রুবাহননা অথোইবা কিরিট উপ্পা মী অথোইবা অর্জ্জুনবু মতাংনতাংনা

কুৎশিনবা তেন অমনা চাইরংদা থাখি। তেন অহুমা লিননা লৈশোবুংদা চংশুন্না তেগাগা থোইননা পানখি, অৰ্জ্জুনবু থিঙ্গাইদুনা তেন অহুমা লৈপাক্তা থাখি। বুদ্ধিলৈবা অকনবা অৰ্জ্জুননা অথোইবা লিরুং পাইদুনা য়ান্না নাখি, থমোইদা লৈবা মঙানগী মশক ওইবা ঈশ্বরবু কংদুনা শিবাগুন্না য়াম্বখি।

স সংজ্ঞামুপলভ্যাথ প্রশস্য পুরুষর্ষভঃ।
পুত্রং শক্রাত্মজোবাক্যমিদমাহ মহাদ্যুতিঃ॥
সাধু সাধু মহাবাহো বৎসশ্চিত্রাঙ্গদাত্মজ।
সদৃশং কর্ম্মতে দৃষ্ট্বা প্রীতিমানস্মি পুত্রক॥
বিমুঞ্চাম্যেষ তে বাণান্ পুত্র যুদ্ধে স্থিরোভব।
ইত্যেবমুক্ত্বা নারাচৈরভ্যবর্ষদমিত্রহা॥
তান্ স গাণ্ডিবমুক্তান বজ্রাশনিসমপ্রভান্।
নারা চানছিনদ্রাজা ভল্লৈঃ সর্ব্বাং স্ত্রিধা দ্বিধা।
তাভ্যঃ পার্থঃ শরৈর্দিব্যৈধ্বর্জং হেমপরিস্কৃতম্।
সুবর্ণতালপ্রতিমং ক্ষুরেনাপহরদ্রথাৎ॥
হয়াংশ্চাস্য মহাকায়ান্ মহাবেগানরিন্দম।
চকার রাজনির্জীবান্ প্রহসন্নিব পাণ্ডবঃ॥
স রথাদবতীর্য্যাথ রাজা পরমকোপনঃ।
পদাতিঃ পিতরং ক্রুদ্ধো যোধয়ামাস পাণ্ডবম্॥
সংপ্রীয়মানঃ পার্থানামৃষভঃ পুত্রবিক্রমাৎ।
নাত্যর্থং পীড়য়ামাস পুত্রং বজ্রধরাত্মজঃ॥

নিপা অথোইবা অৰ্জ্জুননা জ্ঞান হারগা (হিংগৎলগা) মচাবু থাগত্তুনা মতিক চাউবা ইন্দ্রগী মচা অৰ্জ্জুননা য়া অসি হাঈ। কৈ, কৈ, চংথোনলি. হে পান্থোম কনবা অঙাং, চিত্রাঙ্গদাগী মচা! নংগী নত্তিক চাবা থবক অসি উবদা হে ইচা ইপা পেন্নে। নংগী তেন পুম্মকপু ঐনা হুন্নেকলে, হে ইচা লামদা নং লেপউ-থাংউ। মাস্মুম হাঈদুনা একনবা মাংহনবা অৰ্জ্জুননা নারাচ কৌবা তেনগী নোংচুহনখি। বজ্রগুম মথোনন্নবা নোংথাংগুম ভানবা, গাণ্ডিবদগী কাপথোক্লকপা নারাচ কৌবা তেন খিবিকপু ভল্ল কৌবা থুংলাই পাইদুনা অহুমথোকনা অনিথোকনমু ককথংখি। কুন্তীগী মচা অৰ্জ্জুননা বভ্রুবাহনগী সনানা থাম্বা, সনাগী কোনাপাম্বী মানবা ধ্বিয়ানবু তেন খিবিকনা অমম্ম অথৌবা ফুরনা

হৌরব্বা অসি শক চৌপদবা চহি ৫০০গী মমাংদনি। অতুনা পণিত প্রক্রিয়ানা মহাভারত গ্রন্থবু শক হৌপদবা চহি ৫০০ হাংদোক্লবা লেংবনি অসুম্না প্রমাণ তৌই। ৺শঙ্কর বাল কৃষ্ণ দীক্ষিতনা মাগী ভারতীয় জ্যোতিষ শাস্ত্রদাসু মাসুম্না পুখোকই। অতুনা মহাভারত অসি শকাব্দগী মমাং চহি ৫০০দগী হৌনখ্রনবা য়াদে। অতুনদি মহাভারত লেংবা কুমসি ( ১৯৪০ইংদা ) চহি ২৩৬০ সুরে, অতুগা অর্জ্জুননা মণিপুরদা মাইথিবিবনা চহি ৩৩৫৫ সুরে। অতুনা খেন্নবা চহি ৯১৫ নি, চাউরাক্কা হুজিক ঐখোইনা উরিবা মহাভারত অসি অর্জ্জুননা মণিপুরদা লাক্লব্বা চহি লিশিং অমারোমগী মতুংদা কোন্না বেদব্যাসনা লেংসিনবনি। অতুগা জৈমীনীয় ভারত-অশ্বমেধ পর্ব্বদি অর্জ্জুননা মণিপুরদা লাক্লবা মতুং চহি লিশিং অনিগী মতুংদা কাইনখংদা লেংবনি। অতুনা মহাভারততা অমসু জৈমীনীয় ভারততা হাইরিবা বভ্রুবাহনগী প্রসঙ্গসিং অসি য়াম্না ওনখোকখ্রবা য়াকমভাক্কা ইরম্বনি, মাগী অচুম্বদি সুপনগী অর্জ্জুন লাকলমই, মতুংদা বভ্রুবাহননা নিংথৌ ওইরবা তুংদা সগোন থারকপদা থংনখি, মতুংদদি বভ্রুবাহনদা হস্তিনাগী মথাদা পাল্লমই হাইবা অসিতনি। অতুগা মণিপুরগী অরিবা পুরাণদা হাইরম্বা অমসু তিনসোন লাইসোনগা লোইনবা মৈতৈগী অরিবা লিচৎসিং অসিদি গবমায়ন যজ্ঞ অমসু কাং শান্নবা, কাংজৈ শান্নবা, সগোনকাংজৈ শান্নবা, য়াউসং মৈজাউ তিকপা, কে ক্রে কে চোংবা, য়াইমু কোক্লোনলৌ জগোই-শাবা, লাই হরাউবা অসিদি খৃষ্টনা পোকদবা চহি ৩১০০গী মমাংদা তৌরম্বনি অতুনা পাখংবা সনামহী লাংপা মৈতৈগী ধর্ম্ম, য়াংবরেন ইড়াংপা অসিদি কুমসি চহি ৫০৪০গী মমাংদগীনি। অতুনা ময়েকনা তারে, মৈতৈগী ধর্ম্ম অসি মণিপুরদা চত্তুনা লৈরবা চহি ১৭০০গী মতমদা বভ্রুবাহন মণিপুরদা পোক্তুনা পানবদা মাগী দৈথী চরিত্রসিং অদু উত্তুনা পুরাণকারসিনা বৈদিক দেবতাদা পাখংববু তিনসিনখিবনি। অতুনা বভ্রুবাহন পোকরিডৈগী মমাংদা মৈতৈন মণিপুরদা লাকপা অতুবু পোৎরৈহোনগী থুনখোক অহানবা অসুম্না থংনরিবা মতম অতুনি মহাক্তি হুজিকগী চহি ৫০০০গী মমাংদনি।

* অনিসুবা পোইরৈত্তোন থুনখোকপা *

মণিপুরদা ঐতিহাসিক যুগ ( মণিপুরগী ) হৌরবদা চহি মসিং থংনবা চৎনবা ঙীরাসিংগী মরক্তা ভারততগী শক কৌবা অসিগা লোইননা কল্যাব্দবু ইহান হাম্না থংখি। অতুনা মণিপুরা মাইরসিংনা ইতিহাস ইবদা শোকচাউ কৌত্তুনা কল্যাব্দ শিজন্নরমই, ইতিহাসসিং অদু পরিবনিরা কৌবা নিংথৌনা মৈ থাদোক্তুনা মাংহনখি।

মাগী মসু ভাগ্যচন্দ্রনা অমোকহন্না মাংখ্রবা ইতিহাসসিং অদু নিংসংলমই। মথোই নিংসংবদা হাইরমই। "কলিগী কুমসিং ৩১৩৫দা মৈদিঙু পাখংবনা নিংথৌ ওইঞ্"। কলি কুমসিং কৌবদি, "কল্যাব্দ" নত্রগা "কলের্গতাব্দ" অসুম্না কৌই। যুধিষ্ঠিরগী মতুংদা সপ্তম যুগ কৌবা অমা চংনরমই, মাত্তুনা নন্দ অভিষেক কাউবা ভারততা চংলমই। নন্দগী অভিষে

তৌখিবা মতুংদগীদি কল্যব্দ কৌবা চহি অসি চংনরকই। মরমদি পুরাণকারসিংনা নন্দবু কলি যুগকী কত্তবা মতম তৌবা, কত্তবা নিখৌনি হাঈ। মতম অদুদা পুরাণগী মতহা সপ্তঋষি যুগ লোইদুনা অমোক হৌবা মতমনি, যুগসন্ধিনি অম্মুরা নিংখি, সপ্তঋষি মহাযুগ অমদা চহি ২৭০০নি, অদুনা নন্দ নিংথৌগী অভিষেকতা যুগকী হৌখ্রবা চহি ১৭০০ হাঈনা পাদুনা তৌরকপা অদুবু কল্যব্দ কৌই, অদুনা কল্যব্দ অসি খুইনা পোকদবা চহি ৪০১ দা ২৭০০ শুরে হাঈনা কল্পনা তৌদুনা কুম অদুগীতা চংনবা হৌবনি।

আলেকজাণ্ডারনা ভারততা লানদারকপা মতুংদা গ্রীকসিংগা হিন্দুগা তিন্নরবদা মেষ, বৃষ নাচিংবা রাশিগী বিভাগ অসি নৌনা অমোক ভারততা চংনরৈ। মতম অদুদা সূর্য্য সিদ্ধান্তকারনা গ্রহসিংগী খোংচং পুখোকপদা গুণাইনবা হাঈদুনা শাস্ত্রান্দপিগুগী মহুৎতা মতম অমা হল্লংনা খিবদা কাকতালিগুম্না নন্দ নিংথৌগী মতমদগী চহি ২৭০০ হাঈগৎদুনা চৎপা কল্যব্দগী হৌগৎপা মতমবু চপ চানা কংখি, মাদুদগী জ্যোতিঃ সিদ্ধান্ত শাস্ত্রদা কল্যব্দ অসি য়াম্না নিংখিনা লৌদুনা শাস্ত্রদা চংনখিবনি। অদুনা মৈতৈগী কুম্বাবপুরাণনা হাঈবা কলিগী কু মসিং ৩১ ৩৫ দা মৈদিঙু পাখংবনা নিংথৌ ওই হাঈবসি তরাস্তুবা পাখংবা নোংদালাইরেন পাখংবানি; মহাকনা অভিষেক তৌবা অসি নন্দাভিষেক কালদগী চহি ৪৩৫ কোনবদনি। নোংদালাইরেন পাখংবনা মণিপুরদা পানবা মতম অসিদা মগধ লৈপাকতা অন্ধ্র শাগেনা পাল্লি, অন্ধ্র শাগে তুমদরি। শ্রীমদ্ভাগবতকী দ্বাদশ স্কন্দদা অন্ধ্র বংশগী বর্ণনা লৈবনা থংবা ওমই, মণিপুরদা নোংদা-লাইরেন পাখংবনা পানখ্রবা তুংদা বেদ ব্যাসনা শ্রীভাগবতকী নবমস্কন্দদা "উলূপীনা ঈরাবান পোকই, চিত্রাঙ্গাদানা বভ্রুবাহন পোকই, মহাক্তি মমা পোকপা মপুগী মচা ওইখি" হাঈবা য়াকম অসি ইরমই। অদুনদি শ্রীমদ্ভাগবতনা হাঈরিবা অসি বর্ত্তমান মণিপুরগী য়াকমনি হাঈবদা চিংনবা লৈতে।

নোংদা লাইরেন পাখংবনা মণিপুরদা কম্বান তোংবা অসিগী মমাংয়াইদা য়াম্না নকপা মতমদা মণিপুরদা অকোনবা পোইরৈতোননা খুনখোক্লকই। হাঈবা অসি নোংদা লাইরেন পাখংবনা হাঈরম্বা য়াকমদগী খংবা ওমই। মাদুদি,—

পাখংবনা কম্বান তোংবনা লাই ম্নানা মহারাণী ওই। পাখংবনা লাই ম্না পাম্নদুনা অহিং মীওই, মুংখিল লাই ওইদুনা পাল্লি। মতম কুইরক্লবদা মহারাণী লাই ম্নানা হাঈ, "মুংখিন ২ নংনা লাই ওই হাঈরিবা অসিবু কনাগুম্না মুপী মরুম্বী লৈরমালে ঐম্মু লাই ওইরগে" হাই। পাখংবনা "নংদি পোইরৈ তোপ্পা খুন খোক্লকপদা লাকপনিনা মী ওইবদি য়াই, লাই ওইবদি য়াদে। ঐদি কোরৌ নোংমদোনদগী কুম্লকপনিনা মী ওইবম্মু য়াই লাই ওইবম্মু য়াই" অম্মুরা খুমই।

পাখংবগী য়াহে অসিনা তাকলে লাই ম্নাদি পোইরৈতোম্না খুম্থোক্লকপদা য়াটরকই, হাঈবদি

মণিপুরদা পোকপা নিংঙোল নত্তে, হাঙ্গবনি অছুনা পাখংবনা পানব মাতম অছুবাইদা মথক্তা পোক্তরে তোমা থুম্থোক্লকই। মহাকপু নোংমদোনদগী কুমকই, হাঙ্গবদি থবতার ( অব + ভূ ধাতু = কুমলকপা ) নি হাঙ্গবনি। মাহুদি মহাকী থুকন পাঙ্গনবা দৈবী চরিত্র অছু উবদা মমাংঙৈদা পোকখিবা পাখংবনা মী ওইগা লোকতা কুমকুনা পোকপনি * অস্থুমা কমনা তৌবনি।

মণিপুরদা লাকপা অকোনবা চংলকপাসিং অসিবু পোইরৈতোননা থুনথোক্লকপা কৌরুবদি, পোইরৈতোন হাঙ্গবদি নিংথৌগা লোইনছুনা গৌতম গোত্রগী ব্রাহ্মণ পুরোহিতসিংনা লাকপা অছুবু হাঙ্গবনি। মাহুদি শতপথনা চাঙ্গরিবা নোংপোক্তা থুন সন্দোকপা চংখিবা মিথি শাগেসিংগী পুরৈ লোম্বনা থুনথোকপাবুনি। অকোনবগী পোইরৈতোন লাইমা পুরকপা অসিদি নন্দবংশনা তানথোক্লকপা মিথিলগী সামন্ত রাজগী কাংবুনি, মাখোইনা নন্দ বংশনা কনথংলকপদা চেনখিবা অসি পুরাণসিংদা য়াম্না নিংখিনা বর্ণণ তৌরি। হান্নগী মিথিলসিংগা অকোনবগী মিথিলসিংগা শাগে অমত্তা ওইবনা মখোইগী বৈদিক অমসুং পৌরানিক ইতিহাসদা জাতি অমত্তা ওইখিবনি।

ঐখোইগী অরাবদি গরিবনিৱাজ মহারাজনা মৈ থাখিবা পুরাণসিং অসি চুম্নগী রাজাগারদা থম্বা পুরাণতা নত্তনা মণিপুরগী থুলকত্তা পণ্ডিতসিংগী মমুমদা লৈবস্থু য়াওনা পুথকুনা মাংহনখি, মরম অছুনা—অহানবা পাখংবনা পানবদগীনা নোংদা লাইরেন পাখংবনা পানবা ফাউবা চহি ২৪৫০গী মতমদা থোকখি পানখিবা, নিংথৌসিংগী ইতিহাসদি অকাউবা কৌবা সমুদ্রগী ইপাকত্তা লুপখরে। সুপনগী চহি থাসিং খংদনা রাকমত্তা ওইনা তিনসোন লাইসোন মন্ত্রদা অমসুং ফানরকপা রারিদা লৈহৌবত্তা ডাইরে। অছুনা গুরু খোংনাংথাবনা গরিবনিৱাজবু অরিবা পুরাণ মাংহনবগী দমক মিয়াংত্তা সিংককত্তা মুকাক লৈদা পামদমছুনা অমসুং তুম্নুক হাউদা পান্দুনা মপা হাৎপা, অমসুং হাও মচাসু ওইনা ইরমই। মাতনা অতুপ চাউথ্রবা নিংথৌরেন অছুগী পুরাণ যজ্ঞদা পুরোহিত ওইবগী দক্ষিণা পইখি। মাসিগী দমক নিংথৌরেন অসিগী কজথ্রবা থাগুম্বা মঙামদা শজিগুমা মীওইবনা মণিপুরদা শকনাহোই। শৈশকতি—"পাউনম হিদেন মপাম্বা ফৈদা তিদং মসুমাংদা ( কংলাগী মনাক্তা চেনবা তুরেন অচৌবগী হিদেন অমাগী মমিংনি ) তরেং শেনবু য়ৈবদি য়াংলেন পুংফাং কুবদি ; তুবি নক থাবদি হৌদরে, মুকাকপৈ মক থাবদি হৌহৌরে।" ইতি *

মরম অসিনা মণিপুরগী ইতিহাস সমালোচনা তৌবা মীসিংগী মুঙাইনবগী দমক ঐখোইনা লাইরিক অসিদা যুগ কয়ামুক থোন্দুনা চৎননবা খৌরাং তৌরি। মাহুদি—১। বৈদিক যুগ, মাসিনা মধ্য এসিয়াদা আর্য্যসিংনা লৈরম্বা নত্রগা মাহুগী মমাং উত্তর মেরুদা আর্য্যসিংনা লৈরুবনাচিংবদগী হৌরকপনা কুরুক্ষেত্র যুদ্ধগী মমৈ-মতুং ফাউববু খংনগনি। মতম অছুদা

* তুবি চরাইরোংবগী মহারাণীনা মচা পোকে বর নিবদা যোগী অমনা গর্ভ পিরমছুনা পোকপনি হাঙ্গনা পাউরোনবনি।

ভারতকী আদিম যুগকী মোরাংক্রনাচিংবগী মতমসু মঙুং চনগনি।

২। কলি হৌগংপা—কল্যব্দ,—মাসিদি হৌজিক কল্যব্দ হাঙইরগা খংনরিবা চহি মথিং অসিগী হৌগংপা মতমবু খংনগনি। মাহুদি—হাঙইখ্রগা অহুনা-মথক্তা ২৯০০ চহি হাপচিন্দুনা লেম্বনি। অহুমদি ওইরগা গত অমসু গম্যগী চাং ওনবদা ভারততা সিজন্নরবা ওইবনা ইতিহাসগী সমালোচনা তৌবদা মুংঙাইনবা তৌবনি। *

৩। কুরুক্ষেত্র ল্যান—মহাকি খৃষ্টগী মমাং চহি ১৪১৬ দগী হৌবনি। *

৪। বুদ্ধ যুগ— (বুদ্ধ দেবনা পোকপা সিদ্ধ ফংবা মাবু নিংহৌবা মাগী ধর্ম্মনা ভারততা মুংপা)

৫। আলেকজেণ্ডারনা ভারত ফংবা— ( মানা রাসি তরানিখোই হৌদোকপা তম্র যুগসু )

৬। মণিপুরগী ইতিহাস হৌবা ( পাখংবনা পাল্লি হাঙনা কুম্বাবা ইবগী অহানবা )

৭। ক্যাম্ব যুগ— ( বিষ্ণুনা কাউহনা ফুরালাংপম অরিবম খোরকপা )

৮। গরিবনিৱাজ যুগ—( বৈষ্ণব সম্প্রদায় নাইবা হৌবা )

৯। ভাগ্যচন্দ্র যুগ—( গৌড়ীয় সম্প্রদায় হৌবা )

১০। চন্দ্রকীর্ত্তি যুগ— ( ইষ্ট ইণ্ডিয়াদগী ভারতপু ভিক্টোরিয়ানা লৌবা )

১১। চূড়াচন্দ্র যুগ—* ( বৃটিশনা মণিপুর লৌবা পরাধীন ওইবা তৌবা বিশ্বগী ক্রান্তিগী মতমনি )

মথক্তা হাঙইখ্রবা যুগসিং অসি মখাদা সমালোচনা তৌবা মুঙাইনবগী দমক মতাং মতাং ওইনা খাংদোকপনি।

ঐখোইনা মণিপুরগী ইতিহাস কৌবা লাইরিক অসিদা পুখোকদোরিবা রাকমদি মণিপুরীর সংস্কৃতিগী বিকাশ অমসু সঙ্কোচনা সাংলবা মতম অসিদা ওইখিবা মাহুবু মখং মনাউ নাইনা উৎপততনি। মণিপুরীর সংস্কৃতি হাঙইবদি মী কৌবা জাতি অসিগী মঙুংদা মৈতৈ—মণিপুরীর হাঙইবা অসিগী মাতম ওইবা অমগা মান্নবা অসিবুনি। মণিপুর লৈপাক অসিদা লাকপা জাতি পুম্নমক অসিগী মঙুংদা কনা কনাগুম্বনা জাতি অসি ওনখি। মাহুম্না কোন্না ওন্নবসিং অহুদা চুখিবা সংস্কৃতি অহুগা লোইননা মখোইনা বিদেশদা—দ্বীপান্তর অমসু চংখ্রবদাসু চারোন পুরোন কয়ামুক কাউবা কোকপা ওমদহুনা মৈতৈ-মণিপুরীর হাঙনা লৈরবা অহুগুম্বা সংস্কৃতি অহুগী হৌরকপা, মানা চাওখংলকপা হনথরবা অমসু অমোক মকোক থাজংলকপা মাহুগা লোইননা মানা আনৌ অনৌবা ফিজোন হোংবা মাহুগী মতম অহুবু হৌকম তাকম রাউদবা মতম কৌবা অচৌবা তুরেনদা শাখা নদীগুম্বা তিন্নবা অহুবু ইতিহাসনা পুখোকপনি। সংস্কৃতি অসিনা চুবতবু চুক্করবদি আর্য্যসু মৈতৈ, অনার্য্যসু মৈতৈ, মৈতৈতা হাঙগনি, মাহুদি মৈতৈ

* বৈদিক যুগ হাঙবা অহুনা কলি হৌবা অমসু কুরুক্ষেত্র যুদ্ধ যুগ অনি অসি কাউবা চংলকই মাহু মাহু কাউবা চোনখৈ অসুম্বা খংনগনি।

* মাবু লৌখৎলুবদি কলি হৌগংপগী মমাং অদুবু মানা খংহনবনি।

ব্রাহ্মণ, মৈতৈ পাঙন, মৈতৈ নোংচুপ চারম-ময়াং অসিনাচিংবনি। মরম অসিনা চান্নবা বিচারগী চক্ষুদা এংবদা হাও মাঙ্গোলিয়ানচিংবদা চংলুবা উরগা মাতুদা তোংলিবা সংস্কৃতিবু অমার্য্যনি, হেক্তা হাইবা অমসু আর্য্যদা চংবা উরগা সংস্কৃতি অদুবু আর্য্যনি হেক্তা হাইবা অদুদি মী অদুগী নরতত্ব হৈবতগী পরিচায়কনি।

নোংপোকথংবা ভারততা চিংনা ইকোই কোইসিনবা অতৈগা এংনরগা খুপাক অমত্তা পাকপা লম অসিদা মৈতৈ কোবা সংস্কৃতি অসিবু পুদুনা ইহান হানবদা মী কাংবু অমনা চংলকখি। মাতুনা অতৈগা তিন্নাকবা লৈতনা হান্না লৈরম্বা সংস্কৃতি কগ্নামুকতা তিন্নাতুনা ঈশুংবংগুম্না মতম কুইনা মুত্তুনা লৈরবদা ভারতকী জাতি কয়া কয়ামুক চংলক্লুনা শাংথ্রবা মতম অসিদা মৈতৈগী সংস্কৃতি অদুদা লুপখি। লুপথ্রবসিং অদুনা অকোনবদা পুরকপা মাগী মাগী সংস্কৃতি অদুবু থাদোকখি। মৈতৈ কোবা সংস্কৃতিদা লুপ্তুনা তিনখি। খুদমগী দমক ময়াং, বিষ্ণুপুরীয়, ক্ষত্রিয়ময়ুম, বামোন, লাইরিকএংবম, পাঙন মাখোই অসিনাচিংবনি। মখোই অসিবু মৈতৈগী সংস্কৃতিনা খুমহংথ্রবদা মাগী মাগী সংস্কৃতিনা মাংখিবসি, নোংভাল্লগা অমম্বনা খুরবা কোম্ভিনগুম্বদা লোৎখিতুনা মাংখিবাগুম্না উবমক ফংদনা লৈখি।

অসিগুম্বা সংস্কৃতি অসিনা মণিপুর লৈপাক্তা চংলকপাদি ভারততা হিন্দু হাইবা মিং অসি থোক্করিদ্রে, অমসু হিন্দু হাইরগা থংনরিবা জাতি অসিগী অমগা মান্নরবা সংস্কৃতি অসিনসু ভারততা পোক্করিদ্রেদনা হান্ননা মৈতৈ সংস্কৃতিনা মণিপুরদা পোকখিবনি। মতম অদুবু এখোইনা কল্যাণগী মমাং বৈদিক যুক্তিনি অসুম্না মথক্কী পন্দুপ মাপান্না সমর্থন তৌথরে। হুচিক সংস্কৃতি অদুবু থাদোক্লুনা মচেৎ মচেৎ ওইহনলগা, মাগী শরুক অমামমগী মতমবু খুদমগা লোইননা পুখোকলি।

মাসিংখিবা।

তাবংপানবা অসিদা ব্যবহারগী দমক লোন হাইবসি শেমদরিদ্রেদা রাখল তৌতুনা এংলবদি থংবা ঙমই, মসিং হাইবা অসিনা হাননা থোকফম থোকই, মতুদগী মরেকনা তাই অমা অনি, অহুম নচিংবা মশিংগী মমীংনা মশিং অদুগী খুদম অঙ্কবুসু হাল্লি। অদুনা হুজিক কাউবা মৈতৈরোনগী মসিং খিবা অসি বাঙ্গলা, হিন্দী, সংস্কৃতনা চিংবগুম্না মাবু কোংদোক্‌যবা খুদম অমা লৈতে হাও খোংজাইনা চিংবগী মসিংগুম্বনি হাইবা য়াই। অদুনা থংবা ঙমই মসিংগী খুদমবুদি মাসিংগী মমীংনা হান্ননা পোকই, মসিংগী মিং অসিদি চাগে, খ.ক ভুংগে হাইবগুম্না লোনদগী মানা হান্না পোকফম থোকই অসুম্না বৈজ্ঞানিক পাণ্ডিতসিংনা নিংই। মরমদি পোকপা, সিবা, চাবা, তুম্বা, মুঙাইবা, রাবা, কপ্পা অসিনচিংবা অসি থংলবদি, মাসিংন হান্না থংরবদি মখোই অদু থংবা য়াগে, অদুনা অদুগুম্বা অয়াবা মুঙাইবনচিংবা অদু কোংদোকপ খোনজেন অদু মসিং থংদনা ওইবা য়াদে (মসিংগী মরমদা পিথা গোরাসগী দর্শন পারগ

য়ান্না হুণ্ডাইনা সন্দোকনা থংই ) অদুনা লোনবুদি মসিং থিবদা তাইবং খোকপা হাল্লি. মাসিদা চিংনকম লৈতে। মাখোইনা হুজিক্কি মাসি নিংখিনা পুখোকপা ঙমলে, মান্দি মৈতৈনা ( মৈতৈ কৌতা সংস্কৃতিনা ) মনিপুরদা চংলকপা মতমদা মাগী মূল জাতি ( মানা খাইদোকপা জাতি ) অদুদা মসিং থিবগী মনিংদি কৈরবা অঙ্কদি পোক্তরিঙ্গেদনি অস্থুম্না থংবা ঙমই। মরম অদুনা হুজিক কাউদা মৈতৈরোনগী বর্ণ মালাদা সংস্কৃতনা চিংবাগুম্না অঙ্ক লৈতে। মাস্থুম্না হাঙ্গৈদসি ঐখোইনা পাঙ্গল খেকনা হাঙ্গবা ঙমদে। মরমদি মসিংথিবাগী মিং অমা, অনি নাচিংবা অসি পোংকী মমিংনি, মাদুদি ঙা—ঈসিংদা কৈবা মথরাইপানবা কাং অমনি, মাবু ৫গী মমিং ওইনৈ। হাঙ্গৈবদি মঙা = ঙা = ৫ থংনৈ। অঙ্কবুদি মসিংনা হান্না পোকপনিনা অঙ্ক অদু মসিং অদুগী পোংশক মদু লৌদুনা এক্করকই, অস্থুম্না পণ্ডিতসিংনা লৌনৈ। আর্য্য ভাষাগী এক, দ্বি, ত্রি, চতুঃ, পঞ্চন্, ষষ্, সপ্তন, অষ্টন্, নবন অস্থুম্না হাঙ্গবা মমিংসিং অসিগী অঙ্কদি মথং মথং কুপ্তরগী নপন্দিখিগী ꯱, ꯲, ꯳, ꯴, ꯵, ꯶ ꯷ ꯸, ꯹ মসকসিং অসিদগী ওনখিবনি। অদু ওইরবদি মৈতৈনা মাখোকনা লাক্রবদা ফারকপা মসিংগী মমিং অদু থাদোকখিবদা অকোনবদা লৌরবা অনার্য্যগী মসিংগী মমিংসিং মদুগীদি মশকনা অঙ্ক ওতলদবদগী মাখোইনা অঙ্ক লৈরমদবনি অস্থুম্না হাঙ্গৈবসু য়াই। খাঙ্গৈমক শেংবদি মৈতৈনা মূল জাতিদগী খাইদোক্তুনা মণিপুরদা চংলকপা মতম অসিরাইদা অঙ্ক অসি হুজিক্কী মতমদা উরিবা মংং অসি লেরমদে। বেদিক যুগতা আর্য্যসিংনা কবি করিগুণা পোংনা মসিং থংনবা শঙ্করমত *। অদুবা মসিংগী খুদমদা অমমম পুখোক্তুনা থানরমই, মাদুদি শত – হাঙ্গৈবদি রা ( বংশ ), সহস্র—হাঙ্গৈবদি তিংথো হাঙ্গৈবনি, অদুনা চনি হাঙ্গনবদা রাচেং অনি থম্লবা অস্থুম্বা চেত্তেকনচিংবা থাবনা অঙ্কগী মহুত্তা সিজন্নরমই অদুনা মৈতৈনা লাকপদা মাসং খিবগী খুৎয়াং য়াউরক্কে। মাদুদগী মৈতৈ বর্ণ মালাদা অঙ্ক য়াউদে অস্থুম্না পাউখোকপীবনি। তৌইদুম্বসু মাখোইনা খুনখোক্লকপা মতমদা মসিংখিবা হৈরকই, অমসু মসিংগী খুদমসু মাস্থুম্না তৌবা তৌনৈ হাঙ্গবা য়াম্না নিংথিনা সিজন্নরকই। মতুদি মতম অদুদা অমিবা অঙ্ক হৌদোকরি, পোংনা মসিংগী প্রতিমূর্ত্তি পুখোক্তুনা থারমই। পোংশিং অদু অকংবা মচেং মচেংনা মসিংগী মূর্ত্তি ওইনরমই, অদুনা মাখোইনা সংখ্যানবু সিংথাগা, মসিং থিবা কৌই। সিং হাঙবদি অকংবা মচেংপু কৌই। অদুনা সংস্কৃতিনচিংবা আর্য্য ভাষাদা উনরিবা মসিংথিবগী মিংনা মসিংগী প্রতিকৃতিগী মসিং ওতবা অদুগুম্না মৈতৈরোনগী মা, নি, থুম, মী, ঙা, লুক, তরেৎ, নিপান, মাপন, মাখোই অসি পোংকী মসিংগী মচেং মচেং রুটনি। অদুনা মতম অদুদা অঙ্কগী মহুত্তা মসিং থংনবা পোংসিং অদুগা মচেং অমনা থংনরমই, মঙা ওইনা থমগে হাঙ্গৈরগা

---

* কাংলীগী খোক্লেন তাই, মাসি শা কাউবা থংই, মাদু অমামব ওইনা থংই অমা অদু কয়া সুখরে হাঙ্গৈবদি মীতনা থংই, মাদুবু পোংলক্তু খো নরবং।

ঙা মচেং অমা, নক্সগা সিং মঙা থাবা অসিনা অঙ্কগী থবক তৌরমই।

হাইখ্রবা অসিনা প্রমাণ তৌছনা থংলে, মাছুদি মৈতৈনা মাখোইগী মূল জাতিদা লৈরিঙৈদা সিজিন্নরম্বা মসিংগী মমিং এক, দ্বিনাচিংবা অছুগী মশক অছুবু মাখোইনা খুন্নারবা মফমদা সিজিন্নদবা, অমসু হায়না লৈরম্বা কাংবুনা সিজিন্নরম্বা মসিংগী মমিংগী পোংসিং অছুবুনা ইত্তুং তংত্তনা সিজিন্নবনা হায়না ফারকপা এক, দ্বিনাচিংবা ফাউখি, অকোনবগী মা, নি, থুমনাচিংবনা মসিংগী মমিং ওইনখি। অছুগা মাখোইনা গণনা তৌববুদি সিং কৌবনা তাকই, মখোইনা হিসাবকী দমক তৈরকপা মসিং কৌবা মঙংদি ফাউখিদে।

মৈতৈগী মসিং খিবা মথন অনিনি। মাছুদি তরা ফাউবা খিবা অমা মাসি মী পুদিংমক্সা সিজরৈ। অছুগা মথল অমনা মঙা ফাউবা খিবা অমনি। মাছুগী মশকতনা তরা ফাউবা খিবদনা মশক-সিংদা মাপন ফাউবা অমসু মঙা ফাউবা খিবদনা মশক-সিংদা ৪, তা পুরকই।

খৃষ্টনা পোকদবা চহি ৩৪০গী মমাংদা Aristolle না ইরম্বা Pralelemata কৌবা লাইরিক্তা হাইরমই, মীওইবনা মসিং খিবদা তরা তরা শুই, মাছু মীগী খুৎ মচা তরা অসিদগী লৌবনি, অছুগা মসিংগী মশকতা মাপনদা মঙাই। মরমদি তরা শুবগী খুৎ মচা অমা কাউদনবা থেকচিনবা মরমননি। খুদমগী দমক—মৈতৈগী অঙ্কদি সিং মচেংনি ( হাইখরে সংখ্যানবু সিং কৌবা অসিনি )। মৈতৈগী সিংথাবনা অঙ্কগী থবক তৌবনি। মাসি থাইনদি ( হুজিক্কী চহি ৫০গী মমাংদা রাজ কার্য্যালয়দা ) হিসাবতা অঙ্ক ওইনবা সিং থাংছুনা থাংছুনা থম্নরমই। অঙ্ক হোৎলো হাইবগী মছুত্তা সিং থারো হাইরগা মাস্থমা সিং মতেক মতেক থাই

I   II   III   IIII   IIIII   IIIIII   IIIIIII   IIIIIIII   IIIIIIIII   —

১   ২   ৩   ৪   ৫   ৬   ৭   ৮   ৯   ১০

মাসিদা উনরে, অঙ্কদা ৯ ফাউবতা লৈ, মসিংদনা তরা ফাউবা লৈ। মাছুদি বাঙ্গলাগী অঙ্কসু তরা সুরবদি মকোকথংবা অমা অছু হঞ্জনলি, হঞ্জনখরে থংনবা শূন্য হাপই, অছুনা তরাগী মশক তোঙানবা লৈতে। মাসি হুজিক্কী সভ্য জগৎকী অঙ্কদা ইতৌ তৌনরে। মাছুগুম্না মৈতৈগী সিংগী মঙংসু তরা সুরগা অমগী সিংনা হঞ্জনলি, তরা সুরে থংনবা কৈদোকপনি। মৈতৈনা চৈ থারিবা অসি, মণিপুরদা হৌদোকপা নত্তে, মাসি মূল জাতিদগী মাখোইনা তৈরকপনি।

ইজিপ্তগী অহমসুবা রামেসেস ( Rameses iii ) কী হাকত্তা উকুদা ইরম্বা হিসাবকী অঙ্কদা মৈতৈগী সিংথাবগী মঙং অসি উবা ফংই। মমাঙৈদা ইজিপ্ততা মসিং খিবগী খুদম অঙ্ক মথন অনি চংনরমই, অমনা হিসাবকী দমকনি, অমনা মন্ত্রীনাচিংবদা ইননবনি। মুংনা থাবা চৈ নক্সগা মুংনা ইবা লয়ি অমদগীনা মথং মথং মাপন ফাউবনা অঙ্ক মথল মাপনগী থবক তৌই। মাখোই অছুবু পাবা-হাইবা মতমদাসু মৈতৈগী অমা, অনি, শুম্বা মসিং অমা তোঙাম্না পাই,

মাচুদি— ১ = । = উমা — Va.

২ = ॥ = সেন — Sen.

৩ = ॥। = জেমেট — Zemet.

৪ = ॥॥ = কটু নত্রগা আকটু — Ftu or Oltu.

৫ = ॥। = টুঔ — Tuaw.

৬ = ॥। = সাস্ — Sas.

৭ = ॥॥ = সেফেক্স — Sefex.

৮ = ॥॥ = জেমেনন্যু — Zemennu.

৯ = ।॥॥ = পৌত নত্রগা পেষ্ট — Paut or Pest.

১০ = ∩ = মেট — Met.

মাসি খৃষ্টগী মমাংগী ১২০০ চহি কাউবা চংনরমই। তরাগী চৈ অসি ইজিপ্তা কোল্লি, মৈতৈনা তিংবতনি। অচুনা মখোই অনিসি মূল জাতি অমত্তদগী তন্নকপা থুদমনি হাঈবদা চিংনফম লৈতে।

মসিং থিবদা সীংনা তৌবা অসি মৈতৈনা হিসাবকী মতমদা সিজন্নবনি, অচুগুম্বা সিং অচুবু ইউরোপ লোমদা yergubae or rods of nepier অমুম্না কৌনরমই, অচুনা মাসি মণিপুরদা শেঙ্গা নত্তে। সিংবু হিসাবতা মৈতৈনা সিজন্নরম্বা ওইরবদি তিনসনবা, খাইদোকপা, পুরিনবা, য়েন্নবা, বর্গ, মূল, ঘন অমসু ঘন মূল কৌবা থবক নিপান অসিদা সিজন্নগদবনি। মরমদি থবক নিপান অসিবু হিসাব হৌবা কৌই, সংস্কৃত ভাষাদা মাচুবু পাটীগণিত কৌই। অচুনদি মৈতৈনা মূল জাতিদগী হিসাবতা সিংথাবা অসি থংলকপা ওইরবদি পাটীগণিতসু তৈরককমু থোকই। মৈতৈনা পাটীগণিত তৈরকরবদি মসিং থিবদা হিসাব তৌনবা সীংথাবা তৌরমলোইদবনি। অমসু কোম্না কাইনথংদা মণিপুরগী লোম্নবা লৈপাকগী হিসাবতা সীংতেক্না থম্বসি তম্বা নত্তে হাঈবসু থংই, মাচুদি নোংপোক্কা ব্রহ্মা, অমসু খা, রাং, নোংচুপ্তা লৈবা জাতিসিংগী অমনবা পোৎতা অমসু মাখোইগী মরোনদা হিসাবতা সীংনা তৌরম্বা প্রমাণ কংদে। মরমদি অঙ্কগী হিসাবতা সীংনা সিজন্নবা মতমদা বঙ্গদেশ রোমদা মী তাদরি, লমসিং অচু ঈনুংবগুদা লুপ্তনা লৈরি।

মৈতৈগী মসিং মথি অসিদা মুম্না এংলগা মাখোইনা মূল জাতিদগী খাইদোক্কপা মতম

ব্রাহ্মণ, মৈতৈ পাঙন, মৈতৈ নোংচুপ চারম-ময়াং অসিনাচিংবনি। মরম অসিনা চান্নবা বিচারগী চক্ষুদা এংবদা হাও মাঙোলিয়ানচিংবদা চংলুবা উরগা মাতুদা তোংলবা সংস্কৃতিবু অনার্য্যনি, হেক্তা হাইবা অমসু আর্য্যদা চংবা উরগা সংস্কৃতি অদুবু আর্য্যনি হেক্তা হাইবা অদুদি মী অদুগী নরতত্ব হৈবতগী পরিচায়কনি।

নোংপোকথংবা ভারততা চিংনা ইকোই কোইসিনবা অতৈগা এংনরগা খুপাক অমত্তা পাকপা লম অসিদা মৈতৈ কৌবা সংস্কৃতি অসিবু পুদুনা ইহান হানবদা মী কাংবু অমনা চংলকখি। মাদুনা অতৈগা তিন্নারুবা লৈতনা হান্না লৈরম্বা সংস্কৃতি কয়ামুককা তিন্নাদুনা ঈপুংবংশুম্না মতম কুইনা মুত্তদুনা লৈরবদা ভারতকী জাতি কয়া কয়ামুক চংলকুনা শাংথ্রবা মতম অসিদা মৈতৈগী সংস্কৃতি অদুদা লূপখি। লূপথ্রবসিং অদুনা অকোনবদা পুরকপা মাগী মাগী সংস্কৃতি অদুবু থাদোকখি। মৈতৈ কৌবা সংস্কৃতিদা লুপ্তুনা তিনখি। খুদমগী দমক ময়াং, বিষ্ণুপুরীয়, ক্ষত্রিয়ময়ুম, বামোন, লাইরিকএংবম, পাঙন মাখোই অসিনাচিংবনি। মখোই অসিবু মৈতৈগী সংস্কৃতিনা খুমহৎখ্রবদা মাগী মাগী সংস্কৃতিনা মাংখিবসি, নোংঙাল্লগা অমম্বনা খুরবা কোজ্জিনশুম্বদা লোৎখিদুনা মাংখিবাশুম্না উবমক কংদনা লৈখি।

অসিশুম্বা সংস্কৃতি অসিনা মণিপুর লৈপাক্তা চংলকপাদি ভারততা হিন্দু হাইবা মিং অসি থোক্তরিদ্রে, অমসু হিন্দু হাইরগা খংনরিবা জাতি অসিগী অমগা মান্নত্রবা সংস্কৃতি অসিনসু ভারততা পোক্তরিদ্রেদানা হান্নানা মৈতৈ সংস্কৃতিনা মণিপুবদা পোকখিবনি। মতম অদুবু ঐখোইনা কল্যাণগী মমাং বৈদিক যুক্তনি অমুম্না মথকী পন্দুপ মাপান্না সমর্থণ তৌথরে। হুচিং সংস্কৃতি অদুবু থাদোক্নুনা মচেৎ মচেৎ ওইহনলগা, মাগী শকক অমাময়গী মতমবু খুদমগা লোইননা পুখোকলি।

মাসিংখিবা।

তাবংপানবা অসিদা ব্যবহারগী দমক লোন হাইবসি শেমদরিদ্রেদা ব্রাখল তৌদুনা এংলবদি থংবা ওমই, মসিং হাইবা অসিনা হাননা থোকখম থোকই, মতুদগী মন্নেকনা তাই অমা অনি, অদুম নচিংবা মশিংগী মমীংনা মশিং অদুগী খুদম অঙ্কবুসু হাল্লি। অদুনা হুজিক কাউবা মৈতৈরোনগী মসিং থিবা অসি বাঙ্গলা, হিন্দী, সংস্কৃতনা চিংবশুম্না মাবু কোংদোক্লবা খুদম অমা লৈতে হাও থোংজাইনা চিংবগী মসিংশুম্বনি হাইবা য়াই। অদুনা থংবা ওমই মসিংগী খুদমবুদি মাসিংগী মমীংনা হান্নানা পোকই, মসিংগী মিং অসিদি চাগে, থ.ক ভুমগে হাইবশুম্না লোনদগী মানা হান্না পোকখম থোকই অমুম্না বৈজ্ঞানিক পাণ্ডিতসিংনা নিংই। মরমদি পোকপা, সিবা, চাবা, তুম্বা, মুঙাইবা, য়াবা, কপ্পা অসিনচিংবা অসি থংলবদি, মাসিংনা হান্না থংত্রবদি মখোই অদু থংবা য়াদে, অদুনা অদুশুম্বা অয়াবা মুঙাইবনচিংবা অদু কোংদোকপা থোনজেন অদু মসিং থংদনা ওইবা য়াদে (মসিগী মরমদা পিথা গোরাসগী দর্শন পারগা,

য়ায়া মুণ্ডাইনা সন্দোকনা থংই ) অদুনা লোনবুদি মসিং থিবদা তাইবং থোকপা হান্নি, মাসিদা চিংনকম লৈতে। মাথোইনা হুজিক্কি মাসি নিংথিনা পুথোকপা ঙমলে, মাদদি মৈতৈনা ( মৈতৈ কৌতা সংস্কৃতিনা ) মনিপুরদা চংলকপা মতমদা মাগী মূল জাতি ( মানা থাইদোকপা জাতি ) অদুদা মসিং থিবগী মশিংদি কৈরবা অঙ্কদি পোক্করিঙৈদনি, অসুম্না খংনা ঙমই। মরম অদুনা হুজিক ফাউবা মৈতৈরোনগী বর্ণ মালাদা সংস্কৃতনা চিংনাগুম্না অঙ্ক লৈতে। মাসুম্না হাঙৈদসি ঐথোইনা পাঙ্গল থেকনা হাঙবা ঙমদে। মরমনি মসিংথিবাগী মিং অমা, অনি নাচিংবা অসি পোংকী মমিংনি, মাদুদি ঙা—ঈসিংদা কৈবা মথরাইপানবা জাং অমনি, মাবু ৫গী মমিং ওইনৈ। হাঙবদি মঙা = ঙা = ৫ থংনৈ। অঙ্কবুদি মসিংনা হায়া পোকপনিনা অঙ্ক অদু মসিং অদুগী পোংশক অদু লৌদুনা এক্করকই, অসুম্না পণ্ডিত্তসিংনা লৌনৈ। আর্য্য ভাষাগী এক, দ্বি, ত্রি, চতুঃ, পঞ্চন্‌, ষষ্‌, সপ্তন, অষ্টন্‌, নবন্‌ অসুম্না হাঙবা মমিংসিং অসিগী অঙ্কদি মথং মথং কুবেরগী নগন্দিথিগী ꯱, ꯲, ꯳, ꯴, ꯵, ꯶, ꯷, ꯸, ꯹ মসকসিং অসিদগী ওনথিবনি। অদু ওইরবদি মৈতৈনা মাথোইনা লাক্রবদা ফারকপা মসিংগী মমিং অদু থাদোকথিবদা অকোনবদা লৌরবা অনার্য্যগী মসিংগী মমিংসিং অদুগীদি মশকনা অঙ্ক ওতনদবদগী মাথোইনা অঙ্ক লৈরমদবনি অসুম্না হাঙবসু য়াই। থাজৈমক শেংবদি মৈতৈনা মূল জাতিদগী থাইদোক্লুনা মণিপুরদা চংলকপা মতম অসিদ্রাইদা অঙ্ক অসি হুজিকী মতমদা উরিবা মৎং অসি লৈরমদে। বৈদিক যুগতা আর্য্যসিংনা কবি করিগুণা পোংনা মসিং থংনবা ওইবমই *। অন্তবা মসিংগী থুদমদা অমমম পুথোক্লুনা থানরমই, মাদুদি শত—হাঙবদি রা ( বংশ ), সহস্র—হাঙবদি তিংথৌ হাঙবনি, অদুনা চনি হাঙগনবদা রাচেং অনি থত্থবা অসুম্না চেতেকনচিংবা থাবনা অঙ্কগী মহুত্তা সিজম্নরমই অদুনা মৈতৈনা লাকপদা মাসং থিবগী থুংায় য়াউরক্কে। মাদুদগী মৈতৈ বর্ণ মালাদা অঙ্ক য়াউদে অসুম্না পাউথোকপীবনি। তৌইগুম্বসু মাথোইনা থুনথোক্লকপা মতমদা মসিংথিবা হৈরকই, অমসু মসিংগী থুদমসু মাসুম্না তৌবা তৌনৈ হাঙবা য়ায়া নিংথিনা সিজন্নরকই। মতুদি মতম অদুদা অয়িবা অঙ্ক তৌদোকরি, পোংনা মসিংগী প্রতিমূর্ত্তি পুথোক্লুনা থারমই। পোংদিং অদু অকংবা মচেং মচেংনা মসিংগী মূর্ত্তি ওইনরমই, অদুনা মাথোইনা সংখ্যানবু সিংথাবা, মসিং থিবা কৌই। সিং হাঙবদি অকংবা মচেংপু কৌই। অদুনা সংস্কৃতিনচিংবা আর্য্য ভাষাদা উনরিবা মসিংথিবগী মিংনা মসিংগী প্রতিকৃতিগী মসিং ওইবা অদুগুম্না মৈতৈরোনগী মা, নি, থুম, লী, ঙা, লুক, তরেৎ, নিপান, মাপন, মাথোই অসি পোংকী মসিংগী মচেং মচেং কৌর্টনি। অদুনা মতম অদুদা অঙ্কগী মহুত্তা মসিং থংনবা পোংসিং অদুগা মচেং অমনা থংনরমই, মঙা ওইনা থমগে হাঙরগা

* কাংলীগী থোক্রেন তাই, মাসি শা ফাউবা থংই, মাদু অমামম ওইনা থংই অমা অদু কয়া মুথয়ে হাঙবদি মীতনা থংই, মাদুবু পোংশক্‌ কৌনরমই।

ঙা মচেৎ অমা, নক্সগা সিং মঙা থাবা অসিনা অহৌ থবক তৌরমই।

হাঊখুবা অসিনা প্রমাণ তৌচনা থংলে, মাহুদি মৈতৈনা মাখোইগী মূল জাতিদা লৈরিঙৈদা সিজিন্নরম্বা মসিংগী মমিং এক, থিনাচিংবা অহুগী মশক অহুবু মাখোইনা খুন্দারবা মকমদা সিজিন্নদবা, অমসু হান্না লৈরম্বা কাংবুনা সিজিন্নরম্বা মসিংগী মমিংগী পোংসিং অহুবুনা ইঙং তংতনা সিজিন্নবনা হান্না কারকপা এক, থিনাচিংবা কাউখি, অকোনবগী মা, নি, থুমনাচিংবনা মসিংগী মমিং ওইনখি। অহুগা মাখোইনা গণনা তৌববুদি সিং কৌবনা ঙাকই, মখোইনা হিসাবকী থমক চৈরকপা মসিং কৌবা মওংদি কাউখিদে।

মৈতৈগী মসিং থিবা মথন অনিনি। মাহুদি তরা কাউবা থিবা অমা মাসি মী পুদিংমক্সা সিজরৈ। অহুগা মথল অমনা মঙা কাউবা থিবা অমনি। মাহুগী মশকতনা তরা কাউবা থিবদনা মশক-সিংদা মাপন কাউবা অমসু মঙা কাউবা থিবদনা মশক-সিংদা ৪, ঙা পুরকই।

খৃষ্টনা পোকদবা চহি ৩৪০গী মমাংদা Aristotle না ইরম্বা Pralelemata কৌবা লাইরিক্তা হাঈরমই, মীওইবনা মসিং থিবদা তরা তরা সুই, মাহু মীগী খুৎ মচা তরা অসিদগী লৌবনি, অহুগা মসিংগী মশকতা মাপনদা মঙাই। মরমদি তরা সুবগী খুৎ মচা অমা কাউদনবা থেকচিনবা মরমননি। খুদমগী থমক—মৈতৈগী অহুদি সিং মচেংনি (হাইখরে সংখ্যানবু সিং কৌবা অসিনি)। মৈতৈগী সিংথাবনা অহৌ থবক তৌবনি। মাসি থাইনদি (ভুজিঙ্গী চহি ৫০গী মমাংদা রাজ-কার্য্যালয়দা) হিসাবতা অহ ওইনবা সিং থাংহুনা থাংহুনা থম্নরমই। অহ হোংলো হাঈবগী মহুত্তা সিং থারো হাঈরগা মাসুন্না সিং মতেক মতেক থাই

| | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| । | ॥ | ।।। | ।।।। | ।।।।। | ।।।।।। | ।।।।।।। | ।।।।।।।। | ।।।।।।।।। | — |
| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ |

মাসিদা উনরে, অহুদা ৯ কাউবতা লৈ, মসিংদনা তরা কাউবা লৈ। মাহুদি বাঙলাগী অহুসু তরা সুরবদি মকোকথংবা অমা অহু হজনসি, হজনখরে থংননবা শূন্য হাপই, অহুনা তরাগী মশক তোঙানবা লৈতে। মাসি হুজিঙ্গী সভ্য জগৎকী অহুদা ইতৌ তৌনরে। মাহুওয়া মৈতৈগী সিংগী মওংসু তরা সুরগা অমগী সিংনা হজনসি, তরা সুরে থংননবা কৈদোকপনি। মৈতৈনা চৈ থারিবা অসি, মণিপুরদা হোদোকপা নত্তে, মাসি মূল জাতিদগী মাখোইনা কৈরকপনি।

ইজিপ্তগী অহমসুবা রামেসেস (Rameses iii) কী হাকতা উকুদা ইরম্বা হিসাবকী অহুদা মৈতৈগী সিংথাবগী মওং অসি উবা ফংই। মমাঙৈদা ইজিপ্ততা মসিং থিবগী খুদম অহ মথন অনি চংনরমই, অমনা হিসাবকী থমকনি, অমনা মুখীনাচিংবদা ইননবনি। মুংনা থাবা চৈ নক্সগা মুংনা ইবা লয়ি অমদগীনা মথং মথং মাপন কাউবনা অহ মথল মাপনগী থবক তৌই। মাখোই অহুবু পাবা-হাঈবা মতমদাসু মৈতৈগী অমা, অনি, ওম্বা মসিং অমা তোঙান্না পাই,

মাচুদি— ১ = । = উঅা — Va.
২ = ॥ = সেন — Sen.
৩ = ||| = জেমেট — Zemet.
৪ = |||| = ফটু নত্রগা আফটু — Ftu or Oftu.
৫ = ||| = টুঔ — Tuaw.
৬ = ||| = সাস্ — Sas.
৭ = ||| = সেফেক্ষ — Sefex.
৮ = ||| = জেমেনগু — Zemennu.
৯ = |||| = পৌত নত্রগা পেষ্ট — Paut or Pest.
১০ = ∩ = মেট — Met.

মাসি খৃষ্টগী মমাংগী ১২০০ চহি ফাউবা চৎনরমই। তরাগী চৈ অসি ইজিপ্তা কোল্লি, মৈতৈনা তিংবতনি। অতুনা মখোই অনিসি মূল জাতি অমত্তদগী ভগ্নকপা খুদমনি হাইবদা চিংনফম লৈতে।

মসিং থিবদা সীংনা তৌবা অসি মৈতৈনা হিসাবকী মতমদা সিজন্নবনি, অতুগুম্বা সিং অতুবু ইউরোপ লোমদা yergubae or rods of nepier অমুম্না কৌনরমই, অতুনা মাসি মণিপুরদা শেম্বা নত্তে। সিংবু হিসাবতা মৈতৈনা সিজন্নরম্বা ওইরবদি তিনসনবা, খাইদোকপা, পুল্লিনবা, যেন্নবা, বর্গ, মূল, ঘন অমস্তু ঘন মূল কৌবা থবক নিপান অসিদা সিজন্নগদবনি। মরমদি থবক নিপান অসিবু হিসাব ত্তৌবা কৌই, সংস্কৃত ভাষাদা মাচুবু পাটীগণিত কৌই। অতুনদি মৈতৈনা মূল জাতিদগী হিসাবতা সিংথাবা অসি থংলকপা ওইরবদি পাটীগণিতস্তু তৈরককম্ খোকই। মৈতৈনা পাটীগণিত তৈরককরবদি মসিং থিবদা হিসাব তৌনবা সীংথাবা তৌরমলোইদবনি। অমস্তু কোন্না কাইনথংদা মণিপুরগী লোন্নবা লৈপাক্তগী হিসাবতা সীংতেক্লা থম্বসি তম্বা নত্তে হাইবস্তু থংই, মাচুদি নোংপোক্তা ব্রহ্মা, অমস্তু খা, ব্রাং, নোংচুপ্তা লৈবা জাতিসিংগী অমনবা পোংতা অমস্তু মাখোইগী মরোনদা হিসাবতা সীংনা তৌরম্বা প্রমাণ ফংদে। মরমদি অঙ্কগী হিসাবতা সীংনা সিজন্নবা মতমদা বঙ্গদেশ রোমদা মী ভাগরি, লমসিং অদু ঈনুংবগুদা লুপ্তুনা লৈরি।

মৈতৈগী মসিং মখি অসিদা মুন্না এংলগা মাখোইনা মূল জাতিদগী খাইদোক্লকপা মতম

অসি ইরাই লাইনা উরে, মাহুদি; হুজিকী কাল অসিদা উরিবা অঙ্ক অসিগী রুটকী মশকনা পোক্তরীঙৈ অহুগা পাটীগণিত, বীজগণিত অমসু জ্যামিতিগী মূল সিদ্ধান্তদি হৈরবা মতমদা মৈতৈনা মাখোইগী মূল জাতিদগী থাইথোক্লকপনি তরং তরংনা লেপই। মৈতৈনা হিন্দুসিং অসি মণিপুরদা পুথোকপনি হাইবদি করিগুম্বদাসু য়াউরোই। মরমদি—বিংশতি শতাব্দগী তংথাই কাউবা পাঙ্গীনি হাইনা কাউরবা মী ফ উবা হুজিকী মণিপুরদা বীজগণিত মশক থংখিদরে। * মাসি মণিপুরতবু হাইবা নত্তে মাগী লোম্নবা লৈপাক পুম্নমকপু মাসুম্না লোক্লবনি। অহুনা লাইনা থংবা ঙমই, ভারততা বীজগণিত হৈনরবা মতম বীজগণিত অসি অঙাং কাউনা তমনরিঙৈ অহুগা সীংনা অমসু মতুম মপাকনা অঙ্কগী থবক সিজন্নরিঙৈদা মৈতৈনা মাখোইগী মূল জাতিদগী থাইদোক্লকপনি হাইনসি করিগুম্ব লিংনকম থোক্কে।

মসিং খিনবা সীং মচেং অমসু করি করিগুম্বা মতুম লিকোন শেনজনা বীজগণিতকী লম্বেনদা সিজন্নবা সরুকতা পাটীগী সকক্সু মশানা চংদবা য়াদে। অমসু পাটীগী সরুকতা ক্ষেত্রমিতিগী বিদ্যাসু থংদবা য়াদে। মখোই মথম অহুম অসি মহৈ মহৈ থাদোকনরবদি মহৈ মহৈ ওইনদে। থাইনা অঙ্কগী মহুৎতা সীংনা সিজন্নরম্বা অসি ইয়ুরোপকী ইখাইদগী ইহান হানবা অঙ্কগী লাইরিক Robdologia কৌবা খৃষ্টাব্দ ১৬১৭ তা ইবা অমদা উই। লাইরিক অসিবু গ্রন্থকার অহুনা Seton দা কৎলি, মানা থাইনা কুইথ্রগা মতমদা সীংনা অঙ্কগী মহুৎতা সিজন্নরম্বা মতমগী পুরাণগী নিয়মনা অঙ্ক খুদিংগী লোগারিথমস্ পুথোকপা অসি লাইরিক অহুদা হাপই, মাহুবু Seton না য়াম্না ইরাউখি। ঐখোইনা মেতৈগী সাং থাবাগী মসীং মখিগী ব্যাখ্যা তৌবা অসিদা লাইরিক অমবু খুপাই ওননিঙ। সভ্যজগৎ অসিদা মতম থরা পিঠা গোরাসনা কর্ণ কৌবা পোৎশক অসি ফোংদোকই হাইনা কুমিং কুম্না ঙাল্লমই। কর্ণ হাইবসি ঋগ্বেদগী সূক্ষসূত্রদনা হাংনা লেবম্বা উনরকঙৈদগীদি মাগী লিংচৎ অহু হিন্দুনা য়ুনখরে। মাসি ঐতিহাসিক পণ্ডিতসিংনা থংনরি। মাহুনা প্রমাণ ওইহুনা এংলগা ঐখোইনা উই, মাহুদি মৈতৈরোনদা য়ুমগী কাবণ অমসু কোচিন হাইবা শব্দ অনিসি মৈতৈনা পিঠা গোরাসনা ইবা গ্রীকী দর্শন শাস্ত্র অহু তমহুনা থংবা নত্তে হাইবা মী খুদিংনা য়াগনি। অহুনদি মেতৈনা য়ুমগী কারণ অমসু কোচীন মশক থংবা অসিদি মাখোইনা মাখোইগী মূল জাতিদগী থংলকপনি হাইবদা কনানা হিনগনি অহুনা কারণ – কর্ণ; কোচীন – কোন; অসুম্না বৈদিক শব্দনি হাইবসি মীমাংসা দর্শনগী সূত্রনা ইরাই লাইনা থংবা ঙমই।

মরম অসিনা ঐখোইনা মৈতৈগী হিসাবকী সীংতেকসিং অর্থাৎ rods of nepier বু, থাবদা তরা সুরগা মথক্তা কৈপৎপা অসিগী মরমদা Robdologia কৌবা লাইরিকী নিয়ম,

* মণিপুরদা মৈতৈ মচানা স্কুল তম্বা হৌরকপা চহি ৫০ রোম হুবে, শিক্ষা ব্রতী ওইহুনা স্কুলদগী হৌবা কাংবুদি বীজগণিত থংলে, মাহু নত্তবা পাণ্ডিসিংবু থাইননি।

অমস্থ সিদ্ধান্ত সিরোমণিগী লীলাবতী টীকাদা গণেশনা হাঙ্গৈবা নিয়মগী মতুং ইন্না প্রমাণ তৌরি।

করিগুম্বা সমকোন অমগী কারন খংলবদি, মাগী ভুজ অমস্থ কোটি অত্ত ময়েকনা খংই, মরমদি কর্ণদি সমকোনগী ভুজ অমস্থ কোটিগী মখা পোনবনি, ভুজ কোটিগী বর্গগা কর্ণগী বর্গগা চপ মানৈ। মৈতৈনা হাঙ্গৈ য়ুমদা সমকোণ ওইরবদি মী লৈবা ঙমদে, অত্থনা য়ুম অত্থ নির্ঋতিগা ঈশানগদা সমকোণদগী পিকসিনহল্লু, অত্থগা তিল লাই হুরানবনা চিংবা চংদনবা খোং থিংবনি, অত্থনা ময়েক্কা তারে মৈরমগা বায়ুগাদনা সমকোনদগী চাওখোকই, মাত্থ মশন মনাই মরন চংনবনি হাঙ্গৈ। কোচিন মরিমক য়ুমদা সমকোণ তারবদি সঙ্গাই কোরে, লাইনা নিংথৌনা লৈগদবনি লৈহৈদে হাঙ্গৈবসি মাখোইনা খাজবকই। মাস্থম্না খাজরকপা অসি মচা মস্থ তারক্রদা বিত্তা হৈরক্তরবদা য়ুমগী বারণ থম্বা কারণ হুবা অসিনাচিংবা চুমদবাসিংনা উচ্চগণিতকী সরোণ অত্থ সিজন্নৈ। থাইনা মূল জাতিনা য়ুম সারমদাইদা জ্যামিতি অমস্থ rods of nepier ( সিং ) খাহ্নো তৌবা অত্থবু মৈতৈনা পরিং হুনবা কোহ্নো য়ুমসাবা থুদিংগী তৌরি, মাত্থ বীজগী জ্যামিতিগী গণিত তৌবনি খংদরে, মরমদি মতম কুইনা মৈতৈনা কাউ-খ্রবননি। মাত্থবু নিংসংননবগী দমক পুথোক্লবদি :—মৈতৈগী হিসাবতা সিংথারগা তল্লা সুবদা মথক্কা ফৈগংপদি পুবণ তৌবনি। মাত্থদি জ্যামিতিগী নিয়মগী মতুং ইন্না তৌবনি। মাত্থবু মুসলমানগী লাইরিক্তনা "জরব কোঠরী" কৌই। পাঠকসিংনা য়ুঙাইনবা উৎলি।

মাবু পুরিগদবাবু গুন্য, মানা পুবিবাবু গুণক কৌই। গুণ্য অমস্থ গুণকপু ভুজ অমস্থ কোটিনি অস্থম্না খল্লু। আয়ত ক্ষেত্রদা ভুজ অমস্থ কোটিগী পুরণ তৌনরগা ক্ষেত্র ফল সাদোকউ। ফল থুদিংগী কারণ ( কর্ণ ) সাদোকউ। গুণ্যগী মফমদা ওইবা মসিংবু ভুজগী অমস্থ গুণককী মসিংবু কোটিগী মফমদা হাপউ। গুণককী মফম থুদিংনা গুণ্যগী মফম থুদিংমকপু পুরিয়ু। গুণ ফলগী এককী মসিংগী মথৈবু বর্গগী কর্ণদা এংতা হাপউ, থুক্তা লাকপবু ওইদা হাপউ, অত্থগা কর্ণদা লৈবা মসিং পুম্নমকপু কারণগী মথৈ লৌহ্নো তিনসিনল্লু, পুরণ ফল ওই। মাত্থগী উদাহরণ গুণ্য ২৫৬৭ গুণক ৬৭৮ মাসিবু তাকথ্রবা নিয়ম অত্থ তৌরবদি

= ২৫৬৭ × ৬৭৮ = ১৭৪০৪২৬

= ১৭৪০৪২৬

মথক্তী থুদমদা উনরে, পুরিবদি বর্গ পুখোকপনি, মাহুদা উৎখরে, মাহুদি সিংথাবদা তরা সুববু মথক্তা থাঙৎপদি—কৈবদি, থুত্তা লাকপা মসিংবু ওইদা হাপ্পগী দমক কারণদা থাঙৎপনি। অর্থাৎ ২ বু অমসুং মথক্তা উৎখ্রগা অহুদা পুরিবা হাঙ্গবসিদি শুণকনা শুণ্যবু থুগাইবনি। অর্থাৎ ২ বু তনা পুরিউ হাঙ্গরবদি অনি থারিবসিং অহুবু অহুমথোকনা থুগাইবনি, অহুবু পুরিববু মৈতৈ লোনদা ফুবা কৌই, বেদদাসু মাহুম্না পুরিববু ফুবা, হাংপা থুগাইবা অসুম্না কৌই। মাহুদি

১০ — তরা — তরণ লান থোকখ্রবা ওইদা চংখিবা।

২০ — কুন — কোনাদা চংলবা।

৩০ — কুন তরা = কুনথরা।

৪০ — নিফু — অনিনা ফুবা ২ × ২০ = ৪০

৫০ — য়াংখৈ — নিফুদা ১০ য়ানসিনবা = ৫০

৬০ — হুমফু — অহুমনা ফুবা ৩ × ২০ = ৬০

৭০ — হুমফুতরা ৬০ + ১০ = ৭০

৮০ — মরিফু — মরিনা ফুবা ৪ × ২০ = ৮০

৯০ — মরিফু তরা

১০০ — চা — চে = চৈ। রাচেং অমনা মশক কোংদোকনবা থাবা। বেদদাসু মসিং অসি য়োৎবদা রানা থাই হাঙ্গহুনা শত কৌই।

১০০০ — লিশিং— রাদগী মতাং য়াম্না হেনবনা রাগুম্বা তরা শাংই হাঙ্গহুনা চাতরাগী মসিংবু লি মচেং অমানা থাহুনা খংনবনি। বৈদিক যুগতদি তিংথোনা তৌই, অহুনা চাতরাবু সহস্র কৌই।

১০০০০ — লক্ষা—লি থাইদোকপা হাঙ্গবনি, লিশিংদদি লি অমতা থারমই, লিশিং অহু তরা সুরবদি লি মসিং য়ামথংলে হাঙ্গহুনা লখা কৌই।

সংস্কৃততা লিশিং চামাবু লক্ষ কৌই, মাহুদগী হৌরকপা নত্তে। মরমদি মৈতৈনা মুন জাতিদগী থাইদোক্লকপা মতমদা লক্ষ হাঙ্গবা শব্দ অসি মসিংগী মমিং ওইনরমদে, মাহুমক যজুর্ব্বেদ সংহিতাদা হাঙ্গরি "দশ চ দশ চ শতং চ শতং চ সহস্রং চ সহস্রং চাযুতং চাযুতং নিযুতং চ প্রযুতং চাস্বুর্বুদং চ সমুদ্রশ্চ মধ্যং চান্তশ্চ পরার্দ্ধশ্চৈতে। মে অগ্ন ইষ্টকা ধেনবঃ সন্ত্বমুত্রা মুষ্মিন্ লোকে॥" অসিনি, মাসিদা হাঙ্গরিবা মসিংগী কক্ষম অসি দশ, শত, সহস্র, অযুত, নিযুত, প্রযুত, অর্বুদ, ন্যর্বুদ সমুদ্র, মধ্য, অন্ত অমসু পরার্দ্ধ কাউবনি একক থারগা সুপনগী তরাহুমদোই কাউবনি। তৌইনমসু অথর্ব্ববেদগী ৫ কান্ত ৪ অনুবাকতা অমসু ঋগ্বেদ সংহিতা দাসু মৈতৈগুম্না সুপনগী লিশিং কাউবতা সিজরৈ, অহুনা লিশিংদগী হেনবা মসিংদা পরার্দ্ধ কাউবা লিশিংতনা থুচিং ওইহুনা শিজন্নবা য়াই। মাসি বেদগী ধর্ম্ম লৌবনি।

মথক্তা উংগ্নবা খুদমসিং অসিদগী চিংনবা লৈহনা খংলে। মৈতৈনা সভ্য জগৎদা অঙ্কগী ময়েকনা হিসাব তৌদরিবৈদা সাংনা চৎনরিবৈদা মণিপুরদা পুন্দারকপনি। অদুগা পাটীগণিত, বীজগণিত অমসু লৌ শুনবা য়ুমদাবা হৈরকই, মাদু মাদুবু সভ্য জগৎতা আবিষ্কারদি তৌরবা মতুংদা মাখোইনা মূল জাতিদগী খাইদোক্লকপনি। তৌইগুম্বসু হৈরকলিবা বিদ্যাসিং অদুগী মমিং শব্দদি অদুমক সিজন্নরবসু য়াউই, অদুগা অর্থতা লৌবসু য়াউই, মাতুদি শতবু চা কৌরিবা অদুনাচিংবনি, অদুগা অর্থগী ভাবতা লৈহৌবসু য়াউই, মাদুদি সহস্র (তিংখো) গী মদুৎতা মতাক্তা মাল্লবা লিনা লিনলে। অদুগা কারণ, অমসু কোচিননাচিংবনা শব্দদা অপভ্রংশ ওইরবনি। মাস্নুমা তৌবসি মসিংথিবা বিদ্যাতদা তৌরবা নত্তে খৌরানমিচাকনাচিংবদাসু তৌরি। খুদমগী দমক orion বু বেদনা মৃগব্যাধ, সংস্কৃতনা মৃগশিরা, বাঙ্গালীনা কালপুরুষ, মৈতৈনা শাচুং তেলহৈবা, তাংখুল্লা সারেঙা কৌই, মাদুবু অমোক প্রত্যুদা হরণদা খোংজাইনা উচি মখুন কৌই। অদুনা মৈতৈনা মূল জাতিদগী খাইদোক্লকপা অসিদা অঙ্ক ময়েক লৈতরিবৈদা ওইবনা খংবা ঙমলে, মহাভারত রামায়ণনাচিংবা শাস্ত্রনা ভারততা লৈতরিবৈ অমসু কুরুক্ষেত্র যুদ্ধগী মমাংদনি হাঙ্গবা সংসংনা খংবা ঙমই। অদুগা পুরিববু ফুবা কৌবা, অমসু কুন, কুনথ্রা, নিফু অসিনচিংবা কুন কুননা মসিংথিবা অদুগা লোইনন। মৈতৈ বর্ণমালাদা অঙ্ক ময়েক লৈরমলবদি মৈতৈনা মণিপুরদা চংলকপা অসি খৃষ্টগী প্রথম শতাব্দী য়াইদনি হাঙ্গবা য়ারমগনি। মরমদি অঙ্ক খোকলবা মতুং কাউবা কোন্না হাঙ্গরবদা আর্য্যভট্টগী মতম ফাউবা পুরিববু ফুবা ওইনা হিসাব তৌরমই। খৃষ্ট পঞ্চম শতাব্দাগী মমৈরাইতদগী হৌনা ভারততা গুজিক স্কুলদা চৎনবা পুরিবগী মওং অসি যণয়ুং হানবা মাল্লি চাঙ্গনা "গো মূত্রিকা" কৌদুনা চৎনরকই, মাসিদদি পুরিবদা গুণবু গুণকনা ফুবা অসি য়াউদরে, তৌইগুম্বসু মণিপুরদদি পুরিবদা ফুবা অসি ঐ ফাউবা গুণ্যবু গুণকনা ফুবা ওইনা পুরিবা অহানবা তম্লকই।

ঐখোইনা উংখরে, মৈতৈগী মসিংথিবা মওং অসিনা প্রাচীন বৈদিক যুগতগীনা মৈতৈনা মণিপুরদা খুন্দারে। মাসিগী প্রমাণ অমসু মৈতৈনা শেনথিবা অসিনি, মাতুদি শেন মথাই ৪বু য়াংথৈ, ৮বু চাখা, চাম তরাবু লিশিং, শেন লিশিং তরাবু শেল লখা অমা কৌই। মাসিগী কল মানবা চীন লৈপাক্তা উই।

থ্রেশিয়নস জাতিদা অঙ্ক হাঙ্গবসি 'খুদম মরিতা লৈ, মাসিগী মরমদি Arstolte না হাঙ্গরমই, মসিংথিবদা মীওইবনা মাগী মাগী খুৎতা পাল্লিবা খুৎচানা থিবনা ওই, এং ওই অনিমক্তা তরা ওইবনা তরা ফাউবা মসিং থি। অদুগা স্নুপনগী খুৎ এৎতদা থিবনা মতা ফাউবতাসু চৎনৈ, মাদুদা ময়েক্তা তারে খুৎপিনা খেকচিন্দুনা সমষ্টিগী মসিং লৌরগদি অরাংবদা লৈবা খুৎচা মরিনা য়াংথৈনা (য়াং—অরাংবদা—নত্রগা পরেংশাবা অরাংবদা লৈব মথৈগী অরোইবা য়োবা অমুম্বা অর্থদা) মরিবু সমষ্টি অমা ওইনা চৎনবনি।

থাইনদি মসিং থিবা হাঙ্গৈবসিগী কুইখ্রবা মতমদা অহগী মহুত্তা চেক্‌ম্‌, মুংহুম, মালাদা উনরিবা উনাচিংবগী মতুম অসিনা সিজন্নরমই। মাহুম্না সিজন্নবা মওং অহু ইঙ্গিণ্ড, অমস্তু গ্রীসতা য়াম্না চংনরমই। মাহুম্না মতুম্না সিজন্ননা অহুদা ৫ না মসিং অমা ওই ( মাহুদি অহুদা তরানা ওইবা অসিগুম্বনি ) অহুনা মতুমগী মশক শেনথিবা মৈতৈনা মগুানা মসী থিনবা ওইহুনা চংনরমই। মসি শেন থিবদা অমস্তু খুংলাকপী মকদা মগুাহেনা মসীংগী পুরোক অমা ওইনৈ। অহুনা মগুানা তরাগী মহুত্তা সিজন্নরবা মরম্না মৈতৈনা শেন মথাই তরাবু মগুা কৌই। অহুনা শেন থিবদদি খুং অনি তিনসন্নবনা খুং অমতগী হিসাব লৌবনা শেন অমা হাঙ্গরগা মথাই অনি থংনৈ। শেন অমা মথাই হাঙ্গরগা মথাই অহুম থংনৈ। য়া থৈ মরিগা মথাই অনিবু চনি কৈকক কৌই। অতৈদি শিংগা মাৎ্রে, অর্থাৎ শে চা ১০ না লিশিং, লিশিং তরানা লখা অমা কৌই। মাসি হুজিহুগী চহি ৫০ গী মমাংদা চংনরমই ঐখোইস্তু থরা থরা উহৌই; হুজিকস্তু নুপীসিংদি থংবনা য়ামই। মাসিস্তু যোগ, বিয়োগ, গুণ, হরণ, বর্গ, ঘন, মূলনাচিংবা পাটীগী হিসাব তৌনবা খুংথা লে। মাহু মণিপুরদাস্তু চংনরমগ, অহুবু হুজিক্কি ঐখোই হৈহুরে, কাউথবে অহুনা লাইরিক অসিদা মমল য়ামখ্রবা পোৎ অহু ঐথে ইনা পুখোকপা শুমদরে। মরম অসিনা খৃষ্টাব্দ ১৬৬২ দা জর্ম্মনীনা ছাপা নম্বা Arithmetica calcularis or Arithmetica mercatoria কৌবা ললোনবগী মতাং লাইরিক্তা শেন্‌থিবগী নিয়ম অহু ইহুনা য়াউই। মাহু উরগা ঐখোইগী মৈতৈনা তৌরম্বা অহু মাসিনি হাঙ্গনা নিংসংই, পাঠকসিংনা মগুাইনবা থুদম থরা উংকে। শেনগুম্বা মতুম, মপাকনা হিসাব তৌবদা মগুানা তরাগী থবক তৌগনি, তরা ম্নরগা মথক্তা লয়িদা ম্নপকনি, মাহুদি অহানবা মগুাগী মম্নংনা একক ওইরগা ফৈনা ইবা লয়িনা তরা, চা, লিশিং, লখা ফাউবা অফেবা লয়ি ৫ ইগনি মাহুনা মাসি থোকই—

```
 ─────────  ┐
   •        │
 ─────────  │
   •        │
   •••      │
 ─────────  │
 ─────────  │
   •        │
   •        │
 ─────────  ├  =৬৩১৮৬১৭
   •••      │
   •        │
 ─────────  │
   •        │
 ─────────  │
   •        │
   •        │
 ─────────  │
   ••       ┘
```

তিনসিন্নবা— ৭৬৮ + ৪৮৯ = ১২৫৭ সিবু মথাগী অমুম্না থোকই।

| | | |
|---|---|---|
| •<br>•• | | •<br>•• |
| • | ••••<br>• | • |
| •<br>• | •••<br>• | • |
| ••• | •••• | •• |

মথক্তা তিনসিন্নখিবা শেন মথাক্ত অসি খাইদোক্তরবথি অহুনমুবা কাদা ৯শ ২৮৯ অসি থোকই

| | | |
|---|---|---|
| •<br>•• | | |
| •<br>• | ••••<br>• | ••<br>• |
| • | •••<br>• | •••<br>• |
| ••• | •••• | •••• |

২৩৪৫ × ২৩ = ৫৩৯৩৫ অসি শেনদা মাপুম্না তৌগনি।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| •• | | •<br>•• | ••••<br>• | • |
| ••• | | | •<br>• | •••<br>• |
| •••• | | | •••• | •••• |
| • | •• | •••<br>• | | •••<br>• |
| | ••• | | | |

মতম অসিদা মৈতৈ মুপীসিংনা শেন পাবদা মপুক চম্নকতরগা শেন মতুম মপাকসিংবু পাবগী মসিং খিবদা অমুম্না খাহুনা খিরি, তৌইশুম্নমুং মথোইনা তৌরিবা নিয়ম অচু মওং মায়বতনি, খাইনগী চান্নবা অসিদি কাউখিহুনা হাইরপ মান্না খি। অমুম্না শেন খিবগী চৎনম্না অসিদি ভারত পশ্চিমলোমদা চৎনম্না ইকুই কুইদরি। কৌ, চেং, হয়াইনচিংবা মসিংগী চাং মখিংনা অমোক তোঙান্নি। মাহুদি "মনাভিধানং খমুপৈশ্চ সেরৈঃ—সের ৪০ না মন কৌই, হাইবা সের মন অসিনচিংবা অসি মৈতৈগীদা নৈতে। দ্রোণ কৌবা পরিমাণগী মীং অসি উনা সাবা লীনা সাবা অমুম্না অমি থোকই, অহুনা উনা সাবা দ্রোণ ( উতোং ) ১৬ না লীনা সাবা দ্রোন অমা ( লাইতং ) উগী দ্রোন ৩২ না খারী ( লীনা সাবা খারী—লীখাই অমা )

উগী ত্রোণ ( উতোং ) ৬৪না সংভার অমা, ( সংবাই ) সংভার অনিনা সম্পদ, ( পোং ১ অমা কৌই। মাসিনা খংবা ওমলে ত্রোণ অমসু খান্নীদা মসিংডা মপৌবা পরিমানগী চাংদদি য়াম্না পিকথখিবনা মৈতৈনা মূল জাতিদগী থাইদোক্লকপা মণিপুরদা চংখিবা মতম অসি আলেকজেণ্ডারনা ভারততা তাদরিঙৈদনি, মতুংদা ওইরবদি ভারতবর্ষগুম্না চাংগী মিং মন সের য়াউগনি, অসুম্না চিংনবা লৈতনা খংই। মৈতৈ হাঙ্গৈবসিদি মপা মপুগী ধর্ম্ম অসি খাদোক্লবনা মাখোইগী অতোপ্পা সংস্কৃতি অমা ওইবনি, অছুনা মাখোইনা লৌ খোইবদা, অর ( চংলু ) হাঙ্গৈবনা ওইদা লৈবা, তিষ্ঠ-তিতি ( লেপউ ) হাঙ্গৈরগা এংতা লৈবা, রক্তরক্ত-রর ( ভাকউ,-চাগণ্ড ) হাঙ্গৈরগা যগগী চপ লেপ্পা অসি মণিপুরদগী মনিংলোমদা পূর্ব্ববঙ্গ আসামনা তমখি, বর্ম্মাদানা তৌদে, অমসু পশ্চিম ভারততনা কাউখরে। ( মাসি ঐগী পুরাবৃত্তমদা পারগা সম্নোকনা উগনি ) অছুনা মৈতৈনা মূল জাতিগী থাইদোক্লকপা অসি কুরুক্ষেত্র যুদ্ধগী মমাংদনি অসুম্না লাইনা উহল্লি।

মতাং অসিদা ১১সুবা পন্দুপ লোইরে।

---

# মণিপুর ইতিহাস

## ১২ সুবা পন্দুপ।

### মণিপুর লৈপাক্তা তাবা অরিবা মী।

<u>নিংথৌজা</u>

অঙিংকোক গুরুনা কোনজিন তুখোকপা পোকই। কোনজিন তুখোকপানা লৈকক্ লৈয়ারেন পান্নচুনা লৈশংলেন অশংবা পোকই। লৈতংলেন চন্নুনা লাইতোংলেন অতোংবা। লৈকুরেন চন্নুনা লৈতংলেন লিন্দাং শাংবা। কোনকু লৈকু চন্নুনা কোনসৌরেন। লাইরেক লাইখোং চন্নুনা কুপত্রেংনে শেনত্রেংনে অনিমক পোকই। শেনত্রেংনা নিংথেম ওই। পিরিংনু অহুমনু অরৈবা মাইরেংহৌবা চনু নোংদা নোংথল লেম্বী লৈনুং য়াখু য়াবী চনু চাখা নুরোন পিরোন য়াম্বী যুমজাও লৈমা ওইবী লৈমা অহুমলক ওইবী * নিংথৌ অহুমনা * পান্নবী লৈনুং য়াবীরোকনা নোংদা লাইরেন পাখংবা। লাইমুনা খুইরোই তোমপোক, কুমোইমুনা তাওখিংমাং, হাওনুখুনা খুইনিংঙোনবা, হাওমুচম্না পেংসিবা, লাইতোংখুনা কাওখংবা, লাইতোংহম্না নাওখম্বা ৭মক অসিদি লাইনে॥ * ॥ য়াওরোইবা চন্নুনা নাওফংবা। <u>মৈদিংঙু নাওফংবানা</u> খুমন নিংথৌ য়োইরাংপোক পুনসিবাগী মনাওনা পোকপী কাইরৈমাগা য়াওরৈবা চন্নুগা ২মা পান্নচুনা কাইরৈমানা <u>শমৈরাং</u> পোকই, নিংথৌ ওই। য়াওরৈবা চন্নুনা থমংলাং পোকই। থমংলাংনা য়াওরৈবা চনু পান্নচুনা চিংসু কোইরেম্বাগা শরিক লৈখম্বাগা ২মক পোকই। চিংসু কোইরেম্বানা চিংগাংবম চনু পান্নাচুনা খোংলাম্বা নোংইনবাগা অনিমক পোকই। ১। খোংনাম্বাগী মিংদি * য়োংখোমনে *। ২। নোংইন ফাবাগী মিংদি * কৈখেল লাকপমনে *। ৩। শরিক লৈখম্বাগী মিংদি খোইরোমনে, য়াইরোম ২মকনে॥ <u>মৈদিংঙু সমৈরাংনা</u> কম্বোং নিংথৌ চনু পান্নাচুনা মৈদিংঙু উরা কোন্থৌবাগা পুংসাইগা ২মক পোকই। <u>উরা কোন্থৌবানা</u> নিংথৌ ওই। পুংসাইগী মিংদি ৪। খোংগাবম, ৫। মাইরেম্বম, ৬। ফেলেম অসিনে॥ * ॥ মৈদিংঙু উরা কোন্থৌবনা নোংজেংসুনে নোংবানলোন হোইয়াম্বীনে ২মা পান্নাচুনা খাবারোন নোংজেংসুনা নাওহনবে, য়োইজরোননে নাওখিংখোংনে, নিংথৌ রাংঙানে ৪মক পোকই। নোংবান হোইয়াম্বীনা ফৌরায়াং লাইকোকসু পোকই। <u>নাওখিংখোংনা নিংথৌ ওই</u>। নাওহম্না খুন্দোং নাওশং চনু পান্নাচুনা অখিং হৈরোংবগা নিংথোনবগা ২মা পোকই। অখিং হৈরোংবাগী মিংদি ৭। হৈরোম, ৮। কোংবমনে। নিংথোনবাগী মিংদি ৯। তাইমজম নাওরেমনে। ফৌরায়াং লাইকোকসুগী মিংদি ১০। লৌরেম্বমনে॥ * ॥ মৈদিংঙু <u>নাওখিংখোংনা</u> থমসুরোন চিংয়াইসুনে, পিতংঙা লংমাই নিংথৌ চন্নুনে কৈরু হাংবীনে নাম্নুন চাওবীনে, শংখু লমচু লৌহোংবীনে খোইরু লাংমৈ চনু লৈমা লাইখোং তেমবীনে নোংবান

সরি মোম্বীনে ইরেংকোন কাবীনে অসি পান্নাহুনা থমস্সুরোননা খোংতেকচাগা পোংকৈ লাম্বাবাগা ২মক পোকই। পেক্তংঙাদি সোই নাইদে। কৈরুহাংবীনা নিংথৌ হনবাগা নিংথৌ খুবাগা ২মক পোকই। খোইরু লাংবৈ চমুনা থিংগোন মুমগুম্বা পোকই। নিংথৌ কুরাওবা চমুনা নিংথৌ মকাম্বা পোকই। লমস্থু তোংবীনা থিংনাংশংগন চামবা পোকই। সরি সোম্বীনা নারিন খোম্বা পোকই॥ নামুন চাওবীনে ইরেং কোনকাবীনে ২মাদি শোই নাইদে। মৈদিঙু খোংতেকচানা নিংথৌ ওই॥ * ॥ পুংকৈ লাম্বাবাগী ঈদি ১১। ইপুশংবমনে॥ নিংথৌ হনবাগী ঈদি ১২। খুমন্নম্বমনে, ১৩। খোইন্নামনে, ১৪। সিংখরাম, ১৫। লাইতোনজম, ১৬। নামোইজম, ১৭। ময়াংলম্বম, ১৮। নাওরোইজম, ১৯। হাওদেজম, ২০। চংনিংশেনবম, ২১। ভাংভোম, ২২। কাংশেনবম অসিনে॥ * ॥ থিংগোন মুমগুম্বাগী ঈদি ২৩। খোইমুজম, ২৪। লোইতাম, ২৫। নাওদম অসিনে॥*॥ নিংথৌ মকাম্বাগী ঈদি ২৬। খম্নাংবা শংবম, ২৭। ইরোম, ২৮। সিনাম, ২৯। লাইশংবম, ৩০। থিংনাম, ৩১। আথোম অসিনে॥ * ॥ মৈদিঙু খোংতেকচানা পুকৈরেন চমু পান্নাহুনা কৈরেনচা পোকই। কৈরেনচানা লোইজাবা চমু পান্নাহুনা য়ারবা পোকই। য়ারবানা লাম্বাসু পান্নাহুনা অয়াংবাগা হাওবা কোককা ২মক পোকই। অয়াংবানা নিংথৌ ওই॥ হাওবা কোককী ঈদি ৩২। খুম্রাকপম, ৩৩। কাংজবম, ৩৪। লাইকংবম, ৩৫। হাওখোম, ৩৬। নাকম্বম, ৩৭। নাহাকপম, ৩৮। শানৌজম, ৩৯। য়ারেঙ্গম, ৪০। লৌরাংবম, ৪১। য়াংজৌম্বেবম অসিনে॥ * ॥ মৈদিংঙু অয়াংবানা লাম্বাসু পান্নাহুনা নিংথৌচেংগা খংদাওগা ২মক পোকই। নিংথৌচেংনা নিংথৌ ওই। খংদাওগী ঈদি ৪২। সাইরেম, ৪৩। আখোংবম অসিনে॥ মৈদিংঙু নিংথৌচেংনা লাম্বাসু পান্নাহুনা চেংলৈ ইপান লাম্বাবা পোকই। চেংলৈ ইপান লাম্বাবানা লাম্বাসু পান্নাহুনা য়াংলৌ কৈফাবা পোকই। য়াংলৌ কৈফাবানা খোংলৈমা পান্নাহুনা ইরেংবাগা নাহুইপাম্বাগা ২মক পোকই। ইরেংবানা নিংথৌ ওই॥ * ॥ নাহুইপাম্বাগী ঈদি ৪৪। শোইয়ামনে॥ * ॥ মৈদিংঙু ইরেংবানা হাওরৈমা তমহৈবীনে, হাওরৈমা পিদোংম্নকাবীনে ২মা পান্নাহুনা তমহৈবীনা মৈদিংঙু লোইম্নম্বা পোকই। পিদোংম্নকাবীনা খমলাং পামশাবা পোকই। মৈদিংঙু লোইম্নম্বানা নিংথৌ ওই॥ খম্লাং পামশাবাগী ঈদি ৪৫। মুতুম, ৪৬। হুইরোংবম, ৪৭। নাহাকপম, ৪৮। কোংবাজম, ৪৯। খুম্নোম, ৫০। নম্নাংলম্ব মুতুম, ৫১। হৈরাংখোংজম, ৫২। হেস্নাম, ৫৩। শাপম, ৫৪। ইকন্নাম্বেম, ৫৫। হন্নিংথেম, ৫৬। ইরেংবম, ৫৭। ইরোম অসিনে॥ * ॥ মৈদিংঙু লোইম্নম্বানা সুমলৈমা পান্নহুনা লোইতোংবগা কীম্নকোংগা ২মা পোকই। লোইতোংবানা নিংথৌ ওই॥ কীম্নকোংগী ঈদি ৫৮। কৈশাম, ৫৯। লৈচোনবম, ৬০। কাইরেম্বম, ৬১। শাদোকপম, ৬২। চরোইবম অসিনে॥ * ॥ মৈদিংঙু লোইতোংবানা সংলৈমা পান্নাহুনা আতোম য়োইরেম্বাগা হেমদৌ ইরাম্বাবাগা সরাবাগা ৩মক পোকই। অতোম য়োইরেম্বাগা ইরাম্বাবাগা ২মা নিংথৌ ওই। সরাবানা পুংগ্রাইজম চমু

পাম্নহুনা য়োইখোংমাইনে কোবানে পাংওারানে ৩মা পোকই। য়োইখংমাইগী ঈদি ৬৩। লোই-তোংবম, ৬৪। ঙাংখারুংবম অসিনে ॥ * ॥ মৈদিংঙু আতোম য়োইরেম্বানা খয়োইরোন শিকলাং-খোম্বী পাম্নহুনা তোরেন চনবা তোরেন খুবা ২মা পোকই। তোরেন খুবাদি শোইনাইদে। তোরেন হনবাগী ঈদি ৬৫। আতোমনে ॥ * ॥ মৈদিংঙু তেমদো ইরাম্বাবানা খুরোই ঙম্বীগা তেমখুঙম্বীগা অনিমক পাম্নহুনা খুরোইঙম্বীনা খুরোম্বাগা থৌরাম্বাগা পোংনাও তাবাগা, মেনস্নমুংয়াং চাওবাগা ৪মক পোকই। আতোম চন্নু তেমখুঙম্বীনা চকলাই হোংখুমঙম্বা পোকই। থৌরাম্বাবানা নিংথৌ ওই। চকলাই হোংখুঙম্বাগী ঈদি ৬৬। পাওনম, ৬৭। ঙংখাম, ৬৮। য়েলরাম, ৬৯। ইরুংবম, ৭০। লুক্রাম, ৭১। সোরেনশংবম, ৭২। লৈত্রাম, ৭৩ নোংথোম্বম, অসিনে ॥ * ॥ মৈদিংঙু থৌরাম্বাবানা তোপাইঙম্বী পাম্নহুনা চিংথাং লাম্বাবগা সমৈস্নুগা ২মা পোকই। চিংথাং লাম্বাবানা নিংথৌ ওই। সমৈস্নুগী ঈদি ৭৪। কমদোম, ৭৫। তেম্নাম, ৭৬। চিরোম, ৭৭। খোইদোংবম, ৭৮। শাদোকপম অসিনে ॥ * ॥ চিংথাং লাম্বাবানা নিংথৌ পোকপী পাম্নহুনা পুরাম্বাবাগা খুমোম্বাগা ২মা পোকই। ২মক নিংথৌ ওই। পুরাম্বাবানা য়াওসোম্বী পাম্নাহুনা কোংয়াম্বাগা স্নারোকবা ২মা পোকই। স্নারোকবী ঈদি ৭৯। নামৈরাকপমনে ॥ * ॥ মৈদিংঙু খুমোম্বানা য়াংলৈঙম্বী পাম্নাহুনা মোইরাম্বাগা তাকনোংগা ২মা পোকই। মোইরাম্বানা নিংথৌ ওই। তাকনোংনা লংমাই রাবাচিং চন্নু পম্নতনা হৈজাংপাম্বা পোকই। মাগী ঈদি ৮০। নামৈরাকপম ॥ * ॥ মৈদিংঙু মোইরাম্বনা নোংবানলোন খুমন খোম্বীনে আঙোবা উসম চন্নুনে য়াওরৈবা চন্নুনে ৩মা পাম্নাহুনা খুমন খোম্বীনা মৈদিংঙু থংবী লাম্বাবা পোকই। নিংথৌ ওই। উসম চন্নুনা লোইজাওম্বা পোকই। মাগী ঈদি ৮১। হুইদ্রোম, ৮২। য়ুম্নাম, ৮৩। শন-খিনবম, ৮৪। নাকমবম অসিনে ॥ য়াওরৈবা চন্নুনা য়াংলৈঙম্বা পোকই। মাগী ঈদি ৮৫। মোইবুংলোকপম, ৮৬। য়ুম্নাম ॥ * ॥ মৈদিঙু মোইরাম্বানা নিংথেমস্নুবী থোকচাওদা তাংখহুনা খা ৪গী গর্ভব য়ুম্নাম অনৌবা মোহন নবংশদা নিংথেমস্নুবী থোকচাওবু খা ৪গী গর্ভগা লোইনহুনা পিখিহুনা য়সমোন পোকই। মাগী ঈদি ৮৭। কোনশম, ৮৮। য়ুম্নাম, য়ুম্নাম কোনশম মাংখোই অসি মোইরাম্বগী ঈনি হাঙ্গ ॥ * ॥ মৈদিংঙু থংবী লাম্বাবানা ইরাংলোন লৈমা য়োইরেন তোম্পোকপীগা য়াওশোম্বীগা নিংথৌ তোরাচন্নুগা য়ুমথু চন্নুগা আকোইস্নুগা খোংবম চন্নুগা লৈমা থংদাস্নুগা ৬মা পাম্নহুনা য়োইরেন তোমপোকপীনা খুমোম্বা পুম্নিংনবা পোকই। মাগী ঈদি ৮৯। নোংথোম্বম ৯০। সনাবাইবমনে ॥ নিংথৌ তোরা চন্নুনা স্না ইনলেন খানবা পোকই ॥ মাগী ঈদি ৯১। খুমন চারাকপম, অহৈবমনে ॥ য়াঙ্গোইস্নুনা স্নারেম্বা পোকই ॥ মাগী ঈদি ৯২। লাংপোক লাকপম, ৯৩। নিংথৌজম, ৯৪। নাকনবম ॥ খোংবম চন্নুনা লোইজা য়োম্বা পোকই মাগী ইদি ৯৫। নিংথৌজম, ৯৬। চোংথাম ভিন্নবা নিংথৌজম, ৯৭। শিংগাম ৯৮। য়ুম্নাম সোরেন

শংবম, ৯৯। য়েনশেনবম, ১০০। সোরাম, ১০১। লাকনবম অসিনে॥ মমথু চমনা কাকপা খৌরানথাবা পোকই॥ মগী ঈদি ১০২। খোদাম, ১০৩। মুয়াম, ১০৪। তোনাম্বম, ১০৫। নোং-খোম্বমনে॥ কাকপা থরাম্বাগী মচা-ময়াংশগী খোকলকপা হেদিকানে হোদংনে অনিমক পোকই॥ হোদিকাগী ঈদি ১০৬। নৌনা পকলকপা পেবম, ১০৭। হোদাম, ১০৮। ছাঙ্গেম অসিনে। হোদংগী ঈদি ১০৯। মুসম, ১১০। নোংথোম্বম ১১১। মুয়াম অসিনে॥ লৈমা থংলানা খৌনৌবা পোকই॥ মাগী ঈদি ১১২। নাইমেরাকপম ১১৩। মোইরাং নিংথৌ মযুমনে॥ ম্রাওসোম্বিনা কোংয়াম্বা পোকই। কোংয়াম্বনা নিংথৌ ওই॥ খম্বা কবী পাম্নহনা তেলহৈবাগা তোনাবাগা ২মা পোকই॥ অনিমক নিংথৌ ওই॥ কবো চম্নুনা সু পোকই॥ তেনহৈবনা লাঙ্গোনমুনে সংখুম্বীনে ২মা পাম্নহনা লাঙ্গোনম্বুবা কোংয়াম্বগা, খুইবগা পুরানথাবগা ৩মা পোকই॥ সংখুম্বীনা চাইবা পোকই॥ কোংয়াম্বাগী ঈদি ১১৪। লাংদেমনে॥ খুইবাগী ঈদি ১১৫। নিংথৌজম নুমিৎলৈমা শংবানে॥ *॥ সুগী ঈদি ১১৬। সুবাম॥ *॥ মৈদিংঙু তোনাবানা শনকুশম্বী পাম্নহনা চাইবা পোকই॥ মগী ঈদি ১১৭। থংজাকপম ১১৮। যেংকোকপম॥ *॥ মৈদিংঙু তেনহৈবানা স্নারেম্বী পাম্নহনা-তবুংবাগা মনাও অমগা পোকই। মনাওগী ঈদি ১১৯। তেলেম হিদাক সুংবানে, লৈত্রে॥ মৈদিংঙু তবুংবনা লমকেনম্বী পাম্নহনা লাইরেম্বাগা পুনসিবগা ২মা পোকই॥ অনিমক নিংথৌ ওই॥ লাবেম্বাদি শোইনাইদে॥ মৈদিংঙু পুনসিবনা লাম্বাসু পাম্নহনা নিংথৌ খোম্বা পোকই॥ নিংথৌ ওই॥ লিনখোইম্বী পাম্নহনা ক্যাম্বাগা শানোংবগা ২মা পোকই॥ মৈদিংঙু ক্যাম্বানা নিংথৌ ওই॥ শানোংবা লালুমখোম্বাগী ঈদি ১২০। কাম্বমনে॥ মৈদিংঙু ক্যাম্বানা * শেম্বুংলোকপিগা লৈশাংখেম চম্নুগা ২মা পাম্নহনা শেম্বুংলোকপিনা লমক্যাম্বা পোকই। নিংথৌ ওই॥ লৈশাংখেম চম্নুনা কোইরেম্বাগা মুংখোনবগা ২মা পোকই॥ মৈদিংঙু কোইরেম্বানা নিংথৌ ওই, সোইনাইদে। মুংখোনবুসুং সোইনাইদে॥

*ক্যাম্ব মা মহাকথক্তো-লাইরিকয়েংবম খোম্নকপা হৌই। মণীপ জাতি ভগীরথনা কাম্বরূপতা লাকপদা, চিত্ররথগী লৈপাক্তা চৎকে হাইত্নুনা তীর্থ কোইওমা অহানবদা কৌক্রচিংবা চঞ্চি অমা দৈ। নিওংথৌগা উনবহনা শকাব্দ ১৩০৭ ফাল্গুন ১৭নি পান্নবদা মা খোংং মরুং মুমআও. লাইরেম্বীদা থমই। মতম অদদা মণিপুরদা হান্নগী লাইরিকয়েংবম মুংখিরমদে। মা হায়ক অসিদগী অয়োক কায়স্থ অতিগী থুঙ্গবা. হৌই। মতম অদুদা কায়স্থসিং অসি ক্ষত্রিয় বংশনি হাইবব মুশঙ থাংলমদে। অদুনা ১৫নি অশৌচ গ্রহন তৌদুনা দ্বিজ জাতিগী মর্দদি লাইদে। ভারতবর্ষদা কায়স্থসিংনা মুশঙ থাংনরক্লবদা শকাব্দ ১৮৬১-৬২দা শ্রীযুৎ চুরাচান্দ মা হাকথক্ত সমগ্র ভারতীয় কায়স্থ সমাজদা রাজপণ্ডিত শ্রীঅতোম্বাপু বিদ্যারত্ন থাডনা, কায়স্থ ইতিহাস অপুবা লৌরুই। ঊনবিংশতি শতাব্দীদা হিংখিবা ঋষিশুপা ভারতকী ব্রাহ্মণ পণ্ডিতসিংগী ব্যবস্থা পত্র লৌকই। মাখোই অসি থাজৈশেংবা ক্ষত্রিয় বংশনি হাঙ্গিনা লেপ্লমই। অদুদগী লাইরিকএংবমনা মণিপুরদামু মুশঙ থাংথরে। ১২নি মুম্মাংবা হৌখন্ত্রে মাখোইগীদি এক থাইদে।

মৈদিংঙু লমক্যাম্বানা তাংখুনওম্বীগা খয়োইরোল চংনিংকাবীগা ২মা পান্নরুনা চংনিং ফাবীনা লোংইন ফাবা পোকই, নিংথৌ ওই, সোইনাইদে। চাখা তাংখুম ওম্বীনা কবোম্বা পোকই, নিংথৌ ওই ॥ মৈদিংঙু কবোম্বানা খিংবাইওম্বীনে লৈশাংথেম চন্নুনে ১মা পান্নরুনা খিংবাইওম্বীনা ইসিংচাইবা পোকই॥ লৈশাংথেম চন্নুনা আতাংজাম্বা পোকই, নিংথৌ ওই ॥ আঙোম্ম চোনবাম্নুং পোকই, মাগী ঈদি ১২১। লোইতোংবম, ১২২। চোনজোনবম ॥ শানোংবীনা তাওজোংওম্বীগা লৈচোনলাকপা তোলোংখোম্বা চন্নুগা অনিমক পান্নরুনা হাওজোং ওম্বীনা খোংনাম্বাগা চলাম্বাগা ২মা পোকই। মৈদিংঙু চলাম্বানা * নিংথৌ ওই॥ লৈচোনলাকপা তোলোংখোম্বা চন্নুনা চিংঙা য়াংবাগা পুরাম্বাবা পুমিংনবাগা অনিমক পোকই ॥ খোংনাম্বাগী ঈদি ১২৩। য়াংখৈরাকপম ॥ চিংঙা য়াংবাগী ঈদি ১২৪। য়াংখৈমন্নম, ১২৫। য়াংখৈ লোকংবম ॥ পুরাম্বাবাগী ঈদি ১২৬। ইকংবম, ১২৭। যোইরাংনিংথৌ মন্নম ॥ মৈদিংঙু চলাম্বানা লমফেন ওম্বীগা কোংবম চন্নু তোলোংখোম্বীগা ২মা পান্নরুনা লমফেন ওম্বীনা মৈদিংঙু মুংয়াম্বা পোকই, নিংথৌ ওই ॥ কোংবম চন্নুনা লমমোম্বা পোকই॥ মাগী ঈদি ১২৮। খুমাইরাকপমনে॥ মৈদিংঙু মুংয়াম্বানা চাংবোম্বীগা খোকচোম চন্নুগা ২মা পান্নরুনা চাংবোম্বীনা লাইয়িংথৌ খাগেম্বাগা থুরাইলাকপা চিংশোম্বাগা শানোংবা আতোনবাগা ৩মা পোকই। খোকচোম চন্নুনা খোমা পুখ্রম্বা পোকই ॥ লাইয়িংথৌ খাগেম্বানা নিংথৌ ওই ॥ থুরাইলাকপা চিংশোম্বাগী ঈদি ১২৯। খুমাইরাকপম ॥ শানোংবাগী ঈদি ১৩০। খুমাইরাকপমনে॥ খোমা পুখ্রম্বাগী ঈদি ১৩১। নোংমৈ কাপ্পম, চেনস্নুবমনে ॥ লাইয়িংথৌ খাগেম্বানা তাইবোম্বীগা আঙোম চন্নু নুংথিল-চাইবীগা কোংবম চন্নুগা অহুমমক পান্নরুনা মৈতৈলৈমা কৌবারোন তাইবোম্বীনা ইবুংঙোহন খোংজোম্বা, লাইনিংথৌ থুনজাওবা, ইবুংঙোতোনবা নোংপোক খোংফেন খোবা ৩মা পোকই। আঙোম চন্নু নুংথিল চাইবীনা লাইয়িংথৌ তাইবংখাইবা পোকই, লাই ওইখরে ॥. কোংবম চন্নুনা ইবুংঙো য়ুইমা য়াইস্নুল লাকপা ক্যাম্বা পোকই., সোইনাইদে ॥. লাইয়িংথৌ. থুনজাওবা সোইনাইদে॥ খোংজোম্বাসু সোইনাইদে। ইবুংঙো তোনবা নোংপোক খোংফেন খোবানা মৈতৈ লৈমা পিথেং লৈমা তাংজখোম্বীগা আঙোম চন্নু. পোয়েম ফাবীগা; সোইবম চন্নু

* চলাম্বা-ম্বা মহাকথক্কো কজিরমধুর সাগৈ খোরকপা চৌই। নিংথৌনা হিডিং লেলগী নিংথৌবা গণক পিন্নু হাঈ। দুর্গাসিং কৌঝ অমা খোরকই। মান্না ঐদি গণক জাতি নত্তে, ক্ষত্রিয়নি হাঈরে। মানা, য়াওগম চন্নু. পার্বতী পান্নরুনা অরাই, অমু, অতোন অনম্নু অগ্রুৎ মচা মরি পোকই। মথক্কী অনিদি শোই-নাইদে। অতোল, অগৎকী থারাবু ক্ষেত্রিখানাচাউবা কৌই। খানাচাউবা হাঈবদি য়াংবমেনুগী মিংনি। মানা য়ুয়াক ওইনকরবদি শতপথগী শ্রুতিদা বরুণনা নিংথৌমচা—ক্ষত্রিয়গী রসনি হাঈবা অদুগী মতুংইন্না পরীক্ষা তোনবদা চুন্নরুনা থোনবনি। মণিপুরদা মতম অসি কাউবা বৈদিক ধর্ম্ম কাউদরি হাঈবা থংই। মাখোই অসি মৈতৈনিদি হাঈবাবু এক লৈতে। ঐমদি এক খাইদ্রবা মতুংদা কোয়া লাকপদি।

২শা ৪মা পান্নাহুনা সোইবম চহুনা চামা কাবানে, তাংখোম্বানে, লাংদে ওম্বানে ৩মা পোকই। আঙোম চহুনা ইবুংঙো ম্নাইস্কুল লাকপা আচৌনে সমৈরাং আতোম্বানে ২মা পোকই॥ মৈতৈ লৈমা থবা পিথৎলৈমা তাংজখোম্বীনা ইবুংঙো ম্নাইস্কুললাকপা সা হিগোননে, লাইরিংথৌ পাইখোম্বানে ইবুংঙোতোন শেনওম্বানে ৩মা পোকই॥ লাইরিংথৌ পাইখোম্বানা নিংথৌ ওই, সোইনাইদে। সনা হিগোনসু সোইনাইদে॥ তোনশেনওম্বানা মৈতৈলৈমা ঙাংবম চহু ঙাইখোং ওথী পান্নহুনা মৈদিংঙু ভুবী চরাইরোংবা পোকই। চরইরোংবা মহারাজনা মৈতৈ লৈমা শাংপম চহু মুংখিল চাইবী মকক্ লোইখোম্বীনে, ইবেম্মা হিজম চহুনে ইবেম্মা খাংজমনে ইবেম্মা শাংপম চহুনে ৪মক পান্নহুনা শাংপম চহু মুংখিল চাইবীনা গড়িবনিরাজ মহারাজ খোংনাং ময়াম্বা পোকই। শাংপম চহু অতোনবীনা সা লোইযুম্বা পোকই। হিজম চহুনা সা থম্বাংবা পোকই। খাংজম চহুনা সনা খমলাংপামশবা চন্দ্রশাই সেনাপতিগা, সনা মানশাই আতোনবা থরাইরাকপাগা ২মা পোকই॥ *॥ গড়িবনিরাজনা নিংথৌ ওই। লোয়ুম্বগী থারাদি ১৩২। কৈথেন মপান তাবা ময়ুমনে॥ *॥ খমলাং পামশবাগী ঈদি ১৩৩। ম্নাইস্কুল লাকপা ময়ুমনে॥ *॥

মৈদিংঙু জয় শ্রীগড়িবনিরাজ মহারাজ খোংনাং ময়াম্বা পামহৈবানা ইবেম্মা আরাম্বম চহুনে ইবেম্মা ঙাংবম চহুনে ইবেম্মা রায়েলবম চহুনে ইবেম্মা চিংঙাথম চহুনে ইবেম্মা হাওবম চহুনে ইবেম্মা ম্নাইখোম চহুনে ইবেম্মা মাইবম চহুনে ইবেম্মা লাইরিকয়েংবম চহুনে ইবেম্মা মোরাংথেম চহুনে ইবেম্মা আরাম্বম চহুনে ইবেম্মাশিং ভবামক অসি পান্নহুনা আবাম্বম চহুনা সনাহল শ্যামশাই থুরাইলাকপা পোকই। ঙাংবম চহুনা সনাহল মুরারি পোকই। রায়েলবম চহুনা সনা সমৈরাং চিংশাই, সনা নন্দশাই, সনা অজশাই, সনা সব্যশাজি, সনা ভরতশাই, সনা শত্রুঘ্নশাই ৬ পোকই। চিংঙাথম চহুনা সনা হরিচরোনশাই, সনা গদাধরশাই, সনা দুর্জ্জশাই ৩ পোকই। হাওবম চহুনা সনা ধরশাই পোকই। ম্নাইখোম চহুনা সনাহরিশাই পোকই। মাইবম চহুনা সনা জৌব্রামশাই পোকই। লাইরিকয়েংবম চহুনা সনা আনন্তশাই মন্ত্রি পোকই। আরাম্বম চহু মহানা সনা তুলসিশাই, সনা নেঘশাই ২ পোকই। মোইরাংথেম চহুনা সনা কেশ্বরশাই পোকই॥ *॥ সনা সমৈরাং চিংশাই নিংথৌ ওই, মচা ইবুংঙো দেবরাজগা মকৃকায়োমদা চংখ্রে, ঈশুং তারমদে॥ *॥ ভরত শাইসুং নিংথৌ ওই। ঈ তারমদে॥ *॥ সনা নন্দশাইগী থারাদি ঔরাদা চংখ্রে॥ *॥ সব্যশাজিসুং ঔরাদা চংখ্রে॥ *॥ শত্রুঘ্নশাই তোলেন তোম্বগী থারাদি উরুংপুরেন ময়ুমনে॥ *॥ হরিচরন-শাইনে গদাধরশাইনে দুর্জ্জশাইনে অহুমমক অসিগী থারাদি উরুংপুরেন ময়ুমনে॥ *॥ আনন্তশাই মন্ত্রি নোংপোক লৈরিং লোথোম্বাগী থারাদি মন্ত্রিময়ুমনে॥ *॥

সনাহল শ্যামশাই থুরাইলাকপাগী ইরাংলোন চথা মরিংলোইখোম্বী পান্নাহুনা শ্রীযুক্ত গৌরশ্যাম

সৰমচন্দ্ৰম্বাগী শ্ৰীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্ৰ চিংথংখোম্বা কৰ্ত্তা মহারাজগী কৃষ্ণচন্দ্ৰগী ৩ পোকই ॥*॥ গৌরশ্যাম মরাম্বা নিংথৌ ওই, ঈ তারমদে ॥ কৃষ্ণচন্দ্ৰসুং ঈ তারমদে ॥ * ॥ শ্ৰীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্ৰ চিংথংখোম্বাগী ধারাদি কৰ্তানে ॥ * ॥

---

আঙোম

আতিংকোক শুরুনা কোপ্নিন ভুথোকপা পোকই। কোপ্নিন ভুথোকপনা লৈকক লৈয়ারেন পাম্নহনা লৈশংলেন অশংবা পোকই। লৈতংলেন চহুনা লাইতোংলেন আতোংবা, লৈফুরেন চহুনা লৈতংলেন লিম্বাংশাংবা, কোনকুলৈফু চহুনা কোনশৌরেন, লাইয়েক লাইখোং চহুনা কুপত্রেংনে শেনত্রেংনে ২ পোকই। শেনত্রেংনা নিংথেম ময়ুম ওইখি। কুপত্রেংনা আঙোম ময়ুম ওই। মাসিনা লাইরুপ অমনে ॥*॥ থাকপা নিংথৌ চহুনা চিংবাংলককী পুরৈরোম্বা, পিথেং লৈমা লৈহৌ নিংথৌ চহুনা থমমুং ইরাইথং, পিথেংলৈমা লৈহৌ নিংথৌ চহুনা চিংশিং য়োইরেম্বা, পিথেং লৈমা লৈহৌ নিংথৌ চহুনা আহোংখমশা, পিথেংলৈমা লৈহৌ নিংথৌ চহুনা তোন্দৌ, পিথেংলৈমা লৈহৌ নিংথৌ চহুনা চিংবাং, পিথেং লৈমা লৈহৌ নিংথৌ চহুনা ওংদে থুম্বাবা উয়েল লৈমা থঙ্গোংসুনা লাগম লুচি লাম্বা, কোইসুনা তেংলৈ শিথোং লাম্বা, লিকসিসুনা থাংরাই ইরানথাবা, লাম্বাসুনা পুরানথাবা, আয়োংফাবীনা লাইরেন হিথাম্বা, নোংচুপ মরোংচম্বীনা হাওসিবককী চবলফাবা, চক্রাম্বা নোংইনফাবা চহুনা কাকপা থরাম্বাবা, হোংথুচম্বী কৈশিংলেপপী লাংজিন চাইবীগী নোংপোক কাওসোম্বা, চাংপোম্বীনা কম্বেংফাবা, চাংপোম্বীনা খোংজোম্বা, পুযাম চহুনা পনশাওম্বা মংশাওম্বীনা ক্যাম্বা, সেকমু ওম্বীনা লাংলোইওম্বা, ফুরাংম্বীনা ভাংথুওম্বা, মুংয়াং কৈথেল থাম্বীনা লমথে ওম্বা, ময়াং চম্বীনা কোনখোম্বা, ময়াংওম্বীনা লোইখোম্বা, আখোম চহুনা মুংশোংওম্বা।

আঙোমগী মৈতৌগারোন য়ুমনাকি চিংবাংলককী পুরৈরোম্বনা পাম্নবা লৈমদি হাওনিংশং ফুরৈশংবীগী লিকলাবীচা নোংদমহুগী পিথেং লৈমগী চহুমমক পাম্নহনা হাওনিংশং ফুরৈশংবীনা হঙ্গেল পোংনা থাবা পোকই। মাগী ঈদি ১। লোংজম ২। লাইরেল লাকপম ৩। য়াংথেম॥ * ॥ লিকলাবীচা নোংদমহুনা খোইদোম মান্দোম অনি পোকই। খোইদোমগী ঈদি ১। কম্বাম ২। আকোইজম ৩। নিংওম্বম ৪। লাইতোনজম ৫। হুইরেম ৬। অয়েকপম ॥ * ॥ মান্দোমগী ঈদি ১। খোইবম ২। শম্বান্দুরাম ৩। খোক্লাম ॥ * ॥ পিথেং লৈমনা থাংহন অহনবা, থাংহন য়াইমাগী, থমমুং ইরাইথং অহুম পোকই। থমমুং ইরাইথংনা নিংথৌ ওই। থাংহন অহনবগী ঈদি ১। য়ুমলেম্বম ২। নোংমাইথেম ॥ * ॥ নোংমাইথেম লোন্দি থাকপা নিংথৌ চহুনা চিংবাংলককী পুরৈরোম্বা। পুরৈরোম্বনা পিথেংলৈমা লৈহৌ নিংথৌ চহু পাম্নহনা থাংহন অহনবা, লৈহৌ নিংথৌ চহুনা পুতালু, হেনহৌ নিংথৌ চহুনা হেমদৌ, লৈহৌ নিংথৌ চহুনা লকাং, লৈহৌ

নিংথৌ চম্না রামৈলাম্বা, রামৈলাম্বনা আঙোম ওই। রাংসুনা চুগোক, রাহেংসুনা থরাম্বাবা, চিংথাং লাম্বা চম্না চকপা ওম্বা অতে ফাবা, পুরানথাবা চম্না খোকথৈ লাম্বা, খুবোম্বা চম্না তাংখুন খুনওম্বা সাংতোংবাবা, মোইরাংখেম চম্না কনশোই ওম্বা চেরে রাংথৈরাকপম চম্না কোংয়াম্বা, লুক্রাম চম্না চিংজরোকপা, লুক্রাম চম্না নিংথৌ খোম্বা, সাৎপম চম্ন কোন্নসুনা রাংথৈরাকপা লুকোংবা, চেংলৈসুনা মুবা, খারানথাবা চম্না লমিং, ওকথ্যাম চম্না মথাওম্বা, রাংথৈরাকপম চম্না জয়রাম, মোইরাংখেম চম্না পাবা, শিজ ক্যাংওম্বীনা লাংমৈ নাহাক্পা লাকপা, শিজ ক্যাংওম্বীনা মুয়াং পুখ্রলবা, পানাশাংবম চম্না খোম্বা, ওইনাম চম্না লোইজাই নিংনোই হম্বা, আরাম্বম চম্না তুলশীরাম সেগুম্বা, কম্বিহনবম চম্না গৌরহরি, নোংথোম্বম চম্না ধ্বনীরাজথা, ধ্বনীরাজথানা অঙোম ফম্বান ওই, ইরেংবম চম্না কীর্ত্তিনোংথোনবা, লৈশাংখেম চম্না মাধব শেলুংবা, শীজনিকুঞ্জেশ্বরীনা গীরিধারি, গীরিধারিনা আঙোম ফম্বাল ওই॥*॥ থাংছন য়াইমাবগী ঈদি ১। হিদাম ॥*॥ থমমুং ইরাইথংনা পিথেৎ লৈমা লৈহৌ নিংথৌ চম্ন পান্নচুনা চিংমিৎ য়োইরেম্বা পোকই, আঙোম ওই। চিংমিৎ য়োইরেম্বানা পিথেৎ লৈমা পান্নচুনা আহোংখম শাগা অমুচিংয়াই য়োইরেম্বাগা ২ পোকই॥ আহোংখম শানা আঙোম ওই॥*॥ অমুচিংয়াই য়োইরেম্বাগী ঈদি ১। সেরাম ২। পোংসুম্বম ৩। নাক্সম্বম ৪। ওংনাম ৫। অচুরাম ৬। চারেনবম ॥*॥ আহোংখমশানা পিথেৎলৈমা পান্নচুনা তোন্দোগা সুনামগা অনি পোকই। তোন্দোনা আঙোম ওই। সুনামগী ঈদি ১। হোংলেমগুম্বম ॥*॥ তোন্দোনা পিথেৎলৈমা পান্নচুনা চিংবাং পোকই, আঙোম ওই। চিংবাংনা পিথেৎলৈমা পান্নচুনা ওংবৈ খুন্দাবা পোকই, আঙোম ওই। ওংবৈ খুন্দাবনা উয়েললৈমা থঙ্গোংসু পান্নচুনা লাংগমচুংজি লম্বাবাগা আতা কোংয়াম্বাগা অনি পোকই। আতা কোংয়াম্বা আঙোম ওই। আতা কোংয়াম্বাগী ঈদি কোংবম ॥*॥ লাংগমচুংজি লাম্বাবানা লৈচোল লিকসিসুগা লৈহৌনিংথৌ চম্নগা ২ পান্নচুনা লৈচোল লিকসিসুনা থাংরাইখুন্দাবা পোকই, আঙোম ওই। লৈহৌনিংথৌ চম্না কোংথাংলাইজোবা পোকই। মাগী ঈদি চকপ্রম ॥*॥ থংরোই খুন্দাবানা ( ইরাম্বাবা ) লাম্বাসুগা কামুহিথাবা চম্নগা ২ পান্নচুনা লাম্বাসুনা পুরাম্বাবা পোকই, আঙোম ওই। কামুহিথাবা চম্না থম্বাগা উশিংগা ২ পোকই। থম্বাগী ঈদি ১। মংসাতাবম ২। অয়েকপম ৩। রাংলেনবম ॥*॥ পুরাম্বাবানা অয়াংবাবীগা হাওথৈলাম্বাবা চম্নগা ২ পান্নচুনা অয়াংবাবীনা লাইরেন হিথাম্বাগা, নিংথৌ তোরাগা, লৈতাং লাম্বাবাগা সেবাগা ৪ পোকই। হাওথৈ লাম্বাবা চম্নানা ওসোম্বা পোকই। মাগী ঈদি ১। চিংগাংবম ॥*॥ তোরাগী ঈদি ১। তেলেম ২। ওয়াক্রকাপম্ ৩। শরোম কৈক্রম্বম ॥*॥ লৈতাং লাম্বাবাগী ঈদি ১। লৈতাম্বেম ॥ সেবাদি শোইনাইদে ॥ * ॥ লাইরেন হিথাম্বানা আঙোম ওই। মানা নোংচুপ মরোং ওম্বীগা সরাংখেম চম্নগা ২ পান্নচুনা নোংচুপ মরোং ওম্বীনা হাসিরককী চরলফাবা পোকই আঙোম ওই। সরাংখেম চম্না থাংরাই খুনজাম্বা পোকই। মাগী ঈদি শারোম ॥ * ॥ হাওসিংরককী চরলফাবানা লুক্রাম্বা নোংইন

কাবা চন্থ পাল্লহুনা কাকপা থরানখাবগা কৈমুগা ২পোকই। কাকপা থরানখাবানা অঙোম ওই। কৈমুনা মুতুম চন্থগা পোং চন্থগা ২পাল্লহুনা মুতুম চন্থগী ইদি খাঙেম্বম। পোংচন্থগী ইদি ১। খাঙেম্বম॥ * ॥ ক কপা থরাম্বাবনা কৈশিংনেম্বী লানশিং চাইবী পাল্লহুনা নোংপোক কাওশেম্বা পোকই, আঙোম ওই, চাংপোম্বী পাল্লহুনা কম্বোং কাবগা খোংজোম্বাগা ২ পোকই। কম্বোং কাবানা আঙোম ওই, সোইনাইদে। খোংজোম্বাসু আঙোম ওই। পুয়াম চন্থ পাল্লহুনা পনশাঙম্বা পোকই। পনশাঙম্বানা আঙোম ওই। পনশাঙম্বানা মংশাঙম্বী পাল্লহুনা ক্যাম্বা আঙোম ওই। ক্যাম্বনা সেকমুঙম্বীনে য়ুম্নাম সুরোকপম চন্থনে ২ পাল্লহুনা য়ুম্নাম সুরোকপম চন্থনা ঈচিবা পোকই। মাগী ঈদি ১। কৈক্রনবম ২। থরিবম ॥ * ॥ সেকমুঙম্বীনা লাংলোইঙম্বা পোকই, আঙোম ওই। লাংলোইঙম্বানা মপাওঙম্বীগা লাইরিকয়েংবম খানাচাওবম চন্থগা ২ পাল্লহুনা মপাওঙম্বীনা ললহাংঙম্বা পোকই, আঙোম ওই। লাইরিকয়েংবম চন্থনা সনাবুদ্ধি পোকই। মাগী ঈদি আঙোম নোংখোম্বম ॥ * ॥ ললহাংঙম্বানা অরাংসুম্বীগা খৌদাম চন্থগা ২ পাল্লহুনা অরাংসুম্বীনা মরিংঙম্বানে, মরামঙম্বানে, খা-নে ৩ পোকই। খৌদাম চন্থনা খোংজাম্বা পোকই। মাগী ঈদি ১। নাকপকথনবম আঙোমহনবম ২। পাচাহনবম ॥*॥ মরিংঙম্বানা আঙোম ওই, সোইনাইদে ॥*॥ মরাম্বাসুং আঙোম ওই ॥*॥ খা-গী ঈদি ১। খোইমোমতাবম ২। আঙোম ॥*॥ ॥০॥ ময়াংলেবাকগী লাকপা অনৌ। তাঙ্গতাওদা আঙোমদগী পাওনম চন্থ অমা পিখি। মাগী গর্ভ অতুবু আঙোম মনাওখা-গী ঈনি হাঈনা ময়াংঙম্বানা চিলহল্লম্বা খাংজম অমা ॥ * ॥ মরামঙম্বানা মুংযাং কৈথেলখাম্বী পাল্লহুনা লমথেনঙম্বা পোকই। লমথেনঙম্বনা ময়াংঙম্বীগা রাইরোকপম চন্থগা ২ পাল্লহুনা ময়াংঙম্বীনা আঙৌপানবা কোনখোম্বাগা লোইখোম্বাগা ২ পোকই। রাইরোকপম চন্থনা লমদাবা পোকই। কোনখোম্বানা আঙোম ওই, সোইনাইদে। লোইখোম্বাসুং আঙোম ওই॥ লমদাবানা সাপম চন্থ পাল্লহুনা মাগী ঈদি ১। আঙোম ॥ * ॥ লোইখোম্বানা আখোম চন্থগা কোনসম চন্থগা য়ুম্নাম চন্থগা খাংজম চন্থগা ইরোম চন্থগা সিনাম চন্থগা ৬মক পাল্লহুনা আখোম চন্থনা হুংশোংঙম্বা পোকই, আঙোম ওই। কোনসম চন্থনা পুরিংখোম্বা পোকই, আঙোম ওই। পুরিংখোম্বানা রাঙমলোন থরাকঙম্বীগা রাংথৈরাকপম চন্থ হুংশোংঙম্বীগা হরাইবম চন্থগা কৈথেললাকপম চন্থগা ৩মক পাল্লহুনা হরাইবম চন্থনা খেকলাওবা পোকই, কৈথেললাকপম চন্থনা ভূতেশ্বরমনি পোকই, আঙোম ওই। রাংথৈরাকপম চন্থনা বীরমনিনে, হেম-মনিনে, রাসমনিনে ৩ পোকই। অহুমমক আঙোম ওই॥ বীরমনিদি শোইনাইদে। য়ুম্নাম চন্থনা তাংসোইঙম্বা পোকই আঙোম ওই॥ তাংসোইঙম্বানা নোংখোম্বম চন্থগা, খোংগ্রাম চন্থগা ২ পাল্লহুনা খোংগ্রাম চন্থনা হেমসিং পোকই। নোংখোম্বম চন্থনা সোইদিংঙম্বা পোকই, আঙোম ওই। সোইদিংঙম্বানা ম্নসম চন্থ মখাওঙম্বী পাল্লহুনা নোনিংখোম্বা পোকই। নোনিং-খোম্বানা খাংজম চন্থ পাল্লহুনা বিনোদমনিক পোকই। বিনোদমনিকনা নোংখোম্বম চন্থগা

ঙাংবম চনুগা য়েংখোম চনুগা ৩ পান্নরুনা ঙাংবম চনুদি শোইনাইদে ॥ য়েংখোম চনুনা বিষ্ণুমনি পোকই। নোংখোম্বম চনুনা বিনোদলাল পোকই, আঙোম্ব ওই ॥*॥০॥ ময়াংনিংথৌ নাচদগী তিল্লবা ১। ক্ষেত্রিময়ুম ২। কৈশাম ৩। আচোম ৪। হেয়োম ৫। শাঙম্বম ৬। ওইনাম মাখোই অসিদি অপাংয়ুম্নমনে ॥*॥ খুয়োম্ভেম লোন্দি উইব্রা কোনবাংজানা তিংগোই নিংথৌ চনু পান্নরুনা মাগী ঙদি ১। মুংখোম ২। খুয়োম্ভেম ৩। কিয়াম ৪। থোইয়াংবম ৫। শাংদোনজম ॥*॥ মান্দিং লোন্দি ১। মান্দিং ২। তিংনা ৩। লৈফোন মাখোই অসিগী ঙদি ১। মান্দিংবম ২। আঙোমজাম্বম মাখোই অসি নৌনা কারম্বানে ॥*॥ ( মীহৌরোন খোমজিনবা শ্রীযুক্ত মাধবসিংহ পণ্ডিত )



**লুয়াং**

অতিংকোক গুরুনা অতিয়া পোকই। অতিয়ানা হুমলেনগা হাংমলেনগা পোকই অনিমক তিগ্রহুনা নোংদমলেন অথুবা পোকই॥

চিনফুরোন লৈচিক ঙানবীনা নোংদমলেন অথুবা, লৈথমলেন চয়ুনা পোংথাং, লৈময়ুংঙানবীনা পোংহন, পিশিনয়ুনা হৈরোংলেন লোংজুয়া, পিশিনখোয়বীনা হৈরোংঙাং খোংঙাংলেন, পিয়াইয়ুনা খোংঙারেননে পোইরৈতোননে ২ পোকই।

পোইরৈতোয়া লৈনাওতাবী পায়রুনা শিংদকু, শপ্তোংপুনেয়া চয়ুনা পা-মিং, হুইমু লৈমানা লুয়াং খুম্বিবা, কৌবারোন নামোইয়ুনা লুয়াং পুন্সিবা॥*॥ লুয়াং পুন্সিবানা ইরেম নাওশংখুনে ইরেম তাইদললৈমা নামোইচয়ুনে য়ুশিললৈমা চিংয়ুংহাওবা চয়ুনে হাওকুলৈমা লমশংনিংথৌ চয়ুনে ঙাম্বুরোন খোঙাইবা চয়ুনে হাওসিয়াং পুয়াংবা চয়ুনে ঙাম্বুরোন খুংয়াই চেনবীনে ইরেম খোংলৈমানে থৈয়োইরোন ঙাম্বু থুম্বীনে ৯মক অসি পায়রুনা ইরেম নাওশংখুনা য়ু-খুচেং পোকই। য়ু-খুচেংনা নোংজেংসু পায়রুনা আশাবা, আরাম্বা, তিনবীজম, লৈরোংজম পুলসি, তামোই পোকই॥৩॥ খুমুকচম লোন্দি লৈমারেন নামুংবীনা লাইয়িংথৌ হনবা, লাইরেম্মা অহনবীনা তোকপা, লৈমরেন তনৌ তরেংবীনা মকু শায়াবা, সনয়ুবীনা থাবী লুকোকচা, চিংসোংনিংথৌ চয়ুনা থাগারাজ, লাংম্মা তরেংবীনা অয়ুরাজ, চিংথৈনিংথৌ চয়ুনা চে-করাজ, নিংথৌ শংক্রেং চয়ুনা থাগী নিংথৌ শাফাবা, নিংথৌ কাংবা চয়ুনা তৌরিংতৌ, হুরোইরেল শাফাবীনা তৌরাইরোং শাফাবা, হরেম নাওশংখু মালেম লৈপুরয়ুনা হুমিং, কোরৌনোং লৈমানা মঙা, সরারেন চয়ুনা মঙাং সোইরেন হা-থবা, আঙোবা চয়ুনা মঙাংম্মা লৈনৌবা, লংমাইনিংথৌ চয়ুনা মঙাং পুন্সিবা, লময়ুস্নুনা মঙাং কোলথুচা, চিংসোংনিংথৌ চয়ুনা মঙাংশিংমিৎ য়োইরেনবা, লৈচিকনিংথৌ চয়ুনা ঙানবা লৈচিক চিকলিবা, লৈথমনিংথৌ চয়ুনা ঙানবা লৈথম থমলিবা, লৈময়ুংয়ু-চাথানা ঙানবায়ুচাথা, লৈনুংয়ুপুরোই চয়ুনা ঙামবায়ুপুরোই, পুরোইলেমগস্নুনা থমজিংকোন হাঙৈহেবা, খেরেংরোংবম চয়ুনা তাংহল, লুয়াং পুন্সিবা চয়ুনা হাওবা, লুয়াং চয়ুনা হাওয়ম, লুয়াং চয়ুনা থাংতুপ মিমানবা, লুয়াং চয়ুনা হাওপা লানকাবা, লুয়াং চয়ুনা শিংমিৎ লামিৎ চুম্বা। মানা লুয়াংপুদা কোইথুংখোইবা চয় পায়রুনা লৈরি পোকই। লৈরিগী ঈদি খুমুকচম।

অশিবানা শপ্তোং নিংথৌ কৌরিঙৈদা সনয়ুবীদা হা-থবদি পালবা, লিল্লি লৈমানা ঙোল্পাশা, লৈময়ুংয়ুচাথানা ঙানবা চাথাবা, লৈথম নিংথৌ চয়ুনা ঙোল্বা য়ুরোইবা, মঙাং নিংথৌ চয়ুনা ঙাল্বা তেমথাবা, মঙাংনিংথৌ চয়ুনা ঙানবা হাওতাবা, লৈথম নিংথৌ চয়ুনা ঙানবা লুমফা, মঙাংনিংথৌ চয়ুনা ঙান্বা য়ুরাবা, পুরোইলেমগুস্নুনা কৈশাল খুমুরোং, তুরেল নান্কৌ মচল্ পুংক্রিং পুংক্রাংবীনা রামু, মাপী ঈদি লোংখুমুকচম॥৪॥

অশিবানা শপ্তোংনিংথৌ কৌরিঙৈদা শন্চিকয়ুদা অমরক হাথবদি পালবা, লৈচিক নিং

চম্লুনা ঙানবা লৈশা, লৈথম নিংথৌ চম্লুনা ঙানবা নহা, লৈন্নুং য়ুমোইবা চম্লুনা ঙানবা য়ুমোইবা, মঙাংনিংথৌ চম্লুনা ঙান্বা খেংগোইবা, মঙাংনিংথৌ চম্লুনা ঙান্বা য়াওশা তান্বা, লৈথমনিংথৌ চম্লুনা ঙান্বা থুচুংঙাং, মঙাংনিংথৌ চম্লুনা ঙান্বা তোকঙাচা পুরোইলেমম্লম্লুনা খুমুদোল, লৈথম চম্লুনা ঙল্‌মু, মাগী ঈদি খুমুকচম ॥●॥০॥ পাওনম চম্লুনা হামু, কোম্লৌবা চম্লুনা হামুকমজাওবা, মৈদিংঙু নাওখিংখোং চম্লুনা হামুহেহিং পোকই। মাগী ঈদি ১। আশাংবম ॥●॥ য়াওরৈগী ঈদি ১। ময়েংবম ২। অবুজম ৩। ফম্বীহনবম ৪। য়াংলেম্বম ॥●॥ খোংলৈশাংনা অরাম্বম পোকই। মাগী ঈদি মুতুম চম্লুনা লিকলাইরোকপা, মুক্রাম চম্লুনা য়াংশিংফাবা, মুক্রাম চম্লুনা তাংজেংঙম্বা, লংমাইনিংথৌ চম্লুনা লোইনিংথোরা, মুক্রাম চম্লুনা শানোংবা, মুক্রাম চম্লুনা কোকপা, মুক্রাম চম্লুনা য়াবা, পাঙম্বম চম্লুনা কবোম্বা, লংমাইথেম চম্লুনা য়ারা, মাগী ঈদি আরাম্বম ॥●॥ মথৌ ঙাংঙোম্বাগী ঈদি ১। ঙাঙোম ২। লোইজায়াংবম ৩। পুংগ্রাইজম ৪। লুরাংশংবম ৫। অকরম ৬। নোংথোম্বম ৭। হৈথম ৮। তোইজম ॥●॥

তাইদল লৈম্মানা য়াকোংথেম ॥*॥ খুনজান লোন্দি কৌবারোন নামোইমুনা লুরাং পুল্লিবা, য়ুশিল লৈমা চিংমুংহাওবা চম্লুনা লুম চেংহনবা, কম্বোং লাংশাবীনা লুমশিন্ কোম্থৌবা চম্লুনা পানা, নাওখিংখোং চম্লুনা পোলশাং, লংমাইনিংথৌ চম্লুনা তোরেন লাম্থবা, খুমন নিংথৌ লিকমাবা চম্লুনা লাইক্লবা, খোংখিনবা চম্লুনা লোম্বা, মোইরাংনিংথৌ চম্লুনা হৈরেমনাবাচিক নিংথৌ চিংজরোই থাপলপা, ঙাম্লুনা থিংপোংরায়াবা, ঙাম্লুনা কম্বোং অমুকোই, ঙাম্লুনা কম্বোং অঙো· কোই, মোইরাংথেম চম্লুনা য়ারাখুরোম, মোইরাংথেম চম্লুনা নিংঙোল কাপসি, মাগী ঈদি— ১। খুনজাল ২। থাংজম খুমুকচম ৩। খুমুকচম্ ॥●॥ কৈরোইজমগী য়ুমজংবদি হাওকুলৈমা লমদং নিংথৌ·চম্লুনা লম্থোনেশচাম্বা, হৈরেম কাংহৈম্লু খিংখিংকাংহৈম্লু পাম্লহুনা য়াংহনবাগা য়াংখুবাগা অনি পোকই। য়াংহনবানা লাইকরেম্বী পাম্লহুনা থোংগন পোকই। থোংগন্না মোইরাং চম্লু মুরৈতাংবী পাম্লহুনা কোকপা য়াংবা, মুরৈকোইবীনা তুরেললনাফৌ, মুরৈশংবীনা থাইতোল, খিংখিং হৈরি পুংদোংবা চম্লু কবোম্বীনা ফাইরৌজাম্বা, মোইরাংথেম চম্লুনা হাওমুবা, মোইরাংথেম চম্লুনা হাওতোনবা, মোইরাংথেম চম্লুনা পোংশাশা, মোইরাংথেম চম্লুনা লোয়ম্বা, মোইরাংথেম চম্লুনা মোরি, মোইরাংথেম চম্লুনা তোলপা ॥*॥ কোকপা য়াংবাগী ঈদি ১। কৈরোইজম ২। সৌবাম ৩। মাইস্নাম ৪। খিয়াম ৫। মৈত্রম ৬। খম্বংবম ৭। য়ুমলেম্বম ॥●॥ য়াংখুবাগী ঈদি ১। থোগ্লাওজম ২। আথোকপম ॥*॥ হিজম সলামগী শলাই য়ুমজংবদি ঙাম্লুরোন থোঙাইবা চম্লুনা লুংথাগা মুংথোংঙাইগা ২ পোকই। লুংবানা খা পাংনা কুমখিহুনা খুমন ওইখি। মুংথোংঙাইনা ঙাম্লুরোন পাম্লহুনা লুরাং লংমাইবা পোকই। লুরাং লংমাইবানা ঙাম্লরোন পাম্লহুনা চিংদাকোইবা পোকই। চিংদাকোইবানা ঙাম্লুরোন পাম্লহুনা চিংদালাওবা পোকই। চিংদালাওবানা লংমাইনিংথৌ চম্লু পাম্লহুনা পুরেংমুমানবা পোকই। পুরেংমুমানবানা লংমাইনিংথৌ চম্লু পাম্লহুনা তোংবা পোকই।

তোংবানা লংমাইনিংথৌ চন্থু পান্নহুনা নাম্বা পোকই। নাম্বানা লংমাইনিংথৌ চন্থু পান্নহুনা ফুনান তেল্হৈবা পোকই। ফুনান তেল্হৈবানা চোংলেমগুম্বম চন্থু পান্নহুনা মুংগাংবাগা অয়াংচাম্বাগা ২ পোকই। মুংগাংবানা নিংথৌলাংয়েন চন্থু পান্নহুনা মোইরাম্বা পোকই। মাগী মিদি ১। চিঙম ২। চোংথাম ৩। য়াঙম্বম ॥*॥ অয়াংচাম্বানা লৈমাংসাঙম্বী পান্নহুনা লমনিংথৌগা খা-নিংথৌগা ২ পোকই। লমনিংথৌগী মিদি ১। সলাম ২। সলাম হাওরোংবম ॥*॥ লাইসোমগী সলাই মুম-ভংবদি ভান্নুরোন খুংয়াই চেনবীগা ইরেম খোংলৈশাংবীগা অনিমক্কী মিদি খুংয়াই চেনবীনা রাইবা লাম্বম্বাগা রাইবা খুবাগা ২ পোকই। রাইবা লাম্বম্বানা ভান্নুরোন পান্নহুনা রাইবা পোকই। রাইবানা ভান্নুরোন পান্নহুনা চাপুরি পোকই। চাপুরিনা ভান্নুরোন পান্নহুনা তপ্তেবা পোকই। তপ্তেবানা ভান্নুরোন পান্নহুনা য়াওশাতানবা পোকই। য়াওশাতানবানা কোইজিংকাংবা চন্থু পান্নহুনা তপ্তাইবা পোকই। তপ্তাইবানা কাংবুজম চন্থু পান্নহুনা খমকোইবা পোকই। খমকোইবানা ভান্নুরোন হাওজৌম্নু পান্নহুনা চামু লমলোকপা পোকই। চামু লমলোকপানা ভান্নুরোন খাইথিবা চন্থু পান্নহুনা লানসু অহন, সোরালাভাং, থাওদৈমুমথং, রাহেং আতোনবা ৪ পোকই। লানসু অহনবাগী মিদি লাইসোম ॥*॥ সোরালাভাংগী মিদি ১। সোরাম্ ২। ভাঙোম ॥*॥ থাওদৈমুমথংবাগী মিদি ১। থাওদৈজম ২। নাহাকপম ৩। লৌপাম ৪। নাওরোইবম ৫। নিংচিং-পম ॥*॥ রাহেং আতোনবাগী মিদি রাহেংবম ॥*॥ রাইবা খুবাগী মিদি নাম্বম ॥*॥ চৌত্রিগী মিদি লাইকংবম ॥*॥ খোংলৈশাংনা অমুদোন লৌথিবা পোকই। মাগী মিদি ১। য়াঙম্বম ২। লাই-রেনজম ॥*॥

---

খুমন

আতিংকোক গুরুনা অতিয়া পোকই। অতিয়ানা হুমলেনগা হামলেনগা পোকই। হুম-লেন হামলেন তিন্নহুনা নোংদমলেন অথুবা পোকই।

চিনফুরোন লৈচিক ভানবীনা নোংদমলেন অথুবা, লৈশমলেন চন্থুনা পোংথং, লৈন্থং ভানবীনা পোংহন, পিশিনুথুনা হৈরোংলেন লোংজুম্বা, পিশিনথোম্বীনা হৈরোংভাং খোংভাংলেন, পিয়াইননা পোইরৈতোন, লৈনাওতাবীনা শিদবু শম্বোং পুনেম্বা চন্থুনা আরোং, চিনফুরোন লাইতোংলেন চিনথুবীনা তুমাহাবা, ভান্নুরোন খোংভাইবা চন্থুনা লুংবা, ভান্নুরোন নিংথৌরেন্দং চন্থুলৈমা থমোই-রেম্বীনা য়োইরাংপোক পুম্বিবা, ভান্নুরোন য়াইবী লৈমানা কজেংরাহেংসাংবা, রাঙমলোন পেংসিবা চন্থু লৈরুম চেনবীনা খোনবা, রাঙমলোন নাওথম্বা চন্থু য়েরুম লাংবীনা খোনবা নিংথৌবা, রাঙমলোন নাওকংবা চন্থু মেংপি লাওবীনা লাইকেংবা, ভান্নুরোন কাইরৈমানা য়ুমোইবা, ভান্নী থুম্বীনা শেনবা, পিয়াইরোকনা য়োইথোংভাই, ভান্নুরোন কাইরৈমানা হাওরমতোন, ভান্নুরৈ...

মেমোম্বা, ঙান্নুনা খোংলৈরোম, ঙান্নুরোন থাইখিবা চন্নুনা চিংখোং খোংগ্রাইবা, চিংয়াই ঙান্নু চন্নুনা নিংথৌ শরারাং, য়াঙমলোন খোংঙাইখোংনা চেকয়াম্বা, য়াঙমলোন পিয়াইখোংনা খিংগোন লিকমাবা, মুংবী লৈমানা নিংথৌ কোকপা, মুংবী লৈমানা আতোন য়াইথিংবা, য়োইক্রমলোন নাওশং লাংগম চন্নুনা শময়োকফাবা, লংমাই নিংথৌ চন্নু পিশম য়োকনা খোংবু শমুক মচা, ঙান্নুরোন শংলৈমা খিংগোনম্নুনা খিংগোনহনবা, ঙান্নুরোন শাংলৈমা হাওয়েন খোংদৌবীনা কাংজিন লৈনাওতাবা, য়োইক্রমলোন খোংলৈমানা ইকোপ লাম্বা, য়াঙমলোন নাওরেমতোননা পুন্সিবা, য়াঙমলোন পানবা ফাবীনা চয়নবা, খিংনাই খুংম্নু চন্নুনা য়াওসোম্বা, ঙান্নুরোন তরমম্নুনা লময়াই কাইখিনবা।

খুমনগী মৈহৌবারোন য়য়াক্তি ঙান্নুরোন খোংঙাইবা চন্নুনা লুংবা পোকই। লুংবানা ঙান্নুরোন নিংথৌয়েন্নং চন্নু লৈমা থমোইরেম্বী পান্নহুনা য়োইরাংপোক পুন্সিবা পোকই। মাগী ঈদি— ১। আক্রাম ॥*॥ য়োইরাংপোক পুনসিবানা ঙান্নুরোন য়াইবী লৈমা পান্নহুনা কজেংরাহেংমাংবা পোকই ॥ কজেং রাহেংম্নাংবানা য়াঙমলোন পেংসিবা চন্নু লৈরুমচেনবী পান্নহুনা খোনবা পোকই। খোনবানা য়াঙমলোন নাওথম্বা চন্নু য়েরুম লাংবীনা খোম্বা নিংথৌবা পোকই। খোম্বা নিংথৌবানা য়াঙমলোন নাওফংবা চন্নু লাওবী পান্নহুনা আতোন লাইফেংবা পোকই। আতোন লাইফেংবানা ঙান্নুরোন কাইরৈমা পান্নহুনা পুন্সিবা য়ুমোইবা পোকই। পুনসিবা য়ুমোইবানা ঙান্নুরোন পিয়াই-রোক পান্নহুনা য়োইখোংঙাই পোকই ॥*॥ পুনসিবা য়ুমোইবাবু থৈথরক্ত্না ঙান্নু থুম্বীগী মচা শেনবানা নিংথৌ ওই। য়োইখোংঙাইদি লৈয়াম্বা থৈরে। শেনবানা মচা ৩ পোকই। শেনবানা শিরগা য়োইখোংঙাইনা নিংথৌ ওই। শেনবাগী মচা লাইকুদি লৈতাংদা থিরে। লাইথাদি উচিরাদা থিরে। মনাও আতোনবাদি মরিংহাও ওইথি শেনবাদি শোইনাইদে ॥*॥ য়োইখোং ঙাইগী ঈদি ১। মাইবম ॥*॥ য়োইখোংঙাইনা ঙান্নুরোন কাইরৈমা পান্নহুনা হাওরম অহনবা, হাওরম নিংগোই য়াইমাবা, হাওরমতোন ৩ পোকই। হাওরম অহনবাগী ঈদি ১। থোইদিংজম ২। য়াংলেম ॥*॥ হাওরম নিংগোই য়াইমাবগী ঈদি ১। খেংগুজম ২। পুখ্রেম ৩। ফাইরেম্বম ৪। লাংলেনহনবম ৫। চান্দম ৬। তৌরেম ৭। পাংগৈজম ॥*॥ হাওরমতোয়া ঙান্নুবোন পান্নহুনা মেনমোম্বা, অখিংবী মোংবীম্নু, খোংবুসনম্বা, লিকলাই থারা ৪ পোকই ॥ অখিং মোংবীম্নুগী ঈদি ১। মোংবীজম ॥*॥ খোংবু সনম্বাগী ঈদি ১। লাংদেম ২। ঙাংবম ॥*॥ লিকলাই থারাগী ঈদি— ১। হুরাইবম ২। আকাংজম ৩। পললুবম ॥*॥ মেনমোম্বানা ঙান্নুরোন থাইখিবা চন্নু পান্নহুনা চিংখোং খোংগ্রাইবাগা অখিংগা ২ পোকই। অখিংবাগী ঈদি ১। ওইনাম ২। মাইমোম ৩। ওইনাম রেন্দুশংবম ॥*॥ চিংখোং খোংগ্রাইবানা চিংয়াইঙান্নু চন্নু পান্নহুনা পুরাণ থুনৌশিবা, নিংথৌ শুরারাং, খোংহন, খোংয়াই, লাইবা ৫ পোকই। পুরাল থুনৌ শিবাদি শোইনাইদে ॥ * ॥ খোংহনগী ঈদি ১। থয়াম ২। আহোংশাংবম ৩। চবুংবম ৪। খোংগ্রাম ৫। ঠৈক্রুজম ॥*॥ খোংয়াইগী

ঈদি ১। সিনাম ২। আতোম সিনাম ৩। খোংবম ৪। য়াংঙৌহৈবম ৫। থাঙংশাবা হংলেম ৬। হংলেম ৭। করাওবম ৮। আতোম ॥*॥ লাইবাগী ঈদি ১। লাইথ্রাম ॥•॥ নিংথৌ সরারাংনা রাঙমলোন খোংঙাইখোংগা খুঞ্জাল লাইবা সোইয়ম্বীগা ২ পান্নহুনা খোংঙাইখোংনা সোইপাই অচনবা, সোইপাই তাইবংজাম্বা, কাইবীথুরাম পাম্বা, লিকমন লাম্বুবা, খোংস্থু আতোনবা ৫ পোকই। সোইপাই অচনবাগী ঈদি ১। কোলোম ২। সৌগাইজম ॥•॥ সোইপাই তাইবংজাম্বাগী ঈদি— ১। আসেম ২। তাইবংজম ৩। তাইবংজম রারেপ্পম ৪। রারেপ্পম ৫। ইপুশংবম ॥•॥ কাইবী থুরাম পাম্বাগী ঈদি ১। সাপম ২। হাওবীজম ৩। কব্রম্বম ৪। আসেম ॥•॥ খোংস্থু অতোনবাগী ঈদি খোংবম ॥•॥০॥ চেকয়াম্না রাঙমলোন পিয়াইখোং পান্নহুনা খিংগোল লিকমাবাগা মনাও অমগা ২ পোকই। মনাওগী ঈদি ১। আসেম ভাখাখোই ২। খোংগ্রাম ॥*॥ খিংগোন লিকমাবনা য়োইরুমলোন মুংবীলৈমা পান্নহুনা কোকপা, খমলাংবা, নিংথৌখোং, য়াইখিংবা ৪ পোকই। কোকপানা নিংথৌ ওই, লাই ওইখি। খমলাংবানা চিংদা কাখিহুনা খায়িংবা পোকই, চিংদা হাও ওইখি। য়াইখিংবানা নিংথৌ ওই ॥*॥ নিংথৌখোংগী ঈদি ১। পুব্রম্বম ২। সিনাম ৩। মাইবম ৪। মৈতাল কৈশংবম ৫। লিকমাবম ৬। খিংগোম ৭। ময়াংলম্বম ৮। চুংখাম ৯। অয়াম ১০। মাই-কুরাম ১১। আমাকচম ১২। চরোইবম ১৩। অকুরাম ১৪। খোইরিম্বম্বম ॥•॥ য়াইখিংবানা রাঙম-লোন নাওশং লাংগম চম্বু পান্নহুনা শময়োক কাবাগা মনাও অমগা ২ পোকই। মনাওগী ঈদি ১। লমাবম ২। য়াইখিংবম ৩। লাংগম ॥*॥ সময়োককাবানা নোংমাইনিংথৌ চম্বু কাইনৌবী সময়োক পান্নহুনা খোংবু সম্মুকম্বচাগা মনাও অমগা ২ পোকই। মনাওগী ঈদি ১। খাংজম শমুকচম ॥•॥ খোংবু সম্মুকম্বচানা ভাম্নুরোন সাংলৈমা খিংগোনম্বু পান্নহুনা খিগোন হনবা, খিংগোনথুবা ২ পোকই। খিংগোন খুবাগী ঈদি ১। খিংবাইজম ২। খোইরোম ॥•॥ খিংগোন হনবানা ভাম্নুরোন শংলৈমা হাওয়েন খোংদোবীগা পসিথুনবু লৈতংচম্বুগা ২ পান্নহুনা হাওয়েন খোংদোবীনা সেকমু কাইনৌ চিংসোম্বা, কাংজিন লৈনাও তাবা ২ পোকই। পসিথুনবু লৈতং চমুনা খোইবা তেনহেবা পোকই। সেকমু কাইনৌ চিংসোম্বাগী ঈদি ১। খিংগোম ॥•॥ খোইবা তেন্‌হেবাগী ঈদি ১। নাত্রম ২। হাওবম ॥*॥ কাংজিন লৈনাওতাবানা য়োইরুমলোন খোংলৈমা পান্নহুনা ইকোপ্ লাম্বুবাগা মোইরেংশাকাবগা ২ পোকই। মোইরেংশাকাবগী ঈদি ১। মোইরেং-জম ২। হেম্ভাকপম য়েনশেম্বম ৩। য়েম্ভাকপম ॥•॥ ইকোপ লাম্বুবানা রাঙমলোন নাওরমতোন পান্নহুনা পুন্সিবা থুরেনচনবা পোকই। পুনসিবা থুরেন চনবানা রাঙমলোন পানবা কাবীগা লাইশ্রাগা য়াঙসোম্বীগা চিংথৈ খানবীগা ৪মক পান্নহুনা লাইশ্রানা খোংবু হনবা পোকই। মাগী ঈদি ১। লাইশ্রম ২। তোরেম ৩। আমোম ৪। লাইশ্রম লাইথুরাম ৫। তোনজম ॥*॥ রাঙমলোন চিংথৈ খানবীনা লৈফোনবা পোকই মাগী ঈদি ১। পুয়াম ২। মুংখাম ৩। নেপ্রম ৪। ইংগুহুম্ ৫। মোইচেম ৬। লাংহৈবম ৭। কানজেম্ ৮। আখাম ৯। য়াম্বেম ১০। ভাসেং

১১। পাঙুম্ম ১২। তোকপম ১৩। সঞ্জুম্ম ১৪। রায়েনবম ১৫। চিংখাম ১৬। সগপুপম ১৭। হাও-রোংবম ১৮। তৌমোন ১৯। সম্বাম ২০। লাম্বম ॥৩॥ য়াওসোম্বীগি শোইনাইদে ॥*॥ রাঙমলোন পানবা কাবীনা চরলবা পোকই। চরলবানা খিংলাই থূংস্থ চঙ্ পাম্নহুনা য়াওসোম্বা পোকই। য়াওসোম্বানা রাঙমলোন তারমস্থগা খূমন চারাকপম চঙ্ য়োইরেন তোনপোকপিগা ২ পাম্নহুনা তারমস্থনা লময়াই কাইখিনবা পোকই। নিংখৌ ওই। য়োইরেন তোনপোকপিনা য়োইবা পোকই। মাগী ঈদি ১। খাংজম ১। খাংজম য়াওসোম ॥*॥ লময়াই কাইখিনবানা রাঙমলোন কাংজম চঙ্ পাম্নহুনা স্না পোকই। স্নাগী ঈদি ১। খূমস্থেম ২। রাংগোম ৩। তাওবম ৪। অহৈবম তাওবম ॥৩॥



শ্রীকাউমচাসিংহ-রাজ্জিনিবা।

খূমনগী মীহৌরোন সংগ্রহ তৌবা খূমন একতি চম্পক দেশদা হংসধ্বজ নিংথৌগী মচা সুধন্ব, মাগী মচা বিরেক, মাগী মচা থাকপানা মণিপুরদা খূমন সম্লোকই, হাঙৈনা প্রমাণ তৌবা।

---

মোইরাং

অতিংকোক গুরুনা অশিবাগা অতিয়াগা পোকই । অনিমক্রা তিন্নহুনা য়ুচেং পোকই ।

লৈফুরেন চন্নুনা য়ুচে', লৈচিকলেন চন্নুনা য়ুকোরেন, লৈথমলেন চন্নুনা স্না খিংখিংলাংবা, লৈন্নুং য়ুপুরোই চন্নুনা হেবুকংচিকপানে ঙাংচেং লৈতকপানে ২ পোকই । লৈন্নুং য়ুনাঙরোই চন্নুনা উরেন হনবা, লৈন্নুং য়ু–চাখা চন্নু ঙাংশবীনা ঙাংছনথোক্কা ঙাংনিংশিংগা ২ পোকই । ঙাংছনথোকনা খোকচোম পোকই, ঙাংনিংশিংনা মোইরাংথেম্ন পোকই । ঙান্নুনা হামশা, ঙান্নুনা নারোং, ঙান্নুনা কাংফাং, ঙান্নুনা সুন্নুবা ময়াংলোইকেন্বা লাইরা লৈমা ফীমোই কাংবা চন্নুনা ইরাং কৈতেনবা, পোকপি ন্নুঙোন্নুনা চাওবা সৌবোনঙন্বা, লাইতোংন্নুনা লাইকজেংবা থূরোই লমলোকপা, কোম্বোবা চন্নু রাঙমলোন নাওরেমতোন্না উরাখূবা, মোইবী লৈমা খিমোইলাংবা চন্নুনা স্না লখ্‌া, চিংঙুলৈমা লখাই নিংথৌ চন্নুনা সোংলেন লান্থবা, রাংন্নু নামোই চন্নুনা খোকথৈ লান্থবা, ফাইবৌন্নুনা উরা কোংয়ান্বা, কৈরোন্নুনা চিংখু তেল্‌হৈবা, হৈরেম লৈমা নিংথৌ য়াংবা চন্নুনা থাংগা ইফেল লান্থবা, রাংঙু লৈমা মাইনো চন্নুনা ইথাই কাইরেন্বা, খুমোন্বা চন্নু হাওথৈ লান্থবীনা চাকাবা, মকু থাপলা চন্নু অহুইরোং ফাবী য়াংলৈঙন্বীনা য়োইরেন্বা, তেরে রাংথৈরাকপম চন্নু চকপা পানেঙন্বী অমেবা থাংশবা ফাবীনা পুনসিবা খুরেনবা, থান্বী লৈমা কোংয়ান্বী ঙাংথলৈমা য়োইবী চোত্তে নিংথৌ চন্নু চরারেং ফাবীনা স্নাহোংবা, সৌগাইন্নুনা খৈলৈন্নুংনাং তেল্‌হৈবা, চিরোম চন্নুনা লৈরিংখোন্বা ॥

মোইরাংগী মৈহৌবারোন য়ুন্নাক্তি ইরাংকৈদেনবাগী ঈদি ১। মোইরাং চেংথাম ২। চোংথাম ৩। মেলেম ॥*॥ উরা খুন্দাবগী ঈদি ১। মোইরাংথেম ২। রায়েনবম ৩। থাংজম ৪। কত্রন্বম ৫। মোইরাংথেম ঙাংথরুংবম ॥*॥ হেবু স্না লখ্‌াগী ঈদি ১ মোইরাং নোংথোন্বম ২। মোইরাংথেম ॥*॥ লাইয়ু পুন্সিবাগী ঈদি লাইয়ুচম ॥ * ॥ উরা কোংয়ান্বাগী ঈদি ১। রাংলেন্বম ২। লম্বুজম ॥* ॥ থাংগা ইফেল লান্থবাগী ঈদি ১। রাকলবম ॥ * ॥ কাবা পুরাংনিংথৌবাগী ঈদি ১। কাবাজম ২। মোইরাংথেম ন্নুংলেপ্‌পম ॥*॥ ইথাই কাইরেন্বাগী ঈদি ১। নিংথৌথোংজম ২। কোংথাম ৩। মোইরাংথেম ৪। কোইরেনজম ৫। রাংবিজম ॥*॥ চিংখু তেল্‌হৈবাগী ঈদি ১। মোইরাংথেম ২। ঙাঙোম্ ॥*॥ য়োইরেনবাগী ঈদি ১। মোইরাং কৈথেললাকপম স্নারুংবম ২। ওক্রেম ৩। ওক্রেম মাইরেন্বম ৪। মোইরাংথেম ॥ * ॥ পুনসিবা খুরেনচনবাগী ঈদি ১। মোইরাংথেম ২। পুথ্রন্বম ৬। নারেংবম ৪। য়াইখোম ৫। কুমাবম ৬। আচোম ॥*॥ মেনখোন্বা স্নাহোংবাগী ঈদি ১। মোইরাং–থেম ওক্রেম ২। মোইরাংথেম্ ৩। ওক্রেম ॥*॥ খেল্‌লৈন্নুংনাং তেল্‌হৈবানা রাঙমলোন চিংলাই লৈমাগা লাংসংবম চন্নুগা য়ুন্নাম চন্নুগা ৩ পান্নহুনা চিংলাই লৈমানা য়োইদামুং পোকই, শোত্রে নাইদে ॥ য়ুন্নাম চন্নুনা রসেন্দ্র পোকই, ইরিংখোন্বা কোই । লাংসংবম চন্নুনা মাসেন্বা পোন্না মাসেন্বানা পাওনম চন্নু পান্নহুনা খোরিংশাং তোনূনাও পোকই । খোরিশাংতোনূনাওনা য়ুম্নাম

পান্নহুনা রামাসিং নোংপোক য়াইরং পানচত্না পোকই।

খ্বাং অহনবা লোম্মি ছইমু লৈমানা খ্বাং অহনবা, মঙাংনিংথৌ চদুনা খ্বাংলাং মৈরেল্বা, মঙাংনিংথৌ চদুনা খ্বাং, য়াইবী লৈমানা খ্বাংমিংনবা, মঙাংনিংথৌ চদুনা য়াইরেন, য়াইবী লৈমানা খ্বাং, য়াইবী লৈমানা অমুথমজাওবা, মঙাংনিংথৌ চদুনা অমুহেঙিং, ঙান্নুনা লাংমৈ, ঙান্নুনা মুবা, ঙান্নুনা খারেকপম ॥০॥ খ্বাংগী য়ুম্নাক্তি ১। হাওরোংবম ২। কৌজেংবম ৩। আকারাম কোন্সম ৪। লিসম ॥০॥ মুংয়াং চাওবাগী ঈদি মুংয়াংজম।

খোকচোম লোম্মি লৈশুংঙাংশবীনা ঙাংহুনখোক, ঙান্নুনা ঙাঙাসা, ঙান্নুনা মুথেং, ঙান্নুনা কৌবা অঙাঙা। অঙাঙানা লাইরোংলেম্বী পান্নহুনা খোইনাই অচৎবা, খোইনাই য়ুমথংবা, য়ুকোকথোং য়াইমাবা, ইরুলৌথিবা, নারুমতোন ৫ পোকই। খোইনাই অহনবানা লুরাং পুন্সিবা মচা য়াংকেল চাওবী পান্নহুনা মাগী ঈদি ১। খোকচোম ২। পোলেম ৩। ঙাংখম ॥*॥ খোইনাই য়ুমথংবানা খাম্বী লৌখাম চদু পান্নহুনা মাগী ঈদি ১। সোইবম ২। পুখ্রম্বম ৩। আহৈবম লাইক্রাকপম ৪। আহৈবম ৫। লাইক্রাকপম ৬। লাইরেনমযুম ৭। ঙাংঙাম ৮। লাইখংবম ৯। খোইনাইজম ১০। খোকচোম ১১। ঙাংখম ১২। মোইরাংমযুম ॥*॥ য়ুকোকথোং য়াইমাবগী ঈদি লৈমাজম ॥*॥ ইরুলৌথিবাগী ঈদি রাংখেম ॥*॥ নাওরুম আতোনবাগী ঈদি ১। হিদম ২। রংখেম ॥*॥ মরোই হাওবাগী ঈদি ১। খোমপুবা খোমজ্রাম ॥*॥ তেরাগী ঈদি ১। আসেম ॥*॥

---

## খাবা

অত্তিংকোক গুরুনা অতিয়া পোকই। অতিয়ানা হুমলেন, হামলেন পোকই। হুমলেনগা হামলেনগনা নোংদমলেন অথুবা পোকই। লৈথমলেন চদুনা পোথাং, লৈমুং ঙানবীনা পোংহন পিশিনদুনা হৈরোংলেন লোংজুবা, পিশিনথোম্বীনা হৈরোংঙাং খোংঙাংলেন, পিয়াইদুনা খোংঙারেনবে পোইরৈতোনবে ২ পোকই। পোইরৈতোনদি খুমন লুরাং ওইখি।

খোংঙারেন্না লৈচিকলেন চদু পান্নহুনা খাবা লৈচিক চিকলিবা, লৈথমলেন চদুনা লৈথম থমলিবা, লৈমুংয়ু-চাখা চদুনা য়ু-চাখা, লৈমুং য়ুপুরোই চদুনা খাবা য়ুপুরোই, লংমাইনিংথৌ চদুনা তুরুম কোইবা, মঙাংনিংথৌ চদুনা মহৌ লৈনিংথৌ, লংমাইনিংথৌ চদুনা খাবা কাম্পোংবা, মঙাংনিংথৌ চদুনা লিলি, লংমাইনিংথৌ চদুনা মহৌ লৈনিংথৌ, মঙাংনিংথৌ চদুনা খাবা য়ুঙানবা, লংমাইনিংথৌ চদুনা তোংবা, লংমাইনিংথৌ চদুনা খাবা, লোরেম্বম চদুনা লৈনিং, লাইকোকদুনা থবা, লোরেম্বম চদুনা খোমলাং, লোরেম্বম চদুনা খুনজিবা, য়াইখোম চদুনা তোনাবা, লৈমাবম খুংশেংয়াইলাম্বা, রাংখৈরাকপম চদুনা য়োংঙা, নাম্বম চদুনা তৌদোলরাকপাগা ইচাওরাককা তুকই। ইচাওরাক্তি শোইনাইদে॥ তৌদোলরাকপা লংমাইনিংথৌ চদু পান্নহুনা লৈয়াই

নিংথৌগা থাবা চুইদোল কোকপাগা আদোল লৌথাম্বাগা ৩ পোকই  লৈরাই নিংথৌগা আদোল লৌথাম্বাগা ২দি শোইনাইদে ॥  থাবাগী য়ুম্লাক্তি থাবা চুইদোল কোকপাগী ঈদি ১। লোংজেংবম ২। খুরাইজম ॥*॥

খুমুকচম লোশি লৈচিক নিংথৌ চমুনা ঙানবা লৈচিক চিকলিবা, লৈথম নিংথৌ চমুনা ঙানবা লৈথম থমলিবা, লৈমুংয়ু-চাখা চমুনা ঙানবা য়ু-চাখা, লৈমুং য়ুপুরোই চমুনা ঙানবা য়ুপুরোই, পুরোইলেমগুমুনা থমজিংকোনথা মনাও খুমুরোনগা ২ পোকই। পুরোইলেমমুমুনা খুমুরোন, হৈরেম খোইমুলৈমা খুঞ্জাল থোংগন তেনহৈবা চমু ভুরেল নানকৌ মচল পুংগ্রাইবীনা পানবা, খেরেরোংবম চমুনা তাংহন, ইরাং পুনসিবা চমুনা হাওবা, লুরাং চমুনা হাওরম, লুরাং চমুনা থাংতুপ মিমানবা, লুরাং চমুনা হাওগা ল্যানকাবা, লুরাং চমুনা শিংমিং লাংমিংচুম্বা, মানা লুরাং পুদাকোই খুংখোইবা চমু পান্নহুনা লৈরিজাম্বা পোকই। মাগী ঈদি খুমুজম।

---

ঙানবা

অতিংকোক গুরুনা অতিয়া পোকই। অতিয়ানা হুমলেন, হামলেন পোকই। হুমলেন হামলেননা নোংদমলেন অথুবা পোকই।

চিনফুরোন লৈচিকঙানবীনা নোংদমলেন অথুবা লৈথমলেন চমুনা পোথাং, লৈমুংঙানবীনা পোংহন, পিশিনমুনা হৈরোংলেন লোংজুম্বা, পিশিনখোম্বীনা হৈরোংঙাং থোংঙাংলেন, পিয়াইমুনা খোংঙারেননে পোইরৈতোনে ২ পোকই। পোইরৈতোনদি খুমন লুরাং ওইখি।

খোংঙারেম্না লৈচিকলেন চমু পান্নহুনা ঙানবা লৈচিক চিকলিবা, লৈথমলেন চমুনা লৈথম থমলিবা, লৈমুংয়ু-চাখা চমুনা ঙানবা য়ু-চাখা, লৈমুং য়ুপুরোই চমুনা ঙানবা য়ুপুরোই, পুরোই-লেমমুমুনা থমজিংকোন হাইহৈবা, চিংশোংনিংথৌ চমুনা পালবা, মঙাংনিংথৌ চমুনা খুকলুখোই, মঙাংনিংথৌ চমুনা তাংখোইনাই, মঙাংনিংথৌ চমুনা য়ুকোইরাং, লুরাং পুনসিবা চমুনা হাওরা, কজেং রারেংবা চমুনা ঙানবা রায়েংবা, মঙাংনিংথৌ চমুনা ঙানবা শিরাইকংচা, লোকলৌ থামেন লোকপম চমুনা হাওবা। হাওবানা লংমাই চমু অনি পান্নহুনা লংমাই চমু অমনা তেকচা অহনবা, খোংঙাই য়ুমথং, খোংজাই য়াইমাবা, রাংবা অতোনবা ৪ পোকই। হান্নগী হঙ্গবীনা কোন্না পোকই ॥ মাগী ঈদি খাইদেম ॥*॥ তেকচা অহনবাগী ঈদি ১। মৈহৌবম ২। তেকচম ৩। তেকচম খুন্দোংবম ৪। কিজম তেকচম ॥*॥ খোংঙাই য়ুমথংবাগী ঈদি ১। খোংঙাম ২। অহৈবম খোংঙাম ৩। হেম্ভাকপম ৪। হাওবাজম ॥*॥ খোংজা য়াইমাবা, রাংবা আতোনবা, খার্মী অহমুমকৃকী য়ুম্লাক্তি খোংজা য়াইমাবগী ঈদি খিনবম ॥*॥ রাংবা তোনবাগী ঈদি ১। লাংগোম্না ২। রাংবিজম ৩। সনজিরাম ৪। কত্রম্বম ॥*॥ ভোম্নাগী ঈদি ১। খাইদেম ২। খিংবাইজম ৩। খোং

খাইদেম, নোংপোকনে ॥৬॥

---

## লৈশাংথেম

অশিবানা শম্ফোং কৌডৈদা খুমখুম পোকই।

লিরি লৈমানা খুমখুম নিংথৌ, খুমখুম লৈমা শিনবী লৈমা লৈতংনিংথৌ চন্নুনা নিংথৌ কাংবা, লৈমা তারিনা খারোং, হাইমু লৈমানা লমলেকশাং হাওইবাগা মুংডৌমুম থংবাগা অনি পোকই। লমলেকশাং হা-ওইবানা চিংদা কানা হাও ওইখি। মুংডৌমুম থংবানা লৈশাংথেম ওই, মঙাং-নিংথৌ চমু পান্নহুনা মুচিকলোই, মঙাংনিংথৌ চমুনা মুকাংগৌ, নোংমোইশুনা সোরাতোন, মঙাং-নিংথৌ চমুনা সোরা পুকতাং, মঙাংনিংথৌ চমুনা সোবা ঙান্নৈ, মঙাংনিংথৌ চমুনা খোংজি মুংলাইবা, পেমুনা চিংজেন নারন পাংগনবা, পেমুনা খাংই তৌবুং খোংদৌবা ॥৩॥ লৈশাংথেমগী মৈহৌবারোন মুমনাক্তি খাংই তৌবুং খোংদৌবানা ইরেম তোইবীলৈমা লুরাংখুবা চমু পান্নহুনা পাংথং অহনবাগা মুনাওরোই ম্নাইমাবাগা কামু আতোনবাগা ৩ পোকই। পাংথং অহনবানা মঙাংনিংথৌ চমু পান্নহুনা মাগী মীদি ১। চেংলৈবম ২। খাংজম ৩। তোংত্রম ৪। তৌরাংবম ৫। খুম-কনবম ৬। সোরাইসম ৭। লৈতাম ৮। কোনসম ৯। ঙাথেম ১০। পাংগোনজম ১১। ময়াংলম্বম ১২। নাওশ্রম ১৩। লৌসগাম ১৪। খুম্নোংবম ॥৩॥ মুনাওরোই ম্নাইমাবানা ম্নাওরৈবা চমু পান্নহুনা মাগী মীদি ১। লৈশাংথেম ২। খাগোকপম ৩। নাওসেকপম ৪। ইংগুদম ৫। খোইরোম ৬। মৈনম ৭। চোংথাম ৮। হৈরাম ॥*॥ কামু আতোনবানা ম্নাওরৈবা চমু পান্নহুনা মাগী মীদি ১। সরাংথেম ২। সরাংথেম নাওরোইবম ৩। রাইরোকপম ৪। চনম ৫। এলাংবম ৬। চিংথম ৭। সরোংখাইবম ৮। মাইবা খিয়াম ৯। সমনোম ১০। থরাইজম ১১। খোংগাবম খোংঙাবমদি কবনে ॥১১॥ চিংজেন নারন পাংগনবানা ময়াংদা খোংনাং কৈত্রি খোংনাংগী মচামুপী লৈরিলৈশংথোম্বী পান্নহুনা থৈবোংনে মোম্বেনে ২ পোকই। থৈবোংদি অ তাদে॥ মোম্বেনা আঙোম চমু পান্নহুনা লুকোকনে মোম্বোনে ২ পোকই। লুকোকক্টা মীদি পোংসংবম ॥২॥ মোম্বোগী মীদি পোংসংবম ॥*॥

কৌম্বোজম লোম্নি ওইমু লৈমানা লোকপা, মুংডৌ মুমথংবা, লোকতোন আতোনবা ৩ পোকই। হুইমু লৈমানা লোক, মঙাংনিংথৌ চমুনা পাথুপ, মঙাংনিংথৌ চমুনা নোংলোন, মঙাংনিংথৌ চমুনা লেম্বা, মঙাংনিংথৌ চমুনা খান্নান, মঙাংনিংথৌ চমুনা হাওরোক, মঙাংনিংথৌ চমুনা কোম্বো, মঙাংনিংথৌ চমুনা মাইপাক, মঙাংনিংথৌ চমুনা মাইসং, মঙাংনিংথৌ চমুনা খগ্যো, মঙাংনিংথৌ চমুনা মুকেলবা, মঙাংনিংথৌ চমুনা নানবা শাফাবা॥ * ॥ কোম্বোজমগী মৈহৌবারোন মুমনাক্তি নানবা শাফাবানা মঙাংনিংথৌ চমু পান্নহুনা মুবা, খাংচেংবা ২ পোকই। মী মীদি ১। কোম্বোজম ২। কোম্বোজম মৈনম ৩। হাওরোকচম ৪। সোম্বেম ৫। খাংজম মুপাম্বম ॥*॥

খাংচেংবাগী ঈদি ১। কোনজেংবম ২। হাওরোকচম ॥*॥

লোকতোনবম লোন্দি হুইমু লৈমানা লোকতোন আতোনবা, মঙাংনিংথৌ চয়ুনা শিংজা, মঙাংনিংথৌ চয়ুনা লোকচা, থাবৈনিংথৌ চয়ুনা মোইবা, লেমলৈনিংথৌ চয়ুনা ঙামোইবা, মহৌনিংথৌ চয়ুনা লাংসং, খেম্ভে নিংথৌ হাওতক লাইবা চয়ুনা মোইবা, চেকলৈ নিংথৌ চয়ুনা সন্দং চরোইবা, খা-নিংথৌ চয়ুনা পুকোইতোনখাংবা পোকই। নোংবানলোন শিংলৌ মানলৌ কোইবীনা লোকতোনবা কোবীচা, লাইপোং চয়ুনা খা-নিংথৌ শাকাবা॥ * ॥ লোকতোন আতোনবাগী মৈহৌবারোন য়ুমাক্তি খা-নিংথৌ শাকাবানা মঙাংনিংথৌ চয়ু পায়রুনা মাগী ঈদি ১। লোকতোনবম ২। হেয়াম্ ৩। অহৈবম আমোম ৪। আমোম ॥*॥

---

## নোংপোক হারম

মৈদিংঙু নাওখিংখোং হাকথক্তা কবোদগী খোকলকপা হোংনিংখাইখমনা হৈরোম চয়ু পায়রুনা মাগী ঈদি ১। হুইয়াম ২। শেজম খুমন শলাই মধুগল্য গোত্র ( মৌদ্গল্য )।

মৈদিংঙু খুমোম্বা হাকথক্তা কবোদগী খোকলকপা তাংকাখোম্বা য়ুম্নাম চয়ু পায়রুনা মাগী ঈদি উসম আঙোম শলাই, কৃষ্ণনাথ গোত্র।

মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বা হাকথক্তা খোকলকপা চাওখুনপুংনা লাইশ্রম চয়ু পায়রুনা মাগী ঈদি খুম্বোংময়ুম আঙোম শলাই গৌতম গোত্র। খুম্বোং ময়ুমদগী থাইবা চিংগাংবম আঙোম শলাই গৌতম গোত্র ॥*॥ থম্বিমগী ঈদি শেন্দাংময়ুম আঙোম শলাই গৌতম গোত্র ॥*॥ তৌথাপয়ুমগী ঈদি অথনবম—আঙোম শলাই কৌসিক গোত্র ॥*॥ চাওথমশেংগী ঈদি লৌরিয়াম—নিংথৌজা শলাই সান্দিল্য গোত্র। লৌরিয়ামদগী থাইবা সংখুবম লুয়াংশলাই, কাশ্যপ গোত্র ॥*॥

য়েংগদবা:—নিংথৌখোম্বা হাকথক্তা খোকলকপা মবৈ কবোদগীনি।

———):o:(———

মৈদিংঙু ক্যাবা হাকথক্তা খোকলকপা তৌথোকলাংনা লৈচোনবম চয়ু পায়রুনা মাগী ঈদি খোংবান্তাবম লুয়াং শলাই কাশ্যপ গোত্র। য়াসোইনা লকরানময়ুম চয়ু পায়রুনা মাগী ঈদি খোংবান্তাবম আঙোম শলাই কৌসিক গোত্র ॥*॥ তৌঙাকখোংনা লাইশ্রম চয়ু পায়রুনা ম ঈদি নাঙ্কেবম আঙোম শলাই গৌতম গোত্র ॥*॥ তৌক্রুচানা লৌরেম্বম চয়ু পায়রু ঈদি চাংগময়ুম খুমন শলাই মধুগল্য গোত্র ॥*॥ লৌতানোংনা শরোখাইবম চয়ু পায়রুনা ঈদি কোনসম খুমন শলাই মধুলগ্য গোত্র ॥*॥ চাইসেম্না খোইবম চয়ু মুবী পায়রুনা ঈদি হাইকম ( হৈথাম ) লুয়াং শলাই কাশ্যপ গোত্র ॥*॥ তৌদাক্জানা লৌরেম্বম চয়ু

মাগী ঈদি হুইয়াম, খুমন শলাই মধুগল্য গোত্র। হুইয়ামদগী থাইবা শেনজম খুমন শলাই মধুগল্য গোত্র ॥*॥ তৌঙাকখোংনা লাইশ্রম চন্থু পান্নহুনা মাগী ঈদি নান্দেবম, আঙোম শলাই গৌতম গোত্র ॥*॥ নাংখারৈনা শমনোম চন্থু পান্নহুনা মাগী ঈদি চরাইময়ুম নিংথৌজা শলাই সান্দিল্য গোত্র ॥*॥ চাকান ময়ুমদগী থাইথমশেংগী ঈদি সেঞ্জম নিংথৌজা শলাই সান্দিল্য গোত্র ॥*॥ চাকান ময়ুমদগী থাইবা হৈবীথাবম নিংথৌজা শলাই সান্দিল্য গোত্র ॥*॥ লারোংনা থাংজম চন্থু পান্নহুনা মাগী ঈদি অখনবম আঙোম শলাই কৌসিক গোত্র ॥*॥ তাইবোংকানা নামৈরাকপম চন্থু পান্নহুনা মাগী ঈদি উসম মোইরাং অরিবা শলাই অত্রয় গোত্র ॥*॥ তৌজারেংনা ওইনাম চন্থু পান্নহুনা মাগী ঈদি ফুরিৎশাবম আঙোম শলাই গৌতম গোত্র ॥*॥ তাওথুনগী মচা লেচোইনা মৈহৌবম চন্থু পান্নহুনা মাগী ঈদি থাংজম খুমন শলাই মধুগল্য গোত্র ॥*॥ তাওথুন লিকনা হৈরোম চন্থু পান্নহুনা মাগী ঈদি কোনসম খুমন শলাই মধুগল্য গোত্র ॥*॥ হেমগৌ চেংনা মাইরেম্বম চন্থু পান্নহুনা মাগী ঈদি শারুংবম হিয়াম মোইরাং অরিবা শলাই অত্রয় গোত্র ॥*॥ মথক্তা হাইখ্রিবাশিং অসি কবোদগী খোকলকপনি।

মৈদিংঙু কোইরেম্বা হাকথক্তা কবোদগী খোকলকপা নিংথৌ সুহুমফাগী ঈ চৌসোইথমনা মংসা চন্থু নিংঙি পান্নহুনা মাগী ঈদি কোনসম খুমন শলাই মধুগল্য গোত্র।

মৈদিংঙু কবোম্বা হাকথক্তা কবোদগী খোকলকপা হো-খমনা নোংথোম্বম চন্থু পান্নহুনা মাগী ঈদি ১। সেঞ্জম ২। ঙাসেপ্পম আঙোম শলাই কৃষ্ণনাথ গোত্র।

মৈদিংঙু চলাম্বা হাকথক্তা কবোদগী খোকলকপা নিংথৌ সুহুমফাগী মচা চৌসোইনোক্পী ঈদি কোনসম খুমন শলাই মধুগল্য গোত্র ॥*॥ ঈখমসিংনা নাংশাই পান্নহুনা মাগী ঈদি উসম মোইরাং অরিবা শলাই অত্রয় গোত্র ॥*॥ লাংঙুন্না হুইয়াম চন্থু পান্নহুনা মাগী ঈদি নান্দেবম খাবা শলাই ভরদ্বাজ গোত্র ॥*॥ তৌদোংফানা খোংবান্তাবম চন্থু পাননহুনা মাগী ঈদি নান্দেবম নিংথৌজা শলাই সান্দিল্য গোত্র ॥*॥ চৌরৈনা শনসেম্বম চন্থু পাননহুনা মাগী ঈদি সেনজম লুয়াং শলাই কাশ্যপ গোত্র ॥*॥ লীলাম্বনা চফানময়ুম চন্থু পান্নহুনা মাগী ঈদি মোনফাংময়ুম, আঙোম শলাই গৌতম গোত্র ॥*॥ লমলোংনা উ-- চন্থু পান্নহুনা মাগী ঈদি হিখাম্বম আঙোম শলাই গৌতম গোত্র ॥*॥ তাইরোংফানা লৌরিয়াম চন্থু পান্নহুনা মাগী ঈদি নান্দেবম, খাবা শলাই ভরদ্বাজ গোত্র ॥*॥ লোকোনগী ঈদি নান্দেবম মোইরাং অরিবা শলাই অত্রয় গোত্র ॥*॥ ...মগী ঈদি চাকাময়ুম নিংথৌজা শলাই সান্দিল্য গোত্র ॥*॥ চাকা ময়ুমদগী থাইবা সেনজম ...জা শলাই সান্দিল্য গোত্র ॥*॥ তৌথাম অমুগী ঈদি হৈবীথাবম নিংথৌজা শলাই সান্দিল্য ...॥*॥ লল্হাংঙম্বানা লিকখোম্ হাম্বী পান্নহুনা মাগী ঈদি নান্দেবম আঙোম শলাই ...ম গোত্র ॥*॥ লালাচাগী ঈদি খোংবান্তাবম লুয়াং শলাই কাশ্যপ গোত্র ॥*॥ পুম্নমক অসি ...গী খোকলকপনি।

মৈলিংতু মুংয়াংম্বা হাকথক্তা থোকলকপা চৌনিখংনা হুইরোংবম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি চিংস্থবম আঙোম শলাই, গৌতুম গোত্র ॥*॥ তাওহুংহৈনা চাফানমম্বুম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি উসম আঙোম শলাই কৌসিক গোত্র ॥*॥ চৌপথিনা না–আং পান্নহুনা মাগী ঈদি সেনজম লুয়াং শলাই কাশ্যপ গোত্র ॥*॥ লৌতোংনা লৌরেম্বম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি কুরিংশাবম নিংথৌজা শলাই সান্দিল্য গোত্র ॥*॥ ইকুংবম নিংথৌজা শলাই সান্দিল্য গোত্র ॥*॥ চৌরাইগী ঈদি হৈখাম লুয়াং শলাই কাশ্যপ গোত্র ॥*॥ লাকথূনা নংদেন পান্নহুনা মাগী ঈদি হৈখাম লুয়াংশলাই কাশ্যপ গোত্র ॥*॥ কক্ক্যাংনা লাংসেন পান্নহুনা মাগী ঈদি কুরিংশাবম আঙোম গৌতুম গোত্র ॥*॥ মুংজাইনা শনসেনবম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি কোনসম আঙোম শলাই গৌতুম গোত্র ॥*॥ লাংফোংগী মচা চৌথমসেংনা লৌসিগাম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি লৌরিয়াম আঙোম শলাই কৌসিক গোত্র ॥*॥ লৌরিয়ামদগী থাইবা লাচাইগী ঈদি মুংখুবম আঙোম শলাই কৌসিক গোত্র ॥*॥ লৌরিযাম্বাগী মচা লৌতোংনা লৌরেম্বম চন্থ পান্নহুনা মুংয়োং চৌরা অনি পোকই ॥*॥ মুংযোংগী ঈদি কুরিংশাবম নিংথৌজা শলাই সান্দিল্য গোত্র ॥*॥ লাসোমগী মচা সৌমুন্না হৈরোম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি সেনজম আঙোম শলাই কৌসিক গোত্র ॥*॥ লম্লৈতিলাকানে লৌরৈগী মচা চৌপৈনা নান্দেবম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি হৈখাম লুয়াং শলাই কাশ্যপ গোত্র ॥*॥ মথক্তা হাঈথ্রিবা পুম্নমক অসি কবোদগী থোকলকপনি ॥*॥ মিংতোংগী মচা লাসোইনা লকরাইমযুম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি খোংবাস্তাবম আঙোম শলাই কৌসিক–গোত্র। লাসোইদগী থাইবা লালাচান্দনা উসম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি খোংবাস্তাবম লুয়াং–শলাই কাশ্যপ গোত্র। মাখোই অসিদি থাগীনে ॥*॥ অঙ্গমুংগী মচা তৌফাংচেংনা ঙুঙনাম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি য়েন্দ্রেম্বম লুয়াং শলাই কাশ্যপ গোত্র ॥*॥ য়েন্দ্রম্বমদগী থাইবা পুকোংহুমনা লাইশ্রম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি ইচোম লুয়াং শলাই কাশ্যপ গোত্র ॥ * ॥ ইচামদগী থাইবা আচোইবম লুয়াং শলাই কাশ্যপ গোত্র ॥ * ॥ য়েন্দ্রেম্বমদগী থাইবা লাংদোননা হুইয়াম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি ইচোম লুয়াং শলাই কাশ্যপ গোত্র ॥*॥ য়েন্দ্রেম্বমদগী থাইবা উসম লুয়াং শলাই কাশ্যপ গোত্র ॥*॥ হাইথোনগী মচা চৌভিখমনা হুইরোংবম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি চিংস্থবম আঙোম শলাই গৌতুম গোত্র ॥*॥ লৌরাগী মচা চাওকৌখংনা লাইশ্রম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি উসম কেঙ্গোইমযুম লুয়াং শলাই কৌসিক গোত্র ॥*॥ মাখোই অসিদি য়োংত্রাদগী থোকলকপনি ॥*॥ লৌশেননা কৈশাম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি শেন্দাংমযুম আঙোম শলাই গৌতুম গোত্র ॥*॥ লৌউনা নাওরেম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি লাকপমশাবম লুয়াং শলাই কাশ্যপ গোত্র ॥ মাখোই অসিদি কবোদগী থোকলকপনি ॥*॥ লৌকানা লাইফ্রাকপম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি শমজেংশাবম খাবা শলাই ভরদ্বাজ গোত্র ॥*॥ লৌতোংনা লৌরেম্বম চন্থ পান্নহুনা মাগী ঈদি ককচিংদা লৈবা সঙ্গাইশেনবম নিংথৌজা শলাই সান্দিল্য গোত্র ॥ * ॥

লৌরুনা লাইরেনজম চন্দ্র পাম্নচনা মাগী ঈদি খোংগাবম নিংথৌজা শলাই সান্দিল্য গোত্র।*। মাখোই অহুম অসিদি খাগীনে।*। শিংজুম্না মুয়াম চন্দ্র পাম্নচনা মাগী ঈদি নান্দেবম আঙোম শলাই গৌতম গোত্র।*। লাংপুমগী মচা চৌথুনপুমনা মুয়াম চন্দ্র পান্নচনা মাগী ঈদি খুম্বোং-ময়ুম আঙোম শলাই গৌতম গোত্র।*। খুম্বোংময়ুমদগী থাইবা খুল্লাক্পা আখাম চন্দ্র পান্নচনা মাগী ঈদি চিংগাংবম আঙোম শলাই গৌতম গোত্র।*। মাখোই অসিদি পোংনে।*।

মৈদিংঙু মরাম্বা হাকথক্পা কবোদগী খোকলকপা কবেংনা চক্পানময়ুম চন্দ্র পান্নচনা মাগী ঈদি ১। সেনজম ২। সেনজম লাইবকশাবম আঙোম শলাই কৌসিক গোত্র।*।

মতাং অসিদা তরাহুমদোইসুবা পন্দুপ লোইরে।

---

